ꯁꯤꯡꯕ-꯳

# শীংনবা - ৩

(অহুমশুবা)

ꯃꯅꯤ ꯃꯩꯀꯥꯝ, ꯂꯨꯀꯦꯕ

মনি মৈকাম, লুকেব

# ꯂꯤꯃꯇꯕꯦ-꯴
*(A Manipuri Novel)*

**By** - ***Mani Meikam, Luker Maning Leikai***
***Imphal West - 1***

First Published 2012

Publisher *Meikam ongbi Subadani Devi*
*on behalf of NOHAKHOL, Yurembam,*
*Imphal West, Manipur-795113*

Cover Design ***Mani Meikam***
Mobile No 9856809134

No of copies 500

Price Rs 150/-

---

**Printed at** *Robin Computer, Thaoroijam, 9862669503*

## কচ্চবা

মনুং মতম চাদনা
তাইবঙমপুগী লৈকোন্দা তিনখ্রবা
ঐবু তাইবঙ মালং উহনবীবন্সা
নুংশি থোইববা পন্থৌ অপোকপা
কচ্চবি নচানা নখুযাদা
"শীংনবা অহুমশুবা" লাইবিক
লৌশিনবীযুকো তবাম্না।

*****

## ঐনা পামজবা

পামজবনি ঐখোয মীওইবা পুম্নমক নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবা। অদুবু মফমনা, লৈফম্না, লোলনা, ধর্ম্মনা খেৎনবা থম্নীবম্না তাইবঙ মপুগী অবোনবা চৈখল অসি ঐখোয খ্বাইনা খঙমিন্নদুনা মালেমসিদা তংদু লৈতাবা পুন্সি মবেন্দা পৃথিবী খক্তা নত্তবা নোংমদোল থক্তা উবিবা থৱান্মীচাকশিং, থাশিং, গ্রহশিং অতৈ কযাগী মনাক্তা চৎতুনা অতোপ্পা থৱায পানবশিং লৈবম্লবদি মকপ মপাং ওইমিন্নবা অসিনি। মসি ৱাখল্লোন্দা তুংগী অসা থমজৱগা ঐগী "শীংনবা" কৌবা ৱাবী মপুম অসি ইজবা হৌজখিবনি। ঐখোয মশেল মুক্লদুনা অথোই- অহেন, অমাং অশেং, তুহৎ নৈহৎপা অকল অবিং শাবা চুমথোকচবা পামজৈ। তেল্লবা মীওইপোক্তি। পাঙলমসি পুন্সি শিন্থা তাইবঙ মপুগী মতিং লৈনা তুংগী মীবোলগীদমক।

লাইবিক অসিবু হেন্না ফগৎহন্নিংদুনা তাকপিবকপা ওজা গুরুশিংবু অমদি লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীবকখিবা খ্বাই পুম্নমকপু ইকায খুম্নবা উচ্চবগা লোযননা নোল্লুকচবি।

চৈচৎ ১২।৮।২০১২ মনি মৈকাম

## নোহাখোলগী মাযকৈদগী

ঈংনা চিক্লবা তাইবঙ ফম্বাক অসিদা নমু তাইবঙ মীনা হিংনবগীদমক নত্তনা তুংগী মীবোলগীদমক মপান নাইদ্রবা থবক থৌবম কযা পাযখৎলম্মী মদুগী মবক্তা লোযসিল্লোন ফম্বাকসু অমনি হাযবদা যাই।

ঙসিগী তাইবঙনা চাউখৎপা যুক অমদা লৈজববসু হিংসাগী থবক মালেমদা থোযনা হেন্না লমজেল তান্নবগুম ঈখেং লক্তা ঈবাক্লবা উবগা পেঙ্গ্রবা মীওই কযা থোক্লক্লি। অসিগুম্বা তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সি মবেল অসি কোকহন্নবগী থোং লোযনসিল্লোননা ওইগনি।

হৌজিক মনি মৈকাম নোহাখোলগী জেঃ সেক্রেটরি ওইদুনা লুপ অসিগীদমক অচৌবা থৌদাং লৌবিবা দাযতা লৈবা মীশক্লি। মহাক্কী "শীংনবা অহুমশুবা" অসি থাবগা নিপালশুবা ওইগনি। নোহাখোলগীনা ১০৫ শুবনি। লাইবিক অসি নোংচুপ হাবম খোর্জে লুপ, যুবেম্বমদা খোঙনবা শিন্নবকপদা তবাম্না ওকচবি। লোযননা ঙসিদগী মীযামগী মফম খুৎশিন্নজবি। হেন্না ফগৎনবা অৱাৎ অহেন তাকপীবদা তবাম্না ওকচবগা লোযননা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। তাইবঙ মপুনসু অইববু যাইফ মঙ্গোল পীবীশনু হাযনা থৌনিজবি।

কুঞ্জো নিংঙোম্বম

চৈচৎ ১৪।৮।২০১২

প্রসিডেন্ট, নহোখোল

যুবেম্বম

## অহানবা পন্দুপ

অঙনবা অযুক হৌগ্রে। তপ্না তপ্না নুংথিল ওইবক্লে। মতমদুদা মবোক্না পীক্লবা মশুবু লক্লদুনা মাঙ্গোলদা লৈবি।

"হো ইবুংঙো মচা ! ওইঃ ওইঃ য়া। অমি দেখনেসে কি! হাংসা!"

মতমদুদা ঙাযোনবী লাক্ষি দাস লাক্লমই। থোঙ্গালদগী কৌদুনা হংলকই-

- "হো টোপ্পু মাঁ। শুখা মাছ লৌহৌগদবো ?"

টোপ্পু মাঁ আন্দী দাসনা লৌনিংদুনা কৌশিলমই -

- "চংঙকখোও যেংগে।"

- "চংঙক্লবদিনে লৌদবা য়াদেকো পৌব্রা অমতা ওইববসু।"

- "হোয লৌগেনে যাম্লদা তৌবম্মু। কদায হাংদোক্লো মখুম নঙগী ঙাকুবাক্কু যেংলগে, ঙাদো।"

লাক্ষিনা ঙাকুবাক হাংদোক্লুনা ঙা যেঙহল্লি। অদুগা হাযবকই -

- "যেংঙু অশোমদগীসিনা থুমযাকপীনি, অশোমদগীশিনা ঙাবিগুম্বনি অশোমদগীশিনা ইলিশা ঙাবিনি কবম্বা পামই হায়য়ু।"

- "ইবেম্মা ঙাবিগুম্বা থুম যাক্তবীশি প্বৌব্রা অমা পীবম্মু।"

- "পৈশাদি শোৎপীগনুকো টোপ্পু মাঁ।"

- "হোযনে শোৎলোইনে ফলাদু ফজনা ফাহনলম্মু।"

- "ইশ! ঐনা নঙগীদি ফজ ফজনা ফালা ফানা ওনবীবল্লীবদুবু। তু তু যেংউশে হেন্নদুম হেনবীববনি ঙা মচা অমা।"

- "ঙাশে হাওদি হাওইকো?"

- "হাওবনি ওইনম্বা অমা য়াওবনি।"

- "হুবেল হাওবমদ্রবদি ঐ মীব্রা তান্নগনিকো। ঙহানসু যাম্লা তৌবিবন্নগা হাওবমদদুনা মীব্রা তানৈকো।"

- "ওা ঙহানগীদুদি থাল অবিবা ওইদুনা তৌবনি। ঙসিগী অসিদি ঐ ইশামক্লা চাদুনা মহাও তংলগা নৈবক্লবা ঙানি। চাবগা খংগনিদা টোপ্পু মাঁ।"
- "ফবে, ফবে অদুদি অঙাংশি খবা যেংবীবম্মু ঐ ঙাসু থমজিনলুগে পৈশাসু পুথোক্লক্কে।" হাযবন্নগা ইমুংদা চঙখিবমই।

নক্ষি দাস অঙাং নক্রদুনা নৈহৌই "হোয হোয় যেংবীবমগে। হায় ইবুংঙো পুকফবা। মসি মবুক যাম্না ফৈনে কপতনা তুমিন্না শান্নদুনা লৈনে। ওই! ওই! পাখং! মমিংনা কবি কৌবিবা? মশক্লা ফজবিবা।"

ইমুংদগী মবোক থোক্লক্তুনা পৈশা পীবম্মী অদুগা হংলকই -

- "প্পৌরাদা কযানো নঙগীসিবু হান্নগীদুগা মান্নবা নত্তবা ?"
- "হান্নদগী লুপা অমতংনি হেল্লিবা।"
- "শে লুপা তবা মঙানি লেন্নগসু পাইশিল্লো যাবেকো।"
- "য়াবে, পোৎশিৎ ফজগে কুক! কুক! কুক!"
- "ফজবো, ফজবো লোয়না শিংপা ওইজবো।"

মপোৎ লোয়শিল্লদুনা ঙাক্নবাক খুমজিল্লগা হায়বকই -

- "টোপ্পু মাঁ, ব্রা অমতা হংজগে শাউবিবক্কনুকো?"
- "কবিনো হংঙু। অব্রাবগীবো নৎত্রগা নুংঙাইবগী মবমদবা?"
- "নুংঙাইবগীনি হাযবা তাই।"
- তুমিন্না কোইনা যেংলুবগা যাম্না খঙনিংনা হংলকই "নখোয নমৌশি মুণিপুবি নিংঙোল নত্তবো ?"
- "মানি কৈদৌববগে ? মীনা ঙাংনবববো? থবক ফৈ, মশক চঙখোল্লী হাযদুনা।"
- ঙাযহাক হৌনা নোকথোকউবগা "ঙাংনদেদা।"
- "অদুদি মখা তাবকউদনা ।"
- "ঐনা হংজনিংঙিদি মহাক্কী অউনপোত্তা কবি কবি উল্লকপগে ?"
- "ইবেম্মা অউনপোত্তি লাযবদনা লৌখৎকনি হায়বগা হৌজিক ফাওবা লৌখৎপিদ্রি।"
- "অদুদি মাংজৈ হায় ।"

- "মাংজবেদনা কমদৌনি লাইবক্তীনি। মনমসু চৈ চাদুনা হৌজিক নোং মণ্ডলকপদা চিক্লেগা নাবেগা থুম থাউ নোয়দুনা খাংলিবনি।"

- "অদুদি তাঙ্খোকখবোদনা ঐ মশক মতৌ ফজবী লুপা লাক্ষ অনী উলকদবী বেলরে কর্ম্মচাবি অমগী মচানুপী ফংনবা শিনবীবক্কে।"

- "মদু নুংঙাইগদৌ মান্দেদা।"

- "কবিগী নুংঙাইবোইদৌবিবনো ? অমুক্তা হায়যো মদুগী মবম ?"

- "ইবেম্মা নুপা নুপী খায়নহনবা হাযবশি মনেম মকুনা তৌফম থোক্তে মহা পাপকী মশকনি। ঙসি ফাওবদা ইমা পাবুংদগী হেন্না মমিৎনা কন্না ফাওবা যেংঙদ্রিবী ইমৌশিবু মনেম ঐনা কবি ইবাল পীশিন্দুনা তাঙ্খোক্কদৌবিবা ?"

- "মবাল শোযদনা লাক্কনি অদোম্মা মহাক্কী খোঙথাং খুদিংগী য়েংশিল্লবদি। মহাক মণিপুবী নিঙোলনি বেঙ্গোলী নিংঙোল নত্তে। ধর্ম্ম পুজা তৌবকপদা অশোয়বা মযাম অমা লাক্কনি। অদুগা নচানুপাদসু পাউ অসি তশ্বীয়ু মহাক্লা পামদবা থবকশিং নুমিৎ খুদিংগী তৌহল্লু কুইবোই টোপ্পুমাঁ হপ্তা অমদা মপাম লমদম মথন্তা পাংজখিগনি অদুম্মা তৌববদি অহল ওইববা তাদনা উমঙদা ব্বানা শীং যান্দুনা বজাবদা যোনবা হোৎনবিবা থবকশে লেপফনবা যাবে। কবিগীনো ব্বাখল অশুক যাম্মা থেনবীবিবশিবো ? অহল মক্ক তকপশিবু য়েংবদা নুংঙাইবিববো ?"

- "ইবেম্মা নুংঙাতেনা কমদৌনি মবাইবক্কীনি।"

- "নত্তে নুপা পোক্লগা মপাবু ব্বাহনবদি পাপ ওইগনি। ঐনা হায়জবসিদা যাবীয়ু টোপ্পুমাঁ, "চান্দী বন্দ জাযেগা।" মীনুংশি ধর্ম্ম খংবা ইমুংদি অব্বাবতা ইবাক্লবনি। কলিযুক্তা খবসু হিংচাদবা য়াদবনি। টোপ্পুমাঁ চৎলে চৎলে। ব্বাখল খনবীয়ু কোক থাদবীয়ু নুংঙাইনা লেনগে হাযববদি।" ব্বাফমসি হাযবন্নগা ঙাং ঙাংদুনা লক্ষি চৎগ্রে।

টোপ্পু দাসকী মমা অন্দী ঙায়োম্বী লক্ষিনা হাযবন্নীবা ব্বাফমদুদা পুক্লীং লুপশিন্দুনা লৈহৌই। মশুনুপা অদুবু নুংশিনা য়েংলগা ব্বাখল মওন মওন খনলকই।

"পৈশা পাম্বগীদমক্তা নুংশিববা ইশু কায়নবা তাববা ? ঙসি ফাওবদা মকু মনেম্মু ঈশ্বরগুম্না সেবা তৌজবিবী ইমৌ বানিবালাবু কবি মবাল পীশিন্দুনা

তাম্বোপীগদৌবিবা ? ঐখোযনা তাম্বোকপীখ্রবা মতুংদনা মহাক্লা কনাগী মযমুদা শৈদাংদুনা লৈক্তগদৌবিবা। ফত্রবা মতম অসিগী ইবাং অসিদা তনৌবিবী নুপী মচা মহাক্লা অঙাওবী অমগুম্না অমদা খবা শৈদাং অমদা খবা দৌাং লৈতাফম খংদ্রবা পুন্সি লেলহনগদৌবিবা। মদুদি পাপ চেল্লবা মীওইখক্তনা তৌগদবনি মশা কোম্না হিংহন্নবা. ...।"

মতমদুদা মমৌনুপী মকুগা লোয়ননা শীং পুবদুনা তুংথ মাংথ লাকমিন্নে। শাববা নুংথিলগী নুংশা মবক্তুদা। মতৌ অদু উবগা মনেমগী পুক্লীংনা কয়াদা পেনজখি। মকুনা গাডী খান্নগা লৈবিঙে মশাগী শীংদু লৈমাযদা থন্নগা গাডীদগী শীংশিং অদু তপ্না তপ্না লৌথবীবমই। মকুদি ব্রামনস্ত্রদুনা মমৌদা য়েংলগা হাযবকই -

- "ইবেম্মা ব্রাবে হৈ। নঙনা থোকপা তৌবো।"

মমৌনা য়েংলগা শুবদা তপ্না খুন্নকই -

- "যাগনি পাবুং। নচান থোকপা তৌজহৌবগে।"

মনেম্মা মাঙ্গোলদগী মপুবোইবগী মতৌদুদা হংলকই -

- "হো চা লোনবীবকউ হাযববো ?"

মপুবোইবা চিতবঞ্জন দাসনা ফাগী তৌবগা খুন্নকই -

- "কবিনো ঐখোযদি চা কাদু লোনবা লোযদুনা পুথোক্লগদবা হাযবগা হৌজিক্তা চা লোনবীবকউবা হাযদুনা ক্লাকতৌনা মাঙ্গোলদগী খোংলকইসিবু।"

মহাক্কী নুপীনা খুন্নকই -

- "হো তাজনিংদবেকো।"

মমা মচাগী মনাক্তা চংশিনলক্তুনা অঙাংবু মনেমদগী নিবদুনা হাযবকই-

- "ইমা ইবুংঙোশি কপতববা ?"

মনেম্মা মশুবু মমাদা পীবগা হাযবকই,

- "কবিগী কপ্লুগনি বাজ কুমাবনবু। কো ইবুংঙো শে নমা মবম ওকপী লাক্লে চুচু খজিক্তং থক্তোক হৌবো নৎত্রবদি থবক অমুক চৎখ্রগনি। চৎলু হাযববসু যাদে নমা লমহেনবীশে।"

অঙাং মমাদ শিন্নবগা ফম্লমবদগী হৌগৎলি অদুগা হায়বকই -

ইহে! নঙগী চাদুবু কযাম ৱাংলিবগে ? শুপ্পগী নাম চায়বো ?"

মনেম্মা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "মমিংকা পল্লুবা য়াবা জাৎ নত্তেকো। কুইবোয় ঈশিং ঙসায়দগী শাহন্দুনা লৈববনি। লাকখিবোইদ্রা হায়দুনা চামানা, চিনি হাপচিন্দবগী ৱানি।"

মকু চিতৰঞ্জন দাস ফাগী তৌবদুনা মাগী নুপী অন্দীদা হায়বমই -

- "হাপচিল্লো পুথোক্লকও কৈদৌবিবগে ? ঐখোয়দি ঙাইদুনা লৈববনি।"

- "অদুম্মা হাযজিলক্লবদি ঈশিং অশাবদু ওইনা হেক পুথোক্লচনিকো।"

- "হোযনে অদুসু যাইনে। চানি খল্লগা থকচিল্লগা লোযবে। নঙগী চা চিনিদি বচাৱাট। চা চিনি কলহৌবে।"

*****

## অনিশুবা পন্দুপ

কুমাবগী মমানা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাকপু য়েংশিনবীনবা কনাসু লৈত্রে। হৌজিক্তি মহাক ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা লৈকায় থুংনা চৎপা হৌবক্লে। মহাকপু নুংশীবিবা কৈবোল লৈকাযগী মকুপ মপাংশিংনা ময়ুমদা চংলকপা মতমদা নোংমা ফাদোক চাক চবা অমা অনি পীজখিবা নত্তনা থৌওইনা শেন্নবীনবা মীওই কনাসু লৈতবে। ফিজোলসু অদু মঙায মাবু নুংশিবীবা মকুপ মপাংশিংনা থোনবীবা নত্তনা মথন্তদি লৈদুনা শেৎপগী ব্রাখল লৈত্রে মহাকপু থেম্বা ফান্নবা কনাসু ঙমদে।

ঙসি প্রকাসকী থোঙ্গালদা লাক্তুনা লেপ্লবে। অদুঙৈগী থৌদোকশিং নীংশিংলকই। থোঙ্গালগী থোংজিন্দা মকোক্লা হন্না হন্না শুবদুনা তেংথাবি।

বানিবালা! ইচল বানিবালা! নহাক্কীদমক্তা ঐহাক্লা কবিসু তৌবা ঙমখিদেকো। খুবা অচৌবী ! পুম্নমক নহাক্লা কাযহনবীবনিকো। মদু যাবোয মবুং ঐ লৈবিঙৈ, থুংনহনগনি নহাক্কী নচানুপাগা ঐগী ইচল শক্লবী বানিবালা।

মন্দীবদা লাযখুবম্বা চৎলুবগী অনিতা অমসুং প্রকাস গাড়ি থৌজিনলকই। খংহৌদনা মতম কুইববগী তুংদা মহাক্কী মকুপ কুমাবনা শেগাযববা ফুবিৎ ফিবোল শেৎলদুনা য়াম্না শোকচিল্লবা শক্তমদা কোম্থোংদা লেপ্লদুনা লৈবম্বা উবকপদা প্রকাস ইঙক ঙক্লমই। অনিতানা খংনিংদুনা মপুবোইবদা হংলকই -

- "কনানো অসিদি ?"

প্রকাসনা ঙাযহাক যেংলগা খুল্লকই -

- "আই! মসিদি মকুপ কুমাবনি মাদি অসিদা কৈদৌবল্লিবা!" গাড়ি থাল্লগা মাগী নুপীদা হায়বকই -

- "গাডীশি নহাক থৌজিনখ্রো ঐ নীপা অসিগা অমুক্তা উন্নবকখিগে।"

অনিতানা চৈশুদু পীবম্লগা গাড়ি থৌজিনখবে। প্রকাস তপ্পা তপ্পা কুমাবগী মনাক্তা চংশিনলকই। অদুগা হংলকই,

- "হলো মকুপ কুমাব ঐবু ব্রাবৌগনুকো । নখোয ইমা লৈখিদবা মতমদো

ঐ খোয় মেডল লৌবা দিল্লিদা চৎখিঙৈ মতমদা থোকখবে। লাকও কৈদৌবিবগে। ঙসিদি ঐখোয়দা হাও হাওতবা চাক চবা অমা চামিন্নথ্রশি।"

ব্রাখল চোইববা কুমাব ব্রা ঙাংদনা মখুৎ কপ্লোক্লগা লৈখবে। মাগী মতৌ অদুদা প্রকাসনা থেল্লদুনা অমুক্তা হায়জবকই -

- "পুম্নমক নহাক্কী মতেংননি ঐগা অনিতাগা থুংনহনখিবা। ঐহাক্কী পুন্সিনা লৈবিবা মখৈ মকুপকী তৌবিমল কৈদৌঙৈদা কাওজবোয়। Please I request ঐহাক য়াম্না লানখবে মহাক্কী মকুপ অমবু কাউথোক্লুনা মতম শাংনা লৈকবে। ঙসিদগী ঐগী যুমদা লৈবশি। অদোমগী অনাবসু য়েংথোকসি ফন্নবা।"

কুমাব মঙক মক হায়বদুনা হৌনা লাওদুনা হায়বকই -

- "কায়ববা থম্মোয ! কনানা তাশিনবা ঙমখিবগে? পাইখ্রবা চেক্লানা তাকপীবমদনা পোশ্নীদুদা কবম্না খোংঙ্গুল লিবক্লনি চেক্লাদুগী, ঐগী

খোংবুবোয়নি হায়দুনা

তমীথববা মমলবা তাইবঙ অসিদা।

হৌনা কপশি কপঙমদা, কন্না কৌশি কৌঙমদা লেঞ্জবা তাবনি মথন্তা মহুমদুদা থব্রায ব্রানা। কাওবীগনু অসিমক্তং মকপ্পা।

নুংশিবা হাযবা অসিমক লৈবমদ্রবা তাইবঙসিদা কাযনবসু লৈবমলোয তাইবঙসিদা ঐদি ওইহন্নিংই পুম্নমক মঙলান! হিংখিগনি ঐ ইচলদুগীদমক্তা খোঙ্গুল লিবা লাকচবিবনি। ঙসি থোঙ্গাল অসিদসু খোঙ্গুলদুমক তাবমদ্রবদি কৈদৌর্কনি মফমসিদা থম্মোয লায়মন ওইনবনি। নীংশিলুবগা অদুঙৈ ব্রাবী কযা হৌখ্রবা ঐগী পুন্সি চেন্না কযা হাংদোকপীবগনু মকপ।

নুংঙায যাইবী মবাং কাযনা লৈবীযু। মবক মবক্তা ঐগী ইচল বানিবালাবুসু নীংশিংবীযু চৎচবগে মকপ। মীগী লমন তোনশিঞ্জবা পামজদে।"

খংহৌদনা ব্রাহৈশিংদু হাযবম্নগা লৈথোক্লুনা চৎখ্রবদা মখোং নমা শোইনাইববা মকপ প্রকাসনা কবম্না তান্নকগনি, য়েংদুনা লৈহৌবা নত্তনা ! মথন্তা শোন্দুনা লৈহৌই -

- "ওহ্ ! মহাক চৎখবে। ঐনা হায়জবা তাবিদনা।"

অব্রাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্বুকবগা কৌবকই -

- "মকপ ঙাইবীখোও।"

তুংহন্না যেংলমদবে কুমাব ! মহাকপু কনাগুম্বনা তান্নবক্লগনি মতাগুম খোংকাপ লাওনা লাওনা কান্দুনা চৎখবে।

## অহুমশুবা পন্দুপ

চিতবঞ্জন দাস অমসুং মহাক্কী নুপী আন্দী চাক তোক্লদুনা মখুৎ হাল্লি। মমৌনুপী বানিবালা মপুবোইবা ঙাযদুনা লৈবিঙৈ মচা হৌবক্তুনা ফমুংদগী পুথোক্লকই অদুগা মহাকপু চাক ইনবিবি।

মপুবোইবা টৌপ্পুদাস ঙসি খুৎশুমন ফংবা নুমিৎ ওইবনা মমান্নবশিংগা মযায কাবা নিশা শিজিন্নদুনা তপ্না তপ্না হাযবং তুবং তৌদুনা থোঙ্গালদগী চঙলকই। কনানা কবি হাযজিনবীবক্লবনো শাউবনা মনা পাইবা যাদনা চঙলকই। মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা লাউবা হৌবকই -

- "ঐগী যুমদা ওক্তবী খোংতেকপী, শোইনাইববী মণিপুবী নিংঙোল থম্লবোয মহাক লৈবদগী ঐহাক যাম্না ৱাববনি। ইপা হনুবা ফাওবা মক তক্লবনি। কবিগী লাক্লীবনো মখোযগী মবি মতা তানখ্রগনি ঐনা ঙসিদি। লুহোংদ্রিঙৈদা অতোপ্পা নুপাশিংগা অবোনবা মবি থনম্লগা নোংমা ঐনা চঙলুবদা লাংদা থুহনখিবা ঙসিদি ঐ লমন খুমগনি। থোক্লকউ কদাযদা চৎখবে, হে মণিপুবি মৈতৈ নিংঙোল অমাংবী।"

মমানা চেম্থোক্লক্তুনা মচাবু খামজিল্লগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নপা লৈ নঙনা হাযবিবা ৱাফম মীগী মচাশিনা তাখ্রগা নুংঙাইবা হৌনদে চৈগে ঙাংগে হাযববসু মানা খংলোযদবা লোন্দা বেঙ্গোলী, হিন্দিদা চৈবা যাদবো ? তুমিন্না চঙলকউ চাক চাথোক্লো নহাক হনলকপা ঙাইদুনা লৈজবিবীনি।"

লাওহৎলদুনা হাযবকই -

- "আ. মৱা লৌদে। মহাক মবুক্তা ৱা থম্বী অউনপোৎ কবিশু উলক্তবীনি। পাবুং ইমাবু ওৎ নৈগে ঐবুনা ফদিগুম্না শুমদুনা চাগে হাযবী নুপীনি। ঐ মহাকপু থাজবা ঙমদবে ইমা। অঙাং অসিসু ঐগী নত্তে অতোপ্পগীনি।"

মমা রাফম অদু কাংথোক্লকপদা শাউবনা হেনখবে তনৌববা কখুৎশাদুনা খংহৌদনা মচাগী মখজায়দা কন্না থাখিবমই অদুগা হায়বকই -

- "টোম্বু ! কবিনো নঙনা যুথি তপ তানা থকচিন্দুনা লাক্লগা নমা নপাগী মমাংদা লৈকায শবা শন্নবা নহাক্কী নুপীবু বদনাম তৌদুনা চৈবদী চৎলু নহাক ঐগী ইচা নত্তে। ঐগী অশেংবা ইচা ওইববদি মমানা হায়বদা ইনগদবনি। চাওখৎতবা খুনুংগী মীনা ঙাংগদৌবা ৱাহৈ খুদিং নঙনা ঐগী ইমাংদা ইমুংদা লৈবিবা নপাবু উশিৎ থৌওইদবা ঙাংবদি চৎলু হৌজিকমক নহাক্কীদমক ঙসিদগী থোংজিন কক্লবনি।"

- "ইমা নচাবু ঙাকপীযু। নচাদি লাঞ্জদবনি। নুমিৎতুদসু মখোযগী মন্দোমচা ফত্তবীদুনা লাং থাক্লগা থুহনখিবনিনে ইমা।"

- "অমুক চিন্থক্তা খুমদুনা মশাগী মবাল কুপশিন্দুনা লাঞ্জদ্রবী ইমৌশিদা মবাল পীশিন্নবা হোৎনবি। কৌবক্কনু ইমা হাযদুনা ঙসিদগী নহাক্কী নমা শিখবে হাযনা খল্লু। থাংজিনলকপা যাবোয খোঙথাং অমা ঐনা লৈই চিংদুনা থল্লীবসিনি। মসি অচম্বা লৈইনি খনগনু লক্ষাগী বাবন চঙবা ঙমখিদবা "লক্ষমন বেখানি" হাযনা খল্লু। মসিগী হেঞ্জিলকপদা ঐবু ফত্তে হাযগনু নহাক্কীদমক লক্ষমন বেখানি। মেবি কশম।"

- "ইমা, নচাবু ঙাকপীযু।"

- "কৌবক্লগনু ইমা হাযবা ৱাহৈ। ঐগী ইচা টোম্বুদি সংসাব অসিদগী শিখবে।"

লৎলবা ৱাহৈদু হাযবম্লগা মমানা লোংনা হাযথবক্লবদা পাখৎতুনা লাওবকই -

- "পাপা ইমা কৈনো তৌখবে। কনা কনা লৈবগে ঐগী ইমা কৈনো অমা তৌখবে অমুক্তা কনবিয়ো।"

বানিবালা মচাগা লোযননা ঈশিং পুবদুনা চেম্থোক্লকই মপা চিতবঞ্জনসু চেম্থোক্লকই অদুগা হংলকই -

- "আন্দী ! আন্দী তাবিববা আন্দী ? কদায় ঈশিং লৱায অসিদা খবা থাবকউ ইবেম্মা।"

মচানুপাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "চৎলু ওক্তো অমত্তা ফাবকউ। পুম্নমকসে নঙনা তৌহনবনি।"

মমৌনা মপুবোসদা অঙাং শিন্নবদুনা হায়বকই,

- "শে ! অঙাংশি পাইবীবম্মু ঐ ওক্তোদু কৌবক্কে।" নহাক্না হাযববদি কনাসু য়াবক্লোয।"

বানিবালানা চেন্দুনা চৎখিবদগী অঙাংদু কপ্পী ব্রা' ব্রা' টোপ্পু মপানা চৈবি মচাদা -

- "হিংচাবা নঙদা শিদ্রিবা কবিগীনো। নহাক থক্কী নবক্তা তাববা ঐগী পুম্নিনি। অমুকসু নমথদুনা পটাল যৌহনগে হায়বিব্রা নুংঙাযবিগনি হৌজিক্তি নমাগী ফিভমশি উবব্রা ? ঙাংখো নচিন্দু পেন্নবা !

থকচিন্দুনা লাকউ মীগী মব্রা লৌদুনা য়ুম কায়নবা হোৎনৌ। পেল্লো হে পাপ্পী মমা মপাবু নবক্তা তাহনবা মচা।

মতমদুদা ওক্তো অমা থৌজিন্দুনা মমৌনা পুশিলকই -

- "পাবুং গাডী লাক্লে।"

- "ইবেম্মা নমাগী মোন অমা পুথোক্লকউ। অঙাংদো ঐ পমগে নমাশে নঙ শেন্নৌ।"

বানিবালানা ওক্তো ড্রাইভবদু কৌশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো মতেং খবা পাংবিয়ু।"

- "অহোয় ইতৈমা।"

- "পাবুং পৈশা অসি পাযশিনবীয়ু।"

- "গাডীদা তপ্পা কাখৎতুনা থাঙ্গৎলগা তোংখৎলি অদুগা হাযবকই -

- "চাক্তু শমুক মথক্তা থাঙ্গৎলম্বনি মখাগীদুনা ঐগীনি।"

- "ইবুংঙো চৎলো খবা থুবো।"

মচানুপাদা ওনশিনলগা হাযবকই -

- "নঙ য়ুমদগী হেন্দোক্লমগনু।"

ওক্তো থৌদুনা চৎখবে। টোপ্পু দাস মথ্বায নুংঙাইতনা মবাযবক্তা খুবাক্না থাদুনা শুমাংদা ফম্লগা লৈহৌই।

- "আ ঐশে কযাদা পঙথ্রবা পঙথ্রবা মীনো লাঞ্জদ্রবী মহাক্না কবি খল্লমগনি।"

*****

# মবিশুবা পন্দুপ

লমডিং হোসপিতাল য়ৌবে। মনেম্বু পুশিন্দুনা লৈবম্বা ডাক্তব অমদা যেংহনলমই। খুদক্তা হিদাক লাংথক লৈকদুনা মনেম মদুগীদমক কন্না হোৎনবমই। লৈবকপা হিদাক অদু লৈবিবা নর্সঅমদা শিন্নদুনা হিদাক লাথক ইঞ্জেকসন অমা কাপ্লগা মশা কনখৎন্নবা ড্রিপ অমা যানশিনলমই।

টোম্বু দাসসু মম্বুমদা লৈহৌবগী মহুত্তা অতোপ্পা ওক্তো অমদা তোংদুনা মমাগী মনাক যৌশিল্লকই। টোম্বু দাস যু ঙাওববসু ঙাওনা মমাগী মনাক্তা তপ্পা চংলক্লমই। মহাক লাকপা উবদা মপানা শাউনা হায়বকই,

- "নহাক ঐগী ইচা নত্তে চংলক্কনু নমাগী ননাক্তা। মতাং অদুদা ব্রাহে অমা পাউখুম ওইনা খুমফম লৈতবনা মিৎলু পিবাং ইবা হৌনা মপান্দা থাদুনা লৈবিবা ফান্দা হন্দোক্তুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবা তাখি।"

মকুনা মমৌদা যেংলগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা অঙাংদু পীবম্লগা চাক্কু চাথোক্লুবোদনা হোটেলদা।"

- "যাগনি পাবুং ইমানা জ্ঞান তাবক্লবা মতমদা কোন্না চাজবগে।"

- "নশাদু যেংবদা ব্রাবে ইবেম্মা ' নচাগী খল্লগা চৎলো চাক চখোম অমতা ওইববসু চাথোক্লুবো নাবক্কীনিকো। ঐ লৈহৌবিবসিদি। ননেম ফবকপা ঙাযদুনা লৈববদি যাববোয।"

মশুদু মপুনা লৌহৌবগা মমৌবু চাক চান্নবা হোটেলদা থাদোকখিবমই। কা মনুংদগী মপান থোক্লকপদা মপুবোইবনা কবিগুম্বা খবা হংনিংই অদুবু মাগী নুপীনা হন্না যেংবীবমদবনা মক লুকথবগা মথব্রায় নুংঙাইতনা ফান্দা মথন্তা ফমদুনা লৈহৌবমই।

মপু চিতবঞ্জন দাসনা মশুবু কপ্তনবা পল্লগা কা মনুং অদুদা কোযনা চৎতুনা লৈবমই। ডাক্তব অমা নর্স অনিনা কা অদু তম্মা লাকপা উবদা টোম্বুদাসনা ফন্নম্বদগী হৌগৎলগা হায়বকই -

- "ডাক্তব সাহেপ! ঐগী ইমাবু কনবীযু পৈশাগীদমক্তা খনবীকগনু।" মহাক্কী ব্রাঙাং, য়ুনম নমথিবা, মনম ফত্তবা নল্লকপনা খুদক্তা কমান্না মচিন খুন্নদুনা হায়বকই -

- "প্লিজ অদোম নিশা শিজিন্নবকপা ওইবমাল্লে মপান্দা লেঙথোকপীশি। অদোমগী ইমা ঐখোযনা অঙম্বা থাক্তা হোৎন্দুনা য়েংশিঞ্জবি। মপান্দা লেঙথোকপিশি ব্রাবৌবীগনু। নিশা হম্বুববা মতমদা অনাবা হঙবা চঙবিবকউ।"

উপায় লৈত্রবা মিৎযেংনা য়েংলম্লগা মক লুকথবদুনা মপান থোক্লকখি। তপ্না তপ্না অমুক হোটেল যৌবকখি। হোটেলদা বানিবালা চাক চাবম্মী। মহাক লাকপা উবকপদা হাওনা চাবম্বা চাক থনগৎখ্রমালে মখা লৌথদুনা চখিদবে। মনাক্তা চংলক্লগনি হাযদুনা খুদক্তা চাবম্বা লেপ্লগা হৌগৎতুনা মখুৎ হামখবে।

টোপ্লু দাসনা মপান্দা থাবা ফাল অদু ফম্লদুনা মহাক্কী নুপী থোক্লকপা ঙাযবমই। বানিবালানা পৈশা পিন্নবা মেনেজবগী মনাক্তা চংশিল্লমই। মতমদুদা টোপ্লু দাসনা মহাক্কী ফুবিৎ খাউদগী লুপা ৫০/- চৎপী অমা পুথোক্তুনা মেনেজবগী মমাংদা থম্লগা হাযবকই -

- "মহাক্কী পৈশা অসিদগী লৌববিো।"

বানিবালানা মেনেজব অদুদা হংলক্লমই -

- "ভাই সাহেপ পৈশা কযা তাববগে ?"

- "ঙা যাওবিবা ?"

- "ঙা যাওজদে মেবা মেসনি সবজি অদুগা অতৈ অচম্বা খবা খক্তনি।"

- "ও ! অদুদি লুপা ২০ দং থাদবীবকউ।"

- "অসিদা লৈজবে লুপা ২০ লৌশিনবীযু।"

টোপ্লু দাসকী লুপা ৫০ চৎপী মেনেজবগী মমাংদা মহাক্লা থাদখিবদগী মচি লেংদনা তাদুনা লৈহৌই। বানিবালা মপুবোইবদা হন্না যেংলম্বা তৌদনা চৎখি। টোপ্লু দাস কবিসু হাযহৌবা মেনেজব মমাংদুদা নংহৌদে শঙখংদবা অমগুম্না লেপুনা মহাক্লা চৎখিবা মাযগৈদা ওন্দুনা যেংদুনা লৈহৌই। মতমদুদা হোটেল মেনেজবনা পৈশাদু টোপ্লুদাসকী মমাংদা ইম্মোক্তুনা থম্লগা হাযবকই-

- "হল্লো ভাই সাহেপ পৈশাসি অদোমগী ওইবমাল্লে লৌশিনবীযু।"

মথন্তা থম্মোযদা চাকচবকই, নিঙল্লক্তে পূক্লীং অদুবু হৌজিক্তি কবি উপায লৈবি। মসিনি শিকাবিনা মখুৎ চল্লবা চেক্লা অমা মহাক্লা চেকশিনহৌদবদগী নাম্বোক্তুনা পাইথ্রবদা উপায় লৈতনা যেংদুনা লৈহৌবগুম্মা য়েংদুনা লৈহৌবা তাখিবা।

পোৎ চৈ কায়খিবদা মদুবু শেমজিনবা হৈবা মিষ্টি কনাগুম্বনা ফজনা অমুক শেমজিনবা ঙমই। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী পূক্লীংদা কবিগুম্বা ৱাফম খবদগী চৈথেং অমা পীদুনা কায়হনখিবা তাববদি ফিভমদা হান্নগীগুম ফিভমদা হনজিনহলকপা অবাযবা ওইদে হাযবদুমক টোম্বু দাসকী মফমদা থোক্লে। খবা খৌদক্তি শোইদনা লৈবগনি পুন্সি চুপ্পা।

বানিবালা হোসপিতালদা হঞ্জিলক্তুনা মকু চিতবঞ্জন দাসতগী মচানুপাবু লৌবদুনা মনেমগী মনাক্তা ফমখি।

টোম্বু দাস তপ্পা তপ্পা হোটেলদগী থোক্তুনা হুইসকি / বমগী দুকান মনাক্তা যৌবকখিবমই। মহাক্লা ফুবিৎ খাউদগী হুইসকি ক্লাটব অমা লৌবমই। মদুগী মমল লুপা ৪৫ নি। দুকান্দাবনা লুপা ৫ চৎপী অহনবা অমা মঙোন্দা হন্দোকলমই। লুপা ৫ দুমক পুবদুনা গল্লিগী হোটেল অমদা চঙশিন্দুনা ফল্লমই। লুপা ৫ গী চনা লৌবগা হুইসকি ক্লাটব অদুমা তপ্পা তপ্পা অশাউবগী মৈবিলক্তা থাংগৎ থাংগৎতুনা হৌখ্রবা থৌদোকশিং নিংশিং নীংশিংদুনা লোইনা থকচিনলমই।

খন্থুক্কবদা অচাকপা মৈবিলক্তা ঘী হৈথক্কবগুম থোকখিবমই। মথং মথং মথং নুংশাগী মৈশাদি জগ লাওনা হেঙ্গৎলকপা মতম ওইখিবনা নিশানা থুমহৎখ্রে ৱাখল খন্থুবা ঙমশিনলকখিদবে। মচিন্দা মুকম মুকম নীংশিংলকপা পেন্দবা ৱাহৈশিং অঙাওবগুম্মা শোন্দুনা হোসপিতাল যৌননবা ৱাখলদা অমুক লাক্লমই।

- "ঐবু ইমানা ইম্বোকপীববা কো ! লোযননা পাবুংনসু অদুগা ঐগী নুপীনসু। অদুদি ঐ হৌজিক হিংলুবগী কবি কান্নবিবগে ? কবিগীনো ঐগী ইমা অপোকপীনা মমৌ মফম মবাং খংদবী মণিপুবী নিংঙোল অসিবু অশুক লুনা তৌবিবনো।"

ৱাখল ফুম্বংনা অশুম খন্দুনা লাক্লিঙৈ খঙহৌদনা তুংদগী লাকপা গাডী ভান অমগা ওক্তো অমগা থৈনবদা হেঞ্জিনলক্তুনা টোম্বুদাসকী মথবাক্তা

থোমদুনা খুদক্তা লোংনা কোইলাস মথক্তা হাযথবমই। হোসপিতালগী গেট মনাক মক্তদা থৌদোক অসিমক থোকখিবনা থোঙ্গালদা লৈবম্বা মীওইশিংনা অশোকপা টোম্বুদাসপু স্টেচবদা হাপ্তুনা পুশিল্লকই। মীয়ামগী চবাংনবা খোঞ্জেল অদু তাবদা চিতবঞ্জন দাস থোংনাউদগী মপানা যেংথোক্লকই। অশোকপা মীওই অদু মচানুপা টোম্বুদাসনি হায়বা খংলকখি। ফত্রবসু মপা ওইবনা মচাবু নুংশিদবা ঙন্নক্তে। মহাক্তা পাখৎনা কপ্লদুনা মমৌনুপী বানিবালাদা হায়বকই-

- "ইবেম্মা নহাক ননেমগী মনাক্তা লেংদনা লৈবম্মুকো। ঐ মপান্দা নপুবোইবা মানবা অশোকপা নুপা অমা ময়াম চংদুনা পুশিনলক্লিবশি অশেংবা অমুক্তা খংদোক্লুগে।"

ৱাহৈ অদু হায়বল্লগা মপান্দা বামগী মমিং শোল্লদুনা চেপ্থোকখিবমই। বাম ! বাম ! ঐগী ইচা ওইবীবমদ্রবদি ফগ্রগনিদকো। হা কৃষ্ণ দযা কবো হে প্রভু অৱাবা তাবিঙৈদা অৱাবা মথং অমুক হাপচিনবিবকখিগনুকো প্রভু !

বানিবালাসু ৱাফম অদুদা চিংনবদুনা মচা পম্লগা থোংনাওদা য়েংথোকখিবদদি অশোকপদু কেজুযেলতি কাদা পুশিনখিবনা উবা ফংহৌদবে। মীযাম্না ফাববা মাবু থেংজিনলম্বা গাডী অদু খাম্বদি উবমই। পুলিসনা শোকফম অদুদা ফোটো লৌদুনা ইনকাবি তৌবি। ঈতনা সবক অদুদা ইচায চাযদুনা লৈবিবদু উবমই। মদু উক্তবদা পুক্লীংদা খঙহৌদনা অকি তুজুংবা ফাউবকখিবম্মী।

অশোকপা মীওই অদুবু ডাক্তব মযাম্না চংদুনা যেংশিনলিঙৈ চিতবঞ্জন দাসনা মীবক খাযদুনা চংশিনলগা মনাক যৌশিলকখি। মকোক্তা শোকখিবনা মশক্তী লাকশিনবা ঙমখিদবে। ঙসায মনাক্তা লাক্লম্বা মচাগী ফিভম অদুমক্লি। ফিজোল অদুমক্লি। ঈতনা লুপ্লবা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও । পুলিস ওফিসাব অমনা অহন অদুদা হংলকই -

- "অদোম শোক্লীবা মীওই অসিগী কনা ওইবীববনো ?"

চিতবঞ্জন দাসনা কপ্লা কপ্লা মপি তৈথোক্লগা খুম্লকই -

- "মহাক ঐগী ইচানি।"

- "ও ! অদুদি অদোমগী মিং অমুক্তা তাকপীশি।"

- "ঐগী ইমিং চিতবঞ্জন দাস কৌজৈ।"

- "অশোকপ' ইচা অসিগী মমিংনা কবি কৌবগে ?"

- "টেম্পু দাস।"
- "লৈফমা কদায়দগী ওইবীববনো ?"
- "হাথিখালি নম্বব অমদগীনি।"
- "মহাক্কী চহিদি কযামুক শুগ্রবগে ?"
- "নুপী অঙাং থীবিববা ?"
- "অহোয় মচা অমা লৈবে।"
- "নুপীগী মমিংনা কবি কৌবিবগে ?"
- "বানিবালা।"
- "মচাগী মমিংদি ?"
- "সঞ্জোয় দাস।"
- "অদোম ঙাযহাক্তং মপান্দা লেংথোকপীয়ু। দবকাব লৈবক্লবা মতমদা কৌশিঞ্জবক্কে। পুলিস কন্সতেবল অমনা গাডী ড্রাইভব অদুবু মখুৎতা যোৎলিনা পুল্লদুনা মকোক থোংবা ওফিসাবগী মনাক্তা পুশিনলমই অদুগা হাযবকই।
- "সাব মীশক অসিনি।"
- শাওনা হাযবকই- "ব্লদি ফুল' নঙনা কবিগীনো নহাক্কী গাডীনা মী থেংজিলম্লগা নাথৈদুনা থৌবগা চৎখ্রিবদি, সাল্লা বদমাস!"

খুপাক্লা অমুক অনিবক থাজিলম্মী। মদুদা ড্রাইভবনা মখুৎ লোন্নবদুনা কপ্লগা হাযবকই -

- "সাহেপ ঐদি সাইদ চুম্লা থৌজবনি অদুবু নুপা অসিনা কাতোক কাবল তৌদুনা চংশিনলকপদগী থোমখিবনি।"
- "অদু ওইববদি নঙনা কবিগীদমক্তা খাল্লমদনা থৌখ্রিবনো মদুনা তাকপদি নহাক্লা সাইদ লানবনি। তাঞ্জা ফংলগনা নাম্বোক্তুনা চেনখিগে তৌবনি। নত্তবা? খুম্মুনে নচিন্দু।"
- "সাব গাডী স্পিদতা লাকপনা খামফমগা নাতৈ চাদবা অদুদা হেন্দোকখিবনি ঐ নাম্বোক্তুনা অশোকপবু হুন্দোক্তুনা চেনখিগে খঞ্জদে।"
- "অদু অদা খংদে, ওফিসতা যৌকদবা যাবোয মসিদা ফল্লীবা অহল অসি অশোকপগী মপানি। অশোকপগী কন্দিসন হৌজিক ডাক্তবনা হাযবক্লগনি অচংবা পৈশা পুম্লমক নহাক্লা পুথোক্লদবনি।"

- "পুথোকচগে সাব।"

মতমদুদা ডাক্তব মপান্দা থোক্লকই। পুলিস মকোক থোংবা অদুগা ব্রাতানৈ।

- "সোবি সাব, হি ইজ ডেদ।"

- "ওহ্! মাই গোদ!"

ব্রাফম অদুদা খংনিংদুনা মপা চিতবঞ্জন দাসনা হংজবকই -

- "কবি হাযবা ডাক্তব ?"

- "পাবুং উপায লৈতে।"

- "হে বাম! কবিনো ঐনা ঙসি উবিবসিবু ? ডাক্তব সাহেব অমুক্তা হোৎনবীযু। ঐগীদি ইচানুপা মহাক মথন্তনি। অচঙবা পৈশা যুমকৈ ইখ্বোলনচিংবা যোল্লবসু পুথোক্লবা হোৎনজগে।"

- "পাবুং, ডাক্তব হাযবসি ঈশ্বব নত্তে। ঐখোযসু অঙম্বা হোৎনজবনি অদুবু মকোক্কী শকক্তা থোপ য়ৌনা শোকখিবনা উপায লৈতবনি। সোবি পাবুং! নচা ঐখোযবু ঙাকপীগনি।"

চিতবঞ্জন দাস মচাবু যেংলগা কাযববা থম্মোযবু মখুৎনা মেন, তেংথাবি - "আ. ইবুংঙো অশোমদনা নমানা কৌবা ঙাংবা খুমদনা লৈহৌবি অদুগা নঙনা শোল্লবা নপা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রবকো ও! ঐগী ইবাযবকশে ইথোক্লা থিনা তল্লকইদকো। পীক্লিবা নচা অসিবু কনাদা শিন্নবম্বগেনে ইবুংঙো পেনখিদবেদা হে নোংদম্বা বিধাতা!"

অশোমদা ডাক্তবগা পুলিস মকোক অদুগা ব্রাবী শান্নবি।

- "সাব ডেদট বোদি অসি কমদৌনি।"

- "কমদৌনি। অদোম্মা পোষ্ট মোর্টেমগী বিপোর্ট অমতং ইবিবো অদুগা মখা তাবা ইনকাবিদি ঐখোয হোৎনবগে অদুগা অশোকপা অসিসু মখোয় মযুম ফাওবা থিন্দোকপীকবা তাবে।"

- "ওকে সাব। কা অশোমদা অমুক্তা লেঙশিনবীবকউ। ফিঙৌনা কুপ্পুনা পোষ্ট মোর্টেম তৌফম কাদা নর্সশিংনা ইন্দুনা পুশিনখবে।"

চিতবঞ্জন্না থব্রায যাওদ্রবা মচাগী হকচাংবু ফমুং মথক্তা ইল্লগা পুশিনখিবা মাযকৈদা থম্মোয কাবযনা যেংদুনা লৈহৌই।

মতমদুদা মমৌনুপী মচা পন্নদুনা মনেমগী পাউ তম্নবা মকু মনাক্তা চেলকই অদুবু মকুদি মক লুকথদুনা ফক্লাংদা ঙাবদুনা কপ্লগা লৈবম্বদা খঙহৌদনা তুজুংবা ফাওবকখি। তপ্লা চঙশিন্দুনা হংলকই -

- "পাবুং অশোকপদু কনা ওইবিবন্নবগে ?"

ইপা পাখৎনা মমৌদা য়েংলগা মপি তৈথোকই অদুগা নাথৈদুনা হংলকই-

- "নমা কমদৌহৌই। কবিগী লাক্লিবনো অসিদা ?"

- "পাবুং ইমানা অদোম্বু কৌবিবকউ হায়বদগী লাকচবনি।"

- "আ. আন্দী লৈবমখোকো নহাক্কী নচাগী মতুং ইনখিবা যাবোয় নশু পীক্লিকো। মমৌগী মমাং থাদুনা চেল্লদুনা মহাক্কী নুপীগী মনাক্তা লাকই।"

- বানিবালানা মমাদা হাযবকই- "ইমা পাবুং লাক্লে।"

ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবিবী মমানা মহাক্কী মপুবোইবদা মুন্না য়েংলগা হংলকই-

- "ইবুংঙোদি লাকপবা ?"

পাউখুম পীফম খঙদবে হৌজিক্তি চিতরঞ্জন দাস ! সমুদ্রগী ইবোন্নুংদগীসু হেন্না লুখবে খুমফম খংদবে। মীৎলুদগী পিবাং ঈবা হৌনা চেম্বুবক্তুনা মহাক্কী নুপীদা য়েংলগা হাযবকই -

- "লাক্লম্বতনি অদুবু ঐনা শাউনিংবনা হেনমনখিবনা চঙহনখিদবনি।"

যাম্না তপ্লা মপুবোইবদা য়েংলগা হাযজবকই -

- "অদুদি কৌশিনবীবক্লোদনা। নচাদো নিশাসু হল্লম্বা যাবে।"

ব্রাহং অদুগী পাউখুম পীবা ঙমদবনা মমিৎতগী মপি ইবাহৌনা চেম্বুবকপা উবগা মহাক্কী নুপীনা চিংনবদুনা খঙনিংবনা লাংতক্লা হংলকই -

- "ঐসু নীংঙল্লক্তবে। কবিগী ঐনা ইচাগী তনৌববা মখজাযদা খুপাক্লা থাখিবা অমুক্তা কৌশিনবীবকউ কৈদৌবগে ঙাকপীবশি ইচাবু। কবম্বা ফত্তবা মমান্নবশিংনা কবি কবি চিবোল তৌশিনবদগী ঐগী ইচাগী পুক্লীং ওলহনখিবনি। তাকপী তম্বীবগা মাগী নিশানা হাম্ভববা মতমদা জ্ঞান তাজবক্কনি।"

- মমৌ বানিবালাদা অমুক ওনশিনলক্তুনা হাযবকই "ইবেম্মা ননেমগী নাক্তা চংশিনলকউ। যেংউ মীওইবা হায়বশে লৈমিন্নববদি নোংমা ফাদোকসু

পেন্দবা যাওনবক্তুনা খৎনবনি। নহাকসু খংলিবদুনি থা ১১।১২ শুজিনলক্লবা মতমশি কবিশু হাযনদনা নুংশিনা লৈমিন্নবক্লগা ঙসি ফত্তবা মমান্নবা খবানা হু কামশিনলক্তুনা ঙাংখি চৈখিবনি। মবুক লোম্বা মীওই নত্তেকো ঐগী ইচাদো কনাগুম্বগী থৌইনশিন্না হাযখিবা ঙাক্তনি। চৎলো ইবেম্মা হৌজিক্তি নিশাসু হলম্নগনি। মমা মপা কিদুনা মপান্দা শোযদনা লৈবমগনি। কৌশিনবীবকউ নপুবোইবদু।"

মনেমগী য়াথং ফংলবদা বানিবালা মকুদা মুন্না য়েংলকই। মকুনা খুম্ফম খংদনা মঙক্তা য়াম্লকপা খুদৈ অদুনা মিৎলুদগী হৌবকপা পিবাং অদু তৈথোকপা উবগা ব্রাহং অদু হংলমদনা মচানুপা পম্নগা কা অদুদগী মপানলোমদা থোকখিবমই। মতমদুদা মকুনা পুক্লীংগী ব্রাদি ফোংঙমদনা মখুৎ তিংথোক্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঙাযখো। নহাক্লা চৎলিবদু কান্নববোয়।

মতমদুদা পুলিসকী মীওইশিং চংলকই।" অদুগা হংলকই -

- "অদোম চিতবঞ্জন দাস ! অনাবা অসিসু অদোমগী।"

- "অহোয় মানি। কবি তাকপীগদবা ?"

- "সোবি ! মপান্দা অমুক্তা থোকপীবকপা তাবে।"

- "অহোয।"

মপান্দা থোক্তুনা ব্রাবী শান্নে। বানিবালা চঙশিন্দুনা মনেমগী মনাক্তা ফমই। পুলিস ওফিসাবনা হংলকই -

- "ঐখোয পোষ্ট মোর্টেমগী বিপোর্টসু ফংলবনিনা অদোমগী ইচাগী ডেদ বোদি অসি কবম তৌবিগে হাযবনো ? ঐখোয থিঞ্জবম্মু হাযববা ?"

খুমফম খংদ্রবা ফুম্বংনববা ব্রাখলনি চিতবঞ্জন দাস কবি হায়দুনা পাউখুম পীবসিগে। পাউখুমফম খংদ্রদুনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈবমই। মতমদুদা মনেম আন্দী দাসনা মমৌ নুপীদা হংলকই -

- "ইবেম্মা কবিগীনো পুলিস লাক্লীবশে নহাক খংববা ?"

খুমফম খংদ্রবা মমৌ বানিবালা মনেমদা য়েংলগা মঙক হায়বদুনা ঈঙ্গিৎ পীবকই -

- "ঐগীক খংজদে ইমা।"

মকুনা মমৌনুপীবু মখুৎ খৎলদুনা কৌথোক্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নও নমাগা লৈবম্মুকো শে লুপা ৫০০ অসি দবকাব ওইবক্লবা মতমদা হিদাক লাংথক লৈননবা ওইনৌ। ঐ থেংলবসু ঙল্লবসু শোয়দনা লাকখিগনি। চৎলে কো ইবেম্মা।"

- "অহোয় পাবুং।"

চিতবঞ্জন পুলিসশিংগা লোয়ননা চৎমিল্লখবে। মমৌনুপী বানিবালা মকুনা চৎখিবা মায়কৈ য়েংদুনা লৈহৌই।

মনেম্মা মহাকপু কৌশিন্দুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নপুবোইবদুবু মপান্দা লৈবকা উববা য়েংউ। লৈববদি খবা কৌশিনলকউনে। নহাক্কী নতেং ওইন্নবা। ঐসু শাউনিংবগী মচিন্না থীবনিনা হাযবোয়দবা ব্রাহে কযা হায়দুনা চৈবগা ইম্থোকপ্রে। হৌজিক্তি মহাকসু নিশা শোয়দনা হম্বুবল্লগনি।"

বানিবালা মনেমগী ব্রাফমদুদা খুমফম খংদনা থোংনাউ লোমদা ওম্থোক্লদুনা লৈবমই। থোংনাওদগী পুলিসকী গাড়ীদা অশিবা হকচাং অমা হাপচিনখিবা উবমই। মতুংদনা মকু চিতবঞ্জন্না কপ্লদুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা ইন্নদুনা গাডিগী মনিংদা তোংখৎখিবা উবমই। মতৌ অদু উবদা অশেংবা খংনিংদুনা লাংতক্লববা বানিবালা মনেমদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইমা ঐ মপান অমুক্তা থোকউখিগেকো।"

- "কুইবক্কনু নমামচা।"

- "অহোয ইমা, কুইবক্লোয হাযবল্লগা কাদগী থোলক্তুনা মপান যৌবকপদদি গাডি থৌখিবল্লে।" মযাম্মা নুংঙায়তনা শোন্নহৌবদি তাবকই -

- "হে বাম ! অঙকপা এক্সিডেন্ট! হোসপিতাল মমাং অসিমক্তদা নিশা শিজিন্নবদগী থোকপনি। হৌজিক্তি মহাক মাংজবে। মহাক শিখিবদি লাযবদুনা লৈহৌবিবা মপা মমা কনাদা তেংথাকগনি। হৌজিক্তি ড্রাইভবনা পৈশা খবা মতেং পাংলকপদু লৌবা নত্তনা সাইড লানবনিনা উপায লৈতে। কেস তৌকব্বসু ঙমলোয চেনবীন্নবা লৈতবনা।"

বানিবালা মীযামগী মবক্তুদা কুইনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমশিনলক্তবে। মপি ইবা হৌবদুনা তপ্না তপ্না মনেমগী মনাক্তা হলকখিবমই।

মহাক্কা হঞ্জিলকপদা নর্স অমা হিদাক পিজদুনা অনাবগী ফিভম যেংশিন্দুনা লৈবমই। বানিবালা চংলকপা উবদা নর্সনা হাযবকই -

- "অদোম অনাবা অসিগী ইমুংগী মীওই নত্তববা ?"

মপি তৈথোক্লগা খুম্লকই -

- "অহোয় মানি।"

- "য়াবগদি অনাবা অসি মথন্তা থাদোক্তুনা থম্বীগনু। অব্রা অনাগী মবমদা ৱাবী অতৈশু শাবিদবা ফৈ। মহাক্কী বি পি যাম্না ৱাংই।"

- "অহোয মেদাম।"

- "হৌজিক্কীদি ঐনা হিদাক পীজদুনা পোথাহঞ্জবম্লবনি।"

- "ওকে মেদাম, থেঙ্ক যুম।"

- "ওকে।"

নর্স কাদগী মপান্দা থোকখবে। বানিবালা পীক্লবা মচাবু মথাদা চেৎনা কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা লৈহৌই। মথন্তা হংজবি, ফববসু ফত্রবসু নুপী ওইবী ঐখোযগীদি ইপুবোইবা অমা লৈবা হাযবসি ফত্তবা মীওই কযাদগী উকল ওইদুনা পৃক্লীং লৈতানা হিংবা ফংজৈ। উকল অদুনা লৈত্রবদা অহাংবা অতিযানি। কনানা ঐহাকপু উশিংপীগনি সংসাব অসিদা!

পীক্লিবা ইচা অসিনা কনানা চাউনবা যোকপীগনি। শোইনাইববা ঐগী পুন্সি লম্বীদা অৱাবগী মথংদা অৱাবা ঙসিসু লাক্লি লেপ্পা লৈতনা অমগী মথংদা অমা !

কনানা যেংশিনবীগনি ঐগী ইমুং অশোনবা ইকু ইনেম পীক্লীবা ইচা অসিগা ! ইবাক্লবে ঐহাক হৌজিক্তি অৱাবগী পাক্লবা সাগবগী ইযাই অসিদা। পীক্লবা হিনাউ অসি তোংদুনা কবম্লা লানগনি।

*****

## মঙাশুবা পন্দুপ

ঈংলবা শবতকী থাবলনি পোত্থাবি উপাল ৱাপাল খুদিংমক তুমিন তুমিন লেপ্তুনা, অদুবু শান্নবি অহিংগী পোম্বী চেক্লা কয়াদি হাংলবা মালংদা মনিং তম্না পাইদুনা।

খুৎশেমগী ফজবা য়াওদনা মনিংতম্না ফজবদি মণিপুবনি মালেম অসিদা। শেমগৎ শাগৎপগী মহুৎতা মাংহনবীবতনা ইমাগী শক্তম কাযববী মণিপুবনি লোযবী চিংলোন মাপলনা লাইববী ইমাগী চবৈ নমথাং ওইদুনা নীংথিজববী ইমাগী শক্তমদা থোইনা হেন্না নৈতেং ওইবিবীনি। লুববা লোক্তাক্কী লাইজনা পলেমগী ঙকশমদা তাংলবা মুক্তাগুম মনিং তম্না থাবলগী মঙালদা অশেংবা অইংবা মঙাল অমা তোপ তোপ্না পীবি অউবশিংদা।

“মীববা তাম্নাগী নুংশিববা খোঞ্জেলনা ইমাগী মিংথৈ শোন্দুনা তেংথাবি তাম তাম, তাউ তাউ নুংশিববা মরুপখোয় !

কবিগী খংবিদ্রি ইমাগী পুক্নীং ঙসি ফাওবদা তাববসু তাশিন্নদনা লৈখ্রবা পাবি ইমোম নুংশিববা তাউ তাউ!

মাংহন তাকহনবগী ৱাখল থাদোক্তুনা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা তম্মু তাউ তাউ পাবি ইমোম অথৌবশা !

নিংঙায চাউবা অঙাংনবু মশা মউ ফববা ? অখাং কনবা তম্মু নথৌনা নবিংজেন উথোক্লম্মু মালেম অসিদা ! তাউ তাউ। নুংশিববা মরুপখোয !

লিবি হুম্বা মালংবা লোইবী চীংলোন ৱাংমা লান খোংদোযবক্লে তপ্না নাশোন পীক্লা লিবি লিবি হুমদুনা।

অঙকপনি নুংশিবগী ঈচেল। কদাযদগী হৌবক্লগা কদোমদা লোযশিনখিবা মফম খংহৌদে। কৎথোকপা পাম্মুদে থৱায নুংশিবা মহাক্কীদমক! কাউথোকপা ঙমই নুংশিববা পলেম পস্থৌ নুংশিববা মবুং মৌপ্পা, মচে মচল পুম্নমকপু। মশিবা তাইবঙ মীওইবগী হৌনা লিচৎ কদাযদা চৎখ্রবগে নহাক্কী খন্থবা ঙম্বগী শক্তি তাইবঙ মপুনা পীন্নবীবকপা।

থুংনবগনা হবাওবা

কায়নবগনা পিবাং

অৱা- নুংঙাই পুক্নিগী

তেল্লবা মতম ঈচেলদা

অনিতা মীবোলখিবা মতুংদগী মপুবোইববু নুংশিবগী চাং শরুক ৯০%
হেঞ্জিনলকখি। মনক্তা ফমদুনা মপুবোইবগী শক্তমতবু পেন্না য়েংজবা
পামজবকখি।

তানফম অসি নুপী ওইবিগীদি য়াম্না খুদোং থিনিংঙায় অমসুং চেকশিন্না
লৈনিংঙাই মতম্নি। থা শুজিল্লকপগী মতিক অৱাবা অশুম অশুম হেঞ্জিলকখি।
অহিং কয়া অৱাবা খাংবা তাখি। মীনুংশি খঙবা মপুবোইবনা নুংঙাযবা ৱাবী
কয়া লিবীদুনা তাহল্লি।

যুমগী অহল লমন অঙাংশিং নুংঙায়না তুমথৱবা মতমনি। প্রকাস অমসুং
অনিতা ঙায়হাক তুমখক্তবগা পোত্থাফম খংদ্রদুনা মপান্দা থোক্লকই। মাঙ্গোলদা
লৈবম্বা চৌক্রি অনি শুমাংদা পুথোক্লদুনা নিংথিববা ইপোমদা পুক্রীং মকা
লাম্না ফমই। পুর্নিমা মতুং নিনি কোনবা নুমিৎ ওইবনা থাজসু খবা থেংনা
থোক্লকই। উপাল বাপান লবুক লম্মাংদা থাবলগী মঙালনা অযেংবা মীওইশিংগী
পুক্রীংদা লাংতক্লহল্লি। মুম্থববা ম্না মচুগী ফৌ চবোং চবোং কযানা যাম্থদুনা
পাল্লি। লৌবক্তা লাইজ ঈচেলনা ট্রোং ট্রোং হাযদুনা চেন্থবি। লোৎফম লৈফম
লৈশিনলক্লবা লেমলৈ ঙাশিংনা অপাকপা অযাম্বা লাইজ লৈবমগদবা থিদুনা
কুমথবক্লী খবানা, খবনা কাখৎলক্লি।

তাঞ্জা অসিতবু ঙাযদুনা লৈবিবা ঙামীশিংনা লু লাং তাইজেপনচিংবা
থাক্তুনা পঙজববা ঙাশিংবু ফাবমই।

লবুক লম্মাংদা লৌশঙদা লেক্লদুনা হবাও নুংঙাযবগী ঈশৈ শক্তুনা অহিং
লেক্লবি। লেমলৈ ঙ ফান্নবগীদমক্তা তুমিৎ কাং, তিনফা কাকফৈ চিকপা খংদে।

নুংশিববা ঈশৈ কযা মালংগী তাম্থাদা শক্লি নীংবা কাযববা কনাগুম্বা
অমনা তাবীনবা লৈত্রবা মহাক্কী পুক্রীংগী অপাম্বদি থুংননবা। তুমিন্না ফমদুনা
লৈবম্বদগী অনিতা হৌগৎদুনা হংলকই -

- "অশুম তুমিন্না ফম্নগদবগী শকক থাবলগী ঈপোমশিদা আশ্বায ফাওবা থোল্লুশি তনববা?"

- "কবিগী তনগনি ঐগী থৱায়গী মবেম্মনা নুংশিনা হায়জবকপা ৱাফম্নু হিক্তোকপা য়াববা?"

- "কবিগীনো খংদে হন্দক মবকশে নহাক্লা থবক অতে চৎথোকখিবা কাশে নতুং ইন্দুনা চৎনিংই নহাক্তি তৌববা ?"

প্রকাসনা হৌনা নোক্লগা খুন্নকই -

- ঐসু নহাকপু পুদুনা চৎনিংঙিবনি অদুবু সমাজগী মীৎয়েংদা খজিক্তং ফজবোযদবা লোযননা ইযাম্বা, ইতৈমা, পাবুংগী মমাংদা ইকাযজবনা তৌদবনি। হৌজিক্তি নহাক্লী ফজবসু শকক চাম্মা হেনগৎলে অদুনা ঐদি মুসলিমগী চৎনবী বেগাম সাহিবাশিংনা কালেনগী নুংশা ওইজববসু মমায়দা মায়খন হাপ্পুনা যুমদগী মপান হেক থোকপদা মশক লোৎপদো অদুগুম্না তৌহন্নিংলবনি।

প্রকাসকী ৱাফমদুদা অনিতানা নোক্লুবগা খুন্নকই -

- "ফজবনি ঐনা অদুগুম্বা ফিজোল কা শেৎলবদি"।

- "ফিজোলগী ৱা নত্তে নশক্তো মীয়ামদা উহনজনিংদবগী ৱানি। লৈশাবিঙৈদি মযামগীনি লুহোংলবা মতুংদগীদি ঐহাক্তগীনি। অদুগা মমাগী ফমথোনসু কাবক্কদৌববা খঙলববা।" প্রকাসনা ৱাফম অদু হায়দুনা ঙাথবদুনা চৎমিন্নে। অমুকসু মমিং কৌবকই "অনিতা !"

- "হুম !" অনিতানা খুন্নকই।

- "ঐগী নুংশি খুদোলশে?"

- "উম!"

- "নুপা ওইববদি কবি মমিং কৌশিগে ?"

- "খঙদে। অদোম্না খনবীবা লৈববদি অদুম থোনবীযু।"

- "ঐনা সুম খনবদা মপা মমাগী মমিং খজিক্তং লৌবগা প্রতাপ সিংহ কৌনিংই।

- "নুপী ওইবক্লবদি কমদৌবা"?

- "নুপী ওইবগা মমাগী মমিং খবা লৌবগা অনুবাধা ? যাববো ঐনা থোনবা মমিংশিং অসি নহাক্লা খঞ্জবা লৈবগসু হাযবকউ তাশি।"

- "ঐদি অদুগী মবমদকা খঞ্জিল্লুদে। পোখাফম খংদে পূক্লীংসু হন্দক মবক্তী চবাংনৈ।"

- "চবাংনগনু পূক্লীং ঐ লৈবিসিদি"।

- "খংদে তামো! কবিগুমবা মতমদা পুক্লীংশে অশুম পীকশিনলকই হিংগদৌবা মানশিল্লক্তে"।

ব্রাহৈদু অদু তাবদা প্রকাসনা মপুক্লিং ব্রাখল চাউথোক্লবা অনিতাবু থমজিনলদুনা হায়বকই,

- "হায়হৈদে অনিতা ! ব্রাখল চাউথোকপা তম্মু। হয়েং চেকপসু চংথোকউসি লাষ্ট ওইনা ওকে।"

- "ঐদি চেকপকা চংনিংদবেদা পোখাদুনা লৈনিংই"।

- "উম অদু য়াদে। হযেং নঙোন্দা অব্রাবা ওইগনি।"

- "য়াবে অমুক হল্লশি।"

- "অনিতা"।

- "হুম।"

- " ঐগী ব্রাখলদা অহানবশি ইচানুপা ওইহন্নিংই মবমদি মপাগী মতেং ওইনবা মথংদা মচল মথংদা মৌপ্পা অদুদগী স্তোপ।"

- "খংদবে নঙনা মোন্দ্রংদা শানন্নদুনা লৈবে ঐনা ব্রাবিবসিদি খঙবিদে।"

- "ব্রাদদি কবিনো নুপী ওইবীগী লুববা তানফম হাযববু মতাং অসিনি। নঙ ঐনা মতাং অসিদা কবি খংবগে খবা শিকপী নানবিবা নত্তনা।"

- "যাবে লেপ্লিবো ঙাযহাক্তং ফমখিশি। থাবলগী ফজববা ঈথক ঈপোমশি অমুক্তা পেন্না য়েংখিশি।"

- "শে খুদৈ অসিদা ফম্মু।"

অনিতা মপুবোইনা ঙাক্লৌ ওইদুনা মপুবোইবনা কম্থোক্লুনা থাবিবা অকংবা পক্কা লম্বী মথক্তা ফমই। প্রকাসসু তপ্না ফমদুনা থাবলগী ফজববা ঈথক ঈপোমশিং পেন্না তুমিন্না যেংলি।

ঙাযহাক তুমিন্না ফম্লববা মতুংদা অনিতানা ওনশিন্দুনা হায়বকই,

- "তুমনিংলববা নঙবো ? অদু ওইবগা পোখানবা চঙলসি।"

- "তুমনিংদে ফমখিশি ঙায়হাক্তং। মখুত্তু পীবকউ অসিদা থম্মু অদুগা যেংঙু। মখোংলা মখুৎলা কবিনো অসিবু পংলেংদা লেংঙকই।"

প্রকাসনা মখুৎনা পাইদুনা যেংবদা লেংঙক্লমই। হৌনা নোক্লদুনা অনিতাদা হাযবকই -

- "ব্রা বেতা ! ব্রা ! ইচাদি নমাগী পুক্লুংদা বোক্সিং তোনামেন্ট থোক্লনবা প্রাকটিস কন্না তৌবেদনা।"

- "তানিংদেকো বোক্সিংগী মশান্না ঐদি পামজদে মমায মমিৎ পোম্নবা। ঐগী ইচাদি ডাক্তব নৎত্রগা ইঞ্জিনিযাব ওইহনগদৌবিবনি। শান্নবোয নত্তে।"

"ইবেম্মা ! কাওবববা নঙবো ? হকচাং ফবা হাযবশি লননি। মশানা ফত্রবদি নঙগী ডোক্তব, ইঞ্জিনিযাব পুম্নমক ফেল ওইগনি। মবম অদুনা ইবুংঙো নৎত্রগা ইবেম্মা ! মমাগী প্রভনুংদা লৈবিঙৈদগী হৌনা মশা মউ ফনা শান্নবোয অমা ওইনা থোকপীবকউ নপানা নতুং ইঞ্জগে।"

"নো, নো, নো ঐদি ডোক্তব ওইগদবা ইচা পামই। নুমিৎ খুদিংগী ঈশ্বরগী নফমদসু থৌনির্জবিবনি।"

- "ওকে, ওকে। অহানবনা ডোক্তব ওইজববসু মথংদি নেসনেল প্লেযব।"

- "নো, মথংগীনা ওইহন্নীংই ইঞ্জিনিযাব।"

- "ওকে। অহুমশুবদি ? মপাগী অপাম্বা যাবেকো।"

- "যেস। মাই দাবলীং। I Love you, very much "

প্রকাস অমসুং অনিতা ঈংলবা থাবলগী ঈপোম মবক্তুদা নুংঙাযববা আশাগী ঈপাক্তা মনিংতম্না ইবোযদুনা শান্নখি। নোংমদোন থাজগী মনাক্তা নোংইন্না, অনিতাগী মনাক্তনা প্রকাস।

*****

## তরুক শুবা পন্দুপ

হোসপিতাল মনুংনি। ওন দ্যুটিদা লৈবিবা নর্সশিংনা অনাবশিংগী মনাক্তা চংদুনা য়েংশিনলি। হিদাক লাংথক মতম চানা পীজবি।

আন্দি দাসকী মনাক্তসু চংলমদুনা মমৌ নুপী বানিবালা মনেমগী মনাক্তা ঙায়হাক ফমদুনা লৈবি। মনেম্মা তপ্না হংলকই-

- "ইবেম্মা ইশুদি তুমগ্রববা ?"
- "অহোয ইমা তুমখবে।"
- "নঙবু ঙবাং নপুবোইবনা চৈখি ঙাংখিবা কয়াদুবু শাউনিংববনে?"
- "ইমা শাউনিংদেদা। যু খবা থক্লগা পঙাং ঙাংজবদুবু।"
- "ইমৌসিদি শাউকনু ঐখোয নুপী ওইবদি অশাউবা ফাথবা ঙম্বগী গুন্না লৈতেংগদবনি। শাউফমবু থিববদি শাউফম ঙাক্তনি। যুম পানবা ঙম্লোয। মীগী মব্রাসু লৌকগনু যুম কাযগনি। ইমুং মনুং মহি লাংগনি। মদুমক্লিদো ঙসি অপঙবা নপুবোইবনা তৌবিবদো। কবি কান্নে। হৌজিক্তি পৈশা তিংলেশে। মমা ঐনা শাওনিংদনা তাম্বোকপিবে ঐদি মহৌশাদগী শাওগৎপা ফিংগৎপা যাদবগী লাযনা অমা লৈবিবনি। ঙসিদি মচিং অদু কাংলক্তুনা খৎনবে। তাম্বোক্লে কবিশু নত্তবদা হৌজিক্তি কযা ব্রানবে। মখোয মপা মচাসু চাফম থকফম খংলমবোয। অদুগা নহাকসু নিংখিজনা পোত্থাজবা ফংদবে। ব্রাবেম ঙাংবা অতোং অবেং চাবা পাম্বা ফত্তবা মমান্নবা যাম্না তিন্নবে। মখোযনা পৈশা খজিক্তং ফংলকপা উবদা লম্বীদা থৎতুনা চাথোক থক্তোক্লবা হোৎনবমগনি। অদুগা মথৌদি লৈতবনিনা মীব্রা ঙাংনবগা হু কাপশিনলক্তুনা যুমদা লাক্লগা খৎন চৈন্নবা থোকহনলিবনি। লুখবে ইবেম্মা, ঙসি হাযবগা হযেংদি কাউগনি ঐদি নখোযগী লৈবাক মনিপুবদদুম যুম ইম্খোল লৈদুনা হোনিংলবনি। নুংঙাইখবেদা মণিপুব হাযবা দেশতো চীংলোন মাপলনা ইকোয কোইশিন্দুনা লৈবগা মযাযদুদা ঈংনা চিক্লা খুন্দা লৈতাদুনা জাতি ধৰ্ম্মগী খেৎনবা লৈতনা

ঈংনা সান্তিদা হিংবা পুন্সিদো ননেমগী থবায়দি মফমদুদা লৈহৌববনি। ইতাবোয কয়ানা ইনাক্তা ফমদুনা বেঙ্গোলী ভাসা খবা তম্বীয়ু ঐখোয় বৃন্দাবনদা লাই খুকম্বা চৎলুগদৌবিবনি হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী লাকপদো আ· নুংশিদা নীংশিংলকপদা তুবু চুংই। ঙন্নবোইদকো অমুক হন্না চৎলুবা। সনা লৈবাক মণিপুব। র্শম্বগুন্নবা অবাৎ অপা লৈত্রবা মফমদুদা অদুম লৈজগদববু মখোয় মপা মচানা যুম থাদোকপা কুইবে ইবৈবাক্তগী হেনবা দেশ অমা লৈতবনি হয়েং কোন্না অমুক কোইবক্লশি হায়দুনা লাকপদগী ঙসি ফাওবা চৎলুবা ঙমদবে। লৈজবম্বা লন থুমসু অনা অয়েক যাওশিলকপনে নচল নুপীগী লুহোংখিবগা পাখিদুনা।"

- "মতম লৈবিদা ইমা ! হোৎনববু লেপ্তুবদি পৈশা খবা ইখুত্তা পাইবক্লবা মতমদা কোইক্লবগা লোয়বে।"

- "হৌজিকপু গাডী ভাবা কয়াম হেঙ্গৎস্ত্রবনো খংদবেদা । মতমদুদদি এম এস টি দা লুপা ১০০ খক্তং পীবনি। লম্বীদা চাবা থকপগী খবচ লুপা ৫০ পুবগা চহি অমগী মনুংদা অমুক অনিবক্তি চৎথোক চৎশিন তৌবমলিবনি। নুংঙায়খবেদা মতমদো।"

নর্সকী কাদা য়াল্লিবা ফক্লাং ঘড়িদা পুং অনী তাখিবগী কাংশি যৈবকই। কাং ! কাং ! পুংশিং খংনিংবদগী মমৌনুপীদা হংলকই -

- "ইবেম্মা হৌজিক যৈখিবা পুংশিংদু কয়ানো ?"

- "ইমা পুং অনি তাখিবগীনি।"

- "ও ! অদুদি পোত্থাজবো চৎলো নমাসু ঙাযহাক পোত্থান্নবা হোৎনবগে। ইবুংঙোদো কপ্তনবা হোৎনৌকো।"

- "অহোয ইমা হোৎনজগে।"

- "চৎলো পোৎথাজবো। কাংখন্দু ফজনা যেপশিল্লগা তুম্মু কাং চীকহনগনুকো।"

মমৌনা মনেমগী কাংখন থাদবীদুনা য়েপশিল্লি অদুগা মহাক্লা মচাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা পোত্থাখি।

*****

## তবেৎ শুবা পন্দুপ

অহিং হৌখবে। নোংপোক থংবা মাযগৈদগী কোবৌ মঙাল তপ্পা তপ্পা শন্দোক্লে। পোন্বী চেক্লা কযানা মহুম মহুমদগী থোক্লকুনা অহিংগী মপাউ তম্লবি। লৈবাং কযাগী মনাক্তা খোইমু খ্বাংজেংবা থুংলবে। শাৎলো ঙংলবো। অহিংগী লিক্লানা চামথোক্লবা থম্বালগী লৈকানি যেংবগী পেনবা নাইদ্রবা।

অশেংবা অঙৌংবা মলযা লিবি লিবি থবি লৌবুক লমহাংদগী হুন্নক্লে। যাহৌ ঙনবা শিন্বী কযাগী মফমদা অনৌবা পাঙ্গল হাপ্লীবনে।

বানিবালা তুন্নম্বদগী হৌগৎলদুনা মফি মবোল লোযশিন্নলি। মনেমগী সেবাদা মায ওনশিল্লি। পীক্লিবা মচানু মমায মমিৎ তাথোকপীদুনা মনেমগী মনাক্তা থম্লগা মশামকসু মচিন মখা শেংদোকই। মপান্দগী চা তল কৌদুনা হবাও হবাও চামিন্নে।

অহিং তাবম্বা ডাক্তব নর্সশিং হন্নখবে। অযুক্কী পুং ৯ ০০ তানকপগা অতোপ্পা নর্সশিং, ডোক্তবশিং মতম চানা থুংলবে।

মনেম আন্দীনা মমৌদা হাযবকই -

- "ইবেম্মা ঐখোযসু হনখিনবা তৌবশি ডাক্তব লাক্লিবশিদা হাযন্দুনা যেংঙুবো। পুক্লীং লৈতাদে হিদাক লাংথক্কী মনম অনাবা কযাগী চবাংনবা মখোলশিংনা নাকোংশে শিংজা লৈবে।"

- "ইমাগী হকচাংবু খবা নুংঙাযবিববো ? কমদৌবিবগে? "

- "ইমাগী অনাবসি হাযরুদুনা কান্নবোয ফবসু থুগনি অদুগা শিবসু যাংগনি। মখোযগী হিদাকশিং অসিনা কৈদৌঙৈদা ফহনবা ঙম্লোয।"

মমা খঙই, অশাউবা যাদবা, থুক্কৎপা, পাখৎপা, কা হেন্না অৱাবা যাদবা লাযনানি। "ইশানা হুইশবি তৌজবগা লৈগদৌবা লাযযেংনি। কদায ইশুদু অমুক্তা পেন্না পমথোক্লে। ঙবাংদগী বোবোক্লা লৌদুনা পন্বীদ্রিবনি।

চৎলো চৎলো য়ুমদো নুপী ঐখোয লৈত্রবনিনা ইচায চাইদুনা লৈবম্লগনি। মন্নী শনাওদুনা কাবক্লমগদৌবিববা ? মফম খংদবে য়েংশিনগদবা ঐখোয অনিনা অসিদা লৈথোক্লবনিনা, শে ইবুংঙো মচা। চুপথোক্কে - ইশুগী খজায মচাশি উম' হাওখবেদা অবে অবে নুপানবু কপ্লবো তোক্লো তোক্লো। ইশুনা পামদ্রবনিনা তোক্কে। হায় মমা কুইবক্কনুকো ইশুশে য়াহৌবকপদগী ব্রাবৌবিকো।" চৎলু গম গম' মবোক্লা মশু লাক্লদুনা লৈহৌই মমৌনুপী বানিবালানা ডাক্তবগী লৈফম কাদা চংশিন্দুনা হায়কই -

- "মে আই কম ইন সাব ?"

- "যেস, কম ওন। কবিনো তাকপিশি।"

- "সাব, কম নম্বব ৫ বেট নম্বব অনিশুবগী পেসেন্ট অসি অনাবগী ফিভম খবা ফগৎনা উজবে। মবম অদুনা যাবগদি ঐখোয় ঙসিমক হঞ্জখিনবা তৌজবগে।"

- "অদোম মহাক্কী কনা ওইবীববনো ?"

"অনাবা অসি ঐগী ইনেমবোক্লি।"

- "ও ! যাগনি যাগনি মেদাম' বেট ২ গী পেশেন্ট ওইববদি। ঐখোয় অমুক্তা লাক্তুনা অনাবগী কন্দিসন যেংজখিগে অদুগা দিসচার্জ পীনবা হোৎনজগে।"

- "থেঙ্ক য়ু ডোক্তব।"

- "থেঙ্ক য়ু।"

বানিবালা মনেমগী মনাক্তা হলকই। মনেমদগী মচা অমুক পমই। মনেম্মা চৎলুবগী মবমদা খঙনিংদুনা হংলকই -

- "কবি হাযবকই ইবেম্ম?"

- "মখোয লাক্তুনা যেংলখিগে হাযবকই।"

- "খবা থুনা লাকপীববদি ফম্রগনিকো হে ইশ্নোব !"

নর্স থুনা চংলক্তুনা অনাবগী বেকোর্ড যেংই। অদুগা টেবলদা লৈবিবা হিদাক পীজনবা থৌবাং তৌই। নর্সনা হংলকই -

- "ইমাগী হকচাংগী ফিভম কমদৌবিবীবগে ?"

- "ইবেম্মা নখোযগী নপান্দগী ইমাগী হকচাং যাম্না নুংঙাযজবে।"

মতমদুদা ডাক্তব হায়নবা তৌদনা মহাক্কী পেশেন্টকী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অনাবগী ফিভম য়েংশিল্লি অদুগা তপ্না হায়বকই -

- "ইমাসি পুম্নমক নোবমেন্দা লৈবে। ওকে। গুদ কন্দিসন।"

- "থেঙ্ক য়ু ডোক্তব।"

- "ইমা হৌজিক হনবা পান্নবা নৎত্রগা হুবেল নুংশা নেম্নগা ?"

- "ইবুংঙো য়াববদি নুংশা নেমলিঙৈ হৌজিক হঞ্জখিগে চৎপা য়াবগী চেদু ইবিবস্মু। হাযজগদবা অমনা ইমাগী পুক্রীং ব্রাখল লৈমিন্নবশিংনা খংবিদুনা খবদি চেকশিনবীবা তাবে। ইমাগী চৎপা যাবগী চে হাযবদু অসিদা লৈবে।"

ব্রাহৈ অদু হাযবম্লগা ডাক্তব মপান থোকখবে। আন্দী ময়ুমদা হনবা য়াবে হাযবদুনা মকোক থোংবা ডাক্তবনা তাকপীবম্লবদা হবাওবগী ঙমখৈ লৈখিদবে। মফি মবোল যোমশিনবদা মতেং পাংশিনলি। ফিবোল যোমশিনবা লোয়ববা মতুংদা তপ্না তপ্না হোসপিতালদগী মপান থোক্লকই।

ওক্তো মবাং কাযবা মফম ওইবনা মখুৎ তং খৎতুনা লাকউ হাযখিবদা মখোযগী মমাংদা মমায লৈথোক্তুনা ড্রাইভবনা হংলকই -

- "কদায় য়ৌবিগদবনো ইমা ?"

- "ইবুংঙো হাথিখালি নম্বব দো।"

- "য়াগনি লেংখৎপিবো।"

- "ভবাদি ?"

- "লুপা নিম্ফুদং তৌবিবো। মযামদগী তানা হাযজববনি।"

- "লুপা তবাদং তাবিবা যাবোযদবো ?"

- "ইমা ঐদি মযামদগী তানা হায়জববনি।"

- "ফবে ফবে। ইবেস্মা কাখৎলক্লো । পোৎতু মনিংগী অহাংবসিদা থস্মু। যাববা ?"

- "যাবে ইমা।"

গাডি থৌবা হৌগৎলকপদা আন্দীনা ঈশ্বব খুকমদুনা হায়জবকই -

- "হে হোসপিতাল লাইবেম্বী ইমা! নচাবু নুংশিবীগনুকো মতম পুম্নমক্তা অদোমগী নফমদগী লাপ্না অশুম লৈজগে। হবে কৃষ্ণ, হবে বাম।"

*ওক্তো লম্বীদা মী ইচৎ চৎনদবনা মহাক্কী ঙমজবী স্পিদতা থৌদুনা চেল্লি।* বানিবালানা কোনবীবি। মনেম্মা হায়বকই -

- "ইবেম্মা অঙাংদো লব্বায়দা নুংশিৎ য়েহনগনু। লোক থুংগনি নখুৎতু চেৎনা পায়য়ু।"

ঙবাং লৈখিদ্রবা মচা টোম্পু দাসকী মোংফম মনাক্তা লেপ্লদুনা মপা চিতবঞ্জন দাস কপ্পুনা লৈবমই - "ইপাগী ইবুংঙো টোম্পু ! হয়েং নমা লাক্লগা হংলকপদা কবিনো নপানা পাউখুম পীগদবা। পাউখুম খুমফম লৈবোয়যে হৌগৎলকও ইবুংঙো নোংঙাল্লে। কবিগীনো নঙনা নমানা হায়বদা ইন্দনা ফত্তবা নমান্নবশিংগা লোন্দীন্নকবিবা ? ইচাদি নহানি মতম কুইনা হিংবদা যাবি। কবিগীনো নঙনা অশোনবা নপানা হুন্দোক্লম্লগা চৎলিবা লাকখো হলকখো ইবুংঙো ইচাবু অমুক হন্না ইম্বোক্লবোয নপানা লানখবে ইবুংঙো। কবিনো ঐনা তৌগদবা ? ইচানেনা অনিদং পোকচবদা অমদি লায়না লৌখবে। মাংজবে চিতবঞ্জন ঐহাক্কী পুংমাং মাংজবে।"

মচানুপী শুমিত্রা দাসসু কপ্লদুনা থোঙ্গালদা লৈবি।

- "হো ভৈয়া ! নচল ঐখোযবু থাদোক্লুনা চৎলিবদুবু কদায়দনো ! হলকখোনে ভৈয়া। হযেং ইমা, ভাবি লাক্লগা কবিনো ঐখোযনা পাউখুম পীগদবা। অহিং হৌখবে হলক্রোনে ভৈয়া।"

মচন্নুপী নিবঞ্জনসু মঙক্তা গমশা অমা য়ান্দুনা কপ্লমই -

- "হো ভৈয়া।"

মতম অদুদা ওক্তো থৌজিল্লকই খংহৌদনা থোঙ্গাল য়ৌবকপদা তপ্পা মমায় লৈবগা গাডী খামই। গাড়ী ভাবা মনেম্মা পীখবে। ওক্তোদগী পোৎযোমশিং থাংথদুনা লৈহৌই। ওক্তো ভবা ফংলবদা অমুক হন্দুনা চৎখবে। থোঙ্গালদা মচানুপীগা মমাগা মোংফম মনাক্তা মপুবোইবা চিতবঞ্জন দাসনা কপ্পুনা লৈবম্বদু উবকপদা মমা আন্দী অঙাওবীগা চপ মান্নখবে। মচাগী মনাক্তা তপ্পা চংশিনলক্লুনা হংলকই -

- "কবিনো ইবেম্মা নখোযনা তৌবন্নিবশে ? কনা লৈখিদবা য়াওববগে ? মোংফম অসি কনাগীনো ? খুম্মুনে নচিন্দু পান্দ্রবো হা ? ঐশে নমানিনে নঙবু হেক পোকপীবিবা।"

চিতরঞ্জন লুন্নবা খোংথাংদা তপ্না থাংলদুনা মনাক্তা লাক্লমই। অদুগা পাউখুম পীবকই -

- "মমা নঙগী নচাদি উবা ফংলবোই হন্দক মপোক অসিমগী যেংউ অসিদা তুমলিবসিনি। নঙ ঐনা ইঙ্গোকপীখিদুনা তাঙ্গোকখিবা নত্তবা? অদুনা চৎখিবনি লাকও ইবানি চংদুনা তাংনা ফংজবা ইচাশে কৌশিনবীকসি।"

মমানা মচাদা মপি ইবা চেল্লদুনা হংলকই -

- "অচুম্ববনে ইবেম্মা ? নহাক্কী পাপানা হায়বিবশে ? ঐদি হৌজিক ফাওবা থাজবা ঙমদ্রি। ঐনা ইচিন পেন্না ঙাংদুনা তাঙ্গোকপীখিবনি।"

মমৌ বানিবালাদি মচা পন্নদুনা মোংফম মনাক্তা চংশিল্লকই, মঙলান অমগুম তাইবঙদা তেংথা নাওইনা কপ্লদুনা -

- "কবি মতৌনো ইবুংঙো নহাক্লা তৌবিবসিবু ননাওদি ঞান তাদবে। পঙলবী শোযনাযববী ঐহাকপু থনম্লগা অকনবা নঙনা চৎখিবনি যাবোয়নে হলখোনে ইবুংঙো হো দাদা টোপ্লু।"

ঙসায ডাক্তবনা হায়বকখিবা ব্রাফম কাওথোকখ্রে। নুংশাগী মৈশানা কনখৎলকপগা, চাক্লা মথেল ফানা চাখিদবগা খংহৌদনা ব্রাম্বুবক্তুনা তুথবকই। মতমদুদা মযানুপা নিবঞ্জয়না চেনশিনলক্তুনা কোনখৎনবা হোৎনবম্মী অদুবু নঙহৌদনা নুঙ মবক্তা হাইথখিবমই।

মপুবোয়বনা কপ্লা কপ্লা হাযবকই -

- "ইবেম্মা চৎলু ঈশিং পুবকউ।"

মযানুপানা মনেব্মু কোনখৎলদুনা যুম তান্না পুশিল্লকই। ফমুংদা তপ্না হিপথহল্লি। অইংবা ঈশিংনা লব্রাযদা যৈবীবমই।

মকুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো চৎলু ওক্তো ব্রাযবকউ। অমুক পুখৎনবা তৌশি।"

মতমদুদা লৈকাযগী থংনবা খুন্দা অনাবা য়েংলুক্লিবা মায়বা অমা মখোযনা চবাংনবশ্বা অদুদা চংশিনলকই অদুগা হংলকই -

- "ইবেম্মা কনা কৈদৌবা যাওববগে।"

- "মামা অমুক্তা লেংশিনবীদুনা যেংবিবম্মু। ঐখোয় ইমা কৈনো অমা তৌখবে।"

- "মহাকপু কদায়দা চৎলুবগে ?"

- "হোসপিটালদা।"

- "ইবায় অমুক্তা যেংবিযুবম্মু মহাক কৈনো অমা তৌখবে। মচাগী পাউ তাবদা।"

- "নখোযগী কল্লা লাওবদো ঙাযহাক্তা তাহনখিগনু ঐ মীহুন অমুক্তা যেংগে।"

- "যেংবীযু ইবায় অমুক্তা !"

- "ইবায ডাক্তব কৌকশিবা নৎত্রগা হোসপিটালদা পুখৎতুনা যেংলুবনা ফগদবা?"

মঙক হাযবদুনা মায়বনা হাযবকই -

- "পুখৎপবুদি যাই। অদুবু কান্নবা ফংগদবা মান্দবে মহাক্কী মকুওইবা মিহুন্দি মপান থোকখিবম্মে। অতৈ থৌবাং লোইশিনবাফবগনি।"

মাযবনা ফি অমনা কুপশিনবীখিবম্মী। চিতবঞ্জন দাস হৌনা কপখৎলকই

- "আন্দী নঙসু নচাগী মতুং ইন্দুনা চৎলবোয। ঐদি কনাদা ব্রাতান্দুনা তেল্লবা পুন্সি খবা অসি হিংহৌগনি ঐবুসু লৌশিনবীবো হে ঈশ্বব।"

- "হো ইমা ! নচা ঐখোযবু থাদোক্তুনা চৎখিগনো ইমা নঙচৎখিবা যাবোয়যে হৌজিক্তা নত্তবো তাচৌগী মবমদা হংলম্বদো। হো ইমা! ইমা পুকফবী।"

মাযবনা নিবঞ্জযবু কৌথোক্লদুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো অশুম লেপ্তুনা লৈবনদি কান্নবোয চৎলু লৈকায অসিগী অহল লমন তাক্তুনা মী খোম্লুচো নুংশা হাযগৎত্রিঙে।"

নিবঞ্জযবু কপ্পুনা লৈবা যাদবনা মিৎলুদগী শিন্থবকপা মপি মঙক্তা যাল্লিবা গমশা অদুনা তৈথোক্লগা মকুদা হংলকই -

- "পাবুং কমদৌশিগে ?"

- "উপায লৈতবে ইবুংঙো ? নকুদি মঙলানগা চপ মান্নখবে। চিতবঞ্জন ঐ ঙাওবে। ঙবাংনা ইচানুপা লৈখিদবে। ঙসিনা ঐগী লোযনবী মুন্দুনা পুবিখবে। কবিনো মসিদা ঐনা তৌগদবা ?"

তানফম খংদ্রবা নিবঞ্জয মাযবদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "লৈবীবমখোকো ঐ লৈকাযগী অহল লমন খবা খোমজকখিগে।"

"অনা লাযযেংশঙদা শেৎলু চাকবা ফিবোলগী ময়োম থোঙ্গালদগী লৌশিন্দ্রীবনি।"

মমৌনুপীনা মদু উবগা হেন্না থম্মোয কাযবদুনা কপখৎলকই -

- "হো ইমা পুকফবী ! নমৌবু হন্দোক্তুনা লমদম কৈদনো চৎলিবা ? হৌজিক্তা নত্তবো ঐগা হনমিন্নবখিবদুবো। থাজদেনে ইমা ! ঙবাং ঐঙোন্দা মণিপুব চৎলুশি হাযবম্বদু চৎলববনে ইমা !

অব্রাবগী মথংদা অব্রাবা
নুংঙাযবা মশক খংজদ্রবী
তেংথজবি পূক্লীং চম্লনবা
চান্নদুনা পিবাংগী মবিক্লা
অসিনি পুন্সি কনাগী
তম্লক্লবদা বিধাটা মহাক্লা
ককথৎতুনা লম্বীদুমক হোংদোকপা
ঙমনদ্রি ঙসি ফাওবা তাইবঙনা।
চৎলোকো হে থব্রায,
তিল্লুবো তাইবঙ মপুগী
চাউববা লৈকোন্দা ননিংতম্না
শাৎলুবো শাৎলুবো ননিংতম্না ।।

*****

## নিপান শুবা পন্দুপ

টেল্লিফোন লাকপগী মখোল ... ট্রু . ট্রু . ট্রু অহুম মবিবক খোংলকপদা কমলা চেনশিন্দুনা বিশিপ তৌই।

- "হলো ! কনা ওইবিববনো ?"
- "ইবেম্মা ঐ নঙগী মামা অনিতগী মবুং অহন বনবিব সিংহ।"
- "ও ! মামা কবি তাকপীগদবনো ?"
- "নখোয মামি দেদি পুপু খোয লৈতববো।"
- "মখোযদি থবক লোয়না চৎথোকখবে।"
- "অদুদি নখোয নন্দোমচা অনিতাদি লৈববা ?"
- "মাদি লৈ।"
- "ও ! অদু ওইববদি মহাক অমুক্তা কৌবকই।"
- "হোয কৌজবক্কে।"

কমলা চেলক্তুনা মন্দোমচাগী মনাক্তা লাক্লগা হাযবকই -

- "ইন্দোমচা ঐখোয মামা অহন বনবিব সিংহগী ফোন লাকই। মহাক্না নহাকপু কৌবকউ হায।"
- "কদাযদগী তৌবকপনো ইবেম্মা ?"
- "মদুদি হংঙুদে।"
- "চংশিনলক্তুনা ফোন থাংঙ্গলি।"
- "হলো ! খুকমজবি ভৈয়া।"
- "ইবেম্মা খুকমজবি, নপুবোযবা প্রকাসতি লৈববা ?"
- "লৈতে !"
- "কবিগীনো ঙসি নখোয ইমুংদা অহন-লমন অমতা লৈতবা তাঞ্জা থোক্লীবশে।"

- "মতম্মনি। ঐখোয পাবুংনা অষ্টি ইচেগা ইতৈগনা ওফিস মহাকসু ঙসিদি জিলা সৈনিক বোর্ডতা অপুনবা মিটিং অমা লৈ হাযদুনা হৌজিক্তা মাগী গাডীদা থোকখিবদা ঙাযবি।"

- "ও ফবে, ফবে, অদুদি নঙোন্দা হেক্তা হাযবগেকো ?"

- "তাকপীযু ভৈয়া কবিনো !"

- "মথংগী হপ্তাশি মী অতৈনা নত্তে। ঐহাক্না নঙগী থা শুবকপগী নহাক্না চানিংবা ইঙ্গাং অমা নন্মগা খন্নদুনা থৌবাং তৌবি। মসিদা নহাক্কী কবি মোৎ?"

- "ভৈয়া হন্দক মবকশে চানিং থক্লিংবা অমতা ফাওদে। অদুনা হাযফম খংদেনে। মহাক ওইনা কৌবিগে কৌবিবো।"

মচলগী অপঙবা মতৌ অসিদা বনবিব সিং হাযফম খংদ্রদুনা মহাক্কী নুপীদা ফোন্দু পাযহন্দুনা হাযহলকই -

- "হায ইবেন্মা ?"

- "হায ভাবি !"

- "ইবেন্মা নবুংনা হাযবিবশি নহাক্কীদমক্কী প্রকাসকী নত্তেনে। নুপী ওইবিশিংনা প্রভাপতি ওইববা মতুং অবোইবা থাদুদা হাযবদি থা ৯ শুবকপদো অদুদা নহাক্না চানিংবা খুদিং মবুং মৌপ্পা মচল-মচে অদুনা মথং মথং চানিংবা ইঙ্গাং ইংলগা থোদুনা পীজন্নবনি। অদু নৎত্রবদি হযেং অঙাং অদুনা তাইবঙ মঙফাওবকপদা মতম অদুদা শোনায়বা নৎত্রগা মতিন চোবা নত্রগা অতৈ কযা লাক্কনি হাযবনি খংলবা ইবেন্মা ?"

- "ও ! অদুম তৌবোযবে ভাবি।"

"হোয ! মবম অদুনা নহাক্কী নবুংনা চাকৌবা পান্নিবনি। নহাক্কী অদুগা হোনেন্নালি বচচা অদুদগীদমক খল্লগা ! খঙলব্রা ?"

- "অহোয ভাবি খঙজবে।"

- "অদুদি হাযবক্লোদনা কবি ইঙ্গাং মথেলদা পূক্লীংনা খোইদাবিবা ?"

- "অদুদি ঙযহাক্তা খলকখিগেকো ভাবি।"

- "হোয ! হোয ! মুন্না অমুক্তা খল্লু অদুগা হাযবকউ।"

- "ও লৈবে ভাবি ?"

- "কবি ইঙ্গাং মথেলনো !"

- "পানগা ইলিসাগা থোংবা অমা, অদুগা ভাবিনা হেক হেক থোংলগা পীজবা যেকমগা খামেন অশিনবা থোংবদো !"

- "অসিখক্তবো ? অতৈ মথেন্দী ?"

- "অতৈ মথেলনা নুংশি হিদাক্কা খজিং অচৌবদুগা কাংঙৌ ঙৌবদো ?"

- "অতৈদি ?"

- "বস ভাবি। মথেল অহুম অসি চাববদি ঐগী পূক্নীং সান্ত্তী ফংলগনি হবমেশা হবমেশা কে লিযে।"

- "কবিনো ইবেম্মা ব্রাগী ব্রা চুম্না হাযবকপা যাদবো হবমেশা হবমেশা কে লিযে পলক্লিবদি। মদু পলহৈদেকো ইবেম্মা।"

মবুংনা ফোন্দু লৌবগা মহাক্কী নুপীদা হংলকই -

- "কবি হাযবক্লীবনো ইবেম্মা ? হল্লো হল্লো !"

- "লাইন কৎতিং লৈখবে।"

- "মতাংসিদনি ঐনা টেল্লিফোন কাশি লংখাযনিংলিবশি।"

- "ইবুংঙো শাউবিকবগনু যাবে ঐ হবেল ঈংনা তাকপীবগে অঙাংনিনা খংদদুনা কোক হাযদোক লকপা ব্রা ওইবমগনি। টেল্লিফোন্দো থম্বীবো থবক চৎপা থেংখবে চাক চাথোক্লবশি।"

"থবক চৎপকা লাযবি।"

ফোন অমুক তৌদুনা যেংই - ট্রিং ঃ ট্রিং ঃ ট্রিং ঃ।

কনা অমত্তনা পাইখৎপীবক্রবদা বনবিবসিং য়াম্না শাওনা ফোন্দু থম্লগা হাযবকই -

- "হাযট সাল্লা টেল্লিফোনকা বচ্চে ! ব্লদিফুল।"

মমৈথংদা অব্রাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্নবগা ঈশ্বরবগী মফমদগী থৌনিজবকই -

- "হে ব্রাইগুক নহাক্তী অচান মীবায নাযদবা জাৎ-ধর্ম্ম খাযদবা ঈশ্বরনি। ঙসি ঐগী ইচলগা হাযদোক্লখিবা ব্রাহৈ অসিগী চিন্দুংদি ইনহনবীগনুকো জযা ব্রাইগুক ! জয় সাট গুক।"

*****

## মাপন শুবা পন্দুপ

কুমাব মবুক থন্না চাবক থক্লক্তবা মতম কুইববনা অবাম খৌবাংবনা ইকায় ইকি খংলক্তবে। হোটেল মমাংদা লেপ্লগা চাক্লি ফিনিবা হৌবক্লে। মশক মকোয কলক্তবনা মহাকপু কনানো হায়বা ফওবা মশক লাকশিবা ঙম্নদবে। নুমিদাংগী পুং ৮ ০০ তাপ্লে প্রকাস মপাগা লুহোংবা অমা যাওক্নবগী হলকপদা লম্বী মযায মক্তদা মবুক পাযদুনা ফন্নদুনা লৈবম্বা থেংনবমই। মহাক্কী মখোল ফাওবা লাকশিনবা ব্রাবমই।

গাড়ী খান্নদুনা হাযবমই -

- "হায যুঙাওবা ! কবিনো নঙনা তৌবিবশে শিনিংলববো। হন্দোকউনে।"

- "ভাই সাহেপ, ঐহাক চাক চাবক্তবা মতম কুইবক্লে।"

- "লুপা ১০-দং পীবিবম্মু প্লিজ।

মপানা মচাদা হাযবকই -

- "নঙোন্দা পৈশা অগোইবা লৈববদি লুপা ১-২ দং ওইববসু থাদবীবম্মু।"

ফুবিৎ খাওদা মাদুনা যেংঙুবদা লুপাঃ ৫০০ নত্তনা অতৈ লৈবমদবে। ব্রাখল ঙাযহাক খন্থুকবগা মদু লৌথোক্লম্মী। মপাদগী অঙাংশিংনা চান্নবা পুবিবকপা কবোক পীকেৎ অহুমসু মখুৎনা পাইবদুনা অঙাওবা অদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথবগা তিংথোক্লীবা মখুক্তা কবোক পীকেট অহুমদু হাপপিবম্মী। মনঙ্গলদা নুংশিনা পোপ পোপ ফুবিবগা হাযবকই-

- "বোন্ধু ঐগীসু নহাক্নুম্বা মকপ অমা লৈবম্মী। অদুবু মহাক খীবা খংখিদবে। মহাক্কী মমিং কুমাব কৌবনি। কবিগুম্বা নহাক্না থেংনবা তাববদি পুদুনা লাকপীযু মহাকপু। মতমদুদা ঐনা নহাক্কী অঙম্বা মতেং পাংজগনি। শে লুপা ৫০০ অসি লৌশিনবীযু অদোমগী অবাম খৌবাংবা কোকহনবীযু ঐখোয লুহোংবা অমা চৎচকবনি লম্বী থাদোকপীযু প্লিজ।

কুমাবগী মিৎলুদা পিবাংনা অবেপ্পা লৈতনা শিন্থবকই। শেগায়বা ফুবিৎ অদুদা য়োমশিনলদুনা কবোশিং অদু চেৎনা কোন্দুনা লম্বী ময়ায়দগী মতায়দা হন্দোক্লুনা য়েংলগা লৈহৌই। গাডী মনুংদা মপা মচা ঙাংনদুনা চৎখি -

- "ইবুংঙো নঙদি ইশুগীদমক পুবিবকপা কবোক্তু অঙাওবা নিপাদুদা লেম্না পীথোক্লম্বাবা ?"

- "উম পাপা ! পীথোক্লমলে।"

- "পৈশানা কযানো পীবন্নীবদুনা ?"

- "লুপা ৫০০ দংনি।"

- "ইম্থোকপা হায়বদুনি ! পৈশাশি উদা ব্রাদা পানবদু মঙাযবে। ঐনা লুপা অমগী চা থক্কদবদা ইমুংদা হোবক্কনিকো হাযদুনা থকচদ্রবনি।"

গাডী ময়ুমদা থৌজিনখবে কুমাব, মরুপ প্রকাসনা পীবম্বা পৈশা, কবোকশিং মফি ফুবিৎতা যোম্লদুনা হিক্রা হিক্রা কপ্লদুনা লৈবিঙৈ নহাবোল খবা কোযকব্বদগী মখোংনা হলকপদা থেংনবম্মী। অমনা হায়বকই -

- "ভায যেংউ অঙাওবশিনা মফি ফুবিৎতা যোমদুনা চৎলিবশি। কবিনো শেল্লা নত্রগা স্না লুপাবা ? মুনশি। হৌজিক্কী মতমদা অঙাওবাসু নিবগা পৈশা যাম্না তুংশিলি হাযবনি চৎলো তান্নবগা মুন্দুনা লৌথোশি।"

- "হৈ কনানো ঙাইখো ?"

কুমাব মরুপ্না পিবম্বা কবোক অদু মুন্দুনা লৌথ্রগনি খন্দুনা কন্না পৈশাশিং পাইশিল্লগা চেঞ্জবম্মী। মহাক্কী মতৌ অদুদা অমুক্কা হেন্না চিংনবা ফাওবদুনা কন্না তান্নবম্মী। মখোযনা শবক নালাদা তাবম্বা নুংশিং খুলদুনা লংলগা হাযবকই-

- "হুবানবা থৎলো হুবানবা ! হাৎলো ?"

- "অনকপা খুঙ্গংগী মীওইশিংসু থাং চৈ পাই পাইদুনা চেম্থোক্লবক্লম্মী অদুগা তান্নবা যাওবম্মী।"

মযাম্না থৎচিন্দুনা কোইশিলগা ইহং পাউহংদনা নুং উতুপ ব্রাতুপ থাং লংশিন্দুনা কুমাবদা থাবম্মী কুমাব ব্রাম্থদুনা লৈমায়দা তুবম্মী। মযাম্না মৈবা থান্দুনা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা অঙাওবা কুমাব ওইবন্লে। মখুৎতা কবিগুম্বা পোৎ অমদি চেৎনা পাইশিন্দুনা লৈ। অদুগা শেগাযবা ফুবিৎ অদুগী মচিদা কবোক পীকেট অহুম চেকশিন্না যোমশিন্দুনা লৈবম্বা উবকখিবম্মী।

ময়াম্মা হায়বকই -

- "এ মসিদি অঙাওবনি ঙবাং ঙহান্দগা ঐখোয় নিশাবন শঙদা তাদুনা লৈবদো মাদি কদাযদগী কবোক শিং অসি লৌকবিবা।"

- "অদুগা মখুৎনা কন্না পাইশিন্দুনা লৈবিবসিনা কবিনো ? স্নাবা নৎত্রগা পৈশাবা?"

অমনা হায়বকই-

- "হা ! হা ! যেংশি। কনা খংগনি নুপী অঙাংশিংগী লুহোংবা হন্নবকপদা মহাক্না খুদোংচাবা লৌদুনা স্না লিক কোন মনাদগী থদৎতুনা মুলহৌবা ওইবম্বসু যাই।"

- "হোয শোযদনা ওইবমগনি কবোকশি লুহোংবগীনি। মী অনি চংদুনা পাযশিলিবা মখুৎশি হাংদোক্লবা হোৎনশি লাও নঙ মখুদাং পাইয়ু ঐ মখুৎশি মুক্তুনা থাদোকহনগে। পাইযুকো। ইয়া ! বা থাদোকউ যাদে মপাঙ্গলদি শাথিনা কনবা জাৎনি। চৎলো মসিদি কনাববোয ব্রাকোকশিংনা মঙ্গলদা শান্থবগা মথন্থতা থাদোকচবক্কনি হন্দোকউ নখোয। ইয়া বদমাস -

চৈথেং ফংলবা ফাওবদা চেৎনা কোনশিন্দুনা খাংখবে। ফুবদি লেপ্তবি মমৈথংদা ব্রান্থদুনা তুখবে। অদু ফাওবা থাদোক্লক্তবে। উপায লৈতবে।

মীনুংশি চাওবা মীওই অমনা হাযবকই -

- "তোক্লোদা মতৌ যেংবা ঙমদবে। ইবুংঙোখোয।"

- "কবিগী তোকউনি তাদা ! মসি তশেংনা অঙাওবা নত্তে ঙাওশিন্নবনি। থবক শুনিংদবা হুবানবা সমাজগী যেক্লবনি। মখোযগুন্বা কযা লৈশিলকপদগীনি নুপী অঙাং নুমিৎ হেক তাখিবদা মপান ফাওবা থোকপা ঙম্নদ্রিবশে। সমাজগী মহিক ! ঐচ আই বি পোজিটিপতগীসু হেন্না শাথিবা।"

মখোং মখুৎ তেকপা নত্তে মমিৎ তাংবা নত্তে অযুক নুংথিলদা মতাং তৌদুনা মচি অমদা তুমদুনা লৈবগা নুমিৎ হেক তাশিনলকপদা লমহুই শাদুনা কোইবিবনি। অদুগা মখুৎনা চেৎনা পাইশিন্দুনা লৈবিবা স্নাবা পৈশাবা খংদবশে।

- "মদু যৌশিলক্লবদি খংদবে। ইবো নখোযনা থোকপা তৌহৌবো।"

মকপ অমনা হাযবকই -

- "য়েংঙুনে অঙাওবনবু অশুম্না তৌগদবো অশুক য়াম্না চাওববা ব্লাকোক অমা তুম্না ফুববা ফাওবদা নাচুংদবা চৎলো মসিদি কান্নববোয মখোং মখুৎ পুনশীনলগা বোডাদা হাঞ্জিন্দুনা থাদখ্রশি তুবেন্দ ।"

- "হোয অদুম্না তৌববদি ফবগনি। ঐ বোডাগা থৌবিগা লৌথোক্লখিগে।"

- "ভাই কুইবক্কনুকো পুলিস গাড়ীকা লাক্লবদি ঐখোয়দি অপনা জ্ঞান বচাওনি।"

অহন খবানা চংশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবুঙো নখোযনা থোকপা তৌহৌবো ঐখোয় বা চৎলে হৈ। অনকপদি তৌগনু হযেং পুলিসনা ব্লাই চাইবগনি।"

- "হোয খুবা মখুৎনা পাইশিল্লীবা পোৎশি অসিদং খংলগা অবাপদা লংথোকউবগদবনি।"

- "মখোয়শিদুম ওইবমগনি ফিমু শেৎচিল্লগা মীগী ময়ুমদা চংলগা কাতোক কাবন তৌবমই হাযবদো।"

- "খংদবেদা হৌজিক্কী মতম অসিদা মীশিং যামখৎলকপনিনা মখল মখলগী হুবান চিনথি শেল লাকপা মুনবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি।"

- "লাকও তাদা কৈদৌর্কনি। ঐখোযদি চৎলশি পুলিস গাডী লাক্লবদি নাতৈ অমা চাবোয।" চৎলমদাযদা হাযবকই -

"ইবুংঙো বতন ! খবাদি চেকশিল্লুকো।"

- "হোয মাম্মা !"

- "ঐখোয চৎলে।"

শ্বোর থবেৎ থবেৎ হোলদুনা বোডা থৌবি পুবক্লুনা হাযবকই -

- "হাল্লো অসিদা লৈবে থৌবি অসিদা লৈবে বোডা কবিনো তৌগদবদু খবা থুনা তৌবশি।"

- "পায়বো মখুৎ !"

- "ভাই তিংথোকবু যাদে। কমদৌনি।"

- "অদুদি মখোংশিদং পুল্লশি। ও ! মশিসু লেংবা ঙমদে। হো অদুম্না তুহল্লবদি যাবে।"

- মখোঙসু পুনশিল্লে। মখুৎসু মচিনসু পুনশিলো হৌজিক্কী লাকও বোড়া মচিন অসি খবা পাযযু।"

অতৈনা মতেং পাংদুনা মখোং মখুৎ মচিন পুনশিন্দুনা বোড়া হাপচিলম্মী।

যুম্বুনা হুই খামদোক্লদুনা হাযবকই -

- "টাইগব কনা লাকপগে ? নঙনা অদুক হৌনা খোংলিবদুবো ? তুমিন্না লৈয়ু।"

- "ইবায় নশেল বতননি।"

- "হায় বতন নঙ ওইবে লাও চংলকউ কবি হায়নিংবগে ? অশুক থেংলবা অহিং অসিদা কনা কৈদৌবা য়াওববগে ?"

- "ইবায় ইমান্নবা অমা থকমিন্নবদা ডোজ খবা হেঞ্জিনগ্রমালে মখোংনা চৎপা ঙমদবে। যাবগদি ইবায়গী বিক্সা অসি অমুক্তা ৱাইজকগে যাগদবা ?"

- "ৱায়ববুদি য়াগনি। অদুবু কন্না থৌগদৌবিবনো ?"

- "ইবায় ঐনা থৌজগদবনি।"

- "শঙ্গোয়দা লৈরে। থৌখবো।"

শঙ্গোয়দগী বিক্সা ইন্থবদুনা থৌদোক্লকই।

- "হল্লো ভায় থৌদোক্ললে।"

- "অদুদি অশোমদা কৌশিনলশি।"

- "হল্লো অশোমদা লৈবে।"

- "ঙায়খো মমায় লৈথোক্লখিগে।"

- "যাবে থাংগৎপীবক্লো।"

- "ময়াম অমুক্তং চপ মান্না থাংগৎশে Ready 1,2,3

- "চৎলো থৌবো তুবেল খোংববানলোমদা।"

- "ভাই হয়েংদি খববগী অহানবা লমায়দা পাউ অসিমক লাক্নদৌবিবনি।"

- "ঙাযখো ভাই ঐঙোন্দা ঙসায়গী মচিৎ খবাদু য়াওবি মসি বোডা মনুংদা হাপচিনবিশ্রগে। মনমদা ওইববসু ফংজন্নবা।"

- "চৎলো ভাই কিলোমিটব ২-৩ দি লাক্লে সাইদ তৌবো থাদবন্নশি। মী লৎলিঙৈ।"

- "চৎলো থাংথবশি। ময়াম পাইবিবকউ। অমুক্তংদা থাংথশি। বেদি ১.২.৩ "

- "চংশিনবীবকউ অমুক মতেক খবাদি থাংদবা যাবোয। শে।"

- "চৎলো চৎলো লাকও ! ঔ ! আ ! ঔ ! আ ! সবস ! য়াবে লংথখবাশি বেদি ১ ২ ৩ ঈশিংদা তাখিবগী মখোল। ময়াম্না হৌনা নোকই।"

- "হা ! হা ! হা ! অঙাওবা লংথখবে।"

ঐখোয় লৈবিঙে নকললি অঙাওবা লৈবাক অসিদা লৈবা য়াবোয। অতনবা নঙদি মপোক অমদা ইনাকখুনবা ইমুংদা পোকচবা ওইবো।

- "হা ! হা ! হা !"

*****

## তবা শুবা পন্দুপ

নুমিৎ খবানিগী মতুংদা খববগী লমায অহনবদা ফোটোগা কোন্না যাওবকই। প্রকাস খবব অদু হেক থংগৎপগা ঙহান থেংনখিবা অঙাওবা অদু খঙনিং নীংশিংলকই।

ঙক্লীবদি অঙাওবা অদুনা শিববা ফাওবাদা মখুৎনা লুপা ৫০০ পাইদুনা লৈবম্বা অদুনি।

মশম শাংবা, ফুবিৎ খোঙ্গাও শেগাযবা শেৎপা য়েংবদা ফিভম শোকচিলবা অঙাওবা মীওই মানবা বম তঙ্খায যাওবা বোটল অমগা কোন্না,মখোং মখুৎ পুনশিন্দুনা মীনা ফুবগী চৈফম কযাগা লৈববা নুপা অমা বোডা মনুংদা হানজিন্দুনা ঈশিংদা থাদবকপদা তুবেলদা ঙা ফাবা মীওই খবানা থেংন্দুনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌবকপদগী পুলিসনা আব এম সি মোক্তা থমখবে।

খঙ্জীলুবদা মপুক্লীংদা নুংঙাযতবা ফাওবম্মী। কাযনখ্রবা মকপ কুমাবরু নীংশিংলকই ! নহাকপু থিবদা ঐনা মতম কযা মাংখ্রবা ! ঙসি ফাওবা ফংদনা লৈবক্লি। নহাকপু লমদম কৈদা ফংগনি নোংমখক ঐখোযগী থোঙ্গালদা লাক্লম্বা নত্তনা নুংশিববা মকপকী শক্তম উবা ফংলক্রি। কবম্বা মতমদা উবা ফংলক্কনি কুমাব !

মতমদুদা মহাক্কী নুপী অনিতানা শঙ্গোম গীলাস অনি পুদুনা লাক্লগা মাংদা তপ্লা থম্মী। মাযোক্লনা থাবিবা চৌকিদা ফমথবকই। অদুগা হায়বকই-

- শঙ্গোম অসিদা লৈবে।

প্রকাস খবব য়েংবা তোক্লগা শাংলবা শ্বোব আ চনিং তানা হোম্বম্মী। অদুগা হাযবকই -

- "ও ! থেং য়ু, থম্মু।"

মহাক্কী মতৌ অদুদা অনিতানা খংনিংলদুনা হংলকই -

- "কবি পাউ যাওবক্লবগে ? থব্বায় নুংঙায়তনা উইদুবো ?"

খববদু যেংলগা হায়বকই -

- "মসিদা অশিবা হকচাং অমা বোড়া মনুংদা মচিন,মখোং পুনশিন্দুনা যাওবম্মী হাযদুনা উৎলিবা নিপা অসি ঙহাল ঐখোয়না লুহোংবা পাবুংগা হলকপদা লমখায়দা থেংন্দুনা ঐনা কবোক পিকেট অহুমগা লুপা ৫০ গা পীবিবন্বনি।"

- "ও ! অদুগী ওইবে নথব্বায় অদুক নুংঙায়তনা য়েংলমলিবদি।"

- "হোয অদুগীনি। নুংশিদবা মীওইবগী পুন্সি ঙবাং ঙহান্তা লম্বীদা থেংনবম্বা ঙসিনা মীশক অদুগী অশিবা হকচাং। মসিনি ঙসিগী তাইবঙ মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা উৎলিবা বেভ্যাব কযাদা ব্রানা অত্মা অদুনা হকচাং অদুগী বিদায লৌবমগনি। খল্লুবদা অকি তুজুবা ফাওই খংদে অনিতা মী নুংশি হায়বদু ঙসিগী সমাজ অশিদা মমিংতা ঙইশিলকপগুম তৌবে। ধর্ম্ম মাংখবে।"

- "মীহাৎপশিং অদুদি ফাবা ঙম্লবোয়দ্রা ?"

- "কবম্মা ফাবা ঙমগনি। মফম কদাযদা মহাকপু ফাদুনা পুলগা বোডাদা হাপচিন্দুনা থাদবক্লীবনো হাযবদু খংদনা অবোমদা তুবেলগী ঈচেন্দা তাওথবকপনি।"

- "পুলিসকী হুই অশিংবা লৈবীবশিংদুনা থীহনবদি ?"

- "ঈশিংনা চামথোকশ্নবদা মাগী অশিংবা হুইদুনা কৈদৌকগনি। মখোয়দি মনমদা থিদুনা ফাবনি।"

- "ও ! অদুদি ঙম্লবোয়।"

- "অদুনে অশিবা অদুনা মাংজববনি হৌজিক্কী মতমদা। ঐনা ঙক্লীবদি অঙাওবা নীপাদুবু কবি মবাল লৈবদুনা অদুক তমথিবা মওংদা হাৎতোকপীবিবনো? মতৌ অদুগুম্মা নঙ ঐগী পম্বুং য়ৌন্নবা লম্বী লমতাক পীবম্বা নুংশিববা মকপ কুমাববুসু হাৎতোকপীশ্নববা হায়বশিসু ঐগী পুক্লিংনা চিংনদবা ঙমদে।"

- "ও ! নোংমা ঐখোয়না লায়খুকম্লুবগী হলকপদা থোঙ্গালদা থেংনবদো অদুদি থা ৭-৮ ফাবম্লগনি।"

- "নুমিৎ অদুদগী ঐনা মহাকপু থীবক্লীবা অদুবু ঙসি ফাওবা মফম খংদনা লৈবক্লি। কনাদা কদাযদা চৎতুনা হংলগা মহাকপু ফংগনি। ঐদি মহাক্কী চাউববা লমন অমা তোনশিন্দুনা লৈববনি। আনিতা !"

অনিতানা শঙ্গোম থাংঙ্গৎতুনা য়েংঙুবদা ঈংলন্নদুনা হায়বকই।

- "ও ! শঙ্গোমশে ৱাবীদা ঈংখ্রে মাল্লে। অমুক শাহল্লুখিশিবা ?"

প্রকাসনা মহাক্কী নুপীদা খান্নদুনা হায়বকই -

- "উম ! য়াবে ইংজথ্রশনু। নোংমা ফাদোকসু অঈংবা থক্কদবনি।"

- "উম ! অঈংবা শঙ্গোমশি থক্লগা লোকথুংই হায়দুনা বদনাম তৌবক্লবদি য়াবোয়কো অদুগা ঙসিনি অদুসু ভৈয়ানা চাক্কৌবিবা নুমিৎ।"

- "হায়জবোয়দা কবিগী ইশাগী শোয়ববু মীঙোন্দা তাইশিন্দুনা বদনাম তৌগনি। মদুদি পাপ পুগদবা ৱাফম্নি।"

- "খবা ঙন্না চৎন্নবা তৌশিকো পোৎ-চৈ পুন্নবা অমত্তা লৈদ্রি।"

- "ঙবাংনা নীংশিংলবদি ঐনা লৈবীবক্কদবনি।"

- "ইশাগী থবক মীঙোন্দা হায়জনিংদবদো ?"

- "অদুদি খবা ৱাজবা তাবা।"

- "ৱাজবেদনা কমদৌনি।"

- "ঙায়খো ঐ বা অমতা হংগে ?"

- "কবি ৱানো ?"

- "নখোয় ভৈয়া অহন্না থাশুববী নঙবু ইঞ্জাং অমতং চামিন্নশি হায়দুনা কৌবিবগী মবম নহাক খঙবা ঙম্নবা ?"

- "খংই।"

- "খংলবদি হায়য়ুদনা ঐগী নোলেজদসু লৈহৌন্নবা ?"

- "মমা ঐনা চানিং থক্লীংবনো চাহৌদ্রবদি গ্রর্ভাদা লৈবিবা ইচাদা অকায়বা লাকই হায়।"

- "নংঙোন্দদি কনা তাকপীবক্লীবা ?"

- "ইনম্মা অহন্না।"

- "অদুনা ঐঙোন্দা নহাক্কী চানিংবা ইঞ্জাং খংদে উহৈ খংদে, পুক্লীংগী অপাম্বদু লোৎন্দনা হায়দোক্লক্কদবা খংলেকো ?"

- "খংজবে।"

- "অদুগা অসিমসু খংজিনলু।"

- "নহাক ফমজিন্দুনা ঙাক্তসু লৈগনু অঙাংগী সাইজ হেঙ্গৎখিদুনা হয়েং তুংদা অৱাবা ওইগনি।"

- "য়াবে ঐসু খংজেয়ে।"

- "ও ! ঐদি খংদ্রববা হায়ববু খঙলম্মীবা ওইবে।"

- "হোয় !"

অনিতা চংশিন্দুনা মপুবোয়বগী মবেং জুমদা ঙাথবদুনা ফল্লম্মী। প্রকাসসু অনিতাবু নুংশিনা কোনবিবদুনা ৱাখল মকা লাম্না নুংঙায়বগী শ্বোব অমা শাংনা হোন্থবদুনা নুংঙায়ববা শাগবগী ঈপাক্তা তাওখিরমই।

"চৎলো ৱাখল পূক্লীং লৈকোন্দা
পায়দুনা ননিংতম্না শান্নক
হাংলবাঅতিয়ানি থৱাশ্নীচাক্কী।"

*****

## তবামাথোই শুবা পন্দুপ

মপুবোইবা টোঙ্গুদাস অমসুং মনেম আন্দীনা লৈখিদ্রবদা মমৌ বানিবালা অমসুং মকুবোক চিতবঞ্জন দাস হিংল্লবগী লম্বীদা অব্রাবা কয়া মাযোক্লবা তাবা হৌবকখি।

সাইকল অমনবা অমদা মৈ থান্নবা শিংঙ্গৈবাকশিং হাপ্তুনা বজাবদা য়োনবা চৎলমই। কবিগুম্বা মতমদা য়ুম্বী ওইবা য়াবা উ য়ান্দুনা বজাবদা য়োনবা চৎলমই।

তবা পাঙ্গল ফংদ্রবা মাংগী লম্বীবুদি তুংগী লম্বীনা শাং হৌববা চিতবঞ্জন য়ুমগী চাবা পুদুনা লৈকায মীবক তিন্নবা হোৎনবদা মীৎলু পীবাং কংখিদে। মহাক্কী মতৌ অসি মথৌনুপী বানিবালানা য়েংবা ঙমশিনলক্ত দুনা নোংমগী মকু চিতবঞ্জনদা হায়বকই -

- "পাবুং অঙাংসু খবা চাউবক্লবনিনা য়ুমগী অব্রাবশি খবা কোক ন্নবা অঙাং খবা লায়বিক তাকপীন্নবা খোল্লগে।"

মকুনা ঙায়হাক ব্রাখল তৌকব্বগা হায়বকই -

- "হোয় ইবেম্মা অদুম্না মতেং খবাপাংশিনলক্তবদি ইমুংশি ইমুং ওইববোয়। কুমশিদি।"

- "ইপাসু পাঙ্গল য়াম্না হল্লে।"

মকুগী অযাবা ফংলবদা কৈবোল-লৈকায়দা লৈবা পৈশা চাং নাইনা পীবা ঙমগদবা মীওইশিংগী অঙাংশিং খোল্লকই।

ক্লাস মান্নবা মখৈ পুনশিন্দুনা অয়ুক নুংথিল চাং নাইন্না তাকপীবা উবদা লাযবিক লাযশুদা থব্রায় যাওশিনবা মমা-মপাশিংনা বানিবালাবু য়াম্না থাগৎ পীবমই।

অঙাংশিংনা থব্রায যাওশিন্দুনা মহৈদা মবুক্লিং লুপশিনবদগী চযোলগী পবিক্ষাদা হান্নদগী নম্বব(মার্ক) ব্রাংনা ফংনবকখি।

ঙসি বানিবালাগী মনাক্তা লাক্লীবা ছাত্র-ছাত্রিশিং অসি হোৎনজবদি যাম্না পামজবা মমা মপানদি ফজনা য়েংশিনবীবা ঙমজদবা মহৈদি হৈহননিংবা কাংবুনি। অদুবু ঙসিদি বানিবালানা মমা মপা ওইবশিং অদুদা অনৌবা পবা অমা ফজনা তম্বীখবে। মখোযগী মমলবা পূক্লীংগী কাচিন্দা অনৌবা থাউমৈ অমা থাম্বীদুনা মচাশিংগী থৌনা অদুমক ময়েক শেংনা খংজবা ঙমখবে।

*****

## তবানিথোই শুবা পন্দুপ

অনিতা ইংঙ্খোলদা চৎলুবা হলকপদগী মশা নুংঙাযতবে হায়দুনা ফমমুংদা চংখিবমই। পাউ অসি তাবদা মচে বিলাশিনি ময়ুমদা চেন্দুনা হলক্লম্মী। তাঙ্গা অদু মকু অচৌবী নত্তনা অতৈ থবক চৎথোক্লখিবগী মতম্মী।

বিলাশিনি মনাও অনিতাগী মনাক্তা তৌফম ংদনা ফমদুনা মশাদা নানবীদুনা লৈবি। অচৌবীনা কোম্প্লোংদা মচা অনিদুগী মবক্তা অমতং লাকপীববদি হায়দুনা ঈশ্বব খুকুমদুনা ঙাইবি। অঙাং অনিসু তৌফম খংদনা লমযাযদা খবা লেপ মাংঙ্গোন্দা খবা থোক চবাংন্দুনা লৈবি।

ঈশ্ববগী নোংদমদগী প্রকাস মাগী গাড়ী থৌবদুনা হঞ্জিলকই। কোম্প্লোং হেক যৌবদা মপানা মহাকপু ঙাইদুনা লৈবম্বা উবদা ইঙক ঙক্লদুনা গাড়ী থাম্লগা হংলকই -

- “পাবুং কোম্প্লোংদা নথন্তা কৈদৌবম্লিবা।”

পাখৎনা মচাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হাযবম্মী -

- “ইবেম্মদু মশা ঙমদ্রে। ডাক্তব কৌকবনা ফবিববা নত্রগা হোসপিটালদা পুখৎপনা ফবিববা চৎলু নতৈমগা তান্নকচো।”

মীপাযবা অমগা লোযন্না গাড়ী শুমাংদা থৌজিলগা মমায লৈথোক্লনা খামই।

গাড়ী থৌজিলকপদা মতৈমা বিলাশিনিনা চেম্প্লোক্লতুনা মাংঙ্গোলদা লেপ্তুনা ঙাযদুনা লৈবমই। প্রকাস গাড়ীদগী হেক কুমথবকপা উবদা কৌবদুনা হায়বকই-

- “ইবুংঙো ! ইবেম্মশি হোসপিটালদা পুখৎনবা তৌবশি ফিবোল যোমশিনবা লোইববনি।”

- “অঙাংশিংদি কমদৌহৌবা ?”

- - "মখোয়দি মপুগা লৈজহৌবনি। নঙ তামোসু হলক্লবদি চাক চাবগা হায়গৎচবক্লগনি।"

খঙনিংদুনা মখা হংলকই -

- "কযাম কুইবগে ?"

- "ঐসু খংদে হঞ্জিলকপদা ইবেম্মনা হায়বদগী খংবনি। নফিকা হোংদোকউবগনু। মথক্কুদা জেকেটলা কোটলা অথাবা ফুবিৎ অমা লিৎশিনলো। ঐ ইবেম্মাগা গাড়ীগা কাখৎলম্লগকো।"

- "হোয় ইতৈমা।"

ইচানুপীদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

"ইবেম্মা নঙ নপুনা তাকহনলগা চাক্তো থোংদুনা ইনাওগা চামিন্নবগা লৈমিনবম্মউ।"

মচানুপীনা পাখৎনা হংলকই -

- "ঐখোয় পুপুবু চাক থোংবা হৈববো ?"

- "মসি অঙাংশিদি মবৈ নত্তনা মবৈ হেক তৌবদনা, হায় নপাসু ওফিসতগী হলক্লগনি মাগা তান্নবগা থোংউনে।" মসি অঙাংশিদি অনিতা মনাক্তা চংশিন্দুনা তপ্পা হাযবকই -

- "অনিতা ! হৌগৎলশি গাড়ী লাক্লে ?"

নাহেবদুনা অনিতানা মচেদা হংলকই

- "ইচে মাবু হলক্লববো ?"

- "হলক্লুনা মাগা চৎকদৌবিবনি। শে ঐঙোন্দা কোল্লগা তপ্প হৌগৎলশি। হৌ ! হৌ ! তপ্পা ! সমভালকব !"

- "অনিতানা নাহেবদুনা হায়বকই অযো ইমা ! হৈয়ো মাঁ ! কদাযদনো ঐখোয়না চৎকদৌবিবশিবু ইচে ? ইচে ?"

- "বিলাশিনি ইবেম্মা নহাক্কীশি অহানবা ওইবনিনা বেবা চক্রি তৌবকপা তাববসু হায়দুনা হোসপিটাল যৌহৌশি তৌবনি।"

- যাম্মা ব্রানা হায়বকই "ইচে ঐ যাম্মা ব্রাবে।"

- "ইবুংঙো নঙবু লোইশিন্দ্রীববো লাকওনে।"

- *"ইতৈমা লাকএ লাকএ।"*

মপা অচৌবীনা গাড়ী থোং থিগুজিনবীবগা হংলকই -

- "ইবেম্মা পোৎ-চৈ পুগদবাশিংদু হাপচিনবা লোয়ববা। চিথহৌবা লৈববসু নীংশিংউ।"

- "পাবুং কাংখনগা অতোক্তা কাওবন্নে।"

- "হায় অদুদি খ্বাইদগী মক ওইবনি। পুখোনে য়ৌবগা দবকাব লৈবগদবনি।"

কমলানা পুথোক্লতুনা হায়বকই -

- "পুপু অসিদা লৈবে। হাপচিনবীবো।"

- "শে শে কদোমদনো থমগদৌবি মসিনা।"

প্রকাসনা হায়বকই -

- "পাবুং মমাংগী অসিদা হাংলি।"

- "শে শে হাপচিলবনিকো থোংশি লোনশিঞ্জবো ?"

থোং লোনশিন্দুনা গাড়ী থৌগদবগী তৌবকপদা বিলাশিনিনা মকু অচৌবীদা হায়জবকই-

- "পাবুং ঐখেয় অমুক চৎচকখিগে।

- "এ ইবেম্মা মঙ্গোল ওইদুনা হলকপা ওইয়ু চৎলো চৎলো।"

মচানুপাদা ওনশিন্দুনা হাযবকই-

- "ইবুংঙো কোঙ্গুৎ কুৎলাং লৈবদো যেংললগা তপ্পা তপ্পা থৌকো।"

- "প্রকাস অচৌবী অহোয পাবুং। নযাশ্বসু থবক হেক হলকপগা থাবক্কে। গাড়ী থৌদুনা থেকর্খবে। অচৌবী,কমলা বটনা যেংদুনা লৈহৌই।"

বটননা মচেদা হংলকই -

- "চেচে ! ঐখোয ইমাখোয কদাযদা চৎলিবনো ইন্দোমচা পুবগা?"

মচেনা হায়বকই-

- "ইবুংঙো হোসপিটালদা চৎলিবনি। হোসপিতালদা কৈদৌবনো ?"

মপুবোক অচৌবীনা মশুবু ব্রাংনা থাংগৎলগা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "ঐখোয ইমুংদা মীশিং অমা হেনঙ্গৎলক্কদৌববনি খংলবা।"

হবাওনা মপুগী গুকশমদা কোনশিলগা লাওনা হায়বকই -

"য়া ! পুপু ! অদুদি ভেবি গুৎ অই এম ভেবি হেন্নী পুপু।"

"ঙাযখো ইবুংঙো ভেবি গুৎ হায়বদি কবিনো চাবা য়াই হায়ববা ?"

- "ও নতে পুপু ! যাম্মা ফবে হায়বনি। ভেবি হেন্নী হায়বনিা যাম্মা নুংঙাইজবে হায়বনে খংলবা পুপু !"

- "ও খংলে খংলে।"

মশুনুপীদা ওনশিনলদুনা হায়বকই -

- '২ইবেম্মা লাই থাউমৈ থানবা কাউগনিকো।"

মশুনুপীনা খুন্নকই - ''কাউবোয় পুপু !'

*****

## তবাহুমদোই শুবা পন্দুপ

বিলাশিনি খোঙলৈ যাংনা চৎতুনা হিদাক যোনবা দুকান মমাংদা য়ৌবম্মী। অদুগা ডোক্তবনা ইবকপা চেদু পুথোক্তুনা হিদাকশিং অদু খুদক্তা লৈবম্মী। হিদাকশিং অদু পোলিথিন অমদা পুল্লপ হাপচিন্দুনা অনিতাগী মনাক য়ৌবক্লম্মী। নর্সকী মখুত্তা শিন্নবম্মী । ডোক্তবনা অনাবগী ফিভম য়েংলগা হায়বকই -

- "মহাক্কী খবা থুনা পুশিন্নবা হোৎনবশি ।"

মতমদুদা প্রকাস অমসু পমোট অনিতাগী মনাক য়ৌবক্লে । ডাক্তবদা খণ্ডনিংদুনা হংলকই -

- "ডাক্তব অনিতাগী ফিভম কমদৌবিবগে ?"

ডোক্তবনা হায়বকই -

- "মহাক্কীসি সাইজ খবা হেনবগুম উই। কা মনুংদা পুশিন্দুনা যেংলগা হায়জবক্কে । মযাম মতেং অমুক্তা পাঙবীদুনা পুশিনবীবকউ ।"

নর্সতা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "সিস্টব, হিদাকশিংদু কাউবমগনি ।"

অনিতা পুশিনখ্রে। মপান্দা মনম্মা, মপুবোইবা মতৈ মখোয় অহুম মহাক্কী ব্রাখন্দা মথব্রায ব্রানা মপাউ ঙাযদুনা লৈবি । ঙাযহাক লৈবিঙৈ ডোক্তব মপান্দা যাম্না থুনা থোক্লক্তুনা হাযবকই -

- "মহাক্কী নক্লবা মীওই অমতং কা অশোমদা লেংশিনবীবকশি। মহাক অব্বা ফিভমদা লৈবে। চে অসিদা সহী তৌবীযু হৌজিক ওপবেসনগী দবকাব ওইবকপা য়াই ।"

প্রকাস চঙশিলক্তুনা চে অদুদা সহী তৌই অদুগা হংলকই -

- "ডোক্তব ঈগী দবকাব লৈবক্কদবা ?"

ডোক্তরনা প্রকাসতা মুন্না য়েংলগা হায়রকই- "দবকাব ওইহল্লগদি হায়জবক্কে। ঈশ্বর খুরুম্নীয়ু। Thank You প্রকাস ডোক্তরদা যেংদুনা লৈহৌই। ডোক্তর অনিতাগী মনাক্তা চঙল্লে। প্রকাস হন্দোক্লককতুনা ময়াম্বা অমসুং মতৈমগী মনাক্তা লেপ্পুনা লৈবি। মতম অদুদা মকু-মনেম মবায় মচে মখোযসু যৌশিলক্লুনা মনাক্তা লেপ্লবে। হেক য়ৌশিলকপগা মখোয়না খঙনিংদুনা হংলকই

- "অনিতা কবম্বা ফিভমদা লৈবিবগে ?"

প্রকাসনা খুম্মী -

- "কাদা পুশিনল্লে।"

মখোয়না রাবী শান্নবিঙৈ অঙাং কপলকপগী মখোল তাবকই -

- "হঙাং! হঙাং!"...

ময়াম্মা হবাওনা ঙাংনৈ -

- "অঙাং মখোলদি তাল্লে। মমাদুনা কমদৌবমগনি।"

ডোক্তর মক লকথ মপান থোক্লকই। ময়াম্মা খঙনিংনা হংলকই -

- "কমদৌবরগে ডোক্তর ?"

ডোক্তর য়াম্মা তপ্না খুন্নকই - "I am sorry!"

রাফম অদু তাবদা প্রকাস শাউবনা ঈ কাবদুনা ডোক্তরগী মখৌবি মেৎলগা হায়রকই -

- "মদু য়াবোয ডোক্তর নহাক্না অনিতাবু হাৎপনি। হৌজিক্তা নত্তরা ঐগা সহী তৌনখিবদো। মহাক ওপবেসন তৌবল্লবদি হিংলম্বা য়াবনি।"

ময়াম্বা মকুনা চঙশিল্লক্লুনা খামদোক্লগা হাযবকই -

- "তপথখো ইবুংখো। ডোক্তর লাই নত্তেনে। অদুগা মফমসি হোসপিটালনি।"

ডোক্তর লৎলবা খোঞ্জেলদা হায়জবকই -

- "ঐসু অঙম্বা থাক্তা যাম্না কন্না জীব অনীমক্কী থৱায় কন্ননবা হোৎনজখিবনি। মফম মতম মওংনা মবাযবক্কী ওইখিবনি। মসিদা ঐগী কবি ইবান্নো ?"

চবাংনবিঙৈ মবক্লুদা অঙাংদু নর্সনা পল্লদুনা পুথোক্লগা মবোক্তা শিন্নৈ। অঙাং উবদা ময়াম যোমশিল্লি। ডোক্তর অতৈসু চঙশিল্লক্লুনা মখুৎ লোন্নবগা হাযজবকই -

- "ঐখোয়ু অঙন্বা হোৎনজবনি মতাংনা যাখিদবনি । শাউবীগনু তপথবীয়ু ।"
কুনবীব - "যাবে যাবে ডোক্তব লেংবিবো । মহাক্কী পূক্কীংনা পেঞ্জদবদগী তৌখিবনি । ঙাকপীগনি ।"

ডোক্তবশিং চৎখ্রে । প্রকাস মথৱায় নুংঙাযতনা মক লুকথদুনা লৈহৌই। মতৈমা, মবোক্লা, মপুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লগা লৈহৌই । মতমদুদা নর্সশিংনা থৱায় যাওদ্রবা অনিতাগী মশা হাপলবা কাংথক অদু ইম্বোক্লকই । প্রমোট মখোয়গী গাডী থৌজীল্লক্কুনা অনিতাবু হাপচিনবা হোৎনৈ । মহাক্লা শোকপদি যাদবনা মনাওবু কৌশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো পুথখিনবা তৌবশি লাকও। থেংখিনবনি।"

প্রকাস অঙাওবগুম হৌগৎলক্কুনা মকুবোক মতৈমা নর্সশিংগা লোযননা গাডীদা হাপচিল্লি। মনেম্মা তনৌ তনৌবিবা অঙাং অদুদা অমুক যেং মচাদা অমুক যেং তেংথাদুনা কপ্লী -

- "হো ইবেম্মা ! নহাক্লা চৎলিবদুবু কদাযদনো ? পীক্লিবা নচাশে কনাদা শিন্নবম্বগে অমুক্তা হাযবমখোও! ইম্বোক্লা মবায়বক থীহৌবেদকো ইশুশে।"

বিলাশিনিসু তেংথাদুনা কপ্লকই -

- "ইবেম্মা অনিতা । নঙবু পীক্লিবা নচাশি হুন্দোক্লম কদাযদনোনে চৎলিবা ! নচেদি মঙলানগুমলে তাইবঙশে ।"

মনম্মা - "ইবেম্মা অনিতা ! কবি মতৌ কৌবগে নহাক্লা তৌবিবশিবু । নহাক্কীনি হাযবা খুদোল অমতসু তম্না ঙমদ্রিবনি ইবেম্মা । নবুংগা ঐগা ইচলগী লুহোংবসু মওং অমা তৌখিবনিনা অউনপোৎতি খবা চাউবা অমা ময়াম তান্নদুনা তমখিনবা হোৎনশি হাযদুনা খন্নবিবনি। অদুগা নহাক্কী ঐখোযবু থাদোক্কুনা পীক্লিবা নচাশি হুন্দোক্লম তাইবঙ সংসাবগী অৱাবসি যাওনিংদুনা চৎখ্রেদকো। হো ইবেম্মা শকহেনবী ! ননম্মবু কবি ওইহৌবশিগে ইচলগী নুংশিববা মাযথোংদো কাউবা ঙমলোযযে কৈদৌনুং ।"

ময়াম কপ্না কপ্না গাডীদা কাখৎনখ্রে । অঙাংদু মবোক্লা পম অৱাবগী ইথক ইপোম মবক্তা মযুম মাযগৈ তপ্না পাংখ্রে ।

প্রকাসনা মমান্নবা অমা ইযাবপোর্ট ফাওবা থিন্দোক্লবগা তপ্না মহাক্কী গাডী ড্রাইভবগা ৱাবী শান্নবদুনা থৌদোক্লকই ।

প্রকাস - "মণিপুরগী ইবাং অসি কৈদৌঙৈদা নেমথবা ঙমগদবা মান্দ্রে।"

ড্রাইভর - "অচুম্বনি যাম্নুং বন্দ, ব্লোকেট, স্ত্রাইক, নোংমতা কাংদবনা পোৎকী মমল অতিযা যৌনা ব্রাংগ্রে । দাবীসু অমা নৎত্রগা অমা অদুম চহী হেক খুদিংগী অৱাবা চিৱবা মতমদতা তৌশিল্লকই । সবকাবসু খঙশিন্নদনা অদুম লৈথোকপা ঙম্মী ।"

প্রকাস - "যাবোই ইবুংঙো মখোয়গী লুচিংলিবা মীওইশিং মবুক শেংদে। চল্লবা মীচমশিংবু শাউহন্নবা থৌবাং কয়া কয়া চহী কয়াগী মমাংদগী যাৎথোকতুনা থমলি। অদুগা খুলায ওইনা পঙজববা গ্রজাশিংবু শীজিন্নবি। মসিবু কোকহন্নবগী অমত্তা ঙায়ববা পাম্বৈদি মীপুম খুদিংমক লাইবিক ময়েক চৎহনবনি । মখোয়না মণিপুরগী মকওইবা লাইবিক কয়াদি পাদনা লৈবি মৱম অদুনা মশানা মশাবু থাজবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈবি।"

মতমদুদা হান্নদগী ঙায়দুনা লৈবম্লবা নুপা অহুম্মা প্রকাসকী গাডি মমাংদা হেনগৎনা খাম্লগা অহাংবা লম্ফাং অদুদা অহানবদা মখুৎনা গাডি খাম্মা ঈঙ্গিৎ তৌবক্লম্মী। প্রকাসনা মদুগী মৱম খঙবদগী গাডী খামহন্দনা কন্না নাথৈদুনা থৌহলক্লম্মী। মতৌ অদুদা নুপা অহুম অদুনা য়াওবকপা নোংমৈ পুথোক্তুনা প্রকাস তম্না মফম মৱাং খঙদনা পঙকাপতা কাপ্তুনা তান্নবকখি । পাউ অদু খুদক্তা পুলিস ষ্টেসন্দা খঙহনখিবম্মী। লাইবক থীবদি ড্রাইভর অদু য়াম্না মীপায চাউবা ওইবম্বদগী পাখৎখিদুনা লৈবক অমদা থৌজিনগে তৌবদা গোলাই শুহৌদবনা ইলেক্ট্রিক পোষ্ট অমদা যৈশিল্লম্মী। ড্রাইভরদি মখুৎ থবাক খবা যৈশিনবা নত্তনা অতৈ থোইদোকপা শোকহৌদ্রে। অদুবু মনিংদা তোংলকপা প্রকাসতি মকোক থবাক যৈশিন্দুনা শোক্লম্মী। মহাক্না জ্ঞান তাবকপদা হোসপিটালদা লৈবম্মী। মহাক্কী মনাক্তা মযাম্না মতৈমা মপা অমসুং মকুবোক ফমদুনা লৈবম্মী। মহাক্কী মখুৎ, মকোক বেন্দেজনা যেৎশিন্দুনা লৈবম্মী। পুম্নমক মঙলান অমগুম্মী।

পুলিসকী খুৎথাংদা পাউ অদু কুনবিবনা মযূম যৌহল্লকখিবনি। মযূমদা লৈহৌবা মপা অচৌবীনা মশু অদু মন্দোমচাগী মনাক্তা থনম্লগা মশেনগা লোযননা গাডীদা মচাগী মনাক যৌবকখিবনি। অদুবু প্রকাসকী মনাক্তা যৌশিল্লকপা বিলাশিনি অমসুং প্রমোটনা হাল্লম্মী। মখোযনা মনাওগী মনাক্তা লৈবিঙৈ কুনবীব অমসুং মপাবুং অচৌবগা যৌবক্লম্মী। মখোয অনী মচা মমৌ

অনীনা মচাগী মনাক্তা লৈবম্বা উবদা মপূক্রীং লুমজবম্মী মবম অদুনা প্রকাসকী মবমদা ব্রাবী শান্নদুনা মপান্দা ঙাইহাক লৈবম্মী। মতমদুদা ইম্ফাল পুলিস ওসিনা কুনবীবদা ফোন তৌবক্লম্মী। মবম খঙলবা মপানা কুনবীব মথন্তা থাদোকপা পামদবদগী মচানুপা প্রমোটতা ওনশিন্দুনা কৌবগা হায়বকই-

- "ইবুংঙো অচৌবা নঙ মামাগা থবক অমত্তা পুলিস ষ্টেসনদা চৎমিন্নক। কুইবোই ঙাইহাক্তনি।"

বিলাশিনি অমসুং প্রমোটতি মদুগী মবম খংদবনা ঙায়হাক য়েংনবগা বিলাশিনিনা হায়বকই -

- "চৎলো কবিনো ঐঙোন্দা অমুক য়েংলক্লিবদুবো। উপায় লৈত্রবা প্রমোট হৌগৎতুনা কুনবিবগী মতুং ইন্দুনা থোকখি। মপা অচৌবী অমসুং মমৌ বিলাশিনি অনীনা য়েংদুনা লৈহৌই।"

বিলাশিনিগী পূক্লিংদা খৎনিংবগী ব্রাখলনা লাংতক্লনা লৈহৌবনা মকুবোক অচৌবীদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "পাবুং ঙসায মামানা তাকপীবম্বা ব্রাফমদুবু কবিগী মতাংদা ওইবিবনো নমৌশু খবা খংজবা যাবোয়দ্রা ?"

ফোংদোকপা পামদবা মতাং ওইখিবনা মকুনা নাকোযননা খুন্নকই -

- "ইবেম্মা কবিশু লৈবা ব্রাফম নত্তেদা হুবেল কোন্না হাযগে ।"

মতমদুদা প্রকাস তপ্পা মমিৎ পাংথোক্লকই অমসুং কোইনা যেংবা হৌবকই। লুখুম ওইবপ্পা মতৈমা ফমদুনদা লৈবমই। ঙাযহাক তুমিন্না যেংলুবগা মপাবুংদা ওনশিনলক্লুনা কৌবকই - "পাবুং !"

মতৈমা বিলাশিনিদা ওনশিল্লদুনা য়েংলগা কৌবকই -

- "ইতৈমা তামোদি,অঙাংশিংগা লৈহৌবব্রা ?"

মতৈমা চংশিল্লক্লুনা মনাওগী মনাক্তা ফন্নগা খুন্নকই -

- "এ: ইবুংঙো ! ঐখোয ইমুংগী মী অমত্তা চিথদনা নহাক্কী পাউ তাবদা লাক্লবনি।"

প্রমোটনা মতৈমদা হংলকই - " যূমদি ?"

- "যূমদি ?"

"কমদৌনি শো লোনশিন্দুনা লাক্লে।"

- "ঐখোয় পাউ তাদবনিনা অঙাংশিংনা স্কুলদা ঐখোয়না ওফিস কানকই । কবিগীনো নঙদি নশাগী মুবান পোনসু লৈনা মফমদা ওইবসু পাউ অমত্তং খংহনববক্তুবদি ?"

পাউখুম খংদ্রবা প্রকাস অব্রাবগী শ্বোব অমা চনিং তানা হোন্থবগা খুন্নকই - "ইতৈমা মতাংদু যাদদুনা তৌখিবনি ।"

মতমদুদা নর্স মা প্রকাসকী মনাক্তা চংশিল্লকই । অদুগা হায়বকই -

- """ইচে অশোকপশি ঙহাক বেষ্ট তৌখিশনু অদোম্মা হংনিংবা ব্রাবী শানিংবা কযা লৈববসু মিনিট কুপ্পাগী মতুংদা ওইনা শাবিয়ু। ব্রাফম অসিমক ডোক্তবনা ঐঙোন্দা শিন্নজবম্বগী হায়জনি শাউবিবা যাদে।"

ব্রাফম অদু অচুম্বা ওইখিবনা ব্রাবী মখা তানখিদবে । নর্সনা ঈ কাপ্লম্বগী যেৎতুম্নচিংবা লৌথোক্লদুদা সাইদ টেবল মথক্তা থমই অদুগা হায়বকই -

- """ইচে ঙসায় ডোক্তবনা অকোনবদা ইদুনা পীবম্বা চেজেৎতুদি ?"

বিলাশিনিনা মকুবোক্তা যেংলকই । মতমদুদা মকুবোক্লা হৌগৎলদুনা কোযনা যেংলগা হায়বকই -

- " ইবেম্মা ঐঙোন্দদি পীবমদেনে ?"

- "ঐঙোন্দসু পীবমদে ? মপান্দা থোকখিবশিং অদুনা ... ।

নর্সনা তপ্পা হায়বকই -

- "মখোয অতৈনা পাইখ্রবদি হিদাকতু শোইদনা লৈবক্লগনি । হুবেল হিদাক্তু লৈদুনা হেক পুবকপগা পাউ অমত্তং থংনবা কা অসিদা পীবিবকউকো।"

- "অহোয ইবেম্মা পীজবক্কে ।"

ব্রাদু তাবদা নর্স মখোয কাদা চঙদুনা অমুক ফমগ্রে । হৌজিক কাদুদা অশোকপা প্রকাস, মপাবুং অচৌবী অমসুং মতৈমা বিলাশিনি মখোয় অহুম ব্রবী অমত্তা শান্নদনা তুমিন্না লৈবিঙে মতদুদা মশক খঙদবা নহা অনীখক য়াম্না চিংনবা মওংদা তপ্পা চঙশিল্লক্তুনা অচৌবীদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "পাবুং অশোকপগী মমিংসিবু প্রকাস কৌবীববা নৎত্র ?"

মখোয়গী ব্রাহংদুদা চিংনখ্রবা মপা অচৌবীনা মচাগী মমিং লোৎলদুনা খুন্নকই -

- "ইবুংঙোখোয মহাক নখোযনা থীবীবা মহাক্তু নত্তে মসি ঐগী ইচা তোম্পোক্লী। মহাক গাডী মচাগী এক্সিডেন্ট তা শোক্তুনা আ লব্রাযদগী ঙসায পুখৎচবকপনি। থাজদ্রগা থংনবশিংদা হেক্তা হংবীযু।

অচৌবীগী ব্রাহৈদুদা মায়থীববা নহা অনীদু অতৈ ব্রাহং মখা হংথবমদ্রে, মখোয ঙাকপীনবা হাযজবল্লগা তপ্না মপান থোকখ্রে ।

মবম খঙজদ্রবী মমৌ বিলাশিনিনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহৌই - "মথন্তদি মপূক্লীংদা ব্রাহং খবা হঙজবি -

- "কবিগীনো ঙসি ঐখোয ইকুবোক্লা মশাগী চহী মতাং অসিগা ওইদবা ব্রা কযা অমা হায়জিন্দুনা মীবু অবানবা তাহল্লিবা কবি মবমগীনো ?"

*****

# তবামবি শুবা পন্দুপ

মীটিং মফম অমনি । (কেমেবা মীটিং)

মখোযগী কেন্দ্রীদেট থুংলবগনি হাযদুনা লৈকায়দুগী নহাবোল কযানা শেম- শাদুনা লৈবমই। বানিবালা অমদি মহাক্কা লোযননবকপা লোয়ননবকপী খুঙ্গংগী গাওবুবা অমদি অতৈ পার্টিগী মীওই কযাগা মখোয়না থাবকপা পুংশিং চপ চানা থুংলবে। মফম অদু হৌজিক্কী অচৌবা মীটিং মফম হাযবদু ওইখবে। ময়াম থোক্কুনা তবাম্মা ওকপগী থৌবম পাংথোক্লম্মী। মমৈথংদা গাওবুবানা প্রেসিডেন্ট ওইবগা মযাম তাংবন্দা বানিবালানা লেংশিনহন্দুনা মীটিং অদু মখা চংথবা হৌবকখি। অহানবা ওইনা পার্টিগী ব্রাঙাংলোয় অহল ওইশিল্লক্লবা চন্দ্রকান্ট দেনা মযাম মমাংদা থোক্লক্কুনা মীফম অদুগী মকওইবা পান্দম খবা শন্দোক্লা ফোংদোক্কুনা ব্রাহৌদোক ওইখি। মহাক্লা হাযবমই -

"হৌখিবা চহি মঙা অসি বি জে পি. সবকাবনা পান্দুনা লৈবাক প্রজাদা ময়াবা কযাগী চৈথেং ফংহনখবে। লম্বী থোং ফত্তবনা মবম ওইবদুনা শেন্দাল লম্বীদা অপনবা কয়া ওইখবে। অমুক্তা খন্থদুনা যেংবীযু মখোযনা লৈকায খুঙ্গং অসিগী ওইনা লাযববা লৌমী- শীন্মী ইচিন ইনাও কযাগী ওইবা মতেং অমত্তং কবম্মা মতমদা তৌবিবকখিবা যাওগ্রবগে। থক্লবা ঈশিংগী থেংনবিবা অৱাবা, নোং তাবকপদা চংথোক-চংশিনগী অৱাবা, অৱাবগী অৱাবা তেংথাখোল ঙাক্তনি মাযগৈ খুদিংমক্তগী লাওশিন্নবকখিবা খোল্লাও।

"চাক লামলে চেং পীযু ঈশিং ফংদবে গুহা তৌবিযু ।"

সবকাবগী থবক থাপলে মখোযগী নক্লবা মবি মতা পৈশা খাউজাও পুবকপা ঙম্বা মপা মপু কৈবাক থাবীবম্বা অচৌ অশাংশিংগী মবি মতা ইমুং মনুং ঙাক্তা । মসি পুম্নমক তোল্লবা ননায ঐনা হায়শিন্নজবা নত্তে লৈবাক প্রজা পুম্নমক্লা খংবিববা ব্রাফম ঙাক্তনি । নোংমগী চবা ফংনননবা হোংনবদা শক শবাং হিক্তোক্লবা শিন্মী ঐখোযনা শুবি থবক লেপ্তুনা অদুগা খোঙ্গ্রায

নিক্তুনা চাবি মখোযনা নুংঙায়না ওফিসতা উই উইদুনা । ভাবত সবকাবনদি থবক ফংদবা নহাবোল কয়াগীদমক্তা যোজনা কযা পুথোক্তুনা শেম্নুং কয়া থাদবক্লী। অদুবু লোন অদুদি ওফিসতা ফম্নীবা মহাসয কযাগী মীতাফম ওইখিবনা মাগী মাগী কোতাদা য়েম্থোক্লখিবনা ফংহৌদবে পুকচেল শেংনা থবক তৌজনিংবা নহাবোল কযাদি।

ওল এজ পেনশিন পীবগী মতাংদসু মহা ওইবা মীওই কয়াগী মমিং থাগৎতুনা পেন্সিল চান্নবী নুংঙায়না, অহন মতম ওইশীনলক্লবা মীওই কয়ানা মচা- মমৌ কযাগী মীরা তাবি হনু থংদা। লায়ববা লুপ্রবী কযাগীদমক্তা সবকাবনা মতেং কযা পীথবক্লী অদুবু মপুবোয়বা লৈবী ওফিস রালা কয়ানা লৌবি চাবি খুদোংচাবা কযা ওইদবনা অচুম্বা শাবদুনা। অসিগুম্বা থৌওং কয়া ঐখোয়গী ইমাং মক্তদা মখোযনা শপ্লম শাসন তৌদুনা হৌখবে চহি মঙা। খাংখবে অর বা কয়া, উনা উনা খঙনা খঙনা মতৌ অশুম্না মথংগী চহি মঙা অসিসু ইখা চিক্তুনা ইমিৎ উইশিন্দুনা উববসু উশিন্নদনা খংলবসু খঙশিন্নদনা পঙশিন্দুনা লৈশিনখিশিবা ? অমুক্তা খুম্নীবকউ তিনবিবিবা লমদম অসিগী নুংশিজববা জ্ঞান তাববা ছাত্র ছাত্রীশিং লোযননা লাযগুরুজন খ্বায পুম্নমক । ঐখোযগী হক মখোযগী লুপা ১০০০ চৎপী নোট অদুনা মাংহনগদবা নত্তে । ঐখোয মনিংতম্বা ভাবত ইমাগী মচাশিংনি। জাৎ কুচু ফিজেৎ চাকচা লোল খেৎনজববসু থম্মোযনুংদা চেম্লীবা ঈচেলেদি অমত্তনি। ঐখোয ভাবতকী নাগবিক অমনি । ঐখোযগী চহি মঙাগী হক অবেম্বদা খুৎন্নিখিবোযশি ঐখোযনা থাজবা লৈকায খুঙ্গং সমাজ অসিগী অৱাবা মশক মুন্না খঙলবা নত্রগা খঙলবী ঐখোযগী ইবক্তগী যাওবক্লবদি মহাক অদু প্রজা ঐখোযনা শক্তী খুৎশিন্নদুনা এসেমব্লীগী থোংজিন ফাওবা থিনজিনবদা তেংবাঙবীযু হাযনা ইখুৎ তবা লোন্নদুনা চিনবীবিবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচবি।

মীশক অদু ঐখোযগী ইবক্তা যাওবে হৌজিক্তী মহৈ মশিংগী হিবমদা যেংলুববসু লৈবাক সমাজগী রাখলদা যেংলুববসু পংনোপ নোক্লবোয়দবী মযামগী শেবাদা পুক্লিং লুপচবা পামজবী ইচে শ্রীমতি বানিবালা দাসকী কাব যেকপা মার্কাদা প্রজা মীযামগী মমল য়াম্লবা শিম্বোল অদু ইশা ইশামক্লা থাজবা থম্বীবগা নম্বীযু। তুংগী লম্বীগীদমক যেংবীয়ু মহাক ঐখোয়না হায়জবদসু তাবিগদবীনি। ইচে বানিবালাবু ঐখোয় মযামগী পাউখোল্লোয় ওইহনশি।

ঐখোযগী মীহুৎ ওইহনখিশি ব্রাফম অসি হায়জবগা লোয়ননা মতাং অসিদা তিনবীবিবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদগী বিদায় লৌজবি। জয় হিন্দ ।

অহলশিংনা যাইফ মঙ্গোল পীবীবকই। এনাওসমেন্টনা চংশিল্লক্তুনা থাগৎপা ফোংদোকই অমসুং মথংগী ব্রা ঙাংবিবনবা জিলা পবিষদকী মীবেপ ওইনা চোংথোকচবিবী শ্রীমতি বানিবালাবু মীয়াম মমাংদা থোক্লকতুনা ব্রাহৈ খবদং থগ্বীবনবা কৌশিল্লকই।

বানিবালা ফমফমদগী হৌগৎতুনা থোক্লকই অমসুং তিনবিবিবা মফম অদুগী প্রজাশিংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অহল লমনশিংনা মখোং শোক্লা খুকমজবমই। মখোয়না থাজবা ব্রাহৈনা তবাম্লা ওকপীবকই। মমান্নবী চহি লেংগা ওইবশিংগী মফমদনা মখুৎ লোন্নদুনা ইকাযখুম্লজবা উৎলি। মিনিট ৫/১০ কোযনা থুংনা চৎলুববা মতুংদা হুঞ্জীল্লক্লম্মী। অদুগা মহাক্কী ভাষন পীবা হৌবকই "ঙসিগী যাইফববা পুংফম যাইফববা নুমিৎ অসিদা তোল্লবী ননায ঐগীদমক লমদম অসিগী নুংশিবা লায় গুরুজনশিং, ইমা ইবেল, মকপ মপাং, ইবুং ইপ্পাশিং লোযননা লমদম অসিগী তুংগী যুম্নুবেল ওইবক্কদৌবিবা ওইবক্কদৌবিবী ছাত ছাত্রী খ্বায খিবীক্কী মফমদা ইকায খুম্লজবা উচ্চবগা লোযননা ননায তোল্লবীনা ইকোক নোন্না খুকমজবি। ননায ঐহাক্কী যাম্লা লায়ববা ফিভম চাদ্রবা ইমুং অমদা হৌজবকপনি । হৌজিকসু অদুম মঙায জগৎ সংসাব অসিদা ঐগীনি হোযবদা অশোনবা ইকু অদুগা চহি অহুমতা ঙাযবিবা ইচা নুপা অসি নত্তনা ঘতৈ কনাসু লৈজদে।

অহিং কযাদা কপ্তুনা লেল্লকখিবী মপোক্লী। থম্মোযনুংদদি লাযববা লমদম অসিগী হক মৎপীববা প্রজাশিংগী সেবা তৌজনিংই অদুবু প্রজাগী শক্তি অমা শীন্নবীদ্রবদি উপায় লৈতবনা মতম কুইনা খাংদুনা লাকচবি।

লম্বী থোং, থক্রবা ঈশিং ফংবনা অসি যৌনা চাউখৎলবা যুক অশিদা জঙ্গলী পুন্সি অমগুম্লা যাম্লা তোন্না হিংলি। লাযনা কযাগী শিকাবি ওইদুনা লমদম অসিগী নুংশিববা প্রজা কযাগী পুন্সি খংঙুথক্তা থব্রায়না পোম্বা ওইখবে। মসি পুম্লমক ঐযোনা মিকপ থোক্তুনা কবি মবমদগীনো হায়দুনা থীগৎলবদি পাউখুম অদুম্মক শোযদনা ফংগনি। অযুক নুংথিলদা হুইনা খোংই নুমিদাংগী মতমদা লমহুইনা নিংথৌ ওইববা লমদমনি । মসিগী অব্রাবদি ঐখোয়গী খুঙ্গং ১২ গী

ঋাও বুব। ওইবিবিবা শ্রীকর্ত্তিক তঁতে না মাযোক্লবি। কনাদা তেংথাকগনি মহাক্কী অব্বাবা তাবিনবা লৈতে।

ঈশ্বব নত্তনা ঐখোযদি মঙোন্দা চৈবীবা খক্তনি। মহাক মখৌ তৌদে হাযদুনা। পুলিসতা বিপোর্ট তৌকই। হুবানবা মতুং মৈবিংবগুম থোকই। মসি পুম্নমক লমদম অসিগী প্রজানা লিংজেল মান্না লৈববদি থীংবা ঙমগনি। কিগনু পূক্লীংদা মখোয় খুলায পায হাযদুনা ঐখোয মখোয়গী শিকাবি নত্তে। সবকাবগী অশোয়বা মখোযগী অশোযবা মেনখৎনবা সপন নত্তে। কাল্লে ফুবা কান্দবে ফুবা পুলিসকী চৈথেং মবক্তা উফুল চাইশিন্দুনা হিপ্পুনা লৈগদবগী শকক হিংলমশি ঐখোয অপুনবা পাঙ্গলদা তশ্নীবশ্বশি পবা অমত্তং লশ্নী লান্না লমজিংবিপ্পবা মখোযশিংবু অচুম্বা পবা অমা তশ্নীদুনা ঐ ইথত্তনা যাদে ঐখোয মযামগী শক্তি দবকাব ওই। খুযা তুশিৎনা তুম্বা পাশ্নীববদি পুম্নমক মাইযোক্লবা তাবনি।

মীকপ থোক্লো হে ঐগী নুংশিববা প্রজা মীৎলুগী পিবাং তৈথোক্লো। যেংলুগনু লুকথনা ঙক লৈমাযদা পাল্লবদি নীংতম্বা পুন্সি চাউখৎপগী মঙালদা নুংঙাযনা চৎশি খুশম্লা ঐখোয ভাবত ইমাগী মচানি তাৰুগনু মীপাও মীতোপশিংগী, শক্লুগনু ঈশৈ হিগায ব্রা, ওইগদবা পাশ্বেদুদং পুথোকশি শোক্লবা থম্মোয গী তেংথাফম ওইন্নবা। ঐখোয মীওইবনি ব্রাখল খন্তগদবনি ঈশ্ববু থাজগদবনি ।

তুমিন লৈথোকপা নৎএগা খাংদুনা লৈশিনবদি যাদে । ঐহাক নুপীনি অদুম ওইনমক কৎথোকচবমগে থব্রায অচুম্বা অশেংবা লশ্নী অদুগীদমক থেংনজগে অব্রাবা কযা লাক্লবসু প্রজাশিংগীদমক্তী অকনবা তুফান কযা নোক্লা নোক্লা লাযববা শোৎথহৌববশিংবু হন্না যেংবববক্তবা খুঙ্গংশিংবু শেমগৎপদা ঐগী থব্রায লপচগে ঐবু থাজবীযু থবক্লা শাখি ওইবিযু । ঐগী শিশ্বোলদি কাব যেকপনি । শিশ্বোল অসিবু নীংশিংবীযু অদোমগী পাওখোল্লোয় ওইনা থাগৎপীযু । জয হিন্দ ।"

বানিবালা হঞ্জিন্দুনা মফশ্লাংদা অমুক ফমখবে । এনাউন্সমেন্টনা চংশিনলক্লুনা হাযবকই :

- "মথং অসিদি ঙসিগী মীটিং অসিগী প্রসিডেন্ট ওইনা লেংশিন্দুনা লৈবীবিবা

ঐখাযগী নুংশিজববা খুঙ্গং ১২ গী গাঁও বুবা অদুগা ৱার্দ নম্বব মঙাগীনা ড্রেক্রেটবি ওইনা লৈবীবিবা ইকায় খুম্নজরবা মীং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীকার্ত্তিক ওতে অঙ্কলবু ঙসিগী মীফম আসিগা মবি লৈননান ৱাফম খবা ফোংদোকপীবনবা মীযাম মমাংদা ফোঙদোকচবি। ৱেল কম অক্কল ধৈনবাদ ।

গাঁও বুড়া ফমফমলাংদগী হৌগৎলদুনা থোক্লকই। মখুৎ লোন্নদুনা মযামদা নমস্কাব তৌবগা মহাক্কী মোট ফোংদোক্লকই -

- "ঙসিগী যাইফববা নুমিৎ যাইফববা পুংফম অসিদা কবিসু খংজদ্রবা অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবা গাঁও বুডা ঐহাকপু কৌথোকপীদুনা পার্টি ওইবা মীফম অসিদা ৱাফম খবা থশ্নীবনা কৌথোকপীবকপা অসিমক গাঁও বুডা ঐগীদি লাযবক যাম্না ফবনি। মসিগীদমক থাগৎপা ফোংদোকচবি ধৈন্যবাদ। ঐদি ৱা ঙাংবসু হৈজদে। মযাম্না নুংশিবীদুনা সভাপতি তাংবন্দা লেংশিনহনবনি।

ঐনা লৈবিবা খুঙ্গং ৱাদ নম্বব ৫ শুবা গী ভোটব মীশিং অঙাংগী মশিং অহানবা ওইনা মীযাম মমাংদা থমজবি। ঐখোযগী খুঙ্গংদা শুপ্নগী ঘব(যুম) ১২০ লৈ। মসিদা অঙাং মশিং ১০০ নি।

লবা (নুপা মচা) ১৫০ জন,

ষেৱালী (নুপীমচা) ২২০ জন,

মুব (নুপা নুপী) ২৮০ জন,

পুন্না মীশিং ৬৫০ জন সংখ্যা ওইগনি ।

মতৌ অসুম্না অতৈ খুঙ্গংশিংগীসু মীশিং থোযদোক্লা যাম্না তাবা খুঙ্গং নডে। ঐনা হাযজগদবদি লমদম অসি অতৈ মফমশিংগা যেংনকবদা যাম্না শোন্থনা লৈবি । লম্বী থোং ফত্তবনা মবম ওইদুনা কববাব তৌবদা অৱাবা কযা মাযোক্লবি। লোযননা পানিকা সুবিধা ঈশিংগী অৱাবা অদুগা মতিক চাবা হোসপিতাল লৈতবনা লাযনা কযাগী শিকাবি ওইবগা লৈখিদবা কযা অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা কয়া লমদম অসিগী প্রজানা মাযোক্লদুনা লৈবিবনি। হিবম অসিগী মতমদা চিন্না অমদি ইদুনা দবখাষ্ট কয়াসু থাদুনা খংহনখ্রবনি অদুবু ঙসিগী সবকাব অসিনা ঙসি ফাওবদা মিৎচিনা ফাওবা হন্না যেংবিবকখিবা লৈত্রি।

ইকায় হঙ্গোয়না হাযজববদা নোং তাবকপদা ঐখোয় ফি তাখৎতুনা লৈখোম মবক্তা চৎলি। মসিদা নত্তনা হিবম কয়াদা অৱাবা মায়োক্লবিবনি। ময়াম্ন া শাওবি ঐগী ইথক্তা ঐনা খাংলি নুং অনীগী মবক্তা হা ওইনা। শাউশনু শাউফম থোকই। ঐহাক ব্রাবৌজবা লৈজদে কনাগী মফমদা।

ঐনা অবোয়বদা হায়জগদবদি ঐখোয় হক ফংগদবা মফম অদুদা পুন্না চৎমিন্নশি। লুপা ৫০০ চৎপী নোটকী মতুং ইনবীকগনু মদুদি ঐখোয়গী হক য়োনবনি।

ইবেম্মা বানিবালা নুপী লক্তগী অখোয়বীনি। ময়াম্নসু উবিবিবদুনি। পীক্লীবা অঙাংশিংদগী হৌবগা লাইবিক মযেক চৎত্রবা অহল লমন কয়াবুসু মীকপ থোকহনলে। হৌগৎলক্লীবা নহাবোলশিংবু খোমজিন্দুনা চৎপা য়াবমদ্রবা লম্বী, ঈথৈ খোংলমগী নালা শেংবা কুহ্া তৌবনা চিংবা কয়া পাংথোক্তুনা সবকাবগী মতেং নীকদ্রবসু অনৌবা সংসাব অমদা তপ্না তপ্না চংশিনবা হৌবক্লীবশি মহাক্কী মপান্ননি। অসিগুম্লবা অনকপদা তাদুনা লৈববা মণি অসিবু খুনগৎতনা লংথোক্তুনা মাংহনখ্রবদি ঐখোযগী অপঙবা ওইগনি। মুন্না খম্বীযু। মহাক্কী মথৌনা ঐখোযনা হাপ্লীগদবনি। মহাকপু ঐখোযগী পাউখোলোয় ওইহনখিবদা চিংননিংঙায কবিসু লৈতে। মহাক্কী শিম্লোলবু কাওবীগনু। কাব যেকপনি কাব যেকপা সিম্বল মপাদা অদোমগী যাম্লবা খুদোম্বীনা নম্বীদুনা মহাকপু ঐখোযগী মীহুৎ ওইহনখিশি ৱাফম অসি হাযজবগা লোযননা মমাংদা ফোংদোকচবা মতাংসিদা তেনশিঞ্জবে। জয হিন্দ। জয ভাবত মাতা। লোযননা ঙসিগী মীটিংসু মতাং অসিৱাযদা লোযশিঞ্জবে। ধৈন্যবাদ।"

মতম অদুদা হান্নদগী থৌবাং তৌদুনা লৈবম্লবা নুপী মচাশিংনা চান থক্লবা পুথোক্লক্তুনা ময়াম চামিন থকমিন্নখিবমই।

হাযঙম তৌঙম্বা মীওই খবনা পূক্লীংদা লৈজবা ৱাফম ফোঙদোক্লবকই -

- "ইবেম্মা মঙ্গোল ওইজৌ। ইচানা ওইদনা কনানা ওইগনি। ইচানা হযেং মায পাক্লবা মতুংদা ইমাখোয মযাম লৈহৌবিকো হায়দুনা নোংমত্তংসু নীংশিংবীবকউ।"

বানিবালালা খুমদ্রিঙৈ মচিন ফবা নহা অমনা খুন্নকই -

- "ইমা, ভোটতা কাহনবীযো নচাখোয লৈজবিবশিদি ইতৈমদা তৎতনা ঙাংদুনা ইমাখোযগী নাত্তা তৎতনা পুজবক্কনি।

- "হোয, হোয় ইবুংঙো অদুম্না তৌবিবকউ।"

"তৌবদবু হযেং কাচিন্দা চংলগা ইশে হাযদুনা মীঙোন্দা নম্বীখিবদুদি তৌবীগনুকো ইমাখোয়।"

- "তৌবোয ইবুংঙো, নমাখোয়দি চামাঙাচৎপী উবদা মীৎ লংখৎপীদু নত্তে। ইশাগী হক কৈদৌনুংদা যোঙ্গবক্ত্রি।"

- "থাগৎচবি ইমা ! মদুখক্তনি নচাখোয়না পামজবিবসু ।"

*****

## তবামঙা শুবা পন্দুপ

মতৈমা বিলাশিনিনা শঙ্গোম গীলাস অচৌবা অমা পুবক্লগা প্রকাসকী সাইদ টেবল মথক্তা থম্লগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো প্রকাস ! নঙবু তুমদুনতা লৈবববো ? শে শঙ্গোমশি থকচিল্লু । অযুক্কী হিদাক্তী চাগ্রববা ?"

প্রকাস তপ্না ওঙ্হোক্লক্কুনা মতৈমদা যেংলগা হাযবকই -

- "ও! চাদবি। হৌজিক চাবগে ইতৈমা।"

- "হিদাক্তি মতম নাযনা চাবনা ফবনি।"

- "ঐদি তুমথোকউবে।"

- "ঙসিদি জযাখোয লাকপসু যাই । ঐঙোন্দা ঙবাং ফোন তৌবকপনি । নহাক্কী কন্দীসন হংলকই । ঐনা হাযখিবনি হৌজিক্তী হান্নাগুমলে ।"

মতম অদুদা মকুবোক মশুনুপী অতোম্বী সান্তীবালাবু পোবদুনা লক্লবগা মপাগী মনাক্তা চংশিল্লকই । মমৌনা মকুবোক্তা যেংলগা হাযজবকই -

- "পাবুং ইচনতোম্বীদু মপানা শঙ্গোম থক্লিঙৈশিদা যাওহৌননবা থম্বীবম্মো।"

লমযাইদা ঙাযহাক মমৌগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা লেপ্লী অদুগা মনঙ্গলদা পোবিবা মশুনুপী সান্তীবালাদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- " ইশুতোম্বী হৌজিক নখোয মমাচৌনা হাযখিবদু তাহৌববা ?"

মশুনুপীনা খুম্লকই -

- "উম তাহৌই ।"

- "অদুদি কবি হাযবক্লীবা ?

- "অদুবুবো পাবুংগা ইবানি শঙ্গোম থকহৌবো হাযবিবা ?"

- "চুম্মীনে। অদুদি ঐ অসিদা থাবগে নঙগী পাবুংগী মনাক্তা চংহৌবোকো।"

মশুনুপী সান্তিবালানা য়ানিংদনা মখোং ফ্রিং ফ্রিং চোংলগা হায়বকই -

- "অসিদা থাগনু খোং মোৎকনি পাবুংগী ফমুংদা থাবিয়ু ঐগী খোংদা শেন্দল যাওদে।"

মপুনা নোক্লগা হায়বকই -

- "মসি অঙাংশিদি ।"

মনৌনুপীনা মকুদা হায়জবকই -

- "পাবুংগীসু অসিদা পুজবক্লগে লৈবিবম্মু ।"

ব্রাহৈদু হায়বল্লগা চাকশঙদা চঙখবে। মকুনা মশুনুপী সান্তীবালাবু মপাগী মনাক্তা পোবম্বদগী নহোংগী কিশি লৌথোক্তুনা থাবীবমই। অদুগা মশুদা হায়বকই -

- "শে শে কুমথবীবো নপুগী নঙ্গলদগী।"

মশুনুপী কবি অমত্তা খুল্লমদনা কুমথবগা ফমদুনা লৈবিবা মপাগী মতম্বাক্তা চংশিন্দুনা ফমখি । মপুনা লৈবম্বা চৌকি অমদা চংশিন্দুনা ফমখি । ঙাযহাক লৈবগা মচানুপাদা হংলকই -

- "কমদৌবি নশাদি ?"

- "পাবুং হকচাংদি কবিশু থোইদোকপা লৈতবে ।"

- "ফবে ফবে অদুদি ।"

মতম অদুদা মমৌ নুপীনা চাননবা ব্রেটকা লোয়ননা চা পুশিল্লকই। সান্তীবালাগীনা শঙ্গোম গীলাস অমা টেবল মথক্তা থনল্লগা হায়বকই -

- "পাবুং ঐখোযগীদি চা ওইনা তৌবে। ঙবাং ষনাওদো থৌবি তৎতুনা লৈবমই হায়বদগী, শঙ্গোম পৌব্রা অমত্তং ওইনা পুবকই।"

"যাবে যাবে কবিশু কাযদেদা। মখোয় মচিন মৌপ্বাগীদি থম্বীববা?"

- "থমদবে ।"

- "কবিগী?"

- "মখোয় টিয়ুসন হল্লকপদদি, ঐনা চাক লোযবকপনা হাল্লগনি।"

- "মপাদি কদায়দনো ঙস্তানা চৎথোম্রিবদুনা ?"

- "ঙসি মখোয় ওফিসাবগী মচানুপীদু লুহোংগনি হায়বমই।"

- "লুহোংবদু অয়ুক্তবো ?" মকু অচৌবীনা মমৌদা হংলম্মী।

- "লুহোংবদি নুমিদাংৱাইবমদনি।" বিলাসিনিনা তপ্না পাউখুন্নকই।

- "অদুগা হৌজিক্তগী চৎলিবদুনা কবিগী ?"

- "ঐখোয পাবুংশিদি ।"

- "পোৎপাং পীথোকপবো ?"

- "নত্তেবা পাবুং।"

- "অদুদি কবিগীনো ঙন্তানা চৎলিবদুবো ?"

- "হো অয়ুক্তা অউনপোৎ থীন্দোক থিঞ্জীল অতৈ কয়া অমা লৈদনা মদু মতেং পাঙগদৌবিবা।"

খবা শাউবপ্না অচৌবীনা মমৌ নুপীদা মচাদা তমখিন্নবা মওংদা হাযবকই - "নিযমদু মপা ঐ যানিংদে । ঙসিদি ঐ খংদনা মচৎখবে মতুংদদি ঐগী অযাবা যাওদনা চৎকনু হাযযু নুপীমচা, হেবা মাগুম্না ওফিসব মচা মাগুম্বদসু মযাম্বগুম্না ঐগী ইচাবু কৌদুনা মবনায বক জিন্নবদি মী উশিত্তবনি মদু ঐ যানিংদে । থবক তৌবদা মযেক শেংনা তৌবা তম্মু হাযযু ইবেম্মা।"

- "হোয হাযজগে পাবুং।" বিলাসিনিনা তপ্না পাউখুম্মী।

- "ঐগী নক্লবা মবি- মতা ওইববদি কদাযনোবু।" যাম্না ৱাবৌনা অচৌবীনা মথন্তা শোঞ্জে।

- "শাউবিকবগনুদা পাবুং মাগীদু মখোয পাবুংদা খব ক্লোজ ওইনবদুদা হায়বকপসু ওইবম্না যাই।" থেমজিনলদুনা মকুবোক্তা হাযবম্মী।

- "ইবেম্মা মীওইবগী ঈজৎ বজাবদা থোকপা নত্তে। লৈগে হায়দুনসু ফংবা নত্তেকো। মহাক ফববসু ফত্রবসু ওফিস অদুগী সেনিয়াব একাউন্টেন কাববনি। অদুগা লৈকায অসিগীনা হিবম খুদিংদা লুচিংলিবা মৱা চৎলিবা মীওই অমনি। কবিগীনো মহাক্লা অদুক হম্বুনা হিংলিবা ? মপা ঐ যানিংদে।"

- "পাবুং নচাগী ৱাখলদা পোৎ-চৈ থাংদোক থাংজিন ফাওবদি তৌহনলম্মোযদা খঞ্জে।"

- *"ইবুংঙো ভাব হেন্না ফজিল্লক্কনু নখোয় নতৈমগা মান্নবগা ? ইমুংদো নপা*
মুন্না খংবা ইমুংনি। শেঙ্গাও পাইবে হায়বগী মতিক নাপল কাবকপা ইমুংনি।
মপাদো ঐখোয়গী স্কুল অসিদা হেড মাষ্টর ওইনা চহি ১০ মুক পুবম্মনি।
নুমিৎতো ঐ কাওদ্রি। নঙগা নয়াম্বগী মিং চন্নবা মাগী টেবল মমাংদা নচিল
ননাওনা ইখুৎ অসিনা ওইগা য়েংকা পাযদুনা লেপ্লী। ঐগীসু অশোয়বদি লৈ।
লায়ববগী হৌনবা লুপা চাম্মা তান্নবা হোৎনবদা শরু হুমাং থোকপা মখৈ কুপ্লি
ওইদুনা চেনবা তাবমই।"

ফনা কুইনা লেপ্লবা মতুংদা মহাক্কী পরাব যাওবা অনোক্তু উপ্লগা ঐঙোন্দা মুনা য়েংলগা হায়বকই -

- "ও অচৌবী নখোয় নপা নচা ওইবে ঐদি চেং হোন্নবা কুলি কনাগুম্বকা লাক্লবোয নিংঙুবে। ফম্মু ফম্মু ফান্দুদা। কবি হায়নিংই নঙনা লাকথোক্তনা লাকপদি ? লমহেনবা নচা অনীদু পুদুনা।"

ঐহাক শাউনিংবনা লুতোন কাববসু মতাংদুদি ঐগী ইবাল ওইবনিনা তুমিন্না ঙক্তা যাল্লিবা খুদৈ মচাদুগা হুমাং তৈথোক্লগা খুন্নকই-

- "ওঝা ইবুংঙো হন্দক মবকশি ঐসু নাকবে মমাসু। মবম অদুনা মীং চনবদা খবা থেংদোকখবে। য়াবগদি অঙাং অসি অদোম্মা চানবীদুনা মতম খবা থেংথত্রবসু উপায অমা তৌবিযু হাযদুনা ওঝাগী মনাক্তা লাকচবিবনি।"

- "নিযম কাযবা থবক্তি তৌনিংদে। মথৎ চহিদা ঙন্তানা হেক চলহল্লো। চৎলো চৎলো ঐ ঙসিদি থবক যাম্না চিল্লী। ইচানুপী অহন্দু লুহোংগনি হাযবগী যুমদসু থবক্লা য়াম্না লৈহৌবিবা জাৎনি অমুক হায়বদা ভার্ব তানশি।"

ঐনা ইখুৎ লোন্নদুনা হাযজবমই -

- "ওঝা অঙাং অনীসি চহি মাংহনবা পামজদে উপায় অমুক্তংদি তৌবযু। পৈশানা ঙমজদ্রবসু পাঙ্গলনা মতেং পাংঙু হায়ববসু পাংজগে অঙাং অনীগী পুন্সিবু নুংশিবীযু ওঝা ইবুংঙো।"

মতমদুদা মহাক্লা ঙাইহাক ৱাখল তৌবগা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "ফবে নহাক্লা অদুক য়ৌনা হাযজববনিনা য়াদ্রবসু ঐহাক ঙাংনবিবগে তৌবদবু নহাক হয়েং ঐগী ইচানুপীগী অউনপোৎ চিংবদা থাংদোক থাংজিন

তৌবদা নমান্নবা অমগা হৌনদুনা লাক্লগা মতেং পাংলগদবনিকো, মদু যাববা?
যাববদি পৈশাদু পীবকউ ফাইন নুং যাওদ্রবসু মমিং চনবীবগে। য়াদ্রগদি উপায
লৈতে চহি মাংজবা তাবনি।

ঐহাক ঙাযহাক খল্লুবগা পূক্লীংনা ইকাযবগী ৱাখল থাদোক্লগে
খল্লকপদগী হোয় হায়দুনা নমিং চনবীবগা ঐ য়ূমদা হল্লকখি।

নখোয়না স্কুলদা নমান্নশিংগী মবক্তা ফমহল্লম্মী। অদুগা ঐদি য়ূমদা হল্লকখি। মথংগী
নুমিৎতা ঐহাক্না ইমান্নবা অমা ঙাংনবগা মতেং পাংঙুই। নুমিৎতুদা মীনায়
অমগুম্না থবক কযা শিজিন্নখি। মতুংদা ঐনা ৱাশকখি, ঐহাক চবা হেঞ্জববসু
ইচা অনীগী মিংদি মতম চানা চনগনি চহি অমতা মতম কায়দনা মিংচন্দবা
যাওখিদে। অদুক ৱানা হোৎনবকখিবনি ইবুংঙো। মতেং পাংগদবদি কবম্না
মীওইদা ? ঐগী অৱাবা তাববা মতমদা চোংথোক্লক্কুনা তেংবাঙবীখিবা মীশক
অদুগী মফমদা।

- "অদুবু পাবুং মচানুপা অদুদি যাম্না চম্বা মীওই মাল্লি ।"

- "মদু মপাম্ভোংগী ৱানি । মহাক্কী পূক্লীংদা হৌবকফম ইমুং অদুগী মওং হৈনবী
ৱাঙাংদি চেল্লীবনি মগুন ওইনা কৈদৌঙৈদা হোংদোকপা ঙমলোয।"

মতম অদুদা মপান্দা গাডী অমা লাকখিবগী মখোল তাবকই -

- "দ্রু দ্রু হোবন ট্রে, ট্রে ।"

খোঞ্জেল অদু তাবদা অচৌবা ৱাবী শাবা ঙাযাহাক লেপ্লমই । অদুগা
মমৌদা হাযবকই -

- "ইবেম্মা চৎলু গাডী মখোল মালি তাবিবশি কনা লাকপনো অমুক্তা
যেংঙুচো।"

মতৈমা বিলাসিনিনা মপান থোক্কুনা যেংলুবদা বনবীব সিংহ মচল জযা
অদুগা মখোযগী মমা মপা মীওই মবি গাডী ভেন্দগী কুমথদুনা শুমাংদা লেপ্লা
উবকই। মহাক্লা মখোযবু তবাম্না ওকপগা লোযননা হাযবমই -

- "মামা, ইনে জযা ইবুংঙো বনবীবশু যাওবকইনা ঙসিদি ?"

- "অহোয ইচে ঙবাং ছুটি থা অনীগী ফংদুনা থোক্লকপনি। ইশেনগী পাউ
তাবদা নুংঙাযতদুনা ইমা পাবুংসু পুদুনা লাক্লীবনি। মহাকপু কমদৌবিবগে ?"

"ঙবাং মহাক্কী বেন্দেজ কাযবনি। কবিশু থোয়দোকপা য়াওদ্রমাল্লে।"

- "য়াম্না নুংঙাযজবে ।"

জয়া গাউীদগী পোৎশিং থাংখবগা হাযবকই -

- "ইচে অঙাংশিংদি অমত্তা উদেনা ?"

নোক্লগা খুম্লকই -

- "এ. মচেগা মবুংগাদি টিয়ুসন তৌবা চৎখ্রি, হল্লক্ত্রি অদুগা ইচল তোম্বীদি মপাগী মনাক্তা লৈ ।"

ইমুংদগী মপুনা পল্লগা মপান থোক্লকই। মতমদুদা মপু মবেল অনীদি উফুলনা লোযবে হাযদুনা মফি কনথোকপা হোৎনবি। মতমদুদা মন্দোমচা জয়া উবদা মচাতোম্বীনা মখুৎ থিল্লদুনা চৎকদবগী হোৎনবমই। জয়াসু অঙাংগী খোংজি মখোল তাবগা যেংথোক্লকপদা সান্তিবালানা ইমা কৌদুনা চেনশিনলকপগা মপা চান্নবমই।

- "ইমা ! ইমা লাক্লে। পাবা ইমা লাক্লে।"

"ইচনতোম্বী।"

মপু মবেল, মমাচৌবী, মামা বনবীব, পুম্নমক নুংশিবা সান্তিবালাগী খোঞ্জেল তাবদা মীৎফম হোংদনা যেংনবি। অহানবদা পুম্নমক্কী পূক্লীং শুমহৎখবে অনীশুবদা নোংঙ্গাম্রবী মমা অনিতাবু নীংশিংলক্লগা খংহৌদে মতম অদুমক্তদা ঈংলবা নীংথমগী অয়ুক্তসু খঙহৌদনা কুমগ নোংহৌ লাক্কুনা মতম কুইনা কংলুববা মীৎলুগী নাপোম অনীদা নুংশিবগী পিবাং নীংশিংবনা পুদুনা হৈথবকখি তপ্পা তপ্পা।

জয়ানা মখুৎ তিংথোক্কুনা হবাওনা পমখৎপীবদুনা মমাগী পাউখুম পীবি

- "ইচাতোম্বী।"

- নুংশিনা খজায অনীদা চুপ্পীবগা হংলকই - "পাবাদি ?"

- মখুৎ মচানা থিন্দুনা তাক্লগা হাযবকই - "ইমুংদা লৈ শঙ্গোম থক্লী ।"

নুংশিববা ব্রাহৈদুদা অমুকসু চুপ্পীবদুনা মখা তানা হংলকই -

- "অদো নঙদি পীথকতবো ?"

মতমদুদা মমাচৌবা বিলাশিনিনা মপি তৈথোক্লগা খুম্লকই -

- "থকখিবদা ঙাইবিবনি।"

মতমদুদা কুনবীবনা চংশিন্দুনা মবায অচৌবীগী মখোংদা শেল্পদুনা খুকমজে।

- "ইবাইবু নশেন্না ভক্তী কচ্চবি।"

অচৌবীসু তবান্না ওক্লদুনা হায়বকই -

- "জয় জয় ইশেল লেঙশিনবিশি কাদা।"

মনে ললিতানা বিলাশিনী অমসুং জয়াদা ওনশিল্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঐখোয় কবিসু পুবক্কেকো চান থক্লবা কোবী থমচেৎ অদুগা য়োংচাক অনৌবা চবোং অমত্তংগা লফোয়গা য়াওবকপনি। পুসিনমীন্নবক্লো। ঐখোয় চংলে।"

- "ইনে! অতাংবা ইঙ্গাং ঙাক্তা অশুক যান্না লৈদুনা পুবক্লগা কবিশু পুবক্কে হায়বিববো ?"

জযানা ঙক্রা মঙা তকক মাগী তোঙানবা খাউদগী পুথোক্লগা অতৈ পোৎ মবক্তা হাপচিনবা হোৎনবমই। মতমদুদা বিলাশিনিনা হংলকই -

- "অদুনা কবিনো জয়া ?"

- "ইচে ঙক্রা ৫/৬ খক্তনি।"

ইঙক ঙক্রা চেবং খাউ হাংদোক্কুনা যেংঙুবদা মশা কল্লবা ঙক্রা মপী অচৌবা তবেৎ ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা যাওবম্না উবমই। মদু হেক উবগা খংহৌদনা হায়বকই -

- "ব্রা ঙক্রাশিং অসিদি চাউখবে ফজখবেদা। ইবেম্মা মসিদি পৈশা ফন যান্না লৌহৌবল্লগনি। নখোযশিংদি ঙা যাওদে হায়বগা ঙক্রা মপী ঙাক্তা লৈবকই কদায হাপচিল্লুবগনু ঐ পাইবগে। ঐদি নঙনা ঙবাং ওফিসতা ফোন তৌবকপদগী নখোয মবিগীসু যাওনা চাক থোংবা লোয়ববনি।"

- "ইঙ্গাংদি ?"

- "ইবোম্বা য়োংচাক্কা আলুগা ? ঐনা ঙবাং ওফিস হল্লকপদা লৈবকপা, তাংখবে মতম নৎত্রিবনিনা।" অশুম ঙাংনা ঙাংনা ইমুং চঙলকই।

- "ইতৈদি উদেনা।"

- "নতৈদি ঙন্তানা মখোয় ওফিসাবগী মচানুপী অহন্দুগী লুহোংবা ঙসি থোকই হায়দুনা ঙন্তানা মাগী গাডী মচাদা চখোকখবে।"

- "অঙাংশিংদি?"

- "মখোয়না টিয়ুসন তৌবা। হল্লক্লগনি মতম ওইবে।"

মমানা মখোয় চংলকপা উবদা মনুংদগী হায়বকই -

- "ইবেম্মা জয়া নফি হোংদোক্লগা নচেগী মতেং পাংশিনলুকো।"

মনেগী ব্রা তাবদা নোক্লদুনা বিলাশিনিনা পাউখুম্নকই -

- "ইনে ঙসায়না লোয়রবে চাবদা ওইনা মতেং পাংজবশনু।"

- "এ: পাউদি কবম্না খঙলম্মীবা ?"

- "ইনে মোবাইল যুক্তি, অদুননি।"

- "ঐখোয় জয়ানা শোয়দনা পাউ খংহল্লক্লমগনি। ফবে ফবে অদুদি পোত্থাজবো।"

চাকখুমদা পোৎ চৈশিংদু থমই। অদুগা চাকশঙগী থবক মচন মনিংনা হাওননবা হোৎনখি।

অশোমদা প্রকাস বনবীব, মকু-মনেম, মপা মখোয় ব্রবী শান্নবি।

- "ছুটি নুমিৎ কয়ানিগী থোক্লকপনো ইবায ?"

- "ইশেন থা অনী খক্কগীনি।"

- " পৈশাদি কযাম পুথোক্লিবা ?"

- "যামদে লুপা লিশিং কুন্থ্রা মঙা খক্তং পুথোক্লকই। ঐসু কাশ্মীবদা লৈবিঙে নাবক্তুনা হপ্তা অনীমুক আর্ম্মি হোসপিটালদা লৈকই। মতমদুদা নহাক্কী থৌদোক্কী মবমদা ইবা জযানা থাবকপা চিঠি মফমদুদা ফংলমই। পাউ তাবদা খুদক্তা ছুটি থোক্লিংলকখি অদুবু ডোক্তবনা য়াদবদগী হপ্তা অমা চোম্থবা মতুংদা ঐখোয় ইয়ুনিটতা হল্লকখি। মতমদুনা ঐনা বিপোর্ট তৌবগা ঐগী ফংফম থোকপা পৈশা খবশি পুবগা থোক্লকইবশিনি।"

- "চাক্লা চক্লুক ফনা চপোৎ নৎত্রিদা থুংলবগা ঙসি ননাক্তা লাক্লিবশিনি।"

মনেম ললিতানা মখা তানা হায়বক্লম্মী -

- "ইবুংঙো ঐনা নশাদু খবা কনখৎলবা মতুংদা ওইনা চৎলশিদা হাযববু তাবিদে। ইশেনগী ফিভম য়েংনিংবনা লোয়বে হায়দুনা চেল্লক্কীবশিনি ইবুংঙো।"

মপা অচৌবীনা খুল্লকই -

- "হোযনে নশাদু যাম্না শোকচিন্না উই হায়বদুনিনে।"

বনবীব সিংহনা হায়বক্লম্মী -

- "অহোয় মমা। অহিং অনীগা তুন্নকতবনে চাবা মথেল ফাদবনে তৌবিবনি।"

অচৌবীনা খুল্লকই -

- "অচুম্বনি ইবুংঙো লমশাং লাকপা নৎত্রগা চৎপা হাযবসি তুমফম- চাফম খংবাপোৎ নত্তে। হকচাংসু যাম্না চোকথবা জাৎনি ।"

মশেল কুনবিবনা ওক্লদুনা হাযবকই -

- "ইবায ! অনাবসু ফবন্নবনিনা ইবাযনা ব্রানা শেমজবা লৈকোন্দুদা ঙাযহাক পোথাকশিদো। চাকপাউশু লাক্কিবনিনা ?"

নোক্লদুনা পাউখুন্নকই -

- "ইশেল খংদে নবাযগী পূক্লীংদি ইখুৎমক্লা শেমজবা লৈকোল অদুদা অযুক্কী অমুক নুংথিলগী অমুক চংদুনা যেংজবা অদুগা পোথাবা ওইজবিবনি। লাকও যেংশি নবায়না অনৌবা লৈবাং খবসু চেন্দুনা লৈকোন্দুগী ফজবসু হেগৎলবনি।"

ললিতাসু নোক্লদুনা হৌগৎলগা হাযবকই -

- "জী মৈংভী আ জার্ক্রং।"

মখোয পুন্না নোকমিন্নবগা কুনবিবনা মবায় অচৌবীদা য়েংলগা হায়জবকই -

- "ইবায ! নচলসু ঐখোয়গী ইতুং ইন্দুনা ইবাযগী লৈকোন্দু য়েংবা লাকচগে হায়জবি। কমদৌশিগে ?"

অচৌবীনা নোক্লদুনা খুল্লকই -

- "এ মদুগী ব্রাফমদুমদি য়াবা ঙমজবোয় ইশেল ! মবমদি ঐগী লৈকোলগী ফজবদু ঐখোয ইচলনা অমুক্তংদা লোয়না য়েংথোক্সগনি।"

ললিতানসু নোক্লগা পাউখুন্নকই -

লোয়না যেংজখোযদা খজিক্কুং যেংজবগা নাকলদা সাইদ লৌজগে চাকপাউ শক্রু লাওবা।"

মখোয অঙম তৌনা নোকমিন্নবগা অচৌবীনা হায়বকই -

- "উশেল নংখোযগী সাইদ হাযবদু নবাইদি খঙদেদা লাকও লাকও লেঙথোক্লশি ইশেল, লেঙথোক্লশি ইচল।"

অচৌবীনা মচাশিংদা ওনশিলদুনাহায়বকই -

- "ইবুংঙো প্রকাস নবাযগা ৱাবী ৱাতায শাদুনা লৈমিন্নবম্মু। নপা নকুগা ননেমগা নপানা শেমজবা হৈকোল লৈকোন্দুনা কোযনা পুদুনা অদুক যেংহনলুখিগে।"

- "অহোয পাবুং ।"

কুনবিবনা নোক্লগা হাযবকই -

- "মমাগী হৈনবীশিংদি থাগৎনিংঙাযনি।"

নোক্লদুনা খুন্নকই

"ইবুংঙো লৌৱায়দা লৈববদি মসিনি। লৌ ফংই ইচাশিংনা উশি যাদে মীঙোল দা লোযনা শান্দোক্কুনা থমই। লৌশাল খক্তনি চাবিবা। মবম অদুনা মতম লেনবা ওইনা হৈকোল লৈকোল অসি শেমগৎচখিবনি। কুমশিদি চম্প্রাগা কোন্নাগা যোন্নবদা পৈশা ফন যাম্নবু অৱামল ওইনা ফংহৌই।"

- "কযামুক?"

- "যাম্ববুদি নত্তেদা লুপা ৫০০/৬০০ মুক্কী মযাদা।"

- "হোয হোয় মদু হোৎনজমন্নী। ঐখোয় সহ্ব মযাযদা লৈবশিংগীদি অবৈবগী অবৈবা ঙাক্তনি চাবিবশিংশি। মদুসু মফম বাং খঙদ্রবা। (হিদাক লাংথক্কী যুকসিদা)

মপা কুনবিবনা মপান্দগী হাযবকই -

- "ইবায লাকপীবোনে নচলদি যৌবু যৌখিগদৌবে।"

- "যৌশন কৈদৌবগে ইশেল! ঐখোযসু তপ্পা যৌশিল্লগা লোযবে।"

- "ইচাশা নখোয় ফমহৌখোকো ?"

- "অহোয় পাবুং।"

- "ঐখোয় নঙ পাবুংনা শেমজবা হৈকোলশিংশি ঙাযহাক্তা খোইদাকখিগে।"

- প্রকাসনা খুমই - "অহোয় পাবুং।"

অচৌবীগী মতুংদা কুনবীব ইল্লদুনা মনিং তম্না পাক্লবা ঈখ্খোল ময়ায় অদুদা তপ্না তপ্না ফাওদুনা লাক্লি।

ফজববা হঙ্গাম কয়ানা আলুহৌবিবা ফৈদোম অকোয়বদা লন্তুক লন্তুক হৌবিবা মদু উবদা কুনবীবগী পৃক্লীং ইনৌ নৌখোকখবে। মহাক্লা মবায় অচৌবীদা হংলকই -

- "ইবায়! ইখ্খোল মহাওদি ফজনা ফংবিবমগনিবো?"

- "অহোয় ইশেল! মদুদি খুঙ্গংনিদনা।"

- "য়েংখি যেংখিবদা অহাংবা মফম অমতা লৈতে হায়জবিবা।"

- "অহোয় ইশেল।"

- "অশোমদা ফৈদোম অশাংবা অমা শাংনা থাবিবশিনা কবিনো? ইম্নোক্লা ফজখবে?"

- "ইশেল ফদিগোমনি যোন্নবা।"

- "ও! য়ায় ইবায! হোৎনজমন মহৈ শোযদনা ফংগনি।"

- "মসিনা মপুং ফাংবকপদা ইশেলখোযগীসু শরুক থাইবক্কদৌবিবনি। মসিদা নত্তেকো শংলিবা পুম্নমকসি ইশেলগী শরুক যাওবিবনি।"

নোক্লগা খুন্নকই কুনবীব -

- "ইবায! ইকায়ম্ববা ব্রাফমনি।"

- "এ: কবিগী ইকাযকগদৌবিবনো ইশেল মসিনিনে মীওইবা সমাজ নুংশিবগী মরুপ মপাং ওইবগী নুংগী ইচেল হাযবদো। নখোযনা মসিদগী হেনবা শেলগী মতেং পাংলক্লী। অদুগা নবাযনা ইঙ্গাং চবা অমত্তং খাযবকপদা কবিগী ইকায়বা?"

মতমদুদা অবাপ্পদগী ললিতানা লাওবদুনা হাযবকই -

- "হো কবি কোথানো ইখ্খোল মযায অদুদা মীটিং চৎথবীবিবদুবু? ঐদি মপুনা যৌদ্রিঙৈ চৌকিশিদা ফমলেকো।"

- "ইচলদি কদোমদা চৎপনো হান্না যৌখবে।"

- "হোয়নে কদোমদগী চৎপনো আদা ফমদুনা লৈবে। য়াই ইবায়। পেল্লি য়েংবদা ইখোল চাওজববসু অহাংবা মফম অমত্তা থমদনা হৈবাং লৈবাং ইঙ্গাং নাপী মখল কয়াদগী পবেং পবেং থাবিবা পুম্নমকশি উকবগা নশেলগী পৃক্লীংশে মগনমে গন ভবগয়া।"

অচৌবীনা নোক্লগা হায়বকই -

- "ইশেল অবোয়গী ৱাহৈশিং অদুদি খংজদ্রেবো।"

- "ও সোবি ! ইবায়গী ইখোলগী ফজবশি উবগা বহুট খুসি হুই হায়জবনি।"

- "মদুনা হেন্না খংজদবে।"

- "ও! ইবায় ! অদু ওইববদি ৱা ঙাংজদ্রেকো।"

ইমুংদা ফমহৌবিবা বনবিব অমসুং প্রকাস মমা মপানা মপান্দা হেক থোকখিবগা ঙায়হাক তুমিন্না ৱাবী অমত্তা শান্নদনা লৈকববা মতুংদা বনবীব সিংহনা হংলকই -

- "অচ্ছা বতাও আপকা আশিলি বাম কহানি কৈশে হুই।"

- "আশিলি বাম কাহানি।"

- "হা ভায় ! বতাউ, ৱহি শুননা চাহতা হূঁ ।"

- "কৈদৌকগনি বাবীদু তাহল্লুবগা ঈংথদুনা ফাথদুনা লৈজববা পৃক্লীংশি অমুক খোইশাওনবক্লবা অদুগী শককপুদি খুদৈ অসিদা লৈবে হোংদোক্লগা পোথাকবনা হকচাংদু তেখৎলক্কনি, যাম্না চোকথনা উবে।"

উপায লৈতবা মিৎযেংদা যেংলগা হায়বকই -

- "হোয কমদৌনি, উপায লৈতবে। খুদৈশি হোংদোক্লগা পোথাকবগে।"

ইখোলগী চিদায যৌশিল্লক্লবদা কুনবিবনা মবায় অচৌবীবু কৌবদুনা হংলকই -

- "হো ইবায় ! মসিদা থাবিবা মনা- মশিং অসিনা কবি কবিনো নশেলদসু খবা তাকপীযু নখোয মৈতৈগী পাম্বী মনা মশিং শিংগী মমিং শুনা খংবা যৌদ্রিনে। মখোয়শিং অসিনা কবি কবি কান্নবগে?"

- "ইশেন ! পাম্বীশিং অসিদি মৈতৈগী অদুঙৈ লায় হাক্তক্কগী শিজিন্নবক্লবা শিদ হিদাক ঙাক্তনি।"

- "নশেলসু য়ানিংই। ঈবাযগী খুজিং থৌবাংশি ইখোল অসিগী লৈতেংসু ওইজবা।"

- "ঈশেনসু খংবদা কান্নগনি মমিংগা কোন্না হাযজবক্কে তাবিয়ু।"

- "তাকপীশি ইবায অশোমদা হৌবিবা পাম্বীশিং অসিদগী হৌবগা।"

- "মসিদা হৌবিবা অপীকপা পাম্বী মচাশিংশি ভুজ পত্র হায়বদুনি।"

- "চন্নফমদি ?"

- "মসি যাম্না খাবা পাম্বী জাৎনি। মসি চাববদি নিংথমচনবা, অকম লাইহৌ, নুংশিৎ অশাবা য়াওবা, চিন হুমুক খাবকপা মতমদা পীজববদি মিনিট ৪/৫ গী মতুংদা অদুম কান্নে কান্নদে খংবা ঙমই।"

- "য়াম্না নুংঙায়জে ঈবায, তাবদা ।"

মতমদুদা বিলাশিনিনা যূমদগী কৌবকই -

- "পাবুং, মামা, ইনে লেংশিনবীবক্লো।" মখোযনা খুম্মী -

- "হোয হোয লাক্লগে।"

*****

## তবাতকক শুবা পন্দুপ

অঙনবা অযূক্কী মতম্নি। মপা- মচা তপ্না অশেংবা নুংশিৎ ফংননবা অথাবা ফুবিৎ ফিবোল শেৎচিন্দুনা তপ্না তপ্না কোয়থোক্লি।

ব্রাখলনা অহিং তুম্বা যাদ্রবা বিনোট শর্ম্মা মখোয়গী থোঙ্গালদা কাতোক কাবন চৎতুনা লৈবমই । মহাক্কী মতৌদু উবদা প্রকাসনা হংলমই -

- "তামো বিনোট নত্তবো ?"

ব্রাখল অমাদ লৈবম্বনা অহানবগী ব্রাহৈশিং অদু তাহৌদবে। অনীশুবা ওইনা হংগে খঞ্জববসু মতুং ওন্থোক্লুনা চৎখিবনা লৈহৌবে। মপা মচানা খবা লপ্না চৎপ্রবা মতুংদা খংলকই। মচানা খবা লাপ্না চৎখ্রবা মতুংদা খংলকই।

আদা হেন্দোক্লুনা চৎখ্রিবসি প্রকাস ওইবমগনি। ফবেদা ঐদি মহাক হৌগৎলমখিবোয হাযদুনা ঙাযবিবনি। ফবেদা, ঈশ্বোবনা ঐগী অব্রাবা উবিববা মতুং তান্নদুনা লাক্লগা কৌবকই-

"হো মাংদা চৎলিবদুবু ইবুংঙো প্রকাস নত্তববো ?"

প্রকাস খোঞ্জেল অমা তুংওইনা তাবকপদুদা লেপ্লগা যেংথোক্লকই। হন্না যেংথোকখিবদা ঙসায মহাক্না কৌবদা তাবিখিদবা বিনোট শর্ম্মা ওইবন্নে। মী অমনা মহাক্কী মমিং কৌদুনা তান্নবক্লবনিনা ঙাযহাক লেপই। অদুগা মচানুপীদা ওনশিন্দুনা হাযবমই -

- "ইবেম্মা, ঙাযখো ঐগ্যাশি ঐঙোন্দা কবি হাযনিংবা লৈবনো তান্নদুনা লাক্লী। ঙসায ঐনা কৌবম্বদদি তাহৌদবনি। কবি হাযনিংবা লৈববনো মহাক্না তান্নবক্লিবশি ।"

ঙাযহাক মপা মচা লেপ্তুনা লম্বীগী মতাযদা লৈবি। বিনোট শর্ম্মনা চেনবোয লাকপোয খোংকাপ লাওনা ফিংনা থাংলদুনা যৌশিলক্লমই অদুগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো প্রকাস। নয়াম্বদি ইস্নোকপা ফিভম অমদা লৈবেনে।"

মহাক্কী অৱাবা মওং অতৌ অদুদা প্রকাসনা হংলকই -

- "কৈদৌববগে তামো? য়াম্না ঙক্লা প্রকাসনা হংই। ঐহাক ঙবাংদু নখোযদা ৱাতান্নবা লাকশিবা হাযদুনা ফি শেৎচিল্লুববনি অদুবু নখোয়দা কনা কনানো গাডী ভান অহনবা অমদা মীওই খবা তোংলদুনা চংখিবদুদা ঐহাক অদুম ঈংথদুনা লৈকববনি।"

প্রকাস - "এ. ঙবাংগী অদুদি ঐখোয় ইকু-ইনেম ইবায় খোয়নি। মীতোপ কনাশু য়াওবক্তেদা। অদুম লাকপীবা য়াবনি।"

বিনোট- "খংদে ইবুংঙো নয়াম্বা তৌফম খংদবে। থা খুদিংগী ওফিসতসু মখোয়গী পাবসন্টেজ অদুম কক্তুনা পীবিবনি। অদুবু হন্দক কমান্দব অমা শিল্লি হাযদুনা হান্না পীবম্বদু পাবসন্টেজ অদুদগী হেঙ্গৎহনখবে।"

য়াম্না নুংঙায়তনা হায়বকই -

- "ওঃ নুংঙায়তেদা, মখোয়সু খবদি হেনমল্লে।"

বিনোট শর্মা - "অদুদসু নত্তে ইবুংঙো ঙবাং অনৌবা চীংগী কাংলুপ অমগীসু লাকহৌববনি। ঐ মখোয় ময়ামগী দিমানশিং অদু খাংবা ঙমদবদগী মথং থা ২/৩ অসিগী মনুংদা পেন্সিল লৌথোক্লবা কন্না হোৎনবি। ইবুংঙো মতাংশিদা নয়াম্বনা খংজনিংলিবদি?"

- "হযেং ঐনা পেন্সিল থোক্লক্তুনা লৈববা মতুংদসু হান্নগী পার্টিশিং অসিনা ডিমান্ট নিদুনা অশুম লৈখিগদবা।"

বিনোটকী ৱাহৈশিং অদু তাবগা নোক্লিংবা অমসু ফাওবমই অমবোমদা মীনুংশি তানা ঙাযহাক খন্থকুবগা হাযবকই -

- "ঐগ্যা! কবি অমত্তা পাখৎপিকুগনু। ঐগ্যানা থবক্তগী পোখাববদি পৈশা হন্থখ্রগদবনিনা মখোযগী ডিমান্দ লাক্লবোয।"

বিনোটনা প্রকাসকী ৱাহৈশিং অদু তাবগা থৱায ৱাবম্বদগী হন্থবকই অমসুং শাংলবা শ্বোব অমা হোম্থবগা হায়বকই -

- "ওঃ অদু ওইববদি ফবেদা, ঐদি মদুগী ৱাখলদা অহিং ফাওবা তুমদনা হৌখ্রবনি। থেঙ্ক যু।"

প্রকাস - "ব্রা অমদি লৈ ঐগ্যা।"

বিনোট - "কবি ব্রানো ইবুংঙো।"

প্রকাস- "ননাওনা ঐখোয় খুঙ্গং অসি খক্তগী ওইবা মীওই কাংলুপ অমা শেমগৎচনবা কন্না হোৎনজবি মসিগী মবক্তা তামোসু অহল অমা ওইনা যাওবিয়ু হায়না বিক্কেস তৌজবি।"

- "হ্বাই নোট, শোয়দনা য়াওজগনি। ইনাওনা লিংখৎকদৌবিবা কাংলুপ অদুদা লৈকায অসিগী য়াইফ থৌবাংদি শোয়দনা ওইবমগনি।"

- "য়াম্মা নুংঙায়জে তামো ।" প্রকাসনা হবাওনা খুম্মী।

- "কাংলুপতুগী মমিংদি ?" য়াম্মা খঙনিংনা বিনোট শর্ম্মনা হংলকই।

- "অনৌবা মঙালনি।" প্রকাসনা নোক্লগা পাউখুমই।

বিনোট - "মাগী শেনখায়না কযা ওইগদৌবিবা ?"

প্রকাস- "লেপচদ্রি তামো।"

বিনোট - "খবা থুনা লেপ্লগা হায়বকউ। নযাম্বদি ইনাওদা থাজবা পুম্বা লৈ।"

প্রকাস- "তামো ঐখোয়গী খুঙ্গং লাযববা লৌবী কযানা থল্লবা পীক্লবা সমাজ অমনি । সমাজ অসিদা লৈবগা সমাজ অসিবু চাউখৎনবা হোৎনবীদ্রবদি ঐখোয় অমা খুঙ্গং অসিদা পোক্লমই হাযবগী কবি কান্নকগনি । হিংবা তাববদি হিংমিন্নবা তাবনি নুংশি চান্না অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা।"

বিনোট - "মদুদা ইবুংঙো ! মোৎ মান্নদবা কযা অমা ঐখোযনা অফবা তৌববসু ফত্তবগী ব্রাখল চেনবশিংনা ফত্তবা সেঙ্গ পুথোকপীবশিনি।"

প্রকাস - "তামো মখোযগী মান্নদুনা লৈবা তাববদি ঐখোযসু ফত্তবা লম্বীদা অশুম পুথখিবা তাবনি। চাউখৎপা ঙম্লবোয। নুংশিববা ঐগী খুঙ্গং অসিবু থাদোক্তুনা।

মদু য়াদে তামো। ফত্তবা মখোযসু ফত্তনা লৈজশনু নোংমদি মখোয়সু মীওইবগী ব্রাখলদা লমজিংলকপা য়াই।"

বিনোট - "মতম অদুদি ব্রাৎলিবো নযাম্বগী ব্রাখলদা।"

প্রকাস - "তামো ননাওনা অহানবদা থমজবিবা আসাদি সহবসু খবা থাপখিবনিনা ঐখোয মশেল অঙম্বা পৈশাশিং পুথোক্লবগা হাযবদি চাং অমদা থাযনবগা, ঙমজদবশিংনা মখোযনা ঙমগদবা থবক পীদুনা চেলহনবা তাবে।"

বিনোট- "ইবুংঙো পৈশাগী মতাং হায়বগা ৱাফম অমতা নিংশিংজহৌগে। শেলনা মী খৎনৈ মী নুংশিনবগী মবি থদৎলি হায়নবা লৈবনিকো ?"

প্রকাস - "মদু খংজৈ তামো। ননাওগী থৌবাং অসিদদি শেলনা মী নুংশিনবগী মবি হেনকৎহনগনি অদুগা থবক ফংদবা নহাবোল খুদিংমকসু থবক মচা মানা খুৎলোযগদবা অমমমদা মায ওনশিনহনবা ঙমগনি।"

বিনোট - "নঙগী থবকশিবু আব.ডি.ও.গী গুম্বরো ?"

প্রকাস - "মদুমক্তী নৎচদে তামো।"

বিনোট - "কবি থবক্লো নহাক্কীশিবু ?"

প্রকাস - "তামো, ঐ ফোর্মনুং অমুক্তা নমজবকখিগে অদুগা নোংমা ফজনা ফমমিন্নবগা ৱাশিংশি মেন তানা শান্নবসি।"

বিনোট - "ফৈ ফৈ ইবুংঙো পাইখৎশি ঐখোযগী মতেংনা কনাগুম্বগী মপুন্সি কনবা ঙমজববদি য়াম্না ফবা ৱাফম্নী।"

প্রকাস- "অদুনি তামো মফম মতমগী মতুংইন্দুনা থবক্তী শুজনিংবা পৈশাদি লৈজবা নহাবোল কযানা ঙাওচৎনদুনা কোয চেন চেনবশি উবগা ননাওগী পূক্লীংদা নুংঙাযতবা ফাওজৈ অদুবু ইথন্তনদি থবক অসি পাইখৎপা ঙমলোযদবনিনা তামোখোয় মযামগা তান্নজবিবসিনি।"

বিনোট - "হোয় ইবুংঙো পাইখৎশি। নয়াম্বা পেন্সিল লৌথোক্লকখিগে ইনাওসু মেম্বব মশিং খবা হেনগৎহন্নবা হোৎন্নখো।"

প্রকাস - "অহোয় তামো অদুমক হোৎনজবিবনি।"

বিনোট - "অদুদি ইবুংঙো নযাম্বা অমুক লৈজহৌবে।"

প্রকাস - "অহোয তামো ! ঐখোযসু অশুৱায ফাওবদা চৎলুখিগে ?"

বিনোট - "অহোয অযুক ঙাযহাক কোয়খোকপশি পূক্লীং হকচাং তয়াং তযংবেনি। অদুবু নযাম্বদি থবক্না চাং নাইবা ঙমদবে।"

মপা মচা হেঙ্গৎতুনা চৎখবে। বিনোট শর্মাদি মযূমলোমদা হন্দুনা চৎখবে। খবা চৎলগা মপাদা মচানুপীনা হংলকই -

- "পাপা। পাপা হৌজিক্কীদুবু কনানো ? ৱাবী য়াম্না কুইনা শান্নেনা।"

- "বামোন্নি, শর্মা।"

- "মহাক কবি থবক তৌবগে ?" সান্তীবালানা খঙনিংনা হংলকই ।
- "মহাক্কী থবকশি যামখবে ইচাতোম্বী।"
"কবি কবি থবক্লো মহাক্না তৌবিবদুবো ?"
"ওফিসসু কাযদো, ছুটি নুমিৎতনা মযামগী চাক থোংবীবসু চৎলি।"
- "নুপানবু চাক থোংলিবা।"
- মপানা নোক্লগা হাযবকই- "মখোযদি বামোন শর্ম্মানি । অদুনা থোংলিবা।"
"অদো পাপা নঙদি চাক থোংবা হৈববা ?"
"[illegible] । নখোয মমাচৌবী লৈবনিনা থোংদবগী ৱানি ।"
অদু ওইবর্বাদি পাপা ঐঙোন্দসু চাক থোংবা তম্বীযুকো।"
[illegible] হায তম্লা[illegible]" মপানা [illegible]নুপীদ হাযবম্মী ।
[illegible]।" সান্তীবালানা অমুব [illegible] কৌববকই।
[illegible]।" প্রকাসনা মচানুপীনা কৌবদু অমুক হৌনা খুন্নকই।
"ঐখোয মামি জযানা হাযবিবা নুমিৎ, থা, মৈ, নুংশিৎ, থবানমিচার্কশিং পম্নমক ঈশ্বরনি হায মসিবু চুম্ববো ?"
"চুম্বী হায তায। মবমদি কবিনো হাযবদা মখোযনা তৌবিবা থবকশিং অসি অঙকপা ঙাক্কনি।"
"অদুগা অতিযাদা পাইবিবা লৈচীল মযামশিবু নোংনি। ঈশিং ওইনা অঙ্গংবা নুংশিৎনা শিৎচিনবদা ওন্দুনা তাবকপনি হায মসিবু চুম্ববো?"
মপানা নোক্লদুনা খুন্নকই -
- "ইচাতোম্বীদি নখোয মামি জয়ানা যাম্না তম্বীবম্লেনা।"
ৱাহৈদু হাযবগা মচানুপী সান্তীবালবু পম্বীবগা নুংশিনা চুপ্পীবমই। মতেক খবা পমদুনা চৎলমই। খংহৌদনা লম্বী নাকন্দা লৈকং ইকায থবী খবা অযুক্কী লিক্লা মবক্তা মনিং তম্না ফন্দোক্তুনা লৈবম্বা প্রকাসনা উবক্লমই। মহাক্না মচানুপীবু পাম্বীশিং অদুগী মনাক্তা লেপফম্লগা হায়বকই -
- "ইচাতোম্বী মসিগী নাপীশিংগী মমিং খংববা ?"
"খংদে ।"

- "মসিগী মমিং কৈং ইকায় থবী হায়না কৌবনিকো নঙ মুন্না য়েংউ।"

মদু হাযবগা মখুৎনা মনাশিংদা থেংলমই। খুদক্তা মনা পুন্নমক শুপচিং দুনা লেকথখবে। মতৌ অদু উবদা মচানুপী সান্তীবালানা ঙক্লদুনা মপাদা হংলকই -

- "পাপা মখোযসু থব্রায পান্নববো?"

মপা প্রকাসনা মনা অমা য়াম্না তপ্না খঙহন্দনা থৎলগা মচানুপীদা পীবমই। অদুগা চৎনা চৎনা হায়বকই -

- "উম! মখোয়সু থব্রায় পানবা জীবা মখল অমনি। সান্তীবালানা মখুৎনা মনা থেংলুবদা মনাদুসু অতে মনাগুম খুইথখবে। মদুদা ঙক্লদুনা মপাদা হংলকই-

- "পাপা!" মনা খুইথখবে। অমুক হৌগৎলু য়াদবে।"

মপানা মনাদু পাইবগা হায়বকই -

- "য়াববোয় মহাক্কী মপুন্সি লোয়বে।"

- "অতৈ লৈহৌবিবশিং অদুদি শিববা পাপা?"

- "শিদে মখোয়দি ঙায়হাক লৈবগা অমুক ফন্দোক্লকখিগনি। মখোয মতৌ অসিননি লৈকং ইকায থবী কৌবিবশি ।"

- "পাপা মসিদি কবি কান্নে ?'

- "ঐখোয়গী ঈশিং মবিদা নুং লৈববদি পাম্বী অসিগী মরু ফুক্লগা কুপ্না শুগাইদুনা ঈশিংদা ফুৎতুনা মহিদুদা সিতা মিশ্রি খবা হাপ্লগা অনাবা অদুদা অমুক অনীবক পীথক্লবদি নুং তাবকই হাযনা অহলশিংনা তাপীবম্মী ।"

- "ও! অদুদি যাম্না ফবা হিদাক্নী।"

- "মানি ইবেম্মা! মসিদা নত্তে মশীং লাকঙমদনা পাম্বী কযা হৌবিবনি হিদাক ওইনা শিজিন্নবা যাবা। ঐখোয অঙাং ওইবিঙৈ নপু নবেনখোযনা লোকথুংলগা কবি হিদাক পীজবমই খংলবা ?"

- "খংদে ।"

- "নোংমাঙখা মপালদু আলু খবগা ঙৌদুনা পীজবমই। মনাদুনা চফু অমদা মখু চেৎনা লানা খুন্নগা মুন্না ফুৎলমই। মুল্লবা মতুংদা চফুদু অহাংবা মফম অমদা থম্মী। ফিনা মবোল মবোল মনিল চৎতনবা ইথক্তা খুমজিল্লি। অদুগা

ঐলা চফু মখুমদু চৈনা মখুমদু হোহনবদা অশাবা মনিল পাইথোক্লমই। মনিল অদুনা থবাক্তা মায়দা য়েহনলমই। মতৌ অদুবু 'হুমাং ঙান্নবা' কৌই। হুমাংনা লুপ্লবা হকচাংদু মিনিটি খবা লৈবগা হাংদোকপীবমই অদুগা ফদিনা শেংনা তৈথোকপী। নোঙানবদা লোকথুংবা অদুম ফখিবসু য়াওই। মদুদা ফত্রুগা অমুকসু হুমাং ঙালহন্দুনা লোকথুংবগী লায়না লায়েংই ইবেম্মা ।"

- "মদুদি ব্রাগনিবো পাপা ?"

- "কবিগী ব্রাকগনি। হকমাং শৌবগী ব্রানি। হুমাং তৈথোক্লে অনাবা ফবে।"

- "অদো পাপা ঐখোয় পুপুদি নাদবা ?"

- "কবিগী নাদনি মহাকসু মীওইবনি। অদুবু য়াহৌ ঙন্না হৌবগা থবক শুবা চৎপশিংদি অনম্মা মতমদা নাগন্দে। হকচাং ফহন্নবা মবম ওইহল্লি।"

খঙনিংদুনা মপাদা হংলকই -

- " কবিগীনো পাপা অদুদি ?"

- "অদুবুবো অয়ূক্কী মতমদদি ওক্সিজেন যাওবা নুংশিৎ য়াম্না ফংবা অদুননি। যাহৌ থেংনা হৌবা মীওই অমত্তা মশা ফত্তে মশাদা লায়না কযা চেলক্লবগী মবম ওইবকই।"

- "মদুদি কবিগী পাপা ?"

- "য়েংউ লম্বীসিদা কনা কনা চৎলি ?"

তুংদা- মাংদা কোইনা য়েংলগা মপাদা হাযবকই -

- "পাপা তুংদা ঐখোয়গুম্না ব্রাকিং চৎপা পুপুগুম্বা হনুবা অনী খোংনা লাকই। অদুগা মখোযগী মতুংদা মোটোব সাইকল তোংবা নুপা অমগা লাকই।"

- "উম ! ইবেম্মা মোটোব সাইকল অদুগী মতুংদা মুন্না যেংউ।"

- "কবিসু উদেনা পানা ?"

মপা প্রকাসনা নোক্লগা খুন্নকই - "যেংউ, হৌজিক্তী যাম্না নকশিল্লক্লে শোইদনা উবগনি।"

- "উম ! উবে।"

- "কবি উবিবা ?"

- "মৈখু।"

গাডী হেন্দোক্তুনা থৌখ্রে । মপানা কমাল লৌথোক্লগা মচিন খুন্ননবা হায়বমই - "ইবেম্মা কমাল লৌথোকউ অদুগা নচিন খুম্মু।"

মচানুপীনা ইপা পাখৎনা কমাল লৌথোক্লগা মচিন খুন্নকই। মপাসু মাগী কমাল লৌথোক্তুনা মচিন খুন্নকই ।

- "গাডী হেন্দোক্তুনা চৎখ্রে । মৈখু- উফুল পাথোকখিদুনা ফবক্লবা মতুংদা মপাদা হাযবকই "যাবে ইবেম্মা । কমাল লৌথোক্লো ।"

- "উম ! ব্রাযহে পাপা ।"

- "ইবেম্মা খবা ব্রাজববসু উফুল অমসুং মৈখুদি নঙ ঐগী নাতোন্দা চংখিদবেদনা ।"

- "অদো পাপা নাত্তোন মেনশিনলগা যাদা শ্বব হোংনবদি যাইদে। ।"

প্রকাসনা যানিংবনা মচুক যাবগা হায়বকৈ "হুম। সাদে। মদুদি নত্তোন খুমজিন্নবগী ভেল্লা লৈতবেদনা ।"

- "পাপা ভেল্লা হাযবসিগী অর্থ মতাং অসিদা কান্নবগী ওইর্লনি ।"

- "ও।"

- "ঐখোযনা শ্বোব হোনবদা মনম খঙবা ঙমই অদুগা যাদা শ্বোব হোল্লবদি মনমদু খঙবা ঙমদে।"

- "মদু কবিগীনো পাপা ?"

- "মসি ঈশ্বরনা শেম্লীবকপা অঙকপা খুদোল অমনি । ঐখোযগী নাতোন মখুন্দা মনম খংবা ঙম্বগী শক্তী অমা নৌববা উনশাদা হাপ্লীবকই । মসি কংফান্দা লৈবিবা শা খুদিংমক্কী মনাতোন্দসু মনম খংবা ঙম্বগী শক্তী অসিমক লৈ।"

- "পাপা অদুদি হুইসু মনম খংলমগনিকো।"

মপানা নোক্লগা খুন্নকই -"ইচাতোম্বী ঐখোয মীওইবগা লৈমিন্নবিবা জীব খুদিংমক্তগী হুইনা খ্বাইদগী হেন্না মনম খংবনি । মখোযগী মখলসু যামই ।"

- "মচুদবো পাপা ?"

- "নত্তে ! চাউবা, পীকপা শীংবগী মবমদা খাযবনি। মচুদি অমুবা, অঙৌবা, অঙাংবা, অবাংবা ব্রাওথাংনবা অসিনচিংবনি ।"

- "পাপা অশংবা মচুদি য়াদববা ?"

- "হূইদা অশংবা, হিগোক অদুগা নাপু মচুদী লৈতে।"

- "হূইদি মপু য়াম্না নীংইকো পাপা।"

- "উম ! মপু যাম্না নীংই। মপুগীদমক্তা মথন্নায় ফাওবা থাবা ঙমই। ইংলবা নীংথমগী মতমদসু মপান্দা মথন্তা যাইবেকই। অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ কযা লাক্লবসু মপুগীদমক্তা মপান্দা অন্নাবা কয়া খাং ! অহিং লেনবা ঙমই।"

- "পাপা অদুদি মখোয় নাবোযদবা ?"

- "কবিগী নাবক্তগনি মখোযসু ঐখোযগুম্বা থন্নায পানবা জীবনি। নাবক্কনি। মতম অদুদা মহাকপু যোকপীবিবা মপু অদুদা খঙফম উবীফম থোকই। ভেটনবি ডাক্তবগা তান্নবগা হিদাক লাংথক পীজদুনা লায়েংথোকপীগনি।"

- "পাপা হূইগী ডাক্তবসু লৈববো ?"

- "লৈ। হূই খক্তগী নত্তে যূমদা যোক্লিবা শা উচেক কযাবুসু লাযেংবীনবা তোঙানবা ডাক্তব কযা লৈববনি। মখোযগা তান্নবগা পুম্নমক হোৎনগদবনি।"

- "ও ! অদুদি যাম্না ফৈ।"

- "আর্মি অমসুং পুলিসশিংদা ফজনা তম্বীববা হূই কযা লৈ খংলবা?"

- "খংদেবো পাপা ?"

- "মখোয়দি য়াম্না শীংই, মনম ফজনা খঙবা ঙমই। মখোযনা মনম নম্লগা হূবানবা, মীহাৎপা, দাকু, অতৈ কয়া অমা মখোয়না লৈবম্বা মফম নৎত্রগা পোৎ-চৈ, ফিবোল রুমাল থাং নোংমৈনচিংবদা মনম নমহনলগা লাপ্না লোৎতুনা চেনম্রবা মীহাৎপা নৎত্রগা হূবানবা নৎত্রগা দাকুশিং অদু মীযাম মবক্তা লেপ্পুনা লৈবম্লবসু ইবায লাযনা মনমগী মতেংনা ফাবা ঙমই।"

- "পাপা অদুদি য়াম্না শিংঙিনা ?"

- "অশিংবা হূই মখল কমান্দেন্ট ফাওবা লৈ খংলবা ?"

- "কদায়দা পাপা ?"

- "ভাবতকী কোনুং দিল্লীনা হেড ক্বাটবনি অদুগা ঈংলবা অন্নাং মেক অমসুং খা মেকগী লমদমদদি হূইশিংনা স্লেটজ কৌবা মী তোংবা কাংপোৎ মচাশিং চিংহল্লি।"

ঙকপগুম থোক্লবা মপা প্রকাসকী ব্রাবীদু তাবগা ঙক্লদুনা মচানুপী সান্তিবালানা হংলকই - "পাপা অদুদি কবমায়না চিংহনলিবা ?"

মচানুপীদা মওং তাক্লদুনা প্রকাসনা হায়বকই - "মঙক্তা অমসুং মবুক ওইবপ্পা শউনগী পেটি ফাজিল্লগা অসুম্না চিংহনলিবা ।"

মচানুপী মপা মতৌ অদু উবগা নোক্লগা মখা তানা হংলকই -"অদুদি পাপা ঐখোযসু পোকেট দোক ময়াম অমা লৈবগা কাংপোৎ চিংহন্দুনা অয়ূক খুদিংগী ব্রাকিং চৎসি অদুম তৌববদি য়াম্না নুংঙাযগনি পাপা ।"

প্রকাসনা মচানুপীগী মনাতোন মচাদু পাযবগা চিংলদুনা লক্লবগা হাযবকই - "ইচাতোম্বী মদুগী কাংপোৎতুদি কোলাস মথক্তা পোকেট দোক্লা চিংগদবা নত্তে । চিংবসু ঙমলোয় ।"

ইঙক ঙক্লা মপাদা যেংলগা হংলকই - "কবিগী ঙমলোযদৌবিবা পাপা?"

- "ইবেম্মা ! মফম অসিদি নূং ঙাক্তনি উনগী অব্রাং মেক অমসুং খা মেকগী লমদমদদি থা তকক্লা নুংথিল থা তকক্লা নুমিদাং ওইবনিনা উন অদুম তাশিনবদগী পাক্লবা সমুদ্রগীমযাযদা ফাওবা চৎপা য়াই হাযনৈ। মবম অদুনা উন্না ওল্লবা নুঙশিংগী মথক্তা স্লেজ কাংপোটনচিংবদা নানবনা মবম ওইবগা। ব্রাহন্দে ।"

- "অদো পাপা মফমদুদা অতৈ শাদি লৈতববা ?"

- "কবিগী লৈবোযদৌবিবনো ? মফমদুদা শওম অভৌবা, য়াক, বেনডিযাব, য়াও অসিনচিংবা অঙ্গংবা হৈনবা জীবা কযা অমসু লৈবিবনি ।"

- "পাপা অদুদি শমু, শমুগঙা অতৈসু লৈবমগনিকো ।"

মচাগী ব্রাহৈদু তাবদা মঙক হায়বদুনা মপা প্রকাসনা খুম্লকই - "হুম, শমুদি লৈতে। অঙ্গংবা খাংবা ঙম্বা জীবা নত্তে। মফমদুদা শীল কৌবা ঙা মখল অমদি মবাং কায়না লৈ হাযবা লায়বিক্তা থেংনৈ। মখোয়সু মতু খবা খবা চোম্বা ঙা মখলনি।"

- "পাপা শীল ঙাদো থোংলগা চাববদি য়াম্না হাওগনিকো ।"

- "উম হাওগনি । ইচাতোম্বী ব্রাবীদা ঐখোয় ফনা থাপ্পা ব্রাবীদা লাক্লে হৌজিক্তি অমূক তুমিন্না য়া উমশিল্লগা নাতোন্দা শ্বোব হোল্লগা যূমদা হনখ্রশিকো ।"

- "হোয পাপা হল্লশি।"
- "ইচাতোম্বী ?"
- "হুম!"

"নগু মথং চহিদগীদি নখোয তামো খোয়দৌনা স্কুল কাবা হৌবশিকো?"

"তল্লি পাপা! ব্রাগনি।"

"তল্লি হাযগনু ইবেম্মা, তল্লি হায়বা ব্রাহৈশে য়াম্না ফত্তবনিকো। লাইবিক তম্লবদি ফজবা ফিজোল শেৎকদবনি। ঙক্তা তায় পুনগনি খোংদা ফজবা খোংচুপ উপকনি। ফজ ফজবা ফোটো য়াম্না য়াওবা লাইবিকশিং নখোয মোডাম্না তাকপীগনি। মদু হাপ্লবা ফজবা বেক পাপানা লৈবিবক্কনি।"

- "অদো পাপা ব্রাগনিযে।"

মচানুপীদা মপানা লাওহৎলদুনা হাযবকই - "হাযট! লাইবিক তম্বু ব্রায শাববা? লাযবিক তমহৌদ্রবদি শাববা নুংশা মবক্তা থবক শুবা চৎকনি। মদুগা অহাওবা ইঙ্গ্লাংসু চাবা ফংলোযদৌবিবনি। পুন্সি হাযবসিদি শীংনবনে।"

- "লাইবিক তম্লগনা কবি কান্নগদৌবিবা ?"

- "লাইবিক তম্লবদি ব্রাখল লৌশিং থোক্কনি, ওফিসাব, ইঞ্জিনিয়াব, ডোক্তব, ওঝা, ক্লার্ক অতৈ টলব চাবা থবক কযা ফংগদৌবিবনিনে। নখোয় মামাচৌবীনা স্কুটব থৌ থৌদুনা নুংতিগী ওফিস কাবিবদু উদবা ?"

- "উই।"

- "অদুনিনে, মশা নান্নসু লৈবে মীনসু ইকায় খুম্নবে। খংলবা ?"

- "অদো পাপা। ঐদি!"

- "অদু অদা খংদে নখোয মামানা ডোক্তব ওইহনগনি হাযনা ঐঙোন্দা হায়বম্বনি।"

- "পাপা! ঐগী অতোপ্পা মামা অমা লৈবম্ববো ?"

প্রকাস খংহৌদনা মহাক্কী শোয়খিবা ব্রা মেনখৎনবা হায়জিল্লকই -

- "হুম! নখোয় মামী জযানা হায়বম্বা ব্রানিদা। ফবে মসিগী ব্রাসি তোক্লসি হৌজিক্কী তুমিন্না অমুক চৎলশিকো ইচাতোম্বী।"

পূক্লীংদদি ব্রাহং অদুমক হংনিংখি অদুবু মপানা ব্রাহৈশিংদুমক নাথৈদুনা থমখিবনা তপ্না খুন্নকই - "হোয পাপা।"

মপা প্রকাসকী মচিন্দা লায় তোংলকখিবা ব্রাফম্নি। ওসি ফাওবদা মচানুপীগী মফমদা মহাক্কী মমা নোংগাখ্রে হাযবা কনানসু খংহন্দ্রিবনি । মহাক্কী পূক্লীংদা জাযানা ব্রাবীদা খংহৌদনা ব্রাফম অসিমক মপানা কাংথোক্লকপনি । নোংমা মমানা মীবোল্লিগে মপাগী মফমদা হাযজবম্বা ব্রাফম্নি। অদুবু ওসিদি খওহৌদনা কাংথোক্লকখি অমসুং পূক্লীংদা অব্রাবগী ঈথক খংহৌদনা হৌবকখি । পীক্লিবা মচানা মহাক্কী মমাংদা তফিং তফিংনা চেন্ননা চৎপদু উবগা ওসিদি থম্মোয মচেৎ তানা কাযথবকপগুম ব্রাখলদা মওল মওল খনবা হৌবকখি। মীৎলুদগী পিবাংনা খংহৌদনা ইহৌবকখি। থিংবা ওমদ্রবা পিবাং কযা অহিংগী লিক্লাগুম তপ তপ শিল্পবক্লি।

*****

## তবাতবেৎ শুবা পন্দুপ

মহৌশাগুম্মা মথৌ বিলাশিনিনা শঙ্গোম গীলাস অমা পুবদুনা মকুগী কাদা চংলকই শঙ্গোম টেবল মথক্তা থমই মপান্দগী নাহেবদুনা অচৌবী মাগী কাদা হঞ্জিলকপদা নহাক্কীদমক শঙ্গোম টেবল মথক্তা লৈবম্বা উবল্পমই। চানিং থক্লীংবা পোক্সবা অচৌবীনা মশুনুপী কমলাগী মমিং পল্লদুনা কৌবকই - "ইবেম্মা কমলা ! শঙ্গোমশি লৌবো লাকও হৈ।"

মশুনুপীদি টিয়ুসন চৎগ্রবনিনা মমৌনুপীনা তাবদুনা খুন্নকই -

- "কবি হাযগে পাবুং !"

- "ইবেম্মা ! শঙ্গোমশি অঙাংশিংগী ওইনা থম্বীবো ঙসিদি চিন- খাশি ইথৈ থৈবগুম ইখা খাবগুম তৌবে। মঙ হাশু ইচোয়বমই। হুবেল মপা লাক্লবদি ইনাক্তা অমুক্তং চংলম্মু হায়য়ু। ঐ মাগা অকুপ্পা ৱাবী খবা তান্নগদবা লৈ।"

ৱাহৈদু হাযবল্লগা অচৌবী মাগী ফমুংদা কাখৎতুনা কম্বল চিংখৎলগা হিপথখবে। মমৌনুপী বিলাশিনি মকুগী মশা ঙমদবা মওংদু উবদা নুংঙায়তনা যেংলগা খুন্নকই - "অহোয় পাবুং হায়জগে ।"

বিলাশিনিনা শঙ্গোম গীলাসতু পুথোক্লদুনা থোক্লকই। মতমদুদা মকুনা যাওল্লগা হায়বকই - "ইবেম্মা বিলাশিনি !"

- ওম্থোক্তুনা খুমই - "কবি হায়গে পাবুং।"

- "ঐগী চাক্তী হাপ্লুবগনুকো।"

- "অহোয় পাবুং।"

অচৌবী ফক্লাংলোমদা ওক্সিন্দুনা চেপখি। বিলাশিনি শঙ্গোম গীলাসতু পুবগা চাকশঙদা চংলকই। কেটলিদা শঙ্গোমদু হৈজিল্লগা অমুক মখুম কুপশিন্দুনা মৈথক্তা থাংগৎখি।

ৱাখল নুংঙায়তবে যূমগী অহলনা মশা ঙমদে হায়দুনা ফমুং চংখিবদা। ৱাখল লৌশিং থোকখিদবে। অৱাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্বগা

মমাংদা লৈবন্বা মোডা অমগী মথক্তা তপ্না ফমথবমই। মথন্তা মচিন্দা শোম্থাংননা হায়দোক্লকই - "কবিগুন্বা অহন অসিনা লৈখিদবা থোক্লবদি য়ুমসি কমদৌগনি। মীনায় থম্বসু ঙম্বা নত্তে ।"

- "ইবেম্মা নুপীমচা ।"

মকুগী খোঞ্জেলদু হেক তাবগা হৌগৎতুনা খুম্নকই -

- "কবি হায়গে পাবুং ।"

- "ইবেম্মা চেগা কলমগা পাইদুনা অমুক্তা লাকউ।"

- "হুবেল ইবুংঙোদা হায়গদবসু ইশিন্নবা ।"

বিলাসিনি মচাগী কাদা চংদুনা চে কলম লৌথোক্লগা মকুবোক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা চৌকিদা ফম্নগা হাযবকই - "পাবুং যাবে হাযবিবক্লো।"

মকুনা খৌদেম্নগা হাযবা হৌবকই -

- "ঐখোয থব্লায় পানবশিংগী থযাযসি শিবনা মতুংদা কদাযদা লৈবমগনি ? মখোযদি অবাম খৌবাংবা ফাওবল্লোযদবা ? স্বর্গ হায়বশিং, লোন্দী [illegible]ক্রগী শিলোমিটব কযা চংলগা লৈবিবা ? অদুগা নবক হায়বশিংগা পৃথিবী মনুংদা ফুট কযা চংলগা লৈবিবা ঐখোয হিন্দুগী চংনবী নিয়মদা আত্মা সান্তিগীদমক ঐনা শিববা মতুংদা অষ্টি, শ্রাদ্ধ শোন্দুনা হোংনবি । মসিনা কযাম কান্নবিবা ?"

য়াম্নবা কোর্তানগী মখোল পুংগী মখোল মবক্তুদা ঈশৈ ঈশ্নোবগী ওইবা ৱাবীদা নুংঙাইববা পুংগী শাথেক শাহুমদুগী মখোল মবক্তুদা মালংদা তিনখ্রবা আত্মা অদুনা কবম্না যেংলমগনি মদুনা আত্মা সান্তী ফংগদবা ? নোংঙাল্লগা শ্রাদ্ধদা চংখিবা শেল ফুকৎননবা হোংনবদা হুমাং কাংহৌববা ইমুং অদুনা অৱ ফমদা তা অৱাবা ঈপাক্তা ইবাক্লদুনা লৈহৌবদুনা মপা মমা ওইবা ঐখোযগী আত্মানা কবম্না মাগী বৈতবনি তুবেলদু লাম্থোক্লুনা চংপা ঙমগদৌবিবা ?

চংনবী অসি ঐগী হাক্তকতগী ঐগী ইমুংশিগী ওইনদি হোংদোক্লুনা অনৌবা শংসাব অমা থমনীংই। ঐহাক্কীদমক্তী ইচাশিং ৱাহনবা যাদে । ঐনা তাইবঙশিদা লৈবিঙে পাপ কযা তৌখ্রবসু ইচাশিংগী মতেং লৌবগা খবদং ওইববসু কোক্লবা লীন্না মখুন্দা চংলমদায চুম্বগুম অৱাবা তাববা শোইনাইববা কনাবু নৎত্রগা উপায় লৈজদ্রবা কনাগী মতেং ঐগী ইপোক নুমিৎতা ঐনা ঙমজবা খবদং শিঞ্জ- লাংজবগা পীজ পীথক তৌবা মফি অমমমতা ওইববসু হোংবীননবা তৌবমগে।

ঐহাক অমা মালেম পৃথিবী অসিদা পোক্লমই হায়বগী চহি চা কয়া লৈহৌননবা ঐগী মোংফমদা নুঙ অমদি য়ুংহনলকউ। উপাল মঙাদংদি হিংহন্নবা হোৎনবমগে। হৈবাং লৈবাং অমতং কৎহল্লকপা মতমদা তবাম্না ওকচগনি। ঐ যানিংই খৃষ্টেন অমসুং মুসলিম ইচিল ইনাওশিংনা নীংশিং খুদম মপা মপুগী থম্নীবিবা অসিমক ঐখোযগীদি কদায ঐগী ইপা ইপু কয়া নোঙ্গাখ্রে অদুবু মখোয়গী নীংশিং খুভমদি লৈতে খাম্বী মৈনা চাক তাংঙ্গোয় ওনখবে । লোয়বে মশক মমিং তাংদাংবা মোংফম মফম খংদ্রে । ঐঙোন্দা ইপু ইপুধৌশিংগী মমিং মঙা হংলকপা ঐহাক মদুগী পাউখুম পীবা ঙমলোয় । তাঙ্গোয় ওইববা উৎতুবু গঙ্গা তুবেলদা থাদবগা লৈখিদ্রবা অদুগী আত্মা শান্তী ফংগনি হায়না থজনবিবা ঐখোয অসিমক অঙাওবনি। ঈশ্বরদি মফম খুদিংমক্তা লৈবনি হায়বসিমক খংদবগী ব্রাফম্নী ।

কবিগী ঐগী মোংফমগী উৎ পুদুনা শেংলবা গঙ্গাগী ঈচেলদুদা মোৎহন্নবা [illegible] ন্নুগনি । অবেন্দা খবত তিংননবা হোৎনবনি, পুম্নমক অন্ধবিশ্বাস ঙাক্তনি। মঙেখগদি শেংলবা লোক্তাক ঈযাইদা মফম খঙনা থাদবীবকউ।

ঐনা তৌজবা কর্মদি ঐনা ফংজবা তাবনি। শোংলবা গীতা, বাইবল, কুরান্না ঐগী আত্মাগী তেংথাখোল ওইহনগনি তুমিন্না মিনিট অমত্তং লেপ্পীবগা শেংলবা পুক্লীংংনা অব্রাবা ফোংদোকপীদুনা ঐগী আত্মাগী শান্তী ওইজগে ঐহাক চবাংনববা সংশাবগী চুমদ্রবা নিটি নিযম কযাশি তশেংনা চুমথোকচবা পামজৈ। মদুদা ঐবু অঙাওবনি থাজশনু মদুনা ঐগী অপেনবা ওইজগে । অসিনি ইবেম্মা।”

- “শাংখবেদা পাবুং !”

- “হোয খবদি শাংখবে। ঐসু পুক্লীং অবৈবা মখৈ, তেংনবা হাযদোক্লবনি। ইদি ইহৌইকো। ইবেম্মা চিংথদনা।”

- “অহোয পাবুং, অদুবুদি ইজহৌই।”

- “ফবে ব্রাফম খবদুনি ঐনা ইচাশিংগী মফমদগী খংহন্নীংলিবশি। নঙগী পাবুংদি লৈকায অসিদা ঐগী কবেম্নবকপসু যাওখ্রবনি। অদুবু ইচা ইমৌ কযা থোক্লক্তুনা পাংথোকপদগীদি মখোয়গী মমিংতা উফুম চাইশনবগুম থোকখবেদনা।”

- “অহোয পাবুং থোকখবে।”

- “অদুনি নকুগী অপেনবা। নকুদি ঙসি ফাওবদা কনাগী মফমদা লানগে হায়না খনখিবা য়াওখিদ্রি। অদুবু ইমান্নবা কযানদি নহা ওইবিঙৈ শিংনবকখিবা

কয়ানি। ঙসিসু চাউথোক্লা হায়গে লৈকায় অসিদা ঐখোয় ইচা ইমৌদৌনা পুকচেল চাউথোকপা কনা য়াওগ্লবগে ? যাওদ্রি । মখোয় মশোল ক্রক ক্রক য়েংশিন্নদুনা লৈনবা ঙাক্তনি। পুম্নি অচৌবশি শেংদোকশি হায়ববু কনাসু তাবিদে। অদুবু মশা মবনায়গীদি লোন্না লোন্না খোই চোপ্তুনা নুমিদাংদা ঈল থাদুনা ঙা ফাদোক্লী উববসু খংলবসু নাথৈদুনা চৎনবি।

খুঙ্গং অসিদা পুম্নি অসিখক্তনি ঈশিং চানবিবশি অদুবু কনানসু ৱাখল চঙবিদে । মপান্দা লেপ্তুনা ঈকজশিল্লি । অমোৎপা ফি চামশিনলি।"

- "মখোয পাবুংনা ঙবাং পুর্ণিমা মকপ মফমদা হাযবল্লে হায়বনি।"

- "কবি হাযবল্লীবা ইবুংঙোনা ?"

- "লাক্লিবা নোংমাইজিং অসিদা যূম অমদগী মী অমমম থোক্লবগা পুম্নিশি শেংদোকশি অদুগা মহীক-মতাই শিনবা হিদাক থাদসি।"

- "ৱাফমদুদা ময়াম্না কবি হায়বকই পাবুং ?"

- "য়ুঙাওবা খবদি ঐখোহয় হাজিবা শুবা চৎপা মীওইদি নবাল লৈবা নখোয খবা থোক্তুনা শেংববো হাযদুনা হাযবল্লগা চৎখি হায়দুনা যাম্না শাউনা হল্লকই।"

- "অদুনে ইবেম্মা, খুঙ্গংশে চাউখৎপা যাখিবোয। হাওশি তৌসি, থাবল চোংসি হাযকববদি মযাম হৌ হৌ চোংথোক্লবক্তনি। অদুগুম্না অফবা থবক্লীদি পুম্নমক নাম্থোকখিগনি। চৎলো চৎলো নঙগী থবক তৌজকবো চেদো হুবেল মপা লাক্লগা পীবা কাউগনি । মনাও প্রকাসতসু য়েংহনগদবনিকো।"

- "কাওজববোয় পাবুং।"

অচৌবী অতোপ্পা ফি কম্পল অমসু শুপচিন্দুনা ঙাযহাক পোথানবা হোৎনখি। মমৌনা চাক থোংননবা থৌবাং তৌবা হৌখি ।

হকচাংনা ঙমদ্রবদা কদায়দগী তুমনিংবা ? অদুঙৈ নহা ওইবিঙৈদা শুখিবা, থাংখিবা ফৌবোড়া, পোম্মা চনবশিং কুলি ওইবিঙৈ নোংমগী তবা ফংননবা থাংখিবা অটাগী বোডা অচৌবা, থুমগী বোডা, চিনিগী বোড়া, অকম্বা, থিন্দোক্লে। ঙসিদি নংহৌবোযদবগুম তোমচৌগী শমু হকচাং অখুইবদা ....।

নাহেদুনা খাংলি চৈনাখোল পুম্বা হে: হে: হে: অযো ইমা ! মচিন্দা শোল্লি মুকম মুকম মুকম।

*... অশেংনা ঐবু নাগদৌববনে ঔবিশিবো ইম্বেল্ল ৱাবেদকো খাংবা' ফিশিবু* শুপচিনলিবা মখৈ পেনবা নাইদে লুমদেদকো মাগী বজায় অশুবা অখাবা অসে ! ইশ ! কবম তৌনি অসিদি ! ইম্মোলদা ঐনা হৈবাংঙোয় চাবা খবা লিংশিল্লম্বদুনা কমদৌবমগনি। হৌজিক ঈশিং খবা খিকত্রেকশীববদি ফাদবনিশে ! ইম্বোকপনিদা অনাবা হায়বসিনা মাংবসি অসি যৌনা মাংবোয়বে ।

হৈযো : হৈয়ো ইমা ! হে ! হে ! চিনকাশিনা হুমুক খাখবে হবে কৃষ্ণ ! হবে বাম ! হে প্রভু ননায় অকম লাইহৌনা থাংদুনা পুখিগদৌবে অমুক্তা কনবীয়ু।......

ঙাযহাক উবাও থবাওদুনা লৈকব্বা মতুংদা ৱাখল অমা নীংশিংলকখি। ফৈজুপ তপ্না হাযদোক্লকই । মোম্পাক মখাদা তপ্না মাবকই । পোৎতু থীবা ফংদবে । মমৈথংদা ফৈজুপ হাযদোক্লুনা ফম্মাংদা কুমথবমই । অদুঙৈ অকম লাইহৌ নাবদা চাখিবা মচা প্রকাসনা লৈবীবকখিবা বম গুলি অবেম্বশিং অদু থিবকই । উচিন- নাচিন্না চেবং অমনা য়োমশিন্দুনা ফজনা লৈবন্নে । গুলিশিং অদু ঈশিং য়াওবা য়াওদবা মথং মথং অনী অহুম চাশিনলমই। অদুগা ডাইনিং কমদা নাহে নাহেবদুনা চংলগা ফিল্টব অচৌবদগী ঈশিং গীলাস অচৌবা অমা থকচিলমই । অদুগা হঞ্জিল্লক্লুনা ফৈজুপ মবোল মনুংদা উচি মচাগুম্না তুমিন্না থাঙ্গৎতুনা হুটচিন্দুনা চংখবে । হৌজিক্তী গুল্লি চাশিনম্রবনিনা ৱাখলদা চিংনবম্বদুসু লৈতবে নাহেবগী মখোলসু ফৈজুপ মনুংদা নিলদুনা ঙংবা নত্তনা মপান্দা অদুক হাক্লা তাখিদবে ।

অকনবা গুল্লিনি । চাশিনখিবা মতুং পুঙ্খায় অমগী মতুংদা তপ্না তপ্না এক্সন লৌখৎলকই । অচৌবীগী হকচাং মনুংদা লৈবম্বা অকম লায়হৌগী উচি দাকু পুম্নমক মতম হেল্লবা গুল্লিগী মনিলনা তপ্না তপ্না য়ৈবক্লবদা খাংবদা ঙমখিদ্রবা মাল্লে মমৈ থেকৎতুনা হকচাং মপান্দা হুমাংগা লোয়ননা থোকখবে।

চিক্লম্বা নোম্লম্বা হায়বম্বা পুম্নমক ঈংথখবে । পুংখায় অমা নুংঙায়না পোখাদুনা লৈকববা মতুংদা অচৌবীগী হকচাং হুমাংনা পুংলুপ লুপ্লুনা লৈবমলে। ফৈজুপ মথং মথং হায়দোকই । চিন্দা খাবম্বা থুম্লম্বা য়াক্লম্বা পুম্নমক অমতা লৈবমদবে হৌজিক শুপ্লতগী অবাম খৌবাংবা খক্তা ঙাইদুনা মহৌশাগুম

লৈবম্লে । অঙকপা গুলিগী মগুননি । লুখুমদা লৈবম্বা খুদৈ মচা অমদা হ্যাংদু তৈথোক্লমই । ঙায়হাক মেন তানা ফমক্লবা মতুংদা ঙবাং থাবম্বা হৈবাং লৈবাং চাবাশিং ঈশিং চাইবিকব্বগে হায়বগী ব্রাখলদা কায়দোংলক্নুনা পেবে পাইদুনা পুম্রিদগী ঈশিং শোক্লগা পাম্বী পুম্বা ঈশিং চাইবীবি ।

লাইজ ঈশিং মবিক অমত্তং ফংজবদা হ্বাওজবী পাম্বী কয়ানা মপু অচৌবীবু মুনা মুনা য়েংজৈ । তাঞ্জাদুদা লিবি হুম্বা মাংলংবসু থুংলদুনা খুবাক তাম্থা তুংইন্না থেক্লা নৌনা হায়না হুম্লা মনিং তম্লা শাথেক তমজবি লৈকোলগী হৈবাং লৈবাং অতৈ ইঞ্জাং নাপী পুম্নমক্লা ।

"ঐখোয় পুম্নমক্লা নাবা য়াদেকো অচৌবী হৈবাং লৈবাংগী পূক্লীং খঙবও! নহাক্কী পুন্সি পীবীগে ঐখোয়গী পুন্সি কনবীয়ু । অয়ুক নুংথিলগী মতমদা অমুক্তং ওইববসু চংলকউ ঐখোয়গী ইতৌ য়েংবীয়ু হ্বাও মিনোক নোকমিন্নশি হৈয়া হো । হৈয়া হৈ । হৈয়ুম হো । হ্বি ওঁ ।।"

অচৌবীগী পূক্লীংদা ব্রাখলদা অনৌবা আসাগী ঈনোৎ অমা তপ্লা তপ্লা কাবকপা হৌবকই । মথন্তা পূক্লীংদা মওল মওল খনবা হৌবকই।

.. "ঐহাক্কী ইচাশিংদা ব্রাফম অসি ফোঙদোক্তুনা থবক ওইনা পাইখৎহনবনা ফবোইদবনে অচৌবী খনবতনদি কান্নদেবো, থবক ওইনা উৎথোকলম্মু অচৌবী ' নহাক্কী নমিং ওযব ওইহৌগনি । খুঙ্গং অসিনা লৈবিবা মখৈ । নহাক্কী নহৌ হল্লবা থাংজৌনি তাইবঙ মপুগী ।"

মতম কুইনগী মমাংদগী হৌদুনা লাক্লবা শান্নবুং অসিগী লৈতেং ওইনসু লৈবিবা পুবান হৈনৌ অসিগী মখোংদা অনৌবা লৈবাক খবা হাপচিন্দুনা থোনগৎপীবগা চেক্লা শিবি চনশিবীববদি মফম অসিগী ফজবা অমুক্তা হেঙ্গৎলক্কনি । খবা চৎথোক্লগা খোংনাঙ বোট পাম্বী অমা থাজিল্লবদি কমদৌবা?

- "মদুসু ফজগনি ।"

- "হৈনৌ অমসুং খোঙনাং বোট অনীগী মবকসিদা ইপা-ইপু লৈখিদ্রবা কযাগী মমিং যাওবা অচৌবা লাইবিক অমা থম্লনবা, মন্দীবগুশ্বা, গীলাস ঙাক্তনা শাবা অনৌবা মওংগী য়ূম মচা অমা শাববা অদুগী অকোযবদা লৈবা চাবা কয়ানা মথং মথং থাজিল্লবদি য়েংবদা কযাগী মতিক ফজগনি। শোল্লবা অহলশিংনা চৈশু শুদুনা লাক্লগা খ্বাং ঙায়হাক তিংথোকচনবা ফমফম মবক

মবণ্ডা খোং লম্বী মবক্তুদা ঐনা লাংখৎচবিবা হিদাক চাবা কয়া পবেং চানা অকোয়বা পবেংদা থাজিন্দুনা থন্নবদি হযেং তুংগী মিহৌবোল কয়া ফাওবা লেংদনা লৈহৌবগনি ।

কাচিন মবিদা গুল মোহোব পাম্বী মনাক্তা মবক্তা উহৈ পাম্বী কোন্না চম্প্রা,নোবাপ, পুংদোন, শেম, হৈখা, চুম্বৈ, হৈজম, হৈথুম, হৈগ্রু, অৱাথবী নচিংবা হৈশিংগী চাবা থাজিন্দুনা শেমগৎপীববদি মাংদুনা লৈববা লামহাং অসিগী ফজবা হেঙ্গৎকনি ।

লেমহৌবীবা মচি অদুদনা পীক্লবা অঙাংশিংগীদমক্তা ম্বুলদা থম্বগুম শান্নফম কাখৎ নাম্ব্ব, থৌবি হাযবী, ফমদুনা হায়বা অনৌবা মশান্না মখল মখল, মফম লেংদনা খোংনা ওৎতুনা থৌবা শাইকল পুম্নমক শাদুনা থম্বীববদি কবিগী উফুল মবক্তা চেন্দুনা শান্নগনি, কবিগী উবক্তা চংদুনা কেকু লোৎপী শান্নকগনি, মমিৎ মনাদা উশা- ৱাশানা থিন্নবা ...'

অদুবু খংদে ইচাশিংনা কবি হাযবক্কদবনো, থবক অসিদি ঐনা তাইবঙশিংদা লৈবিঙে পাংথোকতুনা পাপ চেল্লবা ইমিৎ অসিনা য়েংবা পামজখবেদা হে ঈশ্বব ইবুংঙো জগৎপু শেম্বীবিবা শিদবা মপু ও' ননায়গী আসা অসিদদি ঐগী ইচা অনীনা থৱায় য়াওনা হোৎনবীববদি পোকচবগী মহৈ যাঞ্জবেদকো ।

অহল ওইববা ওইববী কয়াসু মচা মশুগী মতৌ য়েংজবনি । চাউখৎলবা সহব কয়াদা আৱা পোত্থাফম অঙনবা অযুক্কী মতমদা অদুগা তাবমদায় নুমিৎকী মঙালদা চেন-চোংদুনা শান্নজবা অঙাংশিং অমসুং অহলশিংনা মচি মচিদা কাংলুপ কাংলুপ পুনশিন্দুনা ফমমিন্নবদো ।

ফজখবেদকো ইচা ইমৌশিংগা দিল্লী চৎপদা উবকপা দৃশ্য ময়ামদো পুম্ন মক তাইবঙ মীওইবনা শেম্বনি ! ঐহাকসু ইচা অনীগী মপাল তাংলগা থবক অসিখক্তংদি ঐনা তাইবঙদা লৈবিঙে পাংথোক্তুনা ঐনা খুঙ্গং অসিগী মীৎয়েংফম ওইহনজনিংথ্রে। অদুবু খংদ্রে ইচা ইমৌনা কবি হায়বক্কদবা ।"

প্রমোটনা ম্বুটবদা মচা অনীবু পুবদুনা থৌজিল্লকই । শুমাংদা গাড়ী হেক খাম্বগা মচা অনী গাড়ীদগী ফট ফট কুমথবগা মাঙ্গোল কাখৎতুনা ইমুং চংখি । মপা প্রমোট মখোঙ মখুৎকী উফুল গাডীদা য়াওবম্বা গমশা মচাদুনা ফৎ ফৎ কম্লোকই ।

মচা অনী লাইবিক খাউ থম্মুবগা মমাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হংলকই
- "ইমা কদায় ঐখোযগী শঙ্গোম ?"

মমানা চাক থোংনা থোংনা খুন্নকই -
- "নপানে নখোয় অহুমগী ফ্লাক্স মনুংদা হাপ্তুনা লৈববনি ।"

মচানুপী কমলানা পৈবদুনা হায়বকই -
- "ওফ । মম্মি ! নঙশিদি ।"

মমানা লাওহংলদুনা হায়বকই -
- "কবিনো ওফ হায়বদি, নপাগী গীলাস অমা খাক্লগা নবান্নী য়েন্নদুনা থকপা যাদবো ? ঙসিদি নপুসু মশা ঙমদে হায়দুনা থক্কবদি ?"

কমলা মপূক্লীং হবাওজবে মমাগী ৱাহৈ তাবদা, মহাক্লা চংশিন্দুনা মপাগী খাদোক্লগা মখোয মচিন মৌপ্পাগী হৈদুনা থকপা হৌবমই।

মপাসু মতমদুদা চংলক্তুনা ডাইনিং টেবল মথক্তা লফোয লফাং হাপ্পা খাউদু থন্নগা হায়বকই -
- "তাবিবা মমা ?"

মতুং ওষ্থোক্লদুনা মপুবোয়বদা মিৎচান্ননা য়েংলগা খুন্নকই -
- "কবি হাযগে ?"

ৱানা হল্লকপদা মোমোন তৌদুনা য়েংথোক্লকপা চান্নবী মাগী মিৎযেংগী পাউখুম ওইনা মহাকসু মচাশিংগী মমাংদদি নুংজানবা ৱাখলদু পুক্লুংদা কুপশিনলগা হায়বকই -
- "লফোয লফাং অমখক ইচে অমুবীনা মখোয মনিং ইঙ্খোলদা মুল্লমই হাযদুনা হাপচিনলকই । অসিদা লৈবে।"
- "পৈশাদি ?"
- "লৌ হাযবা যাদে। ঐখোয পাবুংদা চুম্না অশুম পীজবনি হাযবকইনে।"

মচা অনী চংশিন্দুনা য়েংই অদুগা হাযবকই -
- "ৱা হাওবগনিদা। ভেবি বিউটিফুল বানানা, মম্মি ! ৱি লাইক।"
- "নখোয অনী মীতাকখিগনুকো নোংমা নীনি ওমদবা য়াখিবোয়।"

মতমদুদা মপানা চৌক্রিদা ফন্নগা হায়বকই -

"ওমদ্রবসু য়াবগনিদা ফজনা লউদা মুন্দুনা লৈবম্লে হায়বনি।"

বিলাশিনিনা মপুবোয়বদা ওনশিনলগা হংলকই -

- "লফোযশি শি তাববো ?"

- "খংদে মদুদি ঐ য়েংলক্তে হংসু হংলক্তে ।"

মচানুপীদা ওনশিনলগা মপানা হাযবকই -

"ইবেম্মা নঙ অমুক্তা য়েংউ - চঙ তাববদি লাইদা কৎননবা !"

মচানুপী কমলানা চংশিন্দুনা প্লাষ্টিক চেবংদগী লফোয লফাং ফজবদু লৌথোকলমই অদুগা জুবা জুবা ওইনা পাইদুনা হায়বকই -

- "চঙ, শি, চঙ, শি, চঙ, শি, চঙ, শি ইমা ! মসিবু কবমায়না পাদৌবিবনো শি জুবা চঙ, শি পাবকপদা শি তাবগা শুপ্পগী লফোয অমতং হেন্দুনা পাল্লকই।"

মপানা নোক্লগা হাযবকই -

- "হা ! হা ! ইবেম্মা ! যাবে চঙ তাবে। প্লাষ্টিক খাউদুদা অমুক হাপচিনলগা উপু দা অলমাবি মনুংদা থমজিনখবো মখা তাবা নমানা থোকপা তৌজবগনি, ও কে।"

- "ও কে পা পা !"

মচানুপীনা লফোযদু প্লাষ্টিক খাউ অদুদা অমুক হাপচিল্লগা অলমিবা মনুংদা থমজিনখবে । মমানা চাকশঙদগী থোক্লগা ফ্লাক্সতগী শঙ্গোম গীলাস অচৌবা অমা হৈবগা মপুবোযবগীদমক পুথোক্লকই অদুগা হাযবকই -

- "শে, শঙ্গোম পাইশিনবীবো।"

মহাক্কী নুপীদা হঙ্গৎনা যেংলগা শঙ্গোমদু লৌই অদুগা হংলকই -

- "হায শঙ্গোম অসিবু যাম্মদবো অঙাংশিংগীদি ?"

- "য়াবে হৈদুনা থকত্রবনি।"

- "অদুগা অশুক যাম্লা হৈবক্লিবশিনা।"

ৱা মখা তাদ্রিঙৈ ওক্লদুনা বিলাশিনিনা পাউখুম পীবকই -

- "হো পাবুংদো, মশা ঙমদে মচিন কাদু থৈবি থৈবি তৌই হাযদুনা ঙসিদি থক্তুবা অদুনা যাম্লকপনি।"

মপা ঙমদে হাযবা পাউ তাবদা উঙক ঙকলমই অদুনা খংনিংবা অমা যাওবদুনা প্রমোটনা মাগী নুপীদা হংলকই -

- "হায পাবুংবো ?"

- "হোয। চাকশু হাপ্লুবগনু হাযবম্লগা ফৈজুপ বোন্ধা অচৌবদুসু চিংখৎলগা তুমখ্রবনি। যাবগদি খবা চংশিন্দুনা অমুক্তা যেংবীবম্মু ।"

অঙকপা অমা ওইনা বিলাশিনিদা যেংলগা হাযবকই -

- "কবিগীনোনে নঙনা হাযবিবা ব্রাফমশিবু ?"

- "ফৈজুপ যাম্লা চিংখৎতুনা হিপশ্রবদি মশাদু অকম লাযহৌ তৌবা শোযদনা ওইবমগনি।"

বিলাশিনিনা মকুবোগ্লা ইহনবা চিঠিদু মপুবোযবা প্রমোটতা পুথোক্তুনা পীবগা হাযবকই -

- "শে পাবুংনা হাযবগা ঐনা ইবা চিঠিনি । হুবেল নঙনা থবক চৎলমদাযদা মনাক্তা অযুক্তা চংবিবম্মু ।"

প্রমোটনা চিঠিদু লৌবগা হাযবকই -

- "কবি হাযগনি পাবুংগী হৌনবী মবৈদুনি।"

প্রমোট আনোক উপ্পুনা মপাগী অপাম্বশিং অদু কবিনো হাযদুনা খংননবা চিঠিদু হাংদোক্তুনা যেংলমই । চিঠিদু লোযনা যাওবা পাদ্রি নোকপা হৌবকই। অদুগা টেবলদা থমখবে । শঙ্গোম গীলাস অদুমা লোযনবা থকচিল্লবা মতুংদা তুমিন্না যম্লগা মাগী মতৌ যেংলিবী মাগী নুপীদা ওক্সিন্দুনা হাযবকই -

- "ঐখোয পাবুংগী ব্রাখলশিদি অবেপ্পা লৈতবা অপাইবা লৈচীলগুম্বনি । মহাক্লা হাযবীবশিমক মাগী শক্তক্তা থবক ওইনা হেক পাংথোকউবদা নোক্ল চাউবা লৈকায সমাজ অসিনা মখোযগী ইমুংশিদি মপা খক ঙাওবতা নওনা মখোয মচাশিংনু ঙাওবে হাযদুনা যা যা লাওনখিনি । পাংথোক্তবে পাবুংগী মাঘ্নানা শান্তা ফংলোযদৌবি। লুখবেদা ঐখোয পাবুংগা লোযনসনবশি।"

প্রমোট অবাবগী শাংলবা শ্বব অমা চনিং তানা হোম্বগা তপ্পা তপ্পা মপাগী কা তম্না লুম্লবা খোংথাংদা থাংলদুনা ডাইনিং রুমদগী থোকখিবমই।

বিলাশিনিনা তপ্পা হংলকই -

"ব্রা বৌশিংকো। হিদাক লাংথক কী থৌবাং তৌজবম্মু নৎত্রগা হোসপিটালদা ঙা হাক যৌশিল্লুনবা। ঐ চাক থীবল্লগে। ঈশিং বাঠকমদা নখোয নপা নচাগী শান্দুনা লৈবর্বনি।"

পূক্রীংদা পামজদ্রবস্ অহনগী পামজবদা অযেৎপা পীনিংদবনা (প্রমোট) তপ্লা তপ্লা থাংদুনা মপা অচৌবীগী কা যৌবকখি। কা মনুংদা খোঙ হেক থাংজিনবগা মপানা কবি হাযবক্কদবগে হাযবগী ব্রাখলদা মীপাযজবা অহোংবা অমা খংলাক লাকখিবমই।

ফমুংদা যেংলুবদদি কম্বল কান্থ মফম কাযদনা লৈবমই। মপাদি লৈবমদ্রে। অদুদি কদায চৎখবে হাযদুনা কোযনা থিবকই।

টেবল মথক্তা টেবলেট মকু অমদি চাখিবগী তাদুনা লৈবম্বা থেংনবমই। চংশিন্দুনা যেংলুবদা অদগী মহাক্কা লৈদুনা পুবকখিবা অকম লাইহৌগী গুলিদু ওইবমাল্লে। অদু হেব খংনগা মিপাইবমদবা ব্রাখল মীপাইবা হৌবকখি অদুগা মপা কদোমদা, কদাযদা চৎখবে হাযদুনা থীবা হৌবকই।

মহাক্কী মচানুপীবু কৌবদুনা হংলকই -

"ইবেম্মা নমাদু অমুক্তা লাকউযু।"

ইনক নক্লবা কানিনা বিলাশিনিনা তাবদুনা চেল্লক্লগা হংলকই -

- "কবি তৌববগে ?"

- "পাবুংদি ?"

- "হিপহৌবদাযনে।"

"কদাযদা হিপ্লীবা মাগী কাদদি লৈসু লৈতনা !"

বিলাশিনি মপাবোযবনা হাযবিবা বাফমদু পূক্রীংনা থাজদবদগী মকুবোক অচৌবীগী কাদা চেনশিন্দুনা যেংলমই। অদুবু লৈবমদ্রে।

- "ও ! অদুদি কদাযদা চৎখবে। ঐ ভোন্দস্ হাযবমদে।"

"মতম হেল্লবা বোম গুলিশি চাবগা কদাযদনো চৎখিবা ? মনুং অচৌবদকা চংলগা ব্রাস্থদুনদি লৈতেকো।"

"খংদে ?"

মপানা মচাশিংদা হংলকই -

- "ইবেম্মা নখোয় পুপু উদেকো ?"

মচানুপীগা মচানুপাগা অনীনা মতম অমত্তদা চপ মান্নবা খুন্নকই -

- "উদেয়ে পাপা।"

বাদকম লেট্রিন পুন্নমক য়েংই মদুদসু লৈবা উদবে। মমৌ বিলাশিনিনা ইষ্কোলদা চেপ্পোক্তুনা যেংলুবদা পেবে পাইদুনা মানা শেমজবিবা হৈবাং লৈবাংশিং অদুগী মখোঙদা ঈশিং চাইদুনা লৈবা উবরুম্মী। মকুবোক অচৌবীগী ঙসায ফমুংদা ফৈজুপ মনুংদা নাহেদুনা হিপহৌবা মতৌ অদুগা হৌজিক্না কবিশু নাদবগী মওংদা মথৌদা পূক্লীং চংদুনা অপীকপা পাম্বীশিংদা ঈশিং চাইদুনা লৈবম্বা উবকপদা অঙকপনা খম থেংখিবম্মী। মথাদা খুপাক্না থাবগা খংহৌদনা মথন্তা হায়দোকচবকই -

- "হে ইকু ইবুংঙো! নহাকশিদি তশেংনা ঈশ্বরগুশ্বনি। নোংমতা ঐনা থোংলম্বা চাক ইঙ্গাংদা হাওতে ফত্তে হাযবা ৱাহৈ অমত্তা হাযবক্তি। নহাক্নুম্বা ইকুবোক্তি মালেম সংসাব অসিদা লৈবম্লবোইকো। আ! বিলাশিনি ঐগী ইবাযবকশে কযাদা যাইফখ্রবা মপোক্লো। পীক্লিঙৈ মতমদগী লৈশাবিঙৈ, মতম খবা অদু খত্তনিকো ৱাজখিবা। যূম্বাল লম্বীদা খোংদাবকপদগী ঙসি ফাওবদা কনাগী মীৱা কনাগী মীচৈ ঐগী ইপুবোয়বগী ইমুংশিদগী ঙসি ফাওবদা তাবকখিবা লৈবক্তি।"

খনবা যাবা ঙাযহাক খন্দুনা মকুগী মতৌ ঙাযহাক যেংলিঙৈ মপুবোযবা অমসুং মচা অনীসু মমাগী মনাক্তা লেপ্লবে অদুগা হংলকই -

- "কৈদৌবে ?"

ৱাখল হন্থবকই, ইঙক ঙক্লা পাউখুম পীবকই -

- "হুম কবিশু তৌদেনা ?"

প্রমোটনা মখা তানা হংলকই -

- "পাবুংদি ?"

বিলাশিনিনা মখুৎ থিলদুনা মপুবোযবদা তাক্লকই -

- "তু আদা লৈবে। ঙসায ফম্মুংদা ফৈজুপ মবোল মবোল শুপকৎতুনা নাহেবগা লৈহৌবিবনি অদুবু মাগী মতৌ অসিদা কনানা থাজগনি মশা ঙমদে হাযবদু।"

প্রমোটনা বিলাশিনিদা য়েংলগা হায়বকই -

"ঐখোয়দি আ বাটকম কনাগী কোম্বোং ফাওবা থোক্তুনা থীকববনি নচাশিংগা।"

"অঙকপনি থাযনগী অহনশিংগী মবিংজেল মথৌনা মপাঙ্গল।"

- "ফবে ফবে মানা তৌবিবা মখে হোয় হায়দুনা য়াবা তাবনি ।"

মচাশিংদা ওনশিনলগা হায়বকই -

"হায ইবেম্মা ইবুংঙো চৎলু নপুশো ঙসিগীদি য়াবে পোখাবীবো হায়বল্লগা লাকও । ঐ ইকজবা হৌবল্লগে।"

মচা অনীনা খুল্লকই -

- "হোয পাপা।"

- "হোয দেদি হৌবিবম্মো ।"

মমনা মচাশিংদা অমুক্তা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নপুদো চাক শাবিঙৈ চাহৌনবা চাইথবীবক্লো হায়যুকো।"

মচানুপীনা খুল্লকই -

"হোয ইমা হাযজগে।"

মতৈ মনাও ইমুংদা তুংথ মাংথ চংখি । ইঙ্খোন্দনা মচিন মৌপ্পা মপুগী মনাক্ত থুংলখি । মপুগী মনাক হেক য়ৌবগা মশুনুপী কমলানা মপুদগী ঈশিং চাইননব পেবে অদু নিবদুনা হাযবকই -

- "পুপু ! নহাক ব্রাবল্লগনি কদায পেবেদু ঐ মতেং পাঙবীগে।"

মপুবোক অচৌববীনা মখ্বাং তিংখৎলদুনা লেপ্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ব্রাগনিযে ঙম্লোয, পেবেনা চাউবে।"

"ব্রাবোয় পুপু ।" ব্রাহৈদু হাযবদুনা কমলানা মপুদগী পেবেদু লৌবগা, ঈশিং চাইবা হৌখি । মচেগী ঈশিং চাইবদু উবগা নুংঙাযগদবোয নিংলদুনা বতনসু চেনশিল্লক্লগা মচেদা হাযবকই -

- "চে চে ! ঐসু অমুক্তা চাইজগে ?"

মচেনা লাওহৎলদুনা হায়বকই -

- "ঙন্নোয ! অঙাং নঙনা হৈশু হৈবোয়দবদা চৎথোকউশে ! ঈশিং শোকউগেশে হন্দোকও !"

- "ইচে অমুক্তা চাইজগেবা !"

- "ইবুংঙো হন্দোকওবা শে।"

- "অদুদি ঈশিং চাইহনগে হায়য়ু।"

মচেনা য়াববোয় খংলদুনা মৌপ্পাদা হায়বকই -

- "হোয় চাইহনগে।"

কমলা ঈশিং শোকপা চৎখবে। বটনা ঙাইদুনা লৈ মানা চিংদুনা শান্নহৌই। মশু কমলগী মতৌ অদু অচৌবীনা উবল্লম্মী।

- "ইবুংঙো লৈ মনাদু চিংদনা শান্নকগনু লাকও অসিদা ফমশি নুংশা শাদবো। মচেগা হায়নখিবা ৱাফম অমা লৈখিবনা লৈমনা শান্নবদি তোক্লে। অদুবু মপুগী মনাক্তদি লাকউ যাদবে।"

মচেনা ঈশিং শোক্তুনা লকপা হেক উবকপগা চেনান্দিুনা পেবে অদু পাইবগা মচেদা হায়বকই -

- "*থাদোকও ঐ চাইজবগে ! নঙোন্দা ইমানা কবি হায়বকই মদু কাওবববা পুপুনা কৌবিঙৈশিদা।*"

মচেনা পেবেদু লৈমায়দা থল্লগা মৌপ্পাদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নঙবু ঙমলোয়দা ! ঈশিং হৈদোক্তুনা অবেম্নদা মাঙগনি।"

মবৈ কনবা মৌপ্পানি হাযখিবা ৱাফমদা হোংদবা, মচেবু ইঙ্খেক্লগা হাযবকই - "ঐ নুপানি খংলৱ্রা ? হন্দোকও চৎথোকও।"

মচেসু উপায় লৈতবনিনা মপুগী মনাক্তা মমানা হাযবকপা চাকপাউদু হাযবা চৎখিবমই। পেবেদু থাংগৎলগা লুকথদুনা চাইবদি ঙমদবনা অৱাবা অমা ওইবে। অমুক থাংগৎলি অমুক থমই ৱাবনা নুংশা মবক অদুদা হুমাংনা পুংলুপ লুপ্লে। মহাক মতৌ অদু মপুনা উবদুনা নোক্লগা মনাক্তা লাক্লিবা মশুনুপী কমলাদা হাযবকই -

- "ইবেম্মা কৈদৌবগীনো নঙনা নৌপ্পা অপীশকশিদা ঈশিং চাইননবা পেবে অচৌবশি ঈশিং পীকথন্না শোক্লগা থাংজিন্দুনা থনল্লিদি ?"

- "ঐনা হায়বকা য়াদে পুপু তৌশনু।" মচেনা শাউনা পৈবগা খুন্নকই ।
- "নখোয়বু ঙসি সুটি থাববো ?" মপুনা হংলকই ।
- "থাদে।" মশুনুপীনা তপ্না খুন্নকই ।
- "অদুদি নমানা চৈবোয়দবা নখোয়দি । চৎলো চৎলো নৌপ্বাশিসু কৌবগা পুখবো ।"
- "অদো পুপু ইমানা চাক চাননবা ইকজবিবক্লো হাযবকপনি।"

অচৌবীনা মথন্তা খঞ্জবকই। ... ঐনা ঙসায় হায়দোক্লম্বা ব্রাফমদুগা ইম্বোক্লা থাপ্লবে। "তশেংনা চাকসু হাপ্লমগদবানে তৌবিবশিবো ঐদি হনু থংদা জবান ঙাকপা ঙম্লোয়দৌবি ঙসিদি । শঙ্গোম গীলাস অথনবদুমা থকচিনলম্লবদি চবা হেনব ঙমগদবা মদুসু ইচিলশিনা চফক চফক ইথৈ থৈ ইখা খাই হেক তৌশিলকইদো অদুবু ইকাযজবা যাদবে ইশুশিং থাদুনা চাকপোও লাক্লীঙৈ খোংলৈ থুনা চৎহৌবগে।"

ঙাযহাক খম্থবগা হৌগৎলদুনা মশুনুপীদা যেংলগা হাযবকই -
- "ইবেম্মা নপুদি ঈশিং চাইবা থুংগদবা মতেক খবা ব্রাৎলি । পুপুগী থীদোক্লগা শমুক মথক্তা থম্বীবম্মো হায়যু।"

কমলানা খুন্নকই -
- "ইমানদি ঐখোযগা লাকমিন্নৌ হায়বকই।"
- "ইবেম্মা ! লৈশিং অসি ঙবাংতা চাবা শেমদুনা থাবতা ঙাযবিবনি। লফু তোঙ্গাকা কক্তুনা ঙাকশিনলমদবনি । অদুগা ঈশিং চাইবীবমগদৌবিবনি। থবক মযাম অমা ব্রাৎলিনে । চৎলো চৎলো ইবুংঙোশু কৌবগা পুখবো।"

মপুনা যাদ্রবদা মশুনুপীনা কৈদৌকগনি খল্লক্লে । মৌপ্বা মবৈজাও কৌবদুনা হায়বকই -
- "ইবুংঙো চৎলশি লাকওহে । স্কুল চৎপদা থেংশ্রগনি।"

হুমাংতানা যেপ্পনি খংদে মানা অঙম্বা ঈশিং খবা চাইবন্নগা হংলকই -
- "পুপুদি ?"
- "নঙগী পুপুদি ঐখোয়না ঙাযবা ঙন্নবোই । মাগী থবক লোয়শিনগদবা খবা ব্রাৎলি হায়বকই।"

মপুনসু হায়বকই -

- "ইবুংঙো পুপু ঙাইবগনু চৎলো। ঐদি অশোমদা ঙবাং হোংদোকপা চাবা মযামশে লফু কক্নুনা নুংশা ঙাকশিনগদবা ৱাৎলি।"

মপুগী ৱাফমদু তাবদা বটন মতিন যোৎথবগা য়াম্না জ্ঞান তাবা মীওই অমগুম্না মপুদা মুন্না যেংলগা হাযবকই -

- "পুপু নংশিদি আইবন মেননি। (Very work hard)য়োৎপী মী!"

মশুনুপা ৱাহৈদু তাবদা হবাওজববা মপুনা ঙম্বোই ঙমদবোই ৱাংনা থাংগৎলগা অমুক লৈমাযদা থন্নমই অদুগা নুংশিনা মনঙ্গলদা পোপ পোপ থাবীবগা হাযবকই -

- "Thank You"

ইথা থাজদনা মপুনা ঈংগ্রেজি ৱাহৈ খবা মযেক শেংনা হাযদোক্লকপা অদুদা মচে অমসুং মৌপ্পা অনী যেংনবগা হৌনা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "ৱাও, পুপু! Your are Great!"

খুবাক হৌনা খুবম্মী। মখোয অহুম ইস্কোল অদুদা হৌনা নোকমিন্নবমই। মখোয অহুমগী হবাও মীনোক্তু উবা পোম্বী-চেক্লা, খোইমু, কুবাকনচিংবা জীবা কযানদি মবম খংদবনিনা মীনোক্তুগী খোঞ্জেল তাবমক্তদা মীপাযনববা পৃক্কীংনা তহ্‌া তহ্‌া লৈবাং কাযহৌবন্নগা খোংদোই হুনখবে মাযকৈ খংদনা। কৌজেং হাবৌ কযাদি মখুন্দগী থোক্লক্তুনা যেংনখি মশু মপুগী কুম্মৈদু উনালক্তা শৈদাংনা - ৱা, ৱা, তাইবঙ মী! অঙকপা লীলানি নখোযশি অমুকসু নোকই হৌনা অমুকসু কপ্পী পেন্না অবেপ্পা লৈতে নখোযগী পুকচেলসি ৱা ৱা তাইবঙ মী!

ঐখোযদি নোকপসু হৈজদে, কপ্পসু হৈজদে পলেম-পম্পৌ, ইপু-ইবেল হাংদক্তগী শকচবকপা শৈশক্তুনি , ঙসিসু শকচবিবা মযেক উচাবন কাযদনা, অৱাবা কযা লাক্লবসু , নুংঙাযবা কযা লাক্লবসু গ্রীং গ্রীং ক্রীং ক্রীং!

*****

## তবানিপান শুবা পন্দুপ

অঙনবা অযুক্কী মতম্নী। মীযাম লাক্লিবৈ হাযদুনা অযুক অঙনবদা ইকজথোক্লুনা লাইবক্তা অঙৌবা চন্দন্না লৈতেংই তুমতক তাবা নাতোন্দা শীডি মতেক্না শৈদাংলি মচল শুনা হাপ্লবা মণিপুবী শম্পু লুজকুবগী কংফাৎত্রিবা খোইবিববা শন্নাংনা জুম, জুম ! ঙসি কোইবৌ নুংজাদি মনিং তমজবে।

নুংশিববা মনম্নী শন্নাংগী। হাযনবিবা ঙাওনবিবা লৈশাবিগী মতমদা নংগী শন্নাং লৈচীলক। অদুবু ঙসিদি যূমগী লৈকায়গী, সমাজগী ব্রাখল পীক্লবা কোকথক্তা হিমালয চীংজাওগুম্না নল্লবদুদদি কনানা খাংবা ঙমগনি লৈচিললক্কী শন্নাং।

তবক তবক্লে ইন্নদবে অদুবৈঙেগুম্না হোংদ্রি মশক মচুদি হোংলিবদি পূক্লিং হকচাং খক্তনি মফম মতম্না পুন্সিগী।

ইমুং মাঙ্গোল ফম ফম চন্দ্রবা মতম্নী। পুনবক্লি অথুম অহাও কযা হাবা যাববা যেংবিযু হাযদুনা "ককচেংনা মকোন্দা অচা অথক পুশিল্লকপগুম ক্রীক ক্রীক ইন্না।" অবাকপা খুদিংমক খুৎ হাংনা লাক্লদে। মতম অসিগী চৎনবীনি তুংগী লম্বী শেম্লবগীদমক্লী।

লৈশাবী কাঙবু অমনা লূক হৌবি। পাখঙ কাঙবু অমনা তেঙবাংলি। থোংবগী অবোইবা নাইদে। অহানবদা ক্বা, অনীশুবদা চা, অহুমশুবদা চাক, মবোল মবোলনি। লেপ্পা নাইদে চাকশঙদা, কাবি মৈখু অহিং নুংথিল নাইদনা, নিল্লী মীনিল ঙাংনবি মচি মচিদা ফমদুনা, কবম্বা মফমদগী কবম্বা মওংদা কবি হিদাক থাদুনা পংথহনশিনগে প্রজাবু নৈনবি কযা অমনা বাজনীটিগী কাংলোন পুথোক্লদুনা থংনবা কৈবোল কৌযদা ফাওবা ফমদুনা। হৈথবি গীলাসতা অঙৌবা মচু, অঙাংবা মচুগী মতিক মগুণ চেল্লবা, বস শুনা তিল্লবা হাৎকে তুপকে ঙল্লবা মহিনা ত্রোং, ত্রোং ! গীল্লাসতা। গীল্লাসতগী পুক্লুংদা ত্রোং, ত্রোং !

উপায় লৈজদ্রবা যেনবা, যেনবী,ঙানু, খুনু,হামেং কয়ানা খোংলক্লী মীপায়বদুনা ঐখোয়বু কনবীয়ু ইমা ! ইমা! কনানা তাবিবি মখোয়গী ব্রাকৎ হাংলবা মালংদা তিনখিবা নত্তনা ।

ঙৌবি, তাওবি, থোংলি চি-চা-চৌ-পোদ্রোক-প্রোদোক । নোংমদা কয়াম লোইশিল্লমগনি মবোয মপাং ফদিগোম তিলহৌ, চনম, অশঙবা মনা মশিং আলূ হব্রায চেং কযা কনানসু হিংসাপ তৌব্বা লৈতে । চেম্থবি তুবেল ঈচেলগুম অবেপ্পা লৈতনা ।

শেঞ্জাও পাইবা কয়ানা কৎলবিবনিনা জোম জোম । পামুবা লৈতে কনাসু কাংহল্লীবা কযানি । চাবা ঙমদদুনা ।

উন্নবি অশোমদা বানিবালাগা, খন্নবি মীকুপ পুংজা খাযদোক্তুনা কমিটিনা কৌশিল্লকই মথং মথং অবাকপশিংগা উন্নহল্লি । তন্নবি মপাউ খুঙ্গং লৈকাযগী হৌজিক ওইবিবা ফিভম । পোষ্টব যেকপনা যেক্লি অহিং নুংথিল নাইদনা । পোলিং মফমশিংদা ফিষ্টুল পোষ্টব শিম্বোল মচা ফিবাল বেলোট পেপব মথং মথং খুৎশিন্নবি ।

পোলিং মফম মফম খুদিংদগী লাকপা, বানিবালাগীদমক্তগা চোংথোকপীবক্লবা ইনব অমসুং আউটব এজেন্টশিংগী ওইবা মীফম্না অবোনবা কাদি লৈজদবনা কাবোক কাবোক তিন্না ঙাক্তুনা খাজিল্লিবা মফমদুদা অখঙ অহৈ কয়াগা খন্নদুনা ব্রাতান্নবি । অবোযবদা কেন্দিদেট থোক্লক্তুনা পাউমেল্লকই - "ঐগী নুংশিজববা এজেন্টশিং । তেল্লবা মতম অসিদা খন্ন নৈনগদবা ব্র াফমদি য়ামখ্রে লোযনা এবিযা নদি চাওখিবনা নুংশিববা প্রজা কযাগা হকথেংননা উনবগী মতম লৈখিদবে। মদুগীদমক ঙাকপীযু হায়না মযামগী মফমদা নোল্লুকচবি।"

ঐদি লাযববা তোল্লবা ঐগী খুঙ্গংদা মহৈ-মশিং নিংথিনা তম্বা ঙমজদ্রবা কযাগী ফিভম উবগা ইচম চম্না যাম্না হম্থবা বেট তা ট্রাসন মওংদা মহৈ তম্বীদুনা হৌজবনি । মদুদা ইচে ইচল অহল লমন কযানা নুংশিবীদুনা স্কুল মচা অমা শাবগা মখোযবুসু ইবা পাবা তম্বীবা হৌজবনি । মমৈথংদা নহাবোল কয়াগা খুৎশম্না খুঙ্গং লম্বী থোং গুহা তৌবা, পুখ্রি শেংবা অব্রা অনা কযাদা তেংবাংবা হৌজবনি । সবকাবগী মতেং শিকি অমা লৌজখিদে । মদুদগী মকুপ মচা অমা

হীদোক্লগা বজাব মচা অসিসু শাগৎখিবনি । তশেংনা ভোট লেপকে হায়বগী মাশাদা থবকশিং অসি পাংথোকচখিবা নত্তে । খুঙ্গং অসিবু চাউখৎপগী লম্বীদা খোংদাবক্লবীগ খোংদাফম খজিক শেমগৎচবা হৌজখিবনি । অদুবু ইলেক্সনগী মতম লাকখিবশিদা খুঙ্গং অহুম মবি অসিগী ইমা ইবেল নহাবোল কয়ানা মীটিং তৌবগা কবিশু খংজদ্রবী ঐবু আসাগী উমিট থম্বীদুনা কেনডিদেট ওইনা পুথোকপীখিবনি তশেংনা ঐদি বাজনিটিগী লমদদি শুন্যনি। হয়েং তুংদসু প্রজানা লমজিং লমতাকপীগদবনি ।

ঐখোয চৎমিন্নশি খুৎশম্না অমোৎপা নিটি মদুদি ঐখোয় চৎমিন্নশি । লোযননা থাজবা থম্বীয়ু পুক্লীংদা, ইশানা ইশাবু য়োম্বোকপীগনু । মমল লৈনা হিংবা তমশি । তুংগী অনৌবা আসাগী অনৌবা সংসাবদা ঐখোয পুন্না অমত্তা ওইনা হিংমিন্নসি ।

খনবীগনু তোংঙান্না ঐ হিন্দু নি,  
মহাক মুসমালনি,  
মখোয খৃষ্টান নি ।

খনবীগনু ঐখোয বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম চৎপনি। মখোযনা জৈন ধৰ্ম্ম চৎপনি । খেৎনবা লৈতে ঐখোয ভাবত ইমাগী মচা ঙাক্তনি। খুৎশম্ননা চৎমিন্নশি শান্তিগী মপাউ পুদুনা, জয় ভাবত মাতা জয় হিন্দ ।"

বানিবালা মহাক্কী পাউজেল পীবম্লগা মপান থোক্লক্লুনা মকওইবা মীটিং অমা যাওবা নংননবা গাডীদা কাখৎলমই ।

মতমদুদা চহি খবা লৈশিনবা নহা অমগা অহল মতম ওইববা অহুম মবিগা থোঙ্গালদগী তহা তহা চংলক্লগা বানিবালাদা মখুৎ লোন্নবদুনা হাযজবকই - "নমষ্টে ইবেম্মা ! ঐখোয হোজায লক্কাদগীনি । নুংঙায়বা পাউ অমত্তং তমজগে হাযদুনা লাকচবিবনি । গাডি ফবক তাখিবদগী খবা থেংদোকখবে । গাডি ড্রাইভবদি থৌগদবগী গাডী ষ্টার্ট তৌব্ববনি।"

অদুবু অহন্দুগী ব্রাদু তাবদা গাডী ষ্টার্ট মুথৎননবা বানিবালানা হাযবমই - "ভাই ককিএ !"

গাডী ষ্টার্ট মুথৎলমই । অহন্দুদা ওনশিন্দুনা য়েংলগা হংলকই -

- "তাকপীসি পাবুং কবি পাউনো ?"

অহন্দুনা মমিৎ মনা কোইনা যেংঙুবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঙবাং নুমিদাং অদোমগা লম্বা ওইবিবা সেন গুপ্তা সাহগী অকনবা ব্রাকবশিংনা অঙাংবা হুইস্কি বোটল ১০ মুক হায়েং লাবা অচৌবা অমা লৈদুনা পুবক্লগা চাকচান্নবগী প্রোগ্রাম অমা শিনবনি অদুবু ঐখোয় লৈকায়গী নহাবোলশিংদি হায়েং চাদবা ঙাক্তা ওইবনা পার্টি অদুদা কনাসু লাক্লখিদে ।

অঙনবদা মখোয মখোযগী অহল লমনশিং পুলপ্না ঐখোযদা লাক্লগা ইবেম্মগী মাযকৈদা যাওজবগে থাজদ্রগা হযেং হেক্তা মকোক ওইনা শিল লাংলিবা তোমাল সিংহগী শুমাংদা ইবেম্মগী ফিবাল পাইহন্দুনা মাগী কাংলুপ মখৈগা শকখঙনবগী প্রোগ্রাম অমতং অথুবা মতমদা শিনবীবকউ হাযদুনা পাউজেল অসি পুদুনা লকচবনি । যাবগদি খুদোংচাবা অসি মাংহনবীদনা পুঙ্খায অমত্তং ওইববসু লেংবিবকউ হায়না নিমন্ত্রন পীজবি।"

মতমদুদা প্রোগ্রাম অশিন অবাংবা তৌবিবা বামসিংহবু বানিবালানা কৌশিন্দুনা হংলকই -

- "কবি নুমিৎ শংলিবা অমুক্তা যেংঙু ইবুংঙো ।"

বামসিংহনা মাগী ডাইবি হাংদোক্লুনা যেংলগা হাযবকই -

- "ইতৈমা ! নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পুং অমদা যাগনি। অতৈ মতমদি লৈতবে।"

বানিবালা অহন্দা মুন্না যেংলগা হাযবকই -

- "পাবুং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুংথিল পুং অমদা শোযদনা ঙাযবিবশ্মো । ঐখোয মতম চপ চানা থুংননবা হোৎনজবক্লে ।"

বানিবালাগী ব্রাদু তাবদা হবাওজববা অহলশিং অদু মখুৎ লোন্নবদুনা নোকফেৎ তৌবগা হাযজবকই -

- "যাম্না নুংঙাযজবে ইবেম্মা , নুমিৎতুদা ঐখোযগী পার্টিসু যাওনা পুনশিনলগা ঙাযজবন্নগে।"

বানিবালা মোমোন নোক্লগা হাযবকই -

- "অহোয পাবুং ! নুমিৎতুদা কেম্প হাংননবা ফিবাল ফিস্টুলশিং শিম্বোল অমত্তা চিৎতদনা পুজবক্লগে । লেংশিনবিযু ময়ামগী বিপোর্ট ঙোমগৎলিবনি।

নচাদি মকওইবা মিটিং অমা খুদক্তা কৌবক্তুনা য়ৌশিনুদবা যাদবে ব্রাবৌবীবা য়াদেকো পাবুং তহা তহাবে। চাক- ঈশিংকা চাবগা ঙায়হাক পোত্থাবীবো নচা অমুক য়ৌশিঙ্কখিগে।"

নুংশিববা বানিবালাগী চন্নবা ব্রাহৈশিং অদু তাবদা পেল্লবা অহনশিং মখুৎ লোন্নবগা খুন্নকই -

- "য়ৌশিনবীকবো ইবেম্মা মঙ্গোল ওইননবা হোৎনমিন্নসি।"

- "পাবুংখোয়গী থৌজান্নী।" বানিবালানা নোক্লদুনা হায়জবকই।

বানিবালা চৎখবে। অহনশিং চংশিন্দুান মযাম খন্নবিবা মফম য়ৌশিল্লি। তিল্লন্নীবা খংন চান্নবশিংনা কৌশিন্দুনা ফম্মীন্নে। মীটিংদি মখা চত্থবি। অহল অমনা ব্রা ঙাংলি। নুংঙায়ববা বাগ অমনি ভোট হাযবশি। অমুক্তা উনদ্রিবা মীওই কযাসু উবা ফংই। মোট মান্নবা মখৈ পুনশিন্দুনা মঙলানগী দুনিযাদা তাওমিন্নৈ। নুপীশিংসু অদু মঙায মখল কযাগী নুপীনি পুল্লবিবা।

হৌজিক্কী মতমদা কনাদনো থাজবা থমগদৌবিবা ? যাম্মা লুপ্পবা ব্রাফম্মি, পাউখুম পীবদা।

চাউবাক্লা মীওই মখল খবা ইলেক্সন মতমদা ঐখোযনা শেন্নগদবা লৈ, মখোযশিং অদুদি :-

১ কা হেন্না থকপা চাবা পান্বশিং। মখোয়শিংগীদমক্কী ভোট থাদবা নুমিৎতা তোঙান্না শিনবীবা তাই। মনম অদু খংনা চৎপ্রবদা অদোমগী থৌবাং অদোমগী খুত্তা লৈবে লোংঙুপ্পনা শোযদনা উপ্পবনি। শেন্নবীগদবা অমনা মখোযগী পুকচেলদি অঙকপনি হান্না পীথক্লগা মখোযগী মতুং নৎত্রগা মমাংদা চংমিন্নখিবা মীওইশিং অদুগী মতুং ইন্না ইখোযগী মীৎশিং নাশিংবা খবা থাদোকপা তংঙাযফদে। মতাং অসিদা ইন্নব এজেন্টগী মথৌ যাম্মা লুশিল্লকই। আইন কাযবা মওংদা ধমকি নৎত্রগা মীওইদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা পৈশা নচিংবা উহ্ দুনা মবুক্লিং থেম্বগী মওং তৌবক্লবদি খুদক্তা অদোমগী পব্রাব শিজিন্নবীয়ু লোয়ননা প্রশাইদিং ওফিসাবদা কমপ্লেন্ট তৌদুনা অহেনবা মীশক অদুবু তাম্মোকখিনবা হায়জগদবনি।

কবিগুম্বা মতমদা মচানা মপাগী মমানা মচাগী, মনাওনা মযাম্বগী নত্রগা মকুপকী মমিংদা খংশিন্নদবা শাদুনা চংলকপা শোযদনা য়াওবক্কনি মদুবু ঐখোযনা

পুক্সী চংবা কৌই । মসি যাবগদি তৌনবোযশি হায়দুনা থীংগদবনি । মদুদা অতৈ এজেন্টশিংনা য়াদুনা থাদহনবা যাওবক্লবদি নহাকসু আউটব এজেন্টকা তান্নদুনা হান্না লিস শেমদুনা থন্নবা মীওইশিং মথং মথং থাদহৌননবা থৌবাং হান্নদগী শিনবীগদবনি ।

মথংদা পীকপ তৌবা য়াবিবা মখৈদি ঐখোযগী অবাপ্পদা লৈখিবা ভোটবশিংবু হয়েংনি হায়বদুদা কৌবিবসু যাবে । গাডী মবাং কায়বগনা অহিং হৌগৎতুনা চেনবীবা য়াবে ।

অশোনবা অহল নৎত্রগা অনাবা যাওবগনা ঐখোযনা শেন্নবীদুনা মযেক শেংনা তাপীবগা পুশিনবীবা তাবে । থৌবাং অসিমক অতোপ্পশিংনসু শোয়দনা তৌবক্কনি । কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযগীদি মী ওইবা অশোনবা, অনাবা, মমিৎ শেংনা উবা ঙমজদবা মখোযগী গাডীনা পীক-অপ তৌদুনা পুশিনলকপা যাওবক্কনি। অদু ওইববদি মহাক্লা পাম্বা ভোট অদু প্রসাইডিং ওফিসাব না মখুৎমক্লা তশেংনা মযাম মমাংদা নমহনবীগদবনি । মদু নৎত্রবদি পুশিলক্লীবা মীওই অদুনা খুদোংচাবা লৌদুনা মখোযগী অপাম্বদা শোযদনা থাদখিগনি।

মথংদা অপঙবা নুপী অঙাংশিং মখোযদা যাবিবা মখৈ মনুং চংলগা থোক্লবা অমা তৌবদনবা প্রাকটিস তৌহনবা অমা চংই । মখোযদা কনফিয়ুজন থমখিবা যাদে । মদুদসু ঐখোয়গী ভোট অবেম্বদা মাংনিংঙায ওই ।

কবিগুম্বা মতমদা অচাবা কাংবু শোযদনা লাক্কনি । মখোয়গীদমক্তা অখননবা পৈশা, অদুগা ব্রাখল থাদবা মতাং লাকই । মখোয়শিং অদুগী মওং ফিভম য়েংলগা পীববসু শৌদু অবেম্বদা মাঙদনবা হোৎনগনি ।

মদুগীদমক ঐখোয থৌবাং তৌদুনা থম্লবনি । নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা শোযদনা কমিটিগী মখুৎতা যৌহঞ্জবক্কনি ।

মথংদা লৈত- লাইবগী মচিন মেনবগী থৌবাংসু নুমিৎ হুয়্নীগী মমাংদা ঐখোযনা যৌহঞ্জবক্কনি। মতাংদুদা অহল ওইববা নিপা অমনা হৌগৎলগা মবুক্ল ীংগী ব্রাফম খবা থন্নকই -

- "মবক থৎনা ইবুংঙো নঙগী খুবাসু মতাং চাবিঙৈ ব্রাফম খবা মযামগী মফমদা থমজৌগে যাগদবা ?"

ব্রা ঙাংলিবা নহাদুনা অযাবা পীবদুনা হাযবকই -

- "তাকপীশি খুবা য়াগনি । ঙসিগী মীটিং অসিদি অফ কত্ত তান্নবা মীটিংনি।"

অহল অদুনা চংশিনলক্কুনা ময়াম মমাংদা থোক্লগা হায়বকই -

- "তিনবীবিবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা কবিসু খংজদ্রবা ঐগীসু ঐখোয়গী হোৎনজবিবা থৌবাং অসি মায় পাকহন্নীনবদগী ৱাফম খবা অসি ময়াম মফমদা থমজনিংবনি । ৱাবৌবীবা য়াদে।"

ময়াম্না খুন্নকই -

- "তাকপীয়ু অকায়বা লৈতে । নৈনশি । ঐখোয়গী ইলেক্সন অসি ঙসিগকা থানা হপ্তা অমা বোমতমক ঙাইশিল্লকখবে । মবকশিদা ময়ামসু অঙম্বা থৌবাং পুথোক্লদুনা তুম্বা চাবা খংদবা মখৈ হোৎনবীবমগনি হায়না থাজৈ । অদুবু অশুক ৱানা হোৎনবগা মীনা ঙমখিবা মাযথিহৌবা হায়বসি হোৎনজমন অবেম্বদা খোংঙ্গাওনবগুম্বনি । মবম অসিনা অহল অমা ওইনা ঐগী পুন্সিদা থেংনজবকপা অহোবা খবা ময়ামগী মফমদা মেন্নবা খংহঞ্জবি।

অহানবা ৱাফম - ঐখোয়গী কমিটি পুকচেল শেংবা অমদি স্ট্রোং ওইবা তঙায়ফদে ।

অনীশুবা ৱাফম :- কম্যুনিকেসন ফহনবা দবকাব ওই ।

অহুমশুবা ৱাফম - খুৎশিল থৌবাং, এবেঞ্জমেন্ট ফহনবা তঙাযফদে। কবিগীনো হাযবদা ঐখোযগী কেনডিদেট ওইবীবিবা ইবেম্মদি খৎন চৈনবা, দাকু দবাংগী ৱাখল লৈতবনা শেঞ্জাও পাইবা দাকুগী ৱাখল চেনবা, হাৎকে তুপকে ঙম্বশিংগা লাম্ছেংনবদা লৌশিংগী লাং থাকপা, মীৎশিং নাশিংবা ঐগী ওইবা মীশিংবু খোমজিনবা য়াম্না দবকাব ওইবকই ।

মবিশুবদা - মবক্তা লৈবা মীওইশিং ফোংনা লৈবা ঙমজদবা ঐখোযনা চংঙুবে ঐখোযগী ওইবা , মখোয়না চংঙুবে মখোয়গী ওইবা । মখোয়দি অশিংবা মীওই ওইবনিনা মবক্তা লৈবগা অনীমক্তগী পৈশা খংদে অমা খংদে খুদোংচাবা লৌনবা মওংদা অদুম হোৎনদুনা লৈ । কবিগুম্বা মতমদা লোন্না তাঞ্জা য়েংলগা ঈ-পাউ লৌবা কোইনা চৎথোকই । নত্তু নকশিল্লক্লবা মতমদা ফন চোংশিন্দুনা মথি ফোংলকই । মবম অসিনা কমিটিগী ওইবা মীফমদা মখোযবু থেমদুনা যাবিবা মখৈ যাওহন্নবা হোৎনবীগদবনি । ৱাফম অসিমক থমজবগা লোযননা ঐগী পূক্নীংগী মোৎ ফোংদোকচবা লোযজবে । ধৈন্যবাদ । ইবেম্মা বানিবালাগী জয।"

ময়াম্নশু হৌনা খুন্নকই - "জয !"

হান্না ব্রা ঙাংলম্বা নিপাদু চংশিলক্কুনা মহাক্কী ব্রাবী মখা চংথবা হৌবকই-

- "১০০% চুন্নবা ব্রাফম ঙাক্তনি। ঐখোয় খুবাগী ব্রাফম অসি। অহোবা অমসুং হোবক্কদৌবিবশিংদু লোয়ননা ঐখোয়গী হৌজিক শাগৎচবিবা ফোর্ম অসি কায়দনবা ঐখোয পুন্নমক্না কদাযদা কবি শোইখিগদগে হায়বদুনা চেকশিন্না শেন্নবা দবকাব ওই । মহৈ খুনবা হৈবা দবকাব ওই । প্রমান্দা হৈবাং চাবা অমা যাম্না ব্রানা পুবক্লগা থাজবে । মখোংদা লৈহাও হাপ্পীবা মতম চানা ঈশিং চাইবীদুনা হৌবক্লে । হৌজিক্তি পাম্বীদু হৈবাংতনা হৈনা মশক ফাওবা উদনা পান্দুনা হৈবো পাম্বা ওইবক্লো তৌইগুম্বশুং হৈ হেকপা হৈতবা তাববদি হৈবাং পুম্বা অবেম্বদা মাংগনি মহৈ ফজনা চাবা ঙমলোয ।"

মতাং অসিদা হৈ হেকপা হৈবা দবকাব ওই । হিবম অমতদা ঐখোয হোদুনা কবুই কৈওইবগী থৌওং তৌবোযশি যাম্না চেশিন্না শেন্নদুনা যেক্লবগী ফিভম যেংলগা ফাইট তৌশি যেক্লববু কমজোব(অশোনবনি) হাযনা কৈদৌনুংদা খনবীগনু ব্রাহৈ খবা অসি হাযজবগা লোযননা ঐহাক্কী পূক্লীংগী মোট ফোংদোকচবা লোযজবে। পুন্নমকপু থাগৎচবি।"

মতম অদুদা মীযায ওইবা অহল অমনা মাগী ফমফম্লাংদগী হৌগৎলগা মখুৎ থাংগৎলগা হাযজবকই -

- "সাব ! ঐগীসু মোৎ অমতং ফোংদোকচহৌগে ?"

ব্রা ঙাংলম্বা মীওই অদুনা খুন্নকই -

- "লেংশিনবীবকউ।"

নীপাদু চংশিল্লকলগা মাইক্রোফোন মনাক্তা লেপ্পী অদুগা হাযবা হৌবকই-

- "ইকায খুম্নজবীবা, ঙসিগী খন্ন নৈনবা থৌবম অসিগী মযায তাংবন্দা লেংশিনবীবিবা মীং ওইনা পঞ্জববদা এ কে থোঙামচা লোযননা মকওইববা মীফম অসিগীদমক্তা লেংবিবক্লীবা ঐগী নুংশিজববা মকুপ মপাং পুন্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচবগা লোযননা কবিসু খংজদ্রবা ঐগীসু ঐগী পুন্সিদা থেংনজবকপা আইদিযা ঙসিগী মকওইববা মীফম অসিগী মমাংদা খবদং থমজবি।

ঐগী অহানবা মোট ঐখোয়দি মখোযগুম্না ভোট মমাংদা পৈশা যেল্লোযশি । মদুগী মহুত্তা পৈশা পাম্বশিংগী মমিং অমা ইখৎলগা ভোট মতুংদা

মীনা ১০০ যেনবদা ঐখোয়না ৫০০ পীগনি তৌবদবু পৈশা লৌগদৌবিবশিং অদুগী মশাগী শহি মশামক্তা তৌজবগা কেন্দিডেট ওইবিবা ইবেম্মদা থাজবদুমক পীহনবা তাবনি ঐখোয়না ইবেম্মদা তশেংনা ভোট থাদখি হায়বদু খংননবা।"

মতমদুদা নীপা অমনা হৌগৎলদুনা হায়বকই -

- "ইয়াম্বা ব্রাফম অসিমদি পুবা পুবি ফেল ওইগনি হয়েং মতুংদদি মখোযনা থাদৈ হায়বসু খংলোয অদুগী মথক্তা শেনফম অদু ফুকৎতুনা পীবিনবা কনাসু লৈবোয । ইবেম্মদা অব্রাবা শোযদনা মাযযোক্লগদবা ফিভম্নী। যাবগদি অতোপ্পা থৌবাং পুথোকপীদুনা খন্নবনা ফগনি যাম্লুং।"

মীওই অদুনা মদুগী পাউখুম পীবদুনা খুন্নকই -

- "ইনাও । নযাম্বগী ব্রাফম অসি অনৌবা প্লান্নি । মসিদা চিংননিঙায কবিশু লৈবোযদবা খঞ্জে । হাযবদি মতমশিগী চৎনবীদা অহেনবা খবচ তৌদুনা ভোট লৈদুনা কাবগী ফিভমসি নযাম্বনা হোংদোকচবা পামজৈ । মসিনা লৈকায অদুনা, খুঙ্গং অদুদা মতুংদা অব্রাবগী ফিভম শোইদনা মাযোক্লবা তাবকই । খুদম ওইনা ঐখোযগী খুঙ্গংদা মীওই খবনা মখোয়গী মমল য়ান্নবা ভোটশিং অদু শুপ্পগী লুপা ৫০/১০০ দা যোম্বোক্লখিবদুনা মতুংদা ঐখোযনসু ভোট পীদবনিনা হাযক্নবসু ঙম্‌দে মখোযনসু ঙমদে । মমৈথংদা অব্রাবদি ঐখোযনা মাযোক্লবদা অদুমক মতাবকই । খুঙ্গং শেমগৎপদা থাদবক্কদবা শেনফম খুদিং থাদবীবক্তবে লম্বী, থোং, গুহা ইথৈ খোংলম কবি হাযকগনি । হৌজিক নোং খজিক্তং তাবকপদা খোংলম্না থেনগৎলবনি লম্বীদা খোংলম ওইদুনা চেল্লে । ইচা ইমৌ মযাম্না অব্রাবা ফিভমদা ওফিস কানবি । মসিনি তুংগী ফিভম ।

মবম অসিনা অসিগুম্বা ফিভম অসি শন্দোক্না হাযবগা মখোযদা জ্ঞান তাহনবা অমা চঙই । ঐখোয় শেনফম অদু শোইদনা পীগনি তৌবদবু ঐখোযনা ভোট কাববা মতুংদা । মখোযনা অব্রা অনা তাবক্লবা মতুংদা, লৈকাযগী খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎননবা ওইনা ।

অনীশুবা মোটনা : ভোট মমাংদা নৎত্রগা মতুংদা চাক পীজবগী থবক তৌবিদনবা হাযজবা । মসিনা মবকতা লৈজবম্বা মীওই কযাবুসু ঐখোযগী যেক্র বা ওইবা যাওবক্কনি । অদুগী মহুত্তা মশক নাইবা থবক অমা খুঙ্গং অদুগীসু কান্নগদবা ওইবা মশানা থবক ওইনা পাঙ্গল থোকহনবা অদুগা ঐখোযগী কে

দীডেটনা মফম খঙনা মহাক্কী ফন্দগী শেম্মুং অদুমক কায়থবীদুনা এসোসিয়েসনগী খুৎথাংদা পীবিখিবা অসিমক পামজৈ।

অহুমশুবা মোটতা · নুপীশিংগী ওইবা কাংলুপ শেমগৎহল্লগা মখোয়না হৈনজবা শিনফম অদুদা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা।

মবিশুবা মোটতা : ইথৈ লৌখোং , থক্লা চানবা ঈশিং ফংহন্নবগী থৌবাংদা অকনবা মীৎয়েং অমসুং তেংবাঙবীবা ।

মঙাশুবদা : মখোয়গী এসোসিএসন অদু ফজনা ফংসন তৌবিববা হায়বা য়েংশিন্নবা তোঙানবা শেপবেট কাংলুপ অমা ঐখোয় কেন্দীদেট য়াওনা শেমদুনা থম্লীবা ।

মসিনি ময়ামগী মফমদা থমজনিংইবা ৱাফম । অনৌবা মওংগী অনৌবা বাজনিটি শিজিন্নববদতদা শেল চংহন্দবা ঙমগনি । ধৈন্যবাদ।”

ৱাফম খবদু হায়বন্নগা নীপা অদু হন্দোকখবে। এনাওসমেন্টনা চংশিল্লক্তুনা হায়বকই -

- “ঐখোযগী খন্ন-নৈনবা অসিগী লোইশিল্লকপা ওইনা পার্টিগীসু প্রসিদেন্ট ওইবিবিবা মীং ওইনা পঞ্জববদা কে এচ ললিদ চান্দনা ৱাবোইশিন মতেক অমা পাউতাক ওইনা ৱাতেম্নীননবা হংগৎচবি । থেঙ্ক য়ু ।”

য়াম্না তন্না হৌগৎলগা হায়বকই -

- “ইবুংঙো অহল মতম ওইববা ঐনা কবি পাউতাক অমুক পীরুগদগে । হৌজিক্কী বাজনিটিগী পোবমদি নখোয নহাবোলনবু হেন্না খংলবনি।”

ফম্নীবা ভাবোকশিংনা হাযনবকই -

- “পাবুংগী পাউতাক খবদং তাজনিংই।”

খবনা হায়নবকই -

- “হোয য়ামদ্রবসু ৱাহৈ ৫/১০ দং ফোংদোকপীবম্মো।”

মযামগী হায়জবকপা ৱাহৈশিংদু তাবগা যাববোই হায়বা খঙলদুনা তপ্পা তপ্পা মাইক্রোফোন মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা ঙাযহাক শ্বব চনিং তানা হোম্ববগা হাযবকই -

- “ঙসিগী অখন্নবা মীফম অসিদা ইশাগী অচিনবা থবক কয়া থাদোকপীবম্নগা

ইশামক্কী থবক্সী খনবীদুনা অনকপা অমদি অবাপ্পদগী লেংবীবক্লীবা ঐগী নুংশিজববা এজেন্টশিং লোয়ননা কমিটি পুবিবিবা মকুওইবা ফম্নাইবশিং পুম্নমক্কী মফমদা অহল মতম ওইশিল্লক্লবা ঐহাক্লা অহানবমক্তদা থাগৎচবা ফোংদোকচবগা লোয়ননা ইকায় খুম্নজবা উচ্চবি।

ইলেক্সন হায়বসি লাল (য়ুধা) মখল অমনি। মসিদা হৈশিংবা, পুকচেল শেংবা, কৎথোকপা ঙম্বা তঙায়ফদনা চঙই। কেন্দিডেটকীদি মীপুম খুদিংমক্তা কোক নোম্থদুনা খুৎ লোন্নদুনা হায়বা য়াবা হায়জবন্নবনি। মখা তাবদি খোংবান্দা চেনবীবিবা অমদি চেনবীবিবী কযাগী মখুত্তা তাহৌই মখোযনা চেকশিন্না শেন্নবীববা মতুংদতা মায় পাকপা হাযবদু ওইগদৌবিবনি।

মবম অসিনা ঐখোয় হৈ হেকপা অমসুং খুনবা হৈবা মীওই হাযবদু ওইসি। অদুগা মাযপাকপগী হবাও মোমোন মীনোক্তু হয়েং পুন্না নোকমিন্নশি হাযদুনা ময়ামগী মফমদা পাউমেঞ্জবগা ঈবোইননা লেংবীবক্লীবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা লুক হাবীননবা চাক তাকচবি জয় জয়।"

ময়াম্না পুন্না নোকমিন্নে। লোয়বা নাইদবা খুবাক্কী খুবগী মখোল মবক্তা মযাম ফমফম্লাংদগী লেংখৎনৈ। থৌবাং তৌদুনা লৈববা যূম থংনবগী শুমাংদা তপ্না তপ্না চংনখি।

মহি হৈনবা কাংবুনা মহি পুবক্লবা পাউচেন্নখি। অঙকপনি ভোটকী চাক! কনাসু মশিমা হাওতে হায়নবা তৌদে লফু ইবোনবসু পংহাও মহাওনব্রে।

কাওবা ঙমলোয় কৈদৌঙৈ পুন্সিদা। কনাগুম্বনা হায়বকই -

- "মঙ্গোল শোইদনা ওইগনি হায়নবি লেংবীবক্লীবা খ্বাই মযাম্না! কবি খংজবী লৈবনো? ইঙ্গ্লাং মথেল খুদিংমক লোযনা অব্রাৎপা লৈতে।"

*****

## তবামাপন শুবা পন্দুপ

হোটেলদগী অতাওবা ময়োম অচৌবা অমা পুবগা কালিদাস টেবল মথক্তা তপ্পা তমই। নাকন্দগী হুইস্কি লিক্লী অমা তপ্পা লৌথোক্লগা অমুক থমই। মহাক্কী নুপী কৌবদুনা হায়বকই -

- "তাবিববা ? বাঞ্জু !"

মপুবোইবা কিনা চৎপী নুপী ওইবনা হেক তাবগা খুন্নকই -

- "জী কবি হায়গে ? ইবুংঙো চৎলু নপানা কবি হায়বিবনো খবা হংলুচো ঐ ইঙ্গাং থাউ ঙৌনবা তৌবি।"

মচানুপানা পৈবদুনা খুন্নকই -

- "তল্লী মমা। মখোয় হিদাক থক্লমগনি। মনমদু ঐ হৈনদে। ঐখোয় ইচেদা হাযযু।"

মচেনা শাউনা মনাওদা যেংলগা হায়বকই -

- "উস শক্তাশিদি। মীঙোন্দা হেক থংজিনলক্লদনা।"

মপানা অমুক্কা কৌবকই -

- "নখোয়বু ঐনা কৌবিবশি তাববদি ঈশিংদু খুজায অমত্তা পুথোক্লকউদা। মপুবোইবনা শাউবে খংলদুনা মমানা ঈশিংদু কোর্ফুদগী কল্লগা মচানুপীগী মমাংদা থমই।"

অদুগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা হৌগৎলু নপা চংলক্লবদি কাংখোং চাইবা তাবে ঈশিং খুজায অসিমতা পীথোক্লুচো।"

মচানুপী অঞ্জনা তন্না তন্না হৌগৎলক্তুনা ঈশিং খুজাইদু মপাগী মনাক তান্না পুবকই। মচনুপীদগী ঈশিংদু মপানা লৌদুনা টেবল মথক্তা থমই। মতম অদুদা মখোয় মবিগী মবক্তুগী অমনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা প্লেট অমগা তেঙ্গোৎ অমগা পুবকখো।"

মপাগী মমান্নবনা হায়বকপনিনা তপ্না খুন্নকই -

- "অহোয় পাবুং, পুজবক্কে । অতৈদি ?"

অঙাংদুগী নুংশিববা পাউখুম অদু তাবদা মুন্না য়েংলগা হায়বকই -

- "বস অনিদুদং পুবক্লগা য়াবে।"

অঞ্জনা হন্না য়েংলম্বা তৌদনা মনাতোন মেল্লগা পাত্র লৌবা চৎখবে । মাগী মতৌ উহৌবা মকপ অমনা কালিদাসতা হায়বকই -

- "হেবা ভাই ! ইমুংশি ঐগীনি । ইচানুপীনা হৈনদ্রগা মপান্দা শবা শন্নবা থোকশি হাযবিববো তুমিন্না লৈবীয়ু গীলাস অসিদুম পাইশিনবীয়ু।"

অমনা ওক্লদুনা খুন্নকই -

- "অচুম্বনি ভাই । ভোট মতমসিদি য়েক্লবগী ফক্লাংদা না থেত্তুনা থমই হাযনবা লৈবনি । ঐখোয়সু পুবক্লীবা খবশি চাবগা যূম যূমদা ইশা ইশাগী থৌদাং খংন্নবগা হনখিবনা খ্বাইদগী ফৈ।"

মকপ অমনা খুন্নকই -

- "হেবা ভাই নবুকচেল অদুক হাক্লা পীকশীনবা ফত্তে ঐখোয়গা তিন্নবগা যূম অসি ঐখোযগী মকপ কালিদাসকীনি বস ব্রা মখা খতম।"

মতম অদুদা অঞ্জনা প্লেট অমসুং তেঙ্গোৎ মচা অমা পুবক্নুনা মপান্দা পীবন্নগা চৎখিগে তৌই । মতমদুদা মপানা খান্নগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা শে ! ননাওগী , ওক থোংবনি মাগী পুখম তোংঙাল্লগা পীজৌ হায়য়ু নমাদা।"

মচানুপীনা মচিন খুন্নগা হাযবকই -

- "হোয বাবা !"

অঞ্জনাদি তেঙ্গোৎতু হৈনদনা পাইবগা চৎখবে । মহাক্কী হৈনজদবা মতৌদু উহৌবা মকপ অমনা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "ভাই নওশিদি ফত্তে হায।"

নোক্লগা খুন্নকই -

- "কৈদৌবগে ?"

"মীনা হৈনজদ্রবদুদা নমদুনা পাইহল্লগা পুহনখি। অঙাংদুনা কয়াম নুংঙায়বম্মোয।"

- "ভাই নঙশিদি। ঐনা মহাকপু চাও হায়খিববো ?"
- "অদুবুদি হায়খিদে।"
- "অদু ওইববদি য়াবে।"
- "ও কে হাযজব্বা ঐনা লাঞ্জবে।"

অতোপ্পা মকপ অমনা হায়বকই -

- "এটেন্সন প্লিজ, ঐহাক হয়েংগী থৌবম খবা শন্নপ্পা ময়াম মমাংদা থমজগে মুন্না অমুক্তা তাবিয়ু। নিশানা মতোন লোমদ্রিঙে।"

ময়াম্মা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "ও কে সাব, স্না যাথং তাওথবীবকশি।"

ব্রা মখা তানা হাযবকই -

- "ভাই ঐখোয বোসনা ঐখোয মবিগীদমক্তা লুপা লাক্ষ অমা কায়দুনা থন্নবনি হায়দুনা ঙসিগী বিপোর্ট পীবা চৎলুবদা হাযবকই শেনফমশি ভোটকীদমক্রী। কবিগীনো হায়বদা খুঙ্গং অসি বানিবালাগী মীশিংনা শকক মবি থোকপগী মনুংদা অহুমদি হেন্দুনা লৈ। মবম অদুনা মতৌ কবম্না মখোয় মশেল খৎনহল্লগা নৎত্রগা পৈশা পীদুনা নৎত্রগা পীজ পীথক তৌদুনা কাযহনবা হোৎনবগা চিংখাইদুনা ঐখোয়না হোয়বগা পুশিগে হায়বদু ঙসিদগী থৌবাং তৌবা তাবনি। থৌবাং অসিনা মায পাক্লবা ঐখোয় মবিগীদমক্তা ভোট হেক কাববা মতুং নুমিৎ ২০ নিগী মতুংদা ঐখোযনা অপাম্বা মচুগী বাইক অমা লৈবীদুনা প্রাইজ পীগনি হায়বকই। মসিদা মযাম কবি খনবীবগে ?"

- "যাম্না নুংঙাইবা ব্রাফম্নি।" মযাম্না হাযবকই।

- "মবম অদুনা অঙম-অঙন্বা শক্তি পুথোক্লশি, হযেং নখোয়গী নখুত্তা পৈশাশিংদু শোইদনা খুৎশিন্নগে। তৌবদবু ঐখোযনা পৈশাদু নিযম চুম্না শিজিন্নবা তাই। ও কে।"

ময়াম্না গীলাস থাঙ্গৎলগা অমত্তা ওইনা থেংনবগা হায়বকই -

- "ও কে। ঐকোয়না শোযদনা মায পাক্লনিদা।"

"লাইববী লুখ্রাবী মবল শিকি লৈতবী অদুনা ঐখোয় খুঙ্গংগী মফংতা ঙাওজবা ময়াম্সু ফাজিনবা হায়বদুদি মঙদা ফাওবা মঙবীকব্বগনু ভাই । ঐ তৌগে য়ুগী লাং থাক্কে মখোয় মশেল খংনহনগে। অদুগা নুংঙায়বা পাউ অমনা হয়েংদগী ঐখোয় মবিগীদমক মোবাইল ফোন অমমমসু ইশু তৌবক্লগনি হায়বকই।"

মযাম্মা পেল্লদুনা হায়নবকই -

- "ব্রা ব্রা ঐখোয়গী বোস অসিদি ভেবি গুড নিকো । ভোট কাদ্রিঙৈদগী অশুক য়াম্মা ব্রেলফেয়াব য়েংবীবক্লবসিনদি হয়েং ভোট কাববা মতুংদদি ঐখোয়গী ইনিং তৌবদা বাজকুমাবগুম য়াবগনি । ক্রু ক্রু হাংনিংবা মীওই ফুনিংবা মীওই ফুবদা দেম কিয়াব ওইবা ফংগনি । থেঙ্ক য়ু মাই দিয়াব ফ্রেন্দ। চংলো ইশি খুশিপব এক বটল হো জায়।"

মকপ অমনা হাযবকই -

- "অদুদি ঐখোয়গী সেপেবেট ওইবা মফম অমদা চংলশি অতৈ খন্নগদবা কযাসু ব্রাংলিবনিনা ও কে।"

মযাম হৌগংনবদুনা হাযবকই -

- "চংলো ও কে । নুপী অঙাংদা ডিস্টপ পীববোয়সি।"

কালিদাসনা হায়বকই -

- "ময়াম ঐখোযগী ইনেখোযগী লৌশঙদুদা কেন্দল অনীশি পাইদুনা চংপীবম্মো । ঐ লোয়না পুজবক্লগে।"

মযাম্মা খুন্নকই -

- "ও কে ভাই । থেঙ্ক য়ু । ঐখোয মফমদুদা চংলসি।"

কালিদাসনা চংখিগদবা মওং উবদা মাগী নুপীনা থোক্লক্তুনা হংলকই-

- "হো চাক লোইজবে কমদৌশি হাযবগে ?"

মকপ অমনা হাযবকই -

- "লোয়বদি চাথোকপীবো । ঐখোয মকপতি ঐখোয়বু থীন্দোকপা ঙাযহাক কোইথোক্লখিগনি।"

- "মথন্তা খলহৌই, হাযবং তুবং চংখ্রবা মখোয়না কবম্বা মফমদা অমুক থুংলুগদৌবিবা? মসিনি যুথকপগী নুপী ওইকব্বগী দশা । কবি কবিগুম্বা মতমদা

অহিং চুপ্পা ঙাইজবগা চাবিদদুনা তুমখিবা কয়া। ইঞ্চাং হাওবমদবে মীৱা তাই। হাওননবা থোংনবা পামজবিবনি অদুবু মপোৎ মচল লৈতবনিনা। খুৎপাইশেল লৈবক্তুগা খৎনবা হৌবা মহৌশানি য়ুথকপশিংগী।"

মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই হায়জবদি ঙমজদা। মচানুপী অমসুং মচানুপা অনীসু মবুক লান্নবনিনা মপান্দা লোপ্পীবী মমাগী মনাক্তা থোক্লকই অদুগা কুম্মৈ অদু পুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। অশুম থোকখিবনা থোঙ্গাল ৱাংমা লাম্থোকখ্রে মতম অদুদা মচানুপীনা মমাদা য়েংলগা হংলকই -

- "ইমা ! পাপানা কবি হায়বল্লীবনো ?"

- "মমান্নবশিং খীন্দোক্লুখিগনি হাযবমই ।"

মচানুপা বঞ্জুদি মপানা মাগীদমক খাকপীবম্বা অহাওবা ইঞ্চাং থম্বীবম্বনিনা চানিংবনা মতিন তাবে । মমাগী ফিজি পাইবগা হায়জবকই -

- "ইমা ঐদি চাক যাম্না লাপ্লে চাক খীবীবো ।"

মমানা পাউখুম পীবমদনা মক লুকথবগা তপ্না ইমুং চংলকই। অদুগা মাগী ফমুংদা তুমিন্না ফমদুনা লৈখি। মচা অনীসু মমাগী অৱাবা মতৌ অদুদা মখা তানা হায়বা ঙমজদবে। ওইগা য়েৎকা মমাদা ঙাথবগা ফন্নম্বদগী তুমথখবে। মমানা মচাশিংগী মকোক্তা তপ্না নাম্বুবীবম্বী। চোইজাইনববা শল্লাং খোমগৎপীবমই। খংহৌদে শিম্বুবকখি থম্মোইগী ইফুৎ কাইবদুনা মীৎলুদগী লুববা লাইজ মুৎশি ঙাল্লবা থাউমৈ পোদোন অদুগী অশেংবা মৈঙাল অদুদা উবি। অতৎ অখম লৈতনা নীংথম অহিংগী লিক্লাগুম্বা তপ তপ! তৈথোকপীনবা লৈত্রবা মহাক্কী পিবাং ।

অবোনবা থবক অমা তৌবমদাযগী মতমদা মখোয় মবিনা পোত্থাফম ওইবিবা লৌশঙনি। লৌশঙ অসিদা থোং থাক্লবা পাত্র লোযনা শুনা লৈ। পুখমগী মহুত্তা লা ওইনা শিজিন্নৈ অসিখক্তনি অৱাৎপা ।

মখোয অহুম্মা কেন্দল চুখৎলমই। অমনা চাইবম্বশিং লোইশিল্লি। মপান্দা লিক্লী কয়া যাওবা বোবা অমা লৈ। লিক্লিশিং অদুনা বোবা অদু হেক থল্লকপদা মখোয় মমানা পুদুনা বজাবদা য়োম্থোকই। মবক মবক্তা মখোয মমাসু ফম্বদা যাওহন্দুনা নুংঙায়বা শংসাবদা তাওমিন্নৈ।

কুইহৌদে কালিদাস য়েনবা অচৌবা অমা মখুৎ য়েৎনা পাই মবোয়, আলু, মশলা, চনম, ফদিগম, থাউ, তেজ পাটা হাপ্পা চেখাউনা ওইদা য়ান,

ঈশৈ ঙংলদুনা থুংলবে। মহাক হেক লাকপদা ফম্নম্বা হিপ্নম্বশিং ফুক ফুক হৌগৎলি। হায়নবা তৌদে থোংননবা থৌবাং খুদক্তা তৌখি। অমনা ঈশৈ ঙংলি -

"নুংশিদবা য়েনবা বাবা,
নুংঙাইনা কুন্দুনা লৈজবম্বদগী
পুবিবকখি নখোং পাইদুনা।
অমম্বা সংসাব অসিদা মুক্তিগীদমক
নহাক ফজববা মত্রোকপু উবগা
কলকচৈ পূক্লীং ঐখোয়গী।"

মতিন যোৎলদুনা হাযনবকই -

- "ব্রা হাওবগনিদা। কে.জি. কযাদি তাবম্নগনি?"

পুবক্লিবদুনা নোক্লদুনা পাউখুম্লকই -

- "কে জি ৫ দগী গ্রাম ২০ হেল্লী।"

খুবাক খুই থাঙ্গৎতুনা যেংই অদুগা হাযবকই -

- "উম ব্রেট শাথিনা লৈবে। যেংখোং ফজনা তম্লম্লগনি। চৎলো ঐ মহাকপু কালিযান তৌবক্লগে, ঐগী হৈজবদা।"

মকোক্তু থাংগৎলি, মখৌবিদা মেৎশিল্লি। ঙাইহাক শ্বব ফুন্দুনা মখোং অনী ফ্রিং ফ্রিং উপায লৈতনা কাউজবম্লগা চৎখবে থব্রায। থব্রাযনা মপান থোকখ্রবা মতুংদা হন্না যেংলকই পিবাংলক্তা ইবোযনা পদ্রাক তাদুনা লৈহৌববা হকচাংদা তপ্না হাযবমই -

- "লৈহৌবোকো মকপ! মপুগী শিন্থা পাংঙমদনা! ঐদি চৎলে। কনাদা তেংথাকগনি ঐনা। যেন ঐখোয়গী পুন্সিদি অসিনি। কৎথোকপা, বিদায মকপ।"

ঈশিং অশাবদা লুপশিনলি, মতু শেংনা ফোইদোকই। থৌববা থাংনা মকক মকক চাওবপ্না কক্লদুনা থমই পুখমদা। অমনা খাং খাং থাংগৎলি। থাও হৈজিল্লি। থাউ মুল্লে মবোয মপাং থাদদুনা ফজনা শেমদোক্লবা যেনশা অদু চৌ লাওনা খাংদা থাদদুনা ঙাযহাক ঙৌথোকই খবা মুল্লকপদা কোৎথবগা মবিন খাযদোক্লুনা থমখি। অতৈদুনা মহী চপ চানা হাপ্তুনা থোংবা হৌখি। লিক্লী

অনী শৎ শৎ লৌথোক্লকই তপ্না তপ্না গীলাস শিংদা হৈথবমই । অৱাৎপা শকক ঈশিংনা থলহল্লী। ফজনা ঙৌববা চিকন অদুদা মবোয় মেবোক অমুক চাইশিল্লগা তপ্না তপ্না ৱাবী শাদুনা তুংদা তৌগদবা থৌবাংশিং খন্নবা হৌবকই
১বা - "ভাই তোম্বা ! হায়কদুনা কান্নদে পুংচাই চাইখবে ।"

ইঙক ঙক্লা হংলকই - "কবম্না ?"

যাম্না থৱায নুংঙায়তনা খুন্নকই - "ঐখোয় বোসনা ভোট কাবিঙৈ কবি অমত্তা তৌবক্তবদগী শাওনদুনা ইবেম্মা লুখ্রাবী বানিবালাগীদা লোযনা তোংশিনখবেদনা, লৈহৌবিবা হায়ববু মানা ওম্থাং ওনশিন তৌদুনা ওল এজ পেন্সিল ফংহনখিবা খবগা ঐগতমক ঙায়দুনা হিংলি ঐখোয় তবক তবক ।"

কালিদাসনা পুক্লীং চিংশিনবা ওইনা পেক অমমম হৈথবগা হাযবকই -
- "মদু য়াবোয় ভাই থকপা চাবা পামজবা মীওইশিং হয়েং খোমজিনলম্মু হুইবুম অচৌবা অমা পুবক্কে লোযননা খবচা দক্ষিনা তৌশিন্দুনা মখোয় মখোয়গী ইমুংশিং কান্ননবা লাং থাকশি ভাই ও কে ।"

যাম্না তন্না খুন্নকই - "ও অদুম্না তৌববদি খংদবে লাংদুদা খবা থুবকপসু যানা লৈ ।"

মরুপ অমনা মনঙ্গলদা খুপাক্লা পোপ পোপ থাবগা হাযবকই -
- "কান্নববোয় ভাই নুপা ইন খোনশি ঐখোয়না ভোট কাহন্দবা শুকয়ামক য়াদবনি ।"
২বা - "ভাই নঙগী ফিভমদি কমদৌবিবা ?"

হৌনা নোকউবগা হায়বকই - "আ হা ! হা ! ভোট ঐগীদি ফজবি । খোই চামা চনিবোমদা তিম্লোক লেংদুনা থাদবগা থাকতুনা থমলি। লোযননা গুরু দক্ষিনা খবদংগা খোইচাক ওইনা খবা খবা চাইথবীখ্রবদি বসনা ট্রেন ওন্দুনা মবি মবি চিংদুনা পুকপা যাবগনি ।"

মযাম্না হৌনা নোকমিন্নে অদুগা থাগৎলদুনা হাযবকই - "ৱা ভাই ৱা ! পাউ নুংঙাই মঙ্গোল ওইগদৌ মাল্লি ।"
৩ বা - "ভাই পীটব নংগীদি কমদৌবিবগে তম্নকউদনা ময়াম তামিন্নশি ৱাখল লৌশিং হেঙ্গৎননবা । যাম্না তপ্না মহাক্কী পেক্তু চিংশিল্লগা খুন্নকই
- "ভাই ঐদি ও কে নি ।"

ময়াম্বা ঙক্লা হংলকই -

- "ও কে হায়বদি কবম্না ?"

মখুৎ হায়বদুনা হায়বকই -

- "ও কে মতলব য়াবে।"

- "মদুনা য়াদেয়ে ভাই মবমদু খবা তানিংই।"

- "ভাই ! হিন্দু ঐনা কবিগীদমক খৃষ্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবনো নখোয় খংদ্রিববো ?"

- "খঙদে।"

"খঙদবা অশেংবা ওইববদি হায়জবক্লগে না শেংদোকপীয়ু। ঐখোয় হিন্দু ধর্ম্মদা অমাং অশেং শা চাবা যু থকপা য়াদে। খংঙিদনা অন্দবষ্টেন্দ।"

"হা হা।"

- "মবম অদুনা চীঙ্গাক্তা, অমাং অশেংদা মীবু মীনা ইন্থোকপা অদু ঐনা চংশিনলগা মখোয়গী মবক্তা যাওশিন্দুনা খেৎনবম্বা পুন্বা তোৎনা তিন্নবে। ঐগী মী ওইবে। ঐখোয় খৃষ্টানগীদি নোংমাইজিং খুদিংগী চর্চ তা পার্থনা প্রে তৌই লোয়ননা ডিসকসন অফ ফত্তবা খংদে ঐখোয খুঙ্গংদা মতেং পাংবিবক্কদবা কেন্দিডেট অদুদা ভোট পীবা হাযদুনা প্রভু যিশু য়েংলগা প্রোমিস তৌই বস। মবম অদুনা ঐখোয় খুঙ্গংগীদমক্তী ও কে নি। হিন্দু খবা মুসলিম খবা অদুদি ঐখোয়না খুকাপ্পী কাপ্পদা ইখোং কোল্লগদবা ঙাক্তনি। মবমদি লমদমদু খৃষ্টান ধর্ম্মনা মেজোবিতি ওই।"

ময়াম্বা হৌনা নোকমিন্নে অদুগা পেক অমা কালিদাসনা হৈথবগা ব্রাৎহৌবিবা মকপ অদুদা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা মাগীসু মোট ফোংদোক্লক্লবা হাযবকই -

- "কালিদাস ভাই। ঐগীদি অকবা ফিভমদা লৈবি।"

ময়াম্বা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "তম্মু কবিদনো লুবিবা ?"

ক বা - "ভাই ! ঐখোয খুঙ্গংদি, লাইবিক লাযশু হৈবা মীওনা মশীং যাম্বনিনা ভোট খোম্বা চৎনদে। খুঙ্গং অদুদা ঐখোয় ইমুং খক্তনি। লাইববা লাইবিক লাইশু হৈহৌদবা ইমুং। মবম অদুনা লাযববা ঐগী ইব্বা লৈকায়গী মীশিংনা কবিশু তাবিদে।"

ময়াম্না মকোক্তা মবাযবক্তা খুবাক্লা থাজবগা হায়নবকই -

- "উম! অদুদি কমদৌনি ?"

- "নুই হায় ভাই, থৌবাং অমদি লৈ ।"

- "কবিনো তাকপীয়ু ঐহাক থবক ওইনা পাইখৎচগে ?"

- "অতৈ নত্তেদা, নখোয় খুঙ্গং অদুদা লাযববা নিশা চাবা কয়ামুক লৈবগে ?"

- "মশিং যামদে তবা কুন মুক্তনি ।"

- "অদুক য়াম্না লৈবিবদুবু । হয়েং ঐখোয় নঙগী গুরুদক্ষিন্যাগা কোন্না মোবাইল ফোন অমসু থুংলবগনি অদুদগীদি বোমগী লাং থাকপা হৌজিনশি। মতুং তাবা আর্মি পুলিসশিংনা বিচাব তৌজগনি ও কে ।"

- "খঙদে ভাই । অদুগুম্বা থবক্তি পুন্সিগী তৌজবক্তি ।"

- "তৌগদবনি মতাংনা, হৈ শিংনা মীবক নাবক যেংলগা খংলবা, নহাবোল লৈত্রবসু লৈ হাযজবনি। হাযা ভাই মতম অসিদি নঙ ঐ নুংঙাযবগা লোযবনি। লক্ষ্মী ইমানা ঙমদবা লৈতবনি । নীংঙক নীংঙকপদা পাংথোকপা ঙম্বনি খংলব্রা? পঙগনু। দোন্ট মাইন ও কে। চৎলো থকচিল্লু ঈংথ্রগনি গীলাসকীদু ফনা কুইবে।"

- "ইচিং চিংনৈ ভাই । মতম অসিদা অবানবা থবক তৌবসু ?"

ময়াম্না মনঙ্গলদা খুপাক্লা তপ্না তপ্না থাবদুনা মবুক্লিং থৌগৎপীবা ওইনা হায়বকই - "ঐখোয় লৈবিবশিদি ভাই। পুক্নীং পীকশিনগনু । হন্দক ঐখোয বোসনা কান্নবা কন্না হোৎনদবা যাদবনি। কবিগুম্বদা ঐখোযনা হোৎন হোৎননা মীনা মায় পাকখ্রবসু ঐখোয নিংহন্নবা যাদে। মথংগী থৌবাং ঐখোযগী বোসকী যাথং লৌবগা এনি হাও তৌদুনা ভোট হলহনবা হোৎনগনি। মদুদসু মায পাক্লত্রবদি লুপ্লাবী মাবু সংসাব অসিদগী ছুটি পীদুনা যুমগী লৈবাক্তা লৈকবো হাযদুনা বমগী লাং থাক্লগা ঐনা বিমুট কন্ট্রোলদা সুই মেৎলগা থাগৎপীখিগনি।

অদুম তৌববদি ভোট শোইদনা হল্লগনি । ভোট হল্লবদি ঐখোযনা অদুম কাবগনি । ও কে কমদৌই দাইলোগ ।

ময়াম্না হৌনা নোক্লগা হাযবকই - "ভেবি গুড আইদিযা মাই দিযব ফ্রেন্দ, মদুনিদনা নীপা থোকপা হায়বদো । চৎলো অথোংবসু মুল্লববা যেংলশি পুখম অসিদা কোৎথবীবক্লো । মথংদি চাক্কসু মুলক্লগনি ও কে ।"

অমনা পুখম থাংগৎলি অমনা পুখম থন্না কোৎথৈ । বোটল অমা অমুক মখুম হাংদুনা মখোয় মবি নুংঙাইববা সংসাবদা নুংঙাইবা থৌবাং কয়া শাগৎতুনা হাওববা য়েনগী মখোংগী বসশিং চুপখি ।

অহিংগী পুং ১২ তাশিনখবে, রাবীদি লোয়বা নাইদে । অমনা ঙাংই অমনা তাদা মখোয় মবি পুল্লম্বদু মোৎ মান্নবা অনী অনী খাইদোক্লদুনা মমৈ থাংদা চাক ফাওবা চাবা ঙমদনা লৌশঙ অদুদা নুংঙাযনা পোত্থাখি ।

ময়ূমদা মাগী মাগী নুপীশিংনা মীপাযনা ঙাযহাক লৈতনা থোংজিন্দা যেংদুনা লৈনবি ।

অহিংগী পুং ১২হাযনবিবা মতমনি । তাম্লবা লবুক লমযাই অদুদা চবাংনবগী খোঞ্জেল অমা খঙহৌদনা তাবকই- "মৈ চাক্লে। মৈ চাক্লে । ঐখোযবু কনবীযু । কনা কনা লৈবগে ঐখোযবু অমুক্তা কনবীযু! কনা কনা লৈবগে? ঐখোযবু অমুক্তা কনবীযু খোল্লা মৈ চাক্লে।"

কালিদাসকী মখোল তাবদা মহাক্কী ইমুং মনুংনা হান্না থুংলবস্মী । মউবা অতৈ খুঙ্গংগী মীওইশিংসু চেনশিন্নবক্তুনা মৈবী অদু মপুং ফানা মুথৎপীবস্মী। মতমদু অবাপ্পা অনকপা খুঙ্গংশিংদদি সবকাবী মৈ লাক্তুনা পুমঙান ঙাল্লি। কালিদাসনা যু ঙাওবি ঙাওবি ফম্মিন্নবম্বা মমান্নবশিং মীযাম্না হন্নখ্রবদা থিবা হৌবকই। মখোয অহুম পুনশিন্নৈ। চাউবানা তোম্বদা হংলকই - "অতৈদি ?"

কালিদাসনা চাউবদা হংলকই - "পীটবদি ?"

মখোয মীওই অহুম মৈবক্তা যাওখ্রে হাযবা খঙলস্মী । মখোয অহুম কোন্নদুনা কপমিন্নৈ ।

" মকুপ নখোয অহুম ঐখোযবু থাদোক্তুনা চৎখ্রবকো। ঐখোযগী আসা পুম্নকায কাযবে ! হৌজিক ঐখোয কনাদা তেংথাকগনি ।"

কালিদাসনা কপ্পা কপ্পা হাযবকই -

- " নখোযবু খোলশিংগী মনাক্তা চক ইকুসু লৈ হায়বসি কাওববো ? কনাগী মখুৎনা থেংলুদুনা কেন্দলদু তুথ্রিবনো ? ও! নুংশিদা মকুপ ! নখোযগী আত্মা যাম্না রানা ঙৌনা চৎলমগনি । ঐনা থোংলবা চাক ফাওবা চাখিদে।"

চাউবসু কপ্লদুনা ৱাপাংলকই -

- "ঐখোয খবদি হেনমনলবনি। ঙসায় বোটব অহুম শুবকপা অদুদা লেপফেবন্নবদি ঙসিগী লাইবক থীবা থৌদোকশি থোক্লমলোইদবনি।"

তোম্বসু কপ্লদুনা হায়বকই -

- "ঐদি চক ইকু চাক্তুনা তুথবকপদা অফিং অফায় ওইনা হৌগৎতুনা অদুম চেম্থোকহৌববনি। মখোয় হৌদোকপা নঙখিদবে। মখোয় য়াম্লা ৱানা মৈবক্তা চোংবদু ঐনা তৌফম খঙদনা উখি। আ. মরুপ নখোযনা ঐবু ৱাবৌবীগনুকো ঐসু তুমথক্তবনা উঙাও ঙাওখিবদগী কনবা ঙমখিদবনি।"

কালিদাস - "হৌজিক নাক্লম্বা মীওইশিং অদুসু ঐখোযগী মী অমত্তা ওইবমকদবনা তাঙ্গোায মবক অসিদগী থিমিন্নশি হায়বা ফাওবা ঙমখিদে। ঙম্ল মক মৈ মুখৎলন্নগা মযূম মযূমদা তুমিং তুমিন হন্নখ্রে।"

চাউবনা কালিদাসতা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইযাম্বা! ইতৈমা অমসুং অঙাংশিং অসি যূমদা হনখিনবা খবা হাযবীয়ু। মখোয় পাখৎতুনা নিক্লগা লৈবে।"

চাউবগী ৱা তাবদা কালিদাসনা মখোযগী মনাক্তা তপ্লা হাযবং তুবং চঙশিল্লগা হাযবম্মী -

- "ইবেম্মা, ইবুংঙো নখোযসু ময়াম হন্নখ্রে চৎখ্রোদনা, নপা কবিসু তৌদে। উববা ঐ হিংলিশিদি। চৎলো চৎলো যূমদা নমাগা হনখ্রো।"

মচানুপী অঞ্জনানা মমা দা থেল্লদুনা হাযবম্মী -

- "ইমা! ঐখোয়সু যূমদা হল্লশে। ইনাওসু ইমাগী মতৌদা পাখৎতুনা লৈবে।"

চাউবসু ৱাপাঙলদুনা হাবকই -

- "ইতৈমা যূমদা হনখিননবা তৌবিবো অঙাংশিংদু অকি তুজুংনবগনি।"

তোম্বনসু চঙশিল্লক্তুনা মখুৎ লোন্নবগা হাযজবকই -

- "ইতৈমা, ঐখোয কবিসু তৌদ্রে যূমদা হনখিনবা তৌবীবো।"

কালিদাসনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা তপ্লা হায়বকই -

- "নহাকপু কৈদৌববগে অঙাংশিং অসিগী খল্লগা যূমদা হনখ্রো।"

কালিদাসকী ৱাফমদুদা খোইশাউনববা মহাক্কী নুপী অরুনা খোন কল্লপ্লা হায়বকই -

"মসিতা থোক্লবা নহাক্লা শিনখিবনি। হৌজিক্তী শাগৎখোদনা ওইবোইদবা পাপকী মগুলান ফুবা কয়া। চৎখ্রে মবাল লৈজদ্রবা নমান্নশিং। লাক্লম্বশিং অদুনসু হন্না য়েংবীবমদনা ...। মসিতা নত্তে য়েংহৈ উহৈদবা থৌদোক কয়া থোক্লকখিগনি। ব্রাখল অদু নহাক্লা নমান্নবশিং অদুগা অমুক হন্না তৌব্রবোয় হায়ববা মতুংদা ঐহাক তুমিন্না ইচাশিংগা ইয়ুমদা হনখিগনি।"

কলিদাস অঙাওবগুম হৌনা নোকথোক্লবগা মহাক্কী নুপীদা খুদোম্বী থীন্দুনা হায়বকই - "অচুম্বগী দেবী অমগুম নঙসু ঐগী ইমাংদা লেপ্তুনা পাউতাক পীববি। ব্রাফম অদু ঐনা কৈদৌনুংদা য়াবা ঙমলোয়। মবমদি ঐহাক হায়নখিবা জবান ঙাক্লা চৎপা নুপানি। ঐনা ঐগী পার্তিবু অমদি লূচিংববু কৈদৌনুংদা নমথাক তৌদুনা লৈথোক্লগা তিন্নবা ঙম্লোয়। নহাক খঙদ্র মাল্লে ঐহাক ব্রাশক চেৎপা কালিদাসনি অদুঙৈগী ব্রাবেং শৈবেং দ্রামা ইখিবা কালিদাসতু নত্তে। শিনখিগনি থৌবাং কয়া কযা লুপ্রাবী বানীকুমাবীবু মায়থীবা পীননবা। থোক্লিবা থৌদোক অসিদি পীক্লবা মৈবীনি মৈখেৎ মচৈ অমগী। খোংপাক্লা থক নেৎপদা মুখৎপা ঙন্নীবা। হা! হা! হা! ঙসি ঐগী নুপীনা মানা হায়বা ইন্নবা গাউতাক মহাক্কী মপুবোয়বদা পীবি অদুগা ব্রাশক হন্দুনা ঈচেল অদু নাথৈনবা কন্না হোৎনবি। মদু কৈদৌঙৈদা ঙমলোয় অকনা। হনস্ত্রো অহিং অসি হৌখিবা ঙায়বগনু। ঐখোয়না অতৈ থৌবাং কয়া তৌনবসু হোৎনবি।"

অকনা খঙহৌদনা মপুবোইবগী মখোং কোল্লগা হায়জবকই -

- "লেপ্লীবো নহাক্কী কান্নদ্রবা থৌবাং কৈদৌকগনি। তৌকদুনা মহাবাজ অশোক্লুম কলিঙ্গাগী লানফমগীদমক থৌবাং কয়া মায পাক্লবসু নীংঙমদবগী মৈবিনা তুম্না চাকখিনবা। ঙসিদগী লেপ্লীবো হিংসা লৈবাকশে সান্তী পুবক্লবা হোৎনবদা অমুক্তা মায় ওনশিল্লসি।"

কালিদাসনা হৌনা নোক্লগা হায়বকই -

- "হিংসা অমদি আশোক। নোক্লিংবা ব্রাফম্ভী নুপী। নঙদি ঐনা হায়বা ইনগদবা নুপীনি। ঐনা লুহোংদুনা পুবকখিবা ঐগী চান্নবীনি। ঐহাক্কী ইচিং নহক্লা খঙলিবদুনী ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈদা শীংনবক্নু। হৌজিক ঐনা ফুদুনা তানদ্রিঙৈ নখোয় নমানচা তুমিন্না চৎহৌ। ঐগী অশাউবগী মৈবী কৈদৌনুংদা মায়োক্লগে খনগনু। চৎহৌবো অকনা অঙাংশিং অসি পুদুনা।"

অকনা - "চৎলোয় ঐ লেনগনি অহিং নখোয়গী মনাক্তা লেংদনা নখোয়গী

থৌবাং অমত্তা চিংথদনা ইমিংশিনা যেংখিগনি । ঐহাক শাস্তি পামজে । অসি নত্তবা অতৈ হিংসাগী থৌদোক থোক্তনবা ।”

কালিদাস - “ফবে অদু ওইববদি নখোয় নমা নচা নখোয অহুমসু লৈহৌবিবা ইকু মচিৎ অসিদা লৌদুনা তাঙ্গোয় ওলহনগনি।”

অকনা - “ মদুমক ইশা যাজবি । কৈদৌকগনি মীওৎ মীনৈগী সংসাব অসিদা অশুম খণ্ডশিন্নদনা হিংদুনা লৈগদবগী শকক চুখৎলু মৈ পুশিল্লকউ চক মপৈ মপৈ মদুনা নহাক্কী অপেনবা ওইগদবা লৈববদি । ঐসু মমানি ব্রাশক চেৎপী নহাক্কী ধমকী কয়া অদুনা ঐগী থম্মোযবু নাথৈহনবা ঙম্লবোই ঙসিদি ।

চাউবা, তোম্বা অনীমকসু চেনশিনলক্কুনা কালিদাসকী মখোঙ পাযদুনা হাযজবকই -

- “ইযাম্বা তপথবীযু , ইতৈমসু তপথবীযু য়ূমদা হনখিনবা তৌবীবো যাম্লুংগী নিসা হনদ্রি শোযবা যাওবক্লগনি । হন্দকমুক্তা লৈকায কনানসু মৈ কনবীনবা লাকপীববোই ।”

কালিদাস - “ইনাওশা হন্দোকউ। ঐ থবক তৌগে নুপীশি মবিল কযাম লৈবীনো যেংগে ।”

তকনা - “ইবুংঙোখোয নখোয হন্দোকউ ঙসিদি ঐহাক মহাক্কা চপ চানা মায়োক্লবগনি । শিজখিগে ঐ ।”

মচা অনীনা কপ্লদুনা কৌবি -

- “ইমা য়ূমদা হল্লশি ।”

মতমদুদা পুলিসকী গাড়ী অনী লম্বীদা লাক্কুনা খার্মখিবা উবকই । মখোযনা অবাপ্পদগী মখোযনা লৈবিবা লবুক তম্না কোইশিন্নবা হোৎনবদু উবকপদা তোম্বনা হাযবকই - “ইযাম্বা পুলিস লাকখ্রে ঐখোয চেলহৌবশি । ইতৈমসু অঙাংশিংগা চেনবিখ্রো । মখোযগী মখুৎ চনখ্রবদি ব্রাথোক অমা ওইবগনি ।”

কালিদাসনা মহাক্কী নুপীদা যাম্না শাউনা য়েংলম্লগা অহাংবা মাযকৈবোমদা নাথৈদুনা চেনথোকখিবম্মী ।

পুলিস যৌশিল্লক্কুনা অকনাগী মনাক্তা লেপ্পী । অঙাং অনী কিবনা মশা থক থক নিক্লি। পুলিসকীলুচিংবা অদুনা লাউবকই-

- "মখোয়বু নাঙ্গোকহনখিনু ।"

চঙশিল্লক্লুনা হংলকই -

- "নহাক কনানো? মফমশিদা অঙাং অসিগা কৈদৌবগ্নিবা ?"

অকনা - "ঐহাক কালিদাসকী নুপীনি। ঐগী চক ইকু চাকখিবগী থবায় নুংঙায়তদুনা লৈবগ্নীবনি ।"

পুলিস ওফিসাব - "মখোয় অতৈদি ?"

অকনা - "মখোয় ঙম্নমক চেনখ্রে ।"

পুলিস ওফিসাবনা পুলিস কন্সটেবল অমদা থৌদাবকই -

- "তাঙ্গোয় মবক্তুদা অশিবা হকচাংকা লৈব্রা য়েংউ ।"

পুলিস অমনা থেংনদুনা হায়বকই -

- "লৈবে সাব অহুম লৈবে ।"

পুলিস ওফিসাবনা হংলকই -

- "মখোয় কনা কনানো ?"

অকনা - "মদু ঐ খঙজদ্রে, ঐগী নুপাদা হংলবদি শোয়দনা খঙগনি । মখোয় তকক ঙসায় ঐখোয়দগী চান- থক্লবা পোৎ চৈ পাত্রশিং পুদুনা চৎমিন্নখিবনি।"

পুলিস ওফিসাব - "অদুদি ওফিস ফাওবদং লেংনবা তৌবসি ।"

অঙাং অনীনা মমাবু কৌবদুনা কপ্লকই -

- "ইমা ঐখোয় হৌজিক কদায়দনো চৎকদৌবিবা ?"

মমানা থেমজিল্লদুনা হায়বকই -

- "মসিনি ইবুংঙো ষণ অশিবগী মনাক্তা লেপ্লুববদি প্রাইচিট ফংই হায়বদো। লাকউ ইমাগী ইতুং ইল্লকউ নখোয় ইমাগা লোয়ননা চৎকদবনি । জেল চঙলে চঙখিগদবনি ।"

- "অমোৎপা ফত্তবা ঈশিংদা চাপ্লগা কোকখি অদুবু অক্বা ঈশিংদা লৈজববসু ফত্তবা ঙাগী অমোৎপামনমদি অদুম্মক কোকপা ঙমদে ।"

*****

## কুন শুবা পন্দুপ

প্রকাস মপাগী লৈকোন্দা ফমদুনা মহাক্কী কাববাবগী মবমদা ফাইল খবা পুখোক্নুনা য়েংলি । মতমদুদা কমলা অমসুং বতন মখুৎ খুৎশম্না লৈবকোন্দুদা শান্ন শান্না লাক্লমই । প্রকাস মনাক য়ৌশিল্লকপদা চপ লেপ্লদুনা ফুবিৎখাউদগী মমানা পীবকপা চিঠি অদু পীবদুনা হায়বকই - "অঙ্কল , চিঠি ।"

চিঠি পনবদা মক লুকথদুনা ফাইল চেক তৌবম্বা অদু লেপ্লমই অদুগা কমলাদা মুন্না য়েংলগা হংলকই -

- "ইবেম্মা ! এড্রেস কদাইদগীনো ইবকপবা?"

চিঠি প্রকাসকী মখুত্তা শিন্নবগা হায়বকই -

- "বাই হেন্দ পুপুনা হায়বগা ইমা ইবা চিঠি ওইবমলে । শে অঙ্কল । ঐখোয় পুপুগী লৈ চাবাশিং ঈশিং খবা চাইকখিগে ।"

চিঠি ভুমিন্না লৌবগা ইঙক ওক্লা হাংলবা মাংলংদা হায়ফেৎ য়েংঙুবগা চিঠিদা পুক্নীং চংশিন্দুনা মথক মখা য়েংবা হৌবকই । কমলা অমসুং বটনদি চিঠি পীবল্লগা ঈশিং চাইনবা পেবে পাইদুনা পুম্রিদা ঈশিং শোকপা চৎখবে ।

প্রকাস মপাগী চিঠি অদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা হন্না হন্না পাববা মতুংদা ৱাখল তৌবা হৌবকই ।

কবি ৱাখল্লোননো ঐখোয় পাবুংগী ৱাখল অসিবু। মসিদা তামোগা ইতৈমনা কবি খন্নবিবা ? ঐগী মোটতি তামো ইতৈমা মখোয় অনীনা চুমশিন্নবগা মসিনা থবক ওইনা পাংথোকপীবসি হায়বদু মতু ং ইনগদবা খক্তনি । ৱাফম অসিদা চিঠি ওইনা ইতৈমনা পীবক্লীবা অসিগী অর্থনা কবি ওইবগবা ?

মসিনা তাকপদি তামোগা ইতৈমগনা পাবুংগী ৱাফমশিং অসি থবক ওইনা পাংথোকউ ঐখোয়দি য়ুম পুবনিনা ওল্লবোয হায়দুনা মনাও ঐগী ইথক্তা হিমালয় চীংজাওগুম্না লুন্নবা পোৎলম অসি থোঙ্গৎপীবকপগী ৱাফম্নি।

হন্দক্কী চহি অসিদা ইকোনোমিক ব্রোকেটকী খুদোংচাবদা লুপা খবা শাহৌই হায়দুনা হবাওকবসিদি পাবুংগী অঙাওবা ৰাখল অসিদা থবক ওইনা পাইখৎননবা হোৎনবদা লোয়না চংখিবা তাবনি ।

অহন ওইবকপা হায়বসিদি ৰাখল কাসি অঙাং ওন্থোক্লকই হায়নবদু চুমখবেদা । ফবে অদু মঙায়বে থবকশি ঐঙোন্দা সিন্নবক্লবনিনা ঐগী ৰাখলদা শেল ইচং চংহন্দনা মচা অমা ওইবগী ইথৌদাং পাংথোক্লগে । হয়েং চাবোল শুবোন্দসু পাবুং অমদি ঐগী মিংচৎ লৈহৌননবা।

মসিদা চংগদবা য়োৎ মখৈ ইবায়তোন্দা মতেং খবা পাংহনলগা লৌবগে । অবাকপা মীওইশিংনা য়েংবদা উন্নবা গীলাসকী থোং থোংনাওশিং ওইনা পালহনলগে ।

মথংদা অঙাংশিংগী শান্নফম : ১) খবা চাওখৎপা শিংগীনা মপান্দা অদুগা অপীকপা অঙাংশিংগীনা শঙলেন অমা পাকতক্লা শাবগা মখ ল কয়াগী শান্নপোৎশিং লেগুনা, ফমদুনা, হিপফন্দুনা, মাগা লোয়ননবকপা গাবজিয়ান শিংগা শান্নমিন্নবা য়াবা মওংদা মওং তানা হোৎনবীবল্লগে ।

পার্ক মচা অসিদনা মখল কয়াগী লৈশিং অদুগা পাবুংগী অপাম্বা মওংদা শেমদুনা অহন মতম ওইববা ওইববীশিংগী পোত্থাফম ওইহল্লগে ।

নহাবোলশিংগীনা মথোল অহুমগী ওইবা অনৌবা ডিজাইন্দা ইকোয় কোয়না ফমমিন্নবা য়াবা মওংদা পীকতক্লা শাহল্লগে ।

ফবে মতাং অসিদা ঐখোয় শাগৈগী ওইনা মীংচৎকী উবোং মচা অমতং খিন্দুনা থনম্লগে ।

অদুদি হন্দক ইবায় অহনগা দিল্লী চৎপগী খোংফম অসিদা ফাইবব গীলাস মখৈদি ঐখোয় গাড়িদা লৈদুনা পুবক্লগে ।

অদুদা কবিগুম্বা ইকুনা বস ট্রেন্দা চৎননবা হায়বক্লবদি কমদৌবা ?

উম ! অদু ওইবগনা হল্লকপদা গৌহাটিদগী ওইনা লৈবকপা তাবা ।" মতৌ অশুম্বা ৰাখলগী তবংদা তাওবিঙে লৈ চাবা ঈশিং চাইবা চৎখিবা অঙাং অনী হল্লকখিবা খংহৌদবে । মচে কমলানা হায়বকই - "অক্ষল ঙসিদি দুকান্দা চৎলবোইদবো ?"

বটনশু প্রকাসতা হায়বকই -

- "অঙ্কল ইম্ফাল দুকান্দা চৎলবদি ইবোক্কী মনাক্তা চংলগা ঐখোয় ইচনবীদো পুবিবকউকো ?"

প্রকাস নোক্লদুনা অঙাং অনীদা মুন্না য়েংলগা পাওখুম্লকই -

- "ঙসি বন্দনি ইবুংঙো । নঙবু চচনবী নুংশিববনে ?"

- "নুংশি।"

- "কয়াম্না ?"

- "মখুৎ তন্নদুনা অশুক য়াম্না ।"

প্রকাসনা হৌনা নোক্লগা বটনবু পমদুনা ৱাংনা থাঙ্গৎলগা নুংশিনা চুপচবদুনা হায়বকই -

- "ইচনদো নখোয়দৌনা হয়েংদগী পবিক্ষা হৌবগনি হায়দুনা মখোয় মন্দোমচা জযানা লায়বিক কন্না তস্বীহৌবনি । মবম অদুনা মনাক্তা ঐসু চংলমদবে লাপ্পা টাটা তৌবম্লগা লাক্লে ।"

- "অদু ওইবগা অঙ্কল, মাগী একজামিনেসন পুংলোয় লোয়শিল্লগা পুবিবকইকো ।"

- "হোয়, অদুবুদি পুবক্কনিদা ।"

- "থেঙ্ক য়ু অঙ্কল ।"

প্রকাসনা ফাইল মনুংদা চে-চাং হাপচিল্লগা কমলাগী মখুৎতা পীবদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা, ফাইল অসি ঐগী টেবল মথক্তা থনম্মু অদুগা থোক্লকউ ।"

- "অঙ্কল হৱা চাকশি হায়ববো ?"

- "উম ।"

- "অদুদি ঐ লাক্লিবা ফাওবা লৈবীবম্মুকো অঙ্কল। "

বটন্দা ওক্সিনলদুনা হায়বকই -

- "চৎলো ইবুংঙো । ঙসিদি নপুগী অঙাওবা মঙলান তাইবঙদা নীংশিং ফুবা কয়া শাগৎনবা থৌবাংলুশি ।"

বটননা প্রকাসগী ব্রাফম অদু লৌশিনবা ঙমদবনা হংলকই

- "অঙ্কল মঙলানগীসু লম্পাক লৈববো ?"

প্রকাসনা হৌনা নোকউবগা খুন্নকই -

- "হ্বাই নোট? কবিগী লৈবোয়। মঙলানগী সংসাবদি অঙকপা দুনিযানি। ঙায়খো নঙবু হন্দক মবক তুম্বদা মঙ গকা অমত্তা মঙদ্রববো তামো ?"

- "কবি কবি মঙ মঙলিবা ? তম্মু তাশিনে।"

- "ঐখোয় মনিংদা হৌবিবা হৈনৌ পাশ্বী মথক অসিদা ঐখোয় চে চেগা কেকু লোৎপী শান্নবিবনি হায়দুনা শান্নবগা মশা অকংবদা নেৎলুবদগী তেকতুনা তাকবইবা।"

- "অদুদা চিং . লাওদবো ?"

- "উম লাউই। মদুদা ঐনা কিবদুনা লাউবদা ঐখোয় ইমানা হৌদোক্লকইবা।"

- "অতৈদি ?"

- "ঙহানগী মঙদনা ঐনা ইমান্নবশিংনা শান্নদুনা অশুম লৈবিঙৈদা খংহৌদনা অতিয়াশি ইমম মমশিনখ্রগা অতিযাদগী মখ্যাৎ লাওনা কাথোকপা মযানা শিংজংমুক চাউবা হিংচাবা অমা ঐখোযনা শান্নবিবা মফম অদু তম্না পাইশিল্লকপদা ইমান্নবা মযামদি মযূম মযূমদা কিদুনা চেন্নখ্রগা ঐদি চেনবদা শুকঙম ঙমদবা মদুদা ঐনা কিদুনা কন্না কপ্লদা ঐখোয ইমানা হৌদোকপীবকই। মদু নৎত্রদি হিংচাবা অদুনা শোইদনা চাথোক্লমগনি অঙ্কল।"

- "অদুদি ইবুংঙো নঙগীসি তুম্বদা নখুৎনা থবাক্তা থন্নগা তুম্ববা কবিনো অমা শোযদনা তৌবন্নগনি।"

- "উম অঙ্কল, ইমানসু অদুম্না হায। মবম অদুনা ঐ হযেং মখৈদি তুম্বদা লোংনা হিপ্পুনা খুৎনা থবাক্তা থন্নগা কৈদৌঙৈদা তুন্নবোয়।"

- "লোয়ননা অকিবা টি.ভি. সেবিযেলশিং ফিল্মশিং অমদি ব্রাবী পীক্লবা অঙাং নখোয়দি লাযবদনা ঐখোয় ফাওবা য়েংলোয়দবনি হায়না অফাওবা ডোক্তবশিংনা হায়নবক্লবনি।"

মতমদুদা কমলা চেলদুনা মৌপ্পাগী ফুবিৎ জেকেট পুবগা মখোয অঙ্কল প্রকাসকী মনাক যৌবকখি। যৌবকপগা মৌপ্পাদা ফুবিৎ জেকেট অদু লিৎশিনবীবমই অদুগা মখোয অহুম শান্নবুং তম্না থোকখি।

নুমিৎনা চীংযা নপ্পা থোক্লম্বা যাম্না ফজে। খুঙ্গং অসিগী থোইদোকপা মীৎযেংফম অমা ওইবিবা পুবান হৈনৌ মখোঙ অসিনি। খবা চৎথোক্লগা লম্বীগী ব্রাংমদা পুখ্রি অচৌবা অমা লৈ। অবাপ্পা মনিং চীংদোন্দগী লেপ্তুনা যেংথবকপদা পুখ্রি অসিনা মঙাল অমা ওইহল্লগা হৈনৌ অসিনা উচেক পোনগুম্না ইশং শঙনা ফজনা খিন্দুনা লৈবগুম উহন্দুনা খুঙ্গং অসিগী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি।

টোটিগী ঈশিং মবাং কাযনা ফংহন্দবনা পুখ্রি অসিদগী থক্ল চান্নবা অতৈ শিন্নবা ওইনা লৈশাবীশিংনা মমান্নবী শঙ্গু শঙ্গ হৌনদুনা অবৈবা ফিজেৎ চাকচাদা মকে শেম্লদুনা সনাবুল যোপ্লবদুনা থোক্লবল্লি।

অদুক হাক্লা মীতৌ তম্বা পামজদবী খুঙ্গং চনুবাশিং ওইবনা চিংহি মনম কোক্তবি। অউবা খোইমু খ্বাংজেংবশিংনা পাইশিন্নবল্লি। হৈনৌ মখোংদা পান্দুকান মকমদা, মীচানবদি ইকাযজবনা লোন্না যেংনবি তনৌববী খুঙ্গংসিগী চনুবা নীংথিবীশিং থেক্লা থেক নৌগা নৌ ব্রাহোংনা চৎপগুম, ঙানু কাংঙানা চৎপগুম থেক্লা নৌনা চোইজাইনববী শল্লাংনা ঝুম ঝুম তাই। মাযথোংদা যেংলুবে শজিবুগী তবামঙানি পানবা থাজ, মানবদগী মথং মথং লাকপনা মেবাগী থাজ, মথংদা হিযাঙ্গৈগী তবা মঙানি পানবা থজ মথংদা ইাংলবা পোইনুগী থাজ মথং মথং লমতাগী পূর্ণিমা থাজগী মাযথোংনা ইকাযজবনি। মাযথোংখক্তা নত্তে ফিঙম মুর্ত্তিদা শর্গগী অপশাবাগুম্বীনি। মোইবাংগী থোইবীগুম্বীনি। সহাজহানগী থব্রায ওইজখিবা মমতাজ বেগমগুম্বীগী শাবান ঙাক্তনি।

পাক্লবা লমহাং ওইনা তেমথোক্তুনা শেমখিবনা মফম অসিদা শগোল কাংজৈশু মবম মবক্তা শান্নে। খুঞ্জা মান্নদুনা অকোযবদা ফজনবা উপান্বী কযাসু থাদুনা হোৎনজকই অদুবু লাযবক থীবদি মবনায ওইবা থবক্তী নত্তবনিনা যণ পুনশিন্দুনা অবেম্বদা হেক্তা মাংহল্লী।

নাকল অমদা অঙাংশিংনা চেন্দুনা শান্নবি। নাকল অমদা নহাবোলশিংনা ফুটবোল শান্নবি। অদুমক্তদা শান্নবুং অসিগী মতাই ওইবপ্পা পাক্লবা লম প্রকাসকী মপানা খঞ্জবিবা লৈতনা লমলেম ওইনা পাক্লা চাউনা মনিং তম্না লৈবি।

প্রকাস, কমলা অমসুং বটন মখোয অহুম শান্নবুং মচি পুবান হৈনৌ মখোং তম্না চংশিল্লকই । কমলানা হৈনৌ অদুগী মখোং মনাক হেক যৌবদা প্রকাসতা খঙনিংদুনা হংলকই -

- "অঙ্কল হৈদৌ অসিগী মশাদি যাম্না তেক্লেনা?"

- "ইবেম্মা জ্ঞান তাদবা কযা লৈবননি ।"

- "মসি হৌবা চহি কযাম শুবন্নগনি অঙ্কল ?"

- "ইবেম্মা ঐখোযনা পোল্লকপদসু অশুম লৈবন্নবনি মসি চাউবাক্না চহি চনী চহুমগী মযাদা ওইনা লৈবন্নগনি ।"

- "উই । অদুদি কুইবেনা ?"

- "উম কুইববা লাইওইববা হৈনৌনি ।"

বটননা হংলকই -

- "অঙ্কল মখোংদা ঈশিং চাইবীববদি ফজনা অনৌবা মনা শিল্লক্কনিকো ।"

নোক্লদুনা প্রকাসনা খুম্লকই -

"কন্না ঈশিং চাইবীগনি অশুক চাউববা হৈনৌ পাম্বী অসিদা ? ঈশিং চাইবীবদি হাযকনু মশা থুদেক্কুনা মৈ থাননবা হোৎনবদা ময়াং কংলবা মীওই অমগী মকোক মানলক্লীবশিনি ।"

কমলানা নোক্লগা হাযবকই -

- "ইনাও নঙ হযেং পুপুগী পেবেদু পুবক্লগা ঈশিং খবা চাইবীযু ।"

বটন মচে কমলাগী বাহৈদুদা শাওবদুনা মচেবু ফুগদবগী চেনশিনলকই । মচেনা মনাও শাউখবে খংলদনা থংদনবা হৈনৌ অদুগী মখোং তম্না চেন্দুনা লোৎখিবমই। বটননা মত্ংদা তান্নবক্লী ।

প্রকাসনা বটনদা থেম্নদুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নচেনা ফাগী তৌবনি ।"

প্রকাসনা হাযবা বা তাদনা মচেবু থংননবা তান্নবমই ; মচেনা অহন ওইবনিনা হৈনৌগী মকোযবদা চেন্দুনা লৈবমই । প্রকাস অঙাং অনীগী মতৌ থেংদনা মপাগী চিঠি অদু পুথোক্কুনা পাবগা শাগদবা মওং মফম তাপ্না লাবশিন্দুনা যেংলি ।

মতমদুদা ক্লব সেক্রেটবি থবক অমা চৎলুবগী হল্লকপদা প্রকাসনা হৈনৌ মখোংদা কোইনা চত্তুনা লৈবম্বদু উবকখি। গাড়ী খাল্লগা কৌবদুনা হংলকই -
- "তামো নত্তবো !"

ক্লব সেক্রেটবিগী মখোল তাবদা হন্না য়েংথোক্লগা খুন্নকই -
- "ইবুংঙো লাকখোও । নঙবু কদায়দা চৎলুবগে ? নফি অদুক নান্না শেৎলগা।"
- নোক্লদুনা খুন্নকই, "তামো ! ইমান্নবা অমা উনবা চৎথোক্লুবনি । অদুবু উনদনা অদুম হল্লক্লে ।"
- "কবি লমদা ?"
- "খুম্বোং মখা লৈকাযদা ।"
- "ও ! য়েংউ ঐখোযগী লাযওইববা হৈনৌ অসিগী মওং, ফিভম ?"
- "তামো য়েংলুবগা খোইদৌ শাওগৎননবনি । হিংবু হিংবা ঙমই । ঙসি ঙবাং অসি খক্তনি ঐনা চৈবদগী মশা যাম্থদুনা শীং ওইনা থীবা তোকখিবা। য়াখিবোয তামো ঐখোয় খুঙ্গংশি চাউখৎপা । মমাং চহিদা থাখিবা উযামদু ফজনা হৌজবল্লবদি অদুবু ষণ লোইবশিংনা ইঙা ইঙেলগী ষণ থাদোক্লদবা মতমদা উয়ুং যৈনবা চৈ পুথোকপা তনবদগী মবেপ ব্রাংনা হৌজবক্লবা হৈনৌ , কোম্লা, চম্প্রা, থৈবোং, গুলমোহব, অশোক পাম্বী, যোংচাক, নোবাপ পাম্বীশিংদুদা থৌবিনা পুক্সিন্দুনা নৈহৎতুনা মাংহনখবেদনা, ব্রা ঙাংলুবা কান্নদে , তামো । দুশমন ওইদুনা তোকই । মবম অদুনা কুমশিদি ঐসু খুদোংচাবা কযা লাকপদু লৌদনা অদুম তোক্লবনি ।"
-"পুম্নমক লেম্না ফংই হাযবগী ব্রাখন্দা নহাক্কী পামজবা মঙলান খুদিং অবেম্বদা মঙফাওনখিদবনি । অদুবু দোন্ট মাইন হন্দক্তী নযাম্সু যাওশিল্লগে । নপুগী মঙলান অমখক ইনাওখোয় ময়ামগী মতেং লৌজবগা শোখববা খুঙ্গং অসিগী অহোবা মচেৎ অমত্তং মেনশিনবা ঙম্ববা যেংশি । শে ! চিঠিশি পাদুনা য়েংউ ।" (চিঠি লৌথোক্লুনা পাহল্লী)

ক্লব সেক্রেটবিনা অচৌবীনা পামজবিবা আশাগী মঙলান অদু পাদুনা য়েংখি । অশোমদা মচিন মৌপ্পা খৎনবদা বটন কপ্পগা ফল্লদুনা লৈবি । মচেনা শাউনা পৈবদুনা লৈবি ।

মখুবা প্রকাসনা চংশিনলক্লুনঃ বটনবু থেন্নগা হায়বকই

- "ইবুংঙো কৈদৌববগে ? ইকায়দবো মীগী মমাং অসিদা নচিন নৌপ্পাবু কনানা খংনৌ হায়বগে ?"

মচেদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! শে, লুপা ১০ অসিনা কবিনো দুকান্দগী অচাপোৎ লৈবগা চামিন্নদুনা হনখবো ।"

মচেদা লুপা ১০ দু পীবমই । মচেনা মৌপ্পা বটনগী মখুদাং পাইদুনা চিংখৎলগা পুবদুনা দুকান তম্না চৎখবে ।

প্রকাস অমসুং ক্লব সেক্রেটবি বিমোলগা পুবান হৈনৌ মখোংদা চংশিন্দুনা ব্রাতানখি।

- "তামো। মসিদি য়াম্না ফবা ব্রাখলনি । মসিবু থবক ওইনা তামোনা ওম্বোকপীববদি ঐখোযগী খুঙ্গং নমদুনা চাওখৎপা হায়বদু ওইবগনি। তশেংনমক পুপুবু থৌবাং অসি খংহনবীবকপগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি ।"

- "অদুদা ইবুংঙো নযাম্বানা চিংনবিবদি ঙাংন শান্নবদা য়াদবা কাংবু খবা থোক্লক্লুনা য়েৎলক্লবদি কমদৌবা ?"

- *"এ তামো অদুগীমক্তী ননাও লৈজবি । হয়েংমক নোটিশ থোক্লুনা খুনগী* মীটিং কৌজগে । মসিদি ময়ামগী ওইবা অচৌবা চাউখৎ থৌবাং অমনি। ময়ামসু শোইদনা য়াবিবক্কনিদা । শেল মতাংদসু চেবেটি লৌবগা তামোগী মতেং পাংজগে ।"

- "অশেংবগীবো ?"

- "অশেংবগীনি তামো ।"

- "অদুদি নয়াম্বা হযেংদগী শাবদা চংগদবা মচাকশিং থৌবাং তৌবা হৌবক্লগেকো ।"

- "তৌবীবো তামো । ননাওখোয়সু বোটেসন ওইনা, ইমা ইবেল নীশাবল কাংবু কযাগা লোয়ননা পাঙ্গল মতাংদসু তেংবাঙজগে ।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে ইনাও উন্নবা । হয়েংমক মীটিং কৌদুনা নয়াম্বগী মোৎ অসি ময়াম মফমদা তাহনবীবো অদুগী মতুংদা অহল লমনশিংগা অফবা নুমিৎ অমদা যাত্রা হন্দুনা পবিং য়াৎলগা হেক্তা হৌবশি ।"

- "ও কে তামো থেঙ্ক য়ু ভেবি মচ।"
- "অদুদি হোটেলদা চা গীলাস অমমম থক্লুশি।"
- "ঙসিগী চাদি ননাওনা পীথকচগে তামো।"
- "কবিগী ?"
- "হবাওমবগী। ও!"

মখোয হৌনা নোকমিন্নদুনা হোটেল তম্না তপ্না তপ্না লাকখিবমই।

- "তামো ঐখোয পুপুগী ব্রাখলশি অঙকপনি কদায কদাযদগী মীন খন্নগদবা ব্রাখল ঙাক্তা খন্দুনা পুথোক্লকই। ঐখোয খুঙ্গং অসিগী ইনাকখুনা শেঞ্জাও পাইবা কযানা তৌবদা ঙম্নদ্রবা থবক কযা পাংথোক্কুনা উৎখবে। লোইননা অমুকসু অনৌবা শাংশাব অমা খুঙ্গং অসিদা থম্লীংবগী ব্রাখল চেল্লী। মসিদা তামোখোযনা পুপুগী মঙলানবু মঙফাওনবা হোৎনবি। মচা অমা ওইবগী থৌদাং পাংথোক্কুনা কযাদা লাইবক ফখ্রবা খুঙ্গংনো।

তামোখোযগুবা লিংজেল মান্নবা পূকচেল চাওথোকপা তুংগী ব্রাখল থম্বীবা শুপ্নগী ৪/৫ লৈবাক অসিদা লৈবক্লবদি তশেংনা স্নাগী লৈবাক মণিপুব হাযবদু শোযদনা ওইহনবা ঙমগনি। অশেংবা।"

- "ইনাওনা পংথা থাগৎপীবে।"
- "থাগৎচবা নৎচদে তামো। মযেক্লা তাবনি। ঙসিগী সংসাব অসিদা মশাগী ওইজবা ফংনবা খক্তনি তান্নবিবা। হাযজবিবা ঐহাকশুনি তামো। অশুক যাম্না চাউখৎলবা যুক অসিদা মহৈ মহৈ ওনশিন্দুনা হাৎনবক্লিবা পুম্নমক কৎথোকপা ঙম্নদবদগীনি। মপানা মচা, মচানা মপা, পুম্নমক শাগী ব্রাখল চেলক্লবনি। পুম্নমক তামোসু উবিবিবা নৎত্রনে ?"
- "হোয! অদুবুদি নযাম্বসু উাবদা।"
- "মবম অদুনা তামো ঐদি পুপুবু ননাও বিমোলনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।"
- "ইনাও! হৌজিক হান্না থাগৎপীখিগনু। থবক ওইনা হান্না পাযখৎনবা হোৎনখিশি।"
- "তামো। থবক্লীদি অবাযবনি। পূকচেল শেংনা লূচিংবীনবা খুঙ্গং অসিদা লৈতবনি।"

- "যাবে ইনাও। ৱাশি হযেং অমুক শান্নবশি। হোটেল মমাংদা নযাম্বনা৷ যেংনিংদবা মীওই খবা লৈবে।"

- "এ তামো অবিকপা মখোযগী মমাংদনিনে ননাওনা শানিংলিবশে। পৈশানা নমথীনা পাইবগা শিকি দান তৌনিংদবা মখোযনা শেমখিবা লম্বীনি ঙসি ইচল, ইচে, ইমা, ইবেল কযানা নোংজুথা লাকপদা ফি তাখৎতুনা খুৎনা শেন্দল খোঙুপ পাইদুনা বস ষ্টেন তান্না থোক্লবিবা। পনবদা ইকাযজববা ৱাফম্নি তামে।"

- "যাবেনে ইবুংঙো। মীনা তাবগা ঐনা ইনশিন্দুনা ঙাংহনলিবোয নীংলগনি।"

- "তামো অসিদা নত্তে যাম্না লৈবিবা জাৎনি। খোইদৌ চাক্ল চাক্লবা।"

- "যাবে ইনাও হোটেল মনুং চংলক্লবনিনা তুমিন্না ফম্নশি।"

হোটেল মপুনা হংলকই -"ক বি চাশিগে ইবুংঙো ?"

- বিমোলনা খুম্লকই, "পাবুং চা অনীগা চাননবা প্লেট অনীগা।"

- হোটেল মপুনা হাযবকই, "ইবুংঙো চানবদি কবি তৌহল্লকউগে ?"

"ওমলেট, চানা, মোটব, আলু চোক, কোবিগী সবজি।"

- প্রকাসতা ওনশিন্দুনা বিমোলনা হংলকই, "তামো কবি চাশিগে ?"

নোক্লদুনা হাযবকই, "ইনাওগী অপাম্বা।"

বিমোলনা হোটেল মপুদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "পাবুং ওমলেট অনী চা অনী।"

হোটেল মপুনা থৌদাখি, হোটেল বোযদা ওন্সিন্দুনা হাযবমই- "হায ইবুংঙো বামু চা অনীগা ওমলেট প্লেট অনীগা পুথোক্লকউ। জলদি।"

অতৈ অহল খবসু চা থক্লবা লেংশিল্লকই।

প্রকাসনা চা থক্লুনা লৈবম্বা উবকপদা অহনশিংনা ঙক্লদুনা হংলকই -

- "ইবুংঙো প্রকাস।"

- "পাবুং।"

- "থাজখিবেদা ইচানা ঙসি চা থক্লম্বশিদি।"

"অহোয পাবুং। ঙসিদি ইনাও বিমোলনা পুশিন্দুনা ফম্লিল্লিবনি।"

বিমোলনা চা থক্লা থক্লা ৱা হৌদোক্লকই -

- "খুবাখোয় হযেং মীটিংদা খবা লাকপীযুকো ।"

মীটিংগী ব্রাফম তাবদা অহলশিংনা ইঙক ঙক্লদুনা হংনবকই -

- "ইবুংঙো কনা কৈদৌনবা য়াওবগী মীটিংনো ?"

প্রকাসতা হ্যাযফেৎ যেংলম্লগা বিমোলনা খুম্লকই -

- "অকুবা ব্রাফমগী নত্তে। চাউখৎ থৌবাংগী ব্রাফম্নি।"

- "কবম্বা চাউখৎ থৌবাংগী ব্রাফমোনে ইবুংঙো ?"

- "হন্দক মবক অসিবু সবকাবগী মাযকৈদগী শেঙ্হংকা কায়থবকপা লৈববো চাক চানখোকশিনে।"

- "খুবা সবকাবগী মাযকৈদগী নৎচদে, ঐখোয তামো প্রকাসনা পুবান হৈনৌ মখোঙ অসি অহল লমন, অঙাং অপীকপা যাওনা পুম্নমক্কী ওইবা পোথাশঙ হৈকোল লৈকোল শান্নবুং পার্ক ওম্প্লোকহঞ্জনিংবগী মঙলান ময়াম্না য়াবিববদি শেমগৎচগে হায়জবি । অদুগীনি ।"

- "ও: অদুদি যাম্না লায়বক ফবা খুঙ্গং অসিগী চাউখৎ থৌবাং অমনি । লাক্কে লাক্কে ইবুংঙো নুংঙাযবেদা তাবদা, পাংথোক্কদবনি মীটিং ময়ামসু শোয়দনা যানবক্কনি ।"

- "ঐখোয়দি মঙ ফাওবা মঙলুদে ইবুংঙো য়াম্না ফবা ব্রাফম্নি । তৌশি তৌশি ।"

- "অদুনি খুবা। হৈনৌ মখোংশি ইপা ইপু কয়াগী শেংলবা লাযফম হায়বদু ওইহনবদা ময়ামগী অয়াবা অমা চংই। মবম অদুনা অফবা থবক্তি থীম্বা পামজদদুনা হয়েংশিমক মীটিং অসি তৌশি হাযজবনি।"

- "য়াইযে ইবুংঙো তৌশি। ব্রাফম অসি ময়ামসু শোযদনা যান্নবক্কনি । থেংনা তৌবোযশিকো ইবুংঙো।"

চা থকপা লোয়বদুনা প্রকাস হৌগৎলগা হোটেল মপুদা হংলকই -

- "পাবুং অহনশিংগীসু যাওনা কয়া তাববগে ?"

বিমোলনা চা থকপা লোইদনা হৌগৎলদুনা হাযবকই -

- "তামো ননাও তৌজগে ?"

প্রকাসনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবগা হায়বকই -

- "নহাক্কী চাদো অমুক্তা লোয়না থকখো ।"

- "তামোসিদি ঐনা পীগে হায়বগা ।"

অহল অমনা হায়বকই -

"ইবুংঙো পীথ্রবদি পীখবে । হয়েং অমুক নঙনা হেক পীথক্লো অদু ওইববদি ববাবব ওইবে ।"

ময়াম ঙাংনবিঙে লুপা ৫০ চৎপী নোট অমা শৎতোক্লুনা পীবমই। দুকান্দাবনা অহল অহুম মখোয অনীগী চা অমদি লম্লেটকী পৈশা ককহৌবগা লুপা ১০ হন্দোক্লকই। মদু ফুবিৎখাউদা হাপচিল্লগা হায়বকই-

"মপান্দা ঙাযবল্লগে।"

প্রকাস মপান্দা হেক থোকখিবগা যুঙাওবা কাংলুপ অমা হাযবং তুংবঙ চঙশিল্লকই । মদু উবদা গীলাসতু চা থকপা লোইদনা থনম্লগা মপান থোকখবে।

চা থক্লস্না অহনশিংসু মখোযগী মনম মহাদু হৈনদবনা ঙাযহাক ফমদুনা ব্রাবী ব্রাতায শানগদবদু শাবমদনা হৌগৎলগা হোটেল মেনেজব মনাক যৌবকই। অহল অমনা হোটেল মপুদা হংলকই -

- "ইবুংঙো ঐখোয়গীদি কযা তাবে ?"

হোটেল মপুনা পাউখুম্লকই - "য়াবে।"

মখোয় মশেল য়েংনবগা ঙক্লদুনা অমুক হংলকই -

- "ঐখোয়দি চা খক্তনি থক্লীবা ।"

অমুকশু খুম্লকই - "য়াবে, ইবুংঙো প্রকাসনা হয়েংগী য়াওনা পীবম্লে ।"

মখোয় মশেল ইঙক ঙক্লা য়েংনবগা হায়নবকই -

- "বোঙ্কুশা হয়েংসু ঐখোয় লেংঙকখিবা তাবিনে হা ।"

ময়াম পুন্না নোক্লা নোক্লা মপান থোকখবে ।

- "ইনথোক্লা পুকচেল চাওথোকখবেদকো হে ফৌজি ভায় পুন্সি নুংশাংবা পীনবা ওইয়ু ।"

অহনশিংনা ঙাংনবদু তাহৌবা যুঙাওবশিংনা মখোয় মশেন য়েংনবগা হায়নবকই -"অঙকপা অহন ঙাক্তনি । শিফায় খোংতেকপশিবু পুন্সিয়ু ককানা মঙ্গোল আশির্ব্বাদ পীবি । কবি ব্রাখন্দগীবু আশির্ব্বাদ পীবিবনো খংহৌদবেনে।"

অমনা হোটেল মপুদা যেংলগা হায়বকই -"হে অহল ! ঐখোয়গীসু কবিনো চান থক্লবদু পুবকউদনা অশুম ইহাং হাংনা ফমদুন লৈবে ।"

হোটেল মপুনা হান্না হংলকই - "ইবুংঙোখোযনা অপাম্বদু হায়বীবক্তবনা লৈবা ওইবমগনি । কবি পুজবকউ হায়বগে ?"

মখোল কল্লপ্লা অমনা হায়বকই -"অঙৌবা অতাউবা লৈতবো ? মদু প্লেট অচৌবা অপাকপা অমদা লুপা ২০ গী হাপ্লগা চামচ মঙাদংগা তিল্লৌ মোবোক অতেকপাগা পুথোকপীবকউ ।"

হোটেল মপুনা খুল্লকই -" ইনাওশা শা যেনদি হোটেল অসিদা তৌজদে চনা, আলুচোক, কোবী থমচেৎকী সর্বজি, মটব, সবজিগা মসিদা যেংবীবা তাবে । কবম্না পুজবকউ হাযবগে ?"

যুঙাওবা অমনা শাথোংবা যাওবমদবা অদুদা থম্মোয চাক্লদুনা হৌগৎলগা মযামদা হাযবকই - "ভাই ঐদি ধাবে লেংখৎচবল্লগে থেঙ্ক য়ু ।"

মযাম্না মখুৎ পাইদুনা ফমথহল্লগা নাকন্দগী অঙাংবা বটল লিক্লি অমা লোন্না লৌথোক্তুনা থল্লমই।

অমনা হোটেল মপুগী মনাক্তা তুমিন্না চংশিন্দুনা হাযবমই - "পাবুং ব্রাবৌবীগনু ঐখোয মচিৎ খবা যাওবক্লিবশি শৎ লোইশিল্লগা তুমিন্না চৎচখিগে । চনাদু লুপা ২০ গী প্লেট অনী থোক্লা খাইদোকপীবগা চামচ ৫ দংগা তিল্লৌ চনম লৈবগদি মোবোক অতেকপা খবদগা পুথোকহনবীবকউ। ব্রাবৌবীবা যাদবে পাবুং ।

হোটেল মপুনা হোটেল বোযদা থৌদাবকই -"ইবুংঙো চনা প্লেট অনী চামচ মঙা তিল্লৌগা মোবোক অতেকপা খবগা পুথোক্লকউ ।"

হোটেল বোয়না খুল্লকই - "অহোয় পাবুং ।"

পুথোক্তুনা পীবগা মচি অমদা ফল্লদুনা থকপা হৌখি ।

লিক্লীগী গীলাস অদু খবা ব্রাংলপ ব্রাংলপ্না পীবদুনা চিংলিঙৈ মতমদা অহন ওইবী অমা অনী চা থকপা চঙলকই। খোঙ হেক কানশিনবগা মমানা পোকচৈদগী নম্লক্লবা মহিদুগী মনম অদু নাতোন্দা হেক ফংবগা মনাতোন মেল্লদুনা ওগে তৌবগা হায়বকই - "উম ! মনমশিদি ?"

অহল অমনসু হায়বকই -"উমা কবি মনমনো ইস্থোক্রা নমথীখবেদকো। থকে লাম্পর্শাশদি হন্দোকদৌবি ওক ।"

হোটেল মপুনা চংশিল্লক্লুনা হায়বকই -"ইবুংঙোখোয লোয়শিল্লশি নিশাবন পার্টি লাক্লে।"

বোটল মনিংদা খবা লৈবদু থাঙ্গৎতুনা চিংশিল্লগা চনাশিং অদু চখোম চখোম হুকচিলদুনা চাশিল্লম্মী। অমনা পৈশা পীবল্লগা মখোয মঙা হাযবং হাযবং স্কুটব ষ্টার্ট তৌবগা থৌবদুনা চৎখ্রে ।

অউবা মখৈনা ঙাংনহৌই -"ইশ ! থেংঙমগনিদা।"

"মখোযশি মযূম যৌগদবা মান্দে । কবি লমদগীনোনে শক্তাথিশিং চসিবু।"

অমনা হুমই -"সহবদগীনি লৌশাল খোম্না লাক্লীবা।"

"ঐখোয নিশাবন্দশিংদুবু কৈদৌহৌবনো খংদে অসিগুম্বা চোইঙাওশি ফাদুনা এক কোকখোক্লগা পাদোকখিগে হাযদ্রদুনা তুমিন্ন লৈনে ।"

"নোংমা ফাদোক ঐখোযনা ব্লাকবগী পার্টি মচা অমা তৌবদি মৈবা পাইদুনা লুমদুনা যেংলগা লৈনৈ । ফত্তেবো ঐখোয নিশাবন্দ পার্টিশি ভাই বোন্ধুগী থবক তৌই ।"

মখোয হায়বদু নিশাবন অহল অমনা তাবদুনা খুল্লকই - "ইবুংঙো যুগী মনমদি খঙই নখোযগী অঙাংবগী মনমদি খংদেনে অদুনন । হযেং মখৈ ফংলগনি। নমাখোয ফাবগে তুমিন্না লৈবো ঙসিগীদি ।"

অহন অমদি মপুক পাইদুনা ঙাইহাক ফম্লুবগা ফবক্লদুনা হৌগৎলগা হায়বকই

- "ইবুংঙো বোবাজাও নঙগী দুকানশি কযাম কুইনা ফম্লীংঙি হাযযু ? কযাবক শুবে ঐখোয়না থাদোকপীবিবা নহাক খবদি হেনমনলবনিকো হাযবীগে ?"

দুকান্দানা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "ইবোক , ইনে ঐগী দুকান্দা যোনবা নত্তেযে মখোয়না থক্লগা লাকচবনি । মফমদগী ।

- "মফম কদায়দা ?"

- "কনানা খংগনি অদুদি ঐসু নোংঙানবদগী হোটেল অসিদগী মপান থোক্তবনিনা খংজদে ।"

- "অদু অদা খংদে মতুং মনাও অসিগুম্বা হবকৎ তৌহনগনুকো হন্দকমুক ফাববনি নঙগী দুকান মযাম চংদনা শিদোকহনগদৌবিবনি ।"

- "ইবোক চা ঈংলে । মতুং মনাও তৌজববোয়গে । ইনে চা ইংম্রগনি চানবনা কবি ?"

চান থক্লবগী ৱাফম মনম হেক লাকপদা শাবম্বা থম্মোয তেথখিবা খংহৌদে মখোংনা তপ্না কানশিন্দুনা চা মনাক্তা ফমথবগা হাযবকই -

- "ফনা হায শাবনি ইবুংঙো নঙগী দুকানশিদি ঐখোয় অহল লমনশিংগী থকফম চাফম পোত্থাফম ওইবিবনি । মবম অদুনা মখোয নহাবোলগী অদু অদাগা খক শম্লাকগনু ।"

- "ঐশুনে মী লল্লী ঙসিদি হাযদুনা ঙাযহাক ফমহনলুবনি । মদুদা হৈনখিদ্রবশিংগা যেমৌনবা কাংলুপকা হেক হকথেংননা থোকখবে। মতুং মনাও তৌহঞ্জবোয ইবোক, ইনে, চা থকপীবো, চনা ঈংখবে।"

ময়াম্মা হৌনা নোকমিন্নবগা হাযবকই -

- "নঙনে নভ হায়বিগে খুউ শেঞ্জৌকো । নিশাবন্দসু ঐখোযনি , মৈবা পাযবীসু ঐখোয়নি ।"

*****

# কুনমাথোই শুবা পন্দুপ

নাল্লবা জয়াগী কানি । সান্তিবালাবু লাইবিক তশ্লীবি । মখুৎ পাইদুনা ইববা মতুংদা মহাক্ মথন্তা অমুক ইহন্দুনা হযেং থোক্কদবা হেন বাইটিং গীদমক জয়ানা তশ্লীবি ।

মপান্দা প্রকাস অমসুং মবুং অহন কিবন গা দিল্লি চৎনবগী শেম শাদুনা বেকশিং পুথোক্কুনা থৌবাং লোয়বে । চৎলমদাযগী মতম ওইবক্লবদা পীক্লিবী মচানুপী সান্তিবালাবু উনিংবদগী জযাগী কাদা চংলকই । চংলকপগা মচানুপীবু কৌবদুনা হাযবকই -

- "ইচাতোম্বী গুড মোবনিং, পাপা নপু দিল্লিদা লৈবদো অদুগী মনাক্তা চৎলুখিগে মবম অদুনা নঙগী মামী জযাগা খৎনদনা নুংশিননা হাযবা ইনবী অমা ওইনা পবিক্ষা ফজনা থাদুনা লৈমিন্নবম্মুকো ।"

- "পাপা ঐসু লাক্কে ।"

মচাবু নুংশিনা পম্বীবগা মঙক হাযবদুনা থেমজিল্লগা হায়বকই -

- "নো নঙ অঙাং ওইমল্লি । হযেং খবা চাওবক্লবা মতমদা পাপানা শোযদনা পুবিগনিকো ও কে ।"

- "ও কে পাপা ।"

- "ভেবি গুড মাই চাইল্ড ।"

জয়াদা ওনশিল্লদুনা মুন্না যেংলগা শীন্নবকই -

- "জযা ! নহাক্কী নফমদা ঐগী মবাযবক থীববী ইচাতোম্বী অসি শিন্নজবল্লি । মহাক্কী পীক্লীবা অঙাংনিনা থকশি খাশি নায়দনা হায়বকপা তাববসু অঙাংনি খন্না ঙাকপীয়ু ।"

মচাদা ওনশিল্লগা খঙহৌদনা তাবকখিবা পীবাং লোন্না তৈথোক্লমই । অদুগা মচাগী মকোক্তা নাম্থবীবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা লৈহৌবোকো নওগী মাম্মিগা ,বাই ।"
- "পাপা বাই ।"

চৎলগে হায়দুনা মমায় লৈথোকখ্রবা মতুংদা জয়ানা নাশোন্না প্রকাসতা হায়বকই -

- "হয়েং হল্লকপদা ঐগী কবি লৈবীবক্কদৌবিবনো ?"

প্রকাস নোক্লগা হায়বকই -

- "কবি পোৎনা হাযবোদনা ।"
- "শাডী ।"
- "কবি মচু ?"
- "ফজগদবা অমা ।"
- "ও কে ।"

মচাদা ওনশিন্দুনা মচাবু পমখৎলমই অদুগা মপান থোক্লকই । গাডি মনাক যৌবদা মনেম মকুদা খুকমদুনা হৌগৎলি । মকুনা হাযবকই -

- "মাঙ্গোল ওইবকউ । ব্রা অতৈদি নবায়দা শিন্নখ্রবনি।"

মচাবু নুংশিনা মখজায অনীদা চুপ্লীবগা হাযবকই -

- "ইবেম্মা মামীগা লৈবম্মুকো ।"

জযাদা শিন্নবম্মী । জযানা সান্তিবালাবু পন্নগা গাডীদা কাখৎখ্রবা মপা প্রকাসতা মখুৎ হাযদুনা টা টা তৌহল্লম্মী । মকু মনেম্না হাযবকই -

- "নখোয হেক যৌবগা ফোন তৌবকপা কাওগনুকো।"
- "অহোয পাবুং ।"

বেনুনা মবুংদা হাযবকই -

- "তামো ঐগী খোংগ্রাও ফুবিৎ লৈবকপা কাওগনিকো ।"

গাডীনা মখোয়না তোংগদবা বস মনাক ফাওবা থীল্লক্লমই । গাড়ীদগী বসতা পোৎ চৈশিং অদু হাপচিল্লমই অদুগা গাডী যুমদা হনখবে । কিবন অমসুং প্রকাস বস মনুংদা দিল্লী চৎননবা কাখৎতুনা ফম্লগা লৈহৌবে।

মকুবোক কুনবিবনা হাযবকই -

- "নখোয় হেক য়ৌবগা ফোন তৌবকাদি কাউগনুকো ।

প্রকাসনা খুন্নকই -

- "পাবুং শোয়দনা তৌজবক্কে ।"

বেনুনা মতৈদা হায়বকই -

- "ইতৈ ! পৈশা হেল্লগদি ঐগী সাইজ নং ৩০ নি খবা লৈবীবকউকো।"

মমানা মচানুপীদা মুন্না য়েংলগা হায়বকই -

- "কবি কান্নবা । হৈবাংঙিগৈদা হেক যুবাংঙদনা, তপকদবা ওইববদি ঙবাংনা নবুংদা শেগা মাযগা তান্নগে হায়দে শক্তাশিদি ।"

মচানুপীনা মমাগ ব্রাহৈদু তাবদা লৈবক্লবোয় হাযদুনা চিংনবমই মবমদুনা অমুক হন্না হাযবকই -

- "ইতৈ কো ! পৈশা লিক্লবসু দিল্লি পুপুদগী লৌবগা লৈবীবকউ ।"

মতৈনা নোক্লগা খুন্নকই -

- "হোয় লৈবীবক্কে । পৈশা কোন্নগনিদা ।"

- "থেঙ্ক যু ইতৈ ।"

বস পার্কিং ফাওবা থিন্দোক্লবা মকুবোক অমসুং বেনুসু তোংলদুনা যাওখিবমই। জয়ানা কাজল পল্লদুনা মখুৎ হায়বগা লৈহৌ । মনেমবোক্লা মশুগী মতৌ য়েংলগা হাযবকই -

- "চৎখবে নঙগী পাপা । নঙবু হুন্দোকপীবল্লগা কমদৌনি ?"

মশুনা জযাদা চেৎনা কোন্দুনা নপশিনলগা হায়বকই -

- "ঐখোয মাম্মি লৈহৌবিশিদি ।"

মবোক্লা মশুগী মখাজায় অনীদু মখুৎনা চিংখোক্লগা লক্লবদুনা হায়বকই

- "চৎখবে চৎলো নুংশিদবনা খাবে । পবিক্ষা হেক লোযবগা লব্রায়দা থীনদোকস্রগদবনি। মবোক্লী মনাক্তা নোংমত্তা চংলক্তে ।"

জয়ানা সান্তীবালাদা ইনশিনলদুনা হায়বকই -

- "চৎপিবোয় ইবোক নুংশিবী হায়য়ু ।"

সান্তীবালা জয়ানা হায়বগুম্না মবোক্তা হায়বকই -

- "চৎপিবোয় ইবোক নুংশিবী।"

মবোক্না মখা তানা হায়বকই -

- "অদুবু নখোয় মামি থাজবদা নঙসু তুংইন ষণ ওইগদৌবিবনি ।"

জযানা ইনশিনলদুনা হায়বকই -

- "ওইবিবোয় ।"

সান্তীবালা জযানা হায়বগুম্না হায়বকই -

- "ওইবিবোয ইবোক নুংশিবী।"

মশুগী নুংশিববা ব্রাহ্মৈশিং তাবদা পেঞ্জববা থম্মোয চংশিল্লক্লগা হায়বকই

- "মসি তেনব্রাদৌনা ঙাংবা তম্বীববনিনা যাম্না হৈবে । থোঙ্গৎলকউ ঙসিদি ঐ পোথোক্কে । ঐগী মশু নুংশিবীসি ।"

অহানবদা যানিংদবা মওংদা মখোং কাওবল্লবসু জযানা থোল্লগা হায়বকই

- "কবিনো নবোক্না পোবীগে হায়বনে শে ঙাযহাক্তুং শগোন্দৌনা তোংথোকউ । ঐসু থবক খব তৌশিল্লুগে।"

য়ানিংদ্রবসু য়ানিংদা জযানা হায়বক্লবনিনা মবোক্কী নঙ্গলদা কোলহল্লগা ফি হাপকৎতুনা নাহোং শাদুনা মশুবু পোদুনা লৈহৌবে । জযা মাগী কাদা হঞ্জিল্লকই ।

চাইবম্না ফম্মুং, লাইবিকশিং লোয়শিন লোযশিন্না পুক্লীংদা মকমাগী চেক্না য়েখিবা ব্রাহ্মৈ খবা খঙনিং নীংশিংলকই - "নখোয মামি থাজবদা নঙসু তুংইন ষণ ওইগদৌবিবনি"

ব্রাহ্মৈ অসিমক থম্মোয়দা তিংখঙগুম্না যুননবা ওইখবে । মথন্তা খঞ্জবা হৌবকই - "অচুম্বনি । কাজলবু কাহেন্না নুংশিফম থোক্কে । হৌজিক ঐহাক লৈশাবীনি নৌজবিবী খোইমু কনাসু নাপ্পদা ঙংলদ্রিবী, লৈনা লক্তা লোৎতুনা পোমজবিবী।"

ঐ নিঙোলনি, নিঙোল ওইবীদি মপামদা কুইনা লৈবোয়, নোংমদি শোযদনা নুংশিববা ইমা, পাবুং তামো ইনম্মা লোয়ননা ঐবু মাগী মামিনি খঞ্জবিবী কাজলনি। মখোয় পুম্নমক থাদোক্লল্লগা চৎখিবা তাবনি । মতমদুদা পীক্লীবী মহাক্না কবি খনগনি ।

ও' ঐদি ঙহান মখৈ খম্থকদ্রে । ঐহাক লৈখিদ্রবী ইতে অনিতা ঠেগা শকফম মান্নে হায়দুনা ঐবু মহাক্কী মামিনি হায়দুনা থাজহনখিবনি ঐহাক অদুবু মহাক্কী মদোমচানি । ঐদি লৈশাবীনি, নিংঙোল ওইবী ।"

মীৎলুদগী পিবাংনা থুমহৎলবা মিৎম্না অনীনা উপায লৈতনা, লমদম তাম্না উববা থোংনাউদগী হাংলবা মালংদা তপ্না য়েংথোক্লকই ।

তাবমদায় নুমিৎনা লোইবী চীংযাং নপখিবন্নে। অদুবু ৱাংলবা দল্লানগী মথোলশিংদগী পীক্লবা অঙাংশিংনদি মখল মতুগী তেলঙ্গা পাইদুনা ৱাংবা তান্নবি। হাংলবা অতিযাম মন্দোলদা মশা খপ্না পাইবিবা পোম্বী চেক্লাগুম পবেং পবেং লেপ্পুনা ।

খংহৌদে মতম অদুদা ৱাংনা পাইজবম্বা তেলঙ্গা অমদা অঙাওবা তেলঙ্গা অমনা পাইশিল্লক্নুনা লৌশিন্নখিবদগী মপুনা চিংদুনা লেথোক্লবা হোৎনবদা পুলিবা লংলাদু অশোম্বা মফম যাওবমদুনা তৎলগা য়ানিংদা যানিংদা হায়না হায়না মিৎমাংদগী মালং ঈপোমদা উনা উনা তামখবে । উপায লৈজদ্রবা মপুনা মথন্দা খোইশাউনা লাওবদুনা দল্লান মথক্তা লৈহৌবি ।

মসিনি ঐগী পুন্সিসু জযা মথন্তা শোঞ্জে। নুংশিদবা পুন্সি, খংহৌদে হৌখিবা। ঙবাংতা ওইববোই নিংঙি মেট্রিক পবিক্ষা, বি এ. পবিক্ষা, এম.এ. পবিক্ষা মথং মথং ! মবকসিদা কযাদা অহোংবা লাকখ্রবা !

মতমদুদা মমা ললিতা না কৌবকই -

- "ইবেম্মা ! ইশুতোম্বীশে তুমথখ্রে । তুম্ফম খবা শেম্বীবম্মু ।"

জযা মমা খঙহন্নীংদবনা খুদক্তা শিম্থবম্বা পীবাং তৈথোকই । চাইথোক্লম্বা কাজলগী লাইবিকশিং লোযশিল্লি। চাইথোক্নুনা লৈবম্বা ফিবোল থুপচিন্দুনা কাজলগী তুম্ফম শেম্বীখি ।

মমানা মশু পুবদুনা ঈশৈ ঙংলগা মশুনুপী শুন্নবা চংলকই-

" মবম ওকপী ইশুশে

মবোক্কী নঙ্গন্দা নুংঙাইবে

তপ্না তপ্না তুমথখবে

নুংশিদবা য়েংঙুশে মশুসনা

লাইধি মচা মাল্লদনা

নুংঙাযনা তুমখুন তানখবে

ঐগী ইশু মানি

ঐগী ইশু মবমওকপীনি

হোয হোয ও আ ”

জযানা শেম্নীববা ফমুংদুদা তপ্পা থম্লগা হাযবকই -“ইমাযপেম্মা হকষ্রেকো ইশুশে। মোন্দু খবা ব্রাংমল্লে। মখাদা থম্নীবা ফিদু লৌথোকউ। হো, যাবে।”

ফৈজুপ খবা চিংখৎপীবগা মশুগী মতৌ যেংলকই। মশুনুপী সান্তীবালানা নুংঙাইনা পোথাবা উবগা মোমোন নোকচবমই অদুগা মচানুপী জযাদা মহাক্কী পবিক্ষাগী মবমদা হংলকই -“মাগী পবিক্ষানা কমদৌবিবা ?”

মচানুপী জযানা সান্তীবালাদা হাযফেৎ যেংলুবগা মাগী পাউখুম পীবকই - “মেথস তা খবা শোনগদবা মাল্লি । অতৈদি যাগনি ।”

মখা তানা হংলকই -“হযেংনা কবি থোক্লিবা?”

জযানা খুম্লকই -“হযেংদি হেন্দ বাইটিংগা বাইম গা থোকই ।”

মমানা মখা তানা হাযবকই -“অদুদি হৈববা ?”

জযানা খুম্লকই -“হৈবে যাবনি ।”

মশুগী মপাউ তাবদা মপূক্লীং পেঞ্জববা মবোক্লা মখা তানা হাযবকই - - “খবা হোৎনবীবা তাবে ইবেম্মা। মবাযবক থীববী ইশুনি। মমাদু লৈজবম্লবদি কযাদা হবাওজগদবা । ঐগী ইচাদো অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা ইশুগী শওং শাদা খোই খোইবা শম্লাং পাবপ তৌববা তঙাংলবা চিনবান , ব্রাঙাং ব্রাতা মমাদুগী ফিভম চপ চানা হঞ্জিল্লকই । কাওবগে হাযদুনা ফনা যাম্না হোৎনবনি অদুবু ঙমদে । ঐগী ইচাদো ।”

ঙাযহাক নাশোন্না শোল্লুববা মতুংদা মিৎলুদগী পিবাংনা পুংলুপ লুপখবে । পিবাং অদু তৈথোক তৈথোক্লা হায়বকই -“ইবেম্মা নচেমক্লি খন্না শেবা তৌবিগদবনিকো ইশুশে ।”

মালংগী মাপ তাহনবা যাদে । মহাক্কী লমন লৈহৌদুনা হল্লক্কীবনি। থাহেদু শাযবল্লগা লৈখোক তৈথোক্লা কাদুদাগী মপান থোকখিবমই । জযা চিংদা হৌজ্রনা পুম্নি থাবীশং তপ্লা তপ্লা নীংশিংলকপগুম তৌবকই ।
পবা কাদুনা খুমজিন্দুনা থল্লববা লাযবিক অমুক হাংদোক্লুবদা চেনা মশিং ফাওবা খঙনা নীংশিংলকপগুম তৌবক্লী। পৃক্লীংনা থাখলগী চেনা মথং মথং হাংদোক্লকপগুম্লা ।

পবিক্ষা মযাদা মচেগী মনাক্তা চংদুনা মকওইবা ক্কেসন খবগী পাউখুম তাকপীযু হাযদুনা হংলুবদা মচেনা মুন্না যেংলগা হাযবকপদো -
"লাক্লববা পবিক্ষানা হযেংদা ঙাযশিল্লক্লবা মতমসিদা ডিষ্টব তৌবা । লৈযো শান্নদুনা অঙাং মচাদৌনা, লুদো, মাববল, সট্রং, কৈ যেন, তেলঙ্গা, পাইকখোও ঙগী তেলঙ্গা গুমটিদো থংনা পাইবনি অতিযাদা ।"

"লাকপীগনু ইনাঙা ঐগীসু হযেংতা ঙাযবে । তাকপদা লৌদবা, তম্বদা হৈববোইদবা অঙাং চৎলো যেংনিংদে নশক্তো ।"

কযাদা চুমথুবা থাফম্লো ইচেগী । এম এ ফাওবা তম্লবা হোৎনবদা কনা কনাগী মতেং লৌখিবা । নুংশিদবা পুন্সি । উনা উনা , খঙনা খঙনা চৎখিকো মতম, হল্লকউ যাদ্রবা নঙগী ঈচেলদা তাওথদুনা । ঙসিতা খঙলকই মতমগী মমল ।

*****

## কুন্নিথোই শুবা পন্দুপ

কুনবিব মহাক্কী দুকান্দা খবব পাবদুনা লৈবি। মতমদুদা মহাক্কী মকপ সুবেন্দব সিংহ থবক অমা চৎলুবগী হল্লকপদা গাডীদগী কুমথবদুনা মহাক্কী ডাইভবগা চংশিনলকই। কুনবিবগী মশক হেক উবগা মখুৎ থাঙ্গৎলদুনা সলাম কোৎলগা হাযবকই - "সশিবিকালজী ! মৈং অন্দব আ শক্তা হূং। কি গল হৈ? ইতনা মট পডিযেজী। কুনবিবনা খবব পাবা লেপ্পগা যেংথোক্লকপদা অদুঙৈগী মকপ সুবেন্দব সিংহ ওইবল্লে। মদুদা নোক্লদুনা পাউখুল্লকই।"

- "সশিবিকাল, সশিবিকালজী ! আইযেজী। আজ কৈশা আনা হুৱা। অপনা তসবিব বকখিযে।"

- "ধৈনাবাদ ধৈন্যবাদ।"

লাকমিন্নবা ড্রাইভব অদুদা যেংলগা হাযবকই -

- "লেংশিনবীয়ু ইবুংঙো।"

নীপা অদুনা খুল্লকই -

- "থেঙ্ক যু পাবুং।"

কুনবিব মহাক্কী মকপতা যেংহলগা হায়বকই -

- "কিয়া খাযেংগে দোস ?"

- "ধৈন্যবাদ। য়াজেবে।"

- "মদু যাবোয, য়াহাং হোতো কুশনা কুশ খানা হি পবেগা চল বতাইএ।"

- "থন্দা যা গবম খাতা- মিঠা কুশ ভী বোলিযে।"

মখুৎ হায়বদুনা খুল্লকই -

- "বস বস।"

বহনে দিজিয়ে মৈং খানা খাকব আয়া হূং।

- "অচ্ছা। অপনা দোস্কী দুকানমেং আয়া ঔব চাই তক নহিং পীয়েগা ?"
কুনবীবগী ব্রাহৈদুদা হাবদ্রবা যাদ্রদুনা হায়বকই -
"অচ্ছা চৎলো লাল চাই।"
ঙক্লদুনা য়েংলগা হাযবকই -
"কিযোং লাল চাই ?"
- "চাখাওগী লাযনা লৈবে মকপ অদুননি।" নোক্লগা পাউখুম পীবকই।
কুনবীবনা অঙাং অমা কৌবগা হাযবকই -
- "ইবুংঙো চান্নবা প্লেট অমগা লাল চায অনীগা পুবকউ।"
"অহোয পাবুং লৌজকগে।" অঙাং অদুনা খুন্নকই।
অঙাংদু চা লৌবা চৎখবে। মখোয ব্রাবী মখা চত্থবকই। সুবেন্দ্রব নোক্লদুনা হাযবকই -
"কুইবেকো মকপ ইবান্নী উন্নবক্তবা।"
কুনবীবশু নোক্লদুনা পাউখুন্নকই -
- "অহোয কুইবে। অপটব ফাইভ যাব বোমগী মতুংদনি।"
সুবেন্দ্রব - "মতমদো মহাক্তি পোকহৌদ্রি।"
কুনবীবনা নোক্লদুনা খুন্নকই -
- "অহোয। হৌজিক্তি যাদবে। মচু শঙ শঙদুনা অবেম্বদা পৈশা খবচ তৌদুনা লৈবে।"
সুবেন্দ্রব - "অঙাংশিংদি কমদৌবি ? নশুনা কযা শুববা ?"
কুনবীবনা নোক্লদুনা পাউখুন্নকই -
- "ইশু মবিবোমদমক ঙাইবিদা, অহনগী অনী যাইমগী অমা মবক্কী অমা অদুগা ইচানুপী অনী শুবগী ইশু অমগা।"
সুবেন্দ্রব মচানুপী পল্লকপা অদুদা ঙক্লদুনা হংলকই -
- "কবিগীনো নচানুপী অহনগীদি পন্দনা যাইমগী পল্লক্কীবদি ?"
কুনবীব সিংহ খংহৌদনা মাযথোং ফিজি লাংই মক লুকতবপ তৌনা খুন্নকই -

- "অহনগীদি ময়ুমদা লৈজবনি ইচানুপী য়াইমা ।"
- "হায়বদি ? জয়া ?"
- "নত্তে মচে অনিতাগী মচানুপী অমা ঐখোযদা থল্লী অদুদা হায়জখিবনি ।"

অনিতা পনবদা ঙক্লদুনা হংলকই -

- "অনিতা হায়বদি লাইবিক যাম্না ফবীদো ।"
- "অহোয় মহাক্কীনি।"
- "মাগী লুহোংবদি কবি লমদা ?"
- "মণিপুবদনি ।"
- "কবি জাৎ ।"
- "মৈতৈ ।"
- "কন্দীসন কমদৌই ?"
- "মযায ওইবা ইমুংনি। ফৌজি ।"
- "ফবে ফবে । ফৌজি ভাই ।"

মতমদুদা চা পুবক্তুনা যম্পাক্তা থমই ।

কুনবীবনা চাদু মকপ্তা পাবদুনা হাযবকই - "শে লৌশিনবীয়ু ।"

ড্রাইভব মদুদসু পাবদুনা হাযবকই - "ইবুংঙো, শে ।"

ড্রাইভব - "থেঙ্ক যু পাবুং ।"

চা, পীববা মতুংদা হাযবকই -

- " হৌজিকপু কদাযদা লৈবিবিবগে ?"
- "থাঙ্গাল বজাবদা লৈবে।"

মদু তাবদা ইঙক ঙক্লা হাযদোক্লকই -

- "ও ! অদুদি যাম্না নক্লা ইম্ফাল মনুংদা !"
- "পঞ্জাপকী লমদুদি কমদৌবল্লে ?"
- "ঐগী ইনাওশিংদা পীথোক্লল্লে। মফমদুদা মখোয় মনিং তম্না লৈহৌবে।"
- "অঙাংশিংদি ?"
- "ইচা অহন্না দিল্লিদা মাগী থবক্লা যাদদুনা লৈহৌবে।"

"ও ! মথংদি ?"

"মথংনা শিল্লাদা পেষ্টিং তাবে হায়দুনা লৈহৌবে।"

"ডোক্তৰ তল্লী হায়দুদি ?"

"মাগনি হৌজিক লৈমিন্নবিবশি অদুগা মচন নুপীগা মমাগা ঐগা মবোক ম্রশোনবীগা মবুবোক্তী হাকুম লৈখিদবে।"

"ও ! নুংঙাযতেদা পাউসিদি ? মতৌ কবম্না লৈখিদবনো পাবুংদি ?"

"অহন লায়ননি। ঐসু যেংবা যাবা অচৌবা হোসপিটাল কয়াদা পুদুনা য়েংবনি অদুবু ঙমখিদে।"

"হোয মীওইবগী পুন্সি চেংজেলনা লোইশিনলক্লবদা কনানবুদি কনবা ঙমগনি।"

ইমাসু শোন্দুনা লৈবীবনি। ঙসি মকুপকী ইনাক্তা লাকচবিবা মঙলান [illegible]মক মঙফাওনহনবীযু ঐগী নুংশিজববা ইমাংদা ফল্লবা মকুপকী মফমদগী [illegible]। ওইনা নীজবা লাকচবিবনি। ৱাফম অসিদংদি খেৎতোকপীগনুকো মকুপ!

ঙসি হযেং খংদনা শোন্দুনতা লৈববী ইমা অশোনবীনি মহাক্কী মঙলান [illegible]নদর্গদ মঙফওনহনবীযু। লৈনবীবা মকুপ অসিদগী ঙাযশেন ওইন্দুনা হেন্না [illegible] মকুপ ওইনা হিংমিন্নশি। ভক্তী কচ্চবি মকুপ।

হাযফম তৌকম খংদ্রবা কুনবীব সিংহ ইঙক ঙক্লা মকুপগী মতৌদু [illegible]ংঙুবগা মমৈ থংদা তবাম্না ওক্লদুনা পাউখুম্লকই -

"অবে মকুপ ! অদুম্না তৌবীগনু লেংখৎপীযু মেনতানা ৱাবি শাখিশি। "মেবা [illegible]ংপশে বিলকুল মঞ্জুব হৈ ! লবকাভি লিখা পবা, ঔব ডাক্তব ! ইতনা খুস [illegible]ক ইস কলি যুকমেং নাহ ভি অপনা দোসকা পুত্র ! ইশে ভব কব খুসি বাট [illegible] কহাং মিলেগা। মেবা মনতো আজ হি মেবা বেতিকা বিযা (বিভাহ) কবনে কে লি এ তৈযাবি হুং। য়হ মেবা ৱাদা হৈ।"

নোক্লদুনা সুবেন্দ্র সিংহনা হায়বকই -

"অবতো য়হ সাদি পক্কা সমঝুং।"

মখুৎ শোক্লবগা হায়বকই -

"হাঁজী পক্কা সমঝিয়ে।"

হৌগৎতুনা লেঙ্গোন্নে অদুগা মণিপুরীদা হায়বকই -

- অদুদি মকপ ! মমাগা তান্নবগা জন্ম কুন্দলি (কুঠি) হয়েংমক য়েংন্নবা পুবিবক্লো অদুগা পঞ্জিনা হায়বা মতুংইনা থবক মখা চৎথবশি। মৈংভী অপনা বেটিকো সমঝা ঔংগা।”

- “জিতনা হো সক্তাহৈ ইতনা জলদি।”

- “হা ! হা ! কিয়োং লেট করে জী ! হাট ভবানে মেং।”

হবাও হবাও সুবেন্দ্র সিংহনা নোক্লদুনা হায়বকই -

- “অচছা, যাম্না নুংঙাইবজবে মকপ অদুদি নুংঙাইবা পাউ অসি পুবদুনা য়ুমদা অমুক হঞ্জখ্রগে মবোক্তা তমজকন্নবা অহোয ইমাদা তম্বীযু মকপ কুনবিবনা হবাও হবাও য়াবিবক্লে হাযদুনা।”

ব্রাবী শানা শানা থোকমিনবকই মকপ অনিমক। গাডী মনাক হেক যৌবদা লেপ্লমই। মকপ ঐদি মতিকচাবা থব্রাযনা পামজবা কৈন্যা খিবদা অব্রাবা থবক অমা ওইকববনি।

কুনবিবনা নোক্লদুনা খুন্নকই-

- “অচুম্বনি মকপ বজাবদা মীদি যাম্না চৎলি হাযববু ঐগী ওইবা মীদি লমুক্ল খিবদা থীবা যাম্না ব্রাবনি।”

- “অচুম্বনি। মকপ্না মণিপুবদা লৈখি হাযবদি ইমান্নবশিংদগী পাউ তাজববনি অদুবু থীকবদা হংলুবদা কনানাসু অশেংবা মফম তাকপিবকখিদে। ঙসিদি কদোমদগীনো ঈশ্বোবনা ইনশিনবীবক্তুনা ইমান্নবা অমগী মযুমদা অকবা থবক অমগী চৎলুবা হলকপদা পোৎ খবা লৈখিশি হাযদুনা দুকান অমা অনিদা হংলুবে যাওবমদ্রদুনা অহুম শুবা দুকান্দা অসিদা চংলকপদা নুংশিববা মকপকী দুকান ওইবন্নে। অব মৈং কোযই থীকানা নহিং। বহূট বহূট খুশ হূঁং।

নোক্লদুনা কুনবীবশু খুন্নকই -

- “যাম্না নুংঙাইজবা ব্রাফম্নী মকপ।”

- “ফবে অদুদি মকপ হযেংদু ঐ লাক্লগা লাক্লে নৎত্রগা মমাবা ইবুংঙোবা অমদা কুঠিদু যেংথেকউনবা পুহঞ্জবক্লগেকো ?”

- “যাইযে মকপ। ঐসু নুংঙাইববা পাউশে মপু মবেন্দা মমাগা তান্নবগা তমখিগদৌবিবনি।”

"অদুদি মকপ অমুক য়ৌশিঞ্জখ্রগে।"

মখুৎ শোক্লবদুনা কুনবিবনা হায়বৰ্কই -

- "অশুম লৈজহৌবে মকপ।"

গাড়ী তাপ্না থৌদুনা চৎখবে। কুনবিব দুকান মমাংদা লেপ্লদুনা য়েংলগা লৈহৌই। ঙাযহাক য়েংলুবগা মতুংদা হঞ্জিলক্লুনা ময়ুমদা টেলিফোন তৌবক্লমই।

- "হল্লো ?"

- "হল্লো পাপা নচানুপী বেনুনি।"

- "ও ইবেম্মা নমা কদায়দা চৎখি ?"

- "পাপা কৈথেলদা ইচে জয়াগা মাবকেটিং তৌবা চৎখিবনি হঞ্জিলক্লি।"

- "পুং কয়া তাবদগী থোকখিবনো ?"

- "পুং মাপন তাবদগী।"

- "ও ! অদুদি হলকপসু যাবে।"

- "ফবে হুবেল ঙাযহাক লৈবগা অমুক তৌক্লগে। ok পাপা।"

- "ওকে !"

বেনুনা খল্লি - ক বিগীনো ঐখোয পাপানা মতাংচাদনা ফোন্দা তৌবক্লিবসি। কবম্বা অকুবা পাউ লৈবদুনা মচানুপী ঐঙোন্দা ফাওবা হায়নিংদ্রিবনো !

অশোমদনা মপানা খোইদৌ চাক্লুনা পূক্লীং চবাংনবে। পূক্লীংদা খজিক্তুং ৱাবকপা মতমদা নৎত্রগা নুংঙযবকপা মতমদা মহাক্কী লোয়নবীগী মফমদা পূক্লীংগী ৱাফমশিং ফোংদোক্লুনা অফা-ফত্তা তান্নজবনি অদুবু মমা লৈবমদ্রদুনা মচানুপীনা ফোন পাইবকপশিদা। মহাক্কী পূক্লীং পোথাফম খংদবে। ঙাযহাক তুমিন্না লৈকুববা মতুংদা অমুক ফোন তৌবমই।

ফোন লাকপগী মখোল তাবদা কৈথেল চৎলুবগী হলকপদা ঙাযবিবী জযানা মপানা তৌবকপা ফোন্দু লৌখৎতুনা পাযবমই

- "হল্লো ?"

মচাগী মখোল খংবনিনা হংলকই-

- "হল্লো, ইবেম্মা জয়া নত্তবো ?"

- "মানি পাবুং।"
- "নমাদি ?"
- "ইমাদি মাগী কাদা কৈথেল চৎলুবা হুলকপগী মফি হোংদোক্লমগনি।"
- "নহাক অমুক্তা কৌবকউ।"
- "অহোয় পাবুং।"

কুনবিব মপাউ তম্নীংবনা অশোমদা ঙাযদুনা লৈবি। অশোমদা জয়ানা মমা কৌবা মমাগী কাদা চংলকই -

- "ইমা পাবুংগী ফোন ?"

মফি থুপচিন্দুনা লৈবিবী মমানা কবি অমতা নাচুংবা লৈতনা তপ্লবা শোবদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা মমা ফি লোইশিল্লি। হুবে কোন্না তৌবকউ হাযযু।"

জয়ানা খোইশাওন্না মমাদা হায়বল্লগা চৎখি।

- "অসিনা হুবেন্দী ঐঙোন্দা মীৱা তাহনগদবগী তৌবিবনি।"

মমানা মচাদা য়েংবা তৌদনা ঙাংদুনা লৈহৌই।

- "কান চাদনা ফোন্দা পংতৌদা তৌবকই। মসিনা থাগী বিল থীবমদাযদদি ঐখোযদা তাইন্নবক্কনি।"

মচানুপী জয়ানা চংশিন্দুনা ফোন পাইখৎলগা হাযবকই -

- "পাপা ইমা ফি লোইশিল্লি। কবি পাউ লৈবগে ঐঙোন্দা হাযবিবকপা য়াবোইদবো ?"

কুনবিব সিংহ পাউ অদু হকথেংন্না হাযবদি পামদবনা হায়বকই -

- "অকুবা পাউ নত্তেদা ! নমা নচানা বজাব চৎলুবগী মবম খংনিংদুনা অশুম হংবনি। কবি ইঙ্গাং থোংগদৌবিবগে নমা নচানা ঙসি মাবকেটিং তৌবা চৎলুবদি?"
- "পাপানা চানিংই হাযবা ইঙ্গাং-যোংচাক, পাল, থাঞ্জিং, ইলিশা কেজী অনি ইমানা য়াদদুনা লৈশিলকই।"

কুনবিব সিংহ মচাগী নুংশিববা ৱাহৈ তাবদা পেল্লদুনা নোক্লগা হায়বকই-

- "ব্রা ! বেতি। ব্রা, ভেবি গুৎ। থেং য়ু, নমা-নচা অনিমক ঙসিদি দুকান্দগী খবা ঙন্না হুলকপা তাবি।"

"পাপা পুজবিদি কনানা ওইহনগদৌবিবা ?'

মপানা হৌনা নোক্লগা খুন্নকই -

- "ঙসিদি ইচানা থোংবা চানিংঙি ও-কে !"

- "ও-কে পাপা।"

- "অদুদি থন্নগে হাওনা থোংলম্মুকো।"

- "অহোয় পাপা।"

ফোন থমখিবদা ঙায়বি। মমা মতুং লেপ্পুনা লৈবর্মই।

মমানা ফোন থাঙ্গৎপা মতমদদি অবেম্বা তাখবে। জযাদা ওনন্দিুনা হংলকই -

- "কবি অকুবা পাউ হায়বকপগে ?"

মচানুপীনা খুন্নকই -

- "ইমাগা ঐখোয় অনিনা বজাব চৎলুবগী মবমদা চুম্না অশুম হংলকপনি।"

মখাতানা হংলকই-

- "অতৈদি ?"

মচানুপীনা মমাদা মুন্না য়েংলগা খুন্নকই ?

- "ঙসিনা ঐনা পুজাবি ওইযু হায়বকই।"

মমানা পৈবদুনা হায়বকই -

- "অদুদনি ঐনা টেলিফোন কাশে লাক্তনা লংথোক্লিংলিবশে। কবি ইঙ্গাং থোংই পুজবি নঙ ওইযু, অদু ওইযু, হাযদুনা নুপানা চাকখুম পান্নবশে শাওনিংখ্রে। টেলিফোনগী ভেলু মশক খংদে পৈশাশে উদা ব্রাদা পান্দুনা লৈবগুর্মই।"

- "মমানা শাওনা ঙাং ঙাংদুনা থোক্লকপদা মচানুপী বেনু, সান্তিবালা স্কুলদগী লৌকদুনা হল্লকই।"

সান্তিবালা উবদা শাউবম্বা মবোক্কী শক্তম হবাওবগী মাযথোংদা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "ইশু ম্না হলক্লে। মবম ওকপী হলক্লে ইশ ! ব্রাবম্না তাবে।"

ইমুং চঙলকপগা হংলকই -

- "ইবোক মামিদি ?"

মবোক্না খুমই -

- "লৈবনি মফি হোংলমগনি।"

মফি হোংবা হায়বা ব্রাফমদুদা খংনিংদুনা অমুক হংলকই-

- "কদায চৎলুবগীনো ইবোক ফি হোংলিবদুবো ?"

মশুদা নোক্লদুনা মখজাযদা চুপ্পীবগা খুন্নকই -

- "ইশুগা পুপুগনা পামজবা পানগা থাংজিংগা ঙা ইলিশাগা লৈরুবনে বজাবদগী। ইঞ্জাং হাওমনদবে হাযদুনা !"

- "অদুদি ইবোক ইঞ্জাং হাওগনিকো ?"

মঙক নোম্নদুনা খুন্নকই -

- "উম হাওগনি। নঙগী মামীনা পুজাবিশু ওইগনি।"

মবোক্না মফি মবোল লৌথোকপীবিঙৈ মন্দোমচানা শঙ্গোম পুথোক্লকই অদুগা হাযবকই -

- "ইচনবী নঙগী মামি চাকথোক্লনবা ইকজহৌবে। নবোক্না লৈবোকো ঐসু নঙ মামিগী মতেং খবা পাংশিনলুখিগে। শঙ্গোম টেবল মথক অসিদা থনমকলবনি।"

মামিনা চাক থোংন্নবা ইকজহৌবে হাযবা তাবদা সানিতবালানা হাযবকই-

- "অদুদি ঐসু ইঞ্জাং শেন্নবদা মতেং পাংবীগে ?"

মবোক্না খুন্নকই -

- "উম নখুৎ শোক্লবা ! লাকওশে ইবোক তমপাক্তা ফন্নগা শঙ্গোম অদু থক্তোলো। অদুগনে পোথোক্কে।

চংশিন্দুনা মবোক মতম্বাক্তা ফন্নদুনা শঙ্গোম অদু থক্লমই অদুগা হায়বকই

- "ইবোক ঐসু হৈগনিযে নখোয় য়োংচাক মকু য়োংখোংনা খোং খোং খোংপদো ?"

মবোক্না য়ানিংদনা শুক্তোক্লদুনা খুন্নকই -

- "নখুৎতা অমোংপা মচু চুগনিযে। ইশুগী খুৎশাদি তনৌ তনৌবিবনি। হয়েং চাউবগা ডোক্তব ওইহগদৌবিবনি। ডোক্তবদি কৈদৌই খংববা ?"

- "খংদে।"

- "অদুদি ঐ হায়গে মুন্না তাওকো।"

- "উম তাগে হায়বিয়ো।"

আনে' অনাবা ময়াম অমা ডাক্তব শঙ (হোসপিটালদা) লৈবদু নঙ উবববা ?

- "উদ্রি।"

লৈবনি, মখোং তেকপা, মমিৎ তাংবা, মনা পঙবা, মবুক্তা নাবে নাবে হাযবা, মকোক চিকই হায়বা কয়া অমা পুক্তা নুঙ লৈবা পলকপদা খংনিঙদুনা হংলকই -

- "ইবোক ঐখোয় পুক্তাসু নুঙ লৈববো ?"

মবোক্না মঙক নোম্নদুনা খুন্নকই -

- "উম লৈ হায় ঐসু উদবি।"

- "কয়াম চাউবা ?"

মখুৎ খুদোশ্নীগী মতোন্দু উৎলদুনা হায়বকই-

- "অশুকতং পীকপা।"

- "ইবোক মামি ইকজবা লোয়বন্নগনিযে চৎলশি মনাক্তা।"

মশুনুপীবু খেমজিনলদুনা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ইশুদি মবম ওকপনি কোন্না পীগে ঙায়হাক্তা তুমিনা লৈশি। নবোকশু ডোক্তবগী ব্রাবী তৌবদা কোক্বাশে ঙাওবি ঙাওবি তৌবক্লে। হৌগৎলু ঙায়হাক্তা চৌকি অসিদা ফন্নম্মু নবোক ঙসায় লৈবকখিবা ইশুগী কোন্না অচৌবদু লৌখোক্লখিগে।"

- "সান্তিবালানা হৌগৎতুনা চৌক্রিদা ফমই।"

মবোক্না উপু মনুংদগী কমলা অমুনবা অমা লৌথোক্লদুনা পুবক্লগা মশুনুপীদা পীবমই।

- "শে ইশু স্না নঙগীনি হাযদুনা ইবোক্না লৈবীবকপনি।"

মশুনুপীনা হবাওনা লৌবমই। মবোক্না মতমদুদা ফাগী ওইনা হাযবকই

- "কোন্না পীবগী থেক্ক যু হাযদুনা ইবোক্বী খজাযশিদা চুপ্লীববোযদবো। নঙবু মামিদদি ঙাযহাক লৈতনা চুপথোপীবদাযনে।"

মশুনুপীনা নোক্লগা কোন্না মকু খোকই অদুগা খুন্নকই -

- "নঙদি হনুবে!"

মবোক্না মশুবু চেন্না কোন্দুনা মশুগী মখজায অনিদা শৎ শৎ চুপ্লীবগা হাযবকই -

- "মসিদা মখাজায অনিশি চাথোক্লগে শক্তা মচাশে! মবোকপু নুংশিদেনে মবোক অশুক যাম্না নহা ওইজবিবশিবু হনুবে ককাইনা হেক্তা হাযদোক্লকই। নপুবোক্লদি ঙাযহাক লৈতনা ফোন তৌবক্লীবা তমশিদা। লাকও শে পোথোককে ঙাযহাক্কং। পবিক্লাদনা কমদৌবক্লীবা নকশিনলুদবনিনা খংদবে।"

- "অযুক্তদি পোবীগনু। অশুম লৈজগে।"

ইঙক ঙক্লা চাগদবগুম যেংলগা হাযবকই -

- "অদুদি চৎলো নঙগী পুপুদা ফোন তৌকচো!"

- "কবি হাযগদৌবিবনো?"

- "কবি হাযগনি। পুপু নহাক্কী চানিংবা ইঞ্জাংদু ঐগী মামিনা থোংলি হাযবগা লোযবেদনা।"

মশু মবেল টেলিফোন কাদা চংলক্তুনা মশুদা ফোন পাইখৎহল্লী মবোক্লা ফোন নম্বব নম্বীদুনা মপুবোক্তা যোন তৌহলমই।

- "হলো পুপু গুদ মোবনিং নহাক্কী চানিংবা ইঞ্জাংদো ঐখোয মামিনা থোংবা হৌবদা ঙাযবি।"

মবুবোক্লা মশুনুপীগী নুংশিববা খোঞ্জেল তাবদা হৌনা নোক্লগা হাযবকই।

- "গুদ মোবনিং। নঙবু পবিক্ষা কবম তৌবম্বগে ?"

- "পুপু! মামিনা তাকপীবা মখৈ লোয়না তৌবম্মি।"

"ও! ফবে ফবে অদুদি।"

মবোক্কা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নবুবোক্তা ইবোক্তা ফোন য়াম্মা তৌনিংঙিবদু কবিগীনো হাযনা হংঙু।"

সান্তিবালা ফোন্দা হাযবমই -

- "পুপু!"

- "হাওনে!"

"আনে নঙনে ইবোক্তা ফোন য়াম্মা তৌনিংঙিবদু কবিগীনোয়ে।"

মশুনুপীগী শ্বাই লাওবা ৱাহং অদু তাবদা মনাক্তা ইনশিন্দুনা হাযহনবা অমা লৈবমগনি খংলদুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নঙগী ননাক্তা কনা লৈ ?"

মশুনুপীনা মবোক্তা মুন্না যেংলগা হাযবকই -

"ইবোক লৈযে কবিগীনো ?"

পুক্লীংদা চিংনবম্বা কোকখবে, নোক্লদুনা হাযবকই -

"অদুদি ইশুতোম্বী, নবোক্তো ফোন অমুক্তা পাইহল্লকউ নবোক্তা পাউ অমতা হায়গে।"

মশুনুপীনা নবোক্তা ফোন পীবদুনা হাযবকই -

- "ইবোক শে! পুপুনা ফোন পাইহল্লকউ হাযবকই।"

মবোক্কা মশুদগী ফোন লৌদুনা পাইবমই অদুগা হায়বকই"

- "কবিনো ঙসিদি ফোন্দা পুক্লীং যাম্না লুপ্পীখবে বিল কাযবগীবো ?"

কুনবীবনা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "বিলনা বিলগী থোকপা ঐগী ৱাশি হান্না তাখো।"

- "কবি ৱানো ?"

- "নচানুপী জয়াদো ঙসি ঐগী মকপ সুবেন্দ্র সিংহ লাক্কুনা মচানুপা ডোক্তব প্রেমান্দা সিংহগী ওইনা পীনবীবো হায়বকই।"

- "অদুদা নঙনা কবি খুমখিবগে ?"

- "কবি হায়গনি মকপ্নী।"

- "ইমাদো অহল লায়না ওইনা লৈবকপা কুইবেযে। মহাক্না কন্না শোন্দুনা লৈবদুদা লাকপনি য়াববদি য়াম্না থুনা হোংনবা তৌশি মহাক লৈবিঙেদা মমা খোয়সু তান্নবীবম্মু কুঠি হয়েং থীঞ্জবক্কে ফাওবা হায়বকই। "কমদৌশিগে ?'

- "মশাদা হান্না হংখিশি। মমাংগী খোঙফগুম্না চোপ্পা নঙদনবা।"

- "অদুবুদি চুমই। অদুবু মমা ! হৌজিক্কী মতমদা অফবা পূক্নীংনা থাজবা মতিকচাবা মীওই অমা ফংবা হায়বশি ৱাগনি। য়াবগদি নঙনা মমা কৌবনি থেমদুনা নৌদুনা তুংগী ৱাবী কয়া লিবীদুনা হন্দক্কী খোংফম অসিমদি নাম্ভোকখিদনবা হোৎনশি।"

ঙায়হাক খম্ভক্কবগা ললিতা খুমফম থংখিদে। অৱাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্ভুক্কবগা হায়বকই -

- "থংদেনে হুজিক কানগী নহাবোলশিনা মপা-মমাগী ৱাফমদা হে তোংদুনা লৈবশিদা।"

- "মদু য়াবোয় মমা থেম্মু যান্নবা। পুন্সি হায়বশি ফাগী নত্তে। খোংফম অমা লান্না থাংখিবদা পুন্সিদুমা মাঙগদৌবিবনি। অঙাং মখোযনা কবি থংগে। মশক্না চাবা যাবা জাৎ নত্তে। লমচৎ ফজবা মতিচাবা মীওই অমদা থাজখিবদা মহাক্কী অমাংবা নত্তে। ঐদি যাথোকপ্রবনিকো হয়েং কুঠি পুদুনা পাঞ্জিগী মনাক্তা চৎলুগদৌবিবনি।"

- "য়াগনি যাবোযসু খঙদনা কুঠিগী ৱাফমকা পুশিনলক্নিবশিবু।"

ললিতাগী ৱা তাবদা খবা শাউবপ্না হায়বকই -

- "ৱা অতৈ ঙাংবা দবকাব লৈতে। মহাক ঐগী ইচানি মপা ঐনা চাউনবা যোক্লকখিবা। নহাক্না মমানি যান্নবা থেম্মু যাদ্রগা য়াদবগী থবক তৌবা তাবনি। ওকে।"

ফোন থমখবে। ললিতাসু উপায লৈতনা তপ্না ফোন থমই। মবোক্কী নুংঙায়তবা মওংদু উবদা মশুনুপীনা তপ্না হংলকই -

- "ইবোক পুপুগা কবি হায়বকলিবনো ?"

মশুনুপীবু মুন্না য়েংলগা মমৈ থংদা মিৎলু পিবাং ইবা হৌ লৎলবা ব্রাহৈনা পাউখুম পীবকই -

- "ইবেম্মা কবিশু হায়দে !"

মবোক্কী মিৎলুদা শিঙ্গুবক্লীবা মপিদু মাগী ফিজিদুনা তৈথোকপীবমই। মহাক্কা খোকপা কোন্না অদু মশুং অনি লৌথোক্লগা মবোক্তা পীবদুনা হায়বকই-

- "ইবোক শে কোন্না ইনবীবকে।"

মবোক্লা মঙক হায়বগা খুন্নকই -

- "ইবেম্মা নঙ চাজবো ইবোক চানিংদে।"

মখা তানা মবোক্তা হায়বকই -

- "ইবোক কোন্নাশি মামিগা ইন্দোমচাগদসু পীকগেদো।"

মবোক্লা যাম্না লুন্নবা ব্রাহৈদা খুন্নকই -

- "উম ! পীকচো।"

সান্তিবালা কোন্নাদু পুবদুনা জয়া অমসুং বেনুগী মনাক্তা চেন্দুনা লাক্লমই অদুগা হায়বকই -

- "ইন্দোচা শে কোন্না ?"

বেনুনা ময়া কাথোক্লগা হায়বকই -

- "ইলকউ ! ঙা শেন্নী।"

সান্তিবালানা মশুং অহুম শেৎতোক্কুনা বেনুদা ইনবীবমই।"

মতুংদা চাক থোংদুনা লৈবিবী জয়াগী মনাক্তা লেপ্লগা হাযবকই -

- "মামি শে কোন্না ইনবিবক্কে। হ্য কাথোক্লকউ।"

জয়ানা হায়বকই -

- "ইবেম্মা চাকখুমদা পুজাবিনা চাক থোংলিঙৈ চাববদিনে মাংএ মবম অদুনা মামিগী শকক্তো নঙগী লায়বিক খাউ মনুংদা থম্লমউ অদুগা লাকউ। খংলবা?"

সান্তিবালানা মঙক নোম্লগা খুন্নকই -

- "হোয় !"

কোন্না পুদুনা চেনখবে। অদুগা মাগী খাউদা মহাক্কী শরুক খবা লৌথোক্তুনা চাবগা মন্দোমচাগী পাউখোললোয ওইনা চাকশঙদা লৈখি।

মবোক লালিতাদি লুন্নবা ব্রাফম অদু পুবদুনা মহাক্কী ফম্মুংদা হঞ্জিলক্তুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈখি।শুক লুববা ব্রাফম অসি কবম্না ফেংদোক্লশিগে অপোকপী মমা অমনি হাযদুনা ! হাযদ্রবসু নুপানি কল্লী ঙমই হাযদুনা মখোযগী হৌনবী মীনুংশি খংদবা পুকচেলদা ফুগে চৈগে হায়দুনা চহিনা অশুক লৈশিলবা মতমশিদা ইজৎ যাওদনা তৌবক্কনি।

কবিগুম্বা ঐনা হাযবদা মপা মমাগী শাগৈগী ইজৎ যেংদুনা যাবকপা তাবগনা ঐগী পীক্কীবী ইশু সান্তিবালাগী পুন্সিনা কবম্না কনাগী মফমদা শিন্নদুনা লৈহৌগদৌবিবা ?

ফোন লাকপগী মখোল তাবকপদা তপ্না হৌগৎতুনা চঙশিলি। ফোন থাঙ্কৎতুনা হংই -

- "কনা ওইবীববনো ?"

- "মমা, ঐনি। নপুবোযবা।"

- "ও ! কবি তাকপীগদবা ?"

- "নচানুপা অহনগা নমাক প্রকাসকা দিল্লি চৎখিবদু ঙসি অযুক পুং ৫ তাবদা থুংলে অদুগা মখোয মমান্নবা অতৈ উনগদবনে মবোক মবুবোক্কী মনাক্তা চংলক্কদবনে চৎখিবা থবক্তু লোযশিনলক্তবসু যাদবনিনা যামদ্রবদা হপ্তা অনিবোমদি লৈবকপা যাই হাযদুনা হাযবকপনি। অতৈ থোইদোকপা ব্রাফমদি লৈতে। ফোন থমলে।"

- "অহোয।"

ফোন থম্লগা তপ্না তপ্না থোক্লকই চানিং থক্লিংলম্বা পুম্নমক ব্রাখলনা নুংঙাযদ্রবদা অবাম-খৌবাংবা পুম্নমক মাংখবে পোক্তবে পুম্নমক খিবে। তপ্না ফম্মুং কাখৎতুনা হিপ্পী ব্রাখল মওল মওল খনবা হৌবকই।

ব্রাখলনা তবং যালংদা খনফম খন্দনা তাউদুনা লৈবম্বদগী নীন্দ্রা দেবী ইমাগী শাথেক শাহুম্না খজিক্তং ফংলবদা বজাব চৎলুবগী খবা ব্রাবনে ব্রাখলনা নুংঙাযতবনে। নুংঙাইতবা অনিগী মবক্তা নীংঙাযবা লৈতনা পোত্থাদুনা তুমথখবে। অঙকপা মঙলানগী দুনিযানি মীওইবগী সমাজদা কবিগুম্বা মতমদা

তুংদা থোক্লবা থৌদোক কযাবুসু উহনবা ঙমই। মসিনা পোত্থবসু ওইল্লি ঙাযহাক্তুংগী তাইবঙদা ৱাখলবু। কবিগুম্না মতমদা তাওনবা তাইবঙগী মণ্ডলানসু লাক্তবা নত্তে।

শাবী শানৌ কযাগী তেংথানফম ওইবিবা তাইবঙ মণ্ডলানচানি ঙাযহাক্কী। অশঙবা মচুগী নাল্লবা বেন অমা থোঙ্গালদা খাল্লগা অঙাংশিংনা চেপ্থোক্লখিবা ললিতানা মাগী কাদগী উবমই।

কনা লাকপনো হাযদুনা ললিতানা থোংনাউদগী মপানগী ইবাং যেংলুবদা। অহল ওইববা অহল ওইববী মনেম মকু গাডীদগী কুমথবদুনা মশুশিংগা চংমিন্নবকপা উবমই। মখোযগী মতুংদা প্রকাস অমসুং কিবনসু বেক অমমম পাইবদুনা মশুনুপী সান্ত্বীবলানা মমাং থাবদুনা চেলক্লগা মবোক ললিতাদা পাউ অসি হাযবা চেলক্লমই -

- "ইবোক ঐখোয দিল্লীগী পুপুগা ইবোক্কা লাকএ। থোক্লকও লাকও ওক্লশি।"

মবোক্কা মশুবু পল্লদুনা হংলকই-

"নপাগা মামাহনগদি যাওবক্তবো ?"

- "যাওবকএ মযাম অমা লৌথহৌবি। ইমুং যৌশিলক্লবদা ললিতানা চংশিন্দুনা মনেম মকুগী মখোঙ শোক্লা খুকমজবমই।"

অহল অনিনসু নোম্থদুনা মকোক্তা নাম্থুবীবগা অশিবর্বদ পীবকই -

- "জিতে বহো বহু।"

- "জিতে বহো বেটা।"

মবোক্লা খোন কলপ্লা কৌবদুনা হাযবকই -

- "বেটা কুনবিব সিংহ ! কহাং হৈ উসকো বুলাওতো মৈং উনকো গালি দেনে আযা হুং।"

মশুনুপী বেনুনা খুল্লকই -

- "ইবোক দুকান্দগী হলক্তিযে।"

- "আনেদো। উসনে অপনা বেটিকো বিনা হমকো পুছে বতাএ অপনা মন মবজি কবকে উনকে দোসকো গায বকডি জৈশা হাঁ কবকে অহন ঐখোয লৈবিঙে মাগী কুশি তৌবা যাবোয। হোংবা থাজবা তাববসু ইচা শাক্লবা প্রকাসতা থাজগনি মবাযবক থীহৌববী ইশু মচা সান্তিবালা যেংলগা মঙোন্দা

থেমদুনা থাজগদবনি। ঐহাক মহাক্কী মকপ মশক খদে। ডোক্তব লাক ওইশনু ইঞ্জিনিয়ব লিশিং পাস তৌশনু হৌজিক্কী মতমদা ইশা মক নক্তনা কনাবুসু ঐ থাজবা গুমদে। গুসিমক মন্দিব চৎতুনা মহাক্কীদমক লাংশিনলিবা অউনপোৎ ময়ামশিগা চপ চানা অওং-অউল তমদুনা লুহোংবীগনি।"

মগুনুপী বেনুদা ওনশিলগা থৌদাবদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নচে জয়াদি কদায়দা লৈ। চৎলু নবোক্লা অকবা ব্বা অমতা শান্নশি লাকখো হায়য়ু।"

বেনু চেন্দুনা মচেবু কৌবা চৎখ্রি। মবোক্তী শাউবা হৃষ্টদি। মপুবোয়বগী মফমদা পৈবপ্নযেংলগা হাযবকই -

- "মপা নওদি হায়কনো উয়ুংনিনা অদুম য়ুংদুনা লৈবিয়ু।"

মপুবোয়বনা হায়বকই -

- "থিঙেন্দা তাইনবা গুমজদ্রগা নচিখোংদা তাইনবা হৌবক্লববা। হৌবো, হৌবো ! মখা তানিংবা তাবকউ খদাংদো চোক্লবদি।"

- "কান্নদবদা খবা ঙাংলবদি য়াববদুবু যাবিদা নুংশি কাদুনা হেক পোমখৎত্রিবা ফাওবা ঙাংঙু। লেপ্পুনুকো লেপ্পুনু।"

- "কবিগী লেপ্পুনি লাকখিশনো নচানুপা তুমিন অঙাওবদো মমা ঐনা থীক তৌগে।"

জয়া মবোক মবুকো উবদা প্রনাম তৌদুনা হায়বকই -

- "খুকমজবি ইবোক ইবুবোক।"

- "অয়ু ভাব্রাও পুন্সি নুংশাংবা ওইয়ু ইশু ইবেম্মা। ঈংলবা ব্রাহৈনা তঙাংলবা চিম্বান্দগী তপ্না হংলকই।"

- "ইবোক নুমিৎ কয়ানি লৈখিগদৌবিবনো ?"

মবোক্লা মগুগী মকোক্তা নান্থীবদুনা নুংশিনা থেন্নদুনা হায়বকই -

- "খংদেনে ইবেম্মা ! নুমিৎ কযানি লৈখিগদবনো ? মাংগী লম্বীনি নকশিনলক তুংগী লম্বীনা শাংহৌববা মতম অসিদা ইশুগী মথৌ মঙম পাংথোক্লনা ঈংনা তপ্না অবোয়বা খোংচৎতা হনখ্রগে হায়দুনা নপুগা খন্নবগা লাক্লিবনি।"

মতমদুদা মমৌনা হৌগৎলদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা লাকও ! নবোক্কা নবুবোক্কশে লমশাং লাকপদা ৱাবল্লগনি শঙ্গোম গীলাস অমমতং শেম্নীকশি।"

মচনদা ওনশিনলুদনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নবোকা ৱাবী শাবম্মু ঐ নবোক নবুবোক্কী শঙ্গোম লোনবীকখিগে।"

মনেম্না ওনশিনলদুনা ললিতাদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা তৌকব্বগনু তুম্বা ঙম্নবোয় অদুগী শকক নপুবোয়বদো ইমা বাবা দিল্লিদগী হৌজি থুংলবে নঙগী দুকান্দু কনাদনো শিন্নবল্লগা খবা থুনা যুমদা যৌবক্লবা তৌবকওয়ু।"

মমৌনুপী ললিতানা খুন্নকই -

- "অহোয় ইমা !"

ললিতা চৎখবে। মকুশু ফম্নম্বদগী হৌগৎলদুনা হায়বকই -

- "ঐশু অহিং তুম্নক্তবনবা কবিনো হকচাংশি খিকম-খিকম তৌই। দলান মথক্তা নুংশা খজিক্তা যাইকখিগে।"

মবুবোকশু চৎখবে। জয়া অমসুং মবোক আন্দী ৱাবীশান্নদুনা লৈহৌই।

- "ইবেম্মা ৱাখল মুন্না খল্লুকো ঙসি নবোক্লা হায়গদৌবিবা ৱাফমশে। মীওইবগী পুক্নি কনানা তম্বা ঙমগনি। ঙবাংতা নচে লুহোংখিবতা ঙায়বি পীক্লিবা মচা সান্তীবলাবু হুন্দোক পীবল্লগা তাইবঙপানবগী লুম্নবা পোৎলুমশে মপুবোয়বা প্রকাসকী মফমদা খুৎশিন্দুনা থনমলে। ঙসি নহাক্কী মশক মান্নে হায়দুনা মবোক মবুকোক্লা মহাক্কী ৱাৎলবা পলেম ইমা ইংগ্রেজিদা মামি মামি কৌদুনা ঙসি নথানুংদা শান্নদুনা মবো মকুগী য়ুমশিদা হবাও হবাও লৈঙবি। অদুবু কবিগুম্বা নঙনা মীবায়বীদুনা অতোপ্পা লমলানবা অমগী নাপ্পাগী নাচোম ওইনা হেক চৎখিবা নুমিৎতা পীক্লবা অঙাং মহাক্লা কবি ওইহৌগনি। নহাক্লনি মচাগুম পুনিংগনি অদুবু মীতোপশিং অদুনদি কৈদৌদো মীনুংশিগী মীয়েং ঐখোয় নখেযনা যেংবীবিবা অশিগুম্না যেংবীবোয় মবম অদুনা নবোক্কা নবুবোক্কা ইবানি খনবা যাবা খল্লবা মতুংদা ইশুগী পুক্নীংদা কবি খল্লীবা মীনুংশিদু লৈবমদ্রগনা ইবানি চংদুনা হায়জকব্বশি পুক্নি চেংজেনশু খজিক্তা ঙায়শিলক্লবনি। মহাক্কী মথৌশু

পাংথোকপীবন্নশি হাযবা আসাদা ঙসি মণিপুবদা থুংলবনি। ঐখোয নম হাদুনা থাযনগী মমা মপানা থাজবদুদি পামদে নঙোন্দা খঞ্জনবগী তাঞ্জা অমা নুমিৎ নিনিগী মতম পীবি। ইবেন্মা ব্রাখল কৎথোকপা হাযবশিসু চাউববা ধর্ম্ম অমনি। কবিগুন্না মতমদা কাযনবগীসু পন্থুং ওইবা মতম লাকপনিকো ফবে। নবোক লমশাং লাকপদা যাম্না চোকথবে ননাও বেনুদা ঈশি খজিক্তুং শাহ্লুনবা হাযকখিগে। ব্রাখল মুন্না খল্লু।"

মতম অদুদা সান্তীবলা হবাওনা জযাগী মনাক্তা চেনশিনলক্তুনা কোঞ্জবগা হাযবকই -

- "মামি দিল্লীদগী লাকপা পোক হৌবা পুপুনা ঐগীদমক্কী হাযদুনা ফুবিৎ ফিবোল খোংঙুপশিং লৈবীবক্লিবনি। ফজদবা যেংউ।"

জযা সান্তিবলাদা যেংনিংবগী ব্রাখল লৈতে অদুবু খুমদবা যাদ্রদুনা হাযবকই -

- "ফজৈ।"

যেংদি যেংদনা হাযবকপা ব্রাফম ওইবনা সান্তিবলানা খুন্নকই -

- "মামি নঙদি যেংশু যেংদনা শে যেংবিযো।"

জযা ফন্নবদগী হৌগৎলদুনা তৌযম খংদ্রবা পূক্লীং খোইবাং খোইশাওনা সান্তিবলাদা মখুৎ ফুবগা ইপ্লোক্লদুনা হাযবকই -

- "মসি অঙাংশে অনম যাম্না কনখবে চৎলো আদা ঙাযহাক্তা শান্নকচো।"

সান্তিবলা যাম্না পীক্লীবা অঙাং নৎত্রবনিনা মীওইবগী মিৎযেংদা মিনুংশি উবা ফংদ্রবদা মপি ইবা হৌনা মুন্না যেংলন্নগা মহাক্কী ফমুং মথক্তা কাখৎতুনা হিপ্লগা হিক্কা হিক্কা মপাবু কৌদুনা কপচখি। জযাদি মবোক্কী ব্রাফমদুদা ফুমবঙনখিবনা মহাক্কী থোংনাওবোমদা থোক্তুনা যেংলকই-

চেল্লী গাডী কযা লন্নী মথক্তা। চৎলি খোংনা মীওই কযা অমসু তুমিন্না। বিক্সা ব্রালা, ওক্তো ব্রালা, বসশিংদা তোংলিবা মীযাম্না চৎখি পন্থুংনা কদাযদা?

অবাপ্পদা উবিবা হাংলবা অতিযাদা পাইবি লৈচীলগী মপৈ মপৈনা মনিং তম্না শক্রোন হোং হোংদু কনাদসু অযেৎপা তৌদে কনানসু অথিংবা পীদে। অদুবু খংহৌদবা অঈংবা মালংগী শাহুম খজিক্তুং ফংলবদি মালেম থক্তা অমৃত

নানাগুম লাইজ ঈশিং ঈবিক ওন্দুনা ব্রা ব্রা ঝম ঝম তাগদৌবিবনি। মথন্তা হংজবকই "মশিবা ঐগী পুন্সিসু"। পামুবা মহাকসু লাকখিদবে লমদম তান্না লৈখিবনা। চিঠি কযা ইগে খনবনি অদুবু পূক্লীংনা নীংহনবকপনা ঙসি ফাওবা ইবা ঙমদনা লৈবি। থাজকবা যাবজাৎ নত্তেকো নুপা ওইবশিংশে থাপ্পবু লৈত্রবদি কাওথোকপা ঙম্বগী থম্মোয হেক্তা চেলকপা মাল্লিকো।

ঐগী এড্রেস মহাক্না নোট তৌদুনা পুখ্রিবনি। অদুবু ঙসি ফাওবা ঈশিং মনুংদা লৈতুম্না থাদবদা তুমিন্না লৈখিবগুম লৈবিবশিনদি খল্লুবদা কান্নদবে মতম খবাগী মীৎমাংদা ঐগীনি হাযদুনা লেপ্পন্বা তাবে। অমবোমদা ইবোক ইবুবোক্না সান্তীবলাগীদমক্তা পুন্সি অসি ইতৈ প্রকাসকী মফমদা কৎথোক্লুনা সেবা তৌন্নবা হাযদুনা কন্না তক্লবি। মহাক্কী থম্মোযনুংদা ঐবু নুংশিবগী কাখল অদুমক হাংনা থন্বীবমগদবা মদুসু খংদে কবন্নাসু খংগনি।

মতমদুদা মমানা কৌবকই -

"ইবেম্মা চাক লোযবে হায লাকও লাকও। ইশু তোম্বীদুনা কদাযদা চৎখ্রবনো মখোল মব্রাকা অমতা তাখিদবে মপান্দা শান্নবিবা নৎত্রগা মন্দোমচাগা লৈমিন্নবিববা খংদবে।"

সান্তিবালাগী মমিং পলকপদা খংনিং নীংশিংলক্লুনা যেংলুবদা মবোক মবুবোক্না লৈবিবকপা খোঙ্গাও ফুবিৎ অহনবদু শেৎলদুনা মাগী তুমফমদা মমাযনা উপশিনলদুনা তুন্নমবা উবদা পূক্লীংদা খঙহৌদনা নুংশিবগী ইহৌ অমা হৌবক্লুনা মিৎলুদগী পিবাং শিন্থবকখি। মীৎলুগী পিবাংনা লুপ্পবা মাযথোংনা কবিশু খংজদ্রীবী সান্তিবালাগী মাযথোংদা মুন্না যেংলগা পূক্লীংনা খনবা হৌবকই-

- "পাবুং ইমানা মবোল অমা মশক মশাশু খংদবা ডোক্তব অমদা থাজগনি হাযদুনা ঙবাং কুঠি যেংবা হৌখবে।"

মতম অসিদা লৌগদবা ঐগী ফিবেপ্পা কবিনো। অসিবা মীওইবগী হায়বদো কদোমদনো ঐগী পম্বুংনা !

ঙাযহাক খল্লুববা মতুংদা সান্তীবলাবু তপ্পা হৌদোকপীবদুনা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ! সান্তিবালাসে হৌগৎলশি চাক লোযবে।"

- "তপ্পা হৌগৎপীবদুনা পন্নগা সান্তীবলাবু পুথোক্লকই। মবোক্না মাগী কাদগী থোক্লকপদা উবমই।"

সান্তিবালানা তুম্না তুম্না পুথোক্লপদুদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! কবিগীনো মানা মতম কায়না তুন্নিবদি ?"

জয়া খুন্নমদনা চাকশঙদা চংখিবমই। মমানা য়েংদুনা লৈহৌবমই। চাকশঙদা চংলক্লুনা মনাও বেনুদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা মহাক্কী হান্না পুখম মচাদুদা থীবগা পীবকও তুমথোকখবে। অশুম ইনবীবগে।"

মনাও বেনুনা শাউনা হাযবকই -

- "নুংশিদবনা খাবেকো ! মদু ময়ুমদা থীন্দোকপবা কবি তৌখবো। কবি কন্নাবা, মীগী মচাদুবু অসিদা থন্নীবনো। তোনানজাও ওইনা তৌবদনা।"

জয়া ব্রাহৈশিংদু তাবদা মঙোন্দা চৈবগুম থোকই। মথন্তা খঞ্জবকই -

- "ঐনা কবিগুম্বা সান্তিবালাবু হন্দোক্তুনা চংশ্লবদি মহাকপু কন্না য়েংশিনবীগনি। ইমা ফংই নোংমা নোংমগী শোঞ্জীলক্কনি। কবিগুম্বা খুঙ্গগী মপুনা তাশ্লবদি কবি খনগনি। অদুগা মফমদুদনা মহাকপু কনানা য়েংশিনবীগনি।"

- "ও ! ইম্বোক্লা মবাযবক থীখবে। পুম্নমক ইচে নঙনা লৈবন্নবদি পুম্নমকশে থোক্লমলোয়দবনিকো। ঙহান মপোক্তা কবি ইবাল লংজকদুনা চন্নবা ঐগী পুন্সিদা অশুক চাউববা পোংলুম অসি থাঙ্গৎপীদুনা থনশ্লীবনো ইচে নহাক অফবা নুপী নত্তে !"

বেনুনা শাউবপ্পা টেবল মথক্তুদা তক তক থন্নদুনা হাযবকই -

- "শে, পীজবো। মমা নত্তনা মমা শাবী ইবেম্মা নঙগী নচা স্নাদুগী চান্নবা। হযেং চাউববা মতমদদি হন্না ফাওবা য়েংবিবমদনা চংশ্লগদৌবদুবু। মসিদা লোইবে ইমাগা নঙগনা স্নাসু নত্তবশিদা ইশু স্না কা কৌশিন্দনা ! ইচাশু নত্তবশিদা ইচাতোশ্বী !"

- "মমাশু নত্তবশিদা মামি মামি ! কযাম কুইনা নাটকশি শান্নখিগদবনো খংদে।"

জয়াদি কবিশু খুমদনা সান্তিবালাবু চাক ইনবীবি। সান্তিবালানা মমিৎ উইশিন উশিন্না মঙলান্দা চাবি। মতৌ উবদা বেনুনা মখা তানা হায়বকই -

- "হো কুম্মৈদো য়েংজনিংদবেকো মপান্দবা নঙগী কাদবা পুদুনা ইনবীকবো। ঐ ময়ামগী চাক ইঞ্জাং থাঙ্গৎলক্লগদবনি। নুমিৎ আ ! য়ৌখবে ইথন্তনা পুম্নমক লোইশিনবদি ঙম্বপোৎ নত্তে।"

মতমদুদা মমা ললিতা চন্দোল চবা ইবাং লংনা থীল্লদুনা মফি-মবোল অহনবা শেৎ ইনফিদুনা মকোক তম্খায় কুপ চাকশঙদা লেংশিনলকই। মমা উবদা শাউদুনা লৈবীবী বেনুনা হায়বকই -

- "ইমা নখোয়বো কৈদৌবিবগে ইচে ফংই অঙাং চাক ইন্দুনা লৈখবে। ঐদি ঙসি কোলেজ কারুদবা য়াদবনি। নখোয়নে খবাদি হেনমলবনি।"

মমানা তপ্পা মচাবু থেমজিনলদুনা হায়বকই -

- "হোয় চৎলু কৈদৌববগে ইবেম্মা ! হৌজিক্তী ঐ লাক্লেদনা।"

- "পুং কয়া তাববগে য়েংঙো, অদুগা হায়য়ো ! লোয়বমদাইদা মনা থাবা ঙাক্তা ওইনা চংলক্লদনা - কৌশিনবীবক্লো দিল্লীগী ঙাংবিয়াশিং অদুসু।"

মমা ললিতানা মচানুপীদা হায়হনীংদবা ৱাফম য়াওবকপদুদা হায়বকই-

- "ইবেম্মা মী তাখিনি। নমা নপা চেন্থবা ৱাহৈনিকো মদো। ঙমদ্রবদিনে কোক থনল্লগা চৎখো নচেশু লৈবিনা কবিনো ! কবিগীনো নঙনা ঙসি নোংমখক চাকখুমদা চঙলগা অদুক শাউবিবা মীনা তাথ্রগা কবি খনগনি।"

সান্তিবালানা মোবোক অশাবা থেংনকদুনা হৌনা কপ্লকই -

- "মোবোক শাই এ !"

মবোক্লা হায়বকই -

- "ইবেম্মা অদুদি ঈশিং খবা পীথকউ। ঐ চিনি পীবক্লে।"

'ঈশিং থক্লবসু শাবা ফওবদুদা মখুৎ মশা হায়দুনা কপ্পা হৌবকই -

- "শাবা ফত্তে এ !"

মবোক্লা চেনশিন্দুনা উপুদগী চিনি চাববদি ফবদবনি। "ইশুদি মবম ওকপনি।"

চিনি খবা চাবগা খবা ইংলদুনা তুমিন্না লৈখবে মতমদুদা মমানা হায়বকই জয়াদা -

- "ইবেম্মা ননাওশি কোলেজ চৎলুগে হায়বিমালে নফি হোংদোউ ইশু ম্রাদো ঐঙোন্দা পীবকউ। নপা য়ৌবক্লগনি"।

সান্তিবালানা জয়াদা চেৎনা কোনশিনলগা লৈখিবমই। মতৌ উবগা মবোক্লা হায়বকই -

- "ইশু স্নানি মবম ওকপীনি। নন্দোমচা শৌবাশে কোলেজ কাকগনি হাযদুনা মনাতোন চফুমুক চাউদুনা শাউবিবসি উদবা শে ইবোক্কা লৈশি।"

মশুনা মখুৎ হাযদোক্লুনা যাবমদে। জযানা থেন্নদুনা হায়বকই -

- "ইচাতোম্বী শে ! মামি দিল্লীদগী লাকপা পুপু ইবোক্কী চান্নবা চাক থীবীকবগে। শে ইচাতোম্বীদি মামিনা হাযবদা ইনবনিদা ! হুবেলদি পুপুগা ঐগা ইবোক্কা ঐখোয অহুম নঙনা চৎশি হাযবা চিন্দবেল পার্ক তা কোইবা চৎলুগদবনি ইবোক্কা ঙাইহাক্তং লৈযুশে। কদায ঙসাযদি তুমদুনা লৈবনিনা উদবে মামি ফজববা অমুক্তা যেংগে ফিজোলশে। ইশ ! ফজখবেদা ইচাতোম্বীদা

- "ইন্থোক্লা পকচখবেদা ! ফুবিৎ খাউনা যাম্না পাল্লিবা ঐমা ! চেনশু যাম্না পাল্লিনে। ভেবি বিযুতিফুল, ভেবি নাইস জযাগী মমাংদা লেপফনলদুনা মবোক্কা জযানাগনা মুনা যেংদুনা হবাওনা নোকচবমই।"

মতৌদু উবগা খোইশাউনববী বেনু শাউনা হাযবকই -

- "উম নুশিদবনা খাবে নোংমাখা !"

- "হযেংদা ঙাইবে ইবেম্মা নঙগী মামি শাবীদো মীগী মযুমদা চৎখিগদবা কেযু ইবেম্মা কেযু। ঙসি হযেং শুক শুক হেক নৈবা মখৈ।"

ব্রাহৈদু হাযবন্নগা মখুৎ হামদুনা চাক চাবা হৌখি। মমানা কবেম্নদুনা মশুদা হায -

- "নুংশিববা নন্দোমচা শৌবাশে ?"

মবোক্কা মখা তানা মশুদা যেংলগা হাযবকই - ইশ্ ! ফজখবে ইশু স্নাদি হৈখবেদকো মখোযগী দিল্লীগী মবুধৌ মবেনধৌ অনিসিদি যাম্না খল্লগা লৈবীবকপা ওইবমগনিবো। লাকও অমুক্তা পমথোক্কে তাঞ্জা অসিদা।

সান্তিবলানা মবোক্কী মখুৎ কন্থোক্লদুনা হায়বকই -

- "ফি মোৎকনিযে ?"

মবোক্কা ইকাযবপ তৌনা হাযবকই -

- "ও চুম্মী চুম্মী ফি মোৎকনিকো ঐদি কাওথোকলুবেদনা ইশ ! মোৎলমগনিদা।"

ভবেনা নোংমুখং তৌবগা নুংশিনা মখজায অনিদা চুপ্পীবগা হাযবকই

- "মচা তোম্বীগী ফি মোৎকনি হুবেল দিল্লীগী পুপুগা বোবোক্কা চিন্দ্রেল পার্ক

[illegible] হেন্নু [illegible]দৌবিতে মথম [illegible]দুনা ইবোক্লা পাযবা যাদে এ।"

মতমদুদা মপুবোক কুনবিব দুকান্দগী হনক্লুনা হায়বকই -

- "লৈকায়শিবু কমদৌবিবগে ?"

মাগী নুপীনা খুমই -

- "হো নশুনুপীগী কুম্মৈ যেংলি। কবি কুম্মৈনো ঐসু খবা য়েংবা যাবোইদবো?"

মবোক্লা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "যাবোয় টিকেৎ লুপা ১০০ গী কক্লবদি ?"

কুনবিবনা মখা তানা হাযবকই -

"ইমায পেম্মা ! নুংঙাযবা কুম্মৈ ওইবন্না তাবে যেংনিংখবেদা।"

মবোক্লা মশুদা হাযবকই -

- "চৎলো ইবেম্মা ! পুপুদসু যেংহল্লু। মামি দিল্লীদগী লাকপা পুপুগা ইবোক্কা চান্নবা চাক থীদুনা থৌবাং তৌবগে মখোয চাক ঙাইবদা ৱাবন্নগনি।"

- "মশুনুপীনা চেন্দুনা মবুবোক কুনবিবগী মনাক্তা চৎখ্রে। মখোযনা চাকখুমদা চংদুনা চান থক্লবা থৌবাং তৌবা হৌখি।"

মবুবোক্লা মশুবু পন্নদুনা চাকশঙদা চঙলকই অদুগা হংলকই -

- "কবি কবি মথেলদি হোৎনবিবা ?"

ললিতানা খুন্নকই -

- "কবি ওইগনি মতমগী ইঞ্জাং যোংচাক্কা অলুগা ইবোনবা অমা, কোবি থমচেৎকা অলুগা খামেন অশিনবগা বৌ কে জি অহুমগা থোংবা অমা,কুবি অতাওবা মতুম অমমগা চাকহাওগী খিব অদুগা কোবী চামফুৎ অমা,লোন্নগা মবুবোক্কীনা খোংক্রম চামফুৎ মখল মথেল মযাম অমা।"

নোক্লদুনা কুনবিবনা হায়বকই -

- "ৱা ভাই ! ৱা ! খিলাও ভাই, খিলাও দিল্লী ৱালোংকো, কভিতো আযেগা হমাবা যাদ।"

"হৌজিকপু কদাযদা কম্লিগে ?"

ললিতানা খুন্নকই -

- "ইকজকবগী মথক্তা নুংশা য়াবমখিগনি।"

অদোমসু চাইথবীবক্লো কুনবিবনা মখা তানা হংলকই -

- "ইবুংঙো অহনগা নমাক ইবুংঙোগদী ?"

- "মখোয়দি ঙসায় অয়ুক্তা পোৎ-চৈ থাংথবল্লগা থোকখিবগী হঞ্জিলক্ত্রি।"

কুনবিবনা নীংবা কায়না হায়বকই-

- "ও ! ঐদি দুকান্দা লাকক্তবনিনা য়ুমদদি শোয়দনা উনবগনি খন্দুনা হলক্লগা য়ুমদসু লৈবকদে। কদায়দনোনে মখোয়না চৎলিবদুনা ইম্মোকপা অঙাং ঙাক্তনিকো।"

মতমদুনা দলান মথক্তগী অহন ওইববী মমা পুর্নিমা তপ্পা তপ্পা কুমথবক্তুনা মখাং ৱানা তিংখৎলগা হংলকই -

- "ইবেম্মা ইবুংঙো হলক্লমববা ? মখোন তাই।"

কুনবিবনা খুল্লকই - "অহোয় ইমা !"

চংশিন্দুনা খুকম্মী -" জিতে বহো বেতা।" হৌগংলু ৱা হংগে ইঙক ঙক্লা মচানুপা কুনবিবনা হংলকই-

- "কবি ৱানো ইমা ? নগু নুপীশিগীবো ?" শাউবপ্পা খুল্লকই -

- "উম ! মানি।"

কুনবিবনা মগুনুপীদা য়েংলুবগা হংলকই-

- "অদুদি হংবিববো খুম্ননবা হাজিব হৈং। নত্তবো ইশু তোম্বী।"

শাউবপ্পা হায়বকই -

- "কবি ৱাখন্দগীনো নঙনা ইহং পাউহংদনা ইবেম্মা জযাবু নঙগী মরুপ সুবেন্দব সিংহ শা ষণদৌনা হেক্তা ৱা লোইশিনবল্লীবদি। ঙাইখো নঙবু ঐখোয় অহল লমন লৈবি হায়বশি কাওথোক্লববাবা হা ?"

- "ইমা ! ঐগী ৱাশে।"

ৱা মখা তাদনা শমথদুনা হায়বকই -

- "ইমা কৌবিবকনু। নগুদসু থম্মু। মীনুংশি মবিক পক্তবা ডিশিপিলিন চেন্দবা শাগৈগী মৈতান অশিবনি নঙদি।"

- "কৈদৌববগে ইমা ঐনা ?"

- "কবিগীনো নঙনা ইশু জয়াগী মবা-মপাউশু হংবিদনা লুহোংবা সগায়গী রাফম মথংগী নিংথৌক বদা লেপথেশকতুনা রা শমজিন্দুনা লৈবল্লিবদি নঙবু নমা ঐ লৈবিবশি কিদ্রববাবা হা চৈশু অসি তেক্লবা ফুবম্মু হায়ববো গধা !"

- "শকথিবো কোইজোম্বা নক্লী পঞ্জাবী !"

- "ইমা ঐনা হায়বিবশিনি নঙ মকপতা হৌজিকমক লুহোংবা হায়দোকখো। নুমিৎ অদু মক্তদা ঐগী ইশু জয়াগা নমাক মবায়বক থীহৌববা প্রকাসকা শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী মান্দোপ্তা অওং অউন চাউনা লুহোংগদৌবনি। মদুগীনি নঙগী পাবুংগা ঐগা দিল্লীদগী ঈংলবা নিংথমথা অসিদা মণিপুরদা থোক্লক্লিবশি। মদুদা নঙনা হায়দোকপা ঙমলোয়দৌবা ওইববদি হৌজিকমক নখোয়না থোংবা চাক ইঞ্জাং কাশে চাদনা নপাগা ঐগা বাই বস তা হনগ্রগদবনি।"

- "ঐখোয় শিববসু পাউ হায়বক্লবোইদবনিকো। রাখল মুন্না তৌ। মিনিট ১০গী মতম পীবি।"

জয়া মমায় হঙ্গৎপা ঙমদনা লুকথদুনা লৈখি। মমা ললিতা মপুবোয়বদা অমুক লোন্না যেংই মচানুপীদা অমুক য়েংই। মশু নুপীদা অমুক য়েংই জ্ঞান তাদনা তুমিন্না লৈবি। বেনুদি চাক তোক্লদুনা মখুৎ হান্নগা মপান থোখবে। ঙায়হাক খলুববা মতুংদা মমা কিবদগী ফুবিৎ খাউদগী মোবাএল ফোন লৌথোক্লুনা মহাক্লী মকপ সুবেন্দ্র সিংহদা ফোন তৌবম্মী। মশু সান্তিবালা মবোক্লী মনাক্তা চেনশিক্লুনা লৈখি।

- "হলো মকপ কবি তাকপীগদবা লৈবগে গুদ মোবনিং।

- "হলো মকপ সুবেন্দ্র সিংহ গুদ মোবনিং।"

- "হলো মকপ কবি তাকপীগদবা লৈবগে গুত মোবনিং।"

- "মকপ I am sorry !"

- "কবিনো I am sorry হায়না তাকপীবিবা অসিবু কবন্বা মতাংগী ওইবিববনো মকপ !"

- "লুহোংবগী প্রোগ্রাম তৌবিকবগনু অহন্না য়াদবে।"

- "অহল হায়বদি ?"

- "ইমা পাবুংনা !"

- "ঐদি লুহোংবগী কাবট নমদুনা ঙসি অদোমগী দুকান্দা য়ৌবকশিবা খঞ্জবন্নীবনি।"

- "I am sorry"

- "মখা তাবা ব্রবী কোন্না হাযজবগে। মজবুব হং দোস পিলিস I am sorry আ ! ঐ কোকশে যাম্না ঙাওবগুম তৌবে মমা ?"

ললিতানা মপুবোযবনা ব্রাম্থুদুনা লৈমায়দা ব্রাম্থবকপা উবদা চাকখুমদা লৈবীবা মচানুপীদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নপা কৈনো অমা তৌখ্রে। মখোয চেনশিন্দুনা মপুবোযবনা তুথবকপদা ললিতানা কোল্লদুনা মহাক্কী কাদা পুশিলমই।"

- "মতমদুদা জযানা হৌনা কপখৎলকই।"

- "পাপা ! আপকো কিয়া হো গযা হৈ।"

ললিতাসু পিবাংনা লুপ্লবা মাযথোংনা যেংলগা কপ্লকই -

- "হো মাগী পাবুং কবি মতৌনো তৌবিবিবশিবু।"

মতমদুসু শাউবা হন্থদ্রি। মনেমবোক আন্দীনা চৈবকই-

- "কপকনু তানিংদে। তাংনি মানা তৌবিবদু হন্দোকউ চৈশুশিনা শান্থবগা জ্ঞান তাগদবনি কনাগী ডোক্তব কৌবা হন্দোকউ।"

ব্রাহৈ অদু হাযবগা জযা অমসুং মমা ললিতাগী মনঙ্গলদা মানা পাইবিবা চৈশুদুনা অমুক অমুক্তং ব্রাংনা থাংগৎলগা কন্থবকপদা মিৎকপ খংথোক থোক্লম্মী।

মমিৎ পাংথোক্কুনা কোযনা যেংবদা মনাক্তা কনাসু লৈবমদবে পুম্নমক খোম্লেন মঙলানচা ওইবন্লে ললিতা দেবীগী.. .!

পূক্লীং নুংশিনা মীৎলুদগী পীবাং শিন্থদুনা তাইবঙদা লৈবমই। ইম্লিবা ইনফি অদুনা তপ্পা তৈথোকই। কোক চিক্কুনা হকচাং নুংঙাযতনা লৈবম্বদগী ফৈজুপ চিংখৎতুনা ইন্থম চনবগী অৱাবদু কোক্লবা হোৎনখিবমই।

*****

## কুনহুমদোইশুবা পন্দুপ

কুনবিবনা ব্রাখল ঙাযহাক খল্লুববা মতুংদা হৌগৎলদুনা মহাক্কী মতেং পাঙনবা থগ্নীবা নুপা মচা অদুদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো দেবা, ঐ পী.সী ও. ফাওবদা চৎলুগে মবক্তা ফোন লাক্লবসু নহাক্লা পায়খৎলম্মু। ঐ কুইবক্লোযকো।"

দেবনা খুল্লকই - "অহোয় পাবুং।"

মথন্তা শোন্দুনা থোক্লকই -

- "হে ব্রাইগুক ! কবি হাযবকদবনো। যাবিবক্লবদি ফগ্নগনিদা !"

চিল্লবা মীযাম মবক্তা তপ্না তপ্না লাক্তুনা পী সী ও. মনাক যৌবক্লে। থোং হাংনোক্তুনা দুকান মনুংদা চংলকই। চৌকিদা ফল্লদুনা দুকান্দাব অদুদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নম্বব অসি অমুক্তা যেংউ। দিল্লীদনি।"

দুকান্দাব অদুনা দিল্লীগী কোট নম্বব হাপ্লগা মহাক্লা পীবিবা নম্বব অদুদা ফোন তৌদুনা যেংলমই। বিং চৎলি অদুবু পাইখৎ পীবক্তবনা ট্রু ট্রু খোংদুনা লৈবমই।

অমুকসু নম্ববদুদা নমদুনা ফোন তৌবমই অহুল্লক শুবদা কুনবীবগী মপানা ব্বিসিপ তৌবক্লমই -

- "হল্লো কৌন বোল বহিহে ?"

মপাগী মখোন খংবনিনা মচানুপানা নোক্লদুনা হবাওনা হায়বম্মী -

- "হলো পাপা সশিবিকাল ! নচা কুনবিব সিংনি কি গল হৈ পাপা ?"

মচাগী ফোন ওইবম্বদা হবাওজববা মপানা মৈনাক্তা লৈবম্বা মমাবু কৌবদুনা হাযবম্মী -

- "সাশিবিকাল বেতা। ঙাইখো নমাসু কৌবকে মৈ তিক্তুনা লৈ।"

অহোয় পাপা।মাগী নুপীবু কৌবদুনা হায়বকই -

- "হায়মা! পুর্নিমা ! নচানুপা অহন কুনবীবগী ফোন ইম্ফালদগী লাক্লি অমুক্তা থুরকউনে। সেটতু কব !"

মচাগী ফোন্নী হায়বা তাবদা শোল্লবী মমা মৈনাক্তগী হৌগৎলকই। চৈশু পাইদুনা খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা লাকচৈ মপুবোইবগী মনাক্তা।

"মচিন্দা শোল্লি কুইববনি ফোন তৌবক্তবা, ঙবাং ঐগী মঙলান্দা উবশ্মী হায়বদুনিনে। ইচাগী নুংশিববা শক্তমদো। ইমৌ নুংশিবীদুনা কবি খল্লিবা ইশুশিংদুনা কমদৌবিবা পাউ ফাওনদবা কুইববনি। ফবে ফবে ঙসি তৌবকপা কদায় ইচাগী নুংশিববা খোঞ্জেলদো তাগে।"

মপুবোইবনা ফোন পীবদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নমানি।"

মমানি হায়বা তাবদা মবুক্লীং খংনুং নুংশিবমই। ফোন থাংগৎতুনা মমানা কবি হায়বক্লদবনো ঙাইদুনা লৈবশ্মী মমাসু মচাগী খোঞ্জেল তানিংদুনা ঙাইবগা লৈবশ্মী।

মখোয় অনিনা তুমিন্না লৈখিবদু উবদা মপুবোইবা ধনবিবনা ঙক্লদুনা হংলকই -

- "কৈদৌবে মমা তুমিন্না লৈববদি ব্রাবী শান্নবো হৈমা পৈশানে লমদম তান্নবদগী তৌবক্লিবা।"

মপানা হায়বা খোঞ্জেলদু তাবদগী কুনবিব সিংহনা মমাসু কৌবদুনা হায়বকই -

- "ইমা !"

মচাগী খোঞ্জেল তাবদা মবুক্লিং নুংশিববী মপি নৌববী মমানা মমিৎতগী মপি ইবা হৌবদুনা খুন্নকই -

- "ইবুংঙো ! অচৌবা ! নঙবু কমদৌবিবগে ? মতম অশুক কুইববশে মবক্তা নোংমতসু ফোন তৌদুনা অৱা-অনাগী মপাউ খংহনলক্তে অঙাং-নুবীনা কমদৌবিবা অনা-অয়েক য়াওদবো ?"

মমাগী পাউখুম পীবদুনা হায়বকই -

- "ইমা অনা-অয়েক য়াওদবদুদা তৌবক্তবনি।"

- "অদু ওইববসু লমদম তান্নবদা নমা-নপা অশোনবী লৈহৌবিবনি। মবক মবক্তা ইচা ইশুশিংগী নুংশিববা মপাউ খঙহন্নলক্কদবনি।"

- "অহোয় ইমা ! মতুংদদি খঙহঞ্জবক্লগে।"

- "নমানে হন্দক নাকবদগী শোনবা য়াম্না হেঞ্জলে। নপাদি খবরু কল্লি।"

- "মণিপুর থোক্লকপা ঙমলবোইদবো ইমা ?"

- "থাজদবে ইবুংঙো পৃক্নীংদদি ঐগী ইবুংঙো শ্রী শ্রী গোবিন্দজী মন্দীরদা লাক্লুনা ইচা- ইশু ময়ামগা চাকলেন অমতং চামিন্নীংবনি অদুবু পৃক্নীংদা মঙায়বে ইবুংঙো ! খোংকাপ ১০-২০ দং চৎপদা পোখাদ্রবদি যাদবে পাঙ্গল(য়াওদবে) থোক্তবে। ইমৌ ললিতাদো নুংশিবনিদা। উবা ফংগনি হায়বা থাজদবে। মহাক্কী মখুৎ তনৌবীদুনা লোনবা পালগা থাংজিংগা ইবোনবা, য়োংচাক্কা আলুগা ইবোনবদো হাওবনিদা ? লমদমশিদদি ফংদবেদকো আ ! নুংশিদা মতমদো ! পুন্নমক হৌখবেদো।"

মবক থৎনা মচানুপা কুনবীব সিংহনা হায়বকই -

- "ইমা ! ঙহাল নশু অহনগা মশেন নুপা প্রকাসকা ইমানা পামজবা য়োংচাক, ঙাবি অহাওবা য়াওনা নমৌ নুপী ফজনা য়োমদুনা থাম্রবনি। ঙসি হয়েং অসিদা শোইদনা য়ৌবক্লগনিয়ে।"

ইঙক ঙক্লদুনা হংলকই -

- "কবি হায়বা ইবুংঙো ? ইশু অহল কিবনগা মশেন নুপা প্রকাসকা ঙসি হয়েং অসিগী মনুংদা দিল্লীদা থুংলবগনি হায়বা ?"

- "অহোয় ইমা। অশোই অঙাম য়াওবীদ্রবদি ঙসি হয়েং অসিগী মনুংদা শোইদনা থুংলবগনি।"

- "নুংঙাইবেদা ইবুংঙো তাবদা। ইশুগী মশক উবা ফংলগনি।"

- "অদুগা ইমা !"

- "হায়য়ুনে ইবুংঙো তাবিনে।"

- "নশুনুপী জয়াদো।"

- "অদো কৈদৌববগে ?"

- "ঐগী মকুপ সুবেন্দ্র সিংহ্গী মচানুপা হন্দক্তা ডাক্তব হায়বদি MBBS পাস তৌবগা থোক্লকপা প্রেমান্দগী ওইনা মমৌ ওইজবগে হাযদুনা ঙবাং লাক্লম্মী। অদুদা ঐনা হাযখিবনি মকুপ ইমা পাবুংগী মৱা মপাউ তাখিগে মখোযগী য়াথং নত্তনা ঐনা হেক্তা থাজবা পীথোপা ঙমলোয়। ঙসি পাউ হংনবকখিগে অদুগা খঙনশি। মসিদা ইমা পাবুংগী কবি মোৎ লৈবগে ?"

মমানা মপাদা হংলগা হাযবকই-

- "মায পাবুং নচানুপাগী ব্রাফম অসিবু কবি খুমখিশিগে ?'

ফোন্দদি মযেক শেংনা তাবা ফংদবনা মপুবোয়বদা ফোন পীবগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নপাগা অমুক্তা তানৌ।"

- "অহোয ইমা।"

মপুবোইবনা ফোন পাযবগা হংলকই -

- "কবি হাযবা ইবুংঙো ?"

- "পাবুং ঐগী মকুপ সুবেন্দ্র সিংহ্গী মচানুপা অতোনবা ডাক্তব তম্বদো।"

- "হা হা অদু কৈদৌববা ?"

- "হন্দক পাস তৌবগা থোক্ললে।"

- "মবকশিদা মবোক্লা মহাক্লা লৈবিঙৈ অথুবা মতমদা লুহোংবিবো হাযদুনা মচানুপাদা তকশিনলকপদগী ঙবাং ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। ঐনা ইমা পাবুংগী মৱা মপাউ তাদনদি ইথন্তনা ব্রা লোইশিনবা ঙমদে। ঙসি ফোন তৌবগা পাউ হোদোকচবক্কে হাযখিবনি। মদুদা ইমা পাবুংগী কবি মোৎ লৈবগে ?"

মমাদা যেংলগা হংলকই -

- "কবি হাযশিবা ?"

- "নঙ মপা নত্তবো নহাক্কী অপাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি।"

- "ফবে অদুদি য়াবে হাযখ্রগেকো।"

- "হোয়।"

মচানুপাদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নমানসু যাবে। হোয হাযখবো।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে পাবুং।"

"অদুদু ইবুংঙো ডোক্তব ওইববসু অঙাংদুগী মবমচৎ হৌজিকালগী তমথীববা লাযনা অদুগী মবমদা মপা অমা ওইনা খংদোক্লগা থাজগদবনি তহা তহা তৌগনুকো।"

- "অহোয পাবুং ! মদুগীদমক্তদি চিংনবীকগনু। মকপতু যাম্না চম্বা মীওই অমনি। মহাক্কী মচা খুদিংমক মপানা হাযবা ইনবা এসো, ইঞ্জিনিযাব ঙাক্তনি। ঐগী ইচানুপীগীদমক্তী মবাযবক যাম্না ফবনি। হন্দক্কী মতাং অসিদা ঈশ্বব অমনা ইনশিন্দুনা থাজিনবীবক্লবনি।"

- "খংদে,খংদে ! নঙনা ফন্নবা তৌ। ঐখোয়দি লুহোংবা নুমিৎ নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা থুলবা নত্তনা নঙগী থবক্তা মতেং খজিক্তা ওইববসু পাঙবা ঙম্লবোইদবনি।"

- "অহোয় পাবুং হোৎনজগে।"

- "অতৈ কবি হায়নিংবা লৈ। নমাগা অমুক ব্রাবী শান্নবো।"

মাগী নুপীদা ওনশিনলদুনা হায়বকই -

- "মমা শে নচাদা কবি হার্যনিংই হাযখবো, ঐগীদি যাবে।"

মমানা ফোন পাইবগা মচানুপা কুনবিবদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো ইশু জযাদো নবোক্লা মঙ্গোল অশিবর্বদ পীবকই নুংঙায যাইফবা ওইযু হাযনা তম্মুকো।"

- "অহোয ইমা তমজগে ?"

- "ইমৌদো মশক য়েংনিংবনি উদবা কুইবে ইশুশিংদুনা কমদৌবি ? হন্দক হকচাং অসিনা খবা নুংঙাইবক্লবা অদুম তৌববদি বাই এযবদবা কবিনো থোক্লক্লবা তৌগে। মাগী লুহোংবগী নুমিৎ হেক খংবগা ফোন্দা খংহনলকউকো?"

- "অহোয় ইমা খঙহঞ্জবকে। অদুদি ফোন থন্নগে জিতেবহো বেটা।"

- "খুকমজবি ইমা।"

কুনবিব ফোন থন্নগা নুংঙায়বগী শ্বোব অমা শাংনা হোন্থবগা হংলকই-

- "ইবুংঙো কয়া তাবে।"

শী ঃ সী ঃ ও ঃ ব্রালানা খুন্নকই -

- "পাবুং লুপা ১০০ তাবমালে।"

কুনবীবনা পৈশা লৌথোক্লুনা পীবম্মী। অদুগা মাগী দুকান্দা অমুক হলকই। লম্বীদা মবুক্লীংদা লৈবম্বা ব্রাহৈশিং মচিন্দা শোনবা হৌবকই -

"কুনবীব সিংহ কবিগুম্বা ঙসি নহাক্কী ইমা পাবুংনা য়াদে হায়ক্লবদি কবম থোক্লমগনি। নবায়বক ফবনি য়াবিবকপা" ঙসি নচাগী কুঠি য়েংবা নুমিৎনি মমাসু ঙবাংদগী ঙমদবে চৎলো নয়ুমদা দুকান্না দুক নগী থোকপা অঙাংদা শীন্নবমো নাম্থোকহনবা য়াদে খুদোংচাবা অসিমক থুনা য়াংনা চৎতুনা নচানুপীবু থেম্মু নহাক্কী ইজৎ কন্নবা। কবিগুম্বা য়াবক্লবদি নহাক্কী থৌবাং অবেম্বা তাগনি।

দুকান হেক য়ৌবগা দেবদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো দেবা ! নঙগী পাবুং য়ুম ফাওবদং চৎলুখিগে ঙসি নচে জয়াগী কুঠি য়েংবা নুমিৎনি নমাসু নাদুনা লৈহৌবনি। মী লাক্লবদি মওং অমা চাবন্নবোই। দুকানগী চাবিশি পাইহৌবো। চৎলেকো ইবুংঙো।"

দেবানা হবাওনা খুন্নকই -"অহোয় পাবুং।"

কুনবিব সিংহ মপান থোক্লক্লুনা মাগী গাডী থৌদুনা ময়ুম য়ৌন্নবা চৎখি।

*****

## কুনমবি শুবা পন্দুপ

কুনবির্ব সিংহ্ গাড়ী গ্রেজদা থৌজিলল্লগা মাগী কাদা চংলকই। মশুনুপী সান্তীবলা মপু লাকপদা হ্বাওনা চেনশিনলকই -

- "পুপু হলক্লে মামি। ঐ পুপু মনাক্তা অনাক্তা অমুক্তা চৎলুখিগে পু পু ! পুপু। ঙহান মখৈদি হ্বাওনা পমখৎতুনা তনৌববী মখজয়াদা মকোয়না য়োল্লবল মচিন্না নুংশিনা চুপীবনি অদুবু ঙসিদি হ্ন্না ফাওবা য়েংবিবমদনা মাগী কাদা চংখিবদা মশুনুপী সান্তিবালানা মবুক্লিংদা খবা নুংঙাইবমদে। লেপ্তুনা ঙায়হাক য়েংলল্লগা জয়াগী মনাক্তা হলক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপচখি।"

জয়ানা থেল্লদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা কপকনু ইবোক্তো মশা ঙমদবনি। মবম অদুনা নঙগী পুপুনা থব্রায় নুংঙায়তদুনা পশ্নীবমদবা ওইবমগনি। শাউগনু শে ! হুবেল মামিনা নুংঙায়বা ব্রাবী অমা লিবীগনি।"

কপ্লা কপ্লা হংলকই -

- "কবি ব্রাবী ?"

জয়ানা খুল্লকই -

- "য়াম্না নুংঙাইবা বাজ কুমাবিগী ব্রাবীনি।"

ঙায়হাক তুমিৎনা খল্লুবগা সান্তীবলানা হায়বকই -

- "নুংশু নুংঙাইবমোয়।"

অশোমদা মবোক্লা মপুবোইবদা হায়বকই -

- "কবিনো নঙনা নশুনুপী অসিবু পমদুনা পুশিনবীবক্লিবদি। নুংঙাইবীনি তাবদা।"

য়াম্না শাওনা মফি হোংদোক হোংদোক্লা হায়বকই -

- "য়াবে পেল্লে ঐ। মাগী পবিক্ষা ঙসি লোয়ববদি হ্যেংমক থীন্দোকপবা

নৎত্রগা মপুদু কৌদুনা লৌবা লাকহনববা কবিনো তৌখবো ঐ য়াম্না হৈন্দবে।”

ললিতানা মপুবোইবদা মুন্না যেংলগা হায়বকই -

- “কবিনো নঙনা হায়বিবদুবো যুমলোন্নবনকা তাপ্নগা কবি খনগনি।”

কুনবিব সিংহ খোন খবা কলপ্না হাযবকই -

- “মাগী হাংক্তগী ঐগী ইচানুপীশে মবাযবক থীহনগদৌবি খংলবা বেকুপ। মমাসু নত্তনা নখোয়না মশক খবা ফোটোদা মান্নে হাযবগীদমক নহাক্কী অপোকপা মামিনি হাযজিন্দুনা ঙসিদি কবি শাববগে। নোংঙাল্লে মামি, নুমিৎ তাবে মামি, ঐদি তানিংদবনা নাকোং মেন্দুনা খাংবসু যাওগ্রবনি। মীগী মচাকা খিজবে ঐ থীন্দোপীখবে। ঙসি হযেং অসিগী মনুংদা।”

ললিতা মথন্তা খোইবাংনা হাযজবকই -

ইম্নোকপা নিপানিদকো পুকচেল ইম্নোক্লা পীকখবেদা ।”

কুনবিবনা মখাতানা হাযবকই -

- “ঙসি ইমা পাবুংদগী অযাবসু লৌবক্লবনি।”

খংনিংদুনা ললিতানা হংলকই -

- “কবি হাযবক্লিবা ?”

- “মতাং চাবিঙৈ থাজখবো ! ঐখোযদি লুহোংবা হয়েংনি হাযবদুদা নত্তনা মমাংদদি লাকপা ঙম্লবোয হাযবকই।”

ললিতানা অৱাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোন্থবগা ৱাখলনা ফুংবঙনখিবনা তুমিন্না মক লুকথদুনা লৈখি। কুনবিবনা মফি হোংবা লোইশিলগা হাযবকই -

- “নঙসু নাবা ফববদি নশম ননাকাদো হাৎতোক্তুনা লৈবো। মী লাকশিলবদি চোপ্লগনি অঙাওবী হেক মাল্লদনা ?”

ঙসায মখৈ ৱাবী তাহৌববা মবুবোক অচৌবী যুমদা চঙশি কদায হনখিশি কদায মবক্তা তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈবস্মী। থোঙ্গালদা গাডী অমা লাকখিবগী মখোল তাই। হাযদুনা জযানা যেংথোক্লবদা মীযাই ওইবা নুপী অমা পাঞ্জি অমগা হবাও হবাও চঙশিলকপা উবস্মী। অদুগা হেক চঙলকপা ঙমদ্রবা সান্তীবলাগী মপুনা ঈঙাং নাপী হাপ্লা খাউ অমগা লেপলম্লদা। মদু উবদা জযা পূক্লীং খোইবাংবা হেনগৎলকপা হৌবক্লস্মী মথন্তা হংজবি -

- "কবি মবমগীনো পাঞ্জিগা নুপী অসিগা চঙলকইবা অসিবু ?"

ঙায়হাক খললিঙৈদা অচৌবীনা চৎখিগদবগী বিক্সো গাডী কৌবা উবকপদা জয়ানা সাম্ভীবালাদা হায়বকই -

- "হায় ইবেম্মা কপ্লগনু। খুঙ্গংগী পুপু লাক্রে ওক্লুশি লাকও।"

নঙ্গল ওম্থোক্লুনা কোলহল্লগা দলান্দগী মখাদা কুমথবকই। লন্নীদা নুপীদুগা থৈনবম্মী। নুপীদুনা হান্না হংলকই -

- "ইবেম্মা ইমা পাপা লৈহৌববা ?"

জয়ানা মুন্না য়েংলমদনা খুম্লকই -

- "অহোয লৈহৌবনি লেঙশিনবীয়ু।"

নুপীদুনা পাঞ্জিদা হায়বম্মী -

- "কবিনো মখোয় ইমুংশিবু পাউ ফাওন্দবদৌনা তৌদবা ?"

- "হৌজিক কালগী অঙাংগী হৌনবীনি। লেংখৎলগা খঙবা হাযবদুনি ইতৈম্মা।"

মপানা অঙাংশিংদা খঙহলমদবসু যাই শাউবীগনু। লোয়নবকপদুনা খুম্মী।

অশোমদা মযুম হনগদবগী বিক্সা মথাক্তা হেক কাখৎপগা জযানা কৌবকই -

- "মামা কদায় চৎলুবগে চঙল্লবোইদবো ?"

মশুনুপীনা কৌবকই -

- "পুপু পুপু !"

মশুগী নুংশিববা মশক উবদা মায লৈথোক্লুনা চেনঙমদ্রবা অচৌবী মিৎলু পিবাং ইবাহৌ মকোক্তা নাম্ভবীবম্লগা মানা পুবকপা পোৎ-চৈ যাওবা খাও অদুদগী হৈক্রে কোন্না অচাপোৎ যাওবা খাউদু লৌথোক্লুনা জযাদা বিক্সা মথক্তগী লৌথদুনা পীবম্মী অদুগা হাযবকই-

- "ইবেম্মা নঙ মামা ঙসিদি ফবক অমা তাগদৌবা মালে চঙলম্লবোয মথং হপ্তাদা ইশুবু লৌবা ওইনা লাক্লগেকো শে অচাপোৎ খবা অসি যেন্নদুনা চামিন্নবোকো চৎলে চৎলে পুপু চৎলে ইবেম্মা। নোংমা পুপু ববাগা ইশুবু লৌবা শোযদনা লাক্কনি।"

মশুনা মপুদা বিদায় পীবকই -

- "টা টা পুপু।"

মপুনা নুংশিনা মখুৎ হায়বদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা লৈহৌবোকো নঙগী মামিগা, টা টা ! বিক্সা তপ্না তপ্না থৌদুনা জয়া অমসুং সান্তীবলগী মিৎয়েংগী রাংমা লান্দুনা চৎখবে।"

মথন্তা খন্দুনা লৈহৌই -

- "ঙসি মামা অচৌবীনা, মশুনুপী সান্তীবলা উবগা মপি ইবা হৌনা য়েংলম্মী অদুগা মথং হপ্তাদা লৌবা লাক্কনি হায়বল্লি। রাফম অসিনা তাকপদি ঐখোয় পাবুংগী কল্লবা রাহৈশিংদু শোযদনা তাবন্নগনি। মদুনা মবম ওইদুনা ঙসি মামানা ঐখোয়দা চঙলমদনা হনখিবনি।

তান্নবা লমদম অদুদগী লৈখিদ্রবা ইচে অদুগী মপাম্মী ইশু পীশকপু মপু মবেনা হবাও হবাও অরাৎপা লৈতনা মহৈ মশিং তমহন্দুনা লৈবি হায়বগী অসাদা লাক্লগা। অসা অদুগী তাইওন্নবদা ঐগী ইশুনা মবম ওইবগা মখোয়গী ইমুং কায়ন্নবা,মচানুপীগী পুন্সি অবেম্বদা মাংন্নবা,থম্নুবা তাবেদবে হায়না শোইদনা খলন্নগনিদকো পাপা।

হে ঈশ্বর ! ঐখোযগী পাপা অসিবু হন্দক মবক কৈদৌগ্রবগে। মহৌশাগী ফিভমদা অমুক্তা হঙ্কিলউনে হে রাইগুক। জগৎপু শেম্বীবিবা ঈশ্বর হে দযামোয হে প্রভু।

ইম্নোক্তা ইকায়জগ্রবা রাফম্লি ঙসি মামানা ঐখোয়দা চংলমদনা মবুক্লিং রাবৌনা হনখিবা অসিমক।

মতমদুদা মমানা থোংনাওদগী জয়াবু কৌবকই -

- "ইবেম্মা নঙবু কনা ঙায়বিবগে লাকখো ও !"

মমা ললিতানা কৌবক্লবনিনা জয়া তপ্না তপ্না সান্তিবলাগা ময়ুমদা চঙথোক্লবিবনো ? ইবেম্মা ! অশোমদা মী লাক্লগা চা ফাওবা পুথোকপীনিংঙায লৈতবে।

ময়োমদু উবদা মমানা হংলকই -

- "ময়োমদুনা কবিনো ? কনানা পীবল্লীবা ?"

জয়া রাবৌনা মমানা হংলিবা রাংদুগী পাউখুম পীবমদনা চঙখিবম্মী। মমানা মশুনুপী সান্তীবলাবু পমহৌবগা লৈহৌই। জয়া চাকশঙদা চঙগ্রবদা

মশুনুপীদা মবোক্লা হংলকই -

- "ইবেম্মা নখোয় মামিগা কদায়দা কবি লৈবা চৎলুবিবনো ?"

মশুনুপী সাম্ভীবলানা খুন্নকই -

- "ঐখোয়দি কবিশু লৈবা চৎতেনা।"

মবোক্লা ৱাফমদুদা গুক্লদুনা হংলকই -

- "অদুদি খাউদা য়াওবিবা পোৎশিং অদুদি কনানা পীবল্লিবা ?"

অঙাং ওইবনিনা পুক্লীংদা অবোৎপা ৱাফম থমদনা মবোক্কী মফমদা হায়বকই -

- "ঐখোয় খুঙ্গংগী পুপু লাক্লম্বনে মানা মামিদা পীবম্বা।"

মবোক্লা মখাতানা খংনিংদুনা হংলকই -

- "অদুগা কবিগী ঐখোয়দা চংলমদ্রিবা ?"

মদুগী পাউখুম নত্তবদা মবুবোক্লা হায়বম্বা ৱাফম হায়দোক্লকই।

- "ইবেম্মা ! ঐনে, মথংগী হপ্তাদা লৌবা লাক্কনিশু হায়বমই অদো ঐদি চৎনিংদেকো ইবোক।"

চবাংনববা ৱাখল মবক্তা হায়বকপা ওইবনা ললিতানা খংহৌদনা খুন্নকই-

- "হোয় হোয় ইশুদি অসিদা শুম লৈবগদবনি।"

মশুনুপীগা লোয়ন্না পঙ্গিনা লৈবিবা মনাক্তা য়ৌবক্লুনা ফমথবম্মী। মতমদুদা পাঙ্গিনা হায়বকই -

- "ইতৈমা লুহোংবা য়াবা অফবা নুমিৎ থাবানশি মথংগী হপ্তাগী নিংথৌকাবা ১৩নি পানবা অসিদা তাবে মসিদগী থেংথম্লবদি থা ৪-৫ চোম্বগা ইঙাগী পানখৎলকপা ওইনা তাবগনি।

নুপাগী মমানা মথবাক য়ৈবদুনা হায়বকই-

- "থেংথবগী ৱাফমদুমা পনবীবক্লগনু পঙ্গিদগী। ববগী মবোক্তো হৌজিক হৌজিক মশুবু লুহোংবীনবা হায়দুনা অহিং নুংথিল নুমিদাং শোন্দুনা লৈবিবনি। ঙসি হয়েং খংদ্রবা, য়াগদবা লৈববদি হয়েংমক ওইববসু পামজবিবা জাৎনি।"

- "অদুদি তাদা নুমিৎ অসিদা শোয়দনবা হোৎনবশিনে কো।"

মপানা মাগী নুপীদা ফলপ্পা য়েংলম্লগা হায়বকই -

- "অহোয় হোৎনবশি।"

মতমদুদা মমানা মচানুপীবু কৌবদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙগী চাদুবু লোইদ্রিববো পুথোক্লওদনা।"

বেনুনা চা পুথোক্লদুনা থোক্লকই। মদু উবদা মমা মপানা ইঙক ঙকই অদুগা বেনুদা হংলকই -

- "নচেদি ?"

লোন্না খুম্লকই -

- "মকোক চিকই হায়দুনা ফম্মুং চংখবে।"

মমানা হায়বকই -

- "ইম্বোকপা অঙাংনিদকো।"

মপানা শাউনা হৌগৎতুনা হংলুগে তৌবদা মমানা খান্নগা হায়বকই-

- "ঐ অমুক্তা যেংজকখিগে। ফম্বীবম্মু।"

মপানা শাউনা হায়বকই -

- "মকোক চিকপা লাযবি থোক্লকউ লাকও হায়দুনা পুথোক্লউ। মী উশিৎতবা শাবদনা মমা মপা যোনবা।"

মতমদুদা প্রমোদীনিনা হায়বকই -

- "ইকায়দনা তৌবা ওইবমগনি। যাবে ইন্না কৌবিকব্বগনো ?"

মপানা হায়বকই -

- "পুম্নমকশে মমা নঙনা থোকহনবা ঙাক্তনি।"

মমানা হায়বকই -

- "হোয, হোয তাইশিবীযো। অমা তৌবে মমাদা। অমা তৌবে মমাদা। ইপক্তা পকচবনি। ফবগনা শিংথানবীদবা।"

মতম অদুদা গাড়ী অমা খামখিবগী মখোল তাবকই। খঙহৌদনা সুবেন্দ্রব সিংহ মখোযনা ফল্লিবা কাদুদা চঙলকই -

ফল্লবদগী হৌগৎলদুনা তবাম্না ওক্লগা হায়বকই -

- "লেংশিনবীবকশি মকপ।"

- "থেঙ্ক যু মকপ।"

সুবেন্দ্রব সিংহনা মখা তানা হংলকই -

"নমস্কাব পণ্ডিতজী। লুহোংবগী নুমিৎ পুথোকপীববা হৈজীংপোৎনা কবি নুমিৎতা তাববগে ?"

কুনবিবনা মবক থৎনা খুন্নকই -

"মকুপ হৈজীংপোৎকী ব্রাফমশি লুহোংবাদা ওইনা পুন্সিলবা হায়না খঞ্জবন্নীবা?"

- "য়াইয়ে মকুপ ?"

পঞ্জীনা খুন্নকই -

"লুহোংবদি মথং হপ্তাগী নিংথৌকাবা নুমিৎতা তাবগনি।"

"থেংথবগী ব্রাফমদুমা কেন্সেল মবমদি ইমাদো মমঙ ফাওবদা শোন্দুনা লৈববনি। হৌজিকশু ঐনা ফি শেৎপা উখিবদা কৌশিন্দুনা হাযবক্লীবনি। মসিদা ঐসু তৌফম খংদ্রবনি মকুপ ঐখোয পঞ্জাবগী চৎনবী নিযম নিটি মফম্না মতমনা যাদবে। লমদম অসিদা লৈববনিনা লমদম অসিগী চৎনবী ইচা অতোনবশিদি হোংবিবগে খঞ্জে মসিদা কবি কাযবগে মকুপ ?"

নোক্লদুনা কুনবিবনা খুন্নকই -

"অকাযবা লৈতে মকুপ ! ঐশু ইচানুপী অসি মদি মখোয মমাদৌনা পোলোয শেৎন্নীংই। মখোয অনিগী ব্রাবীদুনা তানিং ঙক্রবী মমা অনিনা মুন্না যেজবে। চাসু থক্লে লেংলশে। মকুপ মমানা মৈদা নেৎলবনিনা মৈশাদু ঐঙোন্দসু ফাওজবে। চাদু কোন্না থকমিন্নবশি। লাকপগা অমুক য়ৌজবে।"

সুবেন্দ্রসিংহনা নোক্লদুনা মহাক্কী নুপীদা ওনশিনলগা হায়বকই -

- "মমা ! ঐবু লাকপদা ঙাইবি কবিনো ? শ্বোব ফাওবা হন্দোক্রীযে। তাশিনবদা কবিশু কায়বোই পুন্সিবোলনি।"

অদুদৈগী ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা হাযবকই -

"হন্দোকপীহৌবো ? শ্বোবকা শাংনা শাংনা হোম্বদনা। কান্নদ্রবা অদুঙৈগী কোঠাদু ঐদি তাজনিংদবে। যুমদনা কনাসু লৈহৌদ্রগা।"

কুনবীব সিংহ অমসুং ললিতাদা ওনশিনলদুনা হায়বকই -

- "ব্রাবৌবীবা যাদেকো তাদা,ইন্মা ! সেবাদাবীবুদি লৈহৌবনি অদুবু ইনেম অশোনবীদুনা ঐগী ইশক উদবদা হেক্তা ব্রাবৌখিগদৌবিবনি। মবম অদুনা ঐহাক মঙোন্দগী খজিক্তং হাঞ্জবন্নগে ব্রাবৌবীবা য়াদে।"

ইমুংদা ওনশিন্দুনা জয়াবু কৌবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা জয়া ?"

- "কবি হায়গে ইমা ! নশাদো নাদনবা হোৎনৌকো, নমাখোয় অমুক য়ৌশিনস্ত্রগে।"

ইমুংদগী জয়ানা খুমনিংদনা খুন্নকই -

- "অহোয় ইমা" !

মীনা কৌবক্লবনিনা খুমদবা য়াদনা খুমখিবা মচাগী পাউখুমদু তাবগা মমানা মপাদা য়েংজে। মপানা মোমোন নোকচৈ।

ফন্নন্বদগী সুবেন্দ্রব সিংহ হৌগৎলদুনা মাগী মকপতা য়েংলগা হাইবকই-

- "জী, উপায় লৈতে লুহোংবশি খজিক্তং ঙায়শিলক্লবনিনা য়ুম- কৈ শেমজিন শাজিনগদবা বাঁটোন নমগদবা অতৈ থবক য়ান্না লৈবে মবম অদুনা মমানা চৎলিঙে ঐসু য়াওহৌবনা ফগদৌবা মাল্লে। ব্রাবৌবীবা য়াদেকো।"

- "কবিগী ব্রাবৌগনেগে। মমাগা ঐগশুনি হৌজিক কোইচেন চেন্দুনা হোৎনগদৌবিবশি। মবুংগা মতৈগা দিল্লি চৎথোকখিবনা ?"

মমাদা য়েংলগা হাইবকই -

- "পাঞ্জিদা দক্ষিন্যা কয়া তৌখিসি হায়বিবনো ?"

মমানা মমিৎনা য়েংলগা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই - "লুপা চামঙাদং।"

লুপা ৫০০ চৎপী নোট অমা শৎতোক্লুনা চে মচেৎ অমদা থাবগা পাঞ্জিগী মমাংদা থমলগা খুকমদুনা হাইজবকই, যামদি যামদবে পণ্ডিতজী লুপা ৫০০ সিদং দক্ষিন্যা কচ্চবি জয় জয ব্রাবৌবীবা যাদেকো।

পণ্ডিতনা খুকন্না ওক্লদুনা হাইবকই -

- "জয়, জয় য়াবে ইবুংঙো! ইবেম্মাগী য়াইফ মঙ্গোল পীনবীবা ওইবশনু। অদুদি অমুক য়ৌজখ্রগে।"

- "কবিদা লেংবীবকপগে পণ্ডিতজি।"

- "ঐগী গাডী মচা য়াওজবকই।"

সুবেন্দ্রব সিংহ নোক্লগা হাইবকই পণ্ডিতজি হযেংনা ঐখোয়দা ওইনা লেংবীবক্তবা যাদ্রে।

পণ্ডিতজিনা নোক্লদুনা খুমলকই -

- "হযেংদি চুড়া কবণ অমা লৈখবে ব্রাবৌবীবা য়াদবে।"

- "হাংচিংতি? কমদৌবা?"
- "অহোয়, হাংচিং অয়ুক অগুনবদদি য়াগনি।"
- "করিগীনো মকপ ?"
- "ঐখোয় ইমাগীনি ঐনা অশোনবীদো অদুগী দশা লাংবন নেক্ষত্র য়েংথোকপীগে তৌবনি।"
- "হোয় হোয় য়েংথোকপীয়ু।"

মখোয় মশেল ওনশিন্দুনা খুকম্নবগা হায়বকই -

লৈথোকউববা মায়থোং ওনশিনলক্তুনা মকপ কুনবিব সিংহদা হায়বকই-

- "ইবেম্মদো অমুত্তংদি মশক য়েংজনিংবনি। অদুবু ফবে, মশা ঙমদবে হায়ববনিনা! কমদৌনি। হয়েং কোন্না পেন্না ইমৌ ওইববা মতুংদা য়েংলবা হায়বদুনি।"

গাড়ীদা কাখৎলে। অশোমদা নুপী মশেল ৱাবি শান্নবি।

- "হয়েংদো ঐ চৎথোকচবক্কগে ইবেম্মগী মফি - মবোল লিকোল লৈবদু য়াওন্নবা। নুপাশিংনা পঞ্জাও হোৎনজন্নবসু নুপী ঐখোয়না মকুপ মতা লৈথোক লৈশিন তৌমিন্নশি।"
- "হোয় হোয় ঙায়জবন্নগে।"
- "অদুদি অমুক য়ৌজবে।"
- "ফগনি অশুম লৈজহৌবে।"

মখুৎ হায়বদুনা চৎখবে। অশোমদা মপা কুনবিব সিংহ অমসুং মমা ললিতা মখুৎ লোন্নদুনা হায়হৌই -

- "অশুম লৈজহৌবে মকপ। পঞ্জিকাশু মাগী গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা হাইবকই অদুদি ঐসু অমুক যৌশিঞ্জন্নগে?' মমা মপা অনিনা মখুৎ লোন্নবগা খুন্নকই -
- "য়াম্না ফগনি, খুকমজবি অশুম লৈজহৌবে !"
- "পণ্ডিদজি। জয় বামজী !"

মখোয় চৎপ্রবা মতুংদা মখুৎ থাদবগা মতৈ মনাও মুন্না যেংনৈ শাংলবা শ্বোব অমা হোম্বুক্তবগা মপানা হায়বকই -

- "হা ! মমা ৱাদি লোইশিন্নখবে। লুহোংবগী নুমিৎসু লেপ্পখবে হৌজিক লান্নিবা প্রোব্লেম অসি পৈশাগীনি। পৈশাশি কয়াম লৌথোক্লবদি কোন্নগনি।

মতমদুদা মাগী নুপীনা মখুৎ পাইবদুনা চিংলগা চংমিন্নবকই। কাদা ফম'?
অদুগা হায়বকই- "মাদ পাবু ঙাওবববো? লম্বী মযাদা পৈশাগী ব্রাফম কাংথোকপীবক্লিবদুবু মতম্মা অশুক যৌনা ফত্তবা যুকশিদা কাংগে হৌবিএ।"

- "ইচিন্দা লাই তোংলকপা হায়দুনি।" মপুবোইবনা নোকফেৎ তৌবগা খুন্নকই।

- "ইচিন্দা লাই তোংলকপা অদুদগীনিশে শোইবক্লদৌবিবশে।"

- "হায়বো, মচানুপী যাইমনি, পৈশা কযা চংহনখিশিগে ?"

মপুবোয়বদা মুন্না য়েংলগা পৈবদুনা হায়বকই -

- "নহাক মপা নত্তবো ? অদুম খঞ্জবো। মতম অসিগী চৎনবী।"

মপানা মকোক খোৎলগা খুন্নকই -

- "অউনপোৎকীদি মপান নাইপোৎতেদা, লৈদি লৈতনা অবৈবসু শাকুবা যাপোৎ নত্তে। মনাও অমা লৈবিবশিগীসু খন্দবা যাদে। পোৎকী মমলসু সিজন্নিনা (*Season*) হেঙ্গৎলন্নগনি। যামদ্রবদা অনি অনিনা খুজিং ওইবগসু উন্নীংই।"

- "হো বাম কাহানি লেপ্পীবো! হযেং কোনশঙ চঙবদা ম্লাশঙসু যৌশিলক্লদৌবিবনি। ইখুক্তা লুপা খবা যাওখিদবা যাবোয মদুগী হান্না খনবীযু। মফি মবোলগীনা মথংগী নুমিৎতা ওইনা মশাগা চৎতুনা লৈমিনরুন্নবা।"

- "অদুগীবুদি লৈগনি। মথং তাবপগী শেনফম অসিনি ঐগী কোক শাহনগদৌবিবশি।"

- "অদুগী লৈববদি কোম্মেনা কবিনো?"

- "কবম্মা কোন্নীবা?"

- "বেঙ্কদগী লৌথোক্তুনা শিন্নবা যাবে।"

মমা নঙশি পঙইকো ! ঐনা ঙহান্তা নত্তবো লুপা লাক্ষ তবামঙা হন্দক চহিগী ওইনা চহি মঙাগী ফিক্স (*Fixed*) থমজিলুবগে হাযদুনা নঙোন্দা উহলন্নগা থমজিনলুবদে।

- "হো কোকশে অহন ওইশিলক্লবনি কাওজন থীবে। ঐঙোন্দা উহলন্নগা থমজিলুবদো।"

- "হো কোকশে অহন মতম ওইশিলকবনি কাওদমথীবে।"

- "ফবে অদুদি ঐ হৌজিকমক মপুদা প'উ হাযখ্রগে?"

''হো নংনেয়েমদবা ওবং তৌবিব্বগনু। অদুগী শরুকপুদি মহাজন বামপাল ...হেপকী মনাক্তা লেংলীবগা চে- চাং দলিদ ইথোক ইশিন তৌন্দুনা লুপা লাক্ষ অমদি থৌবাং তৌবীবো মদুনা পাঙনবা শীন্নবশি। উম ! মদুনা ফগদৌবা মাল্লে মমা।"

- "মথুন্দী কোং কোং লাওবগা গপ্পা তৌজনিংঙিদি ! চৎলো চৎলো লেংথোকপিকবো থবক অতে চৎথোক্লগ্লগনি ঙল্লিঙে অসিদা। নঙগী খিলা পবিদো যাববোয় অতে রাবীনা হলক্লগা শান্নবা।"

মমা ললিতা হৌগৎতুনা চৎখবে। কুনবিব সিংহদি হৌগৎতুনা তিংলি যাংলিরগা হাইবকই -

- "হে রাইগুরু ! মঙ্গোল পীনবীযুকো নচা ননাইদা, জয রাইগুরু। মতাং অসিদা ইচা অনিতা নীংশিংলকইদা ! ইচাদো লৈবন্নবদি মপাগী অৱাবা ৱাখলশে খবদা ওইববশু মতেং পাঙদুনা পূক্লীংগী অৱাবশে কোকহলগদবনি ইশু তোম্বীদুনা মখোল মৱা তাখিদবে মাগী মামীগা লৈমিন্নবিববা খঙদবে।"

মাগী কাদা ওনশিন্দুনা মপানা হৌনা কৌবকই -"ইবেম্মা জযা ইশু তোম্বীদুবু তুমশ্লববো মখোল মৱা তাখিদবেনে ঙসিগী ?"

জযানা কপ্লম্বগী মপি তৈথোক্লগা খুল্লকই -

- "অহোয পাবুং তুমখবে।"

মপা কুনবিব সিংহ মচাগী খোঙ্গেলদা খংলদুনা তপ্পা লুম্লবা খোঙথাংদা থাংলদুনা মচাগী মনাক্তা চঙশিনলকই অদুগা মিৎলুদগী শিম্থবক্লিবা মপি অদু তৈথোকপীবগা মকোক্তা নাম্থবীবদুনা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ইচাগী যাইফনবনি নপানা খল্লিবসি। খঙই ঐশু ইচাগী পূক্লিং, অদুবু মদুনা মবম ওইবগা চম্লবী ইচাগী পুন্সিবু অৱাবা ইপাক্তা ইবাক্লদুনা পিবাং লক্তা থম্বদু পামদবদগী থৌবাং অসিমক তৌখিবদি নস্তে। ঈশ্বোবগী নোংদম্মা খঙহৌদা হুম্লক্লুনা ইথক্তা চুবকখিবা খঙহৌদবা নোংহৌনি। ইবেম্মা !

অদুঙৈ শক্লখিবা ৱাশক্লী, ঐগী নুংশিববা মকপকা, পীশক পীকলিঙৈদগী তিন্নবকখিবা নুংশিববা মকপ্লী। ঐগী অৱা নুংঙায পুন্সিদা মতেং কযা পাংবীবকখিবা অশেংবা মকপ্লী। শিনফম্না তোংঙানখিবনা চঃ তবামুক অসি

কায়নকবে। অদুবু ঈশ্বেববু নোংদমদগী ঙহাল থেংনদুনা ৱারী অসি নীংশিংনবকখিবনি। মবুক মপাও য়াম্না ফবা ঈশ্বববু থাজবা মীশক্লী।

ইপাগী ৱাশক কায়হনগনুকো ইবেম্মা ইচানা পাম্বা খুদিংমক উনগনি। ননিং তৌনা নুংঙায়না লৈকগদবা ইমুংনি নখুৎতা হাযদুনা চাকগদবা। কপকনু ইবেম্মা, নহাক্কী নবায়বক্তা অশুম্না তম্লক্কুনা থোক্লবিবনি। ইপা, ইমান্নবা অমা অনিদা উনকখিগে।

কুনবিব চংশিন্দুনা তুম্লীবী মশুনুপীগী মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবীবম্লগা মপান থোকক্লে জয়াদি তুমিন্না ফমদুনা অঙাওবী অমগুম ৱাখলনা ফুংবঙনা লৈহৌবমই।

খংহৌদনা মহাক্কী পূক্লীংদা মচে অনিতাবু খঙনিং নীংশিংলকখি। মমাংদা থোক্লতুনা লেপ্লগা হায়বকই -

- "জয়া ইচেগী ইবেম্মা ! নহাক প্যাবুংনা হায়বিবশি শোইদনা ইল্লুকো ইবেম্মা ঐখোয়বু পীশক পীক্লিঙৈ মতমদগীঁ ইমা- ইবুংনা কয়াদা ৱানা য়োক্লমগনি।"

ইহৈ তমহন্নবা হোৎনবদা পৈশা কযাম খবচা তৌবমগনি ৱাখল মুন্না তৌগদবনিকো ইবেম্মা। নচেনা মবম ওইদুনা ইনাওগী লায়বক থীহনবদি পামদে। খল্লুগনু পীক্লিবী ঐগী ইচা সান্তিবালাগীদমক। মহাক্কীদি মপা - মমাচৌবী মপাচৌ, মপু য়েংশিনবীন্নবা ময়াম লৈবিবশিদি। পাউ অমা হায়খিবদা লৌবা লাকচগনি। মহাক্লা মবম ওইবগা নহাক্কী পুন্সিবু অৱাফমদা তাহনবদি নচে পামদে। নচেগী থৱায়না সান্তীসু ফংলোয় ! কপকনু ইবেম্মা তৈথোক্লো পীবাং!

মচেগী অত্থানা মাংখ্রবদা জয়াগী পূক্লীং অমুক্তা হেন্না সান্তিবালাবু নুংশিবগী মবী হেল্লকখীবগুম থোকখবে। মখোল থোক্তনা লৈবম্বদগী খংহৌদনা হিক্লা হিক্লা কপ্লদুনা নুংঙায়না মতম্বাক্তা তুমখুন তানঞ্জবিবী সান্তিবালা য়েংলকই অদুগা হায়বকই।

ইবেম্মা সান্তী, ইচাতোম্বী ! নহাক্তী ইচেনা পোকচবম্বগী ৱাতনি। অশেংবা নমাদি ঐহাক্লি। হায়জশনু থোক্লতুনা জগৎপু শেম্বীবা ঈশ্বব মহাকশু য়াওনা ইমাদা। কায়নবা কৈদৌঙৈ ঙমলোয় ইচাগা ! নহাক্তী ঐগী ইচানি। হিংলবসু নহাক্কা লোয়ন্না হিংমিন্নগনি। পামজদে, ঐহাক নুংঙায়বা পুন্সি মবেল। কায়জশনু পম্থৌগী মথোং হুৎতবা ৱাশক, মাংজশনু ইজৎ শাগৈ অসিগী। লমদম কৈদনো তাম্থোকপীববসু চংখিগনি ইচাতোম্বীবু পুদুনা। ঙমলোয় ইচে, ঙমলোয

তাকপীগনু ননাওদা ৱাফম অদুমক ! কবিগুম ঐনা পাবুংগী অমদি নহাক্কী ৱাফম ইনবদগী লুহোংখিবা তাববদি কনাদা ইচাতোম্বীনা "ইমা" হায়দুনা কৌহৌগনি। কন্নানা মাগী পুন্সিবু মী ওইহন্নবা শিনবীগনি। মদুদি খঙদববা ইচে।

খোঞ্জেল ওইনা তাবকই !

- "ৱাখল মুন্না তৌ ইবেম্মা,অঙাংদি থেন্নগা ফখিগদবনি উন্নদ্রবা মতুংদা কাওখিগনি তপ্না তপ্না থাপ্লবক্কনি ইবেম্মা।"

- "মদু ওইথোক্কবা ৱাফম্মী ইচে !"

- "খম্থুদুনা যেংউ অমুক্তুং মপাগী ৱাশক গুাক্লবা হোৎনবদা অয়োধ্যাগী বামচন্দ্রনা হায়নবা তৌদনা বন্দা চহি তবামবি অৱাবা খংখি পাপী কয়াবুসু লানবীখি।"

- "ৱাফম অদু কলি যুক অসিদদি চৎনবা য়াবোই ইচে ! মচা ঐখোয়গী পুকচেল হংবীদনা যুমদা যোকপীবা ষণ-ইবোই, হামেংগুম য়োন্নিংবা মতমদা যোনবদি ঐখোয় পুন্সিবু খোঙ্গোয়নবীবগুম্বনি ইচে, ননাওদি ৱাফম অদু যানিংদে ! অনৌবা সভ্যাতা, অনৌবা যুক অসিদদি উনা ৱানা ফাওবা হোংফম থোকই।

"মদু ওইববদি নহাক্লা মখোঙ নাম্মা শোযববা নুপী অমা থীকবা নীপাগা মচানা ইমা কৌবগীদমক নৌজবিবী নহাক্কী পুন্সিবু খাংঙু থক্তা পীখম্লবা তাবিববা?"

- "তাজশনু ইবায়বক্কীনি খঞ্জগনি।"

অদুদি মতম অমদা নহাক্কীসু নবুক থক্কী নচাশিং শোয়দনা যাওবক্কনি মতম মদুদা ঐগী ইচাবুদি মীবাযবীবোইদবা ? ঐগী ইচাশিংদগী হেন্না লুনা তৌজগনি। মীবাইজবোই।

- "অদুদি (Promise) !"

- "Promise ইচে।"

- "অদুবু খম্থখো ইবেম্মা ! মতম লৈবি পাবুংগী ৱাশক কায়হনগনু। নঙনা খঙগদবদি ফনমক ফত্তবা মমা মপা ওইদুনসু মবুক থক্কী মচাবু কৈদৌঙৈদা ফত্তবা লশ্বীদা লমজিংলম্লোয়। পুম্নমক নহাক্কী যাইফনবা হোৎনবীবনি ইবেম্মা। ৱাবকউ পুক্কীংবু থেমজিন্নবা হোৎনৌ ! মদুতনা ওইগনি নহাক্কী য়াইফবা !"

- মতমদুদা কাজল মঙদা কবি উক্কবনো কপ্পদুনা হায়বকই - "মামি !"

জয়ানা কপ্পা কপ্পা, সান্তিবালাবু চেৎনা কোল্লদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা। নঙগী মামি, ইচাতোম্বীবু হুন্দোক্নুনা কৈদৌঙৈদা চৎলোয়নে ইচাবু হুন্দোক্নুনা।"

- "জয়ানা সান্তিবালাবু চেৎনা কোল্লদুনা হিক্রা কপখি। সান্তিবালাসু জয়াবু চেৎনা কোল্লদুনা লৈখি। শীন্থবক্লীবা পিবাং অনিগী ঈচেল অমত্তা ওইনা চেন্থবকখি, শেংলবা গঙ্গাগী ঈচেলগুম হিমালয় চীংদোলদগী থীংবা ঙমদ্রবা ঈচেলদা রা! রা! জম,জম,

কনানা খঙবগে পূক্নীংগী অৱাবা

উবিগদবদি মহাক্তনি, জগৎসিবু

শেম্বীবা,ৱাবক্লবদা তেংবাঙবীবিবা

তাইবঙ মপু অথোইবা

লমজিংবীগনি মখোয়না ঐখোয়বু।

মন্নবা তাইবঙদা লমতাকপীদুনা অফ ফত্তা অনীগ

**হরে রাম!**

**হরে কৃষ্ণ!**

**হরে গোবিন্দা!**

হে শাই বাবা, হে ৱায়গুরু, হে প্রভু যীশু, হে অল্লাহ্

**জৈন মহাবীর,**

**গৌতম বুদ্ধ**

**হজরত মুহামট**

লৈযেংদা তোংদুনা শোঙ্গবিবা জগৎনা তৎতনা মখোয়গী মগুন ধর্ম্ম গুরুশিং অথোয়বা।

*****

## কুনমঙা শুবা পাবা

প্রমোটনা খুঙ্গংগী অহল লমন - নহাবোল কয়াগা লোয়ন্না মপাবুংগী মঙলান মঙফাওন্নবা থৌবাং তৌবা হৌখিবমই ।

অযুক অঙনবদা মপা - মচা থোক্লদুনা মিষ্ট্রিশিংগা ৱা তান্নবি ।

- "ইবুংঙো ! ঙবাং, খুনগী অহনশিংনা তাকপীবম্বা মওংদা পবিং লৌবগা চনখৎপা হেক্তা হৌহল্লশি। মসিদা ননাও ঙাযদনা লৈববদি নোংজুপাম্থা লাক্লুনা থবক্তা অপনবা ওইবনি ।"

মকোক হোৎলগা যানিংদবা মওং উৎলদুনা মচানুপা প্রমোটনা মপাগী পাউখুম পীবকই -

- "অদুদা পাবুং ! ইনাওগীসু অনিংবা অপাম্বা মওং খবদি শোযদনা লৈবমগদবা মাল্লি।"

- "মসিদা ঐখোযনা শাগৎপা হৌজিল্লুবগা মহাক্কী অপাম্বাগী মওংদু খেৎনবম্বা তাববদি মবুক্লীংদা শোযদনা ৱাবৌখিনি। মবম অদুনা মথংগী হপ্তা অসি ফাওবদি ৱাববসু ৱানা ঙাযবশি। মবকশিদা শাগদবা মচাকশিংসু লৈশিন্দুনা থমহৌন্নবা।"

তোমচৌগী পূক্লীংদা ঙাযথবদি পমদ্রবনি অদুবু মচানুপা অহনগী ৱাদসু অচুমবা ওইবদগী অৱাবাগী শ্বোব অমা শাংনা হোম্থবগা মচানুপাদা হাযবকই-

- "খংদবে ঐদি থীন্থবা পামদ্রবনি ইবুংঙো। মঙ হাদশু মফমশিগীতা ওইনা উদুনা লৈবে। ননাওনা দিল্লীদগী কৈদৌঙৈ হলক্দৌবনো খংদবেনে।"

- "মথং হপ্তাদদি শোযদনা হলকপা যাবেদা পাবুং। মহাক হলকপগা নে তানা খন্নবগা শাবশি।"

থাজদ্রদুনা মচাদা অমুক হন্না হাযবকই -

- "শোয়দনদি শাশিকো ইবুংঙো ?"

- "পাবুং শোয়দনা শাগনিয়ে। ইনাওগী ৱখলসু খঞ্জবা অমা লৈবমগনি অদুনা খজিক্তুং তপথজবগী ৱানি।"

কবিগুম্বা ইচাশিংনা নপানা নীংজবিবশি শাবিদবা তাববদি খুঙ্গং লৈকায়শিনা, তোমচৌ অঙাওবনি। ময়ামগা ৱাখল মান্নদবনি। মহাক্কী মৱাবু মচা কনানা লৌবীদুনা শাগনি হায়নখিগদৌবিবনি ৱাফম অদুদংদি থোকহনগনুশিকো ইবুংঙো। লোয়শিনবা ঙমদ্রবসু যুম্বী য়ুংলগা কাবনদং লৌবগসু তোকথোক্লবসু য়াইদা থবক্তি উৎলমশি।

- "পাবুং, নচা প্রমোটনা হায়খ্রদি পাবুংগী ৱাশক ঙাকচগে হায়দুনা খঞ্জবিবনি শোয়দনা থবক্তা ওস্থোক্লবা হোৎনজগে।"

- "ফবে ফবে অদুদি। ইপা লৈকেন্দা ঙায়হাক্তুং চঙদুনা ঈশিং খজিক্তুং ইশুশিংগা চাইমিন্নকখিগে।"

- "অহোয পাবুং। নচাদি মীষ্ট্রী লাক্লীবশিং অসিগা শাগদবগী মচাক কয়া লৈগদবনো হাযবদু তান্নজবকখিগে।"

চৎকদবগী হৌগৎতুনা মমায় লৈথোক্লকপদা তোমচৌনা মশুনুপী সান্তীবলাবু খংনিঙ নিংশিংলক্লুনা লৈশিলক্লগা হংযবকই -

- "ইবুংঙো ঙহান নপানা হাযবদো নীংশিংলিববা ?"

- "কবি ৱাফমনো পাবুং ! নচাদি নীংশিংজবা ঙমদ্রে। কবি মতাংদা ওইবিববনো ?"

- "ইস্থোকপা অঙাংনিদকো মপাগী কোক হেক লৌবদনা। হৌজিক হাযবগা হোবেল কাউথোকপগী ৱাফম লাক্লে চহি মতাং চাদনা। অতৈ নৎতে ইশু আদা থমখিবী অদু ঙসি পোৎ চৈ লৈবা বজাব য়ৌগদবা লৈববদি খবা চংলক্লুনা পুবিবক্লগেবা হাযবনি।"

- "হোয় পাবুং ঐনা নৎত্রবসু মমাচৌবীনা হুবেল চৎপদা শোয়দনা পুবক্লবা হাযখ্রগে।"

- "ফবে ফবে অদুদি। ইশুদুনা মবম ওইবগা মন্দোমচা জায়াগী লুহোংবা হাযদোকহনবদুদি পামদদুনা তৌবনি।"

- "শোয়দনা পুজবক্লগনিদা পাবুং নচানা ৱাফম খুদিং মমাচৌবীদা লিদুনা খঙহনলবনি।"

- "হেবা পঞ্জাবী কোয়জোম্বা মানসু মণিপুরদা লাক্লগা অফাউবা শাই। মী উশিংতবা মখোং হৃকতবা মাগুম্বনসু ঐগী ইচা ইশুদবু অদুক হম্বনা ঙাংদুনা লৈহৌবা। ঐদি লুহোংবা ফাওবা চংহনিংদ্রবনি।"

"পাবুং লুহোংবদি ঐসু চংলবোয়দা মতৈমগা মবানী চৎচবগনি।"

- "মী উশিংতবা লবায় ইম্ফাল খাইবা পুকচেল পীকপা মবরাবি।"

মপা ঙাং ঙাংদুনা চৎখবে। প্রমোট মিত্রিশিংগী মনাক্তা চংশিনলক্তুনা হায়বকই -

- "ইনাওশা! নখোয় ঙাইবদা ব্রাবল্লগনি।"

থবকশুবা লাক্লিবশিং অদুনা খুম্লকই - "ব্রাদে যাম্বুং।"

- "হোযদা নহানবু ব্রাবা হৌনববা ?"

- "অহোয় য়াম্বুং!"

- "ইনাওশা থবকশি পাবুংনদি হৌহন্নীংলবনি অদুবু!"

- "অদুবু কৈদৌববা য়াম্বুং ?"

- "ইনাও প্রকাস দিল্লী চৎখিবদু হল্লক্লগা নে তানা খন্নবগা হৌবশিবা হায়দুনা নযাম্বাদি খল্লেনে।"

- "য়াম্বুং ঐখোয়দি ইয়া য়াই। খন্নবীবা চুম্মী শাদ্রিঙৈ। হয়েং তুংদা অপাম পামদা নীংঙমদা কয়া থোক্কক্তনবা।"

অমনা খঙনিদুনা হংলকই -

- "তামোদি কৈদৌঙৈ থোক্লকদৌবিবা ?"

- "মথং হপ্তাদদি শোয়দনা থোক্লকদবা মাল্লি। মখোয় মশেল য়েংনবগা হায়বকই। অদুদি য়াম্বুং ঐখোয়সু অমুক য়ৌশিঞ্জব্রগে।"

- "হোয় হোয়।"

প্রমোট মখোয চংব্রে মতুংদা পুবান হৈনৌগী নুংশিববা ফজববা মওং মতৌ কায়শিলক্লবা ফিভম্মু মুন্না যেংঙুবগা অদুঙৈগী ব্রাবী কয়া নীংশিংলকপগুম তৌবকই। ... ... ...

মমাং থংবা পবেংদা খোংনাঙ অচৌবা পবেংনা নীংথীজনা হৌদুনা লৈববনিকো। পাক্লাবা লমপাক, অশোংবা মোংশোং উমং ওইনা লৈবমই।

মযাদা থেক্লা খোইনা শাবি ঈশিং খোংলম অমা মনিং তম্না চেঞ্জবম্বা অদুসু ঙসিদি তেমথোক্লুনা লম্বীগী মতাযদা পুথোকখবে ঈচেলসু খমখবে। ইতাবকপা কুমগী নোংহৌ লাকপা মতমদা ইকাঙা তান্নবা শাবিনি অদুংঙৈগী। পুম্নমক হোংখবে কোথোক্লুনা শেম্নখবে পাক্লবা লমজাও ওইনা। য়েম্থোক্লখবে লমহাং কযা মচি- মচিদা লৈখিদবে শণঞ্জাবুং অদুংঙৈগী। ইঙা ইঙেল থবান লাংবল থা ৩ - ৪ ষণ থাদোক্লদুনা ষণশেনবগী পালি লাক্লবম্বদো, ৱাবোক পলিৱাংবা ফাওবা শেল্লুববা মতুংদা তপ্পা তপ্পা ষণযাম পুন্বা হোযদুনা লাকখিবা হৌজিক্কী লৈত্রে। হাপলেন পেট্রোমেচ ঙম্লদুনা লৈকাযগী ইচল ইচেশিংনা থাবল চোংনবম্বা লমপাক্লি অদুঙৈগী।

থাবলদা ফৌশু লংনবা লাকখিবা পাখঙশিং শগোল তোংদুনা, ঙসিদি চৎনবীদু মুৎখবে। অঙনবা অযুক্তা যু পুদুনা লাক্লবি শগোল পবেং পবেং মসিনা ওইখবে হিংনবগী লম্বী যুকশিদা। ঐখোযনা স্কুল থোক্লকপদা হৈনৌ মখোং অসিদা ইমান্নবা কযা ঙাইন্দুনা পুলপ পুলপ চৎমিন্নবদো ঙসিদি লৈতবে। সাইকল, মোটব বসতা থীন্নখবে মহৈ মহৈ চাওখৎপগী লম্বীদা চৎখবে। যুমথোং খুদিংগী মোইথাপ নাইবগী, লশিং কাপ্পগী মখোল, ফি শাবগী মখোল পুম্নমক মাংখবে। লায হবাওবা মতমদা মুক্লা কাংজৈ শগোল কাংজৈ শান্নবম্বা পুম্নমক তৌনখিদবে ঙসিদি।

কনাদা তেংথাকগনি তাওথখবে পুম্নমক লুপখবে মতমগী ঈবৈ অকনবদা তাওথখিদুনা তপ্পা তপ্পা । ঐদি থম্নীংলি মীযুজিযম অমা নাকর্লশিদা। অবিবা ঐখোয ফাওবা কাওখিগদৌববা পোৎলম কযা থীগৎতুনা থুঞ্জা অহুম মবি অসিগী ওইনা। ৱাবী, লাযবিক কযাসু যাওনা। অদুবু খঙদবে ইনাও প্রকসনা থোক্লক্লগা মহাক্লা কবি হাযবগদবা ? যেংবা তাবে,থন্নবা তাবে পাবুংগা ঐখোয অহুম চুমশিন্নদুনা শাবিঙৈদা ফজনা শাহৌন্নবা হযেং তুংদসু বাবীনহৌন্নবা।

*****

## কুনতকক শুবা পন্দুপ

বানিবালা ভোট কাখবে মহাক্কীদমক চেনবীখিবা মকওইবা মীওইশিংগী ওইবা মীফম অমা মহাক্কী মযুমদা ফম্লমই। রানিবালা চংলকপদা ফমদুনা লৈবম্না পুম্নমক হৌগৎলদুনা ইকাযখুম্নবা উৎতুনা মখুৎ লোন্নবগা হাযবকই -

শুধিব - "নমস্টে মেডাম।"

শ্যাম - "খুকমজবি ইতৈমা।"

দাস - "ভাবি সলাম।"

বামু - "নমস্টে ভাবী।"

ঘোষ্ট - "গুদ মোর্বনিং মেদাম।"

বানিবলা মখুৎ লোন্নদুনা হাযরকই -

"নমষ্টকাব, খুকমজবি পুম্নমকপু।"

মহাক্লা রা মখা তানা হাযবকই -

- "ঙসি ঐনা মীযাম্বু কৌখৎচবগী মবমদি, অতৈগী নৎচদে। তেল্লবী ননাযগীদমক্তা থরায খুবাক্তা ইশামক্কীনি খনবীদুনা ভোট অসিগীদমক চেনবীখিবা চেনবীখিবী ইচে- ইচল, ইবুং- ইপ্পা, ইপা- ইপল, খ্বাই খিবীকপু ভোট কাববা মতুং নুমিৎ তবানি শুজিনখ্রবা ফাওবদা পুনশিন্দুনা নুংঙাযবগী চাকলেন অমতং চামিন্নখিদ্রি। মবম অদুনা হাওবা হাওতবা চাকলেন অমা শিনজবনি লোযন্না খুঙ্গং খুঙ্গংগী ওইবা অৱা - নুংঙায প্রজাশিংগী মপাউ লৌজবগা খুৎশম্লনা চাউখৎ লম্বীদা চৎনবা পোবম অমতং যাৎথোকচনিংবগী মীফম অসিনা চাকচা মাংদা শিনজবনি। রাবৌবীবা যাদে মযাম্লা।"

মযাম্লা খুমলকই -

"রাবৌজদে মেডাম। মসিদি তংঙাযমক ফদনা তৌফম থোক্লবনি। মখা তাথবীশি।"

বানিবালানা ৱা মখা তাথনা হায়বকই -

- "ঐহাক ভোট অসি কাদ্রিঙৈগী মমাংদা খুঙ্গং খুদিং চৎতুনা য়েংজখিবা তাখিবা ময়ামগী পেন্দবা ৱাফম কয়াশিং সবকাবগী চুমদবা মওং নিটি কয়া থবক ওইনা খঙলবসু খঙশিন্দনা লৈখিবশিং কয়াগী ৱাবী অমদি মতমদুদা ঐনা হায়জখিবা পুম্নমক হৌজিক্তি প্রজানা নুংশিবীদুনা শক্তি অদু পীবিববনিনা থবক ওইনা উচ্চগে। ৱাফম অদুনা মাংদা থন্নগা ঙসিগী মীফম অসি কৌজখিবনি।

মীয়াম্না খুবাক খুদুনা থাগৎনবকই -

- "Thenk you medam "

মখা তাথনা হায়বকই -

- "ৱাখল মুন্না তৌবীয়ু। যুক অসিদা হিংনবগীদমক্তা অৱাবা কয়া মায়োক্নবা তাবকই মদু পুম্নমক খন্থবীবগা ঐখোয় অমতা ওইনা থবক পোবম য়াৎতুনা মথং মথং তপ্না - তপ্না মঙলান্দো মঙফাওনহনশি।"

ময়াম্না খুবাক খুবকই - প্রোক! প্রোক!প্রোক!

বানিবালানা ৱা মখা চৎথববকই -

- "অবোয়বা ওইনা ঐনা খনজবি। হন্দক্কী ফাইবেন পানখৎলকপা মঙানি পানবা নুমিৎ অসিদা ঐনা চাউবকখিবা পোক্নফম মণিপুবদা লমশু যেংবা ওইনা বস মবী অসি বির্জাব তৌজবগে চান থক্নবা, অথেলপোৎ কয়া লোযনদুনা মণিপুবগী লুববা লাইফমশিংদা চৎলুশি হায়দুনা লেংবীবক্লিবা খ্বায় ময়ামগী মফমদা কোক নোম্না নিমন্ত্রন কচ্চবি।"

ময়ামসু খুম্নবকই -

- "য়াইয়ে ইতৈমা ! ঐখোয়সু চৎনিংদুনা লৈবা কুইববনি যাববদি বস মঙা শুহনবীয়ু নুপী - অঙাংশিং অহল-লমনশিংসু চৎকে হায়নবক্নি।"

বানিবালানা খুন্নকই -

- "মীশিং যেংখিশি মদুগী মতুং ইন্দুনা গাড়িশু থৌবাং তৌন্নবা।" মতমদুদা চাকপাউশু লাকশিলক্নুনা হায়বকই ময়াম পুম্নমক চোইথোকপীব্রগু চাক তাকচবি থংনবা শুমাং অশোমদা লেঙশিনবীন্নবা খুকমজবি জয় জয়।"

ময়ামসু মকোক নোলদুনা হাযবকই -

- "জয় জয় ঐগ্যা।"

নহা ওইবা অমনা হায়বকই -

- "নহা ওইবা অমদু পামজবা কাংবু ঙায়হাক্তুং ঙাইবিখো কাশিদা অহল ওইবশিংগীনা মথং কাদা থৌবাং তৌদুনা লৈববনি লেংশিনবীনবা ৱাফম অসি মতংগা ময়ামগী মফমদা পাউজেল ওইনা থমজবি।"

ময়াম্না হায়বকই - "Than You "

মসিনি মতম অসিগী চৎনবী। লৈবমদ্রবসু অদুগী মতমদা নুংঙায়বা অমা ফোংদোকপদা লোন্না নৎত্রগা ফোংনা মচি মকমদা চৎনবী ওইনা খুমাং চাওশিনলকই। য়ানিংদবা অহলশিংনা হায়বকই -

- "ইবুংঙোহোয়! কাদি হেজিনবীদবা, নুংঙায়বা ফোংদোকপবা হায়ববু অৱাবা ফোংদোকপা ওইনা তাখিগনিকো।"

মচিন কনবা নহা অমনা খুন্নকই -

- "অহোয় পাবুং! পেক অম্মম খক্তনি ডাইজিসনগী ওইনা। হৌবিবক্লো ভাই। মকোক্লা মখোংগা য়াওবা প্লেট অশোমদসু অমতং লানশিনবীবক্লবদি Thank you very much হায়জগনি।"

নুপা অমা অঙৌংবা, অতাওবা, ঙৌথোং অনোয়বা য়াওবা ট্রেদু মমাংদা থম্লগা হায়বকই-

- "ৱাবৌবীবা য়াদবে অম্মম পাইনখিবদা থুংনবা ঙমদবে মসিনা ওইনা মহুৎশিনবীবা তাবে।"

- "ইশ! ঙন্তানা লোইশিনখিদা নহাবোল পুকচাউবশিংশে। ফবে ফবে কমদৌনি। লোইশিনত্রবনিনা উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই হায়বগুম মহুৎ শিন্দুনা শাবদা তাবেদনা। কদায়নো ঙা অতাউবা মকোক্তুদি য়োশিন্দ্রীগী অমুক্তা পাইজহৌগে।

*****

# কুনতবেৎ শুবা পন্দুপ

গাউী খাম্নগা কুমথবকই প্রকাস অমসুং কিবন। পোৎ- চৈ লৌথদুনা লৈবিঙে মমানা উবক্তুনা থোংনাউদগী হায়বকই - "ইশুতোম্বী নখোয় নমা নচাবু হৌগৎলববো। যেংঙু তু ককা থুংলবে ?"

জয়া থোংনাউদগী যেংথোবকপদা মবুং কিবনগা মতৈ প্রকাস কা দিল্লীদগী হলক্তুনা থুংলবা উবমই। ওক্তোদি পোৎ থনল্লগা থৌদুনা চৎখ্রে। জয়ানা চঙশিনলক্তুনা তুল্লীবা সান্তীবলাবু হৌদোক্লগা হায়বকই-

- "ইবেম্মা ! ইচাতোম্বী ! হৌগৎলো পাপা হলক্লে, দিল্লীদগী নঙনা তপথীবা শান্নপোৎ মযামদো লৈবল্লগনি।"

- যাম্না তপ্না মমিৎ পাংথোক্লদুনা জয়াদা যেংলগা হংলকই - "কদায় ?"

- "লাকও, হৌগৎলো থোঙ্গালদগী ওক্লশি।"

সান্তিবালা তপনা হৌগৎলকই। জয়াগী মথানুংদা চেৎনা কোল্লদুনা জয়ানা পল্লগা মখাদা কুমথবকই। অশোমদা মমা ললিতানা মচানুপা অহন কিবন অমসুং মযানুপা প্রকাসপু লমশাং লাকপগী মৈ ওকপীবমই। মখোয় অনিনা চংশিনদুনা মমাগী মখোংদা শোক্লা খুকল্লগা হৌগৎভুনা পোৎ পুবগা চংলকই। জয়া মতুংদা লেপ্পুনা লৈবম্মী মতমদুদা মমানা মচানুপী জয়াদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ইচনতোম্বীদু ঐঙোন্দা পীবকউ অদুগা লৈহৌবিবা পোৎচৈশিং অদু পুশিলকউ। কদায় ইশু ম্না ! ইবোক অমুক পমজগে ঔ আ । ইশুগী কবি কবি লৈবীবকপগে পাপা ? অমুক্তা যেংজগে চৎলো চৎলো। ইশু মমিৎ পাংলক্লে যেংউবসি।"

ড্রোইংরুমদা পোৎ- চৈশিং থল্লগা শোফাদা ফম্লদুনা রাবী শান্নবা হৌবকই -

- "ইমা পাবুংদি ?"

- "ইবুংঙো, নপাখোয় নচলনুপী জয়াগী অউনপোৎকী চেনবদা মমৈ মকোক খঙদবি।"

- "ইনাও বনবিবর্দি মসিগী মবমদা খঙহনগ্রববা ?"

- "খঙহনগ্রবনি অদুবু টলপ ফংদনদি কবম্না থোক্লক্কনি। মসিগী ব্রাসি তোক্লো, নপু- নবেন্না কবি হাযবকপগে মদু হান্না তম্মু।"

মতমদুদা জযা পোৎ পুবদুনা কাদা চংলকই মমানা মচাগী নুংঙাযতবা মতৌ উবদা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়বকই-

"যাবে- যাবে ইবেম্মা অদুদা থনম্মো। মশুদা যেংলগা হাযবকই ইশুশি তুমশিৎ ফাদ্রিবা মালে। শে ঙাযহাক তুমহল্লুখো।"

মমাদগী সান্ত্বীবলাবু লৌবগা ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংলমদনা মহাক্কী কাদা পুদুনা চৎখ্রে। মবুংনা মচলগী হোংলন্নীবা শক্তম মওং মতৌ অদু উবদা মবুক্লিংদা নুংঙাযতবা ফাওবমই মমানা মদু খঙলদুনা ব্রা মখা তাদুনা হংলকই-

- "হা ! কবি হাযবকই নপু- নবেন্না ? কৈদৌঙৈ থোক্লকনি হাযবকইবা ?"

- "হযেং থোক্লকনি হাযদুনা টিকেৎ পাইদুনা লৈহৌববনি।"

- "কবিদা ?"

"মথক্তা (By Air)। নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা। ফবে ফবে।"

মমা লালীতানা হবাওনা খুম্মী। মতমদুদা প্রকাসনা মযুমদা চৎনিংঙক্লদুনা জাযাগী মপোৎ মচৈ অমসুং মচানুপীগী শান্নপোৎ মফি মবোল মাগী বেক অদু হাংদোকলগা লৌথোক্লগা মনেমদা শীন্নবদুনা হাযবকই -

- "ইমা শে ! ইবেম্মাগা মাগী মাম্মী জযাগগী মপোৎ মচৈশিংনি। ঐ যুম ফাওবদৎ যৌশিল্লুখিগে; মবাযদা ওনশিলগা হাযবকই 'ইবায নশেন অমুক যৌশিঞ্জগ্রগ?"

মমাদা যেংলগা হৌগৎলদুনা হাযবকই - "হুম ! ঐসু যুম যৌশিলুদবা যাদে। ইমা ঐ ইশেলগা থোকমিন্নগ্রগে।"

মমানা পোৎ চৈশিং অদু লোইশিলগা হাযবকই -

- "হোয যৌশিন্নকবো। ঐসু চবাংনবিঙৈ চা কা লোলহনবা কাওখবে জাযাদুবু কৈদৌববনো খংদে মাগী কাদা চংগ্রগা অদুম থোক্লকখিদবে।"

জয়াগী কাদা ওনশিনদুনা কৌবকই "জয়া। ইবেম্মা।"

প্রকাসনা খান্নদুনা হায়রকই -

- "ইমা য়াবে। ইবায়গা থোকমিন্নখ্রগে। বজাবদা চংলগা পোৎ- চৈ ময়াম অশুম লৈগদবা লৈ থেংলগনি ফমথববোয়।"

মবায় কিবন্না হায়বকই - "চৎলে।"

মনেমদা ওশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইমা ঐখোয় অমুক চৎলগে ইচাতোম্বীদো হৌগৎলবা মতমদা শান্নপোৎশিং অসি পীবিয়ু।"

প্রকাস অমসুং কিবন মপান থোকখবে। মমা ললিতা নুংঙায়তনা মশুনুপীগী শান্নপোৎতা য়েংদুনা লৈহৌই।

জয়া, প্রকাসকী মফমদা পূক্লীংগী ব্রাফম কয়া ফোংদোক্লুনা লুহোংবা অসি হায়দোকহনবা পামজবনি অদুবু নুপী ওইবী মহৌশা ইকায়থীবী ওইবনা থোংনাওদা য়েংদুনা লৈহৌই। প্রকাসকী পূক্লীংদসু ঙসিদি জয়াগী পূক্লীংনা কৌবগুম তুংহন্না য়েংথোক্লপদা জয়াগা মিৎচানবা থোকখিবমই।

মীৎলুদা পিবাংনা লুপ্পবী তনৌববী মাযথোংনা কবিগীনো ঐবু অশুক তবাম্মা য়েংদুনা লৈবল্লিবা ? মসিসু অঙকপনী তাইবঙসিদা......। কযাদা নিংথীজববা তনৌববী মায়থোংনো কবিগীনো মহাক্লা শোইনায়ববা ঐহাকপু য়েংদুনা লৈবল্লীবা, কবি হায়নিংবা ? বিক্লাদি লেপ্তুবনিনা মীৎয়েংগী ব্রাংমদা লৈহৌবে জয়া মাগী থোংনাউদগী মহাকপু য়েংদুনা অশুম লৈহৌই।

জয়া মীৎয়েংগী ব্রাংমা লানথোকপ্রবদা হনজীলক্লুনা মহাক্কী ফমুংদা ফল্লগা লৈহৌই।

মমা ললিতানা মহাক্কীদমক লৈবীবকপা শাডিশিং অমসুং মশুনুপীগী শান্নাপোৎশিং পূলপ্পা পূবক্লগা মহাক্কী মমাংদা থনমই। অদুগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা শে নহাক্কী শাড়ীগা ইশু সান্তিবলাগী শান্নপোৎকনি নতৈনা লৈবকপনি। ঐসু ইমান্নবী খবা উন্নকখিগে। ননাওশু টিয়ুসন হলক্লিবনিনা ঙসিদংগা পুজবি ওইবমখোকো। ইঙ্গাং নাপী ঙাবি মোবোক লোয়না লৌথোক্লুনা থনম্নবনি। চৎলে চৎলে। মমা ব্রাহৈশিং অদু হায়বম্নগা মহাক্কী

থবক চৎপ্রে। জয়াদি শান্নপোৎ অমসু প্রকাসনা লৈবীবকপা সাডিশিং অদু য়েংলগা থীংবা ঙমদ্রবা পিবাংনা ঈহৌবক্তুনা শিন্থবক্লি তপ তপ শীন্থবক্লি মহাক্কী শাড়িগী মথক্তা তপ্না- তপ্না ...। নীংশিংলকই কাউঙমদ্রবা ৱাবীশিং মবক মবক্তা ...

নোংমা মচেনা বসগুলা খবা প্লেটতা হাপ্তুনা পুথোক্লগা মপুবোয়বগী মফমদা পীবমই। মতমদুদা প্রকাসনা নাকন য়েৎলোমদা ইমুংগী মী কনাসু লৈত্রে হাযদুনা হৌগৎলগা প্লেটতগী বসগুলা অমা লৌখৎলগা মীবোলবী মহাক্কী নুপী অনিতাগী মফমদা হায়বকই।

- "শে নঙশু ইনবীগে ?"

অনিতানা ইকায়না মক লুকথবগা মঙক হাযদুনা হাযবকই -

- "উম ! মসিদি নহাক্কীনি। চাজবো ? ঐখোয়গীদি আদা খাইদোক্তুনা লৈহৌবে।"

প্রকাস য়াদদুনা হায়বকই -

- "অদু ওইববসু মসিমতংদি।"

মতমদুদা জয়া পাত্র অমা লৌবা চংলকপদা মতৈগা মচেগা ওইন্দুনা লৈবম্বা উবদা বৌদেন্নদুনা হাযবকই -

- "ইতৈ মশানা য়াজদ্রবদুদা নমদুনা পীজববদি লোক থুংদুনা তোক্কনি কদায় ঐঙোন্দা ওইনা ইনবিবকও।"

অনিতাদি ইকায়দুনা চেম্প্লোকখবে। জয়ানা ইকায়দনা চংশিনলগা মতৈ মমাংদা লেপ্লমই। প্রকাস ইকায় খাংদগী নোকলগা জয়াদা ইনবিবমই। জয়ানা মদু চাবগা হায়বকই -

- "ঐশু শালিনি ইচেনা চাগদববু ঐনা চাথোক্লবনিনা, শে ঐসু ইনবীবমগে ইকায থীবী ইচেগী মহুৎ শিন্দুনা। নুপানবু অশুক পাংদবা শে শে।"

জযানা ঙমদুনা প্রকাসতা বসগুলা ইনবিবমখি। জযা নোক্লা- নোক্লা কা অদুদগী মানা পুগদবা পোৎ অদু পুদুনা থোকখি। সান্ত্বীবালাবু মপা প্রকাসনা মহৈ মশি তম্বীন্নবা অহানবা পুবকপা নুমিৎতা ইমুংগী মীওই খুদিং লৈবি। পীক্লবী সান্ত্বীবলাবু মপাগী মখুৎতগী মবোক্লা পম্বীদুনা লৌগে তৌবদা য়াবক্তুদুনা মপু মবেলনা য়েংনবগা ইমুংদা লৈজবী ঐহাকপু কৌথোক্তুনা হায়বকখিবদো

- "ইবেম্মা জয়া ! নচানুপী লাক্লে মবোক্লা পম্বীগে হায়বসু য়াদে। ঙসিদগী নমা নচা লৈমিন্নবগদবনি। থোক্লও নঙবু কৈদৌবিবগে ? মপানা পাম্বদা পকচদবে। মপুগী মকোয় উবদা কিদনা লোৎখবেশে।"

নুমিৎতুদগী ঐবু মমা শক্লা শিনবকখিবনি হৈনদ হৈনদনা ঙসিদি ইবুক থক্কী ইচাগুম অশুক নুংশিবক্লবা মতমসিদা পম্বৌগী ব্রাশক ঙাক্লবা চৎপা তাবববা ঐগী নুংশিববী ইচাতোম্বীবু থাদোক্লমদুনা ... .!

অদুগা কবিগীনো ইমা পাবুং তান্নবগা চন্নবী ঐবু ইচেনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইশা খঙহন্দনা পীক্লিবা অঙাং অসিগীদমক্তা ইচেগী মহুৎ শিন্নবা শ্রী শ্রীগোবিন্দজী মন্দীবদা লুহোংন্নবা শিনবীদ্রিবা? পুম্নমক খংলিবা ইমানা ঙসিদি কবিগী তুমিন্না লৈবি ? পুম্নমক ঐবু শাববা থাঙগী মথক্তা ভৌবিবনি হিংলিবা লেমলৈ ঙাগুম ফ্রং - ফ্রং চোংলদুনা . ! কবি উপাযনো ঐনা তৌগদবা . ...? হা উবোক ! মাংদা লাং,তুংদা তেন পাইবশিগে কবম্মা।

লামতাগী যাওশং মনুংদা মচেনা চাকশঙদা ইঙ্গাং মথেল লাংলিঙৈ, মতৈনা থোংনাওদগী মপান্দা অবেব মহি তৈনবা পবদা হাযদোক্লুনা যেংলিঙৈ, লোন্না জযানা মপান্দাগী মমান্নাবীশিংগা অবেব তৈনকবা হঞ্জিলকপদা মতৈ প্রকাসনা তুমিন্না অবেব তৈন্নবা য়েংদুনা লৈবম্বা উবদা খুদক্তা অবেব খুবাম অমা পুবক্লুনা মতৈগী মামায়দা তৈবম্মী।

অদুগা হাযবকই -

- "নুংঙাযববা য়েংঙু অবেব তৈনবা ? কমদৌই। লোন্না যেংখো।"

প্রকাসসু মর্ফি মোৎলবনিনা তান্নদুনা মনা পাযবগা হাযবকই -

- "তৌখিদবা হা ! ফিশি কনানা শুবীগনি।"
- "ইচেনা।"
- "নচেনা শুবীদ্রবদি কমদৌবা ?"
- "অদু ওইবগা ঐনা।"

পাউখুম মতিক চানা ফংলবদা ব্রাহং লৈতবে ফুবিৎ খাউদগী কমাল মচাদু লৌথোক্লগা কপ্পোক্লুনা লৈখিবদো। মতৌদু নুংঙাইত্রবদা জয়ানা খুদৈ অমা পীবগা হায়বকই..

- "ইবুংঙো ইচে খংদ্রিঙৈ শুজকবগে শে হোংদোকপীবো তাইবুংঙো নুংশিবা।" নোক্লদুনা চংশিনক্লগা মুন্না যেংলগা হায়বকপদো।

- "শক্তা মক্লা মচে মাল্লদনা। শে হুবেল নমান্নবীশিংগা অচাপোৎ লৈদুনা চামিন্নৌ।"

ফুবিৎ খাউদগী লুপা ৫০০ চৎপী অমা শৎতোক্লুনা পীবমই। পৈশাদু য়াম্বনা মখুৎ খল্লদুনা হায়বকই -

- "ঐগীশু পৈশা লৈজে এ। অদুক যাম্বা শেনফমদু ঐঙোন্দা পীথোকলগা হোবেল ইচেদগী মীব্রা তাবিগে হায়ববো।"

- "ন . ন কদু ঐ ঙমজবোয।"

- "মীব্রা কবিগী তাগদেবিবা ? ঐনা যাওশঙ মমাংদা নখোযগীদমক নফি নবোল কবি লৈবীখিবগে?"

- "অদুগী শেনফ মী। শে লৌশিল্লু। বেনুদসু হোবেল পীগদৌবিবনি।"

- পৈশাদু মুন্না যেংলদুনা লৌবদুনা জযানা হায়বকই - "অচুম্বগী ?"

- "অচুম্বগীনি! ঐনা নঙোনদা কবিগী ওইদবা ঙাংগদৌবিবা ? অদুগীদমক্তা নচেগা ইবানি কোইবক্লিবনি যাওশঙগী থৌবী থৎপী মযামগী মবক্তা শে- শে লৌশিল্লো।" .

কযাদা চমত্ত্ববা পুকচেলনো ঙসিদি চন্নবী ঐগী পূক্লীংবুসু জয তৌখবে। ঙাইহাক খল্লুবগা মতৈগী মখুত্তগী পৈশাদু লৌশিল্লি। নোংমা সান্তীবলাবু দাকুশিংনা ফাখিবা নুমিৎতা ইকাযনা লাক্লুনা চৎমিন্নবা ইমাগী মফমদা হায়জবদা ঐনা তাবদুনা য়াখিদবদো, অদুবু মবম খঙলবা মতুংদা ঐগা চৎমিন্দুনা পীক্লিবী সান্তীবলাবু কনখিবা পুন্নমক অশুম হৌব্রগা পাবুংগী ব্রাশক ঙাক্লুনা চৎলগদবা?

- "ঐনা চৎব্রগা মতুংদনা পীক্লীবা মবাযবক থীহৌববী সান্তীবলাগী তুংগী পুন্সিনা কবম তৌহৌবা ?"

"সান্তীবলাদি কবিশু খঙদনা নীংঙাযদনা তুন্নী মনিং তম্না . . ...!"

- "মপানা লৈবকপা শান্নপোৎশিংনা মনাক্তা লৈবি। কবম্না শেৎলশিগে মহাক্লা লৈবীবকপা শাডীশিং অসিবা পুন্সি হায়বদো? কনাদা তম্নুবশিগে পুক্লীংগী অব্রাবশে, কনাদা হাযবগা ঐনা মহাকপু নুংশি হাযদুনা থাজহনশিগে। কবিগী ঐনা শোইনাইববা মহাকপু নুংশিকবিবা?

## কুন্নিপান শুবা পন্দুপ

তোমচৌ ফমুংদা য়াতাদুনা লৈবকপা নুমিৎ নিনি শুজিনখবে। মমৌনুপী বিলাশিনিনা অহনগী অঙম্বা সেবা তৌদুনা লাইয়েংলি। ডোক্তর কৌই, মাইবা কৌই, কুঠি যেংদুনা লায খুকমথোকই। অদুবু অদুঙৈ লায় নুংশিংতী লায়না ওইবনা চোইবোল পাবোল মানা নিংজবা অশা অদুখক্তং শোন্দুনা লাওদুনা লৈ ডাক্তরগী হিদাক লাংথক চাও- থকউ হাযবা যাদে। মবক মবক্তা মচানুপা অহন্দা হংলকই -

- "ইবুংঙো ! ননাওদুবু দিল্লিদা অদুম লৈখ্রগে হায়ববা খংদবে থবক্তু হৌজিল্লোনে ইবুংঙো।"

মমিৎ মপি ইবা হৌ মপাগী অৱাবদি য়েংঙমদা মপাদা থাজবা থন্নদুনা হায়বকই

- "পাবুং ঙসি ফাওবদংদি য়েংজখিগে ? শাগৎন্নবা পোৎ- চৈশিং লৈশিন্দুনা লমপাক্তা লোইনা লৈববনি।"

- "কৈদৌববনো মাবু খংদবেনে ইবুংঙো ? ইপাদি হন্দক্কী অনাবা অসি ফবক্কদবা মান্দবে। চুম্না নাবদগী হেন্দোক্তুনা লাইনুংশিংশু যাওশিন্দুনা অৱাবা ওইবে।"

- "পাবুং ! ৱাখল পীকশিনবীগনু ইনাও লাক্লগা ভাবতকী অফাওবা অনা-লাইয়েংশঙ অচৌবশিংদা পুদুনা পাবুংগী অনাবা অসি ফন্নবা লায়েংগদবনি। ঙবাং নচানা ওফিসতগী বেঙ্কতা হাযজিন্দুনা ঐগী ফিক্স থমখিবা নত্তবা লুপা লাক্ষ মঙাগী শেনফম অদু লৌথোকচবগে অচিনবা অমা লৈবে ইমাবজেনশিনি হায়দুনা বেঙ্ক মেনেজবদা ঙাংনবগা দবখাষ্ট অমা থাজবন্নবমি। ঙসি অয়ুক পুং ১০.০০ তাদ্রিঙৈদা লাকপীযু লৌথোকপা শোয়দনা য়াবগনি হায়হৌবনি। মদু ফংলবদি পাবুংগী অশা পাবুংগী অনাবা পুম্নমক থবক ওইনা পাংথোকপদা মতেং খবদি শোয়দনা ওইবগনি। তপথবীযু পাবুং !

- "খংদনেনে ইবুংঙো অচৌবা, ননাওদুবু কৈদৌঙৈ কবম্বা মতমদা লাক্কদগে? মহাকপু ঙাইবদা নপাদি ব্লাববনি।"

- "পাবুং চৎথোকপা হায়বসি তম্বা ঙমদবনি অদুবু ঐগী মঙগী মওং খল্লুববগদি ঙসিগী নুমিৎতা শোযদনা থোক্লক্কদবা মালি।"

- "অদুগা ইবুংঙো অচৌবা ! ইশু মবায়বক থীববী মমা মশক খঙজদ্রবী সান্তীবলাদো মমা বিলাসিনিগা তান্নদুনা ঙসিমক পুবক্লবা হোৎনগদবনিকো।"

- "অহোয় পাবুং ঙসিদি মখোয়না ঙমহল্লবোয় ঐ ইশামক চৎতুনা হেক্তা পুজবক্লগে।"

- "অদুনি ! ঐখোয়বু হম্থনা য়েংবা। লব্রায়নি, লৈতে-লায়বৈ হায়দুনা মপা কোইজোম্বদুনা ঙাংহৌবা ব্রাহৈশিংদো ইপাগী নাপ্পশিদা ঙসিসু শিংজা যৈদুনা তাবিবনি। নুমিৎতুদা ঐনা কযাম ইকাযজখি। থাংজিল্লুববা ইখোং অসি তুংহন্না কয়াম থাপ্পা হন্দুনা থাংদোক্লকখি হায়বা ফাওবা খংখিদে।"

- "মখোয়গী মীদি উহৌদববা ?"

- "উহৌবনি ইবেম্মা জয়াখক্তং।"

- "ও। অদুদি নুংঙায়তে। মানদি পাবুংদা কবি হাযবকই ?"

- "মহাক্তী ঐবু হেক উবগা মাগী কাদগী ইশুবু পমদুনা চেম্থোক্লগা ইমুংদা চংন্নবা হাযজবনি। অদুদা ঐদি ইকাযবনা চংলমদ্রবনি। ইশুগীদমক পুবীবা হৈক্রু কোন্না অদুদি পীবম্বনি। অতৈদি ঐহাক লাকই হায়বা ফাওবা খংদবনা পীবমদবে। ওইদবা ঙাংশিন্নবগা অদুম লাক্লবনি ইবুংঙো, নপা ইকায়বনা নুমিৎতুদা ওইদবসু ঙাংখ্রবনি। লাইবজববসু অচৌবী ঐগী পুন্সিদা ওইদবা নমথাক অমুক্তা ঙাংজবত্রিবা মীশক্লী অদুবু মফম মতম্মা যাদবনা নুমিৎতুদদি ওইদবা ঙাংন্নগা নুংশিববা ইশুগী পীক্লবা মখুৎ মচাদুনা মপু ঐঙোন্দা বিদায় পীদুনা লৈহৌবদো ঙসিসু উবিনে ইবুংঙো মিৎমাংশিদা শংশঙনা। মবম অদুনা ইশুনুপী অদুনা মবম ওইবগা লুহোংবা হাযদোক হনবদি ইপাগী পামদে ননাও প্রকাস লাক্লগসু ব্লাফম অসি খবা খঙহল্লু ইবুংঙো।

- "অহোয় পাবুং নচা শোয়দনা খঙহঞ্জগে।"

অচৌবী ব্লা য়াম্লা ঙাংখিবনা ব্লাববা মালে ব্লা ঙাংবা লেপখবে নাহেবা অমুক হৌবক্লে -

- "হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো ? হে বাম হবে কৃষ্ণ হৈযো ইমা ! হা পলেম !
নচাদি ঙাইবদা ব্রাবেদকো হেপ্রভু। কবম্বা মতমদা লাক্কদবনো খংদবেদকো
ঐগী ইচানুপাদো বাম নহাক্কী দযানি পুম্নমক। চৎলো ইবুংঙো ! নপা ঙাইহাক
পোত্থাগে। ইশুশিংদুনা স্কুল চৎত্রববা কমদৌবি।

- "পাবুং মমানা স্কুলদা মমিং চনবীকগনি হাযদুনা পুবিখিবনি।"

- "অদু ওইববদি ফৈ। অদুদি নত্রদুনা ঐনা নাবগা মখোযগী মহৈ- মশিং তম্বদা
অপনবা পীদুদি নপা পামদেকো।"

- "অহোয পাবুং !"

মতমদুদা ক্লবকী সেক্রেটরি বিমোলগা লোযন্না মচানুপা প্রকাস ইমুংদা
চংলকই। মযাম্বদা নোলুক্না ভক্তী কৎচৈ অদুগা মপাগী মখোঙ মনাক্তা চংশিলকই

- "পাবুং নচানা ভক্তী কৎচবি।"

ঙাইদুনা লৈজবিবা মচাগী নুংশিববা শক্তম উবা ফংজদা মহাক্কী নীংজবিবা
অসা মায পাক্লগনি হাযবগী মতাগুম্না মাযথোং হবাও- হাবাও ! অনাবা চৈথেং
কযা ফাজিন্দুনা হবাওনা নোক্লদুনা মচানুপা প্রকাসতা যেংলগা হাযবকই -

- "ইপাগী ইবুংঙো! হৌগলু।"

- "পাবুং।"

অচৌবী হবাওমনবগী নিক্লবা শ্বোবনা মযেক শেংদনা মখা তানা
হাযবকই -

- "নপাদি নহাকপু ঙাইবদা কযাম ব্রাকবে।"

- "পাবুংবু হোসপিটালদা পুদুনা লাযযেংবীদ্রববা ?"

নযাম্বদা ব্রাফম অদু হংলুগনু। মহাকসু অঙম্বা হোৎনবিবনি। অদুবু
নপাগী অনাবনা ডাক্তবগী হিদাক্কা চান্নদবা ওইবশিংদা ফমুংশিদা নপা নথল্তা !
নযাম্বা নতৈমাবু ওৎতুনা লৈবিবনি। মখোযগী দোষ নত্তে নপাগী লাযনাননি।

খংনিংনা হংলকই

- "পাবুংগী লাইওংশিবু ?"

- "ইবুংঙো খংদে মমাংগী হপ্তাদা পুরুবী লৌকোন্দা ঐনা লৌ যেংঙুবগা
হলকপদা খংহৌদনা হৌবকখিবা নোংলৈ অমা মাযোক্লখিবদগী ঙসি ফিভম

অসি যৌম্রিবনি। খোংশু- খুৎশু পগুশিল্লে। পোমখৎতুনা ডোক্তবনা হিদাক তৈবগা বেন্দেক্ত যেৎশিনবীবিবশিনি। মসিনা খজিক্তং পোথাবগুম তৌই।"

- "অখঙবা মাযবা অনা যেংহনবীববদি ফগদবা ?"

মপানা খুম্লকই -

- "কৌই, যেংলি ঙসিসু লাক্কনি। মদুনা কান্নবদি ইফং ফংদেদা ইবুংঙো।" যাম্না নুংঙাযতনা হাযবকই -

- "অদুদি কমদৌনি। অশুম লৈবদি য়াদে।"

নযাম্বনা হাযবি নহাক লাক্লগা ভাবতক্কী মমিং লৈববা হোসপিটাল অতৈদা পুদুনা যেংগনি।অদুবু নপানদি পৈশা মাংল্লবনি হাযদুনা থেমজিনলিবনি। কান্নগদবসু মান্দে নতৈমসু ৱাজববনি ঐগী সেবাবু হোৎনগদবা অঙাংশিংগীবু হোৎনগদবা খনবদা।

- "ইতৈমদি ?"

- "নতৈমা অঙাংশিংবু মমিং চনবীবা স্কুল চৎপ্রি।"

মতমদুদা বিমোলনা হাযবকই -

- "অদুদি তামো ননাও অমুক যৌজখ্রগে অকুপ্পা ৱাবী হুবেল ওইনা শান্নবশি।" প্রকাসনা নুংঙাযতনা হাযবকই -

- "ইহে ইবুংঙো বিমোল নযাম্বদি ৱাখলনা ইনাও যাওবকই হাযবা ফাওবা কাওথোক্লুবে ফমখো নযাম্বা চা লোল্লক্কে নতৈমাখোয় কনা অমৎতা লৈতে।"

- "ফম্মু- ফম্মু" প্রমোটনা ফম্লম্বা মোডা হৌগৎলগা থাবমই। অদুবু বিমোল ফমথবগী মহুৎতা মখুৎ লোল্লবগা হাযবকই -

- "যাবে তামো ননাও য়ৌশিনজখ্রগে। টিযুসন তৌগদবা অঙাংশিংনা ঙাইদুনা লৈবম্লগনি। দুকানদা কলম অমা লৈকুবগী হন্দোক্লকপদা তামোগা থেংনদুনা চঙমিন্নবকপনি।"

নাদুনা লৈবিবা অচৌবীদসু ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "খুবামচা অমুক যৌজবগে।"

য়াম্না ৱাববা শ্বোবদা খুম্লকই -

- "ইবুংঙো যৌবো। ফম্বসু ফমদ্রবা মালে। নযাম্বা লাকপগী ৱাবীদা ইম্বোকপনি।"

- "অদুদি তামো ! হুবেল ঙায়হাক্তং উন্নশি।"

প্রকাস মপাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "পাবুং বিমোলবু অশ্বাই ফাওবা থীন্দোচকখিগে।"

- "ঐ মঙোন্দা শিন্নগদবা ব্লাফম কয়া লৈবে।"

মপানা হাযফেৎ তাহৌববা খংনিংদুনা হংলকই -

- "কবি ব্লাফমনোনে ইবুংঙো ?"

- "পাবুং ঐখোয় ইবায়দা পাবুংনা খঙ্গবা শঙলেন মিযুজিযম, পার্ক, মেমোবিয়ন পোষ্ট ইপা ইপুশিংগী, লোযননা অকোয়বদা শাগৎকদবা চেকপলশিং মদুদা চংগদবা য়োৎকী শরুকশি মতেং খবা পাংবীনবা হাযজরুবদা হবাও-হবাও য়াবিবক্তুনা ঙসিমক থাবিবক্লগে হাযহৌবনি। মদুগী থমফম বিমোলগা তান্নজরুগে তৌবনি"

মচাগী ব্লাফমদু তাববদা পেল্লবা অচৌবীনা হবাওনা হায়বকই -

- "ও...! অদুদি য়াম্না ফবা ব্লাফম্নী ইবুংঙো, চৎলো- চৎলো। ইচাদো যাম্না চিনবা মীওইনি। মফমদুদং যেংলগা থাদোকখোকো।"

- "অহোয় পাবুং।"

মপান থোকখবে প্রকাস অমসুং বিমোল। ইমুংদা প্রমোট মপা মচাদা ঙাযহৌবে। মখোয় অনী ব্লাবী শান্নহৌবি পাবুং ইনাওনা হায়বিবশিং অচুম্বা ওইববদি পাবুংগী পামজবিবা মঙলান শোয়দনা মঙফাওনবগনি।

- "নুংঙাইবে ইবুংঙো ! ইপা হবাওবগী ঙমখৈ লৈতবে। ইপা নাবা ফবেনে। মাগী লাই নুংশিৎনা য়েৎপা ঙমপোৎ নৎতে।"

হৌগৎতুনা তপ্না ফম্নগা হৌনা লাওবদুনা মথন্তা অঙাওবগুম্না হাযবকই-

- "হে খোইমো লাইবেম্বী ইমা ইবেম্মা ! নহাক্কী লাইশঙদি শাঙমদ্রবসু। নচা নশুশিংনা ঙমজবা নহাক্কী নশাইগোলদা হৌবিবা লাইওইববা পুবান হৈনৌ অসিমদি শেমজবম্লগেকো। মহাক অকোযবদা পীক্লবা মন্দীবগুম্লবা ইপা- ইপু কয়াগী মমিং য়াওববা নীংশিং খুফম অমা নাকন্দনা ফমফম পার্ক অমা নাকন্দনা মুৎপ্রগদবা লমদম অসিগী ওইবা মিযুজিয়ম অমা, মনিংথংবা মায়কৈদনা নহা ওইবিবাশিংগী ঙায়হাক পোৎথজনবা মথোল অনিগী টব্লাব অমা, মদুগী

নাকন্দা অহনশিংগী পোশ্বফম, মিৎয়েংফম লৈকোল, অদুগী ময়ায়দা লায়ওইববা পুবান হৈনৌনা মনিং তম্না মখোংদা লৈবাক লৈহাও থোঞ্জীনবীবগা লৈবাং পাম্বীশীংগা হৌমিন্নবদো পাপ চেলবা ইমিৎশিনা উবা ফংজবগনিকো"

মচাদা ওনশিলগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো ইপা নুংঙাইবে, ইপা নাবা ফবে, ইমৌদা ঙসিদগী পাউখোল শিববোয়। ইচা পোকচবগী মপানা মহৈ চাবা, শর্গ কাবা হায়বদো ওইবে। অহ্ ! অহ্ ! অহ্ . ইমা হে বাম ! হ্রে কৃষ্ণ !"

মপানা খংহৌদনা লোকখুদুনা লুকথখিবা উবদা চংশিন্দুনা শেন্নবগা প্রমোটনা লাওবদুনা কৌবকই -

- "পাবুং কৈদৌববগে ?"

মতমদুদা বিমোল থিন্দোক্লবগা হলকপদা ময়াম্বনা লাওখিবা খোঞ্জেল অদু তাবদা চেনশিনলক্লনা হংলকই -

- "তামো পাবুং কৈদৌবগে ?"

ময়াম্বনা মপাবু কোল্লগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো খুবা চাউবদো অমুক্তা কৌবকউ। পাবুং কৈনো অমা তৌখবে।"

"মপানা মঙক হায়বদুনা ইঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই" -

- "ইবুংঙো চৎলুবগনু লাকউ চংশিনলকউ ইপাগী নাক্তা !"

প্রকাস তপ্পা মপাগী মখোং মনাক্তা ফমথবগা হায়বকই -

- "পাবুং তাকপীযু নচা হৌজিক কবি তৌজৌ হায়বগে ? ডাক্তব কৌরুগদবা নত্রগা মাইবা !"

অচৌবীনা মঙক হায়বগা মখুৎ তপ্পা তিংথোক্লগা লৎলবা শ্বোবদা হাযবকই -

- "প্রমোট ! প্রমোট ! নপাদা ব্রাশকউ থাজবা থমহল্লু। নপাগী নীংজবিবা আশা অসি মায পাকহলক্লনি হায়না . ।"

মচানুপা অনিগী মখুৎ চেৎনা পাইবদুনা মমিৎতগী মপি ইবা হৌ মখোল থোক্তনা কপ্পগা হায়বকই -

- "পাবুং ব্রাশকচবি ঈশ্বব যেংদুনা ! নচা অনীনা শোয়দনা পাংথোকচগে পাবুংগী অসা মঙফাওনহঞ্জবক্কে। ব্রাফম অদু তাবা হেক লোয়বগা অচৌবীগী

অবোইবা মিৎকুপ ওইখবে। মচানুপা অনিবু পাইবম্না মখুৎ থাদোকখবে মতম চুপ্পগী ওইনা। মচানুপা অনীনা থৱায যাওদ্রবা মপাবুংবু চেৎনা কোপ্পবগা তেংথাদুনা কপফৌই।

অচৌবী লৈখিদবগী কপ্পা- লাউবা খোঞ্জেল তাবগা মমৌনুপী বিলাশিনি মচা অনী পুবদুনা মকু মনাক যৌশিলকই। চঙশিলক্লুনা মচাশিংবু মপুবোক্কী থৱায় যাওদ্রবা শমু হকচাংবু ইকায খুম্নবা উৎতুনা খুকমহল্লি। মহাকসু মকুগী মখোঙ কোন্দুনা কপচৈ তেংথাজৈ নিঙমদ্রবা ৱাবি কযা নীংশিংদুনা।

- "হো পাবুং নমৌবু ৱাবৌবীগনুকো ' হো পাবুং পুকফবা' চঙশিলক্লুনা মচাশিংবু মপুবোক্কী থৱায যাওদ্রবা শমু হকচাংবু ইকায খুম্নবা উৎতুনা খুকমহল্লি। মহাকসু মকুগী মখোঙ কোন্দুনা কপচৈ তেংথাজৈ নিঙমদ্রবা ৱাবি কযা নীংশিংদুনা। কবি মতৌনো ঙসি ইমাংদা উবিবসিবু নমৌদি মঙলা তাইবঙলা খঙদবে' ঙবাংদা নচানুপা অতোনবা লাক্লগা ঐগী অনিংবা ৱাখল পাঙথোকহনগনি হায়বম্বদায। হাযবোদনা ঙসিদি নচা অনীমক শুনা লৈবে। নহাক্তি ঐখোযগী ঈশ্বোবনি মিৎনা উবা !

মতমদুদা মচানুপী কমলানা মপুগী মোন মখাদগী অইবা চে অমা পুথোক্লুনা মপাদা যেংহল্লি।

মপানা মপি তৈথোক্লগা তপ্পা পাবি ।

ইবুংঙো অচৌবা ,

নপানা ইচাগী নফমদা ৱাফম খবা খঙহননিংদুনা নচানুপী কমালাদা ইহনবনি। মসিগীদমক ৱাবৌগনুকো। হন্দক নাবিবা লাযনা লাযওং অসি নপা পোথাফম খঙদে লৈববসু কুইথবগদবা মানশিলক্তবদগী ৱাফম অসি ফোংদোক্লম্বনি। ঐহাক্কী মঙলান্দা নপু - নবেন্না থোঙ্গালদা লেপ্পুনা তৎতনা কৌবম্মী। ঐহাক্না তাশিন্দনা লৈশিনখিবা ঙাক্তেনি। মসি ঐগী খঙজবীনি হযেং ঐনা শিবগা মোংফম লুনা তৌদুনা মৈশা লাংহন্দনা লৈবোল চলহনবীবকউ। অনৌবা ফিজোলদি হোংবীবকউ। শ্রদ্ধ-অস্থি শোল্লকনু। মদুগী মহুক্তা মঙানি শুবা নুমিৎতা হৈলৈ ঙমজবা খবা খঙনা-চানবা নমান্নবা ইমান্নবশিংগা লোযননা মোংফমথক্তা ঐগী ফোটো অমা থম্মু মিনিট মঙাদং অৱাবা ফোংদোকপীবা উৎপিবা ওইনা তুমিন্না লৈবীযু মদুনা ঐগী অত্মা সান্তী ওইজগে। ঙাহেন-চাকহেন

তৌবীবক্কনু। নখোযনা পীজনিংবা লৈবগসু লাইববা - ইনাকখুনবা খাক্তনা ঙমজবা মীওই খবা বার্টন তৌবগা পিজগেবা মদুদি নখোযগী অপাম্বনি তাইবঙদা।

অদোমগী নপা

অচৌবী

চিঠি অদু মনাওনিপা প্রকাসতা অমুক পীদুনা যেংহলম্মী। প্রকাসসু শিন্থবম্বা পিবাং তৈথোক্লগা মপানা ইবম্বা চিঠি অদু তপ্না পাবা হৌবম্মী।

মপানা মচানুপীদা তপ্না হংলকই -

- "ইবেম্মা! নঙদি কবম্না খঙলিবনো ?

কমলা কপ্না কপ্না খুন্নকই -

- "ঙবাং ঐবু কৌশিন্দুনা ইহনবনি।"

*****

## কুনমাপন শুবা পন্দুপ

শ্রীশ্রী গোবিন্দজী মন্দিব মনিপুবগী মমিং চৎলবা নিংথৌ মহাবাজ ভৈগ্যাচন্দ্রনা নিকপন শোক ১৭৭৬ ইংদা তৌবিখিবনি। ঙসিদি মহাকপু থাজবগী ভক্তা বৈষ্ণব মশিং কয়াসু হেঙ্গৎলক্কবা নত্তে। অদুঙৈ য়েলহৌঙৈগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্ম অসিবু সান্তীদাস গোসাইনা হান্না লৈজবম্বা ইপা-ইপুশিংগী খুভমশিংবু মতমদুগী নিংথৌগা লৌতুনদুনা চুমদবা মওংদা অব্রাবা পীবিখিবগীদমক মৈতৈ ইপা - ইপুশিং খবদি ব্রাবৌবি। অদুবু হৌজিক্কী মৈবি অদু তপ্না- তপ্না মুৎথখবে। মীওই খবদনা কুইব কুইবগা থোইনা হেন্না মৈবী ব্রাংনা চাকপা হেনগৎলক্লি। মুন্না খম্বদুনা য়েংলুবদা ধর্ম্ম প্রচাবক মহাক্কী মবালনি। মগুন লৈববা ঈশ্বব মহাক্কী মবাল নত্তে হাযবা খংনবক্রে। "ধর্ম্মদি ধর্ম্মনা" জয় তৌগদবনি। য়েক্র বদি নুংশিবনা লমন খুমগদবনি। মদুতনা ওইগনি তুংকোইবা মালেম অসিদা সান্তি ধর্ম্ম, অমনা অমনা অমবু হুন্নবগা নৎত্রগা পৈশা পীদুনা ঈশ্বববু থাজহনবা অদুনদি তুং কোইবোই।

নোংমতা লেপ্তে মন্দিব অসিদা, হৌবি লুক। ফংনববি প্রসাদি অবাপ অবাপ্পদগী লাক্কুনা জগৎকী মপু ওইবিবা শ্রীশ্রী গোবিন্দজী মন্দিবদা দ্রশন ফংন্নবা পুন্নবক্লি। হৈবাং-লৈবাং ঙমজ-ঙমজবা ভক্তশিংনা নুংশিববা মন্দিব অসিগী কাংশিংগী মখোল তাবদা ফাওবি তুজুংবা পুক্লীংদগী তাম্থোক্লি তৎতনা ফত্রবা ব্রাখলদগী হৌবকপা নোংলৈ নুংশিৎ। অব্রাবদা তেংবাংবীবিবা জগৎ বন্ধুনি থাদোক্কনু পুক্লীং তৎতনা শোল্লু হবে বাম, হবে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ, কৃষ্ণ হবে হবে।

ঙসি বানিবালানা গাড়ী মঙা বির্জাব তৌবদুনা মন্দীব অসিদা থুংলববনি। অয়ুক্তা লুক কৎতুনা ময়াম শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী দর্শন ফংজববা মতুংদা মহৈ-মহৈ ইম্ফাল সহবগী ফজববা মফমশিং য়েংন্নবা মপান থোক্লখবে।

বানিবালাসু মচানুপা পুদুনা মমান্নবীগী গাড়ীদা তোংদুনা মকওইবা মফম কয়াদা কোয়বা থোক্লমই। মীযুজিয়ম (Musıum) চংলুববা মতুংদা ব্রাবী

শান্নবদুনা শহীদ মিনব য়েংন্নবা বীব টিকেন্দ্রজিৎ পার্কগী গেট মনামক য়ৌবকখি। মতম অদুদা প্রকাসসু মকোক্তা টুপী অমা উপ্পদুনা মবায় কিবনগা লম্বী অদোমদা গাড়ী থৌবদুনা লাকপদা থেংনবমই।

বানিবালানা মাংদা অদুগা মচানুপা চহি ৮ লোন শুববা অমা মখুৎনা শমদুনা মমান্নবী অমগা মতুংদা মহাকপু শেন্নবা মীওই অনিগা গাড়ীদগী কুমথদুনা টিকেন্দ্রজিৎ পার্ক মনুংদা শহিদ মীনব য়েংবা চংখিবা প্রকাসনা গাড়ি মনুংদগী উবকখি। মাবু হেক উবগা গাডী ব্রেক ফাবমই। মদুগী মবম খংদবা মবায় কিবন্না পাখৎলদুনা হায়বকই -

- "ইশা ! মবগয়া ! কনা কৈদৌবা য়াওবে।"

প্রকাস বানিবালানি খঙলবা মতুংদা গাডি হান্নগী খোংচৎতা থৌদুনা মবাযগী থোংঙ্গালদা খান্নমই। মবায কিবন ময়ুম চংলমদাযদা হায়বকই -

- "হয়েংদি নঙগী অৱাৎপা যোৎশিংদু পুথন্নবা থৌবাং তৌবকউ। হয়েং অমুক উনবশি ইমাখোযদা Ok Bye "

মবাযদা বিদায পীবদুনা মখুৎনা হায়বগা গাডী ময়ুম তম্না থৌবকখি। লম্বীদা ব্রাখল কযানা ফুম্বংনবদুনা গাডী থৌবা ফাওবা ঙন্লকখিদে। ব্রাখল কযা পুক্নীংনা ব্রাখলদা হংলকই -

মতম অশুক কুইববগী মতুংদা বানিবালা ঙসি ঐগী ইমাং মক্তদা মখুৎতা মচানুপা অমা মমানবী অমগা সহিট মিনব যেংন্নবা মণিপুবদা কবম্না থোক্লক্লিবা? মতুংদা ইন্নবক্লীবা অনিদুনা মহাক্কী কনা ওইবিগবা ?

অদুগা কবিগী মহাক্না হিন্দু ধর্ম্মগী হৌন্নবী মতুং ইন্না লাইবক্তা শিন্দুব নমদ্রিবা? কবিগী মহাক্কী ফিজোলনা অঙৌবা শেৎতুনা লাক্লীবা ?

নত্তে মহাপু নুপ্নাবী ওইববা ? মতুংদা ইন্নবিবা অনিদু খুৎলায পাযবসু মাল্লি। মদুনা তাকপদি মহাক সবকাবগী ফম অচৌবা অমদি শোযদনা পাইবন্নগনি। আ. ইনক নক্লা কৌবা ফাওবা ঙমখিদে লাপ্নবা তাখি ঙসিদি। থাজ মাল্লবী মাগী তনৌববী মাযথোংদা ঙসিসু হোংলমদ্রি। অদুমক্লি -

" কবিগুম্বা মতমদা মেবাগী পুনিমা

কবিগুম্বা মতমদা শবতকী পুনিমা,

কবিগুম্না মতমদা লমতাগী পুনিমা
অদুবু থাজ মহাক্কী অমত্তা নত্তবা ?
উহল্লীবা শক্তম মওল মওল !
অৱাবা, নুংঙায়বা, অঙৈংবা, অশেংবা,
তেল্লবা পুক্সিগী লম্বীসিদা থেংনবিবা
মসিনিকো তাইবঙ !
মীওইবগী পুন্সিদা।

ঐদি মাবু মতম অশুক কুইববশি ঐগী শিনফম্না কাওথোক্লুববনি। অদুবু ঙসিদি নীংশিংহল্লে নৌহৌন্না হৌত্রবা থৌদোক কযাগী ৱাবী কযা। ... ..

যাম্না নুংঙাযবে মহাক্কী মশক উবদা ঐগী অৱাবা অমদি কোক্লে। মহাক্কী পুক্সিনা নুংঙাযনা লৈবি হাযবা খঙবা অসিমক। থাগৎচবি হে ঈশ্বব ! থাগৎচবি নহাকপু !

তপ্না- তপ্না থৌবকপনা "প্রকাস" হৈনৌ মখোঙ থৌবকখিবমই। গাডী থান্নগা ইমা ইবেল নিশাবল পার্টি অমদি ক্লবকি নহাবোল যাওনা থবক শুবিবা মফমদা চংলক্লমই।

মহাক্লা চঙলকপা উবদা পোখাদুনা লৈবম্না মীওইশিংসু হৌগৎতুনা থৱায যাওনা থবক শুবা হৌখিবমই। মখোয ময়াম মবক্তগী নহা ওইবা অমা কৌশিল্লদুনা হাযবকই -

- "ইনাও ! নঙ দুকান্দা চৎলগা চাগী ডিমান্দ তৌবম্মু। অদুগা চান্নবা অশাবা বোডা পকৌবা চনা ওইনা লুপা ৫০/- অসিনা লৈবকউ, "চা"গীদি ঐনা লাক্লগা পীবগে হাযযু।"

- "অহোয তামো হাযজগে।"

পৈশাদু লৌবগা নুপা মচাদু চেন্দুনা হোটেল তম্না চৎখিবমই। মযাম মবক্তগী বিমোলবু কৌথোক্লগা হাযবকই -

- "বিমোল ! নখোয নহাবোল মখৈ ঙসি কবিনো অমা চাবো। শে লুপা ৫০০/ খুৎশুমনগীনা তোঙান্না পীগনি। মহি মনাযদি যাওবা যাদে।

ক্লব সেক্রেটবি বিমোল নোক্লদুনা খুম্নকই -

- "Thank You তামো !"

ময়ামদা ওনশিলগা নোক্লদুনা হাযবকই মযাম পুম্নমক ঙসিদি ঐখোযদা চাক চবা অমা চামিনগদবনিকো হাওবা হাওতবা। ময়াম্না মখুৎ থাংগৎলদুনা হবাওনা লাউই-

- "ইয়া Thank You তামো !"

হৈন্দবা অহনশিংনা শাওনা যেংলদুনা হাযবকই -

- "থীদা চোংঙা থীজাবীনা ওলকপগী মচাশিংশিদি। নাকোং পংশিনলেকো অঙাংশা ! নখোয খবদি হেনমল্লে।"

মতমদুদা তপ্পা চংশিনলক্কুনা ইমা ইবেলশিংগী মনাক্তা যৌশিলক্লে। মহাক্না লুপা ৫০০ /- লৌথোক্কুনা পীবগা হাযবকই -

- "ইনেখোযসু ঙসিদি ইঙ্গাং হাওবীযু শে লুপা ৫০০ /-দং পীজবি। মসি খুৎশুমন্দী নত্তেকো মদুদি কোন্না পীজবগে।"

মকোক ওইবী অহল অমনা নোক্লদুনা পৈশাদু লৌশিলগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো পুম্নিবা ওইযুকো।"

মযামদা ওনশিলগা হাযবকই -

- "ঐখোযসু অমুক্তা লাওশিনশে।"

- "ইযা! কমদৌই।"

তপ্পা চংশিনলকপনা চেকশুবিবা মিস্ত্রিশিংগী মনাক যৌশিলকখি মখোযদসু লুপা ৫০০ /- পীবদুনা হাযবমই -

- "ব্রাৎহৌবিবা মিস্ত্রিখোযসু লুপা ৫০০/- অসিনা চাক চবা অমা হাও হাওতবা চাবিবোকো খুৎশুমন্দী হযেং পুন্না পীজবগে।"

হেদ মিস্ত্রিনা লৌবগা হাযবকই-

- "ঐখোযগীসু ফংলে। ইযা !"

মখোয়না লৈঙোয হাপ্পবা কবাযদা চৈনা যৈদুনা কাংশিগুম্না যৈবদুনা খিংলগা হবাওনা চোংলদুনা লাওবকই ইযা। বল্লে বল্লে। যাইফবো নুংঙাযবো ভাই।

তপ্পা থোকখিদুনা গাডি মনাক যৌখবে অদুগা মযুমদা থৌজিনখবে। মযাম্না কাঙজৈবুংদা হবাওনা লৈহৌই।

## কুম্লাগুবা পন্দুপ

জয়াগী ঙসি লুহোংবা নুমিৎনি। লুহোংবা লাকপা মীওইদনা মখোয়গী থোঙ্গাল চন্দবে। সহবগী লমদা লুহোংবা, দেবা কর্ম্মগী সমশ্যা থোক্লপা মতমদা মফম্না মবম ওইদুনা অৱাবা মাযোক্লে।

নুপী অঙাং থোয়না লাক্লদে। মকওইবা মীওই খবদমক অচিনবা থবক কায়থোক্লবগা লাক্লবনা অয়াম্বা ওই। মখোয়দুসু পোৎপাং পীবন্নগা চৎনখিবনা অয়াম্বনি। খুঙ্গগী লমদা লুহোংবা নৎত্রগা দেবা কর্ম্ম থোক্লকপা মতমদা কৈবোল লৈকায়গী মবি-মতা, মবুং-মৌপা কযা মশা মশাগী অচিনবা থবক কয়া থাদোক্লবন্নগা ইশামর্ক্কী থৌদোক্লম মযাম হুপ্না অমতা ওইনা চংশিন্দুনা হোৎনমিন্নে। অৱাবদা অৱাবা, নুংঙাযবদা নুংঙাযবা শকক য়ামিন্নে। মবম অদুনা নুপী অঙাংগী মশিং শকক খুঙ্গংগী লমদা সহবগী লমদগী মশিং শকক ৫০ % য়াম্বা হেল্লি।

মবুং কিবন অমসুং মতৈ প্রকাস মখোয অনি তান্নবগা অচৌবা হোল অমা কন্টেক তৌবমই মফমদুদা লুহোংবগী থৌবম পাংথোকহলমই। অযুক্কগী চেনবদা কিবন অমসুং প্রকাস চাক চান্নবগী মতম ফাওবা ফংখিদে।

জয়াদি তশেংনা অঙাওবী অমগা পাংখক ওইনা ঙাংই কৌই তাদনা তুমিন্না লৈখিবমই। মমানা চাক চখোম অমা চাও হাযবা ফাওবা যাখিদবে।

পীক্লীবী সান্ত্বীবলানা মপুনা লৈখিদবগী তান্নবা খুঙ্গংগী লমদা মপানা পুদুনা চৎখ্রবনি। মহাক চৎখিবা নুমিৎতগী ঙসি ফাওবা চাবা থকপগী ৱাখল কাওখ্রবীনি মহাক্কী মতৌ মমানা যেংবা ঙমদে অদুবু কৈদৌরুগনি। মপুবোযবগী মাযোক্তা লেপ্তুনা খৎন চৈন্নবা, লুহোংবা হাযদোকপা পামদবদগী, খঙলবসু খঙনা তুমিন্না যেংদুনা লৈবা তাখি।

জয়াগী লুহোংবনি হায়দুনা তান্নবা লমদমদগী মশাগী অচিনবা থবক থাদোক্লন্নগা লেঙলকই ঙসিদি চিন্তা দেবী। মহাক্কীদমক পোপাং ওইনা অচৌবা

চেংফু অমা গাড়ীদগী লৌথবগা চঙক্লমই। মহাক উবদা মমা ললিতানা তবাম্না ওক্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ইচা লাকপা য়াম্না ফবে। পোৎতু থম্মুবগা নতাগী মনাক্তা চংদ্রিঙৈ ইমাগা হান্না উনখিশিকো।"

নোক্লগা চিন্তা দেবীনা খুম্লকই -

- "অহোয় ইমা !"

মখাথংবা নাকন্দা থম্লীবা অউনপোৎশিংগী মবক্তা মহাক্কী পোৎতুসু থম্মুবগা তপ্না থোক্লক্তুনা মমা লালিতাগী মনাক্তা চংশিনলকই।

ললিতানা চিন্তা দেবীদা য়েংলগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ফম্মু। ইমা তৌফম খংদদুনা লৈববনি।"

- "কৈদৌববগে ইমা ?"

- "ইবেম্মা নমা হায়ফম খংদ্রে। অমবোমদা নপাগী হুকুম অমবোমদা ইচাগী মৈচাক নমাদি নুঙ অনিগী মবক্তা হা ওন্দুনা লৈবা কুইবক্লবনি। তান্নফমসু কনা লৈতে। অঙাওবী অমগুম ফুংবঙনা লৈবেনে ইবেম্মা।"

- "ঐসু ঙহাল বার্টন ফংবদা ইঙক ঙক্লবনি। অশুক থুনা হৈজিংপোৎ লুহোংবা অনিমক পুলপ্না শুপচিনলগা খঙহৌদনা লুহোংবগী খৌবাং তৌবিবশিনদি মনুংদা মবম অমদি শোয়দনা লৈবম্নগনি হায়দুনা খল্লগা খবা ঙন্না লাকচবিবশিনি।"

- "নুপাদুবু কমদৌবগে ?"

- "ইবেম্মা ঐসু খংদে। নপাগী অঙাং ওইবিঙৈদগী তিন্নবকপা মকপনেয়ে। মহাক্তা নঙগী পাবুংগা অদুঙৈ মতমদা ব্রাশক্লখিবা লৈখিবা মাল্লে।"

- "কবম্না ব্রাশক?"

- "নচা ইচা থাজদুনা নুংশি মবি হেঙ্গৎনহনশি।"

- "ও ! ব্রাফমদুদা তোংলগা জয়াবু থাজবিবা ?"

- "উম ! মানি ইবেম্মা। মসিদনি নমানা উংলিবশি। ইচানদি য়াদে হায়বা নমাসু খঙই। মমাংদসু "ধোকা" ওইব্রবনি। ঙসিসু মতৌ অদুমক ওইবগদবা হায়দুনা চিংনবে ইবেম্মা।"

- "হৌজিক মহাকপু কদায়দা লৈবগে ?"

- "মহাক্কী কাদা।"

- "যাবগদি ইচানা থেম্বীদুনা মবুক্লিং ফাথহনবীয়ু নপাগী ব্রাশক কায়হন্দনবা হোৎনবীয়ু ইবেম্মা ! নমা খুৎ লোন্নদুনা ইচাগী মফমদা হায়জবিবশিনি। নমাদি উপায় লৈতবে ইচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদবে।"

ঙাযহাক খল্লুবগা চিন্তা দেবীনা হাযবকই -

- "হোয ইমা নচানা ঙম্বা থেমদুনা হোৎনজগে।"

- "ইবেম্মা, অমুক্তা যেংবীয়ু মাগী কাদা লৈবমগনি।"

চিন্তা দেবী হৌগৎতুনা মতাগী কাদা চঙশিল্লকই। অদুগা ললিতানা মপি তৈথোক্লগা মপান্দগী পোৎ-যেং (পোৎ- পাং) পীবা লাক্লীবশিংবু তবাম্না ওক্লবা থোকখিবমই। মমান্নবী লাকপদসু তবাম্না ওক্লনি হায়বা খঙখিদবে।

- "জযা ফম্মুংদা হিপ্লদুনা লৈবমই।"

মমান্নবী চিন্তা চংশিনলক্লুনা মাগী ফমুংদা ফল্লগা হাযবকই -

- "জযা ! নঙবু নশা ঙমদ্রববো ?

জযা তপ্না মমিৎ পাংথোক্লদুনা (ঙাযহাক যেংলগা) হাযবকই -

- "চিন্তা, নহাক ! ওইবে।"

- "ঐনি ! কবিগীনো নঙনা বর্টোন ওইনা তৌবক্কেদি হাযদনা ঐহাক খক্তগী ওইনা কার্ড থাবক্লিবদি ?"

- "ইবেম্মা ঐদি অঙাওবী অমা হাযবদু ওইববনি। নঙদি নুংশি পন্থুং যৌববনিনা লাক লাকখিদবেনে ইনাক্তা নোংমতা ফাওবা !"

মখুৎ পাইবদুনা হাযবকই -

- "ইতা যুমগী মৌ ওইগ্রবী হাযবদুদি মীগী মখুৎ চনগ্রবীনি। লৈশাবিঙে মতম গুম্না চানিংবতা চাবা চৎনিবতা চৎপা কুৎশি ইনিং তমজবা পুন্সি হাযবদো ফংদবনিনে ইবেম্মা।"

- "অদু ওইববসু লুহোংবগী মমাংদা নোংমতংদি ইতা কবমতৌবি হায়দুনা চৎথোকপীবকপা যাবনি।"

- "থবক্লা যাখিদবে ব্রাবৌগনু ইতা !"

- "অদুনা কাযখবে আসা ঐগীসু।"

- "কবম্না?" খঙনিংনা চিন্তা দেবীনা জযাদা হংলম্মী।

- "ꯔাহং অদুগী পাউখুম পীন্নবা মতম লৈতবে ইতা ! নুংশিববা ঐগী ফম্মুং অসিদা অমুক হন্না লাক্কুনা হিপ্লা ফংলবোয হাযদুনা নীঙমদবগী পিবাং খবা শিন্থুজবন্নীর্নানি।"

- "খন্নুবনু ইতা ! অদুঙৈগী হৌখ্রবা ৰাবী কযা। নীংশিংঙুববদি তুংদা নীংঙমদবা লাক্কনি। মদুনা মবম ওইদুনা খোংফম অমা ফাওবা থাংদুনা চৎপা ঙন্নক্লোয পুন্সি হাযবশিদি অৱাবা নুংঙাযবা, কযা-কযাগী চৈনাখোলবু নোক্লা-নোক্লা খাংলগা ঐবু শেন্নীবক্লিবা ইমা-ইবুং,শাগৈগী ঈজৎ ঙাক্কুনা নীংঙোল ওইবী নখৌ পাংথোক্কবনা নপাপ কোক্কনিনে ইতা ! মসিদি মচা ওইবী ঐখোযগী ইখৌনি।"

- "যাবে ইতা ! ৰাদু মখা তাবিবক্লগনু ! তাবদা যাম্না ৰাবে কোকশি ঙাওবে। ঐবু ঙাযহাক্তা পোত্থাহনবীযু।"

- "ফবে পোত্থাবিযু ঙাযহাকতং। ঙহাক লৈবগা হৌদোকচবকে।"

- "চিন্টা মপান থোকস্ত্রে। জযা মপি ইবা হৌদুনা তুমিন্না লৈহৌই।"

মতমদুদা মপু মবেলনা জযাগী মনাক্তা চংলকই। কোযনা যেংঙুবগা হায়বকই -

- "জযা ইশুনা হবাও-হবাও চৎখিবদুনি নাপু- নবেলনা যেংবা পান্নিবা, নহাক্লা নথৱায নুংঙাযতনা নপাগী ৰাশক ঙক্লিবনি হাযদুনা চৎখিবদুদি নপু নবেলনা যেংবা ঙন্লোয হৌগৎলু ইবেম্মা ৰাবী শাশি।"

মবোক্লাহাযবকই -

- "কবিনো হাযযু ইশুগী পুক্নীংগী অপশ্বা হৌজিকশু মতম লৈবি ?"

মমিৎ মপি শিন্থবম্বদু তৈথোক্লগা নোকশিন্নবগা হাযবকই

- "কৈদৌববগে ইবোক ! ইকুজবগী ইংমন্দুনা ঙাযহাক খোংশি শাহনবনি। ঐবু অৱাবা মানববনে ?"

মবোক্লা মপুদা যেংলগা হাযবকই-

- "কবিনো নশুনুপীশি চাথোক্লগে হাযবিববো অদুক মুন্না চাগদৌবগুম যেংদুনা লৈবিবিবদুবো ফম্মো চৌক্রিদুদা মাগীমক কবি পাংবীগে খনবিবীবনো?"

মপুনা নোক্লগা হায়বকই-

- "মচে অনিতাগী শককশু য়াওশিল্লগা দুকান প্লোট মচা অমতং দিল্লিদা পাংবিবশিবা হায়না খল্লিবনি।"

- "ও ! অদুগী ওইবে নওনা নশুদা ঙসায় মখৈ য়েংলম্লীবদুদি।"

মশুনুপী জয়াদা ওনশিনলগা হায়বকই-

- "তাবীববা জয়া নপুনা হায়বিবশে। হয়েং লুহোংব্রবা মতুংদা অদু অদা তৌবক্লবদি নবোক্লা শাক্কিনি।

মশু মবেল নোকমিন্নরুবগা জয়ানা হায়বকই -

- "ইবোক !"

মপুনা হায়বকই-

- "হৌগৎলো মবোক চৎলশি অশোমদা ভাবোক ব্রাৎলম্লগনি। ইম্ফাল সহবশি ভাবোক ব্রাকৎনবনি।"

মবোক ফন্নবদগী হৌগৎলগা মশুনুগী মবায়বক্তা নুংশিনা চুপ্লীবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নপুনা হায়গুন্নদনা থৌদোক মপু ঐখোয়না অসি লৈথোক্লবদি অবাকপা ভাবোকশিংনা নুংঙায়বা হৌনদে। খবা হালম্লগেকো নবোকখোয়।"

মপুবোক্লসু মশুনুপীদা ওইশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা লুহোংফমদা ঙায়বম্লগেকো।"

জয়া মায়থোংদদি নোক্লগা খুম্লকই -

- "অহোয় পুপু।"

মপু- মবেল, হবাও- হবাও মপান থোকপ্লে জয়া তুমিন্না থোংনাউদা য়েংদুনা লৈহৌই মথন্তা খঞ্জহৌই -

"অসিনিকো পুন্সি হাযবশে
পুম্নমক থাদোক্লম্লগা চৎলগদবা,
হয়েংদগীদি ঙসি ঐনা হিপ্লীবা
ফমুং অসিমক অমুক হন্না লাক্লুনা
হিপ্পা ফংলবোইকো ইনিংতম্মা"

ইমা ! ঙসি অহিং অসিদা লেকচখিগে হায়বদা থেংগ্রনি ইবেম্মা চংলো চংলো, নুমিৎ লৈবিঙে হনখিনবা তৌবো তানগদৌবিবনি মীতোপ অমগুম ঐহাকপু।

ইশানা ইশামক্কী হায়দুনা খঞ্জনবগী ব্রাখল ফাওবা হোংখ্রগদবনিকো নীংঙোল ওইবী নখোয়গী নবায়বক্তা। খংহৌদে শিঙ্খবকখি পিবাং খান্না ঙমদে পুক্নীংনা মতমদুদা বিলাশিনি সান্তীবালাগা মাগী কাদা চংলকই।

সান্তীবলা নুমিৎ ২/৩ দং লাপ্লক্কবদা মওং অমা হোংদুনা লাক্লম্লে। মপানা লৈবীবকখিবা ফিজোল শেংলদুনা তক- তনান্না মমাচৌবীগী ব্রা ইঙাং ঙাংদনা শকখঙদবী অমগুম খুংশন্নবদুনা চংশিনলকই।

ফম্মুংদা ফল্লগা বিলাশিনিনা হায়বকই -

- "জয়া, ঐখোয় অয়ুক্তগী লাক্কদবদো অঙাংশিংগী হোৎনবদা ঙমখিদবে। নঙ শাউগনুকো !"

সান্তীবলাদা মুন্না য়েংলগা, মখুদাং পাইদুনা চিংশিলগা হায়বকই -

- "লাকও ইবেম্মা ! নঙগী মাম্মী মনাক্তা ফমশি। অঙকপনি ঈশ্বোবগী নোংদম মিৎকুপ অমদা অহোংবা ওইহনবা ঙমই। ইনক নক্লা লেপ্লীবী, ইবাপ লাপ্লখিবগুম তৌই অমসুং মাম্মি হাযদুনা কৌবা ঙমদবে। চিংশিনলবসু মনাক্তা উয়ুং অমগুন্না লেপলি শকখঙদবী অঙাং!

জয়ানসু হবাও- হবাও ইচাতোম্বী হাযদুনা কৌশিনবা ঙমখিদবে অমনা অব্রাংদা য়েংবদা, অমনা খাদা, অমনা থক্তা য়েংবদা অমনা নাকন্দা শিঙ্খবক্লী। মীৎলু নাপোম অনিমক্তগী, জযাগীসু সান্তীবালাগীসু অয়েংবা বিলাশিনি মশা মক্কীসু মতৌদু উবগা অতৎ অখম লৈতনা কুমগী নোংহৌগুম মখোয় অহুমগী মিৎলু নাপোম অনিমক্তগী।

মালংবা মাসু পিবোয়নখবে লিবি হুমদুনা মপান থোকখবে। ঙায়হাক্তং অদুদি পুংচিক চিকখবে থেংলবা মীচিক মিবাওখোল তাখিদ্রবা অহিংগুম্না ।

চিনবান্দগী কৌশিনবা ঙমদ্রবসু থম্মোয়নদি কৌবি ...

- "ইচা তোম্বী।"

- অমসু খুন্নকই "মম্মি !"

- "ইবেম্মা ঙসিদগী ইচাতোম্বীগী নুংশিববা শক্তশে উন্নবা ফংলবোয়কো।

অদুঙৈ ঐনা লৈবিঙৈ মতৌগুম। ইথানুংদা চেৎনা কোন অহিং কয়া মামিগী ফম্মুংশিদা চেপ্পা লোংনা য়াতামিন্নবম্বনি। অদুবু মতমগী ইবৈ অকনবনা পুখবেকো পুম্নমক তপ্পা- তপ্পা...।"

"উনা-উনা তাম্লবে ইবেম্মা নয়ুমদা চৎলুবদগী অসিবো ইবেম্মা পুন্সি হায়বদো। নহাক্লা চৎখিবদা কযাম ৱানা খাংহৌই ঐনা। মদুদি তাইবঙ নঙদি অঙাং নৱা ওইবিবনিনা কাওবমগনি নুমিৎ খবনি উন্নদবদা নঙগী মামীবু। অদুবু লাইবকথীববী নঙগী মামীদি কাউবা ঙমদে ঙসিসু। লাকও কোনগে ইথানুং অসিদা চেৎনা ইচাবু কাযনবমদায মতম ওইবক্লবশিদা।

জযা তুমিন্না লেপ্তুনা মপি ইবা হৌদুনা লৈবা উবদা মখুৎ পাযদুনা চিংশিনলগা চেৎনা কোল্লগা হিক্ল- হিক্লা কপচখি।

- "ইচাতোম্বী !"

- "মামী।"

মমা মচা অনিগী মতৌ বিলাশিনিনা য়েংবা ঙমদনা লৈবা তাখিবমই।

মতম অদুদা মনাও বেনুনা পোলোয শেৎপী লাকহৌবে হাযদুনা পাউ পুদুনা লাকখি। গাডীদগী হেক কুমথবগা মমা কৌবদুনা চংলকই -

- "ইমা ! ঐখোয ইচেদি ?"

মমানা মমান্নবী খবাগা ৱাবী শান্নবম্বদগী লুহোংফমদগী মচানুপী বেনু লাকপা উবদা হংলকই -

- "কবি ৱাৎহৌবগে ইবেম্মা ?

মচানুপীনা খুন্নকই -

- "ইচেদো পাবুংনা পোৎলোযশেৎপী লাকহৌবে অদুনা ঐগা গাডীশিদা লাকমিন্নবো হাযদুনা হাযবা লাক্লিবনি। মাবু কদাযদা লৈবগে ?"

মমানা হাযবকই-

- "নচে বিলাশিনিগা মাগী কাদা লৈবমগনি।"

বেনু ৱা মখা তাবমদনা মচেগী কাদা চংলকই। অহানবদা মচে বিলাশিনিবু তবাম্না ওক্লুনা হায়বকই -

- "ইচে কযাম কুইবে ?"

বিলাশিনি, শিন্থবম্বা মপি বেনু খংহন্দনা কমান্না তৈথোক্লগা খুন্নকই -

- "ঙাইহাক ওইবে ইবেম্মা।"

মচেদা ওনশিলদুনা হায়বকই -

- "ইচে পোৎলোযশেৎপী লাকহৌবে। পাবুংনা গাডীদা লাকমিন্নবো হাযদুনা থাবক্লিবনি চৎন্নবা তৌবশি।"

বিলাশিনিদা ওনশিনলদুনা অমুক হায়বকই -

- "ইচেশু চৎমিন্নশ্রশি।"

সান্তীবলাদা ওনশিনলগা অমুক হায়বকই -

- "ইচনতোম্বী লাকও লুহোংফমদা চৎলশি। লুহোংফমদদি মিঠায় কসগুলা, কবোক, বুজিযা, কিশমিস, শঙ্গোম্মা শাবা অহাও অথুম য়াম্মা লৈহৌই।"

- "লাকও ইন্দোমচা পম্বীগে ? মশকশু য়াম্মা ফজবম্মে চন্দোলশিনা কনানা থিনবীবিবা ইশ ! খুজিশু য়াম্মা শিবন্নে। লাকও মবম ওকপনি।"

"সান্তীবালাবু জযাগী মথানুংদগী খাইদোকপা বেনুগী ব্রাহৈ খবদুনা ঙমদবে। মদুনা হেন্না চেৎনা কোন্দুনা হিক্লা-হিক্লা কপখবে"।

মমৈথংদা বিলাশিনিনসু থেম্বা যাওশিলদুনা হায়বকই-

- "ইচাতোম্বীদি মবম ওকপীনি। মমানা থিনবা চন্দোন্দু মুৎখিবা তাবে লাকও মাম্মিবু থাদোক্লো মাগা লোযন্না লুহোংফমদা চৎলশি। নঙনা অদুম্না কোন্দুনা লৈববদি কবমতৌনি। লাক্তবে হাযদুনা পাবাখোয পুপুখোয মযাম শাওবগনি। শে ইচাতোম্বী মামাচৌবী পম্বীবগে চৎলশি। গাডীদা ফম্লুবশি।"

- "অঙাং ওইজববসু ঞ্জান তাববী ওইবনা থোযনা হেন্না হিক্লা- হিক্লা কপখি।"

জয়াসু মবুক থক্কী মচাগুম চেৎনা কোন্দুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্পুনা লৈখি। মখোয অনিগী মতৌ অদুদা বেনুদি খোইবাং খোইশাওনবদুনা শাউনা য়েংলগা হায়বকই -

- "নখোযথোকপা তৌহৌবোকো ঐ শাওনিংলক্লে। অশোমদনা পাবুংখোয তামোখোযনা পোৎলোযশেৎপী লাকহৌবে নচেদু খবা থুনা লাকমিন্নবা তৌবকউকো হাযনা হৌবি। অসিদনা প্রেম শুংগৎনদুনা লৈবে।"

বিলাশিনিনা তপ্না হংলকই -

- "ঈশৈবু হৌহৌববো ?"

খোল খবা কলপ্না খুন্নকই-

- "ঈশৈ হৌহৌবে।"

বিলাশিনিনা বা অদু তাবদা চিংনবা অমা য়াওবদুনা সান্তীবালাগী মখুৎ পাইবদুনা চিংথোক্লগা হায়বকই -

- "ইচাতোম্বী বব লাকখ্রবদি শোইবগনি লাকওশে মাম্মিবু থাদোকউ। মবম ওকপীনি ইচাতোম্বীদি। শে, শে।"

য়াদ্রবসু চিংথোক্লদুনা পল্লমী। অদুবু সান্তীবলানা মখোং- মখুৎ কাওদুনা হিক্রা- হিক্রা কপ্তুনা নিংঙায় তৌখি। মন্দোমচানা মমাদগী কবোক- উহৈ লৌদুনা পীবমই অদুবু কবোক উহৈনা মহাক্কী অনিংবা থুংহনবা ঙমখিদবনা পুম্নমক লংথোক্তুনা কুম্মৈ তাখি।

মতম মতুং ইন্না, মপাগী ব্রাশক শাগৈগী ঈজং ঙাক্লনবগীদমক থম্মোয় কায়না ব্রাজববসু জয়া মফি হোংলগা মমায মমিৎ ইপোম পোন্নদুনা নিঙায তৌরিবী সান্তীবালাবু পল্লগা গাডী মনুংদা কাখৎতুনা চঙখি। বিলাশিনি নাকন্দা তোংই মমাংদা বেনু গাডী ডাইভবনা গাডী যৌদুনা লুহোংফম তান্না পুবক্লম্মী।

গাডী খামদুনা জয়া সান্তীবলাবু পল্লগা পোৎলোয় শেৎফম তান্না চংলকই। মতৌ উবগ পোৎলোয় শেৎপীনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা বব লাক্লগনি অঙাংদু কনাদনো অমা শিন্নবীখবো পোৎলোয় শেৎপদা অপনবা ওইবগনি। অঙাংদু বিলাশিনিনা য়াদ্রবসু মচিন মেন্দুনা থংনবা কাদা পুথোকখিবমই।"

অশোমদা অঙাংনা হিক্রা- হিক্রা ফ্রিং- ফ্রিং চোংলদুনা খাম্বা ঙমদনা চৈ কয়া চাবদুনা থেম্নবা হোৎনবি।

অশোমদনা পিবাংলক্তা লৈতাফম খংদনা লুহোংন্নবা পোৎলোয় শেৎপা হৌখি। নাকল অমদনা লুহোংবগী ঈশৈ নাকল অমদনা বব লাকপগী খোল বেনগী নুংশিববা ঈশৈ।

চবাংনবি হোল মনুংদা- ।

অঙনবা অয়ুক্তগী চেম্থোক চেনশিন তৌবদা ব্রাববা মশেল- মবায় গাড়ী অমদা তোংমিন্না ময়ুমদগী মফি হোংদোকমিন্নববগা লাকপদা খংহৌদনা নোংমৈ কাপ্লখিবগী মখোল ইনক নক্লা তাবা হৌবকখি।

*ঙহাল বানিবালানা তোংখিবা গাড়ি অদুমক্তদা গাড়ী ভেল (Van) মনিং হায়দোক্লগা কাপশিনলম্বা ওইবনা মী অতৈনা নাথৈদুনা চৎনখ্রবসু প্রকাসতি মাগী গাড়ী অদু অশোকপা অদুগী মনাক্তা থৌজিন্দুনা য়ৌশিলমই।*

কাব অদু মফুৎ- মফুৎ হোবে। মনুং অদুদা তোংলিবা মীওই খুদিংমক মবাইবক ফববা বানিবালাগী মচানুপা সঞ্জোয নত্তনা অতৈ মওং চাদনা শোক্লমই।

প্রকাস গডীদগী কুমথবগা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা নুপামচা অদুনা অশোকপা মমা অদুবু চেৎনা কোন্দুনা কপুনা লৈবম্বা থেংনবমই। মতম অদুদা বানিবালা মীশক খঙলি। মহাক্লা ইথা থাজদনা অদুঙৈগী কায়নম্রবা প্রকাসপু উবা ফংজবা মক্তদা মপি ইবা হৌনা য়েংলগা কৌবকই -

- "তামো প্রকাস ! নচলবু নীংশিংবীবিব্রা ?"

প্রকাস থাজদ্রবা ব্রাখলগী মঙলান্দা অদুঙৈগী থব্রায়গী মবেম্মা ওইনা খঞ্জবম্বী লম্লানম্রবী বানিবালানা মাগী অবোয়বা মিৎয়েংদা নুংশিনা য়েংলদুনা কৌবকপা উবদা মপুক্লীংদা মফম খংদনা নুংঙাইজবা অমবোমদা অব্রাবগী খমথেংবা অনিনা মমাংদা পুন্না লেপ্লখি। ঙাইহাক খঞ্জানা অশোকপা ফিভমদু য়েংলুবগা খুন্নকই -

- "বানি ! নহাক !"

- "মানি তামো অদুঙৈগী ইবায়বক থীববী নচল বানিবালানি।"

- "নঙদি মতৌ কবম্লা মনিপুব থোক্লক্লিবা ? ফত্রবা মণিপুবগী ইবাং মতাশিদা।"

বানিবালা যাম্লা ব্রাববা লৎলবা ব্রাহৈদা ব্রাহংদুগী পাউখুম পীবগী মহুৎতা হায়বকই -

- "তামো! ঐ যাম্লা ব্রাবে। অঙাংশি ইচানি। মসিদং নচা শক্লা নাওকোন-বীবকউ। মহাক্কীনি হাযবদা তাইবঙদা কনা লৈজদ্রবনি। নচলবু ব্রাবৌবীগনুকো তামো !"

ব্রাহৈ অদু লোইশিন্দনা অবোয়বা খোংচৎ ওইখ্রবদা প্রকাস খংহৌদে মিৎলুদগী পিবাং শিন্থবকখি। থব্রায যাওদ্রবী বানিবালাবু চেৎনা কোন হিক্লা- হিক্লা কপচখি।

মতমদুদা পুলিসকী গাড়ীসু থুংলদুনা অশোকপাশিং যাওবা গাডী অদু হোসপীটাল য়ৌনা পুখিবমই। মফম অদুদা মাগা লাকমিনখিবা কয়াসু থুংলদুনা মিকপ মীবাওখোলতনা থলখি। মীযাম অদুগী মবক্তা খঙনবা মীওই খবা য়াওবমদুনা ৱাবী কযা শান্নবম্মী। দুকান্দগী চে লৈবম্মী। অদুগা অইবা চে অমদা অঙাং অদুবু মচা শক্লা যোকচহৌবগে হাযদুনা দল্লিন অমা ইন্নবমই। মযাম্না যাবীবক্লবদা মহাক্লা যাম্না হবাওনা অমুক্তা হাযজবকই-

- "ঐহাক অঙাং অসি ইচা শক্লা য়োকচহৌবগে"।

ময়াম্না অঙাং অদুদা হংলকই -

- "ইবুংঙো নঙদি যাববা ?"

হান্নদগী খঙনদুনা লাকপগুম হবাওনা খুন্নকই -

- "অহোয ককা ! ঐহাক মণিপুবদা লৈজহৌবগে ইমাগী পোক্লফম লমদম অসিদা।"

মতৌ অশুম্না অশোকপশিং অদুনা গাডী অমদা অশিবশিং অদুনা পোষ্টমোর্টেম তৌনবা গাডী মনুংদা হাপচিন্দুনা হোসপিটালদা পুদুনা চৎখবে কিবন্না হাযবকই -

- "মযাম ৱাবৌবীবা যাদবে ঙসি ঐগী ইচলনুপী লুহোংবা নুমিৎনি। ঐখোয খজিক্তং হাঞ্জবন্নগে।"

- "ইবায় নশেলদি ঙাযহাক লৈজহৌখিগে। ৱাবৌবীগনু গাডীশি পুবিখবো।"

- "ফবে অদুদি ঐ হুবেল অমুক লৌবা লাক্লগে।"

- "অহোয় ইবায"। হাযদুনা প্রকাসতি হোসপিটাল লৈফম তাক্লুনা গাডীদা য়াওদুনা লৈহৌবম্মী।

মবায কিবন্দী গাডী থৌদুনা চৎখ্রে।

মযাম্না হাযনবকই ইন্থোকপা মাতৌনি ঙসিগী থৌদোকশি। ইন্থোক্লা পেনখিদবে।

খবনা তেংথাদুনা কপ্লি ইবেম্মা বানিবালা ! নহাকপু লমদম অসিদা লৈহৌবগদবনে। নহাক্কী নুংশিববা নৱাহৈ, তৌবা ঙম্লবা শক্তি কনাগী মফমদা শিন্নবীবম্বগে ? খুম্মো ইবেম্মা ! ইচংথৌবী। নচেদি পেন্দেযে থম্মোযশে।

ঐখোযদি নঙোন্দা থাজবা থমদুনা ভোট থাদজখিবনি। নহাক্তী ঐখোয়গী ইমাগুম্বীনিনে ইবেম্মা হল্লকখো। নহাক্কী নথৌ পাংথোক্লখো।

- "ঐখোয়দি কনা মফমদা থাজবা লৈতেযে ইবেম্মা হে বানিবালা।"

অশোমদনা জয়া লৈকোযবা লোয়বদুনা বব কৈন্যা কুন্দোগী পবেং হুক্লখি। তপ্পা- তপ্পা পলেম- পম্বৌ অনিগী মনাক্তা চংশিলক্লুনা বব অশিবর্বাদ নিবখি।

মপু- মবেল, মবুং- মচে পুম্নমক্তগী বিদায় লৌবদুনা গাডীদা কৈন্যা লেংখৎখবে খবনা সান্তীবালাবু ফান্নবদা অব্রাবা ওইনখি।

সান্তীবালানা কৌদুনা কপফৌই -

- "ইমা! ইমা নঙ চৎখিগনু ও। কদাযদনো নঙনা চৎলিবদুবো ঐশু লাক্কে। ঐবু থাদোকও শে।"

কনা অমতনা থেম্বা ঙমখিদে সান্তীবলাগী মবৈ কপ্পী লাউবি, চোংলি ফান্নবা ঙম্লদবে মফম অদুদা লৈবিবা নুপীশিংনা! মমৈথংদা মহাক্কী মতৌ অদুদা নুংঙাযত্রদুনা মপু- মবেন্না হাযবকই -

- 'ইবেম্মা নখোযনা মহাক্কী মবৈ ইন্দুনা থেম্বা ঙম্লোয, থাদোকউ মাগী মাম্মিনা থেমজবনি।"

- "থাদোকপীবো ইবেম্মা মতৌ যেংবা ঙমদবে। মাগী মাম্মিনা থেন্নগা থমজবন্নগনি।"

অঙাং অদু থাদোকপগা গাডীদা কাখৎতুনা ফম্লীবী জয়াগী মনাক্তা চংশিন্দুনা কপমিন্নখি। ঙাযহাক হিক্লা- হিক্লা কপমিনকব্বা মতুংদা হাযবকই-

- "ইচাতোম্বী! মতম খবা মমাচৌবীগা লৈমিনবম্মু।"

সান্তীবলানা মঙক হাযবদুনা হাযবকই -

- "তম্লি। ঐ লৈহৌবোয।"

জযানা থেমজিল্লদুনা মকোক্তা নান্থবীবগা হায়বকই-

"লৈহৌবো ইচাতোম্বী।"

ময়াম্নসু হায়নবকই -

"থেংখবে ইবেম্মা চৎন্নবা তৌবশি।"

জয়ানা থেন্নদুনা হায়রকই-

- "লৈহৌবো ইচাতোম্বী ! হয়েং মতুংদা ইচাতোম্বীবু লৌবা শোয়দনা লাক্কনি ঙসিগীদি লৈহৌবো ইচাতোম্বী।"

মতমদুদা মমাচৌবী বিলাশিনি চংশিনলক্নুনা হায়বকই-

- "ইচাতোম্বী মফমশিদি তোংফমলৈতে। মমাংগী গাড়ী অসিদা তোংলুবশি লাকও। থেংখবে। মযাম শাওনবক্লগনি।"

সান্তীবলানা মঙক হায়দুনা হাযবকই -

- "য়াবোয ঐবু থনমগদবগী তৌবিবনি। ঐদি মামিবু থাদোকপা ঙমলোয।"

বিলাশিনিনা হায়বকই -

- "মদু য়াবোয ইচাতোম্বী। নহাক নপা লাক্লবদি শোযদনা ফুবিবগনি। লাকও ঐগা মমাংগী গাডী অসি তোংদুনা চৎশি। মফম অসিদি কৈন্যাগা মমান্নবীশিংগা তোংফম্নী। উদ্রববা মযাম ঙাযনবিশে।"

মমৈ থংদা মীওই অনি চংদুনা থাংথহৌবগা গাডী অদু থাদোকখিবমই। সান্তীবলা মখোং- মখুৎ কাওদুনা চোংলগা লৈহৌবমই।

- "মাম্মি ঐশু লাক্কে ঐবু থাদোক্নুনা চৎখিনু।"

ব্রাহৈশিং অদু খোম্থাং য়েদুনা লৈহৌই। চৎখবে গাড়ী মথং- মথং থৌবদুনা। লৈহৌই মপু- মবেন মমাচৌবী, মবোক, ললিতা, উনা- উনা তামথ্রবী মচানুপী জয়াবু যেংলদুনা ইবা হৌনা লৈহৌই।

পীবি অশিবর্বদ মচাদা -

- "ইবেম্মা মঙ্গোল ওইয়ুকো ইচাগী।"

মসিনি নিংঙোল ওইবী পুম্নমক্কী চাউববা থৌদাং। নপাগী ব্রাশকশু ঙাক্লে। শাগৈগী ঈজৎসু কল্লে। পুঙ্গি নুংশাংনা নুংঙায যাইফনা পানবা ওইয়ু। নপুবোযবনা ঈশ্বরনি নুপী ওইবী ঐখোয়দি। মহাক্কী মবুক্লিং পেলনবনা নুপী ওইবী ঐখোয়গী ইথৌনি"।

সান্তীবলা মমাচৌবী বিলাশিনিগা লাক্ল ফান্নদূনা লম্বীগী চিদায়দা লৈহৌই। অশোনবা মপু- মবেলসু চংশিনলক্নুনা মশুত্তবু থেথেম্নবা হোৎনবি। মতমদুদা প্রকাসনা সঙ্গোয় দাসপু পুবদুনা কিবনগা লোয়ন্না থুংলবে।

[illegible] হংলকই -

[illegible] মচানুপীগিনা

[illegible] বিলাশিনি কশি নৈহৌবিবশিনি।"

কিবন্না মমাদা হংলকই -

- "ইমা মখোয়দি কযাম কুইববগে চংখিবা।"

মমানা খুন্নকই -

- "ঙাইহাক ওইখ্রে।"

মবায কুনবিবনা হায়বকই -

- "অদুদি ইতৈমা, লেংখৎপীবক্লো। পুপুগা ইবোক্কসু লাকও ইশেল ঙাকহাক্কং য়ৌশিলুশি।"

প্রকাস মচাবু মতৈমাগী মখুৎতগী লৌবদুনা পীশ্লীবমই অদুগা হাযবকই

- "ইবায নশেল চাইহৌবিবা মযামশি লোযশিঞ্জহৌবগে।"

অতৈদি গাড়ীদা কাখৎতুনা ফমত্রবনি অদুবু প্রকাসতি মচানুপীবু পশ্লীবগা লৈহৌবদু উবদা নুংঙায়ত্রদুনা হায়বকই -

- "অঙাংদো ইমাদা শিন্নবমো লাকও থেংখবে।"

মনেম লালিতানসু হাযবকই -

- "ইবুংঙো অঙাংদো ঐঙোন্দা পীবল্লো চৎলো থেংত্রগনি।"

প্রকাসনা ইতপ তপ্না হাযবকই -

- "ইবায অশুম লৈজহৌবগে যাবে থেংত্রগনি যৌশিনবীকবো।"

প্রকাস হাযনবদা যাববোয খঙলদুনা গাড়ী থৌবগা মবায কিবন চৎখবে। হাংলবা চাওববা কা মনুং অদুদা মচানুপীনা ওইদা বানিবালাগী খুদোল সঞ্জোয়না য়েৎতা ফমহলগা হাযবকই-

- "ইচাতোম্বী পপাগী নাক্তা ফন্নী মহাকশি কনানো খংববা ?"

মচানুপী কপ্লস্বদগী মপি তৈথোক তৈথোক্লা যেংলগা খুন্নকই -

- "খংদে।"

মপানা [illegible] হাযবদ [illegible] মহাকশে নঙগী [illegible]মানি। ঙসিদগী [illegible] ওইবগ[illegible] -

সান্তীবলা মপাবু কিনা যেংলগা খুন্নকই-

- "উম।"

সঞ্জোয়দা মুন্না যেংলগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নঙগু খঙলব্রা ? ঙসিদগী মহাক অশে নঙগী ইচল ওইববনি। চন-চন ! হযেং মখৈ ইচল হায়না কৌগদবনি খঙলেকো তামো ?

মক লুকথবগা খুন্নকই -

- "খংলে।"

প্রকাস ফাল মথক্তা মখোঙ অনী যেৎকা ওইগা ফমহল্লম্মী। অদুগা তপ্না হায়বকই -

- "চন-চন নঙ তামোগা ঙাযহাক্তং ফমদুনা লৈমিন্নবম্মুকো পাপা নখোয কাকাখোযনা পোৎ-চৈ লোইশিল্লিবশি ঙাযহাক্তং মতেং পাংশিনলুগে।"

সান্তীবলা যাম্না চীংলেম্না ফমমিনবদুনা খুন্নকই -

- "অহোয পাপা ?"

মবোক্না কবোক মযোম অনী পুবরুগা অমম মখুত্তা পীবম্মী অদুগা হাযবকই -

- "ইশুদি মবম যাম্না মোকখবেদা। মপানা হাযবা ইল্লি ঐখোয়না হাযবদি ইন্দেনে।"

সান্তীবালা মবুংক্রীং ব্রাবৌনা মক লুকথবগা লৈখি। মপানা মপান্দা থাবম্বা চৌকিশিং মপৈ-মপৈ পৈশিল্লগা অঙাংশিং অদুদা শিন্নবদূনা হাযবকই -

- "অঙাংশা! চৌকিশিং অসি মশীং কযা কযানো মশিং থিজিল্লু। অদুগা সিমিনাবশিং অসিদা লৈবে মশিং মঙানি ঙাশিল্লগা পুলপ হাপকৎপদা নুংঙাযনবা খংলেকো।"

অঙাংশিং অদুনা খুন্নকই -

- "অহোয তামো যাবে খঙজবে।"

প্রকাস থবক অতৈ লৈতবনা মচাগী মনাক্তা হঞ্জিলক্নুনা ফন্নমই অদুগা হায়বকই -

- "ইশ! মবম ওকখবেদা ইচাদি।"

কদায় পাপাদা কবোক খবা ইলকউ। মচানুপীনা মাগী খাউদগী কবোক লৌথোক্লনা চাবগা অমুক সঞ্জোয়দা হায়বকই -

- "কদায তামো নঙগীদি ? পাপাদা খবা ইলকউদনা ?"

সঞ্জোয়সু মাগী খাউদগী কবোক লৌথোক্লগা প্রকাসতা ইল্লকই। প্রকাস হবাওনা চাবগা হাযবকই -

- "ইশ ! হাওখবেদা তামোগী কবোকশিদি থুমখবে।"

প্রকাসনা অঙাং অনীদু য়েৎকা ওইগা পন্বীবদুনা মপান থোক্লই। মপান্দা মনেম ললিতা লৈবমদুনা ওনশিনলগা হংলকই -

- "ইবুংঙো অঙাংদুবু কনাগী মচানো? মাদি মবম যাম্না ওকখ্রে। কপসু কপতেনে, ব্রাশু ইঙাং ঙাংদে।"

প্রকাসনা খঙহনিংদ্রদুনা হাযবকই -

- "ইমান্নবা অমগী মচানি। মমাদু ঙসি খুদোংথিবা থৌদোক অমদা লৈখিদবদগী ঐনা ইচা শক্লা যোকপীবগে হাযদুনা পুবিবক্লবনি।"

প্রকাসকী ব্রাফমদু মনেম্না তাবগা ইঙক ঙকপগুম থোকখি। অদুবু খুদক্তুদা যানিংদবগী ব্রাফম কাংথোক্লিংদবনা নাকোযন্না হাযবকই -

- "অদুদি ইচল তোম্বীগী তামো অমা ফংজবেনে কো ঙসিদগী।"

মচাদা ইনশিনলগা হাযবকই প্রকাসনা ইবোক ফংজবে হাযযুনে ইচাতোম্বী।

- "উম !" যাম্না খুম্নিংদনা সান্তিবালানা খুম্নকখি।

মতমদুদা মনেম্না প্রকাসতা ওনশিনলদুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো, মীগী মচা যোকপা হাযবসি হযেং তুংদা বেবা অমদি লাক্কদবা মাল্লি। ব্রাখল মুন্নদি খস্লৌ।"

মতমদুদা প্রকাসকী গাডী মবায কিবন্না থৌদুনা লাকপা উবদা মচানুপী সান্তীবলানা ফম্নবদগী হৌগৎলদুনা হাযবকই -

- "ঐখোয গাবী লাক্লে। মমাচৌবীসু লাক্লে। ফম্নিবিবা বানিবালাগী মচা অদুদা ওনশিন্দুনা হাযবকই তামো! ঐখোযগী গাডী লাক্লে তু যেংঙো মামানা থৌদুনা লাক্লিশে।"

[illegible] তুনা যেংশিন্নে। গাড়ী [illegible]লকই -

- [illegible] থাম্না ফরে।

অঙাংদা ওনশিলক্লগা হায়বকই -

- "হৈমা ইচাতোম্বীদি কপ্পা ফবমেনা অদুনিদনা নুপী মচা হায়বদো।"

নুংশিনা পমদুনা মখজায়দা মখুৎনা চিংক্লগা হায়বকই -"শক্তাশিদি।"

ললিতা মচাদা হংলকই -"অতৈদি ?"

গাড়ী মনুংদা অঙাং অনিমক ফমহলগা মমাদা হায়বকই -

- "চৎলশি ইমা। অশোমদা অঙাং ঙাক্তা ঙাইহৌবে। ঐখোয় বেনুনা শাওবনা মৈ হৌববনি। লেমহৌবিবা পোৎ-চৈ খবা অসিদি হযেং থীন্দোক্লবা হোৎনবগে।"

হোল শেন্নবা মী তপ্পা চংশিলকই অদুগা হংলকই -

- "সদাবজী পোৎ- চৈ হোল মনুংদা লৈবে। হযেং খবা ঙন্না লাকপীবগা থীন্দোকপীন্নবা হোৎনবীযু।"

- "ok দাদা। হযেং ঙন্তানা লাক্লগা হোৎনজবগে Good night "

- "Good night "

গাড়ীগী মমাংদা সঞ্জয়বু প্রকাসনা পল্লগা ফমখি। মনিংদা মনেম্মা মচানুপী সান্তীবালাবু পল্লদুনা ফমখি। গাড়ী কিবন্না ওইনা মযুম তান্না থৌদুনা লাকখিবশী।

লম্বীদা প্রকাসনা মবাযদা হংলকই -

- "ইতৈমদি ?"

- "লৈহৌবনি নহাক লাকপা ঙাইদুনা বেনুগা।"

মবক থৎনা মচানুপী সান্তীবলানা কিবনদা ওনশিল্লগা খঙনিংনা হায়বকই

- "মামা ! ঐখোয মামিদো কৈদৌঙৈ অমুক হলক্কনি ?"

কিবন্না খুমফম খঙদ্রিঙৈ মবোক্লা মশুদা যেংলগা খুন্নকই -

- "ইশুতোম্বী মাদি মবক মবক্তা লাকপা নত্তনা লাক্লবোয। অদুবু হযেং ঐখোযদা মাবু যেংবা শোযদনা চৎলুগনি।"

মামিদো অমুক [illegible] লবোইদ থাম্না খোইবাং খোইশাউন্না মবোক্তা ওনশিন্দুনা সান্তীবালানা হায[illegible]কই -

- "অদুদি মামিশে মবুক য়াম্না ফজ্ৱে। ঐবু হন্দোক্নুনা থনন্নগা মথন্তা চংখি।"

মবোক্না থেমজীল্লদুনা হায়বকই -

- "ইশুতোম্বী হয়েং ঐখোযনা মাবু য়েংবা চংলুগদৌবিবসিদি তুমিন্না লৈয়ু কপকনু। মপানসু থেন্নদুনা হায়বকই -

- "কপ্পনু ইচন ! নবোক্না ফাগী তৌবিবনি। নঙগী মামিদো মবক মবক্তা মতম অশঙবদা নহাকপু উন্নবা শোইদনা লাক্কনি।"

মপি ইবা হৌনা কপ্পদুনা হায়বকই -

- "ইবোক ফজ্ৱে ! পুপুসু ফজ্ৱে। মামিসু ফজ্ৱে।"

মপানা মচাবু কোনশিনবীবদুনা মচাদী মপি তৈথোক্লগা হায়বকই -

- "ইচাতোম্বী ! কপকনু নঙগী তামোগী মমাংদা, মসিদি তাইবঙ মীওইবগী চংন্নবীনি নীংঙোল ওইবী খুদিংমক চাউবা শাবেপ ফাবক্লবা মতমদা নোংমদি নুংশিজববা পলেম- পম্মৌ মবুং- মৌপ্পা খ্বাই খিবীকপু থাদোক্লম মহাক্কী পুন্সিবু শেম্বীগদৌববা মপুবোইবগী মনাক্তা চংখিগদবা ! কপকনু ইচাতোম্বী !"

- "মদু যাবোই পাপা মহাক্কী ঐগী মামিনি। মহাক্কী ঐগা লৈমিন্নগদবনি। কবিগীনো? ইন্দোমচা বেনুনা চংহনখিদ্রগা ঐগী মামিবু মীঙোন্দা পীথোকইবা? মামি। ঐসু লাক্কে। হুবেল কনাগা তুমিন্নগদৌবিবনো ঐবু। চংলোয় ঐ লব্রাযদা? মহক্না তুমিন্নবা নুংঙাইতে।"

মবোক্না থেমজিল্লগা খুন্নকই -

- "হো ঐগা তুমশি।"

- "তল্লী কৈশু।"

- "অদু ওইবগা নন্দোমচা বেনুগা তুমিন্নবো !"

- "তল্লি। মাদি ঐবু লব্রায় মচানি চংপীখবো হায়দুনা তানবনি। থিনবীয়ু মামিগী মনাক্তা ঐসু মহাক্কী মনাক্তা তুমগনি। গাডিদো থৌবো মামিগী মনাক্তা যুমদা থৌগনো।"

মযুম যৌবক্লবদা লালিতাবীনা তপ্পা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঙসিদি তৌহৈদে হয়েং নোংঙাল্লগা থীনবীগে ! লাকও যুম যৌবে কুমথবশি।"

মযাম থোং হাংদোক্লুনা কুমথনৈ। অদুবু মশু সান্তীবালাদি কুমথশি যাদনা সিট কোন্দুনা লৈখবে। কপ্পদুনা হায়বকই -

- "য়াবোই গাডী মমায লৈয়ু ঐবু মামিগী মনাক্তা থীনবীয়ু। ঐসু মামিগী মনাক্তা চৎকনি।"

মযাম গাডীদগী কুমথবগা অমনা অমদা যেংনৈ। মবোক্লা চংশিলুবদাসু যাদে। মপানা চংশিলক্লুনা মচাগী মনাক্তা লেপ্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! কুমথবশি নিংঙাযদো মীযাম মমাংদা তৌবক্লগনু।"

মচানা মখুৎ কপ্তোক্লদুনা হায়বকই -"তল্লি।"

মপানা ফুদুনা গাডীদগী চিংথনবা হোৎনবমই অদুবু অমুক থাংথকুববসু অমুক কাখৎতুনা কপ্পা লাওবগী মখোলনা মপান্দা পুংনিল নিলম্মী।

মতৌ অদু উবদা বিলাশিনিনা লাউবদুনা প্রকাসতা হায়বকই -

- "ইবুংঙো ! ঙাইখো নঙনা ফুবিবদো অঙাংনি, চৈ থাংদ্রিবা ! ফজনা থেম্লগা লৌথবা যাদবো।"

মতৈমগী ব্রাফমদু তাদবনা মচাবু ফুবি, চৈবি ওনশিন্দুনা -

- "মসি চৈ কিদেনে। কুমথবত্রিববা ? কুমথবকউ হায়বগা মসি ! মসি ! চৈ কিদেনে।"

চৈনা থাংলদুনা চোংলগা হায়বকই -

- "অযো ইমা ! মামি ঐবু লৌবিযো ! ঐ ! ঐ ! অসিদা লৈনিংদেযে।"

মতৌ যেংবা ঙমদ্রবী মতৈমা বিলাশিনিনা প্রকাসতগী চৈ মুল্লদুনা লংথোকখ্রগা হায়বকই -

- "কললেদা পীক্লীবা অঙাংশিদা ! শিবগনিযে নচাশে অঙাং থেম্মাবু অশুম থেম্ববো হন্দোকউ ঐ থেমগে ?"

মতৈমগী মফমদা মাযথিববা প্রকাস হন্দোক্লুনা লৈখি। বিলাশিনিনা সান্তীবালাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মপি তৈথোকপীবগা তপ্পা মেংলবা ব্রাহৈনা হায়বকই - "ইচাতোম্বী নপা হিংচাবনা ফুববো ?"

- কপ্পা- কপ্পা খুম্লকই - "উম ! উম ! ফুযে।"

অনাবা মফমদা নানবীবদুনা হায়বকই -

- "অশুক নৌবিবী উনশা অসিদা চৈফম ঙাক্তা মতিং- মতিং পোম্বা মখৈ ফুইনে। ইশ ! ফিনুংশিদা চৈফমগী চৈফম ঙাক্তা !"

বিলাসিনিনা প্রকাসতা ওনশিলদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো অঙাংদা অশুম্না ফুবীগদবা নত্তে। চৎলু মবোক্কী মুভ নত্রগা আইওডেক্স লৈববা লৈত্রগনা অচা থাও ওইববসু পুবকউ।"

প্রকাস শাওনিংবা ইকাযনুংশি যান্নানা লৈবিঙৈ মতম্মী অদুবু মতৈমগী যাথং ইন্দ্রবদি মবায কীবনগী মমাংদা বেভ্যাব থোক্তবা লব্রায মচা তাম্রগনি কিবনা ফনা শাওজববসু ব্রাখলনা পুক্কীং ফাথবগা মচিন্দা মুকুম- মুকুম শোন্দুনা চৎখি।

- "অনম কলবদি চৈ চাবা তাবনি।"

- "ইবুংঙো মদু যাবাববা অঙাংদি ?"

ললিতানা মকোক্তা নাম্ববগা হাযবকই -

- "ইস্থোক্লা নাবম্লগনি।"

খবা চৎলুবগা প্রকাস মবক থৎনা হংলকই -

- "ইমা ! আইওডেক্স নৎত্রগা মুভকুম্বা তৈন্নবা কৃম লৈববা ?"

ললিতা মযাদা যেংলুবগা খুন্নকই -

- "লৈবনি ! ঐগী মোন মখাদা লৈহৌবনি লৌথোকউচো।"

মতমদুদা কুনবীব আইওডেক্স লৌথোকপা চঙখি। প্রকাস লেপ্তুনা লৈহৌই।

অশোমদা মতৈমা বিলাশিনিনা সান্তীবলাবু গাউীদগী থেমদুনা লৌথবগা পুথোক্লকই। সান্তীবলাদি থীনা ফুবীখিবনা কপ্পা তোকচববসু ঙংবদি লেপ্তী।

- "মামি মনাক্তা থিনবীযো ! ইমচৌবী !"

বিলাশিনিনা থেম্নদুনা হাযবি।

- "শোইদনা থীনবীগনিকো ইবেস্মা ঙসিদিনে নুমিৎ ফত্তে তৌহৈদে লমসু যাম্না থাপ্পী হযেং যাম্না কেদুনা, শাংলিবা শম কাশে ফাজনা ককথৎলগা, ব্রাই শঙনা মামিগী মনাক্তা তনাল তনাল চৎশিকো মমাচৌবীগা যাববো ?"

সান্তীবলাগী পুক্লিংবু মোংলবা ঈংলবা মমাচৌবীগী খোইথুন্নবা ব্রাহৈশিং অদুনা জয তৌখ্রমালে, কপ্পা লেপ্পদুনা তপ্পা খুন্নকই -

- "উম ! যাই।"

মতমদুদা মবোকসু চংশিলকই অদুগা হংলকই -

- "মবম ওকইদা ইশুতোম্বীদি কদায ! মপানা ফুই হায়বদুদি ইবোক য়েংগেসে।"

মমাচৌবীনা মফি হায়দোক্তুনা ঙাল্লা থাল্লিবা থাওমৈ বল্লকী মৈঙান্দা য়েংমিনৈ।

মবোক্লা চৈফমশিংদু উবগা হায়বকই -

- "ইশ ! চৈফমগী চৈফম ঙাক্তা ঙাইবেদনা ইশুদি।"

মতমদুদা মচানুপা কিবন হিদাক পুবক্তুনা মচে বিলাশিনিদা পীবদুনা হায়বকই,

- "ইচে চাকশু লোইহৌবে ইমুংদা ওইনা লেংশিনলশি।"

প্রকাসতা ওনশিন্দুনা হাযবকই, ইশেল লেংশিলশি।

- "ইবায় যাবনিদা, ঐ ঙসিদি চাজববোয।"

- "কবিগীনো ?"

ব্রাফমদু তাবদুনা মনেম্না হায়বকই -

- "লাকও থেংখিনবনি।"

অঙাং অমাদুদা ওলশিলদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো লাকউ ঐখোয়গা চংলশিদনা?"

- তপ্না খুন্নকই - "হোয় ইবোক !"

কিবন্না অঙাং অদু যেংলুবগা হায়বকই,

- "ইশেন! অঙাংসিসু চাক লান্নগনি।"

- "পুক্লীংদা নুংঙাইবমদবদি য়াই অদুবু অঙাংশিংগী খল্লগা হাও- হাওতবা চখোম অম্মম চামিন্নখিশি লাকও লেংশিল্লশি। ইশেন।"

প্রকাসনা অঙাংদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো চৎলোংঙ মাম্মগা চাক চাথোকমিন্নকবো। ঐদি গাড়ী মনুংদা ঙাইবন্নগে।"

প্রকাস য়াওদবা অদুদা হায়বকই -

- "ঐসু চাক লামদ্রি মাম্মা !"

কিবন্না প্রকাসতা ওনশিলদুনা হায়বকই -

- "নহাক য়াওদ্রবদি য়াববোইনে অঙাংসু। লাকওশে চাদ্রবসু ফমদা ফম্মুশে চালুক মপান্দা।"

মতমদুদা বেনু থোক্লক্তুনা হায়বকই -

- "ইতৈ, তাচৌ চাক ময়ায়দা লৈবে লাকপীবো অঙাং মচা য়াওবনিনা ঙাইনহৌবে।"

উপায় লৈতে নাম্থোকপা য়াদে বেনুগা ব্রাহৈদুনা "পোৎপু লাক্লবা ষণগুম" ইন্নবা তাখি। খোইনবা হোৎনবদা লৌপাক্তো অবা- তিটি তিটি । চাবোয় হায়দুনা খাংলম্বনি লামজববসু, পুক্তা চাক্তো কাইনখ্রবী অদুগৈগী, মহাক্লা লৈখিদবগী অব্রাবা ফোংদোক্তুনা চাবা হেনগে খলম্বদু ঙমখিদবে বেনুগী ব্রাহৈদুনা হেন্না লুখিবনা।

কবি মবমগীসু শাউগৎলুবিবা মতিং থোক্লা ? কবি মবমগীসু ফুবিকবিবা পীক্লীবা মবায়বক থীহৌববী মচা অদূদা পুম্নমক ঙক্তবা ঙন্নকখিদে হৌজিক্ত ।

মথন্তা নীংঙন্নকক্তবনা চাক চান্নবা ফমথকবা প্রকাস চালুক মপান্দা লাইয়ুংনখি।

মুন্না খন্থকবদা অশোয়বতনা থল্লবা ঙাইহাক্লী অশাউবগী মৈবী অদুনা ঙমদুনা চাকহল্লে, নীংবা কায়না থম্মোয়শে ঙসিদি প্রকাসকী মচানা কপ্পা লোইশিনবা ঙমদনা হিক্লা- হিক্লা চালুক মপান্দা মপাবু কিনা মবক মবক্তা য়েংলকপদু উবগা খংহৌদে মমাবু নীংশিংলকখিবা -

.. নোংমা পার্টি অমা য়াওকবগী নীশানা লুপ্পবা খোঙ ফাওবা চুম্না থাংবা ঙমদ্রবা প্রকাসনা মাঙ্গোল কাখৎলকপদা,অনিতানা মাঙ্গোলদা মপুবোইববু ঙাইদুনা লৈবম্বদা প্রকাসনা মচিন- মখা ফৈবেং তুবেং চিংলগা হংলকই -

- "নঙদি কৈদৌবন্নীবা অদুদৈদুদা মতম্না ফত্তবনে মুকম্বী শাদুনা।"

অহানবগী ব্রাহৈগী পাউখুম পীখিদে অনিতা অনিশুনা খোল কলপ তৌবগা হংলকপদা খুমক্লই -

- "ঙাইবন্নীবা !"

- "কনাবু ?"

পাউখুম অদু পীদনা মমাং থাদুনা চৎখি। প্রকাসকী পৃক্লীং নিশা শিজিন্নরুবনিনা ফ্রাং শাউগৎখি। তুবোই- ঙাবোয় থোংজিন অমুক পাই ফক্লাং অমুক ব্রাইশিন ঙাইহাক অমুক লময়ায়দা হাই, চাকশঙ য়ৌখিবা মফম খৎহৌদে। অদুবু লাইবকথীবদি থাউমৈ মকুম ওইবপ তৌবদা ময়াম্না ফম্নবা মোড়া মচা অমা লৈবম্বদু উহৌদবনা মদুদা খুদি থিজিন্দুনা ফনা য়াম্না চেকশিন্না মপা- মতৈমা অমদি ময়াম্বগী মচা অনি তাদনবা হোৎন্দুনা লাকচখিবা প্রকাস, মতাংনা যাখিদ্রমালে অফেংবা কোন খবা বাসকেট মনুংদা লৈজবদুগী মথক্তা চাউববা শমু হকচাং অদুনা ঙাকলৌ যাওদ্রবা মরু ফুক্লবা উপালগুম কোনযাম অদুগী মবক্তা গ্রোং- গ্রোং লাওনা মখোল হৌনা তুশিলকখি।

হৌখ্রবা মখোল অদুদা ঙাযহাক ঙাযহাক উবোবোল তৌন্নরুবা মপা ময়াম্বা মতৈমদি ইবাংদু খংদবনা মঙ ওই হা ওইনা মহৈ মহৈ পাখৎনবনা মীহুন থবক্তা হুন খোঞ্জেল অমতাওইনা লাওবদুনা অফিং অফায চেপ্পোক্লবকখি

"হো কনানো !"

- "কনানো : চাকশঙদা নত্রা ?"

মতৈমদি নুপী ওইবীনিনা মফি শেমজিন্দুনা হৌগৎলকপদা খবা তপখি অদুবু মপা অমসুং ময়াম্বদি অনিতাদো থা শুবক্লবনিনা কৈদৌববনো তুশিলববা হায়দুনা খোঞ্জেল তাখিবগা থংনবা মিৎকুপ্তা চাকশঙ যৌবকখি। মতমদুদা প্রকাসপু অনিতানা ঙাকলৌ পীবদুনা ফমহন্নবা হোৎনবমই।

মতৌ অদু উবকপদা ময়াম্বনা চঙদুনা শোক্লবদি যাদা থোংজিন্দা মখুৎনা পায়দুনা হংলকই-

- "কৈদৌবে ইবেম্মা?"

প্রকাসনা মশাবু ফাথজবগা জ্ঞান তানা খুম্নকই -

- "কবিশু তৌদেদা !"

মপা অচৌবীনসু মখোলদুদা পাখৎনা হংলকই -

- "কনানো অশোক- অপান য়াওদব্রা ? চৎপদা মৈ য়াওনা চৎলু অহিংদদি।"

প্রকাসনা পাউখুম পীগে তৌবিঙৈ অনিতানা খুমখিবমই -

- "য়াওদে পাবুং ! মৈসু ঙাল্লি।"

অচৌবীনা চঙশিলক্কুনা যেংই।

মনাওগী মওং মতৌদু খঙলবা প্রমোটতি অশোক অপনগা য়াওবমদবনে যেংলম্লগা চৎখ্রে। লময়াযদা মাগী নুপী বিলাশিনিগা থেংনবম্মী। মহাক্না মপুবোইবদা মবম খংনিংদুনা হংলকই-

- "কনানো হৌজিক্কী মখোল অদুবো ?"

মনাক নকশিলগা হায়বকই -

- "কবিশু তৌবা নত্তেদা ননাওদু ডোজ খবা হেক্কীলকপদুদা তুশিনবা শোযদনা ওইবমগনি। ঐনা চঙশিনখিবদদি হৌগৎলমলে।"

বিলাশিনি মখা তাথনা হংলকই -

- "অনিতাদি ? প্রকাস মখোয অনীমক তুশিনমিনব্রা খঙদে পাবুংনা মাদি হৌগৎপীদুনা ফমহলহৌবনি। খঙদবেদা হৌজিক কালগী নাহাশিংশে।"

রাফমদু হাযবল্লগা প্রমোট মাগী কাবোমদা চঙখ্রে। অদুবু বিলাশিনিদি চাকশঙ যৌন্নবা চঙশিলকই -

মহাক্না যৌশিল্লকপদদি মকু অচৌবীগা অনিতাগনা নাকন যেৎলোমদা শৌগৎলদুনা মাগী কা যৌশিনখিবল্লে।

অদুবু চঙশিনলক্কুনা মনাক্তা লেপ্লগা অনিতাদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "ইনাও ! চাকতি চাখ্রববা ?"

- "চাখিদে।" তপ্না খুম্লীংদনা খুন্নকই।

হাযনবিঙে মতমদুদা মতাং চানা হিপ্লম্বদগী হৌগৎলক্কুনা মতৈমগী মমাং মক্তদা ঙসায পার্টিদা থল্লক চাবকপা পুম্বা অমত্তা চিথদনা মথক মখা ওন্না পুথোক্কুনা হন্দোক্লকই।

চেন্দুনা টব লৌকব্বা নঙহৌদে ইচায চাইখবে ফমাংদা ! মচিন মেল্লদুনা মপুবোইববু ঙাকলৌ পীবি। মপানা মপান্দগী পাত্র পুশিলকই।

মতৌ অদুদা বিলাশিনি হন্দোকশি কদায চঙশিনশি কদায ঙায়হাক তুমথক্কবগী হায়বং হাযবং মনাতোন মেলদুনা হাযবকই-

- "উম ! উম ! মনমশিদি য়াদ্রে।"

ঙাইহাক লৈবক্লগা অশুম্বা নাম্থোক্লবা উপায় থীদুনা চৎল্লে। মকুনা প্রকাসপু শেন্নবিঙে হন্দোক্লকপা খুদিং তনৌববা খুৎশাদুনা তাশিন তাশিন পাত্র অদুদা হাপচিলগা লোইশিলমই তপ্না তপ্না ! ৱাবনা তপ তাববা প্রকাস ফম্মুংদা হন্দোপা (ওবা) লোইবদুনা হিপথখবে। মপানা তপ্না হায়বকই -

- "কৈদৌবগী হেজিল্লুবিবনো। ময়াম ৱান্নবা !"

প্রকাস হন্দোকত্রবা মতুং জ্ঞান তানা খুন্নকই -

- "মতাংনা য়াদদুনা তৌখিবনি পাবুং ! যাবনি ! পোৎথাবীকবো। ঐ কবিশু তৌদরে।"

মমৌদা ওনশিনলদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! জ্ঞান তাবক্লবনিনা ? ঐহাকসু তুম্মুবগেকো।"

অনিতা তপ্না খুন্নকই -

- "অহোয় পবুং !"

মকু অচৌবী থোকত্রবা মতুংদা মচে বিলাশিনি ফি মচা অমনা মচিন মেলদুনা হংবা অমুক লাকই। মতমদুদা ইমুংদা চাইবম্বা পুম্বা লোইশিন্দুনা, তুমিন্না মনম মহা কোক্লবা ধুপ মচৈ অহুম মবি থাবি।

- "ইবেম্মা কমদৌবি মাদি ?"

- "পোৎথাখবে ?"

ধুপক্কী নুংশিববা মনমদুনা কা মনুংদা লৈবম্বা নমথীবম্বা মনম তপ্না তপ্না ফাথনবা হোনবি। অদুবু কয়াম কুইনা ঙমগদৌবা ? শাংলবা অহিং অদুমা পীক্লবা ধুপক্কী তেল্লবা মচৈ অহুমদুনা ! মচেনা ধুপ থাবদু উবগা হায়বকই -

- "ধুপ থাবশি ফৈ। মনমশি কোকখিনবা।"

অতৈ ৱাফম হাযবমদবে মচিন- মেনবা তোক্লদুনা মপানগী থোং লোনশিনলন্নগা চাকশঙলোমদা চংদুনা য়েংলুবদা চাকলুক অনি পোলাংনা কুপ্তুনা লৈবম্বদু উবদা অমুক হলকতুনা হায়বকই -

- "ইনাও নঙ ! মানা চাদ্রবসু নঙদি খবা চান্নবা হোৎনৌ। চবা হেনবদি ফওবনিকো।"

পাউখুম ফংদে। অনিতা থোংনাউগী মনাক্তা ফম্লদুনা নুংগী মুর্তি অমগুম তুমিন্না মপান্দা থাবল মঙাল য়েংদুনা লৈহৌই। মচে বিলাশিনি পাউখুম ফংদবদুদা বা মখা চৎথগদবদু চৎথদনা মাগী কাদা তুমিন্না হন্দুনা চৎখ্রে।

ডোং ! ডোং .. ........ (১২) বক ! ঘড়ীনা য়বৈকই শেল্লাংননা।

নীশা হলকপদা প্রকাসনা মিৎকপ থোক্লকই। অনিতা মাগী ফমুংদা লৈবমদবা অদুদা কোইনা য়েংলকই। থাবল মচুগী নুংশিববা বিজুল্লিগী মৈঙান্দা থোংনাউবোমদা ওলদুনা, প্রকাসনা হিপ্লম্বদগী হৌগৎলগা হায়বং হায়বং তুমিন্না ফমদুনা লৈবম্বা উবকখি। ব্রাখলনদি হৌগৎতুনা মনাক্তা চংদুনা হংনিংবনি ব্রাহং কয়া অদুবু নীশা হলকপগী চোকথববা হকচাংনা হায়বং তুবং খঞবতা ঙাইবে পুম্নমক !

"তাম্নবা আশাগী তোবর্বন্দা লেপ্তুনা আশাগী পম্বুং য়েংবগুম তাখি।" পাংনিংদ্রবা মিৎস্না অনিনা উকম- উকম যেংলগা থবেক্লরবা মখুৎনা খৎলদুনা হায়বকই -

- "অনিতা ! চঙকতুনা পোখাবা য়াদবো। পুং:১২ তাব্রবা মালে।"

মপুবোইবগী ব্রাহৈশিং তাববসু পাউখুম অদুদি মহাক্কী হিক্লা- হিক্লা কপ্পগী মখোলনা পীবক্কী তপ্পা-তপ্পা।

মহাক্লা হন্না-হন্না কৌশিল্লবসু অনিতানা পাউখুম শীবক্লবদা, মকোক ঙাওজববসু হৌগৎতবা য়াবক্তবে। তপ্পা হৌগৎলদুনা তুবোয়-ঙাবোয় চংশিলকই। অনিতাগী মমাংদা তুবোয়-ঙাবোয় লেপ্পী। মবেংজুমদা পাইকবা মতমদা হৈন্দনা লৈথোকখিবমই। থোংনাউগী মপান্দা য়েংথোক্লবা মতমদা থাবলনা ককচেং চৎপা উগদবগুম তৌবমই। হাংদোক্লবা থোংনাউদগী নুংশাগী মঙালগুম থাবলগী মঙালনা চংলক্লনা যৈবমই অনিতাগী মিৎলুগী পীবাংনা লুপ্পবা মায়থোংদা !

মদু উবকপদা ঙাওবম্বা নিশা পুম্বা খংহন হনখিবগুম জ্ঞান তাবকখি। কবিশু হায়বম্বা তৌদনা চাকশঙগী থোং হাংদোক্লনা য়েংলুবদা মখোয় অনিগী চাক শকক মচি লেংদনা লৈবম্বা উবকখিবমই।

হৌজিক প্রকাস মথন্তা ইকায়জবকপগুম তৌবক্লে। তপ্পা অনিতাগী মনাক্তা লেপ্লগা তনৌববী মখুৎ অদু পাইখৎলদুনা চুপ্লগা হায়বকই -

- "I am sorry Anita ঐনা ব্রাশকচবি, ঙসিদগী যু হাযবা নিশা অসি ঐগী লেমহৌবিবা পুক্সিদা অমুক হন্না থকচখববোয। Promise অনিতা !"

ব্রাহৈ অদু তাবদা অনিতা হবাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদে অদুবু খুদক্তা মপুবোযবনা হাযবিবা ব্রাফমদু যানিংবা ফোংদোক্তুনা হৌগৎলুববদি মমল লৈবোযদবনী খন্দুনা যাশিন্দনা তুমিন্না যানিংদ্রিবা মওংদা লৈশিন্নবমই।

মখুৎ পাইদুনা চিংখৎলমই। অনিতানা যানিংদবা শাশিন্নবদুনা ফমথবমই। মমৈথংদা মপি তৈথোক্লগা হাযবকই -

- "অদু ওইববদি ঐবু নখুৎমক্লা ইনবীগদবা?'

- "Yes, অনিতা !"

তপ্লা অনিতা অমসুং প্রকাস তুংথ মাংথ চাকশঙদা চংশিন্দুনা অনিতাগী চাক শকক্তু প্রকাসনা থাংথবীবগা মখুম হাংদোকপীবদুনা হাযনখিবা ব্রাশক ঙাক্লখি। নিশা হল্লকপগা অনিতানা হাওনা চাবদু উবদা মহাকসু চানিংলক্তুনা হাযবকই -

- "চাকশি নখুৎ মচাদুনা ঐঙোন্দাসু খবা ইনবীবক্কেবা ?"

অনিতানা যানিংদবা ফোংদোকলদুনা মঙক হাযবগা মখুৎ থিনদুনা হাযবকই -

- "অশেং অমাং খঙনশে অহল লৈবি। ঐগী লুখাক পীজনিংদে। যাবে ঐসু ঐগী চাকশকক চাজবগে নঙসু নঙগী চাক শকক থাংথাবগা চাজবো।"

- "প্রকাস ব্রাহৈ অদু যাবদুনা মখুৎ হামদোক্লগা মহাক্কী চাক শকক থাংথদুনা নোক্লা নোক্লা মাই ওনশিন্না চামিনখি।"

মতম অদুগী ব্রাখলদা মচানুপীগী মতৌ উকব্বগা খঙহৌদে শীন্নুবকখিবা পিবাং ঙাইহাক্তং অদুদা ! চাকলুক্তা তপ ! লাওনা তাবকপদা প্রকাস কমাল লৌথোক্লদুনা তৈথোক্লগা মনেমদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইমা ! ঐ খবা হাঞ্জবল্লগে !"

প্রকাসনা হৌগৎপ্রবদা খঙনবা অমতা য়াওদবনা সঞ্জোয়সু হোগৎলদুনা মতুং ইন্নখিবমই। সান্তিবালাদি মবোক্লা থেমদুনা চাক ইন্নবা হোৎনবমই অদুবু অযাবা লৈখিদে। মমাচৌবীনা নম হাদুনা চখোম অমতং ইশিনলুবদা ওথোক্লক্তুনা তোকখিবমই। মতৌ অদু উবদা মন্দোমচা বেনুনা মমিৎ লাওথোক্তুনা চৈবকই

- "কেবেদা ! নুংশিদবনা হূমুক খাজবে। নীংঙায নত্তনা নীংঙায তৌবা শাবদনা!"

মমাদা ওর্নশিন্দুনা চৈবকই -

- "ইমা ! তুরুজৈকো ! নশুগী মতৌশে ঐদি হৈনজদে।"

মমা ললিতানা উপায লৈতনা যেংলগা হায়বকই -

- "কমদৌনি উপায লৈতে। ষণগাডী ব্রালা ঐনা চাদ্রগা ঐনা ব্রাজবা ! নঙনা চাদ্রগা নঙনা ব্রাজবা হাযবদুনি। ফবে তোক্লো ! হৌগৎলোশে !"

অশুম্না মচিন তেংথোকপীবদুনা ঙাইহাক পোবীখি।

*****

## কুম্ভামাথোই শুবা পন্দুপ

অঙনবা অয়ুক্কী মতম্নী।

নোংঙানবগা ঙাইঙমদে মিৎকপ থোক্লপদা মখুৎনা মাবদুনা থীবকই। লৈবমদবা অদুদা কৌদুনা হংলকই -

- "ইবোক মামিদি ?"

মবোক্লা যাম্লা তন্না মশুবু কোশিনবীবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঙবাং চৎথ্রবদুদি ! শে তুম্মু নোংঙানগদবা ৱাৎলিকো ! নোংহেক ঙানবগা নঙগী মামিখোয়দা চৎন্নবা থৌবাং তৌবগদবনি।"

ইয়া য়ানিংদবনা ফম্মুংদা হৌগৎতুনা ফন্নগা হাযবকই -

- "নোং ঙালন্নগনি। থোং হাংদোক্লগা যেংবীয়ো ইবোক !"

মবোক্লা তনবদগী লাওহৎলদুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নঙবু নোং ঙান্দ্রীমি।"

- "ঙালন্নগনি ! হৌরা গাড়ী থৌবিবা ময়ামশিদি।"

- "তানিংদেকো ইবেম্মা ! ঙাল্লবসুনে কনা অমত্তা হৌন্দ্রি। হিপখিশি লাকখোমি।"

মশু মবেল ঙাংনবদু মপুনা তাবদুনা খৌদেন্নগা হাযবকই

- "মশুতোম্বীশি, য়াহৌঙনবী পোম্বী ওল্লেকো ?"

মবোক্লা তল্লদুনা মপুদা থংজিলগা হায়বকই -

- "চৎলো নপুগী মনাক্তা ঙংলুবো।"

- "তন্দবো।"

- "তল্লবদি তুমিন্না লৈবো, হিপথবলোদনা কবিগী লম হেল্লীবনো, চৎকদবা লৈববদুদা ?"

মপুনা মখা তানা লক্লবদুনা হায়বকই -

- "মশু তোম্বী নঙবু হুবেল নঙগী মামি নাক্তা লৈহৌবগে হায়বোয়দ্রো?"

ব্রাফমদুদা শাওবদুনা মপুবোইবদা হায়বকই -

- "আ! শুম কাইহৌবীয়ো মবৈকনপ্লবা নশু অসিদা! হুবেল ফবক তান্নবা?"

মন্দোচানা থংনবা কাদা হৌগৎতুনা থবক তৌখিবা তাবদা সান্তীবালাগী পুক্লিংদা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপকৎলকপগুম ফমুংদগী ফন লাওনা চোংথবদুনা থোংগী পোবোল মখুৎ মচাদুনা মখা থংবদি হাংলে, মথক থংবদি লাম্বাদি ফংদবনিনা হাংবা ঙমদ্রে। মনাক নকপদা তাবম্বা চৈনা থিন্দুনা হাংনবা হোৎনবমই।

মখোল অদুদা তানিংদ্রদুনা য়াম্না তন্না মবোক ফমুংদগী হৌগৎলগা থোংজিন মনাক য়ৌবকই। থোং মনাক্তা লেপ্পদুনা মশুদা হায়বকই,

- "হন্দোকউ! চৈদো মিৎতা থিনগনি।"

- "হন্দোকচবে ইবোক নুংশিবী।"

থোং হাংদোকই। মপান্দা পোৎযোনবীশিং পুবা গাড়ী থৌগৎনবকপা মখোলনা পুমলাং লাংদুনা লৈবম্মী।

মচানুপী বেনুনা মপানগী অমোৎপা অচাইবশিং তাশিন্দুনা লৈবমই।

সান্তীবালা নোংঙান্দুনা লৈবম্বা অদুদা হবাওজবনা ঙমখৈ লৈখিদে। ফন ফন চোংলদুনা চেম্থোকখ্রে।

মবোক্লা পাখৎতুনা মশুবু কৌবগা হায়বকই,

- "ইবেম্মা লোক থুংগনি নফি ফুবিৎ অথাবা অমতং লিৎশিনবীগে লাকও।"

- "তল্লি কৈশু ঈংবিদে।"

- "ইবেম্মা নঙবু ঐনা হায়বশি য়াও মদু নত্রবদি হুবেল পুবিবোয়দবনি।"

মবোক্কী অবোইবা ব্রাহৈদু কিজবদগী নোক্লদুনা চেনশিনলক্লগা মহাক্কী ফুবিৎ মবোক্কা থিমিন্দুনা লিশিন্নবা হোৎনখি।

মৈ লাক্লমদবনা ইভাটবগী মৈ শিজিনদুনা থিবি। মবোক্লা ঙাংলি কদায়দা লৈব্রাবনোনে ইশ্তি তোম্বী, নঙগী ফুবিৎ অথাবশিং অদুব! নঙগী মামিনা উপুদা থমজিনবীবম্লবা জাৎলা উদবেনে অশুব্রাইদদি অমত্তা.... ইম্থোকপনিকো। হায় লাকও খুদৈশে থুপচিলগা ইনবীবগে।

- "হবাওজবা মশুনুপীনা খুদৈদু নাঙ্গোক্তনবা মবোক্না কিশিনবীবদু য়াবগা পোৎ-চৈ লোইশিল্লিবী মন্দোমচা বেনুগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা ৱাতানখি।"

- "ইন্দোমচা বেনু নঙদি হুবেল মামিগী মনাক্তা চৎপা য়াওবোইদবা ?"

পীক্লবা সান্তীবালাদা য়েংলগা লক্লবগা হায়বকই -

- "য়াওবোইযে ঐদি কৈদৌবা চৎকদৌবিবা !"

- "কবিগী ?"

- "নুংশিদবা !"

- "ঐদি নুংশি চৎকনি।"

- "ইবেম্মা নঙনা নুংশিজববসু নঙগী মামিনদি নুংশিবীদদুনা থম্বীবম্বদো।"

- "নত্তে ! অদুম্মা হায়জগনুকো ঐ শাউজবক্কনি।"

- "নত্রবদি কবিগী নঙবু হুন্দোক্তুনা থম্বীবম্লীবা হা ?"

- "অদুবুদি আ ! ইবোকখোযনা ফাদুনা থমহৌবগী ৱানি। মামিনদি পুবিগে তৌবিবদুদি।"

- "হুবেলসু অদু মঙায নঙবু ফাদুনা হুবেল অদুম থমহৌগনি। মখোযনা চৎখিনি।"

- "চৎলোয ঙসিদি চৎকনি য়েংউদনা ঐনা হায়বা। হুবেল নখোয় নপানা ফুবগা থনম্লগদবনি।"

ৱাহংদুগী পাউখুম পীবা ঙমদবে যাম্না নীংবা কায়না পীক্লীবী সান্তীবালা মবুক্লিং নুংশিনা মখোয মামিগী কাদা চংলক্তুনা মাগী ফোটোবু চেৎনা কোঞ্জবগা হিক্রা- হিক্রা কপ্পুনা লৈখি।

মামৈথংদা ফমুং কাখৎতুনা তুমথখিবমই। মবোকসু ঙবাং লাকহৌদবশিং পোৎযেং পীন্নবা লাকপা ওক্লিংগৈ মশুগী ৱাখল লৈখিদে।

*****

## কুন্থানিথোই শুবা পান্দুপ

অযুক্কী পুং ৮.০০ বোম তাশিনখ্রবা মতম্লী। প্রকাসনা ঙবাং লুহোংবগী চেল্লিঙৈ দুকানগী হিংসাপ লোইশিন্দবা খবা, মপানা শেল্লবা ইণ্ডোল চিদাইদা শাবিবা পোৎথা শঙ অদুদা চে চাংশিং পুথোক্কুনা লোইশিন্নবা পুক্লিং লৈতনা হোৎনবি।

মতম অদুদা লৈকাযগী লৈশাবী শঙ্কু অমা যুমলোমদা চংলুবগা থোক্লক্কুনা কৌবগা হায়বকই -

- "তমো প্রকাস ! ঐখোয থাবল চোংল্লবা শেল খাইবা লাক্লিবনি তাচৌ প্রমোটসু লৈতে। ইনম্মসু লৈত্তে' কবম্মাইনা তৌগদৌবিবনো ?"

মচিন কনবা অমনা হাযবকই -

- "অঙ্কল লৈবিশিদি। অঙ্কলনা হাপচবকচনি লাকও ঐখোয় মবি-মঙা চংদুনা হায়কশি।"

অমানা খুমই।

- "ইবেম্মা তন্দবা ! হুবেল হলকপদা ওইনা চংলক্লশি লাকও।"

অমদুনা শাউবপ্লা মমান্নবী অহুম-মবি লুচিংলগা হাযবকই -

- "লাকওশে থেংখ্রনি ঐ ঙাংনগে !"

ইচংথৌবা অমনা চৎখ্রবা অদুদা অতৈ লোযন্নবা মমান্নবী মবি-মঙাগা চংশিনলকতুনা হায়বকই -

- "তামো প্রকাস !"

- "অঙ্কল"! অমনা অমুক কৌশিলকই।

কলকুলেটব off তৌবগা চে মথক্তা থম্মী পাউখুম পীদ্রিঙৈ লৈশাবী অমনা হায়বকই -

- "অঙ্কল ! থাবল চোংনবগী পৈশা খাইবা লাকচবিবনি। ঐখোয় য়ুমদসু চংজক্ববনি অদুবু মী কনা অমত্তা লৈবমদ্রবদুদা অঙ্কল মনাক্তা লাকবিবনি। কয়ানো অঙম্বা খবা হপীবো।"

ঙাইহাক খল্লুবগা হংলকই -

- "কৈদৌঙৈনো ?"

- "হয়েং চোংশিবা হাযদুনা খন্নবিবা ?"

- "য়ৈথোকপদি য়াববোইদ্রা ?"

- "য়াগনি। বোয়না খবা পিশিনখিবা অদুদি মাংগনি।"

- "অদু ওইবগা ঙসি মঙানি লৈবগা চোংলো ঐ নখোয় থাবলদুগী চংগদবা শেনফম তঙ্খায় অমা পুথোকপীবগে, য়াব্রা ?"

লৈশাবীশিং অদু মখোযগী ওইজবা ব্রাফম কাংথোকপীবকপা অদুদা হবাওজবনা মপান লৈখিদে। মখোয মশেল যেংনবগা মোমোল নোকচৈ অদুগা থাগৎপা ব্রাহৈ ওইনা হায়বকই -

- "অদুদি লাইবক ফবগী ব্রানি তামো !"

- "Thank You Very much "

অমদি চিংনবা ফাওবক্লুনা হায়বকই -

- "তামো ফাগীদি নত্তেকো ?"

প্রকাসটনা নোক্লদুনা খুম্লকই -

- "ফাগী নত্তে অচুম্বনি। অদুগা নুংঙায়ববা ব্রাফম অমনা ? নুমিৎতুদা থাবল চোংবা যাওগদবা লৈশা পাখংশিংগী ওইবা চাকলেন অমা নবুংনা শিনবীগনি।"

ময়াম্না হৌনা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "ব্রা ! তামো ! Thank You "

- "চাকলেন অদুগী মতুংদা ঐখোয় কম্যুনিটি হোলদা খবা শেমজিল্লগা চাকচা তোকপগী পোৎথাবোয় লাকপোয় লৈশা পাখঙগী কাং তোর্নামেন্ট নুমিৎ অদুগী ওইনা পাঙথোকপা।"

কাংগী ব্রাফম অদুদি যানিংদবা ফোংদোক্লদুনা খুম্নবকই -

- "তামো ঐখোয়দি কাংশু ইমা পোকপদগী শান্নদনা? পাইবা ফাওবা ফংজরক্তে।"

মদুগীদমক্তি শম্বুগনু ঐনা পুম্নমক এবেঙ (থৌবাং) তৌবীগনি। তৌবদদু নংশোযনা থবায় যাওশিনবা তাই। নখোয়সু খন্দুনা যেংঙু ইপা-ইপুগী নুংশিববা হৌন্না লোনচুং কয়া চাউখৎলকপগী মঙান্দা তপ্না-তপ্না অশুম নাথৈখিদুনা পুংমুং মুংখিদৌবে। নখোয়বু উবিববো মুক্রা মেবা কাংজৈ শাগোল কাংজৈ কাং শান্নবা? য়ু পুবা শগোল পবেং অতৈদি উদবে। অদুনি চিংথ হৌবা অমনা নুমিদাংগী থাবলগী দ্রেসতি নুপা ওইবশিংনা বব মমানবগুম খুদৈ ফৈজোম, লৈশাবীশিংনা কৈন্যাগী মমান্নবীগুম কেজবগা মনিং তম্না চাখিবশিং অদু তুম্নবা চোংহনবদুনি নবুংনা পামজবিবদি !

নখোয়গী শড়ি-শবাং শেৎতুনা চোংবদু নত্তে। ঐখোয় মৈতৈ ফুকপ্পী ঐখোযনা ঐখোযগী নাৎকী ওইবা কুম্মৈ ফিযোংবু মবিং মবাংনা উহনবা চুমদে। ব্রাফম অসিদা যানিংবা লৈববদি নবুংনা লুচিংদুনা থবায় য়াওনা হোৎনবীগনি। অদুগা যানিংদবা লৈবগনা হৌজিকমক হায়দোকপীবম্মু।

মখোয মশেল ওনশিনবগা মুকম মুকম শোন্নে-খন্নে। অদুগা হাযবকই

- "অঙ্কল ! ব্রাফম অসি ঐখোয় মযাম অমুক্তা তান্নজবকখিগে।"

- "তান্নবকউ ! ঐদি ঙসি নত্রগা হয়েং ফাওবগী মনুংদা অশেংবদু খঙবা পামই।"

- "অহোয হোৎনজগে তামো ! অমুক যৌজরগে ঐখোয়।"

- "ফবে য়ৌবো।"

লৈশাবীশিং চৎখবে। প্রকাসতি মখুৎনা মখদাং মেৎতুনা লৈহৌই। মথক্তা শোলহৌই - "মৈতৈ হায়বা ফুকপ অশে কযাদা পঙজত্রবা ফুকপ্নো"। ইচম চম্না পৈশা চংদনা বাঁশি অমা ধুলোক অমা যৈদুনা থাবলগী মঙালদা চোংজবম্না কুম্মৈবু অনৌ অনৌবা মওং কযা হাপচিনলক্তুনা ঙসিদি লুপা লিশিং ৮০০০ / ৯০০০ নত্রবদি শিন্নবা কোন্নবক্তবে। মেট্রিক পবিক্ষাগী চিববা তাঞ্জা অদুদা চৎনবী কুম্মৈনি হাযদুনা চোংনবি থাবল মসিগী কান্নবনা কবিনো ? খুন অমদা অহুম মবিবক চোংনবিবশিনা কদায়দগী পৈশা ? পাম্মুই অবেম্বদা মাংহন্নবিবা মৈতৈ ঐখোয়গী চৎন্নবীদা য়ুমফম ওইবা থাবলগী পৈশা !

ঙাইহাক খল্লিঙৈ সঞ্জোয় বটনগা ব্রাবি শাবদুনা প্রকাসকী মনাক্তা লাকই

- "দাদা নখোয় ইংখোলশি য়াম্না চাউইকো।"

- "য়েংবদসু য়াম্লা ফজে।"
- "উম ফজবনি।"
- "লৈশু য়াম্লা হৌই। মখোযশি কন্নানা থবনো ?"
- "ঐখোয পুপু অমা লৈবমই। মহাক্না থাবিবম্বনি।"
- "হৌজিক্তি কদাযদা চৎখ্রবগে ?"
- "মযাম্লা উপু মনুংদা ফি অঙৌবনা কুপশিল্লগা পুখিবদগী অদুম হলকখিদবে।"
- "পুপুদি উপুদা হাপ্লমদাইদা অদুম যাববা ?"
- "নাকুবগী লেংবা ঙমদবনিনা অদুম যাবে।"
- "অদুদি নুংঙাইতে।"
- "নুমিৎতুদা মযামসু কপই। ঐসু ইচেশু লোযনা কপ্পী। মী মবিনা পুখিবনি। ৱান, টু, থ্রি, ফোব মেন ! ফোব পাবসন।"

প্রকাসকী মনাক হেক যৌবকপগা ৱাবী শাবা লেপ্পী অদুগা কৌবকই -

- "ককা ঐখোয় ইকুজবক্রে। সঞ্জোয়সু ইমানা সাপন, শম্পু নোইদুনা ফজনা ইকুজবীবক্লবনি ফজদবা য়েংউ।"
- "Very beautiful !"

নুংশিনা যেংলগা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নহাকসু ঐখোযগী Family member অমা ওইবগদবনিনা ননাক্তা লেপ্লীবা দাদা বটন্না হাযবদা ইনগদবনি। অদুগা হযেংদগী দদাখোযগী স্কুলদা মিং চনবীবগদবনি। যাববা দাদা !"
- "যাই !"

মোমোন নোক্লদুনা বটনা হাযবকই -

- "কাকা ঐখোয় স্কুলদা লাইবিক Ecersise book, Dress সু তাইসু লোইনা ফংবনি। ইনাওগীসু লৈবীয়ুকো !"
- "উম লৈবীগনি।"

প্রকাস ফন্নবদগী চৈ-চাং অদু ফাইল মনুংদা হাপচিল্লগা মখুম খুমজিন্দুনা টেবল মথক্তা থমই। অদুগা অঙাং অনীবু ওইগা যেৎকা মখুৎ শন্নদুনা

কোম্মোংলোমদা থোক্লকই। লম্বীদা লৈশাবীশিং অদুগা অমুক থেংনবে। মখোয়না প্রকাসপু উবা মতুদা ফগ্নম্নদগী হৌগৎসুনা মখোয় খবা চংশিনলক্লুনা হংলকই -

- "তামো ! ঙসাযগীদো ঐখোযনা খন্নবদা য়ান্নবে।"

- "ফবে-ফবে। অদুদি ঐনা হুবেল হলকপদা ইনভাইটেসন কার্ডতু নমথোক্লুনা পুবিবক্লগে।"

- "অদুদি তামো অশুম লৈজহৌবে ঐখোয !"

মখোয লৈহৌবে প্রকাস অঙাংশিং অদুগা শাক্লবা শন্নাবুং অদু তম্না চৎখ্রে।

প্রকাসনা মহাক্কী খঞ্জবিবা আশা অদু তপ্না-তপ্না মাযপাকপগী লম্বীবোমদা অশুম চংশিনলকপগুম উবকপদা মবুক্লীংদা হবাওজবগী ইথিল অমা লৈখিদ্রবা মপাবুংনা মচাগী পুক্লিং থৌগৎনবা ওইনা হাপ্পীবকপগুম তৌবকখি।

তশেংনমক চাউখৎপগী নমাদা মনুংদদি শুম্না চাদুনা লোইশিনলক্লবা মৈতৈ খুনাইগী চৎনবিশিং অসি চুমথোক্লবগী মতমদি যৌবক্লবনি।

অদুবু হিবম অশোমদা কনানা খোং থাংজিনবীবা যাওববগে ? অচাকপা মৈবীদা ঘী হৈবিঙৈ মালংবসু থুংলবগুম চৎনবীগী লমজেন্দা তিদান্নবক্লি।

পুংযৈবনা চোলোম তৌদুনা উংলি। ভাবোক্লা য়ুম্নুদগী মমায যেংলগা পৈশা থাগদবগী পবেং ক্য লেঙদুনা তানঞ্জা ঙাইনবি। মসিনি অত্মা সান্তীগীদমক অৱাবা ফোঙদোক্লবিবা? মীৎলুদা পিবাং, থম্মোযদা চৎনবী ইহুল, ইন্দবদা মযামগী মতুং তাবি ৱাখঙদবা ! শাবা পুংলোয লোইবদুনা, অবোইবগী বং গেত্তা পাখঙ মচা অনি খক্লা তৈবমই। মীওই খবানা শুনু হাযবগী থৌবাং তৌবদুনা নকলদা লৈবম্মী।

প্রকাস অঙাংশিংদা মখুৎনা থীলদুনা তাক্লমই -

- "ইবুংঙো ! ঐখোয শান্নবুংশি পাক্তবা ?"

- "পাকই কাকা ! যেংবদসু যাম্না ফজৈ।"

- "অশুক ফজববা শান্নবুং অসি অহানবদা উমঙ ওইবমই। শাহিং চাবা শা কযা লৈবমই। চাউববা উপাল কযা হৌবমই। মযাইদনা শাবি (ঈশিংখোং) লেপ্পা লৈতনা লোক্তগী তাবকপা ঈশিংনা ইচেল পীকচববসু চেন্দুনা লৈবমই"

- “অদো কাকা হৌজিকক্তী অমতা উদবেকো !”

- “পুন্নমক মতমগী কল্লবা ঈবৈনা নমথেক্তুনা পুবিশ্বে। নোংজু থানা লাকপদা

“ইকা-ঙা” কাবক্তুনা ইমা-ইবেল, ইচি-ইনাও কযানা ঙা তান্নবম্বা শাডি (ঈশিংখোং)নি। অদুবু লম্পাক অসি শেম্বদা অশোম মতায়দা থৈদোক পীক্ববদগী ঈচেলদু মাংখবে। অসিনি ঙসিগী কাংজৈবুংগী থোইদোকপা শক্তম। লাকও হৌজিক নখোয়গী লৈখিদ্রবা পুপুনা খঞ্জবম্বা আশাগী মঙলান অসিমক লোইশিল্লববা হায়বদু চংশিন্দুনা য়েংলুবশি।

- “ইনাও ফজদবা গেটশে ?”

- “ফজৈ।”

প্রকাসনা অঙাং অনী অদুদা হাযবকই -

- “নখুৎনদি পাইক্নগনুকো অঙাংশা !”

- “পাইবোয কাকা ! ইনাও নঙশু, পাযক্নুকো !”

- “উম”! হায়দুনা সঙোয় খুন্নকই।

প্রকাস উবদা অঙাং অনি বং তৈবম্বা লেপ্লগা হাযবকই

- “তামো।”

নোক্লদুনা খুন্নকই -

- “লোইশিনলগদৌবেদনা ইনাওশা।”

- “অহোয় তামো !”

মখাতানা হংলকই

- “নখোয হেড মিস্ত্রিদি ?”

- “তামো মথক্কী কাদা ইযাম্বাশিংগা ব্রাতান্নবমগনি। লেংশিনবীযু।”

- যাম্না নুংঙাইজখবে ইনাওশিংনা থব্রায যাওনা হোৎনবীদুনা লোইশিনবীবম্বা অসিমক “তামো মসিদি তৌফম থোকপনি ঐখোযগী”।

মহাক্কা লাকমিনবা অঙাংশিং অদুদা ওনশিনলদুনা প্রকাসনা হায়বকই-

- “ইবুংঙো নখোয় মপান্দা ঙাইহাক্তং শান্নবম্মুকো ?”

- “অহোয় কাকা !”

- "ইনাও চৎলো কাখৎ নাম্বা শান্নকশি।"

- "উম চৎলো দাদা !"

কা মনুংদা ক্লব সেক্রেটবিগা হেডমিষ্ট্রিগা ফমদুনা ৱাবী শান্নবম্মই। প্রকাস চৎলকপা উবদা হৌগৎতুনা হায়বকই -

- "তামো লেংশিনবীবকশি।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে ইনাও বিমোলসু লৈবীবম্না।"

- "অহোয় তামো !"

হেড মিষ্ট্রিনা ৱা মবক থৎলদুনা হংলকই -

- "তামো ইবাই নুমিৎশিদা শোইদবেকো ?"

- "অহোয় শোইদ্রবনি। ঙসি ইনভাইটেসন কার্ডশিংদু ঐনা থবক হলকপদা পুবক্লগনি। মদু য়েন্থোকপগী দাইত্যনা ইনাও বিমোলদা শিনবগদবনি। মহাক্লা মখোঙ খবা য়াংই।"

- "য়ানি তামো, মদুগী থবক্তী ননাওনা পাংথোকচগে।"

হেড মিষ্টিনা মখাতানা হংলকই -

- "তামো নুমিৎশিদা শগোল কাংজৈ, মুক্লা, নাৎকী ওইবা জগোয় ঈশৈ ময়াম অমশু তৌবীগনিকো ?"

- "তৌগনি। অঙাংশিংগীদি খুদক্কী ওইনা ড্রোইং কমপীটিসন অমসু পাংথোক্লুনা মকো মথং তাত্রবশিংদা লুপা লিশিং অমগী মনা ইনকেস ওইনা মীযাম মমাংদা ঐখোয় তামো(প্রমোট)না পীহনশিবা হায়না খল্লি। তামোদদি ফোংদোকত্রি। মমিনা প্রোগ্রামদা নমখোকপা ওইনা য়াওবা নংঙোইদৌবে।"

- "অকাযবা লৈতেদা তামো। ঐখোযনা মচি অমদা হোৎনবগা লোইবে।"

- "য়াম্না নুংঙাইজখবে ইনাওখোয় ময়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনবীবা।"

মবকথৎনা মিষ্ট্রিনা হংলকই -

- "তামো ৱাবৌবীবা য়াদেকো, মামাগী মুক্রিদুবু কৈদৌঙৈ পুবিবক্কদবনো ঐখোয়দি ঙসি হয়েংশিগী মনুংদা পামজবেবো।"

- "মদু ঐ ঙসি নত্রগা হয়েং অসিফাওবগী মনুংদা শোইদনা পুবক্লবা হোৎনবগে অদুগা ৱাফম অমনা ?"

- "কবি ৱাফম্লো তাকপীশি ?"

- "নহাক্কী গেট চংফম মনাক অসিদা WAY তাক্লবা বোর্ট মচা অমতং মখোং হৈবগা শেমজিনবা য়াববোইদ্রববা ?"

- "য়াগনিনা।"

- "অদু ওইবগা ঐ ঙসি য়োংতুদা বোর্ট মচাদু নপশিনলগা পুবক্লবা হোৎনবগে।"

- "পুবিবকউ তামো ! মতম লৈবি। বংসু লৈবিঙে।"

- "Thank You যাম্না নুংঙাইজবে। ইনাওখোযগী মপান্দগী নয়াম্বনা খুদোলমচা অসিমক পাবুংগী মঙলানসু মঙফাওনহনবা ওইনা ইখুঙ্গং অসিদা কৎথোকচবা ঙমজগদৌববনি।"

বিমোল অমসুং হেড মিষ্ট্রি অনি নোকমিন্নবগা অমত্তা ওইনা পাউখুমলকই -

- "তামোনা পংতাক তাকপীবে।"

- "অচুম্বা ৱাফম্নী ইনাওশা ! ঐদি পোবম অমখক যাৎলগা শেল পুথোকচবনি। থবক্কী নখোয়না শুবনি।"

- "অদু ওইববসু তামোগুম্বদি খবা তাংনা ফংগদবা মাল্লি।"

- "ঐদি খুঙ্গং অসিবু যাম্না নুংশিজৈ। অতৈ চাউখৎ থৌবাং কযাসু পাযখৎচহন্নিংই। অদুবু ইথন্তনদি পুম্নমক ঙমগদবা মান্দে ইনাওশা।"

- "হাযবা যাই তামো ! ননাও ঐখোযসু মতুং ইঙ্কবিয়ে।

মযামগী খুবাক খুবগী মখোল মবক্তা নোকমিন্নবদুনা মপান থোক্লকখি। মখোযবু থাগৎপা ওইনা খুৎ শোক্লদুনা লেঙ্গোলনৈ অদুগা হাযবকই -

- "Thank You যাইফবে। হযেং অমুক উনবশিকো ইনাওশা।"

ইবুংঙো বটন, সঞ্জোয চৎলশি লাকও। আ Uncle খোইদা Bye Bye তৌকম্মু।"

Bye ! Bye !

Bye ! Bye !

*****

## কুপ্পাহুমদোই শুবা পন্দুপ

বসতগী লৈশাবী মৌ অহল লমন কযা লুহোংবা নোংঙানবগী মীগী শাগৈদা তীনত্রবী যুম্না শাগৈ হোংত্রবী মচানুপীবু কবম লেল্লীবগে মবুক্লীং হবাওনা লেল্লিববা নত্রগা লৈতাদ্রবা পুক্লীংদা তিন্নবা যাদনা পিবাংলক্তা লেনগদৌবিবা হাযবদু খঙদোক্লবগীদমক ইমোম মাগী মতাবোযশিং মনম্মা মন্দোমচা, অপোকপী পলেম যাওনা খোংদোইবকই। চৎনবী অসিনদি মালেমদগী তোপ তোপ্পা মওংনি।

মৈতৈগী চৎনবী! ঙবাংদি পিবাংলক্তা বীদায পীদুনা লৈহৌববনি। অদুবু ঙসিদি নোক্লা নোক্লা ওক্লম্মী খৌইনৌ ইতাবোয চান্নবী ! হবাও হবাও চংলকই মযাম্না। তবাম তবাম ওকচৈ নুপা মযুম্নসু।

- "লেংশিনবীশি ফিদা অশোমদা।"

অবাকপশিংবু তবাম্না ওক্কুনা ফিদাদা লৈতেং ওইহল্লি ঙম্নমক। মযাম্নু হবাও হবাও ওক্লিঙৈ হবাও হবাও মবোক্কী মাংদা থাদুনা লাকচবিবা সান্তিবালাদো মহাক্কী মাম্মিনা মমান্নবীশিংদুগা ব্রাবি ব্রাতায শান্নবিঙৈ খবা লকক তৌনা তৌশিনহৌদবদা মবুক্লীং খংনুং নুংশিবকখবে।

অহিং অমদা হোংত্রবা পুকচেল অদুবু পীক্লিবা অঙাং অদুনা থম্মোয শোক্লা ব্রাবৌজে। মযাম মমাংদদি ফোংদোকপা ঙমদা ইকায নুংশি যান্না মবোক্কী ফিজী পাইদুনা ফম্লী। মযাম ওকপা লোইববা মতুংদা জযা মকোক্তা ইনফিদুনা খুমজিন্দুনা ফমথবকই।

মদুদসু হবাওনা মহৌশাগুম্না কৌবিবক্কদবা খঞ্জবিবা সান্তিবালা ! মহাক্কী মাম্মিনা হন্না ফাওবা যেংবীদনা ব্রাবি খবা শান্নবগা অচাপোৎ লৌথোকপা চংখবে। মযামগী সেবাগীদমক ! পুংওন ওনবম্নে সান্তীবালা মহাক্কী মামিগী পুকচেল তেল্লবা অহিং অমদা ! লাপ্পবে উনা উনা অদুঙৈগী নুংশিবগী লংলাদু তৎতুনা পাইখিবগুম ! সান্তীবলাগী থম্মোয়গী খঙংমদ্রবা পিবাং অমা

খঙহৌদনা ইহৌবকখি। মপী চদুম চদুম শিন্থবদুনা হিক্রা হিক্রা কপ্লকই। মতমদুদা মবোক্লা মশুগা লাকমিন্নবনি ঐ হায়বদু খঙলকই। কাউথোক্লবে, মচানুপীগী হোংলন্নীবা মওং, নুপা ময়ুমগী নুংঙায়বাবা য়ুমলৈ কৈবৈ, হিংলন্নীবা পুন্সি মবেলদু উবগা। "অঙকপনি মীওইবগী পুন্সিদা,

পুক্নীংগী অবেপ্পা মওং শক্তম লৈবমদে।

শকহেনবা শকহেনবী কয়ানা পৎ তৎনা নুংশিনবগা

য়েক শলায় খিদনা, য়ুমগী ফিভম খন্দনা

নঙহৌবোয় মতাগুম চেন্দুনা কৈন্যা কৎতুনা,

নুংশি পম্মুংদি যৌহৌবে তহা-তহা।

শাগৈগী ইজৎ ঙাক্লবা হোৎনবদা।

মতম খবদি ব্রাববসু ব্রানা খাংমিন্নবমই

মচা নাওবোল অনি শুবকপদগীদি

মবন্দোম ইন্থোকপীবক্লে।

য়ুম্বালদী খংদবনিনা থবক্তি শুনিংদবনিনা

পনখৈ য়ৌবক্লবদা মপাম য়ৌনবে।

মশক্লা চাবা যাবমদবে। মশিনি নুংশিবগী মমল!

ইশানা লেপচবব্বগী ফঙজবকপা!

ঙসি জযানা চপ চাবা ফিবেপ অমা লৌদুনা লৈবপ্পা অসিমক মমা ওইবা লালিতাগী পুক্নীংদা য়াম্না পেঞ্জবা হায়বদু ওইখি। পুম্নমক মচানুপীগী ঙাংথোক্লকপা ব্রাঙাং, মক্রুবা মাযথোংদা তাবিবা পুক্নীংগী লুববা মমি অদুমক মমা ওইবিনা খঙখিবদগী পেঞ্জখিবা পুক্নীংনি।

লাক্লীবসু ফিবেপ অসিতবু য়েংন্নবনি মমানা পঙজবগনা খবা মীৎশিং নাশিংবা মচে, মনম্মা মকুপ মপাং নুপী ওইবীশিং....।

লুহোং নোংঙানবগী খোংচৎ ইচম চম্না ইথক ইবাংনা চৎনবা ওইবমদবে। সমুদ্রগী ইবোলনুংদগীসু হেন্না লুবপ্লে তুবেলগী তোবর্বন্দা তারিবা লৈঙোয়দগীসু হেন্না কুপ্পম্মে মনুংগী অর্থ য়াম্না লৈবমই মৈতৈগী চৎনবী।

মপুবোইবদুনা জ্ঞান তাবা, মীগী পুক্লীং খঙবীবা, মশা মদোম লেপচবা ওন্না মীশক ওইবন্নে শক্ত যেংঙুবে মোইবাংগী খম্বদগী হেন্না চঙখোনবা ওইবন্নে। মসিদবু জযাগী পুক্লীংনা লৈতাদনা মমাগী পুক্লীংনা লৈতাগদবা ?

"নুংশিবা হাযবশি অতৈ ওইবমদবে পুকচেল শেংবা কৎথোকপা হায়বদু ওইবন্নে। চিন্নাল খোইহি তৈবগা পুক্লীংদা হু পুদুনা মীগী গাডী থাউ হাপ্পুনা পুবক্লগা বেস্টুবেলদা কোফি অহাওবা অমা থকমিন্নবদুনা নুংশিবগী খুদম্লী হাযবদুদি অপঙবা ৱাখলনি। নুংশিবগী মহাও তংনবখক্তগীনি তুংদা নীঙমদা পীবাংদা ইবাক্লনবা"।

(ললিতা) মবোক্লা ইমুংদা মমান্নবীশিংগা ৱাবী শান্নবীবদু অপনবা পীবদুনা কৌবকই

- "ইবেম্মা জযা !"

ৱাবী শাবম্বা তোক্লগা খুন্নকই -

- "কবি হায়বগে ইমা ?"

- "ইবেম্মা ঐদি ইকাও কাওথোক্লুবে ইশু তোম্বীশে নঙনা কৌশিনবীদবা অদুদা মবুক্লিং নুংশিববা মালে মপি চদুম চদুম শিন্থদুনা মবুক্লীং নুংশিনা ৱাবৌদুনা কপ্পুনা লৈবন্নেনে। শে শে কৌশিনবীযু।"

হৌজিক্তা জ্ঞান তাবকপগুম সান্তীবালা মনাক্তা জয়া পম্বীবগে হাযদুনা চঙশিলকই।

অঙকপা হাযবদুনি অদুক নুংশিনা লোইনবম্বা মামিদো ঙসিদি মীতোপ শকখঙদবী অমগুম্মা পম্বীগে হাযদুনা তৌকবদা তনৌববী খুৎশাদুনা ইন্থোকপীবক্লে।

মতৌদুদা জযানা থেন্নদুনা হায়বকই -

- "ইচাতোম্বী I am sorry ঐ মযাম লাকপগী লাংলিঙৈদা ইচাতোম্বীবু পম্বীগনি হায়বা তশেংনা কাউথোক্লুবে। শে লাকও নঙ্গলদা কোলকও পোবীবগে।"

সান্তীবলা হান্না পুক্লিং ফাজিন্দুনা কপ্লম্বদু হৌজিক্তী অপনবা লৈতনা মীগী মযুমদুদা কপথোকখবে। পোবীগে হায়দুনা ওনশিঞ্জববসু যাবকক্তবে। ফন্নীবা মীয়াম অদুদি মনুংগী অর্থ খঙদবনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা মীগী ময়ুম্মী তুমিন্না লৈয়ু কপ্পা ফত্তে।"

জয়ানা পোবীগে পম্বীগে হায়বদা ময়াবক্তুবদা মবোকসু য়াওনা থেম্বা যাওশিলকই -

- "ঐদি ইস্থোক্লা ইকায়জখবেদকো ইশুতোম্বী নঙসিদি।"

জয়ানা মহাক্কীদমক চান্নবা অচাপোৎ কয়া মখল মথেল পুথোক্তুনা পীবম্মী অদুবু পীক্লবী সান্তীবালাগী পুকচেনবুদি জয় তৌবা ঙমখিদবে। মহাক্কী মওং অদুদা ময়ামদুগী পুক্লীং লৈতাবা ঙমনদবে। খম্থুকবদা জয়া মথন্তা খোইবাং খোইশাওনহল্লে। মবোক্লা মশুনুপীগা লাক্লা ফানা তৌদুনা ফি অমা পুথোক্লগা ঙহোং শাদুনা পোবগা মনিং ময়াদা কোয়না চৎপা হৌবকই। সান্তীবালা ঙহান মখৈদি কপ্পদা মামি কৌদুনা কপ্লম্বদু ঙসিদী মপা কৌদুনা কপ্পা হৌবক্লে।

- "হো পাপা ! হো পাপা !"

মবোক্লা থেমই -

- "তাবনিকো নঙগী নপা খোংশেকপদো !"

মদু হায়বদা মখোং অনি ফ্রিং ফ্রিং চোংলদুনা মবোক্তা ফুবদুনা হায়বকই-

- "নঙদি ফজবে।"

- "ঐখোয়দি ফজৈনা !"

- "ফজবনি হিংচাবী হেক মাল্লদনা।"

- "অদু ওইববদি চিক্লগেদো হিংচাবীদি হীংনা চাই হায়বনি।"

- "পুপুদা চিকউচো।"

- "নঙ পুপু কোইজোম্বদি হাওবোইয়ে।"

- "হাওত্রগা তোকচবো।"

মশু মবেন কোইনা চৎলুববা মতুংদা ব্রাববী মবোক ললিতানা তুমিন্না লৈখ্রে হায়দুনা মশুদা য়েংলুবদা মশুদু তুমদুনা লৈবম্মে। নুমিৎসু তাবমদায় ওইবকপনা ময়ামসু হৌগনবদুনা লৈবম্লে। জয়া মমাগী মনাক্তা চংশিনলক্তুনা খুকমজবমই মমানা মকোক্তা নাম্থুবীবদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! ননেম মকুগী শেবা ফজনা তৌগদবনিকো। নুপী ওইবা ঐখোয়গীদি ইপুবোয়বনা ঈশ্বোবনি। নুংঙায় য়াইফবা ওইয়ু। ঈশ্বববু খুকমজৌ

থবক খুদিং শেগা মাযগা তান্নাবগা তৌমিনৌকো। লৈহৌবো লৈহৌবো। ইশু তোম্বীশে অযুক অঙনবদগী নঙগী ননাক্তা চৎকনি হাযদুনা শাজোল লাংদুনা লৈজবম্বনি। অদুবু নহাক্লসু কাওবে ঐনসু কাওথোকপীবে নুংঙাইতে। ব্রাহৈ অদু মখা তাথবা ঙমশিনলক্রে মমিৎতগী শিম্বক্লবা পিবাং অদু মশু পোবিবা ফিজিদুনা তৈথোক্লগা মনাক্তা লেপ্লীবা জযাগী মনেমদা ওনশিন্দুনা হাযবকই-

- "ইবেম্মা ! ইচাশে পঙজবনি তম্বীযু যুম্বালোল খঙজদ্রিবনিকো নখুৎ চান্নবা তাকপীযু।"

- "ইচে ! ইবেম্মা জয়াদদি ইচেনা লোযনমক তম্বীদুনা Train দা লাক্লবনিনা হায়নবা তৌদে। যাম্না মিৎশিং নাশিংই, মীবক নাবক খঙনা থবক তৌই। মখোযদগী অপংবী ঐনা তমজগদবা কযাবু লৈবিবনি।"

- "পঙথা থাগৎপীবে ইনাওনা।"

- "অচুম্বনি ইচে ! ঐদি ঙবাংদগী লক্ষ্মী ইমা লেংশিবীবক্লবনি হাযনা পুক্লীংশে ঙমখৈ লৈতনা হবাওজববনি।"

- "মাগী মব্রাহৈ খোনফমদা মকুনা কবি হায খঙলববা ইচে ?"

- "কবি হাযবিবা ?"

- "ইমৌশে ঐখোয ইমাদো অমুক হিঙ্গৎতুনা ঙসিদগী মচা ঐখোযবু কোনবীবগে হাযদুনা লেংশিনবীবক্লবনি। মবম অদুনা নঙগী নমিৎ অবাওবদুনা হঙ্গৎনা ফাওবা যেংফদেকো ব্রাবৌখিগনি। ব্রাফমদু তাবদা জযা ইকায়ববা মালে মক লুকথদুনা লৈথখবে।

মমানা নোক্লদুনা হাযবকই,

- "ইনাওনা পঙথা থাগৎপীবে।"

- "থাগৎপা নৎচদে ইচে অশেংবা হাযজবতনি।"

মপান্দা গাডী হোর্ন পীবকই -

- "ট্রে ! ট্রে! গাডী ঙাইবমালে। লৈহৌবো লৈহৌবো ইবেম্মা নচে অমুক যৌশিনখ্রগে। ইবেম্মা ননেম নকু শেবা ফজনা তৌকো লৈহৌবো লৈহৌবো।"

- "কোম্থোং ফাওদি থীদোকচগেদা ইচে। যাগনি। অশুম্না ব্রাগী শাবদুনা গাডী মনাক যৌবক্লে। গাডী কাখৎলমদাযদা সান্তীবালা তুম্নুবদগী মিকপ থোক্লকই

য়াম্না তপ্না মন্দোমচাদা মুন্না য়েংজৈ অদুবু কান্নখিদবে তনৌববা খুৎশা মবোক্লা থাঙ্গৎলু হায়বা মখুৎ মচাদু মবোক্লা থাঙ্গৎতুনা ময়াম্না গাড়ী মনুংদগী খুৎ হায়বদুনা বীদায় পীবন্নে।

জয়া অমসুং মনেমসু পাউখুম অদুমক পীবদুনা লৈহৌবে।

কায়ববা থম্মোয পুদুনা হলকখি পীক্লীবী সান্তীবালা। মমানা মচাবু নুংশিবীদবে ঙসিদি ? ঐনা মহাকপু উনগনি খনবদা অহিং ফাওবা তুমখিদবা। অদুবু মহাক্তগী নুংশিবগী মিৎযেং অমা ফাওবা য়েংবীবকখিদে। ঐবু কাউথোকপীগ্রে অহিং অমতংদা ! কনানা কবি হাযশিনবীদুনা ঐগী মামিনা ঐবু ইম্থোকপীবিবনো ! ঐদি মহাক্লা নুংশিবীদ্রবসু নুংশিখিগনি লৈহৌবোকো মাম্মি নহাক মীগী ওইনা ঐখোয় অমুক হল্লগে। ঙসিদগী ননাক্তা লাকখ্রবোই।

"শঙব্রবা মচুদি কোকঙমই খবদং ওইববসু শুবদা, অদুবু শঙব্রবা নুংশিবগী মচুদি কৈদৌঙৈ কোকঙমলোয় চান্নবসু কাযনবগী পীবাংনা কয়াবক হন্না . . !"

*****

## কুম্ভ্রামবিশুবা পন্দুপ

চিক্লবা অহিংনি। নীংঙায়দনা তুম্নখবে,ইমুংগী মীওই অয়াম্বা। থাম্মবা ওইবনা অহাংবা লবুক লমহাংশিংসু পুম্মম্নী,খুৎনা হায়বা ফাওবা উদবা মখৈ। অহাংবা অতিয়াদা অমুবা নৈচিলশিংনা পাইবি তপ্না তপ্না। হুন্নক্লি মালংগী শাহুম্না লাওখোংলদুনা ফুক্লগে উপাল-ৱাপাল, পুম্নমক মাংহনলগে মতাগুম্না অকনবা শাফুদা নোম্নবি থুদেক্লবা কন্না কন্না লাইববশিংগী খাঙপোকশঙদসু।

চেৎনা পুলমদ্রবা টিনগী যুম, শঙ্গোয় কয়া হুমদুনা পুখবে মফম খংদনা হাংলবা লবুক লমহাং। লাযবশিংনা খাঙলি থৱায তনিক্লা। মহুম হুমদোকপীগ্রবী পোম্বী চেক্লা কয়ানা মপুগী কোলোয় শোন্দুনা অৱাবা মৈশা মায়োক্লবি। মালংবা নোক্লি খাক্লা খাক্লা হিংচাবগী শক্তম লৌবদুনা নৈচিন নোংলক্তা মমিৎ কুপ্না খানা য়েংলগা। মতমদুদা থোং থীলকই মপান্দগী কনাগুম্বা খবানা -

- "কাক্! কাক্! কাক্!"

খোঞ্জেল অমশু তাবি মবক্তুদা -

- "ইতৈমা! তামো! থোং অমুক্তা হাংবীয়ু।"

অথেংবা অহিং ওইখিবনা খোঞ্জেলদু তাববসু বিলাশিনি অমসুং প্রমোট খুৎনা ঈঙ্গৎ তৌনদুনা তাশিন্নদনা নৈবি। অমুকশু থোঙ থিল্লদুনা হৌদোক্লই

- "ইতৈমা! তামো! থোঙ অমুক্তা হাংবীয়ু।"

তুমদবা মীদি হৌদোকপা ৱাবগুম তাববসু তাশিন্নদনা প্রমোট অমসুং বিলাশিনিনা নৈবিঙে অহুমশুবা হৌদোক্লকপদদি প্রকাসনা মিৎকপ থোক্লকপগা মপা চান্নকবে।

- "তামো থোঙ অমুক্তা হাংবীয়ু।"

প্রকাস মঙওই হাওই খুমল্লকই -

- "হুম!"

- "তামো ননাওখোয়নি, থোঙ অমুক্তা হাংবীয়ু।"

প্রকাস মমিৎ ফাক্লী ফাক্লী মৈখেৎ খেৎতুনা কেন্দল অমা চুখৎলগা মপানগী থোঙ হাংদোকক্তুনা হংলকই -

- "নখোয়বু কনানো ইনাওশা !"

- "তামো ! ঙসি অহিং অসিমতা চঙজফম পীবীয়ু ঐখোয মঙানি।"

খুমফম খংদবে মতৌ উবগা যাবোয় হায়বসু হাযঙমদবে।

ঙাইহাক ব্রাখল তৌকবগা খুন্নকই -

- "ঙসিগীতা ওইববদি যাগনি।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে তামো, Thank You "

কা মনুংদা চঙমিন্নবকই। কেন্দল অমা পীবদুনা চুখৎলে। কাশিং অদু পুংঙাল ঙানখ্রে,অচৌবা কেন্দল অদুগী মৈবীনা। উপু শো হাংদুনা ফিবোল বোন্দ্বাশিং পুথোক্লমই অদুগা হাযবকই -

- "শে ইনাওশা মসিনা মখাদা থাবো।"

যাবগদবা যেংউ মখোযশিং অদুগী মবক্তগী অমনা খুন্নকই -

- "যাবে তামো ! নিংথমথা নত্রবনিনা যাবগনি।"

প্রকাসনা ফকসু পীবদুনা মখোযগী মতেং পাঙবীবমই।

মখোযগী মবক্তগী অমনা হাযবকই -

- "যাবে তামো পোৎথাবীকবো থোংকা ঐখোয লোঞ্জবগে।"

প্রকাস মখোযগা ব্রাবি কযাদি শান্ননিংবনি অদুবু নুংশিৎনা কনবনে অহিংগা থেংজিলকপনে পুক্লীংনা খঞ্জববসু ফোংদোকচবা ঙমখিদবে। ইচম চম্না হাযবকই -

- "ফবে অদুদি ইনাওশা ! পোৎথাহৌবোকো।"

- "অহোয তামো !"

প্রকাস মহাক্কী কাদা চংখ্রে। অতিথিশিং অদুনা মপাগী কাদা পোৎথাহৌবে। থংনবা কাদা মযাম্বা অমসুং মতৈমনা তুমদনা মঙ মঙহৌই।

- "ইপা পাখৎনা ব্রাতানৈ।"

- "মাই তামো!"

- "হুম!"

- "অঙাংশিংদু প্রকাসনা থোঙ হাংদেবক্তুনা চংহনলগা, ফি-বোল পীদুনা, মপাবুংগী কা অচৌবসিদা, ফককা থাবীদুনা নুংঙায়না পোৎথাহনব্রেমালে?"

- "অদো কৈদৌববগে?"

"ঐদি মতম ফত্তবশিদা লেকহন্নীংদে।"

- "লৈহন্নীংদে অদুবু কৈদৌকগনি। লাক্তুনা পোৎথাখবে। মখা তাবদি মখোয হেক চৎখিদ্রিবা ফাওবা ঈশ্বর খুকমদুনা পুলিস, আর্মি মখোযবু ফান্নবা যুমশিদা চংবীবক্তবা খুকমজবা তাবেদনা!"

- "মদু য়াবোইদা!"

- "যাদ্রবসু যাবা তাবনি ইবেম্মা, খোন কনখৎলক্তনু অমদুদি ঙাংনবদা যাবনি মসিদি মনিং তম্বা নোংশানি তৌনিংবতা তৌবক্কদবা।"

- "খংদবেদা ঐখোয প্রকাসনা তৌবিবশে! কৈদৌবগী থোঙ হাংদোকউ-বিবনো ঐখোযদৌনা তাশিন্নদনা লৈথোকে হাযদে।"

- "মদুসু যাপোৎ নত্তেনে মমা!"

- "যাদ্রবদি নখোয নচিন ননাওনা থোকপা তৌবো?"

- "মমা! নঙগী খোঞ্জেলদুবু তাব্রগনিমি!"

- "তাগে তাজশনু? মখোযবু লাইবো! খোই মহুমদা চৈ থীন থীন্দুনা কাইহৌকবিবা? অবোইবদা কনাদা অৱাফম তাহৌই! মীচম প্রজা ঐখোযদা! বন্দ, ব্লোকেট ধবনা মবকশিদা পাবসেন টেজ ৫%, ১০%, ১৫% ওফিস খুদিংদগী খোম্বদা নোংমগী হাজিবা শুজবিবা কেজুয়েল ঐখোযগী শকক্তগীসু ঐখোয ওফিসাবনা শিনবীদুনা ৭% হেক কক্তুনা লৌহৌবা ঙমই।"

- "যাবেদা মমা! ময়াম্না খঙনববা ৱাফম্নী। অহিংশে পুং অমা তাশিনগ্রবনি। ঙাইহাক্তংদি পোৎথাহৌশি! হযেংশি থবক য়ামখবে। মন্ত্রী মন্দল কযা লাক্কদৌবিমনি ইমান্নবা কযাসু লাক্কদৌবিমনি। পোৎ-চৈ ৱাইথোক ৱাইশিন (Arrange) থৌবাং খুদিংমক ঐগী ইথক্তনি।"

- "পোৎথাবীযো নুংঙাইনা! কাংখদা লিন কুন্দুনা লৈবগা।"

নোং-নুংশি তপথখবে। থাবলগী ঈপোম্মা তগুপ তবংলে উনা ৱানা, খিকখিবনা নোংমদোল লাইজ খবা মালংবগী শাহ্মদা চোকথববা উপাল-ৱাপাল লেপ্পী তুমিন্না হৌজিক্তী। অদুবু কেনন্নবা অবিবা উনাশিংনা কবি খলমগনি মবুক্লিংদা? মালংবনা মনুং-মতম চাদনা কেলহনবীগ্নবা উপাল অদুগী উনাশিংনা !

তাউবা হুইনা খোংলকপদা, নাকোং থাংঙৎতুনা তাবি। হংনবি লোন্না অমা অমদা অশ্মী লাকপা জাৎলনে ! নগুবু অমুক্তা য়েংবীয়ো মি !

- "ওইবম্মোয় এ ! পাখৎলুগনু !"

মথন্তা খোইবাংজে বিলাশিনি। "খোঙ্গন্দবা হুইনা খোংদ্রগা গঘানা খোংঙুবগী ৱাবীদু মথন্তা নিংশিংলকই।

তপ্পা থোঙনাও হাংদোক্লুনা যেংউবদা কনাসু উবা ফংলমদে। মথন্তা শোঙ্গে -

- "ইশ ! থাবলশিদি ! ককচেং চৎপা ফাওবা উনা ঙাল্লম্লে।

পার্দা হাযগৎতুনা থল্লগা কোইনা যেংলকপদা কদোমদা চংলকপা ষণনো অমা ইখোল মতোন্দা লৈবম্বা উবকখি ফজনা হৌববা মোবোক পাম্নীনি ঈশিং চাইদুনা হিংন্নবা হোৎনবদা থবক কয়া শিংগ্নবা অদুবু ইনুং নুংঙাইনা অহিং অমদা লোইশিনবীবম্লগে মতাগুম ফংজদা চাকচাদা লাম লামদুনা খৌবোম থন্না চাবিবদু উবদা বিলাশিনি শাওনিংবনা লোযখবে।

টোর্চ লাইট পাইখৎলগা হায়বকই -

- "তাবিববা ! ঐখোয় মমাংগী ইংখোন্দা ষণ অমা চংদুনা ঐনা ৱানা থাজবা মোবোকশে মনিং তম্না চাদুনা লৈবে লেংখৎপীযো ! অমুক্তা তাম্থোকখিন্নকশি শে শে !"

ঙাইহাক্তং নুংঙাইনা তুমথজক্ববা প্রমোট মাগী নুপীনা ইপা পাখৎনা ইম্খোন্দা ষণ চংলে তাল্লুশি হায়দুনা ফৈজুপ খঙহায় হায়দোক্লকপদুদা শাউনিংবনা পিং লাউখবে। অদুবু মীতোপ লৈবি খল্লুবদা পুক্নীংদু অমুক ফাথবম্মী হায়দোক্লুববা ফৈজুপ্পু অমুক চিংখৎলগা হায়বকই -

- "ঙাইহাক্তা পোত্থাখিগে। ষণদো কবিশু চাবমোয় !"

ঙশ্মী মতাগুম ফৈজুপ চিংখৎতুনা মপুবোয়বনা মাইয়োন হোংদুনা লৈখোকশ্রবদা উপায় লৈত্রবী বিলাশিনি। উপায় লৈতবনিনা মবুক্লিং খঙনুং নুংশিজবকই। মপি নৌবী, পাঙ্গল শোনবী মহৌশা থোংনাওবোমদা লেপ্তুনা মেংলবা থাবলগী মঙালদা মনিংতম্না ইংখ্রোন্দা চংদুনা চাববিবা ষণ অদুবু য়েংলদুনা লৈবি। মথন্তা খঞবকই -

- "কয়াদা তোনশ্রবা নুপী ওইবী মপোক্লো।"

ইল্লিবা পাববা ইনফি মচি অদুনা শিন্থবক্লীবা পিবাং অদু তপ্না তৈথোক্লগা মপানলোমদা অমুক যেংথোক্লবদা ইংখ্রোল মতোন্দা চাবন্না ষণ অদু লৈবমদবে। মতৌদুদা ইঙক ঙকখবে। মথন্তা খঞবকই -

- "হৌজিক্কী ষণদুবু লাইবনে ? মুশুক মুববা মচু শাংলবা মচি অনি, খজিক্তং লেংবদা মপুনা শিবীবিবা অচৌবা শডিক অদুগী নুংশিববা মখোল ! ক্রিং ! ক্রোং ! ক্রিং ! ক্রোং !"

- "অচুম্বা ওইবমগনি ষণদি লাইনি শেংলবা শা! শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী ভক্তা অচানবা মহাক্লা তোল্লবী ননাইগী পুক্লীংদা ৱাজবিবশি উবীবদুনা মথন্তা চৎখিবা! চৎখিববা অশুম খন্দুনা লৈবিঙৈ গেট অদু লানশিলগা অশ্মীগী ফিজোল শেৎপা ৱাং চাউববা মখুৎতা খুলায় পাইববা নুপা অমা মখোঙ লাওনা কাল্লা কাল্লদুনা চঙক্লপা উবমই। বিলাশিনি কপ্লন্না পুক্লীং নুংশিবন্না ৱাখলগী ঈচেল লেপখ্রে। ঙাইহাক হকচিন্না মুন্না য়েংলদুনা তুমিন্না য়েংল্লি।

য়েংনা য়েংনা মখোয়গী মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা কা মনুংদা তুমিন্না চংখবে। ময়েক শেংফাৎতনা খোঞ্জেল অমা থংনবা কাদুদা মী হৌদোকপগুম তাখি। ঙাইহাক লৈবগা মীওই মীতৌ ফবা ঙসায়গী অদুগুম্না ফিজোল শেৎপা, নুপা অমা অমুক মপান্দা থোক্লক্তুনা মখোযগী শুমাংদা কাতোক কাবণ চৎপা উবশ্মী।

বিলাশিনি ঙায়হাক খন্থক্ববগা ভাব তাবক্লে। মখোয়দা ঙসায় লাকখিবা অঙাংশিং অদুনি। মখোয়না মশা কঞ্জনবগীদমক মশাগী Duty (ডিয়ুটি) তৌজবনি। কয়াদা নুংশিশ্রবা মবৈবাক মজাতিগীদমক কৎথোক্লবা অশেংবা লাশ্মীনো ? মখোয় ! অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ মবক্তুনা কদায়দা থুপ্পুবিবা চোৎলবা ফি-বোলশিং অদুনা কদায়দা হোংদোক্লুবিবা ? লৈতবনা অদুম শেক্তুনা

তুন্নমগনি। কাংগী কন্নবা লায়না পুলিস আম্মিগী মখুত্তগী কন্নবা লালওং অহিং তুমদনা ডিয়ুটি তাবিবা ইনাওশিং নীংশিংলকই মহাক্কীসু মাফম খঙদনা মাঙত্রবা মৌপ্পা অমগী বাবী।

- "ইচে! ঙসি নঙগী নপোক নুমিৎ অসিদা ননাওনা পীক্লবা খুদোল মচা অসিমতং তমজবি লৌশিনবীয়ু লৎন্দনা হবাও হবাও।"

মমিৎতগী মপী তৈথোক্লদুনা মৌপ্পাগী মক্তুবা মায়থোংদুদা মুন্না য়েংলগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নচেদি ইপোকনুমিৎনি হায়বা ফাওবা কাওথোক্লুববনি। অদুবু ঐখোয় ইমানা শীনবী লাংবীদুনা লাইনিং- থৌদা হৈকক খবা, লৈবাং খবা অদুগা ধুপ থাউমৈ কৎতুনা ঐনা ইনেখোযদগী হলকপদা হোৎনবীবমই লাকও নঙসু খুকমজক লাকও। নহাক্কীসু পুন্সি নুংশাংনা লৈনবা নিকশি লাইনিংথৌদা ইমা লৈমবেলগী মফমদগী।"

মখুৎ হায়বদুনা য়ানিংদবা ফোংদোক্লগা-

- "ইচে মীওইবগী পুন্সিবু লাইনিংথৌ- ইমা লৈমবেলদা থৌনিজবগা চহি কয়া হাপ্পীবকদৌবিবনো। ঐদি ব্রাফম অদু অন্ধবিস্বাশকী ব্রাফম্মী হায়না হাযজনিংই। মবমদি ঐগী পুন্সি হৌজিক হুবেল মফম খঙদ্রিবা পাইবীবা চেক্লা অমগুম্বনি। কবম্বা মতমদা মফম কদাযগী কাপ্লকদৌবীবা শদানবগী তেন্নো। মদু ননাও হাযবা ঙমজদে। ঐনা খঙজৈ ঐ হৌজিক ফাওবদি হিংজবি থংনবা মীৎকুপ্তা কবি ওইবক্কনি মদুদি নোংদম্বা মহাক্কী লাইবক্তা ইদুনা লৈত্রবা খেৎতোকপদসু ঙন্নবোযদবা ব্রাফম্মী।"

- "অদু ওইববসু ইবুংঙো মতমসিগী মৈতৈ ঐখোযগী যাম্না কন্না চৎনবী ওইবকলিবনি কাওথোকপীবদি চুমদে লাকও থেংত্নগনি খুকম থোকউবো হাযজগেবা - হায়জবোযবা অদুগা কেক অসি কক্লসি। ঐহাক ইমান্নবী কনাগী মফমদা বাটোন তৌখিবা লৈতে ইচিন ইপ্পা ঐখোয অনি খক্তনি ইমাগা।"

মমানা চাকশঙদগী থোক্লতুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো খুকম থোকউবো থেংত্নগনি নচিন নৌপ্পা খক্তনি।"

যাম্না তন্না হৌগৎলদুনা খুকম্নবা হোৎনবিঙৈ থোঙ্গালদা গাডী অমা খামখিবগী মখোল তাবকপদা মচেনা চেম্বোক্তুনা যেংলমই। মতমদুদা পুলিসকী

মীওই খবা চেনশিনবকপা উবদা মচেনা পাখৎপা অমগা লোয়ন্না ইমুংদা চেনশিনলক্লুনা হায়বকই -

- "ইমা ! ঐখোয় ইবুংঙোদো পুলিস লাক্লে।"

মচে ইঙ্গীৎ খংলবা পুলিস টিম অদুগী কমানদব অদুনা মহাক্না পাইবকপা পীসটোল অদু বাউন অমা-অনি মথক্তা ব্লেং ফাইয়াব তৌবগা লাউবদুনা হায়রকই -

- "য়ুম অসি পুলিসনা কোইশিনত্রবনি অমমতা ওইনা মপান্দা থোকপীবকউ।"

উপায় লৈত্রবা মনাওনা ময়ুমদা খুৎ থোক্লবা পামদবদগী খুলাইগা কোন্না মখুৎ থাংঙ্গৎ, মপান থোক্লকপদা পুলিসকী টিম অদুনা চংশিন্দুনা ফাখিবদো, ঙসিসু উবি থাবল ফববা ঙসিগী অহিং অসিদা মহাকসু মতম অমদা মখোয়গুম্বা কনাগী য়ুমদা তাংজদুনা লেল্লমগনিকো ! হৌজিক্লা জেলদা ! উবগা মপুক্লীং নুংশিবক্লি!

মপুবোয়বনা মিৎকপ থোক্লকপা ফাওবা থোংনাউ মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবম্বা উবদা প্রমোট নুংঙায়বক্লবা মালে তপ্না কৌবকই -

- "তাবিববা ? খণ হায়বদুবু লৈবিববো ?"

পাউখুম পীনিংদবদগী, বিলাশিনি তুমিন্না লৈবি।

প্রমোট মহাক্কী নুপীনা শোযদনা ব্রাবৌবন্নগনি খংলদুনা তপ্না হৌগৎলি। হকাম লাওনা চল্লগা তিংলি যাংলিবমই। অদুগা ননাক্তা চঙশিনলক্লুনা তপ্না হায়বকই -

- "লাকও তাম্বোক উবশি।"

মদুদসু খুম্বা লৈতে তুমিন্না লেপ্লী অশাবা মুর্ক্তি অমগুম প্রমোট মমৈথংদা চান্নবী মাগী মখুৎ পাইবদুনা হাযবকই-

- "লাকও শাউবনু পকচদবে। অহিংশে অবেম্বদা হৌব্রগনি।"

বিলাশিনি মখুৎ পাযবিবদু থাদোক্লবা হোন্নবগা লোযন্না মপুবোযবদা হায়বকই -

- "যাবে তান্দ্রবসু পোত্থাবীকবো নুংঙাইনা !"

নোক্লগা হাযবকই প্রমোট -

- "লোইবল্লগনি নঙনা ৱানা থাজবা মোবোকশিংদো লাওনে।"

মপান চৎপগী মহুত্তা ফম্মুংলোমদা চিংশিনলদুনা বিলাশিনিনা হায়বকই

- "তাম্মোকখবে ! লাকও পেখাবশি।"

প্রমোট মহাক্কী নুপীনা হায়বদু থাজদবনা থোংঙ্গাল লোমদা থোংনাউদগী য়েংলগা হায়বকই -

- "কনাগা চৎমিন্নদুনা তাম্মোকউবিবা ?"

মঙক্তা মপান্দা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই -

- "শুমাংদা কাতোক কাবন চৎলিবদু য়েংউ। মখোয়গী পার্টিনা।"

থোংনাউদগী মপান্দা ইবাংদু য়েংঙুবদা খুলায় পাইবা মীওই অনি ৱারি শান্নবগা নুংপাক অদুগী মথক্তা ফমদুনা লৈবমই।

মদু উবদা অকি তুজুংবা য়াওবদুনা ৱা মখা তাবমদা মাগী ফম্মুংদা হঙ্গীলক্লুনা ফন্নী। বিলাশিনিসু চংশিলক্লুনা মপুবোইবগী মনাক্তা ফমথবতা ঙায়বি মচানুপা অতোম্বাগা মিৎকপ থোক্লপদা মমা মনাক্তা লৈবমদবা অদুদা মাখুৎনা মাবদুনা কৌবকই -

- "মামা ! কদায় চৎখ্রবগে ঐখোয় মমাদুবো মামা ও !"

মপানা মমানা য়েংলগা হায়বকই -

- "চৎলো নচানুপানা কৌবে।"

বিলাশিনি ফন্নম্বদগী হৌগৎলদুনা মচানুপাগী মনাক্তা চংশিলকই অদুগা খুন্নমই -

- "কৈদৌবগে ইচাতোম্বা ! মামা অসিদা লৈবিশিদি। নঙশিননে খজিক্তং লৈথোকপা ফাওবা য়াদে মামাবু থীবিবা।"

- "কিজেয়ে ইথন্তা তুম্বা, মঙদা অম্মী পুলিস য়াম্না লাক্লগা মামা বাবাবু ফুবমই।"

মচাবু থেমজিনবীবদুনা হায়বকই -

- "তুমিন্না লৈয়ু ইবুংঙো, মকু মঙনি। অহিংদা মঙ তম্বা হৌনদেকো শে ইমা কোনবীগে তুম্বা থেমশি।"

মমিং উইশিনবতা ঙাইবি। অনকপা থোঙ্গালদা নোংমৈ কাপ্লবকপগী মখোল তাবকই -

- "ট্রুব ! ট্রুব ! ট্রুব !"

সন্ট্রি তাবম্না নুপাদুগী মখোল মাল্লি কন্না লাউবকই নোংমৈ মখোল মবক্তা -

- "ইয়াম্বা ! পুলিস আর্ম্মীনা খুন অসি কোইশিনখবামল্লে।"

খোঞ্জেল অদু তাবদা, হিগুনা লৈবম্না পুম্না খুলায়গা কোন্না ফুক-ফুক হৌগৎতুনা চেন্নবা খৌবাং তৌনৈ। মতমদুদা মখোয় ময়ামদগী খবা সেনিয়াব ওইবা অমনা চংশিনলতুনা প্রকাসগী মনাক্তা লেপ্লগা হায়জবকই -

- "তামো ! ননাওখোয় অমুক যৌজম্লগে ? অবোনবা লম্বী অমতংদি তাকপিয়ু।"

প্রকাসনা নুপাদুদা মুন্না যেংলগা হায়বকই -

- "ইবুংঙো লম্বীশি গেট নত্তনদি অতৈ লৈতেনে।"

- "Thank You তামো !"

পুলিস কমান্দেশিংনা হাঞ্জিলকখবে। মখোয়না অবেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপশিনলক্লমই।

- "ট্রুব ! ট্রুব ! ট্রুব !'

লুববা তানফম অদুদা নহাবোলগী কমান্দব অদুনা কন্না লাওবদুনা হায়বমই -

- "ইনাওশা ! মফম অসিদা ঐখোয়না খুলায় থাকুবা য়াদে। ইমুং অসিগী মীওইশিংদা অশোক অপন নংগনি।"

ব্রাহে অদু লোই ফাৎত্রিঙৈ পুলিস কামান্দোশিং অদুনা তাঞ্জা ফংলে মতাগুম হঞ্জিল হঞ্জিল থোক্লকপা মখৈ কাপ্লদুনা মালেম থক্তা ঈঙাং পাকতক্লখবে।

অকনবা ইঙা-ঈঙেলগী লেনগুম হৈথবক্লিবা নোংমৈ মকুগী মবক্তা কবম্না, কয়া কুইনা খাঙলগনি মৈতৈ নোংশা অখৌবশিং ঈঙাং পাকতক্লা ঈখেংলক্তা ঈবাক্লবে মবৈবাক মজাতিগীদমক ঙসিদি কৎথোক্লুনা থব্রায়না ঈগী বলিদান লাইবক ফৈ অখৌবশিং।

শুমাং ফাওবা কুমথবা নঙজদ্রবা এম, এমজি পায়বা নুপা অমদি লংলবা থাউমৈ মৈঙান্দা মরু পবেং অদুগা তাদুনা লৈবা উবকপদা প্রকাসনা ইমুং, মাঙ্গোল, শুমাংগী লাইত খুদক্তা মুথৎলম্মী কাপ্লবা ঙাযহাক লৎলিঙৈ খুদোংচাবা লৌবদুনা কোনশিন্দুনা থমলিবা মোনপাক অলমাবি মথক্তগী লৌথবগা অঙাংশিং অদু কাংখদা পাকথদুনা লৈহলম্মী। মহাক্না তাঞ্জা যেংলগা মোনপাক অদুনা ঙাকলৌ ওই মাঙ্গোলদা তাবিবা নোংমৈ অমসুং মরু যাওবা যোংকী উপু অদু শুমাংদা খোংলৈ যাংনা পুথদুনা মক হাপল্লিম্মী অদুগা তাঞ্জা ঙাযদুনা লৈবম্মী। মতমদুদা পুলিসকী মীওইশিং অমসুং অম্মী কাংলুপ্পা মখুৎ চল্লবা নহাবোলশিং অদুবু মখোযনা পাযবকপা নোংমৈ অদুনা ঙম্নবনি মতাগুম্না কাপ্তুনা হাংতোকপীবা উবদা মহাক্কী পুক্নীং ফাথবা ঙমখিদবে। অশাউবনা হেনমনখি মহাক্না পাযবিবা এম,এম,জিগী কুংলবা নোংমৈ মরুনা মখোযশিং অদুবু অমত্তা থাক্তনা অমম থবৈ কুমথহনখিবম্মী। মতৌ অদু উবদা অতৈ কযাসু গেট তম্না লমন খুম্নবা মথেং মবম খঙদনা নোংমৈ পংকাপ কাপ্তুনা চঙশিনক্লম্মী। মখোয খুদিংমক মফম অদুমক্তা মখোযগী খোঙলোযশিংগী মতুং ইনহনখিবম্মী । মহাক্না অশুম উপাং উপ্না উপ্না শঙ্গোযগী মকম মফম চাগদবা যেংদুনা মপান লোমদা থোক্লম্মী। তাদুনা লৈবম্বা নোংমৈ থবসু মরু থন্না হাপলম্লী। অম্মবগী খুদোংচাবা লৌদুনা সিফায খুদিংমক অমত্তা থাক্তনা কাপ কাপ্তুনা হাংতোক্লম্মী। মহাক্না থোঙ্গাল ফাওবা থাউমৈ মুথৎতুনা মশক খঙহন্দনা থোক্লম্মী। থোঙ্গালদা গাড়ী মনাক্তা পাথদুনা লৈবম্বশিংসু সিফাযদগী লৌথোক্লগা গ্রেনেটশিং লংশিন্দুনা মচেৎ মচেৎ তাহনখিবম্মী। মহাক্না তপ্না হৌগৎতুনা ইলেক্ট্রিক পোস্টদা নুংনা কাংশি কযাবক খিংদুনা লৈকাযগী নিশাবন, ক্লপ নহাবোল তান্নবা লাউবম্মী। নোংমৈ বাউন থবসু অহাংবা অতিযাদা লাল লোহশিনবগী কাপথোক্লম্মী। মহাক্না নোংমৈশিং অদু অশিবশিং অদুগী মনাক্তা থমজিলম্মী। পুখ্রিদা মখুৎ মখোং হামদোক্তুনা ইমুংদগী অনৌবা ফিজোল অমা হোংদোক্লগা মপান থোক্লমই। ইমুংদা কিদুনা লোৎলম্বা মতৈমা মযাম্বা অঙাংশিং শুমাংদা কৌথোক্লম্মী। লৈজবা শেল-থুম, সনা-লুপা মশা মশাদা হাপচিন্দুনা পাযশিলম্মী। ঙাযহাক্কী মতুংদা পুলিস-অম্মী, লৈকায়গী মীওইশিংনা শুমাং মাঙ্গোলপী থলম্মী। অউবা পুম্নমক্না মতৌ অদু উবদা মচিন মেন্দুনা অৱাবা দৃশ্য অদু উদনবা হোৎনবম্মী। খোইশাউনববা লৈকায়গী মীযাম্না পুলিস

অম্মীশিংবু অহানবদা চঙহন্দনবা হোৎনবম্মী। অদুবু প্রকাসনা হায়জবদগী মকোক খোংবা ওফিসাবশিং চঙহন্দুনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী মওং ফোটো কযা লৌদুনা য়েংশিলম্মী। পুলিস ওফিসাব অদুনা প্রকাস খোযগী ইমুং চঙদুনা কোযনা থিবম্মী। ইমুংদা মাঙ্গোন্দা থেৎলিবা মহাক্কী ফোটোশিং অদু উবগা পুলিস ওফিসাব অদুনা প্রকাসপু যাম্না ব্যবহাব তৌদুনা থৌদোক অদুগী হৌবকফম মথং-মথং হংলকই -

- "থৌদোক অসি কবম্না থোকখ্রিবনো "?

প্রকাস " সাব নুমিদাং পুং মাপললোম তাবকপদা খুৎলায মতিক চানা পাযববা মীওইশিং অসি ঙাস মহিং অসিদং লেকচগে হাযদুনা চঙজফম লৌবা লাকখি। মতমদুদা ইযাম্বনা মখোযবু ইবাং ফত্তে পুলিসনা খঙখ্রবদি অব্রাফম শোযদনা তাহৌগনি হাযদুনা অনাবা পীখিদে। অদুবু মখোযনা ধমকি তৌবা মওংদা ব্রাফম কযা হাযবকপদগী ইমুংগী অহাংবা কাদা ফক থাদুনা লৈহনখি। মতম ইকান কাংদনা পুলিস অমসুং আম্মীগী অপুনবা খুৎপু অমা যোমশিন্দুনা ঐখেযে ইঙ্খোলবু কোযশিন্দুনা খম্লবা মতুং মখোয ঙম্মক খুলায থাদোক্তুনা চঙনক্রবা পুলিস ওফিসাব অমনা হাযবকপা খোঞ্জেল তাবকখি। অদুবু মখোযনা যাখিদে মফম অসিদগী নাম্থোক্তুনা চেনখিনবা হোৎনকবদা থৌদোক অসি থোকখিবান। লাযবকথীবদি ঐখোযগী লম্বী থোকফম অমখক্তং ওইখিবনা মখোযদা খুদোংচাদবা কযা মায়োক্লবা তাখি। অতৈদি ঐখোয মপান থোক্তুনা যেংলুদবনা কবি কবি তৌখি হায়বা মফম খঙদবে। ঐগী মোৎতা মখোয খবদি নাম্থোক্তুনা শোযদনা চেলমগনি হাযবসিনি। লাক্লম্না মখোয যাম্না ইচঙ থৌনা উজৈ মশাদা অকি-তুজুংবা মওং উৎতে। পুলিস ওফিসাব অদুনা মখা তাথনা হংলকই -

- "ইমা-ইবেনশিং অসিদি কনানা খোম্বগে ?"

প্রকাস- "মসি নোংমৈ কাপ্পবগা মখোন তাবদগী অদুগা ইলেক্ট্রিক পোস্টতা কাংশিগুম খিংবদগীনি। ঐখোয নৈকাযদি যাম্না চমজবা মীওই ঙাক্তনি। মখোযদি নৈবাক অসিদা সাম্ভীগী মউ লিংবা পামজবা ঙাক্তনি। ঐখোযগীদি কবিগুম্না পামদবা থৌদোক অমা থোক্লকপদা নুংনা ইলেক্ট্রিক পোস্টতা যৈদুনা কাংশিগুম খিংবা মদুদা থোক্লবকপা ঙাক্তনি।"

ৱাফম অদু তাববা মতুংদা প্রকাসপু থাগৎপা ফোংদোক্লদুনা হায়বকই - "থাগৎচবি প্রকাস, অদুদি ঐখোয়সু অমুক ম্নৌশিনখিন্নবা তৌবগে। মতুংদদি ঐখোয়দা হান্না পাউ শীবীন্নবা তৌবীবকউ। ঐখোয়গী নম্বব অসিদা লৈজবে। মসি থমজিনবীয়ু অদোমগী খুদোংচবা লৌবীয়ু।"

পুলিস ওফিসাবনা হৌগৎলক্লুনা প্রকাসকী মখুৎতা চেদু খুৎশিনৈ। প্রকাসনা চেদু লৌশিলগা থাগৎ ৱাহৈ হায়বকই -

- "সাব, অদোম্বু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচবি।"

পুলিস ওফিসাব অদুনা মাগী কাংবুদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "নখোয় অশিবা কয়াদু গাড়ীদা হাপচিনলব্রা ? পুলিসকী কোন্সতেবল অমনা গাড়ী মনাক্তগী খুম্লকই -

- "অহোয়, সাব ! পুম্নমক গাড়ী মনুংদা লৈবে।"

পুলিস অদুনা অতৈ খুঙ্গংগী মীওইশিং অদুগা খুৎ শোক্লববা মতুংদা মহাক্কী গাড়ীদা কাখৎতুনা খুঙ্গং অদুদগী তপ্না থৌদুনা থব্রায় য়াওদ্রবা হাকচাং অদু পুবদুনা চৎখি। লৈকাযগী মীওইশিংসু খুনগী মীওই অশোক অপন য়াওখিদবনা নোংমৈ মক পাযশিন্নবকপগী অকি-তুজুং ৱাবী শান্না শান্না ময়ুম মাইকৈ পাঙনখি।

প্রকাসনা মহাক্কী খুদাং ঘড়ী থাংগৎতুনা য়েংলুবদা পুং অনি তাদুনা লৈবমলে। ময়াম্বা মতৈমা অঙাংশিং পুশিন্দুনা ইমুং চংশ্রবদা মহাকসু য়াম্না লুম্নবা খোঙথাংদা মহাক্কী চৈশুনা ঙাকলৌ ওই, থোঙ্গালদগী তপ্না তপ্না লৈখিদ্রবা থব্রায় অত্মাশিংগীদমক খল্লগা মপুক্লীং নুংঙায়তনা চঙলকখি।

" চৎলোকো হে অত্মা মপুগী নৈকোন্দা
শাৎলুবো ননিংতম্না অব্রাবা লৈতনা
তাইবঙদি শীংনবনি হিংনবগীদমক
ঐখোয় মশেল অচুম্বগী মকমদা

ওইবম্মী খম্থকবদা পুম্নমক নমথাক তেল্লবা পুন্সিগী খুববা লম্বীদা।"

নোংপোক থংবা মায়কৈদা অহিংগী অমম্বা অকিবা তাম্হোক্লুনা ঙালক্ললি তপ্না তপ্না নোংমদোল অতিয়াদা কোবৌগী অশেংবা মঙান্না খুৎশেমগী মঙানবু নমথবগা তপ্না তপ্না........!

হোসপিটালদা নহাবোলশিংগী অশিবা হকচাংশিং থন্নুববা মতুংদা মখোয় লোয়নমক কেম্পতা থুংলবে। মতমদুদা পুলিস ওফিসাব অদুনা গেটতা দিয়ুটি তাবম্বা পুলিস অদুদা থৌদাবদুনা হায়বকই-

- "হায় সন্ট্রী ! ঐখোয়না অশিবা হকচাং খবা মমাং থংবা কাসিদা থাংজিন্দুনা থম্লম্বনি। মসি খবা চেকশিনা য়েংশিল্লু। নোংঙানবগা ময়ুম ময়ুমদা থিনখিগদবনি। মী য়াম্বনি।"

বাফমদু হায়বন্নগা মহাক্কী কাদা চঙশ্রে। ঈচিক হুল্লবা অহিংনি। থাবলসু থোক্লি। সবকাবগী থাউমৈনসু পুমলং লংনা ঙাল্লি। তামিন্নবিবা সন্টী অদুনা ৱাবী শাবা হৌবকই -

- "ঙসায় ঐখোয় ইযান্বসু মযাম চৎমিন্নবা অদুদা য়াওখিবা হলকপদা য়াওবকপা উদে ঐগী পুক্নীং য়াম্লা চিংনৈ অমুক্তা যেংলুগেনা !"

তামিন্নবিবা সন্ট্রী অদুনা খুন্নকই -

- "হোয যেংবীক অদুবু কুইদি কুইবীগনুকো ঙসিদি ইথন্তা সন্ট্রী তাবা নুংঙায়তে।"

অনিশুবা সন্ট্রীনা হায়বকই -

- "কুইবক্লোয, কনা কনানো হাযবদুদং যেংলগা হলক্কদবনি। চৎলো।"

অহানবা সন্ট্রীনা হাযদুনা লৈহৌই -

- "কবি কান্নবা হযেং নোংঙালগা অদুম খঙগদবা লৈববদুবু।"

অনিশুবা সন্ট্রী চঙশিলক্তুনা থোংনাউদগী টৌচ লাইত কাপতুনা যেংখিবদা ফি অঙৌবনা কুপশিন্দুনা লৈখিবনা মশক খঙবা ঙমখিদবে। মফমদুদা ঙায়হাক লৈবন্নগা তপ্পা থোক্লকপদা ফোন অমা তৌবকই। পায়খৎতুনা য়েংলুবদা মমান্নবা লক্ষমনা তৌবকপা ওইবমলে। মহাক্না হংই,

- "হল্লো ভায় কবি পাউ লৈবে?"

- "ঙসিগী কাপ্পবদু ঐখোয লৈকায়দনি। মদু ঐনা মতেক খবা লোন্না উজহৌবদা ঐখোয় লৈকায়গী তামো প্রকাসসু য়াওশিন্দুনা পুলিস, অর্মীগী খুৎপু অদু তুম্না হাৎখিবা মাল্লি। ময়াম্নদি নহাবোলশিংনা শোয়দনা কাপতুনা হাৎলম্নগা চৎখিবগী ভার্বতা লৌনশ্লবনি। মদুগী থৌদোক্তু উহৌবদি ঐ ইথন্তনি।"

- "শাক্তি-সাবন পীজবদি ইতিক ওইজদে পাউ অসিদং খঙজিনবীয়ু।"

পাউ অদু তাবদা মশাদা অকি তুজুংবা ফাওই। ঙায়হাক ব্রাখল তৌবগা লক্ষমনদা হংই-

- "মকপ! ঙসায় ইয়াম্বসু য়াওনা চৎমিন্নখিবনি অদুবু মহাক হৌজিক ফাওবা হঞ্জিলক্তবি। চৎখিবা পার্টিদি ঙম্নমক হলক্তুনা পোৎথানখ্রে। ঐহাক য়াম্না চিংনৈ। কবিগুম্বা মহাক্না অশিবশিংশিগী মবক্তা য়াওখিবম্বা তাববদি ঐ হয়েং য়ুমদা ছুটি থোক্লবগী থৌবাং লোয়ববনি। মদুদা ঐনা তৌগদবসি কবিনো ঐ তশেংনা অঙাওবগা পাংখক ওইবে। মহাক্কী পীক্লিবা মচানুপী অমা লৈববনি। হন্দক্তা পাবুংনা তোঙান পিজখিবসু কুইদ্রিবনি ঐ ঙাওবে মকপ।"

লক্ষমন্না নোক্লদুনা কবেম্নবগা হাযবকই-

- "অদুদি নহাক লমন খুম্নবা তৌগেবা?

- খঙনিংনা হংই- "মতৌ কবম্না?"

- লক্ষমননা নোক্লগা হাযবকই - "ঐগী গাডী লৈ। নহাক্না ব্রায়বগা যাম্না হৈশিংনা মহাক্কী যাম্না লুনা তৌজবী মচাবু থোমগাইয়ু। তৌবদবু গাডী নম্বব তোঙানবা চেনা নপশিনবা তায় নশক লোৎতুনা থবকশি তৌবা তায ছুটিদি নোংমদগী হেনগনু খঙলব্রা মকপ?"

- "অদুবুদি খঙলে লুবিবদি মহাক্কী মচা কদাযদা থম্লীবগে? মযুমদগী স্কুল চৎপবা নৎত্রগা বোদিংদা থম্ববা! মশকসু নোংমতা উখিদ্রি।"

- "হযেং ঐখোযদা লাকউ অদুগা খন্নশি মশক তাকচগে। প্রকাস লৈকাযগী মীওইশিংনা লুনা খঞ্জবগী ব্রানী ঐগদি নুংশিনদে মশক উবদা তুক্লচৈ। ঐনা নুংশিদদুনা নহাবোলশিং অদু মখোযদা লেকউন্নবা থাজিনখিবনি। অদুগা পুলিসতা পাউ খঙহনখিবা নুপাদুসু ঐহাক্লী। মহাক্কী অব্রাবা মতৌদুনি ঐনা খাক্লা খাক্লা যেংলগা নোক্লদৌবিবশি। মহাক্লা ঐগী কাববাবদা যাম্না চাউনা অপনবা পীবিবনি। মহাকপু লৈকায অসিদা লৈবমদ্রবা, অদু ওইববদিঐ ঙহান্না ক্রোব পতি ওইবম্লগদবনি। মহাক ঐগীদমক্তি স্বাইদগী মহ্ কল্লবা লিনগুম্বনি। ঐবু লৈকাযসিনা তুক্লচনবা শিনবা লুচিংবসু মহাক্লি। হৌজিক্কী মতমদবু মহাক্লা অচুম্বা তৌবিবনি। নিশা থিংনবা হোৎনবিবনি। লৈকাযসিদা নম্বব-ফোব, যু অতৈ নিশানচিংবা অমা যোনবা যাবোই হাযদুনা হোৎনবি। মসিদি ব্রাদনা

নুংঙায়নবা লম্বীনি হায়জবিবা। ঐঙোন্দা অথিংবা পিববদি মঙোন্দসু নকোয়ননা অৱাবা পীগদবনি মরুপ ! খুদোংচাবসি মাংহনবীগনু। থম্বীবো মরুপ হয়েং শোয়দনা লাকপীয়ু।"

ফোন ফুবিং খাউদা হাপচিলকলগা গেট মনাক্তা অমুক খোল্লকই। অহানবা সন্ট্রীনা হংলকই -

- "মশক খঙবা ঙম্লব্রা ?"

য়াম্লা খুম্লীংদনা খুন্নকই -

- "ঙমদ্রে"।

অহানবা সন্ট্রী অমুক হায়বকই -

- "ইবানীগী মতম লোয়শিলক্কদৌবে। নহাক অমুক ঙাযহাক লৈবীবম্মু ঐ মথং দিয়ুটি তাগদবশিং হৌদোক্লুখিগে।"

অহানবা সন্ট্রী মী হৌদোকপা চৎখ্রে। অনীশুবা সন্ত্রী তুমিন্না লেপ্পুনা লৈহৌই। ৱাখল মওল মওল খনবা হৌবকই। .

- "লমন খুম্বা ! মসিগী ওইজবনা কবি ? পুম্নমক ঈশ্বরগী লিল্লা নৎতব্রা ? অদুদি ঐনা পীক্লিবা ইযাম্বগী মচাশিংবু মতেং পাংবদি ঙমদা লৈবগদ্রা। ঐহাকসু নুপী থীববনি। অঙাং হেক লৈবকপদা পাবুংনা তোখায়বীবক্লগদবা ! ফংলিবা টলব মতা অসিনা মীমান্নবদি কৈদৌঙৈদা ঙম্নবোই। ঐনা থবক চঙলমদায পুকৃবা লুপা লাক্ষ অনীগী শেন্দোয ঙসিসু হুল্লিবনি। অদুদি ঐনা মরুপ লক্ষমন খোযগুম্বগা শঙ্গা তৌবা তায লৈকায সমাজগী থল্লবদি ঐহাক হৌগৎপা ঙমদনা পুন্সিশে অশুম লমখাংদা লোযখ্রগনি। ঐ ইনাকখুন্দবা যাদে । শেলবু যাম্লা পাযখৎলক্লবদি মখোয কাববাবদু হেক্তা থাদোক্লগা লোযবে। হৌজিক্কী পৈশাগী যুক্তি ঐ ফবগা লোযবে। চৎকনি ঐহাক মরুপ লক্ষমনগী মনাক্তা ! ইযাম্বা হাৎখিবগী লমন নাকোযননা শোযদনা শিংনবা হোৎনগনি। থৌদোক অসিদা মরুপ লক্ষমনসু ঐনা খুল্লায ওইনা শিজিন্নগনি !"

মহুৎশিনবা সন্ত্রী লাক্তুনা মনাক্তা লেপ্লবে। মহাক্লা অতৈ মথৌ কযা শিন্নবম্লগা পোৎথানবা মাগী তুমফম কাদা চঙখি।

*****

## কুম্থামঙা শুবা পন্দুপ

ঙসি শঙ্গাবা নুমিৎনি। ফজনা লৈতেংলবা চৌকি টেবল কয়া পবেং লেংলদুনা থাবি পাক্লবা শান্নবুং অসিগী মতাংদা ওইবগা মমায় মখা ওল্লদুনা। নিলবে মায়েপকী হৌববা খোঞ্জেলনা অনৌবা মতম ঈশৈ কয়াগী তাম্থাদা। পীক্লবা চৎপা ঙল্লবা অঙাংশিংনা চেন চোংদুনা শান্নবি হ্বাওনা !

ঙসিদি পাক্লবা শান্নবুং অসিগী মযায়দা মুক্লা, শগোল, কাংজৈ শান্নগদৌবিবনি। মন্ত্রী-মণ্ডল কয়াসু লেংবিবক্কনি হায়বগী আশাদা নহা অহল পুম্নমক হাবাওজবগী ইথক ইপোম্না মথুম-মবাং হৌনখবে।

অয়ুকী পুং ৯ তাশিনখবে। অনকপা অবাপ্পদা লৈন্নবা বাটন নিমন্ত্রন ফংব্রবা মীওইশিং লাক্লখিবনা কাংজৈবুং অসি ঙসিদি থব্রায হাপ্পবা তাম্লবা খুঙ্গংগী শান্নবুং হায়বদু ওইবে।

মকওইবা মন্ত্রি মন্দল থুংলবে পুংশিং চপ চানা। মযাম্না তবাম্না ওকই। মহাক্কী ফমফম লাংদা লেংশিংন্দ্রীঙৈ মতমদা মখাবোম থংবা নাকন্দা নৌনা শাগৎলিবা চিন্দ্রেল পার্ক, মিয়ুজম অমসুং ইপুশিংগী নীংশিং খুভম অচৌবা অমা লৈবি। মফমশিং অদুদা হিন্দু, মুসলিম, মৈতৈ, খৃষ্টান ধর্ম্মগী মকওইবা পণ্ডিত মবিনা মাগী মাগী ওইবা ধর্ম্মগী মন্ত্র যন্ত্রশিং মথং মথং শোল্লদুনা শঙ্গাবগী থৌবম পাংথোকখিবমই।

বিবল কক্লুনা খুঙ্গংগী অহা-অহল ইমা-ইবেল খ্বাই পুম্নমক্লা হ্বাজবা উৎতুনা খুবাক খুনবকই -

- "প্রোক ! প্রোক ! প্রোক !"

অঙকপা মণিপুরগী ওইনা তনৌ তনৌজবিবা ইপা ইপুশিংগী নীংশিং খুভম অমনি অবাকপা মীওইশিংগী পুক্নীং চিংশিন্নবা মশক ওইবে। ঙসি মশক মমিংগা কোন্ননা ফোটো পবেং থেৎলি। মখোয় মখোয়না পাংথোকচবম্বা থবক থৌবমশিংসু ইচম চম্না ব্রাহৈ পবেং ৪/৫ দা পৌববা ময়েকশিংনা ইবদুনা থম্লী।

অসাগী তোবর্বন্দা হায়দুনা পৌববা ময়েক্না অহৌবদা ইবগা লৈখিদ্রবা অচৌবী সিংহগী মমল য়াম্নবা ৱাফম খবা ফোংদোকচম্বদু অবাকপা মীয়াম্না পুক্নিং চংশিন্না পানবি।

পাউজেল অমতং !

ঐহাক্না পামজৈ অপুনবা মণিপুর, অপুনবা ভারত ! ঐখোয় অমত্তনি মীওইবনি। মালেম অসিদা লৈমিন্নবিবা ফত্তবা লমচৎ ধর্ম্ম খুদিংদা য়াওদে। ফত্তবা হৈনবীদি ঈশানা শেমজবনি। খংলক্লবদি খুদক্তা থাদোকখিশি। ঐহাক্না পামজৈ চাউখৎপা খুনায় অমা মচু তানা হিংমিন্নবা জাতী ধর্ম্ম খেৎনবা থমদনা। চুমথোকদবা হোংদোকদবা য়াম্না লৈবে। ঙসিগী লৈবিবা ধর্ম্ম খুদিংমক্তা, হাপচিনলক্তুনা চাউথোকখ্রবা ওলকপা মতমগী ঈচেল মচু মাংখিদুনা। মদুনা মাংহনখিগদৌবে ফজববা ধর্ম্মগী অশেংবা ঈচেলদু ঐহাক কনানো ? ঐহাক্কী হৌবকফম কদায়দনো? ঐগী ইমাদি মশক থী, লায়বৈ হায়দুনা ইস্থোক্লগদবা, ঐগী ইপানা নীশা চাই, নত্তবা লিচ্চ ৎ-শাজৎ চৎলি হায়দুনা মহাকপু তাম্থোকখ্রদ্রবা খুনায়শিগী খল্লু। নহাক্কী তু-খোংদা মহাক্কী চাউববা থৌজাল যাওবকখিবনি। মখোযদি নহাক্কী মীৎনা উবা লাইশিংনি। অবোযবা ৱাফম শেম্বীবকউকো ইবুংঙো নখোয অনিনা- লৈকায় অসিগী পীক্লবা অঙাংশিং-গীদমক শান্নবুং মচা অমতং মদুদা শান্নপোৎ মখলশুনা থমদুনা ঙাইহাক পোৎথাজনবা। শোল্লবা অহলশিংগী ঙাইহাক পোৎথাফম লৈকোল, লৈকোলতনা থল্লবা পীক্লবা মফম। শাৎচশনু লৈবাং কয়া ঙংলশনু খোয়মু কয়া মদু উবগা পেঞ্জনবা পুক্নীং। মাংখিগদৌববা হিদাক কয়াগী পাম্বীশিংসু মবক মবক্তা হৌহন্দুনা কাউহল্লু পুক্নিংগী অৱাবা মসিনি ঐনা পামজবিবা।

লাইওইববা অচৌবা হৈনৌ মখোংদা পীক্লবা লাইশঙ অমা থল্লী। লংলবা থাউমৈগী মৈঙালদা উবি ফম্বাক মচা অমখক্তং মথক্তা পলেম পম্বৌগী চবৈ ফিগেৎ থল্লদুনা খুভম অমা। হৈবাং-লৈবাং ধুপ থাবদুনা অবাকপা মীওইশিনা খুম্নবি।

মন্ত্রী-মন্দলসু লেংশিংনলক্তুনা লৈবাং কৎলি। নোলুক্লা খুকুমজৈ। মফমদুগী থোক্লতুনা চিন্দ্রেল পার্কলোমদা অমুক ওনশিনলকই। ফজববা লৈবাং কয়াগী গন্নানা পবেং-পবেং থল্লদুনা অচৌবা পার্ক অসিগী মগুন হেঙ্গৎহলি।

চাউববা শঙলেন মনুং অসিদা পীক্লীবা অঙাংশিংগীদমক্তা শাববা শান্নপোৎ কয়া মখল শুনা লৈবি। মদু উবগা মমা ওইবী, মপা ওইবা কয়ানা নোংমতা ওইববসু মচাবু পুবক্তুনা শান্নহনগদৌবি। মদুনি লৈখিদ্রবা অচৌবীগী খঞ্জবম্বা মঙলান। পীক্লবী অঙাংশিংনা মনিংতম্না শান্নজবদা শোল্লবা কলাপ কুক থাংলবা মপু মবেলশিংনা মিৎকুপ অমতং ওইজববসু নোক্তুনা মশুগী লিল্লা যেংজবগী পেঞ্জবা অমমুক নোংঙ্গাম্লবা অচৌবীনা যেংজবা পামখিবনি।

নাকল অমবোমদনা নোবাপ, কোল্লা, চম্প্রা, হৈজ্রাং, হৈথুম, পুংতোন, চোবফোন, হৈখা, চুহ্বৈ, নাসপতিনচিংবা কযাগী পীক্লিবা চাবশিং মনিং তম্না হৌগৎচবক্লি। মখোয়না চাওবক্লবা মতমদা মফম অসি নীংথীজববা হৈকোল হায়বদু ওইগদৌবি।

অঙৌবা, অঙাংবা, নাপুগী আডবগুলাপ পাম্বীশিংসু মচি মচিদা থাবি। বজনি গন্ধা, মালিকা, কবোক্লে মচু কযাগী ডালিয়া, চিনিচম্প্র, লৈবাক্লে, খোঙ্গুল মেল্লৈননচিংবা লৈবাং কয়ানা লৈতেংদুনা শেল্লবা লৈকোল ওইবে ঙসিদি মতম অমগী অবেম্বদা লল্লেম ওইদুনা চন্নফম খংদনা লৈবল্লবা মফম ! মনিং থংবা নাকল ওইবপ্না শাবী শানৌ কযাগী পোৎথানফম অনৌবা মওংদা পীকতক তৌববা টব্রাব অমা মথোল ইবাং ৱাংদনা চিংলেম্না, তান্নবা লৌবুক-লমহাংবুসু নোংজু নুংশা মবক্তা যেংবা যান্নবা শেমদুনা খুঙ্গং অসিগীদমক্তা কৎথোকপীবম্বা হাযবসি তুংগী মীহৌবোল কযানা নীশিংদুনা লৈহৌবগদবনি।

মন্ত্রী মন্দলশিং কোইনা চৎতুনা শঙ্গাবীববা মতুংদা হন্দোক্লতুনা মফম লাংদা ফমখবে। নাকল অমবোমদা মণিপুবগী মফম কযাদগী শাফবা কযানা মুক্লা যাওদুনা যত্রা লৌন্নবগীদমক শেম শাদুনা মরুপ মপাঙশিংগা মফি শেৎমিন্নবদুনা লৈবি।

তঞ্জা অদুদা প্রোগ্রাম মখা চৎথনা এনাওসমেন্টনা লাওথোক্লকই -

- "প্রোগ্রাম মথং চৎথজবকপা ওইবা ঙসিগী থৌবম মপুসু ওইবীবিবা ইকাযখুম্ন জববা তামো প্রমোটনা থৌবম অসিগী মবমদা ৱাহৈ মঙা তবাদং লাকপীবিবা ম্বাইখিবীক্কী মফমদা ফোংদোকপীবনবা প্রসিদেন্টগী অয়াবা লৌজবগা ডাইসতা কৌশিঞ্জবি।"

- অতোপ্পা অমনা খুন্নকই - "ঐনা সেকেন্দ তৌজবি।"৬

প্রমোট তপ্পা চংশিনলক্নুনা মাইক্রফোন শেন্নগা হায়বকই -

- "ঙসিগী য়াইফববা নুমিৎ অসিদা ঐগী লাযওইশ্রবা পাবুংগী পীক্লবা আসাগী মঙলান অমা মচা ঐখোয়না মঙফাওনহন্দুনা ইখুঙ্গং অসিদা খুদোল তমজবগী, থৌবম অসিগী ময়াই তাংবন্দা লেংশিনবীবীবা ইকায় খুম্নজববা মন্ত্রী ইবুংঙো অমদি প্রসিদেন্টগী ফমফম্লাংদা লেঙশিনবীববা ইকায়খুম্নজবা ঐগী ইয়াম্বা জীলা পবিষটকী অধক্ষ্যা অমদি ইখুঙ্গং অসিগী লাইগুরুজন লোযন্ননা অনকপা অমদি অবাপ্পদগী লেংবীবক্লীবা লেংবীবক্লীবী ইচে, ইচল, ইমা-ইবেল, ছাত্র-ছাত্রী শ্বাইখিবীক্কী খুয়াচবন্দা তোল্লবা ননাইনা নোল্লুকচবগা লোয়ন্না ভক্তী কচ্চবি।"

ঐহাক ব্রাঙাং ব্রাতা হৈজবা মীওই নৎচদে। অদুবু লাইবক ফবদগী ঙসিদি ব্রাফম খবদং মতিক মগুন নৈববা সভা অসিগী মমাংদা ব্রাফম খবা থৌবম মপু ওইজকন্বনা থমজগে অশোয অঙাম যাওবক্লবসু তিনবীবীবা সভানা অপংবনি খন্দুনা ঙাকপীগনি।

ঐহাক মযাম্লসু খঙবীবিবদুনি অঙাং ওইবিদৈ যাম্না ব্রানা চাবা নামা নত্রগা কবিগুম্বদা চাবা মদুমক হেন্দুনা স্কুল ব্রানা তমজবগা মেট্রিক পবিক্ষা সেকেন্দ ডিবীজন্দা পাস তৌজবকখিবা লমদম অসোমগীনা অহানবা হাযবদুমক ওইজবকখিবা মীশক অমনি। ঐগী ইমা লাইববীদো ঙসিদি মচা ঐনা মীৎলু পিবাং মবকশিদা খংনিঙ নীংশিংজবক্লি। তমথোকচবদা ব্রাববা পুক্নীংগী ব্রাকৎনি অদুবু কনাদা তেংথাকনগনি। লাইওইশ্রবা পাবুং অদুনা ফত্তবা শঙ্গা তিন্নকন্বদগী ইবুবোক্লা থম্বীবম্বা লৌ ইখোল পুম্নমক লোযনা বন্দোপ্তা মহাজন্না লৌখি। ঐখোয মতম কুইনা ইমাগী মপামদা নৈজবকখি। মতমদুদা ইনাও প্রকাসতি শুপ্পতগী ক্লাস মঙাশুবদা ৩ন্নী। ঐহাক মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা মিং চন্নবা ঙমদনা চহি অদুমা দ্রোপ তৌবা তাখি।

ঈশ্বরগী নোংদম অঙকপনি ঐখোযগী অব্রাবা উবীববা মাল্লে। ঐখোয পাবুংদো ঙাওবি ঙাওবি মমান্নবা অনি অহুম পুশিন্দুনা উপাক খাইবা চীংদা চৎলুবদগী জ্ঞান তাবকই পৈশা খবা পুথোক্লকখি। অশোমদা ইমানা ফুদিৎ খপ্পা চৎতুনা চবা হেন্দনবা হোৎনবি। ঐনা নোংমগী হাজিবা লুপা:৫০ শাবীদা ইথক থোংবশিংগী মতুং ইন্দুনা য়াওশিল্লি।

মতৌ অশুম্না শেন তুশিঞ্জবগা মথংগী চহিদা ঐহাক মিংচন্দুনা কোলেজ তম্বা হৌজবকখি। ঐখোযগী পাবুং লাইবজববসু মবিংজেল খাবা থম্মোয়দা

অচুম্বা পামজবা মীশক অমনি। মহাক্না ফত্তবা শঙ্গশিং অদুগা লাপথোক্লখিবা নুমিৎতগী মহাক ইমুং মনুংগী ব্রাখলদা লাইববী ইমাগী মতেং পাংবা হৌরকখি। মতমদুদা নোংদম্বা মহাক্কী নোংদমখোল অঙকপনি। পাবুংনা জ্ঞান তাবকপা মতমদদি ইমাগা কুইনা লোয়নখিদবে। ঐগী ইমা লাইববীদো অহিং অমগী পুকচৎপগী লায়নাদা হোসপিটাল পুখৎপা নংদনা লমখাংদা অবোয়বা য়াহিপ তানখিদুনা পুথবকখি মতমদুদা লম্বীথোং, গাড়ীগী খুদোংচাবা য়াম্না ব্রাৎলি। ফার্মাসি ডিসপেন্সবিগী খুদোংচাদবা কয়া লৈবমই। হৌজিক্কী মতমদদি লায়না অসি কবিসু লৈতনা খন্নদবে।

মতম খবা লৈবগা ঐহাক থবক মচা অমা তান্নজবদা মঙ্গোল ওইবক্তুনা তপ্পা তপ্পা ইমুং মনুংগী ফিভম ফগৎলকখি। অদুগী মতুংদা ঐহাক য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদাজবকখি। লাযবক ফবনা মতৈম বিলাশিনিগী থবক মচা অমা ফংজখি।

অদুগী মতুংদা ইবানিনা পৈশা খবা খবা তুংশিঞ্জবগা লম অনৌবা লৈদুনা হৌজিক লৈবিবা য়ুম মচা অসি শাগৎচখিবনি। পাবুংনা ফত্তবা ব্রাখলদি থাদোক্লবনিনা অনৌবা আশাগী মঙলান্দা তাউবা হৌবকখি। মতাং অসিনা ঐনা থমজনিংলিবা ব্রাফম অমখকক্তি। ইমুংদুদা চাবা থকপবু ব্রাৎত্রবা অদুগা ফত্তবা ব্রাখলবু থাদোক্লবা মীশক অমা ওইবক্কনি হাযবসি ঐখোয পাবুংগী মফমদগী তোঙানবা পবা অমা ফাজহৌই। মহাক্না থাদুনা শেম্বীবম্বদুনি ঐগী ইখোলদা ঙসি লৈতেং ওইনা "লৈবাংনা লৈশাৎ তমহৌবিবা, হৈবাংনা হৈকোল থলহৌবিবা, মাংখিগদৌববা মৈতৈ মাইবগী হিদাক পাম্বী কয়াসু হৌজবি।

পাবুংনা তৎতনা তাকপীবমই - ইবুংঙো যাহৌ ঙল্লুনে অহাংবা লমহাংদা কোইকচো নৎত্রগা নচাশিংদু হৌদোপীবগা মনিংগী হৈকোল লৈকোলশিং য়েংহল্লুচো। মতমদুদা ঐনা পুংক্লিংনদি খঞ্জে অদুবু থবক্তা ওহ্লোকপা ঙমখিদে মদুগী ফলনা ঙসিদি ঐহাক B P লৈবা মীশক হাযবদু ওইবে। মবম অসিনা অবোয়বদা ঐনা হাযজনিংঙি অদুদি অয়ুক অঙনবদা অহাংবা লমহাংদা কোইবদা হকচাং যাংই লায়না চেলহন্দবা ঙমই। ব্রাফম অসি চিনফা পুবা খক্তুনা হকচাং ফহনবা ঙমলোয থবক্তা ওহ্লোকশি । ঐখোয় হকচাং ফবা ভাবতকী নাগবিক অম্মম ওইশি। হকচাং ফবদগী হেনবা লন অমা লৈত্রবনি।

কৈদৌবগনি ম্নানা চীংদুমগুম পৈদুনা লৈবগা, ঐনা হকচাং লেংবা ওৎপা ঙমদনা হেদো নাহে চন তৌবা থক্তা হিপ্লদুনদি। হৌজিক্তী ঐখোয় জ্ঞান তামিন্নবশি নোংমগী মনুংদা ঙায়হাক্তং ওইববসু ইশু ইচা পুদুনা কোইথোক পীবকউ ফম্মীনশি মসিসু পুন্সিবোল অমনি। ব্রাফম অসি থমজবগা লোয়ন্না মতাং অসিদা তেনশিঞ্জবে জয় হিন্দ, জয় মণিপুব।

এনাউসমেন্টনা প্রমোট থোকপ্লবগী মতুংদা চংশিনলক্লুনা মথংগী থৌবম মখা চৎথনবগী হায়বকই -

- "ঐখোয় ইকায় খুম্নজববা থৌবম মপুসু ওইবীবিবা প্রমোটনা মহাক্কী পুন্সিদা থেংনবকখিবা অব্রা-নুংঙাইগী ব্রাবী খবা তেন্তক্লা সভাগী মফমদা থন্নীপ্লবগী মতুং মখা তাথবকপা ওইনা, ঙসিগী ময়াই তাংবন্দা ঙানথোইবীবিবা ইকাযখুম্ন জবীবা মন্ত্রী ইবুংঙোনা থৌবম অসিগা মবি লৈন্ননা পুক্লীংগী ব্রাফম খবদং ফোংদোকপীবনবা ডাইসতা লেংশিনবীবক্লবা কৌশিঞ্জবি।

অতোপ্পা অমনা মতুং ইন্না হাযবকই-

- "ঐনা সেকেন্দ তৌজবি।"

মন্ত্রীনা যাম্না চিংলেম্না লেংশিনলক্লুনা মাইক্রফোন মনাক্তা লেপ্লমই।

অমুক্তং খৌদেম্নববা মতুংদা হায়বকই -

- "অহানবামক্তদা লমদম অসিবু কোনবীবিবা ইবুধৌ-ইবেনধৌগী মফমদা তোল্লবা ননাই ঐহাক্লা খুবাম তবা লোন্নদূনা পুনেমজবি। মথংদা লেংবীবক্লিবা খ্বাই খিবীক্কী মফমদা খুবাম তবা লোন্দুনা নোলুকচবা উৎচবগা লোয়ন্না ভক্তী কচ্চবি।"

ননাই ঐহাক ঙসি অসি ঐখোয পার্টিগী ওইবা অকবা মিটিং অমা যাওজগদৌবা লৈবনা যাম্না তেন্না ব্রাফম খবদং কৌশিনবীবক্লবনিনা থমজবমগে তহা তহানা লাক্লমই কবি অমতা ফোংদোক্লমদে খনবীগনু। নোংমা মতাং চাবা অমদা খ্বাই ময়াম অমুক্তা ফম্মিন্দুনা খুঙ্গং অসিগী শোৎথবীবা থবক থৌবম কয়া পুন্না খন্নমিন্নদুনা থবক্তা ওম্থোকনবা থৌবাং তৌমিন্নশি।

ঐহাক ঙসিগী ইনাও প্রমোট অমদি থৌনাফববা ইনাও পবমভিব চক্র ফংবিববা ইকায় খুম্নজববা থৌবম অসিগী থৌবুবেলসু ওইবিবিবা মীং ওইনা পঞ্জববদা Mr Prakash Singh মচিন মনাও, ইচনবিলাসিনি মশামক ইনাক্তা

নাক্লুনা হায়জববা অমদি মখোয়গী শিংথাবদা লোইবা নাইবরোইদবা খুঙ্গং অসিগী লেমজনবগী মশক ওইববা নোঙ্গাম্রবা পাবুংগী য়াথংবু থবক্তা ওল্হোক্লুনা অযোধ্যাগী শ্রীরামচন্দ্রগুম অপোকপা মপাগী রাশকপু ইশা মক্লা শকপনি মচা ঐখোয় লৈবিনা হায়দুনা ফন চোংথোক্লুনা নুংঙাইববা কোনুংগী অবং অবাক পুম্নমক থাদোক্লম্লগা চৎখিবগুম ঙসি কলি হায়বা যুক ফত্তবনা থল্লবা মশা মশাগীতা খন্নববা নঙগী নমিৎতু কোৎতুনা ঐঙোন্দা পাল্লগে মতম অসিদা মশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা ঐগী কৈবোল লৈকাযগীদমক্তি হায়দুনা চাউববা খুদোল অমা তম্বীগনি হায়দুনা শীঙ্গবা থৌবম অসি কবিশু লৈজদ্রবা লৌউ-শিংউবগী মন্ত্রী ঐহাকপু অথৌইবা মীথুংলেনগী ফমফম্লাংদা লেংশিনবীনবা হায়বীবকখিবা অসিমক যাম্না লাযবক ফবনি হাযনা খঞ্জে। কবি অমুক হাযকুগনি ঙসিদি মণিপুব অঙাং অঙাংবনা অচুম্বা ওইবে। মযাম্নাসু হেন্না খঙবীববনি। মবকশিদা ঐখোয হিংগদবসি যাম্না লুববনি। হৌজিক্কী খুনায অসিদী মশা-মশাগীতা যেংনবে। অসিগুম্বা মতমসিদা ঐগী নুংশিজববা ইনাও অনীনা খুঙ্গং লৈকায অসিগীদমক লৈখিদ্রবা অহলগী থৌদাং পাঙথোক্লবা কৎথোক্লুনা হোৎনবীবকপা অসিমক যাম্না থাগৎনিংঙার্যানি। মসিদা ঐনা মতেং ওইনা লুপা লিশিং মঙাদং মতেং ওইনা পাঙজবমগে। লোইশিনলকপদা লাইওইখ্রবা অহল ইবুংঙো ইকায খুম্নজবিবা মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রী অচৌবী খুবাবু তোল্লবা নচানা হন্না হন্না ভক্তী কচ্চদুনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবা লোযননা ভক্তী কচ্চবি। থৈন্যবাদ।”

মন্ত্রীগী ভাষন পীবা হেক লোযখিবগা থৌবম পবেং লাউথোক্লিবা নীপা অদুনা থাগৎ ব্রাহে পীবগা লোযন্ননা থৌবম মখা চৎথন্নবা খ্বায মীযামগী পুক্লীং চিংশিন্নবা নীংশিবীবকই-

“হৌজিক থৌবম মখা চৎথজবা ওইনা খঙহঞ্জবা অমা হৌজিক মুক্লা-কাঙজে অরাং থংবা লম্পাক অশোমদা হৌন্নবা থৌবাং পুম্বা শেম শাদুনা লৈজবে মযাম মীৎয়েং তাবীগনি। হৌজিক শান্নবীগদবা তীম অনি অসি অমনা খুম্বক পনানি অমনা খুনখা পনানি। খ্বাংযেৎ অশঙবনা খুম্বক অমসুং অঙাংবা খ্বাংযেৎ যেৎলিবশিন্না খুনখা পানানি। শান্নবা হৌখ্রে। মযাম পুক্লীং লৈতানা নুংঙাযববা কুম্মৈ অসিবু য়েংবীযু। থৈন্যাবাদ।

মশান্না অসি মণিপুরদা মমিংতমক ওইনা লৈকবনি অদুবু মশান্না অসিবু মালেমগী থাক্তা পুখৎনবা কন্না হোৎনবি। য়েংবনা নোক্লীংবা মশান্না অমনি মযাম পুম্নমক য়াম্না পুক্লীং খোয়জংনা য়েংনবি।

মতম লোয়খিবা খঙহৌদ্রে। খুম্বক পানানা পাঞ্জিল ৩-২ দা থোয়দুনা লোশিনখ্রে। মতমদুদা খৌবম মখা চৎথবা ওইনা লাওখোক্লকই - হৌজিক নুংঙায়ববা মশান্না অমা "মুক্লা-কাংজৈ" খুম্বক পানানা ৩-২দা থোয়দুনা মশান্না অসি লোয়শিঞ্জবে মথং অসিদি শগোল কাঙজৈগী মশান্ননি। মসিসু মীয়েং তাবীয়ু হায়দুনা খঙহঞ্জবি। মশান্না অসি মমাংথংবদা লেপ্তুনা লৈবিবা টিম অসিগী মমিং খুমন খম্বা অদুগা মনিংথংবদা লৈবিবা টিম অসিনা অঙোম নোংবান পানা হায়না মিংথোঞ্জে হৌজিক মিৎযেং তাবীবশি, থৈন্যাবাদ।

শগোল কাঙজৈ শান্নবা হৌখ্রে। মশান্না অসি মালেমগী থাক্তা ওখ্লোক্লুনা পোলো মশান্না মিংথোন্নখ্রে। মসিগী হৌবকফম মণিপুরদগীনি। অদুবু হৌজীক শান্নবিবা মশান্না অসিদি "পানা" মশান্না কৌই। খুৎ তবেৎ তবেৎকী মীচঙ খাযনদুনা শান্নবা মশান্ননি। শগোল শাবোৎশুনা হাপ্পগা অমসুং ফিজোল শুনা শেভুনা খুৎ অমনা খুর্জি অমসুং শাজৈ পাযবগা খুৎ অমনা কাঙজৈ কাঙহুনা যৈদুনা শান্নবকপা শগোল কাঙজৈনি। যাম্না নীপা থোকপতা নত্তনা শা-লানগীদমক যাম্না মকওইবা মক ওইবা মশান্না মখল অমনি। খা অমসুং অৱাংনা মযুং ওইবা কাঙজৈবুংদা নোংপোক নোচুপ ওনশিন্নদুনা পবেং শানা লৈবদা নোংপোক ওনবা কাঙবুগী খা বোমদগী অহানববু পনঙাকপা, অনীশুবদা পনঙাকচঙ, অহুম শুবদা পল্লক, মবিশুবদা লাঙজৈ, মঙাশুববু পল্লক তরুকশুববু পঞ্জেনচঙ অমসুং তবেৎশুববু পঞ্জেনবা কৌই। নোংচুপ ওনবা কাংবুগী খাবোমগী অহানববু পঞ্জেনবা, অনিশুববু পঞ্জেনচঙ, অহুমশুববু পল্লক, মবিশুববু লাঙজৈ, মঙাশুববু পল্লক, তরুকশুববু পনঙাকচঙ, তবেৎশুববু পঞ্জেনচঙগা, পল্লক্কা, পল্লক্কা, কাঙজৈগা কাঙজৈগা লাম্বা পান্দুনা কাঙজৈবুংগী খা-অৱাং, নোংপোক নোংচুপকী মযায থোকপদা কাঙক্রমবু হন্ত্রে হুন্দুনা শন্নবা যেংবগী পেনবা নাযখিদে।

পানা তরুক্নি। অহল্লুপ, নহাকপ, খাবম, লাইফম, হীদাক ফানবা অমসুং পোৎশংবনি। শান্নববু হৌম্নবদি লোযশিলকপা মতাং খঙহৌদে। য়েংলিবা

ভাবোকশিংনা শান্নবোয়শিংবু পুক্লীং থৌগৎপা ওইনা মবক মবক্তা পুক্লীংগী অপেবা মতাং য়ৌবকপদা খুবাক খুদুনা লাওশিন্নবি। অশুক নুংঙায়না য়েংলিঙৈ মতমসিদা প্রকাসতা মকুবোক কুনবিবগী ফোন অমা লাক্লম্মী।

প্রকাসনা পায়খৎতুনা হংই

- "পাবুং কবি তাকপীগদবা?"

কুনবিব-"ইবুংঙো নচানুপী সান্তিবালাদু খঙহৌদনা লাকপা ভেন অমনা থোমজিলমদুনা হৌজিক বিমস হোসপিটালদা পুখৎতুনা লৈবে নহাক খবা থুনা লাক্লবা তৌ। থমলে।"

প্রকাস ঙায়হাক খঞ্জানদুনা লৈবম্মী। অদুগা তপ্না ময়াম্বা প্রমোটকী মনাক্তা চঙশিলক্লগা হায়বকই-

- "তামো ঐ ইবেম্মাদু হোসপিটালদা লৈবে হায়দুনা পাউ লাক্লে। ফংসন অসি তামোনা ফন্নবা খবা শিনবীহৌবা তারে, ইতৈমদসু খবা তশ্লীয়ু। ঐদি খবা হাঞ্জবল্লগে।"

প্রমোটকী ৱাখল নুংঙায়বম্বা অদু ফুদক্তা হঞ্জিল্লি অদুগা মনাওদা লৈফম হংলকই-

- "মফমদু খবা হায়বম্মু।"

- প্রকাস - "বিমস।"

প্রকাস চেন চেন্দুনা মীবক খায়দুনা মহাক্কী গাডী মনাক তান্না চৎখিবদু ময়াম্বনা য়াম্না মথৱায় নুংঙায়তনা য়েংদুনা লৈহৌবম্মী।

ইম্ফলদগী কিলোমিটব ১০ খক্তংনি অদুবু মহাক্কী ৱাখলদা কিমি:১০০ লাপ্না চৎলিবা খোংচৎ কা মান্না থৌবম্মী। চীল্লবা মীয়াম খাযদুনা মিনিট কুন্থ্রাগী মনুংদা মচাগী মনাক য়ৌশিলকখি। ময়াম্না ইমাবজেনশি কমগী থোঙজিন্দা কমগী থোঙজিন্দা নুংশুক নুংজানা পবেং লেপ্তুনা লৈনবম্মী। প্রকাস চঙলকপদা মবায় অহন্না তপ্না হায়বকই -

- "ইশেলসু য়ৌবক্লব্রা? ঐসু পাউ তাবগা লাকপনি। কুইদবি।"

জযাদি মমিৎতা মপি ইবা হৌ তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবি। মখোয়গী মতৌ উবদা প্রকাসকী পুক্লীং খঙনিংবনা লাংতক্লবা হেক্ত্রীলকই অদুবু কনাদা হংলুগনি

পুন্নমক অৱাবা শকফমদা ডোক্তবগী পাউ ঙায়নবি। মহাক্কী মতৌ অদু উবদা কুনবিবনা চঙশিলক্লুনা মনাক্তা লেপ্পগা তপ্পা হায়রকই -

- "ঙসিদি মবোক্তো ঙসায় চাক খবদং চাবগা চংখিবনি হায়দুনা মহাক্কীদমক চাক ইঞ্জাং খবা থোংলিঙৈ, মন্দোমচনা ওকপা থোকখিবনি। মতমদুদা অঙাংবা মচুগী ভেন অমনা অতম্লনা থৌজিলক্লুনা থেংজিলম্বনি হায়। মহাক্লা গাড়ী নম্ববদুদি চে মচেৎ অমদা ইশিন্দুনা থমহৌই হায়বনি। গাড়ীদু য়াম্লা মমায় ঙাওনা থৌদুনা চংখি হায়। মহাক্লা খুদক্তা মবোক্তা পাউদু পীবম্লগা হোসপিটালদা পুখংলম্বনি। অশোকপা ইশুগী মশাদু ঐসু ননেম্লা পাউ পীবক্লগা দুকান্দগী লাকপনিনা উহৌদে। ঐনা মঙোন্দা হংগদবসু নমাগা পাদুনা কপতুনা লৈবিবশিনি। তৌফম খঙদে ঐখোয় পুন্নমক ডোক্তবগী পাউ ঙায়বি। ঈশ্বর খুকমজবা নত্তনা উপায় লৈতে ইবুংঙো হৌজিক্কী মতমসি মী য়াম্লা ফত্তে। ঐনা ইশুদা থেংজিলম্লীবা ভেন ড্রাইভর অদুবু লেম্লা কৈদৌনুংদা খক থাবোই। পুলিসকী মতেং লৌদুনা মখোযবু ফান্নবা হোৎনগনি। মখোয় মীওইবা নত্তে সৈতাগী ব্রাখল চেনবা বক্সেসশিংনি।"

মতম অদুদা মখোযনা মপাউ ঙাযবিবা থোং অদু তপ্পা হাংদোক্লগা নর্স অমনা হংলকই - "মযামসি সান্তীবালাগী ইমুং ওইবীবব্রা"?

প্রকাসনা চঙশিন্দুনা পাউখুম পীবম্মী -

- "অহোয় মানি। কবি তাকপীগদবা?"

নর্সনা তপ্পা হায়বকই -

- "হৌজিক মহাক খজিক্তং জ্ঞানদি তাবকপগুম্লা তৌই। মহাক্লা মমা, পাবা অমসুং তামো হায়না শোল্লিবা মীওইশিং অদু যাওবীববদি ঙায়হাক্তং উনবীহৌবা য়াগনি। য়াম্লা থুনা লেঙশিনবীবকউ"।

মপান্দা লেপ্লম্বা মপা প্রকাস অমসুং জয়া চঙশিলম্মী। ডোক্তবনা মখোয অনিদা মুম্লা যেংলগা হংলকই -

- "অদোম সান্তীবালাগী মামা, পাবা অদুগা অমদি ?"

প্রকাস তপ্পা মচাগী মতৌ উবগা মপি ইরা চেম্লা পাউখুম্লকই -

- "মহাক্কী য়ৌবক্কী।"

ডাক্তবনা সান্তিবালাদা তপ্না হায়রকই -

- "সান্তিবালা ! নহাক্কী পাপা মামা লাক্লে অমুক্তা তপ্না য়েংলকউ"।

সান্তিবালা য়াম্না তপ্না মমিৎ পাংথোক্লগা য়েংলকই অদুগা তপ্না হংলকই

- "পাপা ! তামোদি?"

মপা প্রকাসনা মপি তৈথোক্লুনা তৈথোক্লবগা থম্মোয়গী অবাবা বাখল ফাজিন্দুনা অবাবা মায়থোং লোৎশিন্নগা মোমোন নোক্লুনা হায়বকই -

- "হৌজিক য়ৌবক্লী ইবেম্মা।"

সান্তিবালানা থাঙ্গৎপা ঙমজদ্রবা মখুৎতু লেঙলগা ঈঙ্গিৎতা মমিৎনা জয়াদা অমুক য়েংই অদুগা লৎলবা বাহৈদা হায়বকই -

- "মামি, তামো!"

বাহৈ অদু হায়বন্নগা সান্তিবালাগী তক তক পাঙলম্বা মিৎন্না অনি অরোয়বা ওইনা উইশিনখিবম্মী। ডোক্তবনা মাগী মশাদা অঙৌবা ফিনা কুপশিলগা তপ্না হায়বকই -

- "সোবি! ঐখোয়সু অঙম্বী থাক্তা হোৎনজখিবনি অদুবু স্নায়দগী মকওইবা কোক্তা শোকখিবনা কনবা ঙমজখিদবনি। ঐখোয়বু ঙাকপীগনি।"

ডোক্তব বাফমদু হায়বন্নগা মপান থোকখ্রে। কা মনুংদা জয়ানা সান্তিবালাবু কৌদুনা কপ্না মখোল তাবকপদা মযামসু চঙশিলক্লুনা কপমিন্নে। কুনবীবনা লুন্নবা বাহৈদা মশুবু কৌবদুনা হাযবকই - "ইশুতোম্বী ! নপুবু থাদোক্লুনা লমদম কৈদনো ইশুনা চৎলিবা? আ ! চাকখ্রেদা পুক্রীংশে ! অয়ুক নুমিদাংদা পুপু কৌদুনা চেনশিলকপদু হন্দক মপোক অসিমগীদি ইশু মতৌ উবা ফংলবোইদকো। ইশুতোম্বী ! নঙ পুপুবু বাবৌগনুকো ! ঐনা নমা মান্নি হায়দুনা লুনা তৌজবনি হয়েংদগীদি ইশুগী তনৌ তনৌববী শক্তম নহাক্কী ফোটোদা নত্তনা উবা ফংলবোই।"

মবোক্লা তেংথাদুনা হাযবকই - "সান্তিবালা ! নঙবু ঙবাং পাপা নোংমতা লাক্তে হাযবদো ঙসিদি লাক্লে য়েংঙুনে ননাক্তা লেপ্লবে। ঙহাল মন্দোমচা জয়াগী মনাক্তা চৎলুবদা ঐখোয় মামিদি যামনা ফত্তে পাপাবু ইম্বোক্লুনা থনন্নগা মীগী ময়ুমদা নুংঙায়না লৈথোকপা ঙম্মী হাযদুনা শাওদুনা লৈথোকখিবদো ইমিৎশিদা শঙশঙনা উদুনা লৈবে ইবেম্মা ! কদাযদনো নহাক্লা চৎলিবা নবোক অশোনবীবু হুন্দোক্লন্নগা হলকখোনে ইশুতোম্বী ওইনবখোও ইতম্বাক অসিদা।

বেনুসু সান্তিবালাগী মশাবু অঙাওবীগুম চেৎনা কোল্লগা তোংথাবকই - "সান্তিবালা"! নহাক নন্দোমচাবু থাদোক্কুনা চৎখিবা য়াবোয়। নহাক্কী পবিক্ষা সবজেক্ট অমা ব্রাৎলিবনি। নোংঙানবগা ইনাক্তা চেনশিলক্কুনা লাইবিক তাকপীয়ু ইন্দোমচা হোমব্রাক তৌবদা মতেং পাংবীয়ু হায়ববদো হয়েংদগীদি হায়বা তাববোয়দো। নহাক্তী ঐগী থব্রায়গুম্বীনিনে সান্তিবালা। নঙোন্দা ঐহাক্না আসা কয়ানি তৌজবিবা! লাইওইপ্রবী ইচেনা ঐহাকপু পুক্নীং থৌগৎপীবম্বগী নহাকপুদি মপুংফানা লৈবাং চাবগুম শেমগৎতুনা ইচেগী লমন শিংবা শক্লজগে খঙ্গবিবনি নুমিৎ খুদিংগী। অদুবু ঙসিদি মীনুংশি খঙদ্রবা অঙাংবা মচুগী ভেন ড্রাইভর অদুনা ঙম্মী মতাগুম তাঞ্জা যেংদুনা থৌজিলক্কুনা ইমাং মক্তদা থোল্লল্লগা খাম্মু য়াদনা থৌদুনা চৎখি।

মহাক মীওইবা মত্তে লম্লক্কী শাদগীসু হেন্না শাথিবা হীংচাবনি। মহাকপু নন্দোমচানা কৈদৌনুংদা লেম্না থাবোয় । খোঙ্গুল লিদুনা নহাক্কী লমনা শোয়দনা খুমগনিকো ইবেম্মা !

জয়াসু থব্রায় যাওদ্রবী সান্তিবালাগী মখোং পায়দুনা কপ্লি সান্তিবালাবু কৌদুনা হিক্রা হিক্রা-"ইচলতোম্বী, নহাক্কী মামী লাক্লে নমিৎ পাংথোক্লখোও অমুক্তা ! ঐনা লানখিবা কযাদো ঙাকপীববোইদ্রা ইবেম্মা !"

মতমদুদা প্রকাস অমসুং মবায়গা তান্নদুনা মচাগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাং অদু মহাক্কী গাডীদা তপ্লা থাংগৎলমই। মযাম্না কপ্লা কপ্লা মাগী মাগী গাডীদা কাখৎনম্রে। প্রকাস অঙাওবগুমলে ব্রাখলনা ফুংবঙনা তপ্লা তপ্লা গাডীদু মীযাম মবক ফাওদুনা থৌবক্লি। মতমদুদা মযাম্বা প্রমোটনা ফোন তৌবকই। মহাক্লা তপ্লা পাযখৎতুনা মযাম্বদা হাযবকই - "তামো !" ঐখোয মহাকপু পুদুনা হলক্লে থোঙ্গালদা ওইনা ঙাযবীবল্লবসু যাগনি।

হবাওনা প্রমোটনা খুল্লকই - "ফবে ফবে অদুদি।"

প্রমোটনা হংনিংবা কয়ানি অদুবু মহাক্কী অতেনবা ব্রাফম অদুনা ব্রা মখা তানা হংখিদবে। অদুবু মখোয খুঙ্গংগী ওইবা পাউ অমা তন্নকই -

- "ঐখোয লৈকাযগী দ্রগ নম্বব ফোব ললোনবা লক্ষমন্দু পুলিসনা তান্নবকপদা মথন্তা নলাদা থৌথদুনা মহাক্কা চৎমিন্নবা পুলিসকী মীওই অমগা শিনা ফংলে হাযবি। মহাক্লা অঙাং অমা থেংজিলল্লগা কন্না থৌবকপদা লম্বীদা চেক তৌদুনা

লৈরম্বা কমান্দোশিংনা গাডীদু খাম্লবা হায়রুবদা খাল্লমদবদগী নোংমৈনা কাপ কাপতুনা তান্নবকপদা খোকখিবা থৌদোক্লি হায়রি। ঐদি ইবেম্মা সান্তিবালাবু থেংজিনবা গাড়ীদু মহাক্কী শোয়দনা ওইবমগনি হায়না খাজৈ।

তশেংনা ঈশ্বোবনা মাবু মবানগী দন্দী পীববনি। মহাক সমাজ অসিগী ফত্রবা মহীক মখল অমনি। মহাক শিবে তাবদা ঐখোয় লৈকায়গী নহাবোল কয়ানা হাবাওবা ফোঙদোক্লবি।

প্রকাসকী পুক্লীংদা হৌবম্বা অরাবগী ইথক ইপোম ময়াম্বাগী পাউ অদু তাবদা খবা মখৈদি নেমথম্রে। অদুবু থরায় য়াওদ্রবা মচানুপী সান্তিবালাগীদমক মখোল থোক্লনা তেংথাবি - "ইপাগী ইবেম্মা সান্তিবালা ! নপানা ইচা য়াওদনা কবম্লা সংসাব অসিদা নাইতোম। নঙগী তামোচাগা হিংহৌগনি। নপাদি আশা পুম্বা কায়ম্রেদকো সান্তিবালা"। মিৎপান্দা তৈবা কাজলদি মায় অমুক তাথোকপদা ঙম্মমক কোকখি অদুবু নুংশিববা ইচাগী কাজল মচুদি নপাগী থম্মোয় লকানুংদা মুৎপা ঙমদনা চুদুনা লৈহৌবগনি। ইচাতোম্বী !

তৎম্রে লংলা পাইম্রে, তেলঙ্গা ! লমদম তাম্লা ফংলবোইবা হন্দক মপোক্কী হাংলবা অতিযাদা !

ইপাগী ইবেম্মা সান্তিবালা !

নপাবু থাদোক্লনা চৎখ্রিবদুবু

লমদম কৈদনো অমুক্তা তাক্লমখো !

ঙায়বমগনি নঙগী পাবুং, মমাচৌবী, নহাক্কী তামোয়ায় অমদি চেচেনা খৌবাংনা মদুগী ওন্নবনিকো ঙসি ঐনা পুবক্লিবা কায়ববা থম্মোয়গী মচেৎ মচেৎনা পুনশিলবা মমিংতা ঙাযববা "সান্তিবালা" ইচাতোম্বী !

লোইববা।



*Mani Meikam, the only son of Shri Meikambam Khomei Singh and Shrimati Mutum Ningol Nganbi Devi was born on Sunday the 10th October, 1962 at Lukei Maning Leikai in Imphal West District He passed H S L C Exam in 1980 P U C (Arts) in 1992 Hindi Ratna 1993 and Hindi Sahitya Ratna in 1996*

*He is fond of drawing and painting making idols sculpturing and writing literary items since early childhood He joined Indian Army in 1982 as a sepoy He was in the Indian Peace Keeping Force which was sent to Sri Lanka to suppress the artificial disorders that occurred as a result of the anti national and anti social activities created by L T T E He got two medals during his service career*

*Now, he has retired from Active Service At present he serves as an Assistant Teacher in a privately managed Secondary School, Awangkhunou Besides he is building castles to pour down creative drops in the field of literature*

*Many almighty, the God pour showers of blessing on his future*

*Printed books of the Author*

1. *Tengthakhol (Poem)*
2. *Kangnaidraba phiji (Short Story)*
3. *Heera (Drama)*
4. *Tatkhraba Korou (Travelogue)*
5. *Ngakpiba (Novel)*
6. *Singnaba - 1 (Novel)*
7. *Singnaba - 2 (Novel)*
8. *Singnaba - 3 (Novel)*

ISBN 978-81-923221-8-6

**Rs. 150/-**

